ওঁ

মণিপুরী

# মহাভারত

মাপল্‌শুবা খণ্ড

## ভীষ্মপর্ব্ব, শ্রীমদ্ভগবদ্‌গীতা

বেদব্যাসগী শ্লোকাবলী-মহাভাবতকী
পর্ব্ব-অধ্যায়-শ্লোক মথং মনাও
কাযদন, মবকুমবক্ত টীকা
পীডুনা মীতৈবোন্দা
হন্দোক্‌চবা—

কালাচাঁদ শাস্ত্রী

ফোঙ্‌জবা—
মণিপুরী মহাভারত কমিটী
( সেবক মণ্ডলী )
মণিপুবী মহাভাবত সভা
ইম্ফাল
॥ ইং কুম্‌জা ১৯৬২ ॥

( মহাভারত প্রেস, ইম্ফাল )

মমল রুপা ১০১

# ভীষ্ম পর্ব্ব

## মতাং, অধ্যায়, লামায় মপা তাকৃপা।

# গীতা পর্ব্ব



# ভীষ্ম পর্ব্ব

( ভীষ্মপর্ব্ব )

# মঙ্গল নিজব।

মশাগী ওইজবা থাদোকৃপা, মীগীদমক্ত থবাই থাওম্বা।
মহৈ যেংদন তৌখিবা থবক্, শিবম্‌জাই ফাওবা থাদবা।
মহাজ্ঞানী অকনৃব কর্ম্মী, ননাই ভীষ্মগী মিংচংপু
জগত্ত লৈহনৃগে থন্দুনা, বাশক্ কাযত্না খুংলাযবু
পাযখিবা লান্দ বাসুদেব। চবণদা চঙ্জবি ননাইনা
অযোন্ অবান্ ঙাকৃপিয়ু, ঈবোন্দ হন্দোকৃচৈ ভীষ্মপর্ব্ব ॥১॥

খুংলায পাযবোই বাশক্লগা, ভক্তগীদমক্ত পার্য।
পাপ-পুণ্য খেন্নব লৈতে, ভক্তগীদমক্তি নঙোন্দ।
পাপ-পুণ্য খঙজদে ননাইসু, ঈবোন্দ লৈহনৃজনিংবনা,
"গীতা' বু গর্ভপুবা মতাং, ঈবোন্দা হন্দোকৃচৈ ভীষ্মপর্ব্ব।
অশোয অঙাম্‌গী লৌবিনু ইবাল্, শোযত্না পোক্লব মপোক্লি।
হোৎনজবসিনা মহৈনি থঞ্জে, অতোপ্প মহৈ পাম্‌জদে ননাইনা ॥২॥

———

ॐ

# শ্রীমহাভারতম্

## ভীষ্মপর্ব্ব

### প্রথমোঽধ্যায়ঃ

অহানবা অধ্যায

( জম্বুখণ্ড শেম্বগী মতাং )

—:o:—

নবাযণং নমস্কৃত্য নবঞ্চৈব নবোত্তমম্।
দেবীং সবস্বতীঞ্চৈব ততো জযমুদীবযেৎ ॥ *

পর্ব্বগী মতুং ইন্না হনব অর্থঃ—

তাইবং-লাঙ্গাউ-ঈপাক্কী ঈনুংদা হীপুনা করিস্থ যাওদনা লৈরিব নারাযণবু অদুগা ঈনুংদা কোযচেল্ চেন্দুনা, অচৌবনা মচাবু তান্নদুনা-কাহুনা যোৎলিব-চারিবা ঙা মখল্ কষা কষাগী মহুৎশীন্দুনা লৈরিব জীব (জীবাত্মা) বু খুরমজহুনা হায়বদি জীব ব্রহ্ম অনীবু খুরমজদুনা, অদুগা জগৎকী লাঙ্গাও অসিগী তত্ত্ববু খঙহন্‌বিরিবা, জ্ঞানগী মশক ওইবী সরস্বতীবু খুরমজদুনা, অদুগী তুংদা জয কৌব মহাভারত অসিগী পর্ব্ব অসিবু শক্‌শোন্‌গদবনি, অদুনা, শোন্‌জগে ॥

---

* টীকাঃ—পর্ব্ব খুদিংদা মঙ্গলাচরণ ওইন য়াওরিব শ্লোক অসিগী অর্থদি পর্ব্ব-পর্ব্বদুগী মতুংইন্না তোঙালস্ তোঙালব মওংদা পুথোক্তুনা হন্‌বনা কৈ। অদু ওইববদি, বস্তুনির্দ্দেশাত্মক অমদি আশীর্ব্বাদনমস্কারাত্মকনচিংবা মঙ্গলাচরণ ওইহন্‌বা যাই। অদুনা, পর্ব্ব খুদিংগী ওইনা য়াওবা মঙ্গলাচরণ অসিগী অর্থ তোঙালবা মওংদা হন্দোক্চৈ। মতুংগী পর্ব্ব খুদিংদস্থ তোঙাল্ তোঙালবা মওংদা হন্দোক্চগনি।

## জনমেজয় উবাচ।

কথং যুযুধিরে বীরা কুরুপাণ্ডবসোমকাঃ । পার্থিবাশ্চ মহাত্মানো নানাদেশসমাগতাঃ ॥১॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

যথা যুযুধিরে বীরা কুরুপাণ্ডবসোমকাঃ । ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে, শৃণু ত্বং পৃথিবীপতে ॥২॥
তেঽবতীর্ণাঃ কুরুক্ষেত্রং পাণ্ডবাঃ সহসোমকাঃ । কৌরবানভ্যবর্ত্তন্ত জিগীষন্তো মহাবলাঃ ॥৩॥
বেদাধ্যয়নসম্পন্নাঃ সর্ব্বে যুদ্ধাভিনন্দিনঃ । আশংসন্তো জয়ং যুদ্ধে বলেনাভিমুখা রণে ॥৪॥
অভিযায় চ দুর্দ্ধর্ষাং ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য বাহিনীম্ । প্রাঙ্মুখাঃ পশ্চিমে ভাগে ন্যবিশন্ত সসৈনিকাঃ ॥৫॥
(যুগ্মকম্)
সমন্তপঞ্চকাদ্বাহ্যং শিবিরাণি সহস্রশঃ । কারয়ামাস বিধিবৎ কুন্তীপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ॥৬॥
শূন্যেব পৃথিবী সর্ব্বা বালবৃদ্ধাবশেষিতা । নিরশ্বপুরুষবাসীদ্রথকুঞ্জরবর্জিতা ॥৭॥
যাবত্তপতি সূর্য্যো হি জম্বুদ্বীপস্য মণ্ডলম্ । তাবদেব সমাবৃত্তং বলং পার্থিবসত্তম ॥৮॥
একস্থাঃ সর্ববর্ণাস্তে মণ্ডলং বহুযোজনম্ । পর্য্যাক্রামন্ত দেশাংশ্চ নদীঃ শৈলান্ বনানি চ ॥৯॥

---

**জনমেজয়না হায়ঃ**—মহর্ষি, বৈশম্পায়ন। অকন্বা কৌরবশিং, পাণ্ডবশিং, সোমকশিং অমদি অতোপ অতোপ্পা দেশদগী লাকপা, পুকচেল্ চাউরবা ঈচঙ খোরব নিংথৌশিং অদুনা করম্ করম্না শোক্লখিবগে ? ॥১॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ—নিংথৌ! জনমেজয়! কৌরবশিং, পাণ্ডবশিং, সোমকশিং অমদ অচৌ অচৌবা নিংথৌশিংনা কুরুক্ষেত্র কৌবা লালহম্দা করম্না লাল্ শোক্লখিনবগে হায়বদু তাবিয়ু লৈরগে ॥২॥ জয় ওইনিংবা, কল্লবা পাণ্ডবশিংনা সোমকশিংগা লোয়নননা লাশক্‌ম্‌দা কুম্‌শরক্লুনা কৌরবশিংনা লৈরিবা মায়কৈদা চঙশন্‌খি ॥৩॥ বেদ মুম্না তম্‌খ্রবা, লালদ নুংঙাইজরবা, মপান্‌দোম্পাক্লম্না জয় ওইনিংলবা, লাল্‌হম্‌দা কৌরব লান্মীশিংগী মায়কৈদা চঙশিল্লক্রবা, পাণ্ডবশিংনা, লাকউম্ কাউম্‌দ্রবা কৌরব তেঙ্গোশগী মমাঙদ থুঙ্‌হুনা, লালহম্‌গী নোংচুপ থংবা শকক্ত মমায় নাংপোক ওন্দুনা লান্থেংনগদবগী থৌরাং তৌদুনা তেঙ্গোল শাদুনা লৈখি ॥৪—৫॥ কুন্তীনন্দন যুধিষ্ঠিরনা সমন্তপঞ্চক কৌবা তীর্থগী মপান্দা, বিধি কায়দনা লালশঙ লৈশং লৈশিং হাল্লা শাদুনা থম্‌খ্রবনি ॥৬॥ মতম্ অদুদা ভারতকী যুম্‌থোং থুদিংদা লৈহৌবা হায়বাস অঙাংগা, অনুহান্থগা, নুপীনহাগত নঙাযবে। খরু খরদং কন্বা, শগোল, শামু, নিপাগীজাৎ অমত্তা কাওবা যুম্ থুদিংদা লম্‌থোক্লবনি। অদুনা যেংবদা ভারত খণ্ড কৌবা পৃথিবী অসি ঊনমুক চীকথোরবনি,—লঙ্গা দু মঙাযরে ॥৭॥ নিংথৌ অথোইবা! সূর্য্যদেবনা জম্বুদ্বীপ অসিগী চাকহল্লাওলহল্লিবা দেশ অদুপকী মখাদগী লান্মী ময়াম্ অসি অমত্ত রাত্ত মথৈ কুরুক্ষেত্রদা লাকখি ॥৮॥ বর্ণ-জাতি কয়াগী মীয়াম্ অসি লাক্লুনা মকম্ অমত্তদা পুনন্থনা, যুথক কয়া কয়া শন্দোকখ্রবা কুরুক্ষেত্র, তুরেল চীঙ বন কয়া লান্মীতনা লোইনা কূপখ্রবনি ॥৯॥

ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা সর্বেষাং পুরুষর্ষভঃ। আদিদেশ সবাহানাং ভক্ষ্যভোজ্যমনুত্তমম্ ॥১০॥
সংজ্ঞাশ্চ বিবিধাস্তাস্তাস্তেষাং চক্রে যুধিষ্ঠিরঃ। এবংবাদী বেদিতব্যঃ পাণ্ডবেয়োঽয়মিত্যুত ॥১১॥
অভিজ্ঞানানি সর্বেষাং সংজ্ঞাশ্চাভরণানি চ। যোজয়ামাস কৌরব্যো যুদ্ধকাল উপস্থিতে ॥১২॥
দৃষ্ট্বা ধ্বজাগ্রং পার্থস্য ধার্তরাষ্ট্রো মহাত্মনা। সহ সর্বৈর্মহীপালৈঃ প্রত্যব্যূহত পাণ্ডবান্ ॥১৩॥
পাণ্ডুরেণাতপত্রেণ ধ্রিয়মাণেন মূর্দ্ধনি। মধ্যে নাগসহস্রস্য ভ্রাতৃভিঃ পরিবারিতম্ ॥১৪॥
দৃষ্ট্বা দুর্যোধনং হৃষ্টাঃ সর্বে পাণ্ডবসৈনিকাঃ। সর্বে দধ্মুর্মহাশঙ্খান্ ভেরীর্জঘ্নুশ্চ সর্বশঃ ॥১৫॥
(যুগ্মকম্)

ততঃ প্রহৃষ্টাং স্বাং সেনামভিবীক্ষ্যাথ পাণ্ডবাঃ। বভূবুর্হৃষ্টমনসো বাসুদেবশ্চ বীর্য্যবান্ ॥১৬॥
স্বযোধান্ হর্ষয়ন্তৌ চ বাসুদেবধনঞ্জয়ৌ। দধ্মতুঃ পুরুষব্যাঘ্রৌ দিব্যৌ শঙ্খৌ রথে স্থিতৌ ॥১৭॥
পাঞ্চজন্যস্য নির্ঘোষং দেবদত্তস্য চোভয়োঃ। শ্রুত্বা সবাহনা যোধাঃ শকৃন্মূত্রং প্রসুস্রুবুঃ ॥১৮॥
যথা সিংহস্য নদতঃ স্বনং শ্রুত্বেতরে মৃগাঃ। ত্রাসমুদ্বিগ্নদেবাসীদ্ধার্তরাষ্ট্রবলং তদা ॥১৯॥

নিপা অথোইব জনমেজয়। অসগীতুংদা, নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা মাগী মাগী খোঙলোয মীনায মীশিংশিংগ লোযননা লাম্মী খুদংগী চান-থক্লবা পোৎ মযাম্ পুশিল্ পৈশিল্লনব মনাইশিংদা যাথং পীখি ॥১০॥

অদুগা যুধিষ্ঠিরনা তোঙাল্ তোঙালবা শাম্মা নপেগী তোঙন্তোঙানবা মমিং থোন্খি। মাসিগী মরম্ কান্নবা হায়নবু মমিং অদু হায়বক্ হায়কপদা মাস—মাসিনা পাণ্ডবকী পক্ষ ওইরবাব্র হায়যবদু অতৈ অতৈনা শায়না খঙবা ঙম্গনি ॥১১॥ লালগী মতম্ যোরক্লবদা যুধিষ্ঠির দুর্য্যোধন অনীমক্না মাগী মাগী লান্মী মমিং অমাদ অকক্লবা ফীজোল পীখি ॥১২॥ আসোম্দা আশা চাউরবা দুর্য্যোধননা পাণ্ডবশিংগী ফিরাল শগোল উবদা, অতৈঅশিং-নিংথৌ পুম্নমক্না তিন্ন তিন্নদুনা পাণ্ডবশিংগী বিরুদ্ধদ লেঙ্গাল শাখি ॥১৩॥ দুর্য্যোধনগী কাকুথক্ত অঙৌবা ছত্র (পে) খান্খি। মহাকপু মনাওশিংনা ঈকোয কাগশিন্না লোবকপদু উবদা পাণ্ডবশিংনা থোইদোক্না নুঙাইখি। সেনাপতিশিংনা অচৌ অচৌবা মইরুং পাযখত্তুনা হৌনা খোংনখি। পুং শেল যন্ত্র যৈব খোংবগী মখোল্না মাযকৈ পূম্বদনী নিন্নরকই ॥১৪—১৫॥ মতম্ অদুদা, কৃষ্ণ অমাদ পাণ্ডবশিংনা, মখোযগী লান্মী পুম্নমক্না হরাউব নুংঙাইবদু উবদা মখোযসু থোইদোক্না নুঙাইখি ॥১৬॥ নিপা অথোইবা, কৃষ্ণ অমাদ অর্জ্জুন অনীমক্না রথ মথক্ত লৈদুনা মখোযগী লান্মী খুদিংবু পেন্সহল হরাউহন্দুনা মাগী মাগী মাইবুং খংগংখ ॥১৭॥ মাগী মাগী শাদো শগোল্ শামুগা লোযননা যেক্লবগী লান্মী পুম্নমক অদু কৃষ্ণগী পাঞ্চজন্য অদুগা অর্জ্জুনগী দেবদত্ত কৌবা মোইবুং অনীগী মখোল্ তাবদা মীমাঙ-পামাং খঙদনা মপান্থোক-তাবখি-মাংথোক্লখি ॥১৮॥ মরম্দি শজী শঙাইনচিংবা অতোপ অতোপ্পা শাশিংনা কৈ নোংশাগী মখোল তাবদা তৌব

উদতিষ্ঠদ্রজো ভৌমং ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন। অস্তং গত ইবাদিত্যঃ সৈন্যেন রজসা বৃতঃ ॥২০॥
ববর্ষ তত্র পর্জন্যো মাংসশোণিতবৃষ্টিমান্। দিক্ষু সর্বাণি সৈন্যানি তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥২১॥
বায়ুস্তত প্রাদুরাসীন্নীচৈঃ শর্করকর্ষণঃ। বিনিঘ্নংস্তান্যনীকানি বিষমঞ্চৈব তদ্রজঃ ॥২২॥
উভে সৈন্যে চ রাজেন্দ্র! যুদ্ধায় মুদিতে ভৃশম্। কুরুক্ষেত্রে স্থিতে যত্তে সাগরক্ষুভিতোপমে ॥২৩॥
তয়োস্তু সেনয়োরাসীদদ্ভুতঃ স তু সঙ্গমঃ। যুগান্তে সমনুপ্রাপ্তে দ্বয়োঃ সাগরয়োরিব ॥২৪॥
শূন্যাসীৎ পৃথিবী সর্বা বৃদ্ধবালাবশেষিতা। নিরশ্বপুরুষেবাসীদ্রথকুঞ্জরবর্জিতা।
তেন সেনাসমূহেন সমানীতেন কৌরবৈঃ ॥২৫॥
ততস্তে সময়ং চক্রুঃ কুরুপাণ্ডবসোমকাঃ। ধর্মান্ সংস্থাপয়ামাসুর্যুদ্ধানাং ভরতর্ষভ! ॥২৬॥
নিবৃত্তে বিহিতে যুদ্ধে স্যাৎ প্রীতির্নঃ পরস্পরম্। যথা পুরা যথাযোগং ন তৎ স্যাচ্ছলনং স্ম নঃ ॥২৭॥
বাচা যুদ্ধে প্রবৃত্তে নো বাচৈব প্রতিযোধনম্। নিষ্ক্রান্তাঃ পৃতনামধ্যান্ন হন্তব্যাঃ কদাচন ॥২৮॥
রথী চ রথিনা যোধ্যো গজেন গজধূর্গতঃ। অশ্বেনাশ্বী পদাতিশ্চ পাদাতেনৈব ভারত! ॥২৯॥

---

ফীভম্ অদুগুম্না দুর্য্যোধনগী লান্মী পুম্নমক্ কিনখি ॥১৯॥ মতম্ অদুদা, লালকম্ লৈমাযথক্কদগী নোংমদোল খেৎনা, উফূল পাইখৎখি। মীশক্ অমগমগ উনখিদে। লান্মী মপৈগী মখোঙগী উফুল্না কূপখিদুনা নুমিৎ মশক্ উখিদ্রে, পুন্মম্ মমথ্রে ॥২০॥

মতম্ অদুদা, শূরুমম্নবা নোংনা মাযকৈ মরিমক্কুগী মংশিল্লক্কুনা লান্মীশিংগী মথক্ত ঈগ শঙ্খম্মচেৎ মচেৎকনা নোং ওইনা চুথখি। মাদুমক্ অঙকপা অম ওইনা থোকখি ॥২১॥ অদুগী তুংদা অকন্বন্নুংশিৎনা লৈমায়থক্কুগী নুংজ্রেং হুমগৎক্লকপা চৈগাই মপৈ মপৈ অমমম্না অকিবগী মশক্ কংভি ॥২২॥ নিংথৌ অথোইবা! ঈথক্ কন্না হৌরক্লবা ঈপাক্কী মতৌগুম্ন লান্মী তেঙ্গোল্ মপৈ অনী অদু কুরুক্ষেত্রদা অকিবগী মশক কংনা লৈখি ॥২৩॥ প্রলযগী মতম্ ওইবা, ঈথক্ হৌরবা সমুদ্র অনীগী মতৌগুম্ কুরুক্ষেত্র লান্মী মপৈ অনীদু অকিব কংনা মুখামুখী ওইদুনা লৈনখি ॥২৪॥ পাণ্ডবশিং অমদি ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা মাগী মাগী পক্ষদা লান্মী লোইনা খোম্দুনা পুনশ্রবনা য়ুম্থোং থুদিংদা অঙাংগা অচল্গ নুপীশিংগত ভাযহৌরবনা পৃথিবী পৃথ্বসি ঈহাঙ হাঙবা লম্হাং অমগুম্ ওইনা উখি। খরদং ঙম্লিবা নিপাগী জাৎ' শগোল, শামু রথ করিগুম্বা অমত্ত করিগুম্ব' ঈমুংদা লেম্হৌদ্রে ॥২৫॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা! অসিগী মতুংদা কৌরব পাণ্ডব অমদি সোমকশিংনা লালগী হৌনবী নিযমশিং অদু রাশরুদুনা লেপ্লখি ॥২৬॥ নিয়মশিং অদুদি অসিনি ঃ— "লাল হেব্ হেক্ লোইবদা, হান্নগী মতৌগুম্না চান্নবা-য়ে থিনদবা অদুগা লাল লেপ্লরিবৈঙদা ঐখোয অমগা অমগা নম্থাক অমদি বিশ্বাসঘাত তৌনদবা" ॥২৭॥ "ঐখোয় মশেল অমগা অমগা চৈনরিবৈঙদা, ক্বিভম্ ইতাউ তাউনা লৈম্নরিবৈঙদা, খুৎলায়, কাপ্পরোই, থানরোই। লান্মী মরক্কুগী মপান্দা চেন্থ্রবা হাৎনরোই" ॥২৮॥ ভরতনন্দন! অসিমসু লেপ্লখি

যথাযোগং যথাকামং যথোৎসাহং যথাবলম্ । সমাভাষ্য প্রহর্ত্তব্যং ন বিশ্বস্তে ন বিহ্বলে ॥৩০॥
একেন সহ সংযুক্তঃ প্রপন্নো বিমুখস্তথা । ক্ষীণশস্ত্রো বিবর্ম্মা চ ন হন্তব্য কদাচন ॥৩১॥
ন সূতেষু ন ধুর্য্যেষু ন চ শস্ত্রোপনায়িষু । ন ভেরীশঙ্খবাদেষু প্রহর্ত্তব্যং কথঞ্চন ॥৩২॥
এবং তে সময়ং কৃত্বা কুরুপাণ্ডবসোমকাঃ । বিস্ময়ং পরমং জগ্মুঃ প্রেক্ষমাণাঃ পরস্পরম্ ॥৩৩॥
নিবিশ্য চ মহাত্মানস্ততস্তে পুরুষর্ষভাঃ । হৃষ্টরূপাঃ সুমনসো বভুবুঃ সহসৈনিকাঃ ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
জম্বুখণ্ডবিনির্ম্মাণে সৈন্যশিক্ষণে প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥০

---

রাশরুখি ঃ — "রথীগা রথীগা, শামু তোংবা লান্মীগা শামু তোংবা লান্মীগা, শগোল্ তোংবগা শগোল্ তোংবা লান্মীগা শোরুগদবনি" ॥২৯॥ "মতীক্চাবা, থৌনা, অমদি শক্তিগী মতুংইন্না শোরুগনি, তৌবিররোই হায়না থাজহন্থ্রবা অতুগা রাস্তরিবা লান্মীদা খুৎলায় শীজিন্নরোই' ৩০॥ "অতোপ্পা অমগা থেংনরিবা, চঙজারিবা মমায, ওন্দুনা চেল্লবা খুৎলায যাওত্রবা, লাল্ ফুরিৎনচিংবা য়াওত্রবা লান্মীদা খুৎলায থক্ শীজিন্নরোই ॥৩১॥ "স্তুতিপাঠ তৌরিবা' পোলুম্ পুরিবা, খুৎলায় হোন্বা-পীব-লাক্পা' পুংশেল্ রৈব খোঙবশিংবু করিগুম্বদা খুৎলায়না থারোই" ॥৩২॥ কৌরব পাণ্ডব শোমকশিংনা অসিগুম্বা নিয়ম মযাম্ অসি য়ান্থনা, অমগমগা য়েংনন্থনা ঙকখি ॥৩৩॥ অন্থুগী তুংদা, মাগী মাগী লান্মীশিংগা লোযননা লৈন্থনা মহাত্মা ওইরবা নিপা অংথাইবশিং অদু মকম চান চান লৈন্থনা থোইদোক্না হরাঊ নুংঙাইনখি ॥৩৪॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা "জম্বুখণ্ড নির্ম্মাণ"গী মমুংদা সৈন্যশিক্ষণ"গী অহান্বাগুবা অধ্যায লোইরে ॥*॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ

### অনীশুবা অধ্যায

( অমঙ্গলগী খূদম্ ময়াম্ লাকপগী মতাং )

——ঃ০ঃ——

### বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততঃ পূর্বাপরে সৈন্যে সমীক্ষ্য ভগবানৃষিঃ। সর্ববেদাবদাং শ্রেষ্ঠো ব্যাস সত্যবতীসুত ॥১॥
ভবিষ্যতি রণে ঘোরে ভরতানাং পিতামহ। প্রত্যক্ষদর্শী ভগবান্ ভূতভব্যভবিষ্যবিৎ ॥২॥
বৈচিত্রবীর্য্যং রাজানং রহস্যমিদমব্রবীৎ। শোচন্তমার্তং ধ্যায়ন্তং পুত্রাণামনয়ং তদা ॥৩॥

( বিশেষকম্ )

### ব্যাস উবাচ।

রাজন্! পরীতকালাস্তে পুত্রাশ্চান্যে চ পার্থিবাঃ। তে হনিষ্যন্তি সংগ্রামে সমাসাদ্যেতরেতরম্ ॥৪॥
তেষু কালপরীতেষু বিনশ্যৎসু চ ভারত!। কালপর্য্যায়মাজ্ঞায় মাস্ম শোকে মনঃ কৃথাঃ ॥৫॥
যদি চেচ্ছসি সংগ্রামং দ্রষ্টুমেনং বিশাম্পতে!। চক্ষুদদানি তে পুত্র! যুদ্ধমেতন্নিশাময় ॥৬॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ—অসিগী তুংদা, মতীক-মগুণ চাউরবা, বেদ খণ্ডবশিংবিক্কী মপুংদা অথোইবা, যুধিষ্ঠির দুর্য্যোধননাচিংব খিবিক্কী মবুম্পী, জগত্তা অচঞ্চত্ত পুম্বগী ওইরিবা ওইগ্রবা ওইবক্কদব মওং পুম্বা লোইনা খণ্ডলবা, সত্যবতীনন্দন ভগবান্ শ্রীব্যাস দেব অসি লাল্ অত্তুগী তুংদা ওইরক্কদবা, অকিব কংলবা মহৈ পীগদবা লাল্ অত্তুগী নোংপোক্ লোমদা লৈরগা মমায় নোংচুপ্ ওল্লিবা—কৌরব লান্মীশিং অত্তুগা নোংচুপ লোম্দা লৈরগা মমায় নোংপোক্ ওল্লিবা পাণ্ডব লান্মীশিং অত্ত উবদা, মচাশিংগী কত্রব নীতিনা থোক্হন্‌গদোবিবা তমৃথিরব থোদোক্ অত্তুগী চিন্তাতৌত্তুনা লৈরিবা, বারব, অচীকৃপদা মথস্ত কমৃত্তুনা লৈরিবা ধৃতরাষ্ট্রগী মকম্দা হায়খি ॥১—৩॥ বেদব্যাসনা হায়ঃ—নিংথৌ! নংগী নচাশিংগী অমদি নিংথৌশিং অসিগী অরোইব মতম্দি লাক্লেদো। মরম্দি তিল্লিবা মথোয় মযাম্সে অমগমগ হাৎনত্তুনা শিরগদব ওাক্কনি ॥৪॥ ভরত নন্দন! মতম্ কৌবা লাইনা চিংশিন্‌গ্রবা মথোয়না মাণ্‌বা হৌরক্লবদা, মতম্ হায়বসিগী অমুমুক্ ওন্‌বগী মহৈ অসি অশুম্ তৌবোয়ে হায়না খণ্ডোক্কুনা পূক্নীংদা থক্ রাব তৌগনু ॥৫॥ নিংথৌ! নহাক্না কন্নিগুম্বা লাল্ অসি যেংনিংব-উনিংব লৈরবদি ঐ মীৎকী শক্তি পীগে, লাল অসি নমীৎ-

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

ন রোচয়ে জ্ঞাতিবধং দ্রষ্টুং ব্রহ্মর্ষিসত্তম।। যুদ্ধমেতত্ত্বশেষেণ শৃণুয়াং তব তেজসা ॥৭॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

তস্মিন্ননিচ্ছতি দ্রষ্টুং সংগ্রামং শ্রোতুমিচ্ছতি। বরাণামীশ্বরো ব্যাস. সঞ্জয়ায বরং দদৌ ॥৮॥

## ব্যাস উবাচ।

এষ তে সঞ্জয়ো রাজন্! যুদ্ধমেতদ্বদিষ্যতি। এতস্য সর্ব সংগ্রামে ন পরোক্ষং ভবিষ্যতি ॥৯॥
চক্ষুষা সঞ্জয়ো রাজন! দিব্যেনৈষ সমন্বিতঃ। কথয়িষ্যতি তে যুদ্ধং সর্বজ্ঞশ্চ ভবিষ্যতি ॥১০॥
প্রকাশং বাঽপ্রকাশং বা দিবা বা যদি বা নিশি। মনসা চিন্তিতমপি সর্বং বেৎস্যতি সঞ্জয়ঃ ॥১১॥
নৈনং শস্ত্রাণি ভেৎস্যন্তি নৈনং বাধিষ্যতে শ্রম। গাবল্গনিরয়ং জীবন্ যুদ্ধাদস্মাদ্বিমোক্ষ্যতে ॥১২॥
অহঞ্চ কীর্ত্তিমেতেষাং কুরূণাং ভরতর্ষভ।। পাণ্ডবানাঞ্চ সর্বেষাং প্রথয়িষ্যামি মা শুচ ॥১৩॥
দিষ্টমেতন্নরব্যাঘ্র! নাভিশোচিতুমর্হসি। ন চৈব শক্যং সংযন্তুং যতো ধর্ম্মস্ততো জয়ঃ ॥১৪॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্ত্বা স ভগবান্ কুরূণাং প্রপিতামহ। পুনরেব মহাভাগো ধৃতরাষ্ট্রমুবাচ হ ॥১৫॥

---

মরু যেংঙ্দনা ॥৬॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায ঃ—ব্রহ্মর্ষি অথোইবা! ঐ, শাগৈ অমগমগ হাৎনবত্তু উজনিংদে। অদুগা লালদা নুমিৎ খুদিং থোক্লিবা থোদাক্ অদুদি তাজনীঙিঙ ॥৭॥ বৈশম্পাযননা হায— ধৃতরাষ্ট্রনা লাল অদু যেংনি ঙ্রবদা অদুগা নাকোংনদি তানিংলবদা বরদান পীগুম্ব ব্যাসনা সঞ্জযদা বর পীখি ॥৮॥ ব্যাসনা হায—নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র! ননাক্ত লৈরিবা সঞ্জয অসিনা নগাকী নফমদ্ লালগী থোদাক্ পুম্নমক্ লীগনি। মরম্দি ঐনা পীবা বরদানগী শক্তিনা মহাক্ অসিনা কুরুক্ষেত্রদা তোরিবা থবক পুম্নমক মমীৎমক্তা, অসিদা লৈন-লৈনা, উব ঙম্গনি ॥৯॥ নিংথৌ! সঞ্জয় হাযবসিনা লাইগী মীৎকী শক্তি পুম্নমক্ ফংদুনা নঙোন্দ লাল্গী বিষয় পুম্বা লীগনি, অদুগা লোইনা খঙ্গনি ॥১০॥ মরম্ অদুনা, আকোঙ্ব-কোঙদব, অহিংদা নুথিন্দা থোক্খিব থোকপা, কনাগুম্বনা করি তৌগে হাযনা মপুক্নীংদ খল্লিবা— অসিনচিংব লোইনা সঞ্জয়না খঙ্গনি ॥১১॥ কারগুম্ব খুৎলায় অমতনা মঙোন্দা পাল্লোই। মশাদা অরাব চোক্থব লৈবোই। অদুনা সঞ্জয় অসি মশাদা করিগুম্ব অমত অশোক্ অপন্ লৈতনা, লাল্সিদগী লাম্থোক্পা ঙম্গনি ॥১২॥ * ভরত শাগৈগী অথোইবা। অদুগা ঐ, কৌরব পাণ্ডব অনীমকী মিংচৎ মতীক্ মঙুণ হায়গে, ঋাগনু ॥১৩॥ নিপা অথোইবা। হন্দক্ থোক্লিবসে অসুম্ থোক্উ হায়দুনা, লাইনা তম্প্রবনি। অদুনা কবিগুম্ব ৠাখল্ অমদগী ৠাব খক্ চুম্দে। মাসে, কনানসু থিংব ঙম্মরাই-দৌরনি। অদুনা, ধর্ম্ম লৈবা মাযগৈ অদুনা জয ওইগনি ॥১৪॥ বৈশম্পায়ননা হায ঃ—কৌরব পুম্বগী মবুধৌ, মহাত্মা ওইরবা, ভগবান্, ব্যাসদেবনা অসুম্ হায়রগা অমুক্ ধৃতরাষ্ট্রদা হায়রক্ই— ॥১৫॥

---

* টীকা—সঞ্জয অসি মরক মরক্তা লালকমদা চৎলুদুনা মমীৎমক্সু লাল্ য়েংঙ্ই—হায়বসি মরম্দানগী ৠাহৈ অসিনা প্রমাণ ওই।

ইহ যুদ্ধে মহারাজ ! ভবিষ্যতি মহান্ ক্ষয়ঃ । তথৈব চ নিমিত্তানি ভয়দান্যুপলক্ষয়ে ॥১৬॥
শ্যেনা গৃধ্রাশ্চ কাকাশ্চ কঙ্কাশ্চ সহিতা বকৈঃ । সম্পতন্তি ধ্বজাগ্রেষু সমবায়াংশ্চ কুর্বতে ॥১৭॥
অভ্যগ্রঞ্চ প্রপশ্যন্তি যুদ্ধমানন্দিনো দ্বিজাঃ । ক্রব্যাদা ভক্ষয়িষ্যন্তি মাংসানি গজবাজিনাম ॥১৮॥
নির্দ্দয়ং বাভিবাশন্তো ভৈরবা ভয়বেদিনঃ । কঙ্কাঃ প্রযান্তি মধ্যেন দক্ষিণামভিতো দিশম ॥১৯॥
উভে পূর্ব্বাপরে সন্ধ্যে নিত্যং পশ্যামি ভারত ! । উদয়াস্তমনে সূর্য্যং কবন্ধৈঃ পরিবারিতম ॥২০॥
শ্বেতলোহিতপর্য্যন্তাঃ কৃষ্ণগ্রীবাঃ সবিদ্যুতঃ । ত্রিবর্ণাঃ পরিঘাঃ সন্ধৌ ভানুমাবারয়ন্ত্যত ॥২১॥
জ্বলিতার্কেন্দুনক্ষত্রং নির্বিশেষাদনক্ষপম্ । অহোরাত্রং ময়া দৃষ্টং তৎক্ষয়ায় ভবিষ্যতি ॥২২॥
অলক্ষ্যপ্রভয়া হীনাং পৌর্ণমাসীঞ্চ কার্ত্তিকীম্ । চন্দ্রোঽভূদগ্নিবর্ণশ্চ পদ্মবর্ণে নভস্তলে ॥২৩॥
স্বপ্স্যন্তি নিহতা বীরা ভূমিমাবৃত্য পার্থিবাঃ । রাজানো রাজপুত্রাশ্চ শূরাঃ পরিঘবাহবঃ ॥২৪॥
অন্তরীক্ষে বরাহস্য বৃষদংশস্য চোভয়োঃ । প্রণাদং যুধ্যতো রাত্রৌ রৌদ্রং নিত্যং প্রলক্ষয়ে ॥২৫॥
দেবতাপ্রতিমাশ্চৈব কম্পন্তি চ হসন্তি চ । বমন্তি রুধিরঞ্চাস্যৈঃ স্বিদ্যন্তি প্রপতন্তি চ ॥২৬॥

মহারাজ ! লাল অসিদ ওন্থারক থীন মাঙবা হায়বগু ওইগদৌরিবনি । অাকবগী মশক্ ক্‌লবা খুদম্ ঙাক্ত ঐনা উব ফংঙ ॥১৬॥ খুনুথ্রঙ, লাঙ্‌জা, কাক্ উমাষ্টবী মখোয অসিনা উরোক্‌শিংগা তিন্নরা পুন্নপ্ পুন্নপ্ লাম্বীশিংগী কিরাল্ মতোল-মতোন্দা তোংঙরি ॥১৭॥ এরম্‌দি শাহিংচাব উচেক্‌শিং অসিগা লাল্ অসি যাম্ন নক্‌শিন্নক্ক হায়বসি উরি । অতুনা শগোল্ শামু শগুম্ চারনি মীশা চাবনি হায়তুনা যাম্ন হরাউরি ॥১৮॥ অকিব কংলবা মূর্ত্তি পুত্না কাক্ লাঙ্‌জা উমাষ্টবীশিংনা লাক্ক-লাক্ক খাঙলি । অতুগা মখোযনা অতাপ্ অতাপ্পা উচেক্‌শিংগী মবক্ক পাইশিন্নক্তুনা মখা মাবগৈরোম্‌দা চংলি ॥১৯॥ ভরতনন্দন ! ঙাস ঙরাং অসি তত্তনা, অযুক্ত অম নুমিদাং ইরম্‌দা, নুমিৎনা থোরক্‌পা তাব মতম্ অনীদা, কোক্ যাওদবা হকচাং মক্তুনা মৎপু কোযশিন্নুনা থল্লি ॥২০॥ অঙৌবা, অঙাঙ্‌ব, অমুবা— মচু অহুম্‌সিনা তিন্নবা, নোংথাংগা লোযনরব যাংশুক মান্‌বা মান্‌বী খুংলায মযামনা নুমিৎ খুদিং সন্ধ্যা মতমদা নুমিৎপু নুমিৎখুদিংগী কোযশিন্নুনা লৈবা উই ॥২১॥ ঙসি নোংম নীন আস করি উবাগ হায়বরু অাত পুংশিল্‌গী খেন্নবসি গোইনা উদে । মতম্ পুম্বদা নুমিৎ-থা-থবানমিচাক অসি ঈথোক্ক থোক্তুনা লৈবগুম্ তৌই । অতুনা মখোয অসিনা অকিবকংব থৌদোক অম থোকহনগদৌরি ॥২২॥ ঐনা মসিমম্ন উথ , তৌখিব কার্ত্তিকবী পূর্ণিমা থাগী মঙাল্ তচুম্ন হান্নদগী যাম্ন হস্থগ্রে । থম্বাল মচুমান্‌বা নোংমদোন্থক্ক, মৈগী মচু মান্‌বা থা থোকপি ॥২৩॥ অতুনা, মাসিনা তাকপরু বল্ল কল্লবা নিংথৌশিংনা অদুগা যোংশুক্কা মতৌগুম্না মপান্থাম্ চাউরবা নিংথৌমচা শিশিং শিশিংনা লাদা শিদুনা পৃথ্বী লৈমাযথকসিদ শোযদনা তৌপ্পখিনি— অসিনি ॥২৪॥ ঙসি ঙরাং অসি নুমিৎ খুদিং আহংদা, ওক্-লম্‌হুই অসি অমগমগ যাম্ন থংনৈ চীকনৈ । মখোয়গী অকিব ফংব খোঞ্জেল্ অসি তাব ফংঙি ॥২৫॥ অদুগা দেবতাগী মূর্ত্তিশিং অসি মথন্ মথন্ত নীক্‌ই,

অনাহতা দুন্দুভয়ঃ প্রণদন্তি বিশাংপতে!। অযুক্তাশ্চ প্রবর্ত্তন্তে ক্ষত্রিয়াণাং মহারথাঃ ॥২৭॥
কোকিলাঃ শতপত্রাশ্চ চাষা ভাসাঃ শুকাস্তথা। সারসাশ্চ ময়ূরাশ্চ বাচো মুঞ্চন্তি দারুণাঃ ॥২৮॥
গৃহীতশস্ত্রাঃ ক্রোশন্তি চর্ম্মিণো বাজিপৃষ্ঠগাঃ। অরুণোদয়ে প্রদৃশ্যন্তে শতশঃ শলভব্রজাঃ ॥২৯॥
উভে সন্ধ্যে প্রকাশেতে দিশাং দাহসমন্বিতে। পর্জ্জন্যঃ পাংশুবর্ষী চ মাংসবর্ষী চ ভারত! ॥৩০॥
যা চৈষা বিশ্রুতা রাজন্! ত্রৈলোক্যে সাধুসম্মতা। অরুন্ধতী তয়াপ্যেষ বশিষ্ঠঃ পৃষ্ঠতঃ কৃতঃ ॥৩১॥
রোহিণীং পীড়য়ন্নেষ স্থিতো রাজন্! শনৈশ্চরঃ। ব্যাবৃত্তং লক্ষ্ম সোমস্য ভবিষ্যতি মহদ্ভয়ম্ ॥৩২॥
অনভ্রে চ মহাঘোরং স্তনিতং শ্রূয়তেঽনিশম্। বাহনানাঞ্চ রুদতাং নিপতন্ত্যশ্রুবিন্দবঃ ॥৩৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
জম্বূখণ্ডবিনির্ম্মাণে উৎপাতকথনং নাম দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

নোকই, কবি করিগুম্বদা মচীন্দগী ঈ ওয। অমুকস্ম হুমাংন পুম্চোৎ চোৎলি। অমুক্না লৈমাযথক্ত হেক তুই ॥২৬॥ নিংথৌ' ফুক-যৈকত্রবস্ম পুঙজাওশিং অসি মথন্ত যৈজরকই হৌজরকই। ক্ষত্রিযগী রথশি অসি শগোল্ সাওত্রবস্ম মথন্ত থোজ চঙ্গরকই ॥২৭॥ কোকিল, নোংগৌবী, চোডঙা, তেনরা, বাইন, বাকোং অদুগা শতপত্রা কৌবা উচেকশিং অসিনা নুমিৎ চুম্না মখোয়গী অযাকপা খোঞ্জজনা মাযকৈপুম্বা পুম্নীল নিল্লি ॥২৮॥ মচীল কল্লবা উতুবীশিংনা, শগোল মথক্ত তোংখত্তুনা খোঙ্ডিঙ। নুমিৎ খোবকপা মতম্দা কৌজেং হায়ৌ লিশিংলিশিংনা পাইশিল্লকপা উই ॥২৯॥ নোংঙাল্লকপদা, সন্ধ্যাগী মতম্দা মাযকৈ তত্তনা চাকই। অদুগা ভরত নন্দন' মংলিবা নোংাশংনা উকুল—শদৃম্নচিংবা চুথবকই ॥৩০॥ নিংথৌ' মরোল অহমদা সাধ্বী সতীনি হাযনা কাওরবা, অরুন্ধতী অসিস্ম বশিষ্ঠবু মতুং ওইনা থান্ন ॥৩১॥ নিংথৌ। শনি গ্রহনা রোহিণী নক্ষত্রবু অন্নাব পীরি অদুগা থাগী মাযহিং অসিস্ম মুথাত্র। অদুনা অকিবগী মশক ওইরবা থোদোক অম থোকদৌর ॥৩২॥ অদুগা নোং শাংত্রবা নোংমদোম্ অসিস্ম মতম্ পুম্বদা ঈনিন্ত নিন্দুনা ভংদুনা লৈরি। শগাল শামুনচিংবা শাদোংশিং অসি কপ্প কপ্প (নাহ-নাহনা) মমীত্তগী মপি শিম্বুরি ॥৩৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবসংহিতাদা ভীষ্ম পর্ব্বদা "জম্বুখণ্ডনির্ম্মাণ"গী উৎপাতকথন" কৌবা অনীশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

অহুমশুবা অধ্যায

( লাল থোকপগী মরম্ হায়বা মতাং মথং )

### ব্যাস উবাচ।

খরা গোষু প্রজায়ন্তে রমন্তে মাতৃভিঃ সুতাঃ। অনার্ত্তব, পুষ্পফলং দর্শয়ন্তি বনদ্রুমাঃ ॥১॥
গর্ভিণ্যো রাজপুত্রাশ্চ জনয়ন্তি বিভীষণান্। ক্রব্যাদাং পক্ষিভিশ্চাপি সহাশ্নন্তি পরস্পরম ॥২॥
ত্রিবিষাণাশ্চতুর্নেত্রা পঞ্চপাদা দ্বিমেহনাঃ। দ্বিশীর্ষাশ্চ দ্বিপুচ্ছাশ্চ দংষ্ট্রিণ পশবোঽশিবা ॥৩॥
জায়ন্তে বিবৃতাস্যাশ্চ ব্যাহরন্তোঽশিবা গিরঃ। ত্রিপদা শিখিনস্তার্ক্ষ্যাশ্চতুর্দংষ্ট্রা বিষাণিন ॥৪॥

( যুগ্মকম্ )

তথৈবান্যাশ্চ দৃশ্যন্তে স্ত্রিয়ো বৈ ব্রহ্মবাদিনাম। বৈনতেয়ান্ ময়ূরাংশ্চ জনয়ন্তি পুরে তব ॥৫॥
গোবৎসং বড়বা সূতে শ্বা শৃগালং মহীপতে। কুক্কুরান্ করভাশ্চৈব শুকাশ্চাশুভবাদিন ॥৬॥
স্ত্রিয়ঃ কাশ্চিৎ প্রসূয়ন্তে চতস্র পঞ্চ কন্যকাঃ। জাতমাত্রাশ্চ নৃত্যন্তি গায়ন্তি চ হসন্তি চ ॥৭॥
পৃথগ্জনস্য সর্বস্য ক্ষুদ্রাকাঃ প্রহসন্তি চ। নৃত্যন্তি পরিগায়ন্তি বেদয়ন্তো মহদ্ভয়ম ॥৮॥

বেদব্যাসনা হায়ঃ—শত্রীগী গর্ভদগী লোলা পোকই। মচাশিনা মমা মমাগ নুংঙাইমিন্নবি। বনদা তৌরা ঊশিংনা ঋতু মতম্ চাদনা ঋতু অমদা ঋতু অমগী মতৈ মপাল্ শারি-যাল্লি ॥১॥ গর্ভপুবী নিংথৌগী মহারাণীশিংনা অকিব ফংবা মূর্ত্তিগী মচা পোক্লি। শাহিংচাব শাশিংনা উচেক্শিংগা মকম্ অমত্তদা চামিন্থক্মিন্নরি ॥২॥ খরনা অহুম্ লোঙ্বা, খরনা মমিৎ মরি পান্বা খরনা শিঙ্গ অনী লোঙবা, খরনা মকোক্ অনী পান্বা, খরনা মমৈ অনী পান্বা, খরনা মযা চৌবা, শা-জাৎ জৎনা অমঙ্গলগী মশক্ ওইরবা খোল্লাউনা লাউরি। অতুগা শাজাৎ খরনা হেক্ পোকপগা মযা কাথোক্লুনা অকিব ফংনা খোংলি। লাঙ্জা মান্বা উচেক্শিংনা মখোং অহুম্ পাম্ন, মতোক পাম্ন, ময়া মরি লোঙ্না, মচী হৌনা পোক্লক্লি ॥৩—৪॥ নিংথৌ। নহাক্কী কোনুং মনুংদা লৈরিবী ব্রাহ্মণ নুপীশিং অসিনা মচীম্ন লাঙজা মান্বা, রাহোং মানবা মচা ভাক্ত্রে পোক্লি ॥৫॥ নিংথৌ! শগোল্ন শম্, হুইনা লমহুই, শজিনা হুই ভাক্ত পোক্লি। তেনরা উচেক্ ফাওবা অকিব ফংনা যাক্ল খোংলে। ॥৬॥ নুপীশিংনা অমুক্তদা মচানুপী মরি-মরি, মঙা মঙা পোক্লে। অতুগা পোক্পদা ভারিবী নুপীমচা কন্যাশিং অহুম্ন হেক্ পোক্পগা নোক্লি, ঈশৈ শাক্ল অতুগা মগোই শারি ॥৭॥ অতোন্বা জাতিদা পোক্লবা খোঙতেক্পা, মীত্তাংবা,

প্রতিমাশ্চালিখন্ত্যেতাঃ সশস্ত্রাঃ কালচোদিতাঃ। অন্যোন্যমভিধাবন্তি শিশবো দণ্ডপাণয়ঃ ॥৯॥
অন্যোন্যমবমৃদ্নন্তি নগরাণি যুযুৎসব.। পদ্মোৎপলানি বৃক্ষেষু জায়ন্তে কুমুদানি চ ॥১০॥
(যুগ্মকম্)

বিষ্বগ্‌বাতাশ্চ বাত্যুগ্রা রজো নাপ্যুপশাম্যতি। অভীক্ষং কম্পতে ভূমিরর্ক, রাহুরুপৈতি চ ॥১১॥
শ্বেতো গ্রহস্তথা চিত্রা, সমতিক্রম্য তিষ্ঠতি। অভাবং হি বিশেষেণ কুরূণাং তত্র পশ্যতি ॥১২॥
ধূমকেতুর্মহাঘোর. পুষ্যঞ্চাক্রম্য তিষ্ঠতি। সেনয়োরশিবং ঘোর, করিষ্যতি মহাগ্রহ· ॥১৩॥
মঘাস্বঙ্গারকো বক্র শ্রবণে চ বৃহস্পতি·। ভগ, নক্ষত্রমাক্রম্য সূর্য্যপুত্রেণ পীড্যতে ॥১৪॥
শুক্র প্রোষ্ঠপদে পূর্ব্বে সমারুহ্য বিরোচতে। উত্তরে তু পরিক্রম্য সহিত সমুদীক্ষতে ॥১৫॥
শ্যামো গ্রহ প্রজ্বলিত. সধূম ইব পাবক·। ঐন্দ্রং তেজস্বি নক্ষত্র, জ্যেষ্ঠামাক্রম্য তিষ্ঠতি ॥১৬॥
ধ্রুব প্রজ্বলিতো ঘোরমপসব্য, প্রবর্ত্ততে। রোহিণীং পীড়য়ত্যেবমুভৌ চ শশিভাস্করৌ।
চিত্রাস্বাত্যন্তরে চৈব বিষ্ঠিত পরুষগ্রহ· ॥১৭॥
বক্রানুবক্র, কৃত্বা চ শ্রবণং পাবকপ্রভ। ব্রহ্মরাশি সমাবৃত্য লোহিতাঙ্গো ব্যবস্থিত ॥১৮॥

---

অঙ্গ ভঙ্গ ওইবশি না অমুক্ত অকিবা ফংনা নাকৃই, অমুক্ত ঈশৈ শকৃই, অদুগা অমুক্তস্থু জগোই শাই ॥৮॥ মখুত্ত থুংলায পাযরবা লাইগী মূর্ত্তিশিং অসিনা মতম্ কৌবা লাইনা ইন্‌শিল্লক্তুনা, তু দ থোক্লক্কদবা থৌদোক্ মখামৃবু মখুৎত কলম্ পাযতুনা নোংমদোন্‌থক্ত ইব খোৎপগুম্ তৌরি। মখুত্ত চৈতূপ্ পাযবা, ফুননীভবা, অঙাংমচাশিংনা অমন অমগী মক্মদ, ফুনগদবগী চেল্‌শিল্লি। অদুগা মখোয়না সনালুপানা শাবা যুবাদলালশিং অসিবু থুগাইবা হৌরি। অদুগা থম্বালশিংন থরোঅশংবা অঙৌবশিংনা উথক্ত শাৎপা উরি ॥৯—১০॥ মাযকৈ পুম্বদগী অকিব নুংশিৎ শীৎকৎলক্লি উফুল হৌবনা লোইব খম্বা নাইদ্রি। তায়না য়ুহা হারি। য়োৎলগে হায়বগী মতাগুম্না রাহুনা নুমিৎলোম্‌দা চেলশিল্লি ॥১১॥ কেতুনা চিত্রানক্ষত্রবু লাম্থোক্‌খিদুনা স্বাতী নক্ষত্রগা কল্লি অদুনা মহাক্ না কৌরবশিংগী ওইরক্কদবা অরাৎপা হুম্বরক্কদবা মতৌশিং অসি উরি ॥১২॥ থোইনা অকিবগী মশক্ কংলবা, ধূমকেতুনা পুষ্যানক্ষত্রবু লাম্থোক্‌খিদুনা লৈরি। অদুনা মহাক অসিনা পক্ষ অনীমক্কী অমঙ্গল ওইবা থবক তৌগদৌরি ॥১৩॥ মঙ্গল গ্রহনা খোয়না-খোযনা মঘা নক্ষত্রগী নাক্ত চঙ্‌শিল্লি। বৃহস্পতিনা শ্রবণানক্ষত্রগা লৈমিন্নরি। অদুগা শনিগ্রহন মঘানক্ষত্রবু লাম্থোক-খিদুনা য়াম্ন অরাব পীরি ॥১৪॥ শুক্রনা পূর্ব্বভাদ্রপদ নক্ষত্রদা কাখৎতুনা ঙানবা হৌরি। মহাকমক্ত উত্তরভাদ্রপদ নক্ষত্রদ চঙশিন্দুনা য়াম্ন শাথিনা তিন্নদুনা মহাক্কী মকোব লৈকম্‌দা লৈব উরি ॥১৫॥ রাহুনা মৈখু যাওব মৈগী মতৌগুম্ন চাক্তুনা ইন্দ্রগী মাগী দেবতা ওইবী, তেজলৈরবী জ্যেষ্ঠা নক্ষত্রবু লাম্থাকতুনা চৎখ্রি ॥১৬॥ লংলবা ধ্রুবনক্ষত্রনা অকিবকংনা ওযবোম্‌দা লৈরি। কেতুনা চিত্রাগা স্বাতীনক্ষত্রগা অনীগী মরক্ত লৈদুনা রোহিণীনক্ষত্রবু অদুগা চন্দ্র সূর্য্য অনীবুস্থু নৈন্নি, অরাব পীরি ॥১৭॥ অদুগা মৈগী মতৌগুম্না লংলবা মঙ্গল গ্রহনা হুম্ন হুম্ন খোযন চত্তুনা

সর্বশস্যপরিচ্ছন্না পৃথিবী শস্যশালিনী। পঞ্চশীর্ষা যবাশ্চাপি শতশীর্ষাশ্চ শালয়ঃ ॥১৯॥
প্রধানা সর্বলোকস্য যাস্বায়ত্তমিদং জগৎ। তা গাবঃ প্রস্নুতা বৎসৈ শোণিতং প্রক্ষরন্ত্যত ॥২০॥
নিশ্চেরুরর্চিষশ্চাপাৎ খড়্গাশ্চ জ্বলিতা ভৃশম্। ব্যক্তং পশ্যন্তি শস্ত্রাণি সংগ্রামং সমুপস্থিতম্ ॥২১॥
অগ্নিবর্ণা যথা ভাস শস্ত্রাণামুদকস্য চ। কবচানাং ধ্বজানাঞ্চ ভবিষ্যতি মহাক্ষয় ॥২২॥
পৃথিবী শোণিতাবর্ত্তা ধ্বজোড়ুপসমাকুলা। কুরূণাং বৈশসে রাজন্! পাণ্ডবৈঃ সহ ভারত! ॥২৩॥
দিক্ষু প্রজ্বলিতাস্যাশ্চ ব্যাহরন্তি মৃগদ্বিজাঃ। অত্যাহিতং দর্শয়ন্তঃ শংসিষ্যাণা মহদ্ভয়ম ॥২৪॥
একপক্ষাক্ষিচরণঃ শকুনি খচরো নিশি। রৌদ্রং বদতি সংরব্ধঃ শোণিতং ছর্দ্দয়ন্নিব ॥২৫॥
শস্ত্রাণি চৈব রাজেন্দ্র! প্রজ্বলন্তীব সংপ্রতি। সপ্তর্ষীণামুদারাণাং সমবচ্ছাদ্যতে প্রভা ॥২৬॥
সংবৎসরস্থায়িনৌ চ গ্রহৌ প্রজ্বলিতাবুভৌ। বিশাখায়াঃ সমীপস্থৌ বৃহস্পতিশনৈশ্চরৌ ॥২৭॥
চন্দ্রাদিত্যাবুভৌ গ্রস্তাবেকাহ্না হি ত্রয়োদশীম্। অপর্বণি গ্রহং যাতৌ প্রজাসংক্ষয়মিচ্ছত ॥২৮॥

---

হৌজিকমক্ বৃহস্পতিগী মকর রাশীদা অড়গা শ্রবণানক্ষত্রদা চঙশিন্দুনা লৈরি ॥১৮॥ লৌবুক্ পুম্নমক্ মচৈমরোংগী পাম্বীনা পুম্থল্ থল্লে। অড়ু যব পাম্বী অমগী মতোল্ মঙামঙা অড়গা কো পাম্বী মতোল্ চাম চাম থোক্লা লোঙথ্রে ॥১৯॥ জগৎপুম্ব মখোযগী মথা পোন্ন লৈবিবী লোক পুম্নমক্কী মকোক ওইন লৈরবী শম্বীশিং অসিনা মচা মথোম্ থকথ্রবা তুংদা মশাদগী ঈ শিন্থরি ॥২০॥ লীক খি.বক্রগী মৈরি থোকলি থাঙশাং পুম্নমক ঈরং লংন চাক্লি। অড়না খুৎলায়শিং অসিনা চাউরবা, অকিব ফংলবা লাঞ্জাও অম থোক্লরগান হায়না তাক্লি অড়গা থোক্লনবা আশা তৌর ॥২১॥ খুৎশাথশিংনা, ঈশিংনা, লান্গী কীজালশিংনা অড়গা কীরাল্শিং অসিনা মৈগী মতাগুম্না পুম্ঙাল্ ঙাল্লকপা অসিনা মীযাম্ শিনব থোদোক অম থোক্কদোরে ॥২২॥ ভরতনন্দন, নিংথৌ। পাণ্ডবশিংগা কৌরবশিংগা শোক্লগদৌরিবা লাঞ্জাও অসিদা পৃথিবী লৈমায়থক্ আস ঈগী ঈথোং চেন্গদৌর। ঈগী তুরেল্ অদুদা ফিরাল্শিং অসিনা পোঙ ওইগদৌরি ॥২৩ মচীল্-মমায় লংলবা শা উচেকশিংনা ক্ষত্রিয পুম্নমক্কী মাঙনবগী মশক ওইরবা আকব ফংলবা থোদোক অম লাক্কদোরে হায়বদু তাকতুনা মায়কৈ মবিদা কোয়চেল্ চেন্দুনা খোংলি ॥২৪॥ মশা অমত পান্বা, মমীৎ অমত মছুংপা, মথোং নামত মপান্বা উচেক জাৎ অমনা য়াম্না শাউনা অহিংদা, অতিয়াদা কোযপাই পাইদুনা মম্নাদগী ঈ ওথোক্তুনা অকিব ফংনা খোংলি ॥২৫॥ নিংথৌ অথোইবা। হৌজিক্কী মতম্দা খুৎত খুৎলায় পুম্নমকসি মৈরিথোক্না চাক্লি। মওং মতৌ চাউরবা সপ্তর্ষিগী মঙাল্ অসি অচম্বা নক্ষত্রশিংগী মঙাল্ কুপথিবগুম্ন তৌরে ॥২৬॥ বৃহস্পতিগা শনিগা অরংবা গ্রহ অনীসিনা রাশি অমমম্দা, চহী অমমম্ চুপন নোংমত্ত রাৎত্তনা লৈরবসু হৌজিক্কা মতম্সিদদি বিশাখানক্ষত্রগী মনাক্ত চঙশিন্থুনা লৈরি ॥২৭॥ মুমিৎকা থাগা গ্রহ অনীসি নোংমতদ ত্রয়োদশীতিথিদা য়াহুনা উম্লি। অমুনা পূর্ণিমাগা

অশোভিতা দিশঃ সর্বাঃ পাংশুবর্ষৈঃ সমন্ততঃ। উৎপাতমেঘা রৌদ্রাশ্চ রাত্রৌ বর্ষন্তি শোণিতম্ ॥২৯॥
কৃত্তিকাসু গ্রহস্তীক্ষ্ণো নক্ষত্রে প্রথমে জ্বলন্। বপূংষ্যপহরংস্তাসাং ধূমকেতুরবস্থিতঃ।
কৃত্তিকাঃ পীড়য়স্তীক্ষ্ণং নক্ষত্র পৃথিবীপতে। ॥৩০॥
অভীক্ষ্ণং বাতা বায়ন্তে ধূমকেতুমবাস্থিতা। বিষমং বেদয়ন্ত্যেত আক্রন্দজননং মহৎ ॥৩১॥
ত্রিষু পূর্বেষু সর্বেষু নক্ষত্রেষু বিশাম্পতে। বুধ সম্পততেঽভীক্ষ্ণং জনয়ন ভয়মুত্তম ॥৩২॥
চতুর্দ্দশীং পঞ্চদশীং কদাচিদপি ষোড়শীম্। ইমান্তু নাভিজানামি ভূতপূর্বাং ত্রয়োদশীম ॥৩৩॥
চন্দ্রসূর্য্যাবুভৌ গ্রস্তাবেকাহ্না হি ত্রয়োদশীম্। অপর্বণি গ্রহেণৈতৌ প্রজা সংক্ষপয়িষ্যতঃ ॥৩৪॥
মাসং সর্বং পুনস্তীব্রমাসীৎ কৃষ্ণচতুর্দ্দশীম্। শোণিতৈর্বক্ত্রসম্পূর্ণা অতৃপ্তাস্তত্র রাক্ষসা ॥৩৫॥
প্রতিস্রোতোঽবহন্নদ্যঃ সরিতঃ শোণিতোদকাঃ। ফেনায়মানাঃ কূপাশ্চ নর্দ্দন্তি বৃষভা ইব ॥৩৬॥
পতন্ত্যুল্কাঃ সনির্ঘাতাঃ শক্রাশনিসমপ্রভাঃ। অদ্য চৈব নিশাং ব্যুষ্টাং মনয়ং সমবাপ্স্যথ ॥৩৭॥

---

অমাবস্যাগী তিথি অনীদি নৎতবা অতোপ তিথিদা রাহুনা গ্রাস তৌবসিনা, মশীগী লাকওমন্ত্রবা মীয়াম্ তুমনবগী খুদম্ অম পীবি ॥২৮॥ মাযকৈ মবিদগী উফুল্-বাইফুল্ চুথবকপা, চাইশল্লকপ অসিন মাযকৈ পুম্বগী ফজন কৌবা লৈখিদ্রে পুম্মম্ মমখ্রে। অহিংদা নোংগী মপেনা উপদ্রব ওইনা ঈ ভাক্তু চুখি ॥২৯॥ কেতু অদুগা লংলবা ধুমকেতুনা মীয়াম্ তুম্নবগী খুদম্ উৎতুনা লেপ্লবা কৃত্তিকা নক্ষত্রবু ওৎতুনা কৃত্তিকাগা অশ্বিণীগা অনীদা চঙতকুনা লৈরবি ॥৩০॥ নুংশিৎনা হন্ন হন্ন ধুমকেতুগী মাযকৈদা শীৎলি। মরম্ অদুনা নুংশিৎ অসিনা অকিব ফংনা অকপ অরাউ খোক্কদোরিবাসগী খুদম পীবি ॥৩১॥ নিংথৌ। বুধগ্রহনা থোইনা অকিব করবা লোদোক অম খোক্কদোরিবসিগী খুদম্ উৎতুনা পুর্ব্বফাল্গুনী, পুর্ব্বাষাঢা অদুগা পুর্ব্বভাদ্রপদ নক্ষত্ররোম্‌দা চঙশিল্ল ॥৩২॥ মতৌশানা তরামঙাশুবা তিথিদা তিপি অমনা কবিগুম্ব লৈত্রব-ব্রাৎলবদা চতুর্দ্দশী তিথিদা, অদুগা করিগুম্বা তিথি অম বাঢা লৈরবদা তরাতকর্নি শুবদা চন্দ্রগী ওইরবসু সূর্য্যগী ওইরবসু গ্রহণ অমতং মতৌনৈ হায়বসি খঙিঙে। অদুবু ত্রয়োদশী তিথিমক্তদ সূর্য্য চন্দ্র অনীমক্কী গ্রহণ তৌবিবসিগী মরম্‌দি ঐখোয় খঙদে ॥৩৩॥ নোংমগী মপুংদা ত্রয়োদশীদা চন্দ্র সূর্য্য অনীমক্প্ত বাহুনা গ্রাস তৌখি। অদুনা, পূর্ণিমাগা অমাবস্যাগা অসি নত্তবা অতোপ্প তিথিদা গ্রহণ তৌরবসিনা চন্দ্রসূর্য্য অনীমক্কা মীপুম্ববু মাঙহল্লবা তারে ॥৩৪॥

অদুগা হন্দক্কী কৃষ্ণ পক্ষগী চতুর্দ্দশীদা শত্রুমগী নোং কম্ন চুখি। অদুনা লোক দোরিবা লাঞ্জাও অসিদা থিংচাবাশিংনা থৌবোঙ থম্ন থম্ন ঈ থক্রবসু পেল্লোইদোরি ॥৩৫॥ হৌজিক্ তুরেল্‌শিংগী ঈচেলসে হংগৎনা চেল্লি। অদুগা ঈশিং অদুদা ঈ শান্ন যাওই। অদুগা লুরবা গুহাশিংনা কোংগোল্ ওথোবক্লি অদুগা শল্লাবগুম্না খোংলি ঙংলি ॥৩৬॥ ইন্দ্রগী বজ্রগা মান্নরবা, তেজ কল্লবা নোংথাংগ লোযনরব শণ্ডাইশেল্‌না তোয়ন তারি, পাথরি। অদুনা, ঙসি অহিং অসি হেক লেন্‌বগা নাখোয়না তৌখ্রিবা কর্ম্মবা নীতিশিং অদুগী মহৈ শোয়দনা ফংগনি ॥৩৭॥ চাউ শাংলবা, লংলবা শণ্ডাই

বিনি.সৃত্য মহোল্কাভিস্তিমিরং সর্বতো দিশম্ । অন্যোন্যমুপতিষ্ঠন্তিস্তত্র চোক্তং মহর্ষিভি. ।
ভূমিপালসহস্রাণাং ভূমি° পাস্যতি শোণিতম্ ॥৩৮॥

কৈলাসমন্দরাণাস্তু তথা হিমবতো গিরে । সহস্রশো মহাশব্দং পতন্তি শিখরাণি চ ॥৩৯॥
মহাভূতা ভূমিকম্পে চত্বার সাগরা পৃথক্ । বেলামুদ্বর্ত্তয়ন্তীব ক্ষোভয়ন্তো বসুন্ধরাম ॥৪০॥
বৃক্ষানুন্মথ্য বান্ত্যগ্রা বাতা° শর্করকর্ষিণ । আভগ্না স্রমবহাবাতৈরশনীভি° সমাহতা ॥৪১॥
বৃক্ষাঃ পতন্তি চৈত্যাশ্চ গ্রামেষু নগরেষু চ । নীললোহিতপীতশ্চ ভবত্যগ্নির্হুতো দ্বিজ ॥৪২॥
বামাচ্চিত্‌দুষ্টগন্ধশ্চ মুঞ্চন্ বৈ দারুণং স্বনম । স্পর্শা গন্ধা রসাশ্চৈব বিপরীতা মহীপতে ! ॥৪৩॥
( যুগ্মকম্ )

ধূ াং ধ্বজা প্রমুঞ্চন্তি কম্পমানা মুহুর্মুহু । মুঞ্চন্ত্যঙ্গারবর্ষঞ্চ ভের্য্যশ্চ পটহাস্তথা ॥৪৪॥
শিখরাণা৲ সমৃদ্ধানামুপবিষ্টা৲ সমন্তত. । বায়সাশ্চ রুবন্ত্যগ্র বামং মণ্ডলমাশ্রিতা. ॥৪৫॥
পক্কাপক্কেতি সুভৃশ৲ বাবাশ্যন্তে বযা৲সি চ । নিলীযন্তে ধ্বজাগ্রেষু ক্ষয়াস পৃথিবীক্ষিতা৲ ॥৪৬॥
ধ্যাযন্ত প্রকিরন্তশ্চ ব্যালা বেপথুস.যুতা । দীনাস্ত্বঙ্গযা সর্ব্ব বাবণা সলিলাশ্রয়া ॥৪৭॥

শেলশিংনা নোংমদোস্থক্তগী তারবতুনা মাযকৈ পূম্বগী অমম্ব অ'স পূম্মাং মাঙহল্লম্বানি। মাঠু উরগা মহর্ষিশি°না—অস্মুম্ন হাযনখি—মাত্তুদি পৃথিবী অসিনা নিংথৌ লিশিং লিশিংগী ঈ চুপ্লগদব খিৎত ঙাযরে ॥৩৮॥ কৈলাস মন্দর, অতুগা হিমালয়নচিংব চীঙগী চীঙদোল৲ লিশিং লিশিন হৌরবা খোঙ্গেলগা লোয়নন৷ তৎতন কীন্থরি ॥৩৯॥ মুহারাব মতম্‌দা সমুদ্রমরিনা ঈনোৎহৌরক্ত্না, পৃথিবীবু পকথক্ নীকহন্দুনা, তোঙাল তোঙান্না তোর্ববান্দুদগী লাপন হাইগৎনবক্লি ॥৪০॥ নুংকুপ চোক্তপ হুম্মকপা নুংশিংনা অকিবগী মশক ফ°না উরা পূম্মকপু থকথক নোম্‌হন্দুনা কম্না শীৎলি। অকনবা নু শিংকা বজ্রগনা যৈব থাবদা চাউব চাউবব উকযা তেক্লি ॥৪১॥ * নিংথৌ। খুল খুল খুদি°দা, নগর অযাম্বদা চাউর চাউবব উ অমদি যজ্ঞমন্দিব কযা কযা নীঙ্খাযবি। ব্রাহ্মণশি°না হোম তৌবা মতম্‌দা মৈনা অকিবফংনা ঙংতুনা অমুক ঈ, অমুক্ন নাপু, অমুক্ন ঈশং শংবা মচু পুন্থনা চাকখৎলাক্লি। অতুগা মৈবিনা ওযরোম্‌দা লৈন লৈনচাক্লি। অতুগা মাত্তদগী নম্থিরব মনম্ কাপ্‌থোরক্লি। অতুগা শোকপা, মনম্, মহাওনচিংবসি লোইন ওন্ন তৈনরক্লি ॥৪২—৪৩॥ ফিরালশিংনা থোব্‌থোক্ নোম্‌থুনা মৈথু কামথোরক্লি। পুং পুংজাউশিংনা মৈতাল্ অশাব—পাই-থোক্‌হল্লক্লি ॥৪৪॥ নীঙ্‌খিজরবা ফুরা দলাল্-চোক্‌পল্ মথক্তা কাক মপৈ-মপৈনা ওয়োইনবা তোংথুনা অকিব ফংনা খোংলি ॥৪৫॥ উচেক্ জাৎ মপৈ-মপৈনা "পকা-পকা" হায়না অতৎ অথম্ লৈতনা কম্ন-কম্ন খোংলি। অতুগা মখোয়না অমুক্ পাইথোক্‌খিতুনা ফিরাল্ মতোল্কা তোংথুনা ক্ষত্রিয় নিংথৌগী তুম্‌খিননবগী খুদম্ পীরি ॥৪৬॥ ফক্রবা মশাদ দোষ লৈরবা শাম্নশিংনা মমীৎ উষ্টশিন্দুনা, থক্ থক্ নীক্ল মপান্-থোক্‌তোক্‌লি, মাংথোক্লি। শগোল্ পুম্নমক্ মায়থোং

* টীকা—পূম্নমক অসি অরাপ্ন অনকপা নাইদনা ব্যাসনা দিব্যদৃষ্টিনা উই।

এবংবিধং হ্যনিমিত্তং ক্ষয়ায় পৃথিবীক্ষিতাম্। ভৌমং দিব্যঞ্চান্তরিক্ষং ত্রিবিধং জায়তেঽনিশম্ ॥৪৮॥
এতচ্ছ্রুত্বা ভবানত্র প্রাপ্তকালং ব্যবস্যতাম্ যথা লোকঃ সমুচ্ছেদং নায়ং গচ্ছেত ভারত। ॥৪৯॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

পিতুর্বচো নিশম্যৈতদ্ধৃতরাষ্ট্রোঽব্রবীদিদম্। দিষ্টমেতৎ পুরা মন্যে ভবিষ্যতি নবক্ষয়ঃ ॥৫০॥
ক্ষত্রিয়া ক্ষত্রধর্ম্মেণ যদি বধ্যান্ত সংযুগে। বীরলোক সমাসাদ্য সুখং প্রাপ্স্যন্তি কেবলং ॥৫১॥
ইহ কীর্ত্তিং পরে লোকে দীর্ঘকালং মহাসুখম্। প্রাপ্স্যন্তি পুরুষব্যাঘ্রাঃ প্রাণাংস্ত্যক্ত্বা মহাহবে ॥৫২॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবং মুনিস্তদেত্যুক্ত কবীন্দ্রো রাজসত্তম।। ধৃতরাষ্ট্রেণ পুত্রেণ ধ্যানমন্বগমৎ পরম্ ॥৫৩॥
স মুহূর্ত্ত তথা ধ্যাত্বা পুনরেবাব্রবীদ্বচ। অসংশয়ং পার্থিবেন্দ্র! কাল স ক্ষয়তে জগৎ ॥৫৪॥
সৃজতে চ পুনর্লোকান নেহ বিদ্যতি শাশ্বতম্। জ্ঞাতীনাং বৈ কুরূণাঞ্চ সম্বন্ধিসুহৃদাং তথা ॥
ধর্ম্ম্যং দর্শয় পন্থান সমর্থো হ্যসি বারণে। ক্ষুদ্র জ্ঞাতিবধং প্রাহুর্মা কুরুষ মমাপ্রিয়ম্ ॥৫৬॥

(যুগ্মকম্)

লাংশিল্লি। শান্নু খবনা চৎখিড়ুনা ঈশিংদা লুপ্‌খ্রি ॥৪৭॥ নিংথৌশিং অসিগী মাঙ্‌-তাক্লনবগী মশক্ ওইবব, লৈমাযশক্কী, নোংমদোন্ থক্কী অমদি অতিযাগী কক্ত্রবা খুদম্ মখল্ অহুম্ তম্তনা উবি ॥৪৮॥ ভরতনন্দন! ঐনা হাযবিবসি মুন্না তারগা, মতম্ অসিদা তৌবা হৌনবা থবক্ অদু পাঙথোক্লব তৌ। মীপুম্মক্ অসি অমত থাক্ত মথৈ তুম্ন শিদনবসি হোৎনতৌ ॥৪৯॥ বৈশম্পাযননা হায: ধৃতরাষ্ট্রনা মপাব্যাসগী ৱা অসি তাবদা অসুম্না হাযরকই—পৃথীবীগী মী অযাম্ব তুম্মরনি মাসি লাইনা তম্‌থ্রবনি হাযবসিদি ঐ নহাক্ন খন্দুনা লৈজরবনি ॥৫০॥ ক্ষত্রিয়শিং অসিনা ক্ষাত্রয ধর্ম্মগী মতুংইন্না, মাযওন্দব লান্দা শিথ্রবদি মথোয পুম্বা বীরলোক্ত চৎখিড়ুনা অতৎ-অথম্ লৈত্রবা নুঙাইবদু ফংগান ॥৫১॥ নিপা অথোইবশিংসিনা লাঞ্জাওদা মথৱাই থায়গ ইহলোকত মিংচৎ, পরলোক্‌ত থোইদোক্ল নুংঙাইব ফংগনি ॥৫২॥ বৈশম্পাযননা হায:—নিংথৌ অথোইবা! মচা ধৃতরাষ্ট্রনা অসুম্না হাযরবদা কবি অথোইবা বেদব্যাসনা "ফরে, মাঙ্গমক্ ওইরসু" অসুম্না হাযরগা তুমিন্ন ঙহাক ধ্যান তৌখি ॥৫৩॥ বেদব্যাসনা ঙহাক ধ্যান তৌবগা অমুক্ অসুম্ন হায়রকই:—নিংথৌ অথোইবা! কাল হাযব লাই অসিনা সোয়দন জগৎপু অমুমুক মাঙহল্লি ॥৫৪॥ অদুগা কাল হাযবসিন অমুক জগৎপু শেম্মি। মরম্ অদুনা জগৎ অসিদা মাঙব লৈতনা লৈগদবা করিসু লৈতে। অদুনা নহাক্ল কৌরবকী শাগৈনাতৈশি অসিবু, মরূপমপাংশিংসিদা, ধর্ম্মগী ওইব লম্বী তাকউ। মরম্দি নংনবু তৌগে হায়ববদ লাঞ্জ ও অসে নহাক হৌজিকসু খিংব ঙম্মু। অমরোম্দা শাগৈ মশেল্ অমগমগ হাৎনবা হাযবসে মহর্ষি জ্ঞানীশিংনা য়াম্ন তোনব থবক্নি হায়। অদুনা, ঐনা তৌহন্নীঙ্‌দবা শাগৈ মশেল হাৎনবা হায়বসে নং

কালোঽয়ং পুত্ররূপেণ তব জাতো বিশাম্পতে!। ন বধঃ পূজ্যতে বেদে হিতং নৈব কথঞ্চন ॥৫৭॥
হন্যাৎ স এনং যো হন্যাৎ কুলধর্ম্মং সনাতনম্। কালেনোৎপথগন্তাসি শক্যে সতি যথাপদি ॥৫৮॥
কুলস্যাস্য বিনাশায় তথৈব চ মহীক্ষিতাম্। অনর্থো রাজ্যরূপেণ তব জাতো বিশাম্পতে! ॥৫৯॥
লুপ্তধর্ম্মা পরেণাসি ধর্ম্মং দর্শয় বৈ সুতান্। কিন্তে রাজ্যেন দুর্দ্ধর্ষ! যেন প্রাপ্তোঽসি কিল্বিষম্ ॥৬০॥
যশো ধর্ম্মঞ্চ কীর্ত্তিঞ্চ পালয়ন্ স্বর্গমাপ্স্যসি। লভন্তাং পাণ্ডবা রাজ্যং শমং গচ্ছন্তু কৌরবাঃ ॥৬১॥
এবং বদতি বিপ্রেন্দ্রে ধৃতরাষ্ট্রোঽম্বিকাসুতঃ। আক্ষিপ্য বাক্যং বাক্যজ্ঞো বাক্যজ্ঞমব্রবীৎ পুনঃ ॥৬২॥

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

যথা ভবান্ বেত্তি তথৈব বেত্তা ভাবাভাবৌ বিদিতৌ মে যথার্থম্।
স্বার্থে হি সম্মুহ্যতি তাত! লোকো মাঞ্চাপি লোকাত্মকমেব বিদ্ধি ॥৬৩॥
প্রসাদয়ে ত্বামতুলপ্রভাব! ত্বং নো গতির্দর্শয়িতা চ ধীর!।
ন চাপি তে মদ্বশগা মহর্ষে! ন চাধর্ম্মং কর্ত্তুমর্হা মতির্মে ॥৬৪॥

---

তৌগনু তৌহনগনু ॥৫৫—৫৬॥ নিংথৌ। কাল হায়বা লাই অদুনা নংগী নচা শারগনা পোক্লরে। বেদদা হিংসাগী প্রশংসা অমত লৈতে। মরম্দি হিংসা হায়বসিনা করিগুম্ব কনাগুম্ব অমতগী করিগুম্ব অকব অমত তৌব লৈতে ॥৫৭॥ মমাঙৈদগী শাগৈগী চৎনরক্লবা কর্ম্মবু মাঙহন্‌বা মী মহাক অদুবু ওন্‌থহন্‌না কুলধর্ম্ম অদুমক হাৎলৈ, নিংথৌ। নং অসি কালগী শক্তি অদুনা নম্‌হৎখত্লুনা, অরাবগী মতম্‌দা তৌবগুম্বা, নুংঙাইগদৌবা মতম্‌দসু অরান্‌ব লম্বীদা চৎলে ॥৫৮॥ নিংথৌ। শাগৈ অসি অদুগা নিংথৌ মযাম্ মাঙ্‌হনবগীদমক্ত নংগী অমাঙ্‌বা হায়বদুনা রাজ্য সম্পত্তি শাশিন্নহুনা লাক্লবনি, খণ্ডু ॥৫৯॥ অকন্‌ব নিংথৌ। নংগী ধর্ম্ম হায়বদো খজিক্ত মঙাযরে লোইনা মুৎকদনা। অহুনা নচাশিং অসিদা ধর্ম্মগী লম্বী উৎলু। নশানদি পাপী ওইরগা মরোল্ অহুম্‌গী সম্পত্তি অমদি রাজ্যনা কৈদোদোরিবনো? ॥৬০॥

নহারা মিংচৎকা, ধর্ম্মগা অনী ঙাক্লবতদা স্বর্গ ফংগনি। অহুনা, পাণ্ডবশিংনা ফংকম্ খোক্‌পা শৈপাক্ অহু ফংজসনু অদুগা কৌরবশিংনা মখোযগা সন্ধি তৌনহুনা শান্ত ওইন লৈজগ্রসনু ॥৬১॥ বেদব্যাসনা অসুম্না হায়বদা, হায়রিবহু করিনো হায়বসি মুম্না খঙলবা অম্বিকাগী মচা ধৃতরাষ্ট্রনা বেদব্যাসবু মরক্ত থিংহুনা অসুম্না হায়রকই ॥৬২॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—পিতৃদেব! মহর্ষি। পিতৃদেবনা মঙ্গল অমঙ্গলগী রা পূম্বা খঙবিরিবহুগুম্বা ঐসু খঙজৈ। অরাবা নুংঙাইবগী কার্য্য কারণ পূম্নমক্‌সু ঐ খঙজৈ। অহুবু তাইনং মী হায়বসে মশাগী ওইজবা থিবা হায়বসিদা ঙাওহুনা শৈনরি। ঐসু তাইবং মী অমতনি হায়বসি খঙবিযু ॥৬৩॥ চাংদম্নীঙাই লৈত্রবা তেজ পুরবা মহর্ষি! জ্ঞানীপূম্বগী অথোইবা! পিতৃদেব! ঐনা মহর্ষিবু পেলহজরি, শাউথিগনু। মহর্ষিদি ঐখোয পূম্বগী চঙজফম্নি অদুগা তাকপি তৌকপিবা মীশক্নি। ঈচাশিং মযাম্ অসি

ত্বং হি ধর্ম্মপ্রবৃত্তিশ্চ যশঃ কীর্ত্তিশ্চ ভারত। কুরূণাং পাণ্ডবানাঞ্চ মান্যশ্চাপি পিতামহ ॥৬৫॥

ব্যাস উবাচ।

বৈচিত্রবীর্য্য! নৃপতে! যত্তে মনসি বর্ত্ততে। অভিধৎস্ব যথাকামং ছেত্তাস্মি তব সংশয়ান্ ॥৬৬॥

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

যানি লিঙ্গানি সংগ্রামে ভবন্তি বিজয়িষ্যতাম্। তানি সর্ব্বাণি ভগবন্! শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ ॥৬৭॥

ব্যাস উবাচ।

প্রসন্নভাঃ পাবক উর্দ্ধরশ্মিঃ প্রদক্ষিণাবর্ত্তশিখো বিধূমঃ।
পুণ্যা গন্ধাশ্চাহুতীনাং প্রবান্তি জয়স্যৈতদ্ভাবিনো রূপমাহুঃ ॥৬৮॥
গম্ভীরঘোষাশ্চ মহাস্বনাশ্চ শঙ্খা মৃদঙ্গাশ্চ নদন্তি যত্র।
বিশুদ্ধরশ্মিস্তপনঃ শশী চ জয়স্যৈতদ্ভাবিনো রূপমাহুঃ ॥৬৯॥
ইষ্টা বাচঃ পৃষ্ঠতো বায়সানাং সম্প্রস্থিতানাঞ্চ গমিষ্যতাঞ্চ।
যে পৃষ্ঠতস্তে ত্বরয়ন্তি রাজন্! যে চাগ্রতস্তে প্রতিষেধয়ন্তি ॥৭০॥
কল্যাণবাচঃ শকুনা রাজহংসাঃ শুকাঃ ক্রৌঞ্চাঃ শতপত্রাশ্চ যত্র।

---

ঐগী রারক্কী মখা পোন্‌খিজে। অহুগা, ঐগী বুদ্ধনসু অবর্ম্মগী থবকত চঙবদ মতীক্ চাজে ॥৬৪॥ মহর্ষিদ ভরতবংশদা পোক্‌পশিংসিগী ধর্ম্ম অমাদ মিচং ফংনবগী মথক্ত মক্ত ওইবা কাবগনি। মহর্ষি নহাক্তনা ধৃতরাষ্ট্র অমদি পাণ্ডুগী মচাশিংসগী ঈকাইথুমবগী মশক্ ওইরবা মবুধো মহর্ষিনি ॥৬৫॥ বেদব্যাসনা হায়ঃ— বিচিত্রবীর্য্যগী মচা নিংথৌ ' নহাক্কী নপূক্কীংদা হৌজিক লৈরিবহু শেংনা হায়ু। নমী তম্না লোইনা হায়দোকউ, নহাক্কী চিংনবা পূম্বা কোকহন্‌গে ॥৬৬॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ— ভগবান্! লান্দা জয় ওইনবগী লক্ষণ পূম্নমক্ অদো হায়না অমুক্ত হায়বিয়ু, ঐ মাহু তাজনীঙও ॥৬৭॥ বেদব্যাসনা হায়ঃ— হোম তৌবা মতমদা মৈগী মৈরি অতুনা মক্তনা লংনা, চুম্ন, থক্‌লোমদ হায়গৎলক্‌পা, মৈরিনা যেৎলাইননা লৈবা, মৈথু থাংদবা, হোমগী মনমনা নুংশিনা ফাওগৎলক্‌পা, অদুগা পুংগী মখোম্না হেন ভংলবা নুমিৎ থাগী মশেক্ত অমবপা য়াওরবা মখোয অসিবু মহর্ষিশিংনা জয় ওইনবগী খুদম্‌নি হায়ৈ ॥৬৯॥ যাত্রা তৌবা মতম্‌দা ক্বাক্কী নৌরবা খোঞ্জেল য়ুমদগী যাত্রা তৌরক্‌পা মতম্‌দা ক্বাকশিং অতুনা যাত্রা তৌরিবহুগী তুংদা লৈবা, অদুগা মখোয়না চংলু চংলু হায়না ঈন্‌শিন্‌বা অদুগা মাঙদা লৈরম্বা ক্বাকশিং অদুনা চৎকনু হায়না থিংবা অসিপূম্নমক্ অসি জয় ওইগদবগী লক্ষণনি খুদম্‌নি ॥৭০॥

ব্রাহ্মণশিংনা হায়নৈ:— লাল যাত্রাগী মতম্‌দা লাওজা ভান্নু, তেনবা, ভান্নুথঙ্গোং শতপত্রা কৌবা উচেক্‌শিং অসিগা নুংশিনা খোংহুনা য়েৎওইননা লৈরবদি, লান্দা শোইদনা

প্রদক্ষিণাশ্চৈব ভবন্তি সংখ্যে ধ্রুবং জয়ন্তত্র বদন্তি বিপ্রা ॥৭১॥
অলঙ্কারৈ কবচৈ. কেতুভিশ্চ সুখপ্রণাদৈর্হেষিতৈর্বা হয়ানাম্ ।
ভ্রাজিষ্মতী দুষ্প্রতিবীক্ষণীয়া যেষাং চমুস্তে বিজয়ন্তি শত্রূন্ ॥৭২॥

হৃষ্টা বাচস্তথা সত্ত্ব, যোধানাং যত্র ভারত । ন ম্লায়ন্তি স্রজশ্চৈব তে তরন্তি রণোদধিম্ ॥৭৩॥
ইষ্টা বাচ প্রবিষ্টস্য দক্ষিণাং প্রবিবিক্ষত । পশ্চাৎ সন্ধারয়ন্তার্থমগ্রে চ প্রতিষেধিকা ॥৭৪॥
শব্দরূপরসস্পর্শগন্ধাশ্চাবিকৃতাং শুভা । সদা হর্ষশ্চ যোধানাং জয়ন্তামিহ লক্ষণম্ ॥৭৫॥
অন্বগা বায়বো বান্তি তথাভ্রাণি বয়াংসি চ । অনুপ্লবন্তি মেঘাশ্চ তথৈবেন্দ্রধনুংষি চ ॥৭৬॥
এতানি জয়মানানাং লক্ষণানি বিশাম্পতে । ভবন্তি বিপরীতানি মুমূর্ষতাং জনাধিপ ॥৭৭॥
অল্পায়াং বা মহত্যাং বা সেনায়ামিতি নিশ্চয় । হর্ষো যোধগণস্যৈকো জয়লক্ষণমুচ্যতে ॥৭৮॥
একো দীর্ণো দারয়তি সেনা সুমহতীমপি । তাং দীর্ণামনুদীর্যন্তে যোধা শূরতমা অপি ॥৭৯॥

জয় ওই ॥৭১॥ লালগী যাত্রা হেক্ তৌরকপদা লান্মীশিংগী ফীজোল, কবচনাচিংবা, ফিরাল্ অতুগা শগোল, শামুশি, অহুনা নুংশিনা মখোল্ থোরক্লবাদ লাল্ অতুদা জয় ওই। অতুগা নিংথৌ অতুগী লান্মীশিংনা হেক্ থোরকপদা মশেক মঙাল যাম্না থাংলবা অতুগা নাঙাথেনা যেংবমক ঙম্নদ্রবাদ মহাক্কী জয় শোযদন ওই। লান্মীশিং অতুনা যেক্লবশিংবু জয় তৌব ঙম্ম ॥৭২॥ ভরতনন্দন। মহাক্কী পক্ষগী লান্মীশিংনা ঙাঙথোক্ লাউথোবক্পদা তাব নুঙাইবা খোঙহেক যাওববা অতুগা চত্থোরক্পদা ঈচঙ্ থৌনা উরবা, মখোযগী মাযথোংনা খক্ মকাশন্দবা, অদু ওইরবদি, মহাক অদু লালগী ঈপাক্ অতুবু লাযনা লাম্থোক্পা ঙাম্ম ॥৭৩॥ যেক্লবগী লান্মীশিংগী মরক্ত চঙাশনবা মতমদা "জয ওইরেদনা" হাযবা আসিগুম্বা রাহৈনা, অতুগা যেক্লবগী লান্মীশিংগী মরক্ত চঙাশন্নাঙবা লনাইগী লান্মীশিংগী মচৌদগী "জয় শোযদনা তৌরগনি" হাযবা আসগুম্বা রাহৈনা, অতুগা তুংলোমদগীনা "চঙ্শিল্লু-তক্শিন্‌শি" হাযবা পুক্নীং থৌগংপগী রাহৈনা অতুগা মাঙলোংগীনা 'যিঙঙু-হাংল্লু' হাযব. আসিগুম্বা রাহৈনা তোযনা তারবাদ রাহৈ পুম্নমক্ অতুনা জয ওইবগী লেঙদ্রবা লক্ষণ খুদম্ ওই ॥৭৪॥ শব্দ, সপর্শ ( শোক্পা ) রুপ, মনম্ মহাউ মখোয মঙ আসনা চপচানা নশক্ হোংদ কাযদনা লৈববাদ মঙ্গল ওই অতুগা লান্মীশিংগী মমাযদা মশাদ হরাউ নুংঙাইবগী খুদম্মক্ত। মচাযববাদ মাহু জয ওইগদবগী খুদম্নি ॥৭৫॥ নোং নুংশিং অতুগা উচেক মখোয অসিনা তুংইন্নরকপগী মওংদা লৈরবাদ অতুগা নোংগা চুম্থাংগ অনী আসনা নোংমদান্দ। তাউহুনা চৎপগুম্ উরবাদ মাহু জয ওযগদবগী লক্ষণনি ॥৭৬॥ নিংথৌ। হাযারবশিংসে জয় ওইবগী খুদম্মক্তনি। অতুগা মাযথিবা ফংগদবা শিরগদব-শিংগীদি হাযাখ্রবশি, অ সগীদ ওম্ন তৈনবা ঙাক্ত ওই ॥৭৭॥ শম্ন হাযরবদা লান্মী থামগে থামসনু য়াম্মোই তোকসনু, মহাক অতগী লান্মীশিং অতুগী নুংঙাই হরাউবগী. ঈচঙ থৌবগী মওমক্ত ওইরবাদ মহাক্কী জয শোযদ্রবনি ॥৭৮॥ লান্মী অমতনা মহাক্কী মচীন্দগী থোরকপরাহৈনা পাকচাউরবা

দুর্নিবারতরা চৈব প্রভগ্না মহতী চমূঃ। অপামিব মহাবেগং ত্রস্তা মৃগগণা ইব ॥৮০॥
নৈব শক্যা সমাধাতুং সন্নিপাতে মহাচমূ। দীর্ণ ইত্যেব দীর্যন্তে সুবিদ্বা সোঽপি ভারত ॥৮১॥
ভীতান্ ভগ্নাংশ্চ সংপ্রেক্ষ্য ভয়ং ভূয়োঽভিবর্দ্ধতে। প্রভগ্না সহসা রাজন্ দিশো বিদ্রবতে চমূঃ।
নৈব স্থাপয়িতুং শক্যা শূরৈরপি মহাচমূ ॥৮২॥
সংভৃত্য মহতীং সেনাং চতুরঙ্গাং মহীপতিঃ। উপায়পূর্বং মেধাবী যতেত সততোত্থিতঃ ॥৮৩॥
উপায়বিজয় শ্রেষ্ঠমাহুর্ভেদেন মধ্যমম্। জঘন্য এষ বিজয়ো যো যুদ্ধাত্ বিশাংপতে ॥৮৪॥
মহান্ দোষঃ সন্নিপাতস্তস্মাদয় উচ্যতে। পরস্পরজ্ঞা সংহৃষ্টা ব্যবধূতাঃ সুনিশ্চিতাঃ ॥৮৫॥
অপি পঞ্চাশতং শূরা মৃদ্নন্তি মহতীং চমূম্। অথ বা পঞ্চ ষট্ সপ্ত বিজয়ন্ত্যানিবর্তিন ॥৮৬॥
( যুগ্মকম্ )

ন বৈনতেয়ো গরুড়ং প্রশংসতি মহাজনম্। দৃষ্ট্বা সুপর্ণোঽপচিতিং মহতো অপি ভারত ॥৮৭॥

লান্মী তেঙ্গাল্ মপৈ অমবুস্থ ছারক্ষাব শাহনবা ওন্মি। অদুগা অকন্‌বা কয়া কয়ানস্থু মহাক্কী তেঙ্গাল মপৈডুনা ছাবক্ষাব শান কায়নব-চেন্নবহু উরগা মখোযস্থু লাপ্পা চেম্বোকই ॥৭৯॥ ঈশিংগী ঈচলনা অমদি শাশিনা মচোই মচোই কায়নখ্রবা ফাজন্ খোম্‌জিনবা ফনলুই ॥৮০॥

ভবতনন্দন। অমুক্ করি হায়গনি লান্ন যান্ন কল্‌শিল্লক্রব মতম্‌দা, পাক্‌চাউরবা লান্মী তেঙ্গাল্‌মপৈনা অমুকুং অকি অশং অমদগী মচোই মচোই কায়নখ্রনদি, মাহুবু হান্নগুম্ন অমুক্ অমুক্ ফাজল্ খোম্‌জিনবতদি মকায়। মরম্‌দি লান্না যান্ন হৈরবা কল্লবা লান্মী ফাওবা কন গুম্ব অমনা লান্মীতেঙ্গাল্ কায়নরে হায়বতদা মখোয অদুস্থ অদুম্ মকায়রে ॥৮১॥ নিংথৌ। কথাবু কায়খ্রবদি, লান্মী তেঙ্গাল্ হায়বসিমক্তবু মাযকৈ অমতদ খক্ চেন্নদে, মাযকৈ মরিক্কাংনা মাগী মাগী সুবিধা যেংথংডুনা চেন্নখি। মতম্ অদুদা অকন্‌বা অচৈব ফাওবা মখোযবু ফাজিন্ খোম্‌জিন্‌বা ঙম্‌দে ॥৮২॥ মরম্ অদুনা অশিংব নিংথৌনা, মতম্ লৈবা খিবিক্ত যান্না কন্ন অওম্ব উপায়ন হাংহ্নুনা মাগী পাক্‌চাউরবা লান্মী তেঙ্গালবু পলহন্দুনা, খেম্‌জিন্দুনা মবুক্ তপথহন্দুন যেক্লবনু জয় তৌননবা হোংহৈন অদুগা হোংস্থু-হোংনগদবনি ॥৮৩॥ নিংথৌ। পীথোক্‌পনা অমদি তপ্থবনা জয় তৌবদা অথোইব জযনি। কায়নহুনা যেংশনহুনা তৌব জযদা মবাক্ত। লান্ন ফুনচনবনা তৌব জযনা খ্বাইদগী অতোনবা জয়নি ॥৮৪॥ * মবম্‌দি লান্দা থোক্‌খবা অমাঙ্‌বা অদো, ওন্মিবা নিংথৌ অমদি পক্ষ অদুগী মফম্‌দস্থ যান্ন মাঙ্‌বা অমদি চাউখৎত্রবগী মশক্ ওইরবা দোষ অম ওই—অস্থুম্ হায়না রাজনীতি খঙ্‌বশিংনা হায়বনৈ। মরম্‌দি অমনা অমগী মপাঙ্গল মথৌনা খঙ্‌নবা, ঈচঙ খৌবা, মতুমচাদি অদুক যান্ন আসক্ত ওইদবা, লান্দা থবাই হক্‌চাং কথোক্‌খ্রবা অকন্‌বা মী যাঙ্খেদনস্থ, যেক্লনগী চাউরবা লান্মী মপৈ অমবুস্থ হাংপ ওন্মি। অমুক কবি কবি হায়গনি, হান্দাক্তুনা চেন্দবা মী মঙাতককতনস্থ নত্রগা অকন্‌বা লান্মী তারেংতনস্থ জয ওইব ওন্মি ॥৮৫—৮৬॥ ভবত শাগৈদা পোক্লবা। নীওথিজরবা মশানা মনী

* টীকা—অহিংসা (থুংলায় য়াওদবা) না তৌবা জয অদুতবু "জয" কৌবনি।

ন বাহুল্যেন সেনায়া জয়ো ভবতি নিত্যশঃ। অধ্রুবো হি জয়ো নাম দৈবঞ্চাত্র পরায়ণম্।
জয়বন্তো হি সংগ্রামে ক্ষয়বন্তো ভবন্ত্যত ॥৮৮।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্বণি
জম্বূখণ্ডবিনির্ম্মাণে নিমিত্তাখ্যানে তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥৩॥

---

ওইরবা কল্লবা গরুড়না, লান্মী খজিক্কনা মাঙথাহল্লবা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোলবু উরগা, অচৌবা তেঙ্গোল অহুবু, থক্ থাগংতে ॥৮৭॥ লান্মী মশীঙ্ যাম্বতনসু জয ঈতত্তত্তনা ওইব নত্তে। জয় ওইব হায়বসে তম্ব ঙম্বা নত্তে, অরেপ্প লৈতে। লাইবক্ত তমূথ্রব হাযবত্থনস্থ মক ওইবা মবম্ অম ওই। মাসি প্রমাণ হাযববূ অতোপ অতোপ্প লাল কযাদ জয ওইবক্লবা মখোয়হুনসু অতোপ্প অমগা অমুক্ তৌবা লান্দা মায়থীবা ফংঙি ॥৮৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা "জম্বুখণ্ডনির্ম্মাণ" গী মনুংদা "নিমিত্তাখ্যান" গী অহুমশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

মরিশুবা অধ্যায

( লালুক্কম্গী গুণ দোষ হায়ব মতাং )

———:◡:———

### বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্ত্বা যযৌ ব্যাসো ধৃতরাষ্ট্রায় ধীমতে। ধৃতরাষ্ট্রোঽপি তচ্ছ্রুত্বা ধ্যানমেবান্বপদ্যতে ॥১॥
স মুহূর্ত্তমিব ধ্যাত্বা বিনিশ্বস্য মুহুর্মুহুঃ। সঞ্জয়ং সংশিতাত্মানমপৃচ্ছদ্ভরতর্ষভ। ॥২॥
সঞ্জয়েমে মহীপালাঃ শূরা যুদ্ধাভিনন্দিনঃ। অন্যোন্যমভিনিঘ্নন্তি শস্ত্রৈরুচ্চাবচৈরিহ ॥৩॥
পার্থিবাঃ পৃথিবীহেতোঃ সমভিত্যজ্য জীবিতম্। ন বা শাম্যন্তি নিঘ্নন্তো বর্দ্ধয়ন্তি যমক্ষয়ম্ ॥৪॥
ভৌমমৈশ্বর্য্যমিচ্ছন্তো ন মৃষ্যন্তে পরস্পরম্। মন্যে বহুগুণা ভূমিস্তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়। ॥৫॥
বহূনি চ সহস্রাণি প্রযুতান্যর্বুদানি চ। কোট্যশ্চ লোকবীরাণাং সমেতাঃ কুরুজাঙ্গলে ॥৬॥
দেশানাঞ্চ পরীমাণং নগরাণাঞ্চ সঞ্জয়। শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বেন যত এতে সমাগতাঃ ॥৭॥
দিব্যবুদ্ধিপ্রদীপেন যুক্তস্ত্বং জ্ঞানচক্ষুষা। প্রভাবাত্তস্য বিপ্রর্ষের্ব্যাসস্যামিততেজসঃ ॥৮॥

**বৈশম্পায়ননা হায ঃ**—বেদব্যাসনা শিংলবা ধৃতরাষ্ট্রদা অসি হাযবম্মগ চৎখ্রে। ধৃতরাষ্ট্রনসু মাহ্থ তারগা, তুংদা খোক্কদোবিবা অরাব থৌদোক্ অত্থুগীদমক চিন্তা তৌব হৌবখ্রে ॥১॥ ভরত-শাগৈগী অথোইবা! ধৃতরাষ্ট্রনা ওহাক্তং চিন্তা তৌরগা, নুংশাশোব হন্ন হন্না ফুইনা হোল্লগা থাম্মাযদা অমকপ লৈত্রব সঞ্জয়গী মকম্দা হংখি ॥২॥ সঞ্জয়! কল্লবা, লান্দা মযাই কারবা নিংথৌশিং অসিনা লালুক্কম্দা অমগমগ খুৎলাযনা থানরি হাৎনরি ॥৩॥ অমুক্ করি হাযগনি নিংথৌশিংনা, মথরাই থাব ফাওবা পাম্মুদনা থাগে হাযনসু হাৎনহুনা খুৎলাযনা থানবা ফুনবা তৌরক্ত্রে, অসুম্ তৌনা যমালযদু পীক্ থন্হল্খ্রে ॥৪॥ মখোযনা কনাগীসু ওইখিদ্রবী পৃথিবীসিগী মচেৎ অমমম্গী অধিকার ফংননগীদমক্ অমনা অমগী ধনসম্পত্তিবু উরগা খাডেব ওয়দ্রে। অত্থুগা সঞ্জয়! ঐখোযনা লৈরিবী পৃথিবী-লৈপাক্ অসিগী গুণ অসি যাম্ম লৈরম্ব তাই। অহুনা ভূমি হাযবসিগী গুণ মযামৃহু নং হায়ু ॥৫॥ অকন্বা লিশিং কযা অর্ব্বুদ কযা, কোটি কযা, কযা কযা কুরুক্ষেত্রদা তিন্খ্রে ॥৬॥ অহুনা সঞ্জয়! মখোযনা মাগী মাগী নগর অমদি দেশবু থাদোক্তুনা লাক্লিবা দেশ-নগরশিং অত্থু কযা পাক্চাউবা হায়বত্থুগী মরম্দা নুংঙ্ তানীঙও ॥৭॥ সঞ্জয়! নংদি মহাতেজ লৈরবা বেদব্যাসকী শক্তি অমদি থৌজান্দগী দিব্যদৃষ্টি অমদি দিব্যবুদ্ধি ফংহুনা উদ-

## সঞ্জয় উবাচ।

যথাপ্রজ্ঞং মহাপ্রাজ্ঞ। ভৌমান্ বক্ষ্যামি তে গুণান্। শাস্ত্রচক্ষুরবেক্ষস্ব নমস্তে ভরতর্ষভ। ॥৯॥
দ্বিবিধানীহ ভূতানি ত্রসানি স্থাবরাণি চ। ত্রসানাং ত্রিবিধা যোনিরণ্ডস্বেদজরায়ুজা ॥১০॥
ত্রসানাং খলু সর্বেষাং শ্রেষ্ঠা রাজন্! জরায়ুজাঃ। জরায়ুজানাং প্রবরা মানবাঃ পশবশ্চ যে ॥১১॥
নানারূপধরা রাজন্! তেষাং ভেদাশ্চতুর্দ্দশ। অরণ্যবাসিনঃ সপ্ত সপ্তৈষাং গ্রামবাসিনঃ ॥১২॥
সিংহব্যাঘ্রবরাহাশ্চ মহিষা বারণাস্তথা। ঋক্ষাশ্চ বানরাশ্চৈব সপ্তারণ্যাঃ স্মৃতা নৃপ! ॥১৩॥
গৌরজাবিমনুষ্যাশ্চ অশ্বাশ্বতরগর্দ্দভাঃ। এতে গ্রাম্যাঃ সমাখ্যাতাঃ পশবঃ সপ্ত সাধুভিঃ ॥১৪॥
এতে বৈ পশবো রাজন। গ্রাম্যারণ্যাশ্চতুর্দ্দশ। বেদোক্তাঃ পৃথিবীপাল। যেষু যজ্ঞাঃ প্রতিষ্ঠিতাঃ ॥১৫॥
গ্রাম্যানাং পুরুষাঃ শ্রেষ্ঠাঃ সিংহশ্চারণ্যবাসিনাম। সর্বেষামেব ভূতানামন্যোন্যেনোপজীবনম্ ॥১৬॥
উদ্ভিজ্জাঃ স্থাবরাঃ প্রোক্তাস্তেষাং পঞ্চৈব জাতয়ঃ। বৃক্ষ গুল্ম-লতা-বল্ল্যস্ত্বক্সারাস্তৃণজাতয় ॥১৭॥
তেষাং বিংশতিরেকোনা মহাভূতেষু পঞ্চসু। চতুর্বিংশতিরুদ্দিষ্টা গায়ত্রী লোকসম্মতা ॥১৮॥

খণ্ডদব লৈত্রেদে ॥৮॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— অশিংবা। নিংথৌ অথোইবা। ঐ, ঈশাগী জ্ঞান অমদি বুদ্ধিগী মতুংইন্না ভূমিগী গুণ পুন্নমক্ অত্থ মহারাজগী মফম্দা হংগচ্চগে। মহারাজনস্থ মাহু শাস্ত্রগী নিযম তনা যেংবিয়ু। মহারাজবু অহান্বদা খুকম্জরি ॥৯॥ জগৎ অসিদা অচৎপ হাযব অমগ চত্তব হাযব অমগ জীবপান্বসি মথল্ অনীনি। অসিগী মনুংদা "অচৎপ" হাযবা জীবপান্বশিংগী মনুংদা মকম্দগী পোক্পগী, কত্তৌদি হুমা নচিংবদগী পোক্পগী অত্থগা নাউযোম্-কুযোম্দগী পোক্পগী মরম্স্থ অহুম্নি ॥১০॥

নিংথৌ। অচৎপা জীবশিংগী মনুংদা নাউযোম্দগী পোক্পনা অথোইবনি। নাউযোম্দগী পোক্পগী মনুংদস্থ মীগা শাগনা অথোইবনি ॥১১॥ মহারাজ। নাউযোম্দগী পোকপসি মখল তরামরিনি। মখোযত্থগী মওং মতৌস্থ তোঙাল্ তোঙাল্লি। মখোয় তরামরিসিগী মনুংদস্থ তরেৎনা বনদা লৈ অত্থগা তরেৎ অমনা মীরক্ত লৈ ॥১২॥ নিংথৌ। লোশা, কৈ, ওক, ইরাঙ্গ, শামু, শওম্, যোং—তরেৎ অসিনা বনদা লৈবা নাউয়োম্দগী পোকপা শানি ॥১৩॥ অত্থগা সাধু মহাত্মাশিংনা হাযনৈঃ—হামেং য়াও, শল, মী, শগোল, শগোল্মচা (খচ্চর) লোলা মখোয় তরেৎ অসিনা নাউযোম্দগী পোক্পা জীবনি ॥১৪॥ নিংথৌ। খুল্লকী অমদি বনগী শা অস্থুম্ন খেন্নবদগী শামখল্ তরামরি অসি বেদদা হায়রি। মখোযগী মথক্ত যজ্ঞ পুস্থা নন্দুনা লৈরি ॥১৫॥ খুল্লকী জীব (শা) গী মনুংদা মীনা অথোইবনি। বনগী শা গী মনুংদা নোংশানা খরাইদগী অথোইবনি। জীবপান্বা পুম্নমক্ অমনা অমগী চীঙ্গাক ওইদুনা মথরাই হিংনৈ ॥১৬॥ চাওব জীব হাযদুনা লৈরিবা লৈপাক্তগী হৌবশিং অসি মখল্ মঙানি। মাদুদি—উ, নাপীশীঙ্বী, উরী, লাপ্প লাপ্পচৎপী উরী, অদুগা, য়াম্ন থাব-কনবা নাপী ॥১৭॥ শা মখল্ তরামরি অসিগা,

য এতাং বেদ গায়ত্রীং পুণ্যাং সর্বগুণান্বিতাম্। তত্ত্বেন ভরতশ্রেষ্ঠ। স লোকে ন প্রণশ্যতি ॥১৯॥
ভূমৌ চ জায়তে সর্বং ভূমৌ সর্বং বিনশ্যতি। ভূমি প্রতিষ্ঠা ভূতানাং ভূমিরেব পরায়ণম্ ॥২০॥
যস্য ভূমিস্তস্য সর্বং জগৎ স্থাবরজঙ্গমম্। তত্রাভিগৃদ্ধা রাজানো বিনিঘ্নন্তীতরেতরম্ ॥২১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
জম্বুখণ্ডবিনির্ম্মাণে ভৌমগুণকথনে চতুর্থোঽধ্যায় ॥৪॥*

---

চত্তুবা জীব মও অসিগা, অচচ্চত্ত জীব অসি মখল তরামাপন্নি। মৈ-ঈশিং, নুংশিৎ, অতিযা, লৈপাক অসিগা হাযরিবা তরামাপল অসিগা মখোযসিবু জগৎ অসিদা গাযত্রীগা অন্দানি হাযনা হাযনৈ ॥১৮॥ ভরত শাগৈগী অখোইবা। শেংলবী অমদি গুণ পূম্নমবা তীল্লবী গাযত্রী অসিগী মূর্ত্তিবু মুন্ন খঙ্‌লবা মহাব অত্নাদ জগত্ত অমাঙ্‌বা লৈত্রে ॥১৯॥ পোৎ পূম্নমক্ লৈপাক্তুগী পোক্‌ই, মখোয পূম্নমক্কী আশ্রযান। অচচ্চত্ত জীবপূম্বগী চৌঞ্জাক্ল—হি ননবগী মরম্নি ॥২০॥ অত্তুনা, ভূমি (লে বাইখ্যাল্) লৈজবিবা মহাক অত্তগীদি, অচচ্চত্তুগী মশক্ ওইবজগৎ পূম্বা লৈরিবনি। অসিমক্তুনা, গুণ চল্লগী লৈপাক মাগীদমক্ত নিংখৌশিংনা অমগমগ থৎনৈ লাল্‌শোক্লৈ, অহুম্না হাযনৈ ॥২১॥

মখম্ অসিদ শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংব সংহিতাদা ভীষ্ম পর্ব্বদা "জম্বুখণ্ড নির্ম্মান"গী মনুংদা "ভৌমগুণকথন" গী মরিশুবা অধ্যায লোইরে ॥*॥

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ

### মঙাশুবা অধ্যায

( সুদর্শন দ্বীপকী বর্ণন )

——( ০. )——

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

নদীনাং পর্বতানাঞ্চ নামধেয়ানি সর্বশঃ। তথা জনপদানাঞ্চ যে চান্যে ভূমিমাশ্রিতাঃ ॥১॥
প্রমাণঞ্চ প্রমাণজ্ঞ! পৃথিব্যা মম সর্বশঃ। নিখিলেন সমাচক্ষ্ব কাননানি চ সঞ্জয়! ॥২॥

( যুগ্মকম্ )

সঞ্জয় উবাচ

পঞ্চেমানি মহারাজ! মহাভূতানি সংগ্রহাৎ। জগতীস্থানি সর্বাণি সমান্যাহুর্মনীষিণঃ ॥৩॥
ভূমিরাপস্তথা বায়ুরগ্নিরাকাশমেব চ। গুণোত্তরাণি সর্বাণি তেষাং ভূমিঃ প্রধানতঃ ॥৪॥
শব্দঃ স্পর্শশ্চ রূপঞ্চ রসো গন্ধশ্চ পঞ্চমঃ। ভূমেরেতে গুণাঃ প্রোক্তা ঋষিভিস্তত্ত্ববাদিভিঃ ॥৫॥
চত্বারোঽপ্সু গুণা রাজন্! গন্ধস্তত্র ন বিদ্যতে। শব্দঃ স্পর্শশ্চ রূপঞ্চ তেজসোঽথ গুণাস্ত্রয়ঃ।

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায ঃ—প্রমাণ খঙলবা সঞ্জয়। তুরেল, চীঙ, দেশ, বন অসিনচিংবা অথোইবা পোৎ পুম্বা ভূমিনা আশ্রয লোইনা লৈরিবশিং অদুগী চাং, মমিং অদুগা পৃথিবীসিমক্কী মরাক মযুং চাং অদু ঐঙোন্দ হাযযু ॥১—২॥ সঞ্জযনা হায ঃ— মহারাজ। জ্ঞানীশিংনা অস্মুম্না হাযনৈ ঃ—জগৎ অসিদা মৈ ঈশিংনচিংবা ভূত মঙা অসিদি, অমগ অমগা লোশিন্নহনা লৈবা মরম্না মখোয পুম্বা চপ্, মান্নে ॥৩॥ ভূত মঙা মসিদি লৈপাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অতিয়া মঙা অসিনি। মখোয মঙা অসিগী মগুংদদি অহান্ অহান্‌বনা থংন-থংনবদগী গুণ যাম্না য়াওবা, চেন্‌বা হেল্লি। অদুনা, মহাভূত মঙা অসিগী মনুংদা গুণচেন্‌বাস লৈপাক্‌না ঈহেল্ হেল্লি। অদুনা, মানা খ্বাইদগী প্রমাণ ওই ॥৪॥ তত্ত্বখঙবা ঋষিশিংনা হাযনৈ খাঙ্জেল্, শোকপা, মশক, মহাউ, মনম্ গুণ অসি গুনা লৈপাক্ত লৈ ॥৫॥ নিংথৌ! শব্দনে, শোকপনে, মশক্‌নে, মহাউনে, মরি অসনা ঈশিংগী গুণনি। ঈশিংদা মনম্ হাযবা গুণ অসি য়াওদে। শব্দনে, শোকপনে, মশক্‌নে অহুম্ অসনা ( তজ )দা লৈবা গুণনি। শব্দনে, শোকপনে অনী অসিনা নুংশিত্ত লৈবা গুণনি। হাযরিবা গুণ মঙা অসিগী মনম্ হাযবা গুণ অসিতদি আকাশ ( অতিয়া )দা

শব্দঃ স্পর্শশ্চ বায়ৌ খাবাকাশে শব্দ এব তু ॥৬॥

এতে পঞ্চ গুণা রাজন্! মহাভূতেষু পঞ্চসু। বর্ত্তন্তে সর্বলোকেষু যেষু ভুতাঃ প্রতিষ্ঠিতা ॥৭॥

অন্যোন্যং নাভিবর্ত্তন্তে সাম্যং ভবতি বৈ যদা। যাদা তু বিষমীভাবমাবিশন্তি পরস্পরম্।

তদা দেহৈর্দেহবন্তো ব্যতিরোহন্তি নান্যথা ॥৮॥

আনুপূর্ব্যা বিনশ্যন্তি জায়ন্তে চানুপূর্বশ। সর্বাণ্যপরিমেয়াণি তদেষাং রূপমৈশ্বরম ॥৯॥

তত্র তত্র হি দৃশ্যন্তে ধাতব পাঞ্চভৌতিকাঃ। তেষাং মনুষ্যাস্তর্কেণ প্রমাণানি প্রচক্ষতে ॥১০॥

অচিন্ত্যা খলু যে ভাবা ন তা স্তর্কেণ সাধয়েৎ। প্রকৃতিভ্য পর যত্তু তদচিন্ত্যস্য লক্ষণম ॥১১॥

সুদর্শনং প্রবক্ষ্যামি দ্বীপং তে কুরুনন্দন!।
পরিমণ্ডলো মহারাজ! দ্বীপোঽয়ং চক্রসংস্থিত ॥১২॥

নদীজলপ্রতিচ্ছন্ন পর্বতৈশ্চাভ্রসন্নিভৈ.। পুরৈশ্চ বিবিধাকারৈ রম্যৈর্জনপদৈস্তথা ॥১৩॥

বৃক্ষৈ পুষ্পফলোপেতৈ সম্পন্না ধনধান্যবান। লাবণেন সমুদ্রেণ সমন্তাৎ পরিবারিতঃ ॥১৪॥

( বিশেষঃ ।. )

যথা হি পুরুষ পশ্যেদ দর্শে মুখমাত্মা। এব সুদর্শনদ্বীপো দৃশ্যতে চন্দ্রমণ্ডলে ॥১৫॥

---

লৈবা গুণান ॥৬॥ নিংথৌ। হায়রিবা গুণ মঙা অসে লোকপূম্বগী মশক ওইরবা মহাভূত হায়রিবা মঙা অসিদা লৈ। হায়রিবা গুণ মঙা অসি ভূত মঙাদা লৈরবান। মখোয অসিদা জগৎ পূম্বনা নন্দুনা লৈবনি ॥৭॥ হায়রিবা মহাভূত মঙা অসিনা চাং চপ মান্ননা লৈবা মতম্দা, মখোয অমগমগা লোশন্ যেৎশিন্নদুনা লৈতে। মখোয অসিনা, অমনা অমদগী আখোই অহেন্ নাইনা হেক্ লৈনিন্নরকপা জীবশিং অসি পোক্লক্লবনি, অতৈ মরম্ অমনা নত্তে ॥৮॥ মহাভূত মঙা আস মথ মনাউ নাইনা পোকই। অদুগা হংগৎ হংগৎনা অমনা অমদা শংন্নখি। হায়রিবা মহাভূত মঙা অসিনা পরিমাণ (চাং-মরাক্মযুং) লেপ্পবদি তাইবং মীনা ভমদে। অদুগা, মখোয অসিগী পুল্লপ ওইবা মশক্ অদো ঈশ্বরগী মশকতগী তোঙানবা নত্তে ॥৯॥ মক্কম্ পূন্নমক্তু, মহাভূত মঙা অসিনা শাবা দেহত মউই। তাইবংমীনা তর্ক-ন্যাযনা মখোযগী চাংবু প্রমাণ তৌভ্রনা উংনৈ ॥১০॥

অদুদা, পোৎশিং অদো, খঙকম্ ঈথোক্ থোক্লদে। তর্কন্যাযনসু পুথোক্পা ভমদে। প্রকৃতি সিমক্তগী অথোইবদো, মাদুনি, খন্নকম্ থোক্তবগী মওং হায়ববু ॥১১॥ কুরুনন্দন! অহান্বদা নঙোন্দা সুদর্শণ দ্বীপকী মরম্দা হায়গনি। নিংথৌ। হায়রিবা দ্বীপ অসি সুদর্শণ চক্রগী মতৌগুম্ কোইরপ কোয়। মাসিদা, তুরেল্, নোংগী মতৌগুম্ মুরবা চীঙজাউ মখলমখা অযাম্বা নগর অমদি ফজরবা দেশ যাম্না লৈ। অদুগা মহৈ মরোংনা থল্লবা হৈপাল্ লৈপাল্, উন্নী বাগীনা থন্ন লৈ; অদুগা সমুদ্রনা পূম্কোয় কোয় ॥১২-১৪॥ মীনা মশাগী মমিবু মিং-শেল্দা উব অদুগুম্বা, জম্বু (সুদর্শণ) দ্বীপ অসিগী শশ কৌবা শকক্কী মমি অদু থাগী মকোয়দা

দ্বিরংশে পিপ্পলস্তত্র দ্বিরংশে চ শশো মহান্। সর্বৌষধিসমাবাপঃ সর্বতঃ পরিবারিত. ॥১৬॥
আপস্ততোহন্যা বিজ্ঞেয়া. শেষং সংক্ষেপ উচ্যতে। ততোহন্য উচ্যতে চায়মেনং সংক্ষেপতঃ শৃণু ॥১৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্বণি
জম্বুখণ্ডবিনির্মাণে সুদর্শনদ্বীপবর্ণনে পঞ্চমোঽধ্যায় ॥৫॥

---

উবা ফংও ॥১৫॥ জম্বুদ্বীপ অসিগী শরুক্ তংখাই অমদা পিপ্পল কৌব পাক্চাউবা দেশ, অতোপ্প তংখাই অমদা শশ কৌবা চাউরবা দেশ অম লৈ। দেশ অনীসিমক্তুদা হিদাকলাংতকননচিংব মনামশীং লোইনা ফংও। দেশ অনীমক্ সমুদ্রনা কোযশিল্লি ॥১৬॥ মাগী মপান্দা ঈশিং লৈ। অতোপ অতোপ্প শরুক্কীনা শয় হায়গে। অাস নত্তবা, অতৈ দ্বীপ যাম্ন লৈরি। মাসিগী মরম্দা শয় হায়গে তাও ॥১৭॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা "জম্বুখণ্ড নির্ম্মাণ"গী মনুংদা সুদর্শণ দ্বীপ বর্ণনগী মঙাশুবা অধ্যায় লাইবে।

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ

### তরুকশুবা অধ্যায়

(ভূমিগী চংনচিংবা হায়বা মতাং)

—:০:—

**ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।**

উক্তো দ্বীপস্য সংক্ষেপো বুদ্ধিমন্। বিধিবত্ত্বয়া। তত্ত্বজ্ঞশ্চাসি সর্বস্য বিস্তারং ব্রূহি সঞ্জয়। ॥১॥
যাবান্ ভূম্যবকাশোঽয় দৃশ্য ত শশলক্ষণে। তস্য প্রমাণং প্রব্রূহি ততো বক্ষ্যসি পিপ্পলম্ ॥২॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় :—শিংলবা সঞ্জয়! নংনা নিরমকায়দনা জম্বু দ্বীপকী মরম্দা খর হায়খ্রে। মাথু খর শান্দাক্লা অমুক্ হায়য়ু। মরম্দি নহাক্ বেদব্যাসগী বরদানদগী জগৎ পুম্বগী তত্ত্ব লোইনা। খঙলব অমনি ॥১॥ জম্বুদ্বীপকী শশ কৌবা শরুক অত্তুদা উরিবা লৈরিবা লম্পুম্মক অদু

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবং রাজ্ঞা স পৃষ্টস্তু সঞ্জয়ো বাক্যমব্রবীৎ।

## সঞ্জয় উবাচ।

প্রাগায়তা মহারাজ! ষডেতে বর্ষপর্ব্বতা। অবগাঢ়া হ্যুভয়ত সমুদ্রৌ পূর্বপশ্চিমৌ ॥৩॥
হিমবান্ হেমকূটশ্চ নগোত্তম। নীলশ্চ বৈদূর্য্যময় শ্বেতশ্চ শশিসন্নিভ ॥৪॥
সর্বধাতুবিচিত্রশ্চ শৃঙ্গবান নাম পর্বত। এতে বৈ পর্বতা রাজন্! সিদ্ধচারণসেবিতা ॥৫॥
(যুগ্মকম)
এষামন্তরবিষ্কম্ভা যোজনানি সহস্রশ। তত্র পুণ্যা জনপদাস্তানি বর্ষাণি ভারত! ॥৬॥
বসন্তি তেষু সত্ত্বানি নানাজাতীনি সর্ব্বশ। ইদন্তু ভারতং বর্ষ ততো হৈমবত পরম্ ॥৭॥
ততঃ কিম্পুরুষাবাস বর্ষং হৈমবত পরম। হেমকূটাৎ পরঞ্চৈব হরিবর্ষং প্রচক্ষতে ॥৮॥
দক্ষিণেন তু নীলস্য নিষধস্যোত্তরেণ তু॥ প্রাগায়তো মহাভাগ! মাল্যবান্ নাম পর্বত ॥৯॥
ততঃ পরং মাল্যবতঃ পর্ব্বতো গন্ধমাদন। পরিমণ্ডলস্তয়োর্মধ্যে মেরু কনকপর্বতঃ ॥১০॥
তরুণাদিত্যসঙ্কাশো বিধূম ইব পাবক। যোজনানাং সহস্রাণি চতুরাশীতিমুচ্ছ্রিত ॥১১॥

কয়া চাউবা পাকপা, মাগ্ন নং হায়যু। অতুগী তুংদা পিপ্পল কোবা শকক তংখাই অতুগী মরম্দা হায়যু ॥২॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ—ধৃতরাষ্ট্রনা অসুম্না হায়রবদা সঞ্জয়না মাগী পুম্বা লোইনা হায়খঃ—মহারাজ! নোংপোক নোংচুপ মায়কৈ অনীমক্ত শন্দোক্লুনা লৈরিবা বর্ষপর্ব্বত হায়বা তরুক অসি নোংপোক নোংচুপকী সমুদ্রদা চঙশিন্দুনা লৈরিবনি ॥৩॥ নিংথৌ! সিদ্ধচারণশিংনা শন্না লৈবা, বর্ষপর্ব্বত হায়বা চীঙ তরুক অদুদি হিমালয়, হেমকূট, চীঙ অথোইবা নিষধ, বৈদূর্য্যমাণগী মশক ওইবরা নীলপর্ব্বত, থাগী মচু মাল্লবা শ্বেতগিরি, ধাতু পুম্বনা তিল্লবা শৃঙ্গবান্ হায়রিবাশিংসিনি ॥৪—৫॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা! চীঙশিং অসিগী মরক্ মরক্ত তারব দেশ পুম্নমক অদু অমময়া যুথক লিশিং লিশিংগী মরাক্ ময়ুনি। লম্শিং অসিদা শেংলবা কঞ্জরবা দশ কয়া লৈরি। মখোয় অদু বর্ষ হায়রগা খঙৈ ॥৬॥ বর্ষশিং অসিদা মখল্ মখলগী জীব পানবা কয়া লৈরি। হিমালয়গী মখারোম্দা লৈবা দেশ অসি ভারতবর্ষ হায়না খঙৈ ॥৭॥ অসিগী তুংদা, হিমালয়গী রাংমদা অরাং লোম্দা হেমকূটগীদি মখারোম্দা লৈরিবা দেশ অসি হরিবর্ষ হায়না খঙৈ ॥৮॥ লাইবক ফবরা নিংথৌ! নীলাগারগী মখাদা নিষধগিরিগী অরাংদা, নোংপোক্ নোংচুপ মায়কৈ শন্দোক্লুনা লৈর মাল্যবান্ হায়না কোবা চীঙ অমা লৈরি ॥৯॥ মাল্যবান্ হায়রবা চীঙ অসিগী মথংদা গন্ধমাদন হায়রবা চীঙ অদু লৈ। গন্ধমাদন হায়রবসিগী চীঙলক্ত ঈংকায় কোয়না লৈবা, সনাগী মশক্ ওইবা মেরু হায়রবা চীঙ অমা লৈ ॥১০॥

হায়রিবা মেরুপর্ব্বত অসি, পোবকপা নুমিৎকী অমাদি মৈখু যাওদরবা মৈগী মতৌগুম্ লংভিঙ। যুথক মরিফু মরি ৱাংঙ ॥১১॥ নিংথৌ! মেরু হায়রিবা চীঙ অসি মুথক মবিরুমবি

অধস্তাচ্চতুরাশীতির্যোজনানাং মহীপতে। ঊর্দ্ধমধশ্চ তির্য্যক্ চ মেরুরাবৃত্য তিষ্ঠতি ॥১২॥
তস্য পার্শ্বেষমী দ্বীপাশ্চত্বারঃ সংস্থিতা বিভো। ভদ্রাশ্বঃ কেতুমালশ্চ জম্বুদ্বীপশ্চ ভারত।
উত্তরাশ্চৈব কুরবঃ কৃতপুণ্যপ্রতিশ্রয়াঃ ॥১৩॥
বিহগঃ সুমুখো যস্তু সুপর্ণস্যাত্মজঃ কিল। স বৈ বিচিন্তয়ামাস সুপর্ণান্ প্রেক্ষ্য বায়সান্ ॥১৪॥
মেরুরুত্তমমধ্যানামধমানাঞ্চ পক্ষিণাম্। অবিশেষকরো যস্মাত্তস্মাদেনং ত্যজাম্যহম্ ॥১৫॥
তমাদিত্যোঽনুপর্য্যেতি সততং জ্যোতিষাং বরঃ। চন্দ্রমাশ্চ সনক্ষত্রো বায়ুশ্চৈব প্রদক্ষিণম্ ॥১৬॥
স পর্ব্বতো মহারাজ! দিব্যপুষ্পফলান্বিতঃ। ভবনৈরাবৃতঃ সর্ব্বৈর্জাম্বূনদপরিষ্কৃতৈঃ ॥১৭॥
তত্র দেবগণা রাজন্! গন্ধর্ব্বাসুররাক্ষসাঃ। অপ্সরোগণসংযুক্তাঃ শৈলে ক্রীড়ন্তি সর্ব্বদা ॥১৮॥
তত্র ব্রহ্মা চ রুদ্রশ্চ শক্রশ্চাপি সুরেশ্বরঃ। সমেত্য বিবিধৈর্যজ্ঞৈর্যজন্তেঽনেকদক্ষিণৈঃ ॥১৯॥
তুম্বুরুর্নারদশ্চৈব বিশ্বাবসুর্হহা হুহুঃ। অভিগম্যামরশ্রেষ্ঠাঃ স্তুবন্তি বিবিধৈঃ স্তবৈঃ ॥২০॥
সপ্তর্ষয়ো মহাত্মানঃ কশ্যপশ্চ প্রজাপতিঃ। তত্র গচ্ছন্তি ভদ্রং তে সদা পর্ব্বণি পর্ব্বণি ॥২১॥
তস্যৈব মূর্দ্ধন্যুশনাঃ কাব্যো দৈত্যৈর্মহীয়তে। তস্য হেমানি রত্নানি তস্যেমে রত্নপর্ব্বতাঃ ॥২২॥

অম অমুক লৈমুংদা লৈথ্রি। অদুনা, চৌঙ্ অসি মথক্ত, মখাদা, কৈজৈননা, মাথকৈ পুম্বা শন্দোক্তুনা লৈরিবনি ॥১২॥ ভরতনন্দন। মেরু অসিগী নাকল্ মরিমক্তা পাকচাউরবা বর্ষ মরি লৈ। মখোয অদুদি ভদ্রাশ্ব, কেতুমাল, ভারত, পুণ্যাচল্লবশিগী চঙনকম্ উত্তর কুরু হাযবিব মরি অসিনি ॥১৩॥ সুমুখ হাযবা গরুড়গী মচা অচনা সুমেরু চৌঙদা কাকাশিংগী ফজবরা মশা মতুবু উবদা অসুম্ হাযনা চিন্তা তৌখি ॥১৪॥ "সুমেরু হাযবা চৌঙ অসিনা, খ্বাইদগী তেন্‌ব, মযায ওইব, অতোন্‌বা হাযবা উচেককী জাৎ অমত খেন্নহন্দে। খ্বাই চপ মান্ননা ফজহল্লি। অদুনা চৌঙ অসি ঐ থাদোক্কনি" ॥১৫॥ তেজ লৈবগী মনুংদা অথোইবা, নুমিৎ, থা, থরান্-মিচাক পুংশিং মখোয অসিনা যেৎওইনবা সুমেরু চৌঙগী অকোয়বদা কোয ॥১৬॥ মহারাজ। লাইরৈবাক্কী ওইবা হৈ পে খিবিক্কা থল্লবা সুমেরু হাযব চৌঙ অসি, সনা মণিমুক্তাতনা লৈতেংবা নীঙথিজরবা শঙ্গাযতনা থম্মা লৈরিবনি ॥১৭॥ নিংথৌ। লাইখিবিক্কা, গন্ধর্ব্বশিংনা, অসুর অযাম্বনা অদুগা হিংচাবশিংনা অপ্সরাশিংগা লোযননা তিন্নদুনা, মফম্ পুম্বদা সুমেরু কোৱা চৌঙ অসিদা শান্নদুনা লৈরিবনি ॥১৮॥ ব্রহ্মা, রুদ্র অমসুং দেবরাজ ইন্দ্র মখোয় অসিনা তিন্নবা অদুম্ ওইবা সুমেরু চৌঙদা, দানদক্ষিণা যাম্না তৌরবা, মখল্ মখা অযাম্ব যজ্ঞ তৌখি ॥১৯॥ তুম্বুরু, নারদ, বিশ্বাবসু, হাহা, হুহু অসিনচিংবা গন্ধর্ব শিংনা মফম্ অদুদা চৎতুনা, স্তুতিতনা দেবতাশিংবু পেলহন্খি ॥২০॥

জগত্ত কাওরবা, পূক্চেল্ চাউরবা সপ্তর্ষি অমদি কশ্যপনা, পর্ব্বদিন (লাইগী নুমিৎ) থুদিংগী সুমেরু পর্ব্বত অসিদা অপন্‌বা লৈতনা হেক্ হেক্ চৎলিবনি ॥২১॥ ভৃগুগী মচা

তস্মাৎ কুবেরো ভগবাংশ্চতুর্থং ভাগমশ্নুতে। ততঃ কলাংশং বিত্তস্য মনুষ্যেভ্যঃ প্রযচ্ছতি ॥২৩॥
পার্শ্বে তস্যোত্তরে দিব্যং সর্ব্বর্ত্তুকুসুমৈশ্চিতম্। কর্ণিকারবনং রম্যং শিলাজালসমুদ্গতম্ ॥২৪॥
তত্র সাক্ষাৎ পশুপতির্দিব্যৈর্ভূতৈঃ সমাবৃতঃ। উমাসহায়ো ভগবান্ রমতে ভূতভাবনঃ ॥২৫॥
কর্ণিকারময়ীং মালাং বিভ্রৎ পাদাবলম্বিনীম্। ত্রিভির্নেত্রৈঃ কৃতোদ্যোতস্ত্রিভিঃ সূর্য্যৈরিবোদিতৈঃ ॥২৬॥
তমুগ্রতপসঃ সিদ্ধাঃ সুব্রতাঃ সত্যবাদিনঃ। পশ্যন্তি নহি দুর্ব্বৃত্তৈঃ শক্যো দ্রষ্টুং মহেশ্বরঃ ॥২৭॥
তস্য শৈলস্য শিখরাৎ ক্ষীরধারা নরেশ্বর। বিশ্বরূপাঽপরিমিতা ভীমনির্ঘাতনিস্বনা ॥২৮॥
পুণ্যা পুণ্যতমৈর্জুষ্টা গঙ্গা ভাগীরথী শুভা। পতত্যজস্রং বেগেন হ্রদে চান্দ্রমসে শুভে।
তয়া হ্যুৎপাদিতঃ পুণ্যঃ স হ্রদঃ সাগরোপমঃ ॥২৯॥ ( যুগ্মকম্ )
তাং ধারয়ামাস তদা দুর্দ্ধরাং পর্বতৈরপি। শতং বর্ষসহস্রাণাং শিরসৈব মহেশ্বরঃ ॥৩০॥
মেরোস্তু পশ্চিমে পার্শ্বে কেতুমালো মহীপতে। জম্বুখণ্ডে তু তত্রৈব মহাজনপদো নৃপ। ॥৩১॥

শুক্রাচার্য্যনা দৈত্যশিংনা লোযননা, সুমেরু কৌবা চীঙ অসিগী চীঙ্দোন্দ মতম্ অযাম্বদা লৈরিবনি। সনা লুপা মণিমুক্তান খল্লবা সুমেরু পর্ব্বত অসিগী শরুক ওইবা মনিরত্নগী চীঙ্ কযাম্ব লৈ। মখোয অত্তম্ব সুমেরু পর্ব্বতকী চীঙশানি ॥২২॥ ভগবান কুবেরনা সুমেরু চীঙ অসিগী শরুক মরিগী শরুক অম পুবরুগা মান্থ ভোগ তৌই। অদুদগী, পুবক্লিবা সনা লুপা চুগী শরুক তরাতরুক্কী শরুক, অমনা অতৈ অত্তদা যেন্থাকখি ॥২৩॥ সুমেরু পর্ব্বত অসিগী অবাংথংবা নাকন্দ লৈবা নুপাক-নুংজাউরগী পোকপা, ঋতুপুম্বদা শাৎপা লৈনা থল্লবা মীরম্লেন্দা লৈতবা পুক্রীং হুননবগী মশক ওইনা কজবা কর্ণিকারবণ চায়বা অম লৈ ॥২৪॥ জগৎপুম্বগী অশেম্ব মপু ভগবান্ মহাদেবনা লাইরৈবাক্কী ভূতপ্রেত পুম্নমক্না ঈকোয় কোযশিন্ন, উমাদেবীবু পুবনা বন অসিদা শান্নরিবনি ॥২৫॥ মতম্ অত্তদা, খোঙ কাওবা চোন্নবা কর্ণিকার লৈবাংগী পারেং খোন্দুনা খোরকপদা ভাযরিবা নুমিৎ অহুম্গী মতৌগুম্না নযন অহুম্ অদু পাঙথোক্তনা বন অসিদা লৈরিবনি ॥২৬॥

অকিব কংনা তপস্যা তৌরবা, ব্রত কল্লিবা, অচুম্ব ঙাঙ্বা সিদ্ধযোগীশিংনা মহাদেবগী দর্শন হেক হেক তৌই। অদুগা পাপীশিংনদি বন অত্তদা মহাদেবগী দর্শন কংবা ঙমদে ॥২৭॥ নিংথৌ। শঙ্খোম্গী মতৌগুম্না ভোরবা ঈচেম্ন মাগী ওইরবী, বিক্রমকী মশক ওইরবী চাংদম্নাওই লৈত্রবী ঈপোম্ন অমগমগা ফুনবগী, অকিব কংনা হৌরব খোঞ্জেম্ন মহাক্কী ওইবী থোইনা শেংলবী, ধর্ম্ম-পুণ্য চেল্লবাশিংতনা থৌগল্ তৌরবী, ভগীরথনা পুথরকপী, মঙ্গলপীনবী গঙ্গানা সুমেরুপর্ব্বতকী চীঙদোন্দগী ভোরবা চন্দ্রহ্রদ হাযবত্রদা তত্তনা তার। সমুদ্রগা মান্নববা চন্দ্রহ্রদ হায়ব অসিমক গঙ্গানা শেম্বনি ॥২৮—২৯॥ মহাক্কী তারকপা ঈচেল্‌বু পুবা হায়বসি চাউব চাউরবা চীঙ্মকুম্ব ঙমকম্ খোকত্রবনি। অদুবু চাহ ম্লিশিং কযাদগী মহাদেবনা মহাক্কী মকোক্তদি গঙ্গা আস হৌজিক কাও পুরক্লি ॥৩০॥ নিংথৌ সুমেরু চীঙ্গী নোংচুপ্তা কেতুমাল কৌবা মফম্ অম

আয়ুর্দশ সহস্রাণি বর্ষাণাং তত্র ভারত ।
সুবর্ণবর্ণাশ্চ নরা স্ত্রীয়শ্চাপ্সরসোপমাঃ ॥৩২॥
অনাময়া বীতশোকা নিত্যং মুদিতমানসা ।
জায়ন্তে মানবাস্তত্র নিষ্টপ্তকনকপ্রভাঃ ॥৩৩॥
গন্ধমাদনশৃঙ্গেষু কুবের সহ রাক্ষসৈ ।
স বৃতোঽপ্সরসাং সংঘৈর্মোদতে গুহ্যকাধিপঃ ॥৩৪॥
গন্ধমাদনপার্শ্বে তু পরে ত্বপরগণ্ডিকা ।
একাদশ সহস্রাণি বর্ষাণাং পরমায়ুষ ॥৩৫॥
তত্র কৃষ্ণা নরা রাজন্ তেজোযুক্তা মহাবলা ।
স্ত্রিয়শ্চোৎপলবর্ণাভা সর্বাঃ সুপ্রিয়দর্শনা ॥৩৬॥
নীলাৎ পরতরং শ্বেতং শ্বেতাদ্ধৈরণ্যকং পরম্ ।
বর্ষমৈরাবতং রাজন্ নানাজনপদাবৃতম্ ॥৩৭॥
ধনুঃসংস্থে মহারাজ দ্বে বর্ষে দক্ষিণোত্তরে ।
ইলাবৃতং মধ্যমন্তু পঞ্চ দীর্ঘাণি চৈব হি ॥৩৮॥
উত্তরোত্তরমেতেভ্যো বর্ষমুদ্রিচ্যতে গুণৈ ।
আয়ুঃ প্রমাণমারোগ্যং ধর্মতঃ কামতোঽর্থতঃ ॥৩৯॥
সমন্বিতানি ভূতানি তেষু বর্ষেষু ভারত ।
এবমেষা মহারাজ পর্বতৈঃ পৃথিবী চিতা ॥৪০॥
হেমকূটস্তু সুমহান্ কৈলাসো নাম পর্বত ।
যত্র বৈশ্রবণো রাজন্ গুহ্যকৈঃ সহ মোদতে ॥৪১॥
তত্র দেবা মহা... স্তু সহো...যা ।
শী ত শিলা...ন রম্যা দেবর্ষিগণপূজিত ॥৪২॥

লৈরি। জম্বুদ্বীপত মক্তমক্তুমক্তুদা পাক চাউরবা লম্ অমম্থু লৈ ॥৩১॥ ভরতনন্দন! মফম্ অদুদা লৈরবা মীগী পুন্‌শি অস চৗ লিশিং তরানি। মফম্ অদুগী মীয় সনাগী মচু মাল্লি। নুপীনহাশিংনা অপ্সরাগী মতোংগুম্না ফজৈ ॥৩২॥ মফম্ অদুগী মীশিং অদু নায়েক্তে, অবাবা লৈতে, নুমিৎচুপ্প হরাউ ওয়াম নুংঙাইদুনা ঙাক লৈ। অদুগা মফম্ অদুদা লৈবা মীস হক পোকপদা কুচুনা কুদোংগ সনাগী মচু মাল্লি ॥৩৩॥ গুহ্যকপুম্নগী নিংথৌ কুবেরনা তিংচাবশিংগা লোয়ননা, অপ্সরাশিংনা ঈংকায় কোয়না, গন্ধমাদন চীঙ্গী মথাদা হরাউ তয়ানা নুঙাইনা শাদৈ ॥৩৪॥ গন্ধমাদন কোবা চীঙগী অবাং থংবা মায়কৈদা কোংঙানগী মও মানবা চীঙ্মচা মচা কয়া লৈরি। মফম অদুদা লৈবা মীগী পুনশিদি চহীলিশিং তরামাপোইনি ॥৩৫॥ নিংথৌ! মফম অদুগী মীদি মুই, তেজ লৈ-কল্লি, নুপীশিংদি পম্বাপগী মচু মাল্লি যেংবদা যামন ফজৈ ॥৩৬॥ নিংথৌ! নীলপর্ব্বতকী অবাংদা শ্বেতবর্ষ, শ্বেতবর্ষগী অবাংদা হৈরণ্যকবর্ষ, হৈরণ্য অসিগী অৱাংদা দেশমখল্ মখল্না তিল্লবা ঐরাবতবর্ষ লৈ ॥৩৭॥ মহারাজ! হিমালয়গী মখাদা ভারতবর্ষ খ্বাইগী অবাংদা ঐরাবতবর্ষ লৈ। বর্ষ অনীমকসিদ কোণ অহুম্ লৈ, হায়বদি ত্রিভুজনি। মরক্ত ইলাবৃত বর্ষগা লোয়ননা বর্ষ মঙা লৈ, মখোয় অদুদি নোংপোক নোংচুপ্তা শান্দোকখি ॥৩৮॥ পুন্‌শিদা, হকচাংগী রাং চাউবদা মশাকব নাদযেক্তবদা, ধর্ম্ম-অর্থ-কামগী থবক্ত অমদি অতৈ অতৈ গুণদা বর্ষশিং অসি মথং মথং হেনৈ ॥৩৯॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! বর্ষশিং অসিদা লৈব মীশিং অসি হায়রিবা গুণ খিবিক অসিনা তিল্লি। মতৌ অসুম্না পৃথিবী অসি গুণ লৈরবা দেশ ( বর্ষ ) খিবিক অসিনা থল্ল কুপ্লুনা লৈরিবনি ॥৪০॥ নিংথৌ! সনাক্তগী মশক ওইরবা চীঙদোল্ল নীঙথিজরবা কৈলাস হায়না কোবা চীঙ অম লৈ। মফম অদুদা গুহ্যক গন্ধর্ব্বশিংগা লোয়ননা কুবেরনা নুংঙাইনা হরাউ কুম্মে তৌদুনা লৈ ॥৪১॥ দেবর্ষি পুম্বনা পূজা

অন্তান্তরেণ কৈলাসং কৈলাসং পর্বতং প্রতি।
হিরণ্যশৃঙ্গঃ সুমহান্ দিব্যো মণিময়ো গিরিঃ ॥৪৩॥

তস্য পার্শ্বে মহদ্দিব্যং শুভ্রং কাঞ্চনবালুকম্। রম্যং বিন্দুসরো নাম যত্র রাজা ভগীরথঃ ॥৪৪॥
দৃষ্ট্বা ভাগীরথীং গঙ্গামুবাস বহুলাঃ সমাঃ। যূপা মণিময়াস্তত্র চৈত্যাশ্চাপি হিরণ্ময়াঃ ॥৪৫॥
(যুগ্মকম্)

তত্রেষ্ট্বা তু গতঃ সিদ্ধিং সহস্রাক্ষো মহাযশাঃ। স্রষ্টা ভূতপতির্যত্র সর্বলোকান্ সনাতনান্ ॥৪৬॥
উপাস্যতে তিগ্মতেজা যত্র ভূতৈঃ সমন্ততঃ। নরনারায়ণৌ ব্রহ্মা মনুঃ স্থাণুশ্চ পঞ্চমঃ ॥৪৭॥
তত্র দিব্যা ত্রিপথগা প্রথমন্তু প্রতিষ্ঠিতা। ব্রহ্মলোকাদপক্রান্তা সপ্তধা প্রতিপদ্যতে ॥৪৮॥
বস্বৌকসারা নলিনী পাবনী চ সরস্বতী। জাম্বুনদী চ সীতা চ গঙ্গা সিন্ধুশ্চ সপ্তমী ॥৪৯॥
অচিন্ত্যা দিব্যসঙ্কাশা প্রভাবৈশ্চ সমন্বিতা। উপাসতে যত্র সত্রং সহস্রযুগপর্যয়ে ॥৫০॥
দৃশ্যাদৃশ্যা চ ভবতি তত্র তত্র সরস্বতী। এতা দিব্যা সপ্ত গঙ্গাস্ত্রিষু লোকেষু বিশ্রুতা ॥৫১॥

তৌরবা ভগবান মহাদেবনা কৈলাস চীঙ অসিগী ঈংলবা, পুক্নীং হুনা ফজরবা, নুংগী মণক ওইববা মফম অসিদা মতম পুম্বদা উমাদেবীগ লোযননা লৈরিবনি ॥৪২॥ কৈলাসদগী থোইনা লাপ্তনা, অবাংলাম্দা মৈনাকপর্ব্বতকী মনাক্ত, ৱাংচাউরবা হিৰণ্যমযশৃঙ্গ কৌবা মণিতনা শাগুরবা চীঙ অম লৈ ॥৪৩॥ মাহুগী মনাক্ত বিন্দুসর কৌব পাকচাউরবা পুক্নীং হুননবগী মশক্ ওইরবা পুখ্রী অম লৈ। মাহুগী ঈশিং অহু ভৌরোক্ ভোই, লৈতোইশিং অহু সনাগী মশক্নি। মফম অদুদা ভগীরথ নিংথৌনা গঙ্গাগী দর্শন ফংলগনা মতম কুইনা বাস তৌহুনা লৈখি। মফম অদুদা মণিতন থামলবা যজ্ঞগী বলীগী যুপী অদুগা সনানা শাবা যজ্ঞমন্দির কযা কযা লৈ ॥৪৪—৪৫॥ মিংচৎ চাউরবা ইন্দ্রনা মফম্ অদুদা যজ্ঞ তৌদুনা, সিদ্ধি ফংখি। মফম অদুদা ব্রহ্মানা মতম কুইনা লৈদুনা লোককী সৃষ্টি তৌখি ॥৪৬॥

অদুগা মফম্ অদুদা নরনারাযণ, ব্রহ্মা, মনু, শিব মখোয় অসি মতম্ কুইনা লৈখি। অদুগা হাযরিবা মফম্ অসিদা ভূতপ্রেতপিশাচশিংনা, তেজ কল্লবা মহাদেবগী পূজা তৌদুনা লৈখি ॥৪৭॥ স্বর্গদা চেন্‌বী মন্দাকিনী গঙ্গানা, ব্রহ্মলোকতগী থোরক্‌না, অহান্‌বদা মফম্ অদুদা লৈকম্ অমদি মতীক্ মগুণ চাউনা ফংদুনা ঈরোং তরেৎ কাংনা চেন্‌খি ॥৪৮॥ ঈরোং তরেৎ ঈক্লোং তরেৎ অসিগী মমিংদি বস্বৌকসারা, নলিনী, পাবনী, সরস্বতী, জাম্বুনদী, সীতা, গঙ্গ, সিন্ধু অসিনি ॥৪৯॥ গঙ্গাগী মগুণদি থল্লকম্ থোক্কে। ঈশিংগী লুবা ফজরবা হাংনদাই লৈতে। পুণ্যচেল্লবা প্রভাবতনা থল্লবনি। যুগ লিশিং অম লেল্লবা তুংদা দেবতাশিংনা মাসিগী তোর্বান্দা যজ্ঞ তৌখি ॥৫০॥ মাসিগী মরক্ত লৈরিবী সরস্বতী হায়রিবীসিদি মফম্ অমদ উব ফংডি, মফম্ অমদ অমুক্ মশক্ উদে। হায়রিবী স্বর্গগী গঙ্গা (মন্দাকিনী) অসিদি মরোল্ অহুম্দ কাওরিবীনি ॥৫১॥

রক্ষাংসি বৈ হিমবতি হেমকূটে তু গুহ্যকাঃ। সর্পা নাগাশ্চ নিষধে গোকর্ণঞ্চ তপোবনম্॥৫২॥
দেবাসুরাণাঞ্চ গৃহং শ্বেতপর্বত উচ্যতে। গন্ধর্বা নিষধে নিত্যং নীলে ব্রহ্মর্ষয়স্তথা।
শৃঙ্গবাংস্তু মহারাজ! দেবানাং প্রতিসঞ্চরঃ॥৫৩॥
ইত্যেতানি মহারাজ! সপ্ত বর্ষাণি ভাগশঃ। ভূতান্যুপনিবিষ্টানি গতিমন্তি ধ্রুবাণি চ॥৫৪॥
তেষামৃদ্ধির্বহুবিধা দৃশ্যতে দৈবমানুষী। অশক্যা পরিসংখ্যাতুং শ্রদ্ধেয়া তু বুভূষতা॥৫৫॥
যাং পৃচ্ছসি মহারাজ! দিব্যামেতাং শশাকৃতিম্। পার্শ্বে শশস্য দ্বে বর্ষে উক্তে যে দক্ষিণোত্তরে।
কর্ণৌ তু শাকদ্বীপশ্চ কাশ্যপদ্বীপ এব চ॥৫৬॥
তাম্রবর্ণশিলো রাজন্। শ্রীমান্ মলয়পর্বতঃ। এতদ্দ্বিতীয়ং দ্বীপস্য দৃশ্যতে শশসংস্থিতম্॥৫৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
জম্বুখণ্ডনির্ম্মাণে ভূম্যাদিপরিমাণবিবরে ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ॥৬॥

---

তি চাবশিংনা হিমালয়দা, যক্ষাশিংনা হেমকূটদা শিলশিংনা নিষধ পর্ব্বতদা লৈ। নিষধ পর্ব্বত হায়রিবসিদা গোকর্ণ কৌবা তপোবন অমসু লৈ॥৫২॥ মহারাজ। লাইয়াম্শি অমাদ হু চাবাশিংগী লৈফম্ অসি শ্বেতপর্ব্বত হায়রিবত্তুদসু লৈ। অদুগা গন্ধর্ব্বশিংনা নিষধপর্ব্বতদা ব্রহ্মর্ষিশিংনা নীল পর্ব্বতদা লৈ। অদুগা, লাইয়াম্শিংনসু শৃঙ্গবান পর্ব্বতদা হংগৎচন্দা চত্তুনা লৈ॥৫৩॥ মাগী মাগী শরুক খায়থরকপগী মতুংইন্না বর্ষ তরেৎ অসিগী মরম্দা হায়রবনি। অচচ্চত্ত জীব মখল্ অনীনা হায়রিবা বর্ষ তরেৎ অসিদা লৈরবনি॥৫৪॥ হায়রিবা জীবশিং অসিগী, লাইগী অমদি তাইবংমীগী ওইবা চাওখৎপা মও পুম্বা উবা ফংঙ। অদুগা মখোয়গী মশীং থীবাদ ওইথাক্রবনি, তাইবং মীগী শক্তিগী রাংমদ লৈ। অদুদা, মঙ্গল ওইনিংবা মীনদি মখোয়গী চাওখৎ ত্রুবুদি থাজগদবনি॥৫৫॥ মহারাজ। মহারাজনা এরোন্দ শশলক্ষণ কৌবা মফম্গী মরমদা, অদুগা মহাক্কী মখা অরাং নাকল্ অনীদা লৈবা বর্ষ অনীগী মরমদা হংবিখবদু হায়জরবান। অসিগী মৎত্তু, শাকদ্বীপ, কাশ্যপদ্বীপ হায়রিবা অনীসিদি শশস্থান হায়রবসিগী নাকলগী মশক্ ওইরত্তুনা লৈরিবনি॥৫৬॥ মহারাজ। মশেক্ মঙাল্ কল্লবা মলয় পর্ব্বতকী নুংশিংদ কাবী মচু মাল্লি অদুগা হায়রিবা মলয়পর্ব্বত অসিদগী জম্বুদ্বীপকী অনীশুবা, থেবগী মওং মানবা মফম্ অদু উব ফংঙি॥৫৭॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, মাকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লৈংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা "জম্বুখণ্ডনির্ম্মাণ"গী মনুংদা ভূম্যাদি পরিমাণ বিবরণগী তরুকশুবা অধ্যায় লোইরে॥

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তমোঽধ্যায়ঃ

তরেৎশুবা অধ্যায

( মাল্যবান্গী বর্ণন )

—(•)—

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

মেরোরথোত্তরং পার্শ্বং পূর্ব্বঞ্চাচক্ষ্ব সঞ্জয়। নিখিলেন মহাবুদ্ধে মাল্যবন্তঞ্চ পর্ব্বতম্॥১॥

### সঞ্জয় উবাচ।

দক্ষিণেন তু নীলস্য মেরোঃ পার্শ্বে তথোত্তরে। উত্তরাঃ কুরবো রাজন্ পুণ্যাঃ সিদ্ধনিষেবিতাঃ॥২॥

তত্র বৃক্ষা মধুফলা নিত্যপুষ্পফলোপগাঃ। পুষ্পাণি চ সুগন্ধীনি রসবন্তি ফলানি চ॥৩॥

সর্ব্বকামফলাস্তত্র কেচিদ্বৃক্ষা জনাধিপ। অপরে ক্ষীরিণো নাম বৃক্ষাস্তত্র নরাধিপ॥৪॥

যে ক্ষরন্তি সদা ক্ষীরং ষড়্রসং হ্যমৃতোপমম্। বস্ত্রাণি চ প্রসূয়ন্তে ফলেষ্বাভরণানি চ॥৫॥

সর্ব্বা মণিময়ী ভূমিঃ সূক্ষ্মকাঞ্চনবালুকা। সর্ব্বর্ত্তুসুখসংস্পর্শা নিষ্পঙ্কা চ জনাধিপ।
পুষ্করিণ্যঃ শুভাস্তত্র সুখস্পর্শা মনোরমাঃ॥৬॥

---

**ধৃতরাষ্ট্রনা হায় :**— পোইন জ্ঞানী ওইরবা সঞ্জয়। অসিগী মথংদা, মহাকা সুমেরুগী অরাং-লোম্পোক্কী মরমদা অমদি মাল্যবান্ কৌবা চীঙগী মরম্দা হায়ু॥১॥ সঞ্জয়না হায় :— নিংথৌ। নীলপর্ব্বতকী মথা থ বদা অতুগা সুমেরু পর্ব্বতকী অরাংদ যেংলবা অতুগা সিদ্ধ পুরুষশিংনা থম্ম লৈরবা উত্তরকুরু হায়বা দেশ অম লৈ॥২॥ দেশ অসিদা হাউরবা উহৈনা থন্না যাল্লবা উপাম্বী যাম্ম হৌবি। পাম্বীশিং অসিদা মতম্ লৈবখিবিক্রু মহৈ মপালমক্তনা থম্ম শাত্তূনা যাল্লুনা লৈ। মখোয অতু মনম্ যাম্ম নুংশি, অতুগা যাম্ম হাউ-থুম্মি॥৩॥ মহারাজ! দেশ অসিদা হৈপাল্ থবা তৌরি, মখোয অতুদি হেক অপাম্ব পোশক্ অতু মহৈগুম্ যাল্লি। মহারাজ! থোক্টদোক্ক হাযরবদা, দেশ অসিদা ক্ষীরী কৌবা উপাম্বী জাৎ অম হৌই॥৪॥ হায়রিবা পাম্বীশিং অসিদগী অমৃতগ মান্নন থুম্নবা, রসতরুক্কা তিল্লবা ক্ষীর শিন্থরকই। উহৈগী মনুংদা ফিরোম্নচিংবা লৈতেং অয়াম্ব পোকই॥৫॥ মহারাজ। দেশ অতুগী লৈপাকমথৈ মণিগী মশক্কি। লৈঙোই মরিক্শিংদা সনা মরীক্ মরীক্ যাওই। ঋতু পুম্নমক্ নুংঙাইবগী মশক্কি, লম্বী থোং লৈখোম্ লৈনাং লৈতে। দেশ অতুদা নুংঙাইরবা, পুক্লীং চুননবগী মশক্ ওইরবা

দেবলোকচ্যুতাঃ সর্বে জায়ন্তে তত্র মানবাঃ। শুক্লাভিজনসম্পন্নাঃ সর্বে সুপ্রিয়দর্শনাঃ ॥৭॥
মিথুনানি চ জায়ন্তে স্ত্রিয়শ্চাপ্সরসোপমাঃ। তেষাং তে ক্ষীরিণাং ক্ষীরং পিবন্ত্যমৃতসন্নিভম্ ॥৮॥
মিথুনং জায়তে কালে সমং তচ্চ প্রবর্দ্ধতে। তুল্যরূপগুণোপেতং সমবেষং তথৈব চ ॥৯॥
একৈকমনুরক্তঞ্চ চক্রবাকসমং বিভো ! । নিরাময়াশ্চ তে লোকা নিত্যং মুদিতমানসাঃ ॥১০॥
দশ বর্ষসহস্রাণি দশ বর্ষশতানি চ। জীবন্তি তে মহারাজ ! ন চান্যোন্যং জহত্যুত ॥১১॥
ভারুণ্ডা নাম শকুনাস্তীক্ষ্ণতুণ্ডা মহাবলাঃ। তান্ নির্হরন্তীহ মৃতান্ দরীষু প্রক্ষিপন্তি চ ॥১২॥
উত্তরাঃ কুরবো রাজন্ ! ব্যাখ্যাতাস্তে সমাসতঃ। মেরোঃ পার্শ্বমহং পূর্বং বক্ষ্যাম্যথ যথাতথম্ ॥১৩॥
তস্য মূর্দ্ধাভিষেকস্তু ভদ্রাশ্বস্য বিশাম্পতে ! । ভদ্রশালবনং যত্র কালাম্রশ্চ মহাদ্রুমঃ ॥১৪॥
কালাম্রস্তু মহারাজ ! নিত্যপুষ্পফলঃ শুভঃ। দ্রুমশ্চ যোজনোৎসেধঃ সিদ্ধচারণসেবিতঃ ॥১৫॥
তত্র তে পুরুষাঃ শ্বেতাস্তেজোযুক্তা মহাবলাঃ। স্ত্রিয়ঃ কুমুদবর্ণাশ্চ সুন্দর্যঃ প্রিয়দর্শনাঃ ॥১৬॥
চন্দ্রপ্রভাশ্চন্দ্রবর্ণাঃ পূর্ণচন্দ্রনিভাননাঃ। চন্দ্রশীতলগাত্রাশ্চ নৃত্যগীতবিশারদাঃ ॥১৭॥ (যুগ্মকম্)

---

পুথ্রী য়াম্ন লৈ ॥৬॥ দেশ অদুদা লৈবা মী মথৈ লাইরৈপাক্কী নাম্বরক্পগুম্ব ভাক্ত ওইন তৌই। অচৌবা জাতিদা পোকপা ভাক্ত ওইন তৌই, যেংবদা মশক কজে ॥৭॥ মতৈ মনাউ থুদিংমক নোংমতদা পোকমিন্নবগুম্ তৌই। নুপীশিং অদু অপ্সরাগুম্বা কজে। মখোয অসিনা ক্ষীর পাম্বীগী অমৃতগা মান্নরবা ক্ষীর থকই ॥৮॥ নুপী নিপা মতম্ চান নোংমতদা পোকই। মখোয পুম্বা চপ্ মান্ননা চাউরৈ কন্‌মিন্নৈ। মখোয পুম্বা চপ মান্ননা রূপগুণ চঙখোন্‌মন্নৈ, কিংজং লৈতেং চপ মান্নৈ ॥৯॥ নিংথৌ। মখোয় পুম্বা ভানু থঙ্গোংলাব অমোম্‌গুম্না মতৈমনাউ অমগ অমগ নুংশিনৈ। দেশ অদুদা অনা অযেক থক লৈতে, মী পুম্নমক অসি মথৎতই ইংহোত হবাউত্রনা লৈ ॥১০॥ মহারাজ। মকম্ অদুদা লৈবমীশিং অদু চহী লিশিং তরামাথোই-তরামাথোই পুনশ। পুন্‌শি চুপ্প মতৈ মনাউ কায়নদে। নোংমতদ শিন্নিন্নৈ ॥১১॥ ভারুণ্ড কৌবা মচীন্ থোরব, কল্লবা উচেকশিংনা, মখোযবু শিরবা মতুংদা, ময়ুম্ ময়ুমদগী চিংথোক্লুনা লোন্নুংদা হেক্ হেক্ লংথৈ ॥১২॥

মহারাজ। মহারাজগী মকমদা উত্তরকুরুদেশকী রা অসি সম্পাংনা লীজরবনি। হন্দক্লা সুমেরু চীঙগী নোংপোক্ত লৈব দেশশিংগী মরমদা হায়জগ ॥১৩॥ নিংথৌ। সুমেরু চীঙগী নোংপোক্ত ভদ্রাশ্ব দেশগী মনুংদা ভদ্রশালবন কৌবা বন অম লৈ। মাদুদা কালাম্র হায়রবা চাউরবা উ পাম্বী অম হোৌর ॥১৪॥ মহারাজ। মজলগী মশক ওইরবা সিদ্ধ-চারণশিংনা সেবা তৌনরিবা কালাম্র হায়বা অচৌবা পাম্বী অসি মতম পুম্বদা মহৈমপাম্ন ঈথক্ত থন্দুনা লৈ। যুথক কথংসু পাক্ক চাউই ॥১৫॥ মকম অদুগী নিপাশিংদি ঙৌই, তেজ লৈ, অদুগা মপাঙ্গল্ যাম্ন কল্লি। নুপীশিংনা থরো অঙোবা অমদি শাগী মতৌগুম্বা ঙৌকনৈ, য়াম্ন ফজে, মশকমওাম থাগুম্ন।

দশ বর্ষসহস্রাণি তত্রায়ুর্ভরতর্ষভ।। কালাম্রবসপীতাস্তে নিত্যং সংস্থিতযৌবনাঃ ॥১৮॥
দক্ষিণেন তু নীলস্য নিষধস্যোত্তরেণ তু। সুদর্শনো নাম মহান্ জম্বুবৃক্ষঃ সনাতনঃ ॥১৯॥
সর্বকামফলঃ পুণ্যঃ সিদ্ধচারণসেবিতঃ। তস্য নাম্না সমাখ্যাতো জম্বুদ্বীপঃ সনাতনঃ ॥২০॥
যোজনানাং সহস্রঞ্চ শতঞ্চ ভরতর্ষভ।। উৎসেধো বৃক্ষরাজস্য দিবস্পৃগ্ মনুজেশ্বর। ॥২১॥
অরত্নীনাং সহস্রঞ্চ শতানি দশ পঞ্চ চ। পরিণাহস্তু বৃক্ষস্য ফলানাং রসভেদিনাম্ ॥২২॥
পতমানানি তান্যুর্ব্যাং কুর্বন্তি বিপুলং স্বনম্। মুঞ্চন্তি চ রসং রাজংস্তস্মিন্ রজতসন্নিভম্ ॥২৩॥
তস্যা জম্ব্বা ফলরসো নদী ভূত্বা জনাধিপ!। মেরুং প্রদক্ষিণং কৃত্বা সংপ্রয়াত্যুত্তরান্ কুরূন্ ॥২৪॥
তত্র তেষাং মনঃশান্তির্ন পিপাসা জনাধিপ!। তস্মিন্ ফলরসে পীতে ন জরা বাধতে চ তান্ ॥২৫॥
তত্র জাম্বূনদং নাম কনকং দেবভূষণম্। ইন্দ্রগোপকসঙ্কাশং জায়তে ভাস্বরন্তু তৎ ॥২৬॥
তরুণাদিত্যবর্ণাশ্চ জায়ন্তে তত্র মানবাঃ। তথা মাল্যবতঃ শৃঙ্গে দৃশ্যতে হব্যবাট্ সদা ॥২৭॥

মাযথোং অমময়া মপুং কারবা থাজগুস্মি। থাগী মতৌগুম্না ঈভিঙ অতুগা জগোঈ ঈশৈদা যাম্না হৈশিংগি ॥১৬—১৭॥ ভরতশাগেগী অথোইবা। দেশ অদুগী মীশিংগী পুনশিদি চহীলিশিং তরানি। মখোয কালাম্র হায়বদুগী মহী থক্কুনা মতম্ কুইনা মথোৎ কারকপগী অবস্থাদা লৈ ॥১৮॥ নীলপর্ব্বতকীদি মখাদা নিষধপর্ব্বতকীদি অবাংদা সুদর্শন কৌবা রাং চাউরবা জম্বুপাম্বী (চৈজাংপাম্বী) অম তৌর। মাসি মতম কুইনদগী মওং মতৌ কিংবপ ঈকায কাযদনা লৈ ॥১৯॥ শেংলবা সিদ্ধচারণ খিবিক্রা অকোযবদা লৈরিবা জম্বু (চৈজাং) পাম্বী অসিদগী কংনিং কংনাংবা পোং পুম্বা কংবা যাই। হায়রিবা চৈজাং পাম্বী অসিগী মমিংদগী দ্বীপ অসি আ-মমাঙৈদগী "জম্বুদ্বীপ" অসুম্ হায়না কৌনরক্লি ॥২০॥

ভরতশাগেগী অথোইবা। উনিংথৌ ওইরবা জম্বুপাম্বী অসে রাং চাউবদা য়ুথক চামতরা-মাথোইনি। অদুনা রাংবদা নোংমদোন্ থেৎলি ॥২১। পাম্বী অসিগী উহৈশিং অসি মনুংগী রস অদুনা ফুংদারকপদা হেক্ হেক্ শাখায। উহৈ অমমমগী ব্যাসার্দ্ধ হায়বদি খায়দাক্লগা মখায় চবুক্কী শকক অদু কাপ লিশিং অনীরোম্ পাকই ॥২২॥ নিংথৌ। উহৈশিং অসি লৈপাক মথক্ত তাবমতম্দা, মখোল্ যাম্ন হোই ॥২২॥ তাবা মকম্ অদুমক্তদা লুপা মহি চেন্নবগুম্ন ঙৌরবা লললবা মহী অদু চেস্থরকই ॥২৩॥ নিংথৌ' হৈজাং অদুগী মহীনা তু.রল্ ওইনা চেস্থরক্তুনা সুমেরু চীঙবু যেৎওইননা কোয়না চেন্দুনা উত্তরকুরু দেশবামদা চেন্থি ॥২৪॥ নিংথৌ। উহৈ অসিগী মহি চুপতুনা-থক্কুনা, মকম্ অসিদা লৈবা মীশিংগী পুক্নীংদা অপেন্বা অঙীংবা পোকই। অয়াম খৌরাংব লৈতে। অহল্ ওইবা হায়বা অবস্থা হায়ব অদুনা মখোযদা চঙগকপা ঙম্দে ॥২৫॥ তুরেল্ অসিগী মপান্দা ইন্দ্রগোপ হায়বা তীল্ অদুগী মচুগুম্না নাপু মচু মচু মান্বা, লংলবা, লাইয়াম্ খিবিক্কী লৈতেং ওইবা জাম্বুনদ হায়বা সনা অদু পোকই ॥২৬॥ লৈপাক্ অসিদা লৈবা মীশিং অসি থোরকপা নুমিৎকী মঙাল পুদুনা পোক্ই। অদুগা মাল্যবান

নাম্না সংবর্ত্তকো নাম কালাগ্নির্ভবতর্ষভ। । তথা মাল্যবত শৃঙ্গে পূর্ব্বপূর্বানুগণ্ডিকা ॥২৮॥
যোজনানাং সহস্রাণি পঞ্চাশন্মাল্যবানথ। মহারজতসঙ্কাশা জায়ন্তে তত্র মানবা. ॥২৯॥
ব্রহ্মলোকচ্যুতা সর্ব্বে সর্ব্বে সুব্রহ্মবাদিন। তপস্তপন্তি তে তীব্রং ভবন্তি হ্যূর্দ্ধরেতস।
রক্ষণার্থন্তু ভুতানাং প্রবিশন্তি দিবাকরম্ ৩০॥
ষষ্টিস্তানি সহস্রাণি ষষ্টিরেব শতানি চ। অরুণস্যাগ্রতো যান্তি পরিবার্য দিবাকরম্ ॥৩১॥
ষষ্টিং বর্ষসহস্রাণি ষষ্টিমেব শতানি চ। আদিত্যতাপতপ্তাস্তে বিশন্তি শশিমণ্ডলম ॥৩২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
জম্বুখণ্ডবিনির্ম্মাণে মাল্যবদ্বর্ণনে সপ্তমোঽধ্যায় ॥০॥

---

হায়ন কৌবা চীঙ অদুগী মতোন্দা নুমিৎচুপ্প মৈ চাক্কুনা লৈবা ঙাক্ত ওইনা উই ॥২৭॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা। অদুম্ ওইবা কালাগ্নি অদুগী মমিং সংবর্ত্তক হায়না কৌই। অদুগা মাল্যবান্ হায়বা চীঙ আসগী মতোন্দা, নোংপোক্ পানা পাংন চীঙমচা কয়া পারং পারং লৈথখি ॥২৮॥ মাল্যবান্ হায়বা চীঙ অসি যুথক্ লিশিং য়াঙ্খৈ রাং চাউই। মফম্ অসিদা লৈব মীশিং অসি হেক পোকপদা সনা মচু মান্ন পকই ॥২৯॥ মখোয পুম্নমক ব্রহ্মলোকতগী নান্থরকপা ঙাক্ত ওইনা তোই, মখোয পুম্নমক্ বেদ খঙবা হৈবা মক্তনি। অদুগা মখোয অসি অকনব তপস্যা তৌই। মতম কুইনা ব্রহ্মচারী ওইবনা বীর্য্যানা থক্ লামদা তাইগৎথবা ঙাক্তনি। থরাই পানবা পুম্ব ঙাকশেন্নবগীদমক মখোয়না সূর্য্য মণ্ডলদা চঙখি ॥৩০॥ অসি-গুম্বা মী লিশিং হুস্ফু তকরু নুমিৎকী মকোয়বু কুপশিন্দুনা অরুণগী মমাঙ থান থান চৎলি ॥৩১॥ অদুগা মখোয অসি চরীলাশ হুস্ফুনিথোই চুপ্প নুমিৎকী মৈশানা যৈদুনা কোন্থদা থাগী মকোয়দ চঙশিল্লি ॥৩২॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেৎবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা "জম্বুখণ্ডনির্ম্মাণ"গী মনুংদা "মাল্যবদ্বর্ণন"গী তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টমোঽধ্যায়ঃ

### নিপালশুবা অধ্যায

( ধৃতরাষ্ট্রনা হাযবগী মতাং )

——ঃ০ঃ——

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

বর্ষাণামেব নামানি পর্বতানাঞ্চ সঞ্জয়। আচক্ষ্ব মে যথাতত্ত্বং যে চ পর্বতবাসিনঃ ॥১॥

সঞ্জয় উবাচ।

দক্ষিণেন তু শ্বেতস্য নীলস্যৈবোত্তরেণ তু। বর্ষং রমণকং নাম জায়ন্তে তত্র মানবাঃ ॥২॥

শুক্লাভিজনসম্পন্নাঃ সর্বে সুপ্রিয়দর্শনাঃ। নিঃসপত্নাশ্চ তে সর্বে জায়ন্তে তত্র মানবাঃ ॥৩॥

দশ বর্ষসহস্রাণি শতানি দশ পঞ্চ চ। জীবন্তি তে মহারাজ। নিত্যং মুদিতমানসাঃ ॥৪॥

দক্ষিণে শৃঙ্গিণশ্চৈব শ্বেতস্যাথোত্তরেণ তু। বর্ষং হিরণ্ময়ং নাম যত্র হৈরণ্বতী নদী ॥৫॥

যত্র চায়ং মহারাজ। পক্ষিরাট্ পতগোত্তম। যক্ষানুগা মহারাজ। ধনিনঃ প্রিয়দর্শনাঃ ॥৬॥

মহাবলাস্তত্র জনা রাজন্। মুদিতমানসাঃ। একাদশ সহস্রাণি বর্ষাণাং তে জনাধিপ। ॥৭॥

আয়ুঃপ্রমাণং জীবন্তি শতানি দশ পঞ্চ চ। শৃঙ্গাণি বৈ শৃঙ্গবতস্ত্রীণ্যেব মনুজাধিপ। ॥৮॥ (যুগ্মকম)

একং মণিময়ং তত্র তথৈকং রৌক্মমদ্ভুতম্। সর্বরত্নময়ঞ্চৈকং ভবনৈরুপশোভিতম্।

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ--সঞ্জয়! অতোপ্ অতোপ্প বর্ষ অমদি চীঙ্শিংগী মমি অদুগা মখোয়শিং অদুগী মরমদা শুনা মথং মথ হাযবন্উ ॥১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—কৈলাস চীঙগী মখা থংবদা অদুগা নীলপর্ব্বতকীদ অবাংদা, রমণক হায়ন কৌবা বর্ষ অম লৈ। মফম্ অদুদস্ত মী পোক্ই ॥২॥ মফম্ অদুদা লৈবা মীশিং অদু দোষ লৈতবা শাগৈদা পোক্পানি, থংবদা যাম্ন ফজে, যেক্লবা লৈতে ॥৩॥ মহারাজ! মখোয় অদু ঙামৎচুপ্প মথরাই হয়াউনা লৈত্তনা, অমময়া চহী লিশিং তরামাথোইগা চামঙা পুন্শিন্দুনা লৈ ॥৪॥ শৃঙ্গী কৌবা চীঙগী মখা থংবদা অদুগা কৈলাসগীদি অয়াংদা হিরন্ময় কৌবা বর্ষ অম লৈ, মফম্ অদুদা হৈরণ্বতী হায়না কৌবা তুরেল অম চেল্লি ॥৫॥ মহারাজ! মফম্ অদুদা উচেক্ নিংথৌ গরুড অদুগা যক্ষগী অনুচরশিং, ইনাক্খুল্লবা, মশক্ ফজরবা মী ঙাক্ত লৈ ॥৬॥ মহারাজ! মফম্ অদুদা লৈবা মীশিং আস মপাঙ্গল্ য়াম্ন কল্লি, মতম্পুম্বদা হয়াউদনা ঙাক্ত লৈ। অমময়া চহী লিশিং তরামাথোইগা চামঙা পুন্শি। নিংথৌ! শৃঙ্গী হায়বা চীঙ্ অসিগী চীঙ্দোল্ অহুম্ লৈ ॥৭-৮॥ চীঙ্দোল্

তত্র স্বয়ম্প্রভা দেবী নিত্যং বসতি শাণ্ডিলী ॥৯॥

উত্তরেণ তু শৃঙ্গস্য সমুদ্রান্তে জনাধিপ। । ঐরাবতং নাম তস্মাচ্ছৃঙ্গবতঃ পরম্ ॥১০॥
ন তত্র সূর্য্যস্তপতি ন জীর্য্যন্তে চ মানবা । চন্দ্রমাশ্চ সনক্ষত্রো জ্যোতির্ভূত ইবাপর ॥১১॥
পদ্মপ্রভা পদ্মবর্ণা পদ্মপত্রনিভেক্ষণা । পদ্মপত্রসুগন্ধাশ্চ জায়ন্তে তত্র মানবা ॥১২॥
অনিস্পন্দা ইষ্টগন্ধা নিরাহারা জিতেন্দ্রিয়া । দেবলোকচ্যুতাঃ সর্বে তথা বিরজসো নৃপ! ॥১৩॥
ত্রয়োদশ সহস্রাণি বর্ষাণাং তে জনাধিপ!। আয়ুঃপ্রমাণং জীবন্তি নরা ভরতসত্তম। ॥১৪॥
ক্ষীরোদস্য সমুদ্রস্য তথৈবোত্তরতঃ প্রভু । হরির্বসতি বৈকুণ্ঠঃ শকটে কনকোজ্জ্বলে ॥১৫॥
অষ্টচক্রং হি তদ্যানং ভূতযুক্তং মনোজবম্। অগ্নিবর্ণং মহাতেজো জাম্বুনদবিভূষিতম ॥১৬॥
স প্রভু সর্ব্বভূতানাং বিভুশ্চ ভরতর্ষভ।' সংক্ষেপো বিস্তরশ্চৈব কর্ত্তা কারয়িতা তথা ॥১৭॥
পৃথিব্যাপস্তথাকাশং বায়ুস্তেজশ্চ পার্থিব!। স যজ্ঞ সর্বভূতানামাস্যং তস্য হুতাশন ॥১৮॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্তঃ সঞ্জয়েন ধৃতরাষ্ট্রো মহামনা । ধ্যানমন্বগমদ্রাজা পুত্রান্ প্রতি জনাধিপ। ১৯॥

অহুম্ অসিগী মনুংদা অমদি মণিতগী মশক্কি। অমনা অঙকপগী মশক্ ফংলবা সনাতনা শাবা চীঙদোন্নি। অমনা হীযাইতগী মশাক্ক। হাযরিবা চীঙদোল্ অহুম্ অসিনা লৈতে ওইরিবা ত্রিশৃঙ্গী হাযব চীঙ অতনি। চীঙ অতুদা, ব্রহ্মজ্ঞান লৈরবী শাণ্ডিলা দেবী হাযবীহু মতম্পুম্বদ লৈ ॥৯॥ মহারাজ। হাযরিবা শৃঙ্গীপর্ব্বত হাযবসিগী অবাংদা সমুদ্র ফাওবা শন্দোকৃখিবা লম্দম্ অদু ঐরাবত বর্ষ অমুম হাযনা খঙনৈ। শৃঙ্গীপর্ব্বতনা মনাক্ত লৈবনা লম্ অসি খ্বাইদগী অথোইবা ওই ॥১০॥

বর্ষ অসিদা নুমিৎনা মাগী মঙাল্ পীদে। অহিংদ থানা অতুগা নুংথিন্দা নুমিৎকুম্ লংলবা থরান্মিচাক্ অমনা লম্ অসিগী লৈতেং ওই। লম্ অসিগী মী অসি অহল ওইরকপা হায়বা লৈতে ॥১১॥ দেশ অসিগী মীশিং অসি থম্বাল মচু মাল্লি। মমিৎসু থম্বাল মনা মাল্লি। মশা অদু থম্বাল মনম্ নম্না পোক্‌ই ॥১২॥ নিংথৌ। স্বাইরৈবাক্তগী নাম্বরকপা মীশিং অসি মমিৎ তোযনা কূপ্তে মশা-হকচাং অদু মনম্ য়াম্ন নুংশি। থোইদোক্না চাব-থক্পা উদে, ইন্দ্রিয় খুদম চল্লি। মশা মশাদা রজোগুণ য়াওদে ॥১৩॥ ভরত শাখৈগী অথোইবা নিংথৌ। লম্ অসিগী হাযরিবা মীশিংসে অমময়া চহী লিশিং তরাহুম্দাই পুন্শি ॥১৪॥ ক্ষীরোদসমুদ্রগী য়াংমদা, সনাগী মতৌঙুম্ লংলবা রথ তোংদুনা জগৎকী মপু নারায়ণ মশামক্ মকম্ অসিদা লৈ ॥১৫॥ বিষ্ণুগী রথ অসি কাংখোং নিপাল্ পাল্লি। লাইখিবিরা তিল্লি, পুক্নীংগী মতৌঙুম্ য়াঙ্‌ঙ, মৈগী মচুনি, তেজ য়াম্ন লৈ ॥১৬ ভরতশ্রেষ্ঠগী অথোইবা! হায়রিবা বিষ্ণু ভগবান্ অসি জীবপান্‌বা পুম্বগী মপুনি, মকম্ পুম্বদা শীন্নুংনা লৈ জগৎপূ মাঙহন্‌বা ওম্বা শক্তিনি, জগৎপু শেম্ব অমদি শেম্‌হনবা মপুনি ॥১৭॥ নিংথৌ। মহাক মশামক্, মৈ ঈশিং নুংশিৎ, আকাশ, লৈপ্ল্যাক্লি। জীব পান্‌বা পুম্বগী যজ্ঞগী মশক্লি, অদুগা মৈনা মাগী মচীন্নি ॥১৮॥ বৈশম্পায়ননা

স বিচিন্ত্য মহাতেজাঃ পুনরেবাব্রবীদ্বচঃ। অসংশয়, সূতপুত্র। কালঃ সংক্ষিপতে জগৎ।
সৃজতে চ পুনঃ সর্বং নেহ বিদ্যতি শাশ্বতম্ ॥২০॥
নরো নারায়ণশ্চৈব সর্বজ্ঞঃ সর্বভূতহৃৎ। দেবা বৈকুণ্ঠ ইত্যাহুর্বেদা বিষ্ণুরিতি প্রভুম্ ॥২১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
জম্বুখণ্ডবিনির্ম্মাণে ধৃতরাষ্ট্রবাক্যে অষ্টমোঽধ্যায়ঃ ॥৮॥

---

হায়ঃ— নিংথৌ জনমেজয়। অসুম্না হায়রক্লবদা পুক্চেল্ চাউরবা ধৃতরাষ্ট্রনা মচাশিংগী চিন্তা তৌবা'ক্ল ॥১৯॥ তেজ কল্লবা ধৃতরাষ্ট্রনা ঙচাক্ বিচার তৌরগা সঞ্জয়দা অমুক্ হায়রক্ই:— সঞ্জয়। কাল হায়বা লাই অদুনা জগৎ পুম্বব্ শেম্মি অদুগা হেক্ হেক্ থুগাই। অদুনা জগৎ লে'দনা লৈগদবা পোৎশক অমত লৈতে ॥২০॥ নরনারায়ণ হায়রিবা অনী অসিদি খো খোয়া খঙ্বা অদুগা জগৎ পুম্বব্ লৌশিন্বা মীশক্তি। লাইখিবিক্না খ্বাইগী প্রভু ওইবা মগাক্পুদি বৈকুণ্ঠ কৌই, অদুগা বিষ্ণু হায়না কৌই ॥২১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদ জম্বুখণ্ডনির্ম্মাণগী মনুংদা ধৃতরাষ্ট্র বাক্যগী নিপালশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৮॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## নবমোঽধ্যায়ঃ

### মাপলগুবা অধ্যায

( ভারতবর্ষ চাউ্ তুরেল্নচিংবগী বর্ণন )

—:( * ):—

**ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।**

যদিদং ভারতং বর্ষং যত্রেদং মূর্চ্ছিতং বলম্। যত্রাতিমাত্রলুব্ধোঽয়ং পুত্রো দুর্য্যোধনো মম ॥১॥
যত্র গৃদ্ধাঃ পাণ্ডুপুত্রা যত্র মে সজ্জতে মনঃ। এতন্মে সর্বমাচক্ষ্ব ত্বং হি মে বুদ্ধিমান্ মতঃ ॥২॥
(যুগ্মকম্)

**সঞ্জয় উবাচ।**

ন তত্র পাণ্ডবা গৃদ্ধাঃ শৃণু রাজন্! বচো মম। গৃদ্ধো দুর্য্যোধনস্তত্র শকুনিশ্চাপি সৌবল ॥৩॥
অপরে ক্ষত্রিয়াশ্চৈব নানাজনপদেশ্বরাঃ। যে গৃদ্ধা ভারতে বর্ষে ন মৃষ্যন্তি পরস্পরম্ ॥৪॥
অত্র তে কীর্ত্তয়িষ্যামি বর্ষং ভারত! ভারতম্। প্রিয়মিন্দ্রস্য দেবস্য মনোর্বৈবস্বতস্য চ ॥৫॥
পৃথোস্তু রাজন্! বৈণ্যস্য তথেক্ষ্বাকোর্মহাত্মনঃ। যযাতেরম্বরীষস্য মান্ধাতুর্নহুষস্য চ ॥৬॥

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ— সঞ্জয়। কুরুক্ষেত্রদা তিল্লিবা শাম্মী মযাম্ অসিনা, মতোন্দা পাক্তুনা চাউথ্রবা ঐগী ঈচা দুর্য্যোধননা মহাক্কী দমক্ত, অদুগা মহাক্পু কংননবা অম্বক্ য়াম্না লোভী ওইথ্রবা পাণ্ডবশিংনসু লোভী ওইহনবা মহাক অসিবু কংগে হাযনা তাম্নরিবা * অদুগা হাযরিবা লৈপাক্ অসিদা নৈগী পৃথ্বী সিনসু কাহেন্না অপাম্বগা শোযননা চঙ্থ্রবা, অসিগুম্বা ভারতবর্ষ হায়বসিগী মরম্দা অমুক্তগ মুন্না লৌপরকউ। মরম্দি নহাক অসি য়াম্না বুদ্ধি লৈরবা মীশক্ অম ওইরে হাযবসি নৈনা খল্লি ॥১—২॥ সঞ্জযনা হায়ঃ— নিংথৌ। ঐনা হাযজরিবসি তাবিয়ু। পাণ্ডবশিংদি লোভী ওইবা নত্তে। য়াম্না পাম্লিবা মীগী সম্পত্তিবু কল্লক্পদি দুর্য্যোধন শকুনি অনী অসিনি ॥৩॥ অদুগা অতোপ অতোপ্পা দেশগী নিংথৌশিং, ক্ষত্রিযশিং অসিসু ভারত ভূমি অসিদা য়াম্না লোভী ওইনরে। মখোয় পুম্নমক লোভী ওইহনা অমন অমগী চাউখৎপবু ঊরগা খাণ্ডবা তম্নদবি ॥৪॥ হে অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু, ভরতনন্দন মহারাজ। মহারাজগী মমম্দা ঐ তৌজিক ভারতবর্ষ কৌবা লম্ অসিগী মরম্দা হাযজরগে। মহারাজ। ভারতবর্ষ হায়বসে দেবরাজ ইন্দ্রমক্কা পাম্জবা অমদি নুংশিজবা লম্দম্নি। অদুগা মর্ত্ত্যলোকী বৈবস্বত মনু, বেণগী মচা পৃথু মহাত্ম ওইবা ইক্ষ্বাকু, যযাতি, অম্বরীষ, মান্ধাতা, নহুষ, মুচুকুন্দ, উশীনরগী

---

*টীকা ঃ-"কনাগীসু ওইত্রবা পৃথ্বীবু মপামপুগীনি হাযহুনা কংনিংশিবা"—হায়রব ভাব অসিমা য়াওরে

তথৈব মুচুকুন্দস্য শিবেরৌশীনরস্য চ। ঋষভস্য তথৈলস্য নৃগস্যৈব তথা ॥৭॥
কুশিকস্য চ দুর্দ্ধর্ষ! গাধেশ্চৈব মহাত্মন। সোমকস্য চ রাজর্ষে! দিলীপস্য তথৈব চ ॥৮॥
অন্যেষাঞ্চ মহারাজ! ক্ষত্রিয়াণাং বলীয়সাম্। সর্বেষামেব রাজেন্দ্র! প্রিয়ং ভারত। ভারতম্ ॥৯॥
( কুলকম্ )

তত্তে বর্ষং প্রবক্ষ্যামি যথাশ্রুতমরিন্দম।। শৃণু মে গদতো রাজন্! যন্মাং ত্বং প। পৃচ্ছসি ॥১০॥
মহেন্দ্রো মলয়ঃ সহ্যঃ শুক্তিমানৃক্ষবানপি। বিন্ধ্যশ্চ পারিপাত্রশ্চ সপ্তৈতে কুলপর্বতাঃ ॥১১॥
তেষাং সহস্রশো রাজন্! পর্বতাস্তু সমীপতঃ। অবিজ্ঞাতাঃ সারবন্তো বিজ্ঞাতাশ্চিত্রসানব. ॥১২॥
অন্যে ততোঽপরিজ্ঞাতা হ্রস্বা হ্রস্বোপজীবিন। আর্য্যা ম্লেচ্ছাশ্চ কৌরব্য! তৈর্মিশ্রা. পুরুষা বিভো॥১৩॥
নদী, পিবন্তি বিপুলা, গঙ্গাং সিন্ধু, সরস্বতীম্। গোদাবরীং নর্মদাঞ্চ বাহুদাঞ্চ মহানদীম, ॥১৪॥
শতদ্রুং চন্দ্রভাগাঞ্চ যমুনাঞ্চ মহানদীম্। দৃষদ্বতী, বিপাশাঞ্চ বিপাপা, স্থূলবালুকাম্ ॥১৫॥
নদীং বেত্রবতীঞ্চৈব কৃষ্ণবেণ্বঞ্চ নিম্নগাম,। ইরাবতীং বিতস্তাঞ্চ পয়োষ্ণীং দেবিকামপি ॥১৬॥
বেদস্মৃতাং বেদবতী, ত্রিদিবামিক্ষুলা, কৃমিম্। করীষিণীং চিত্রবাহাং চিত্রসেনাঞ্চ নিম্নগাম, ॥১৭॥
গোমতী, ধূতপাপাঞ্চ বন্দনাঞ্চ মহানদীম্। কৌশিকী, ত্রিদিবা, কৃত্যা নিচিতাং লোহিতারণীম্ ॥১৮॥
রহস্যা, শতকুম্ভাঞ্চ সরযুঞ্চ তথৈব চ। চর্ম্মণ্বতীং বেত্রবতীং হস্তিসোমাং দিশ° •৭।।
শরাবতী পয়োষ্ণাঞ্চ বেণ্ণা, ভীমরথীমপি। কাবেরীং চুলুকাঞ্চাপি বাণী, শতবলামপি ॥২০॥
নীবারামহিতাঞ্চাপি সুপ্রয়োগাং জনাধিপ। পবিত্রা, কুণ্ডলা, সিন্ধু, বাজনী, পুরমালিনীম্ ॥২১॥

মচা শিবি, ঋষভ, পুরূরবা, নৃগ, কুশিক, মহাত্মা, গাধি, সোমক, দিলীপ, অমদি অতোপ অতোপ্প। অকন্বা নিংথৌ কষা কষাগী পামজরবা অমদি পুংশিজরবা লমদম্মি ভারতবর্ষ হাযবসি ॥৫—৯॥ যেক্লবা ওম্বা নিংথৌ। ঐনা তাজ-খঙজবা অদুগী মতুংইন্না ভারতবর্ষসিগী মরমদ বর্ণন তৌজগে। মহারাজনা ঐঙোন্দ হংবিঞ্জিবা অদুগী মরমদা হায়জরগে, তাবিরো ॥২০॥ মহেন্দ্র, মল, সহ্য, শুক্তিমান, ঋক্ষবান, বিন্ধ্য, পারিপাত্র হাযরিবা চীঙ তরেৎ অসি কুলপর্ব্বত হায়না খঙনৈ ॥১১॥ মহারাজ। হায়রিবা চীঙশিং অসিগী অমমগী মনাক্ত মীন খঙবা ওমদবা পীক্ল পীক্লবা চীঙ কয়াকয়া লৈত্রি। হাযরিবা চীঙশিং অসিদা, অপীকপা অতোনবা জাতিগী মীশিং লৈ। আর্য্যশিং অমদি ম্লেচ্ছশিংনা অদুগা মখোয়গা তিন্নরা মী জাৎ কয়াকয়ানা চীঙশিং অসিগী তুরেলশিংগী ঈশিং থকই। তুরেলশিং অদুগী মমিংদি :— গঙ্গা, সিন্ধু, সরস্বতী, পাপ-কোকহনবী অদুগা লৈঙোই মরীক অচৌবা য়াওবী বিপাশা, বেত্রবতী, ত্রিদিবা, ইক্ষুলা, কৃমি, করিষিণী, চিত্রবাহা, চিত্রসেনা, গোমতী, পাপ মাঙহনবী মহানদী বন্দনা, কৌশিকী, ত্রিদিবা, কৃত্যা, নিচিতা, রোহিতারণী, রহস্যা. শতকুম্ভা, সরযু, চর্ম্মণ্বতী, বেত্রবতী, হস্তিসোমা, দিক, সরাবতী, পয়োষ্ণা, বেণ্ণা, ভীমরথী, কাবেরী, চুলুকা, বাক, শতবাল, নীবারা, অহিতাং সুপ্রয়োগা, পবিত্রা, কুণ্ডলা, সিন্ধু, রাজনী, পুরমলিনী, পূর্ব্বাভিরামা, চীরা, ভীমা, ওঘবতী,

পুর্ব্বাভিরামাং বীরাঞ্চ ভীমামোঘবতীং তথা । পলাশিনীং পাপহরাং মহেন্দ্রাং পাটলাবতীম্ ॥২২॥
করীষিণীমসিক্লীঞ্চ কুশচীরাং মহানদীম্ । মকরীং প্রবরাং মেনাং হেমাং ঘৃতবতীং তথা ॥২৩॥
পুণ্যবতীমনুষ্ণাঞ্চ সেব্যাং ছায়াঞ্চ ভারত । সদানীরামধৃষ্যাঞ্চ কুশধারাং মহানদীম্ ॥২৪॥
সদাকান্তাং শিবাঞ্চৈব তথা বীরবতীমপি । বস্ত্রাং সুবস্ত্রাং গৌরীঞ্চ কম্পনাং সহিরণ্বতীম্ ॥২৫॥
বরাং বীরকরাঞ্চাপি পঞ্চমীঞ্চ মহানদীম্ । রথচিত্রাং জ্যোতিরথাং বিশ্বামিত্রাং কপিঞ্জলাম্ ॥২৬॥
উপেন্দ্রাং বহুলাঞ্চৈব কুবীরামম্বুবাহিনীম্ । বৈনন্দীং পিঞ্জলাং বেণ্নাং তুঙ্গবেণাং মহানদীম্ ॥২৭॥
বিদিশাং কৃষ্ণবেণাঞ্চ তাম্রাঞ্চ কপিলামপি । খলুং সুবামাং বেদাশ্বাং হরিস্রাবাং মহাপগাম্ ॥২৮॥
শীঘ্রাঞ্চ পিচ্ছিলাঞ্চৈব ভারদ্বাজীঞ্চ নিম্নগাম্ । কৌশিকীং নিম্নগাং শোণাং বাহুদামথ চন্দ্রমাম্ ॥২৯॥
দুর্গাং চিত্রশিলাঞ্চৈব ব্রহ্মবেধ্যাং বৃহদ্বতীম্ । যবক্ষামথ রোহীঞ্চ তথা জাম্বুনদীমপি ॥৩০॥
সুনসাং তমসাং দাসীং সামন্যাং বরণামসিম্ । নীলাং ধৃতিকরীঞ্চৈব পর্ণাশাঞ্চ মহানদীম্ ॥৩১॥
মানবীং বৃষভাঞ্চৈব ব্রহ্মমেধ্যাং বৃহদ্ধ্বনীম্ । এতাশ্চান্যাশ্চ বহ্বো বৈ মহানদ্যো জনাধিপ ॥৩২॥

( কুলকম্ )

সদানিরাময়াং কৃষ্ণাং মন্দগাং মন্দবাহিনীম্ । ব্রাহ্মণীঞ্চ মহাগৌরীং দুর্গামপি চ ভারত ॥৩৩॥
চিত্রোপলাং চিত্ররথাং মঞ্জুলাং বাহিনীং তথা । মন্দাকিনীং বৈতরণীং কোষাঞ্চাপি মহানদীম্ ॥৩৪॥
শুক্তিমতীমনঙ্গাঞ্চ তথৈব বৃষসাহ্বয়াম্ । লোহিত্যাং করতোয়াঞ্চ তথৈব বৃষকাহ্বয়াম্ ॥৩৫॥

পলাশিনী পাপহর, মহেন্দ্র, পাটলাবতী, করীষিনী, অসিক্লী, মহানদী কুসচীরা, মকরী, প্রবর, মেন, হেমা, ঘৃতবতী, পুন্যবতী, অনুষ্ণা, সেব্য, শাবা, সদানীরা, অধৃষ্যা, মহানদী কুশধারা, সদাকান্তা, শিবা, বিরবতী, বস্ত্রা, সুবস্ত্রা, গোরী, কম্পনা, হিরণ্বতী, বরা, বীরকরা, মহানদী পঞ্চমী, রথচিত্রা, জ্যোতিরথা, বিশ্বামিত্রা, কপিঞ্জলা, উপেন্দ্র, বহুলা, কুবীরা, অম্বুবাহিনী, বৈনন্দী পিঞ্জলা, বেণ্না, মহানদী তুঙ্গবেণা, বিদিশা, কৃষ্ণবেণ তাম্রা কপিলা, খলু সুবামা, বেদাশ্বা, মহানদী হরিস্রাবা, শীঘ্রা, পিচ্ছলা ভারদ্বাজী, কৌশিকী, শোণাবাহুদা, চন্দ্রমা, দুর্গা, চিত্রশিলা, ব্রহ্মবেধ্যা, বৃহদ্বতী যবক্ষা, রোহী, জাম্বুনদী, সুনসা, তমসা, দাসী, সামান্যা, বরণা, অসি, নীলা, ধৃতিকরী, মহানদী পর্ণাশা, মানবী, বৃষভা, ব্রহ্মমেধ্য, অমুগা বৃহদ্ধ্বনী, মখোয় অসিনি। মহারাজ। মখোয অসি নত্তব চাউর চাউরবা তুরেল্ কয়া বর্যা ভারতবর্ষ অসিদা লৈরি ॥১৩— ৩২॥

ভরতশাগীগী অথোইবা। আর্য্যশিংনা অমদি ম্লেচ্ছশিংনা অমুগা ভারতবর্ষগী অতোপ অতোপ্প জাতিগী মী কয়া কয়ানা তুরেল্শিং অসিগী ঈশিং থক্লি। তুরেল্শিং অদুদি—সাযনা পূম্বা কোক্হন্বী কৃষ্ণা, মন্দগা মন্দবাহিনী, ব্রাহ্মণী, মহাগৌরী, দুর্গা, চিত্রোপলা, চিত্ররথা, মঞ্জুলা, বাহিনী, মন্দাকিনী বৈতরণী, মহানদী, কোষা, শুক্তিবতী, মনঙ্গা, বৃষা, লোহিত্যা, করতোয়া, বৃষকা, কুমারী, ঋষিকুল্যা, মারিষ্যা, সরস্বতী, মন্দাকিনী অমুগা সুবর্ণা মখোয়

কুমারীমৃষিকুল্যাঞ্চ মারিষাঞ্চ সরস্বতীম্। মন্দাকিনীং সুবর্ণাঞ্চ সর্বাং গঙ্গাঞ্চ ভারত! ॥৩৬॥(কলাপকম্)

বিশ্বস্য মাতরঃ সর্বাঃ সর্বাশ্চৈব মহাফলাঃ। তথা নদ্যস্ত্বপ্রকাশাঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৩৭॥

ইত্যেতাঃ সরিতো রাজন্! সমাখ্যাতা যথাস্মৃতি। অত ঊর্দ্ধং জনপদান্ নিবোধ গদতো মম ॥৩৮॥

তত্রেমে কুরুপাঞ্চালাঃ শাল্বা মাদ্রেয়জাঙ্গলাঃ। শূরসেনাঃ পুলিন্দাশ্চ বোধা মালাস্তথৈব চ ॥৩৯॥

মৎস্যাঃ কুশল্যাং সৌশল্যাঃ কুন্তয়ঃ কান্তিকোশলাঃ। চেদি-মৎস্য-করূষাশ্চ ভোজাঃ সিন্ধুপুলিন্দকাঃ ॥৪০॥

উত্তমাশ্চ দশার্ণাশ্চ মেকলাশ্চোৎকলৈঃ সহ। পঞ্চালাঃ কোশলাশ্চৈব নৈকপৃষ্ঠা যুগন্ধরাঃ ॥৪১॥

গোধা মদ্রাঃ কলিঙ্গাশ্চ কাশয়োঽপরকাশয়ঃ। জঠরাঃ কুকুরাশ্চৈব সদশার্ণাশ্চ ভারত! ॥৪২॥

কুন্তয়োঽবন্তয়শ্চৈব তথৈবাপরকুন্তয়ঃ। গোমন্তা মন্দকাঃ ষণ্ডা বিদর্ভা রূপবাহিকাঃ ॥৪৩॥

অশ্মকাঃ পাণ্ডুরাষ্ট্রাশ্চ গোপরাষ্ট্রাঃ করীতয়ঃ। অধিরাজ্যকুশাদ্যাশ্চ মল্লরাষ্ট্রঞ্চ কেবলম্ ॥৪৪॥

বারবাস্যায়বাহাশ্চ চক্রাশ্চক্রাতয়ঃ শকাঃ। বিদেহা মগধাঃ স্বক্ষা মলজা বিজয়াস্তথা ॥৪৫॥

অঙ্গা বঙ্গাঃ কলিঙ্গাশ্চ যকৃল্লোমান এব চ। মল্লাঃ সুদেষ্ণাঃ প্রহ্লাদা মাহিকাঃ শশিকাস্তথা ॥৪৬॥

বাহ্লীকা বাটধানাশ্চ আভীরাঃ কালতোয়কাঃ। অপরান্তাঃ পরান্তাশ্চ পঞ্চালাশ্চর্ম্মমণ্ডলাঃ ॥৪৭॥

অটবীশিখরাশ্চৈব মেরুভূতাশ্চ মারিষ! উপাবৃত্তানুপাবৃত্তাঃ স্বরাষ্ট্রাঃ কেকয়াস্তথা ॥৪৮॥

কুন্দাপরান্তা মাহেয়াঃ কক্ষাঃ সামুদ্রনিষ্কুটাঃ। অন্ধ্রাশ্চ বহবো রাজন্নন্তর্গির্য্যাস্তথৈব চ ॥৪৯॥

বহির্গির্য্যাঙ্গমলজা মগধা মানবর্জকাঃ। সমন্তরাঃ প্রবৃষেয়া ভার্গবাশ্চ জনাধিপ! ॥৫০॥

পুণ্ড্রা ভর্গাঃ কিরাতাশ্চ সুদৃষ্টা যামুনাস্তথা। শকা নিষাদা নিষধাস্তথৈবানর্ত্তনৈঋতাঃ ॥৫১॥

দুকুলাঃ প্রতিমৎস্যাশ্চ কুন্তলাঃ কুশকাস্তথা। তীরগ্রাহাঃ শূরসেনা ঈজিকাঃ কন্যকাগুণাঃ ॥৫২॥

তিলভারা মসীরাশ্চ মধুমন্তঃ সকুন্দকাঃ। কাশ্মীরাঃ সিন্ধুসৌবীরা গান্ধারা দর্শকাস্তথা ॥৫৩॥

আসানি। ভরতনন্দন। মখোয আসগী অবাম্বনা গঙ্গাগ মান্নবা গুণচেল্লবীনক্কনি ॥৩৩—৩৬॥ মখোয অসি মী অযাম্বগী মমা ওইরূবা লৈরিবনি। অহংগী অবাম্বনা চান্নবরা পুণ্যগী মহৈ পীনবী ওাক্তনি। অসি নত্তবা মশক উবা ফংদবা লৈনুদা চেন্বী তুরেল লিশিং লিশিং চাম চাম লৈরিবনি ॥৩৭॥ নিংথৌ। নীঙাশংবা থোক্পা মথৈ তুরেল মযাম অসি মহারাজদা হায়জরবনি। অসিগী তুংদা লেপাক্শিংগী মমিং তাযজগে তাবিযু ॥৩৮॥ লৈপাক্শিং অহংগী মনুংদা অথোইবদি কুরুপাঞ্চাল, শাল্ব, মাদ্রেয়, জাঙ্গল, শূরসেন, পুলিন্দ, বোধ, মাল, মৎস্য, সৌকাল্য, কুন্তি, কান্তিকোশল, চেদি, মৎস্য, করূষ, ভোজ, সিন্ধু পুলিন্দ ॥৩৯—৪০॥ উত্তম, দশার্ণ, মেকল, উৎকল, পঞ্চাল, কোশল, নৈকপৃষ্ঠ, যুগন্ধর গোধ, মদ্র, কলিঙ্গ, কাশি, অপরকাশি, জঠর কুকুর, দশার্ণ, কুন্তি, অবন্তি, অপরকুন্তি, গোমন্ত, মন্দক, ষণ্ড, বিদর্ভ রূপবাহিক অশ্মক, পাণ্ডুরাষ্ট্র, গোপরাষ্ট্র, করীতি, অধিরাজ্য, কুশাদ্য, মল্লরাষ্ট্র, বারবাস্য, অয়বাহ, চক্র, চক্রাতি শক, বিদেহ, মাগধ, স্বক্ষ, মালজ, বিজয, অঙ্গ, বঙ্গ, কালিঙ্গ, যকৃল্লোমা, মল্ল, সুদেষ্ণ, প্রহ্লাদ মাহিক, শশিক, বাহ্লীক, বাটধান, আভীর, কালতোযক, অপরান্ত, পরান্ত, পঞ্চাল, চর্ম্মমণ্ডল,

অভীষভা: কুলুতাশ্চ সৈবলা বাহ্লিকাস্তথা। দর্বীচরা লবা দর্বা বাতজামরথোরগা: ॥৫৪॥
বাহুবাস্থাশ্চ কৌবব্য ! সুদামান সুমল্লিকা: । বধ্রা: করীষকাশ্চাপি কুলিন্দোপত্যকাস্তথা ॥৫৫॥
বনায়বো দশাপার্শ্ববোমাণ: কুশবিন্দব. । কচ্ছা গোপালকক্ষাশ্চ জাঙ্গলা: কুরুবর্ণকা: ॥৫৬॥
কিরাতা বর্ববা: সিদ্ধা বৈদেহাস্তাম্রলিপ্তকা: । ওড্রা ম্লেচ্ছা° সসৈরিন্ধ্রা: পার্বতীয়াশ্চ মাবিষ ! ॥৫৭

( কুলকম্ )

অথাপবে জনপদা দক্ষিণা ভরতর্ষভ । । দ্রবিড়া: কেবলা: প্রাচ্যা ভূষিকা বনবাসিকা: ॥৫৮॥
কর্ণাটকা মহিষকা বিকল্পা মূষকাস্তথা । ঝিল্লিকা. কুন্তলাশ্চৈব সৌহৃদা নভকাননা° ॥৫৯॥
কৌকুট্টকাস্তথা চোলা° কোঙ্কণা মালবা নবা: । সমঙ্গা: কবকাশ্চৈব কুকুবাঙ্গাবমাবিষা° ॥৬০॥
ধ্বজিন্যুৎসবসঙ্কেতাস্ত্রিগর্ত্তা শাল্বসেনয়. । বৃ্যকা: কোকবকা° প্রোষ্ঠা° সমবেগবশাস্তথা ॥৬১॥
তথৈব বিন্ধ্যচুলিকা: পুলিন্দা বল্কলৈ: সহ । মালবা বল্লবাশ্চৈব তথৈবাপবপল্লবা° ॥৬২॥
কুলিন্দা: কালদাশ্চৈব কুণ্ডলা: করটাস্তথা । মূষকাস্তনবালাশ্চ সনীপা ঘটসৃঞ্জযা: ॥৬৩॥
অনিদাঘা: শিবাটাশ্চ তনয়া: সুনযাস্তথা । ঋষিকা বিদর্ভা কাকাস্তঙ্গণা: পরতঙ্গণা ॥৬৪॥

( কুলকম্ )

উত্তরাশ্চাপরে ম্লেচ্ছা ক্রূবা ভবতসত্তম । । যবনাশ্চীনকাম্বোজা দারুণা ম্লেচ্ছজাতয় ॥৬৫॥

---

অটবীশিখর, মেরুভূত, উপাবৃত্ত, অনুপাবৃত্ত স্বরাষ্ট্র, কেকয, কুন্দাপরান্ত, মাহেয, কক্ষ, সামুদ্র, নিস্কুট, অন্ধ্র, অন্তর্গির্য্য দশ বাহ্যতব, বহির্গির্য্য, অঙ্গমলঙ্গ, মগধ, মানবর্জ্জক সমন্তর, প্রাবৃষেয, ভার্গব, পুণ্ড, ভর্গ, কিরাত, যামুন, শক, নিষাদ, নিষধ, আনার্ত্ত, নৈর্ঋত, দুস্কুল, পূতিমৎস্য কুন্তল, কুশক, তীরগ্রাহ, শূবসেন, ঈজিক, কন্যক, গুণ তিলভার, মসীর, মধুমান, কুন্দক, কাশ্মীর, সিন্ধু, সৌবীর, গান্ধার, দর্শক, অভীষক, কুলুত, সৈবল, বাহ্লিক, দর্বীচর লব, দর্ব্ব, বাতজ, আমরথ, উরগ, বহুবাদ্য, সুদামা, সুমল্লিক, বধ্র, করীষক, কুলিন্দ, উপত্যক বনায়ু, দশারাশ্ব, রোমা, কুশবিন্দু কচ্ছ, গোপালকক্ষ, জাঙ্গল, কুরুবনক, কিরাত, বর্ব্বর, সিদ্ধ, বৈদেহ, তাম্রলিপ্ত, ওড্র, ম্লেচ্ছ, সৈরিন্ধ্র, পার্ব্বতীয — ॥৩৯—৫৭॥ ভরতশাগেগী অথোইবা। অতুগী তুংদা ভারবর্ষগী মখাথংবা শরুক্ত লৈব দেশ মখৈগী মমিং অত্র হায়জগে।—দ্রবিড, কেরল, প্রাচ্য ভূষিক, বনবাসিক, কর্ণাটক, মহিষক, বিকল্প, মূষক, ঝিল্লিক, কুন্তল, সৌহৃদ, নভকানন, কৌকুট্টক চোল, কোঙ্কন, মালব, নর, সমঙ্গ, কবক, কুকুর, অঙ্গার, মারিষ, ধ্বজিনী, উৎসব, সঙ্কেত, ত্রিগর্ত্ত, শাল্বসেনি, ব্যক, কোকবক, প্রোষ্ঠ, সমবেগবশ, বিন্ধ্যচূলিম, পুলিন্দ, বল্কল, মালব, বল্লব, অপরবল্লব কুলিন্দ, কুণ্ডল, করট, মূষক, তনবাল, নীপ, ঘটসৃঞ্জয়, অনিদাঘ, শিবাট, তনয়, সুনয়, ঋষিক, বিদর্ভ কাক, তঙ্গণ অমনি পরতঙ্গণ —মখোয় অসিনি ॥৫৮—৬৪॥ অদুগা মহারাজ! ভারতবর্ষ অসিগী অরাংথংব শরুক্ত লৈব ম্লেচ্ছজাতিগী দেশশিং অদো হায়জগে —

সক্দ্গ্রহাঃ কুলথাশ্চ হুণাঃ পারসিকৈঃ সহ। তথৈব রমণাশ্চীনাস্তথৈব দশমালিকাঃ ॥৬৬॥
ক্ষত্রিয়োপনিবেশাশ্চ বৈশ্যশূদ্রকুলানি চ। শূদ্রাভীরাশ্চ দরদাঃ কাশ্মীরা. পশুভিঃ সহ ॥৬৭॥
খাসীরাশ্চান্তচারাশ্চ পহ্নবা গিরিগহ্বরাঃ। আত্রেয়াঃ সভরদ্বাজাস্তথৈব স্তনপোষিকাঃ ॥৬৮॥
প্রোষকাশ্চ কলিঙ্গাশ্চ কিরাতানাঞ্চ জাতয়ঃ। তোমারা হন্যমানাশ্চ তথৈব করভঞ্জকাঃ ॥৬৯॥

( কুলকম্ )

এতে চান্যে জনপদা. প্রাচ্যোদীচ্যাস্তথৈব চ। উদ্দেশমাত্রেণ ময়া দেশা॰ সঙ্কীর্ত্তিতা বিভো ॥৭০॥
যথাগুণবলঞ্চাপি ত্রিবর্গস্য মহাফলম্। দুহ্যাদ্ধেনু॰ কামধুক্ চ ভূমি সম্যগনুষ্ঠিতা ॥৭১॥
তস্যা, গৃধ্যন্তি রাজান শূরা ধর্ম্মার্থকোবিদা॰। তে ত্যজন্ত্যাহবে প্রাণান্ বসুগৃদ্ধাস্তরস্বিন ॥৭২॥
দেবমানুষকায়ানা, কাম, ভূমি. পরায়ণম,। অন্যোন্যস্যাবলুম্পন্তি সারমেয়া যথামিষম, ॥৭৩॥
রাজানো ভরতশ্রেষ্ঠ। ভোক্তু,কামা বসুন্ধরাম। ন চাপি তৃপ্তি কামানা, বিদ্যতেঽদ্যাপি কস্যচিৎ ॥৭৪॥

( যুগ্মকম্ )

তস্মাৎ পরিগ্রহে ভূমের্যতন্তে কুরুপাণ্ডবাঃ। সাম্না ভেদেন দানেন দণ্ডেনৈব চ ভারত। ॥৭৫॥

---

যবন, চীন, অমাদ কাম্বোজ হায়ব দেশশিং অসিদা তমখিরবা ম্লেচ্ছজাতিগী মী ওাক্ত লৈ। সরদগ্রহ, কুলথ, হূণ, পারসিক, রমণ, চীন-দশমালিক, ক্ষাত্রযশিংগী অনৌব' শেম্ব লৈকম্, বৈশ্য অমদি শূদ্রগী দেশ, শূদ্র অমদি আভীর (গ্বাল) শিংগী দেশ, দবদ, কাশ্মীর, পশু, খাসীর, অন্তচার পহ্নব, গি'ব, গহ্বব, আত্রেয, ভরদ্বাজ, অমদ স্তনপোষিক—ম খাথ অসিনি। অসিগী তুংদা, প্রোষক, কালিঙ্গ, তোমর, হণ্যমান, করভূঞ্জক—হায়বিবা দেশশিং অসিদা কিরাতনচিংবা জাতি কযা কযাগী মী লৈ ॥৬৫—৬৭॥ নিং-খী' হায়বিবা দেশশিং অদুগা অতোপ অতোপ্প দেশশিং কযানা নোংপোকলোম্দা, অরাংলোম্দা অমদি হাযবিবা মাযকে অনীসিগী লাংদাক্ট মাইকদা লৈবি। মখোয অযাম্বগী মমিংসু হায়জববনি ॥৭০॥ নিযম-বিধি কায়দনা ওাকূপ লম্ (দেশ) না খোকউ হাযবদা পোকপা, কামধেণুগী মতৌগুম্ গুণ অমদি শক্তিগী মতুংইন্না ধর্ম্ম অর্থ কামগী মহৈমক্ত পী ॥৭১॥ অকনবা অমদি ধর্ম্ম অতুগা অর্থদা তৈশিংনা নিংথৌশিংন অসিগুম্ব ভারতভূমি অসিবু যাম্ম লাওতক্কবগা লোযননা পামজৈ ॥৭২॥ লন্থুম্ পামদ্রনা লমদম্ অসিদা রাজ্য পামদ্রনা মথরাই থানৈ ॥৭২॥ অদুগা আসঙ্গুম্বী ভারতভুমিনা লাই তাইবং অনীমক্কী হকচাংবুসু নোয পেলহল্লি। অদুনা ভরতশাগেগী অথোইবা মহারাজ! হুঙ্গীশিংনা অমগ অমগা চীক্লদুনা শত্থম্ মুম্নবা অদুগুম্না নিংথৌশিংনসু লমদম্ অসিগী লম্থুম্ রাজ্য পাম্বদগী অমন অমগী রাজ্যবু সম্পাতবু ধর্ম্মাধর্ম্ম যেংদন লাক্লে-মুন্নে-হূ'ন। অহৃবু হৌজিক ফাওবা কনাগীসু অপেন্‌বা লৈত্র ॥৭৩—৭৪॥ ভরত নন্দন! মরম্ অসিনা কৌববশিং অমদি পাণ্ডবশিংনা সাম, দান, ভেদ, দণ্ড হাযরিবা নীতি মরি অসিগী মনুংদা অমনা লৈপাক্

পিতা ভ্রাতা চ পুত্রাশ্চ খং দ্যৌশ্চ নবপুঙ্গব।। ভূমির্ভবতি ভূতানাং সম্যগচ্ছিদ্রদর্শনা ॥৭৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
জম্বুখণ্ডবিনির্ম্মাণে ভারতীয়নদীদেশাদিনামকথনে নবমোঽধ্যায় ॥৯॥

---

খোপচিন্ লোশিন্নবগী হোংনরি ॥৭৫॥ মহারাজ! নিয়ম কাযদনা য়েংশিল্লবদি ভূমি (পৃথিবী) হাযবসে জীবপান্বা পূম্বগী মপানি, নমানি, মচীম্মনাওনি, মচানি অমদি নোংমদোন্ লাইগী লৈবাক্নি ॥৭৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশি চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদ জম্বুখণ্ডনির্ম্মাণগী মনুংদা। "ভারতীযনদীদেশাদিনামকথন" গী মাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ॥৯॥

# শ্রীমহাভারতম্

## দশমোঽধ্যায়ঃ

### তরাশুবা অধ্যায

( ধৃতরাষ্ট্রনা ঙাঙবা মতাং )

—.:—

**ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।**

ভারতস্যাস্য বর্ষস্য তথা হৈমবতস্য চ প্রমাণমায়ুষ সূত। বলঞ্চাপি শুভাশুভ।।১॥
অনাগতমতিক্রান্তং বর্ত্তমানঞ্চ সঞ্জয়।। আচক্ষ্ব মে বিস্তরেণ হরিবর্ষং তথৈব চ ॥২॥

( যুগ্মকম )

**সঞ্জয উবাচ।**

চত্বারি ভারতে বর্ষে যুগানি ভরতর্ষভ।। কৃতং ত্রেতা দ্বাপরঞ্চ তিষ্যঞ্চ কুরুবর্দ্ধন! ॥৩॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয! সারথি-মন্ত্রী। হায়রিবা ভরতবর্ষ অসিদা, হৈমবতবর্ষ অমদি হরিবর্ষ অমদি হরিবর্ষদা লৈবা মীশিংগী পুনশি শক্তি অমদি মখোযগী মঙ্গল ওইবা-ওইদবা অদুগা ভূত, ভবিষৎ, বর্ত্তমান হাযবা কাল্ অহুম্ অসিগী য়া ঐঙোন্দা হায়ু ॥১-২॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—ভরত শাগৈগী অথোইবা! কুরু শাগৈগী চাওখৎনবগী মশক্ ওইরবা! ভারতবর্ষ হায়-

অষ্টাদশ সহস্রাণি যোজনানি বিশাংপতে। । ষট্ শতানি চ পূর্ণানি বিষ্কম্ভো জম্বুপর্বত ॥৫॥
লাবণস্য সমুদ্রস্য বিষ্কম্ভো দ্বিগুণ স্মৃত । নানাজনপদাকীর্ণো মণিবিদ্রুমচিত্রিত: ॥৬॥
নৈকধাতুবিচিত্রৈশ্চ পর্ব্বতৈরুপশোভিত । সিদ্ধচারণসঙ্কীর্ণ সাগর পরিমণ্ডল ॥৭॥ ( যুগ্মকম্ )
শাকদ্বীপঞ্চ বক্ষ্যামি যথাবদিহ পার্থিব। । শৃণু মে ত্বং যথান্যায়ং ব্রুবত: কুরুনন্দন। ॥৮॥
জম্বুদ্বীপপ্রমাণেন দ্বিগুণ স নরাধিপ। । বিষ্কম্ভেণ মহারাজ। সাগরোঽপি বিভাগশ ।
ক্ষীরোদো ভরতশ্রেষ্ঠ। যেন স পরিবারিত ॥৯॥
তত্র পুণ্যা জনপদাস্তত্র ন ম্রিয়তে জন । কুত এব হি দুর্ভিক্ষং ক্ষমাতেজোযুতা হি তে ॥১০॥
শাকদ্বীপস্য সংক্ষেপো যথাবদ্ভরতর্ষভ। । উক্ত এব মহাবাহো। কিমন্যৎ কথয়ামি তে ॥১১॥

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

শাকদ্বীপস্য সংক্ষেপো যথাবদিহ সঞ্জয়। । উক্তস্ত্বয়া মহাপ্রাজ্ঞ। বিস্তরং ব্রূহি তত্ত্বত ॥১২॥

## সঞ্জয় উবাচ

তথৈব পর্ব্বতা রাজন্। সপ্তাত্র মণিভূষিতা । রত্নাকরাস্তথা নদ্যস্তেষা নামানি মে শৃণু ॥১৩॥
অতীব গুণবৎ সর্ব্ব তত্র পুণ্য জনাধিপ। । দেবর্ষিগন্ধর্বযুত প্রথমো মেরুরুচ্যতে ॥১৪॥

হায়ঃ মহারাজ। জগৎ অসিবু শীন্থ্রনা কৃপ্পুনা লৈরিবা দ্বীপশি অসি মশী, মাম্প্রগ্র অতুব মহারাজদা দ্বীপ তাদংকী অডুগা বাহু নুমিৎ-থাগী মবমদা শম্ম হায়জগে ॥৫॥ নিংথৌ। জম্বুদ্বীপ হায়রিবা ঐখোয়না লৈরিবাসে যুথক লিশিং তবানিপালুগ চাক্রুক পাক চাউই ॥৬॥ লবণ সমুদ্র অসি মরাক ময়ুদা জম্বুদ্বীপ অসিগী দ্বিগুণনি। সমুদ্র অসিগী মপান্দা দেশ যাম্ন লৈ। সমুদ্র অসিদা মণি মখল্ মখল্ অমদি পাহালনা চিংবা থম্ন লৈ, কায়রপ কায়, ধাতু মখল্ মখল্ থম্নবা চীঙ ময়াম্না থম্ন লৈ, মাসিদা সিদ্ধচারণশিং মপৈ মপৈ লৈ ॥৬-৭॥ গৌরব শাগৈগী অথোইব নিংথৌ। ঐনা চপ চানা শাকদ্বীপকী মরমদ হায়গনি। মাহু, মহারাজনা ঐ তান্দগী তাবিয় ॥৮॥ মহারাজ। শাকদ্বীপ হায়রিবসি জম্বুদ্বীপ হায়বসিদগী শকক অনী চাউই। ভরত শাগৈগী অথোইবা। ক্ষীর সমুদ্রনা মহাকী অকোয়বদা লৈ। মহাকী মরাক ময়ং পাক চাউবসু দ্বীপ অসিগী শকক অনীনি ॥৯॥ দ্বীপ অসিগী মনুংদা শেংল শেংলবা দেশ য়াম্ন লৈ। হায়রিবা দেশশিং অসিদা লৈবা মীশিংগী অকাল মৃত্যু লৈতে। অদুনদি চাকতাঙবনচিংবদি করিগী লৈকরনি? দেশশিং অসিদা লৈবা মী পুম্বা ভাকপীতৈবা, মতীক মথৌনা লৈ ॥১০॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা। যাম্ন শম্ন চপ চানা শাকদ্বীপকী মরমদা হায়জরে। তৌজিক অমুক করিগী মরমদা হায়জো হায়বগে তাকপীয়ু ॥১১॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়:— হৈশিংলবা সঞ্জয় নহাক্না শাকদ্বীপকী মরমদা সম্পৎনদি অমুক্ হায়গ্রে হন্দক্তি খর শক্তোক্না হায়্ম ॥১২॥ সঞ্জয়না হায়:—শাকদ্বীপ অসিদসু মণিমুক্তাগী থোক্রকম্ হী-য়াই খিবিক্না লৈতেংলবা চীঙ তরেৎ লৈ। তুরেলসু যাম্ন লৈ। মথোয়গী মমিংশিং অহু হায়জগে তাবিয় ॥১৩॥ নিংথৌ। দেশ অসিগী পোৎ পুম্বা যাম্ন

প্রাগায়তো মহারাজ! মলয়ো নাম পর্ব্বতঃ। ততো মেঘাঃ প্রবর্ত্তন্তে প্রভবন্তি চ সর্ব্বশঃ ॥১৫॥
ততঃ পরেণ কৌরব্য! জলধারো মহাগিরিঃ। তত্র নিত্যমুপাদত্তে বাসবঃ পরমং জলম্ ॥১৬॥
ততো বর্ষং প্রভবতি বর্ষাকালে জনেশ্বর!। উদয়গিরিনী রৈবতকো যত্র নিত্যং প্রতিষ্ঠিতা ॥১৭॥
রেবতী দিবি নক্ষত্রং পিতামহকৃতো বিধিঃ। উত্তরেণ তু রাজেন্দ্র! শ্যামো নাম মহাগিরিঃ ॥১৮॥
নবমেঘপ্রভঃ প্রাংশুঃ শ্রীমানুজ্জ্বলবিগ্রহঃ। যতঃ শ্যামত্বমাপন্নাঃ প্রজা জনপদেশ্বর! ॥১৯॥

( বিশেষকম্ )

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

সুমহান্ সংশয়ো মেঽদ্য প্রোক্তোঽয়ং সঞ্জয়! ত্বয়া। প্রজাঃ কথং সূতপুত্র! সম্প্রাপ্তাঃ শ্যামতামিহ ॥২০॥

## সঞ্জয় উবাচ।

সর্ব্বেষ্বেব মহারাজ! দ্বীপেষু কুরুনন্দন!। গৌরঃ কৃষ্ণশ্চ বর্ণৌ দ্বৌ তয়োর্বর্ণান্তরে নৃপ!।
শ্যামো যস্মাৎ প্রবৃত্তো বৈ তস্মাচ্ছ্যামো গিরিঃ স্মৃতঃ ॥২১॥
ততঃ পরং কৌরবেন্দ্র! দুর্গশৈলো মহোদয়ঃ। কেসরঃ কেসরযুতো যতো বাতঃ প্রবর্ত্ততে ॥২২॥

শেংডুনা, কৈ। দেশ অসিগী অহানবা অমদি অথোইবা চৌঙদি মেরু কৌই। মক্তম্ আসদা ঋষিশিং অমদি গন্ধর্ব্বশিং লৈ ॥১৪॥ মহারাজ! অসিগী মথংদা, নোংপোক অতুগা নোংচুপ লোমদা মলয় কৌবা চীঙ লৈ। মাসিদগী নোং (লৈচিল্) পুন্থ পোকই। অদুগা মক্তম্ পুন্থদা চুথে ॥১৫॥ মহারাজ! কৌরব শাগৈগী অথোইবা! দেশ অসিদা জলধার কৌবা চীঙ অমস্ত লৈ। ইন্দ্রনা মক্তম্ অসিদগী মতম্ লৈবক্ষিবিক্ত ঈশিং চিংখৎলি, পোই ॥১৬॥ নিংথৌ! মক্তম্ অসিদা বর্ষগী মতমদা মতম্ চানা নোং যাম্ম চুই। দেশ অসিদা রৈবতক হায়না কৌব চীঙ অমস্ত লৈ। চীঙ অসিগী মতোল্ মপা চপ চানা নোংমদান্দা রেবতী নক্ষত্রনা থোকই। মাসি ব্রহ্মা নশামরু মাগী সৃষ্টিদা খোকতনপ্রবান। নিংথৌ অথোইবা। মাসিগী অবাদা, অনৌবা নোংগী মচু মল্লবা বালবা, মশেক নঙাল্ চাউববা, লংলবা 'শ্যাম' হায়না কৌবা চাউববা চীঙ অমা লৈ। চীঙ অসিগী মগুণনা মক্তম্ অদুদা লৈবা মী পুন্থ শ্যামবর্ণ হায়বদি শংবাল্লে। ॥১৭-১৯॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! নংনা ঙসি চিংনক্তম্ ওইবা বিষয় অমা ঐংঙোন্দা তাহল্লে। মরম্দি মক্তম্ অদুগী মী পুন্থনক শংবাল্লখিবসি করিগীনো? ॥২০॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—কৌরব শাগৈগী অথোইব মহারাজ! দ্বীপশিং অসিদা লৈরিব মীশিংগী কুচুদি অঙৌবগা, অমুবগা যাল্লে, অদনা অনীসিনা যাল্লবা মচুনা ওই। অদুগা শ্যাম কৌবা চীঙগা নকনা লৈবদগী মাত্রুরাইগী মীশিং অদুস্তু শংবাল্লে। অদুনা চীঙ অদুবুস্তু শ্যামপর্ব্বত হায়না অতমক খঙনখে ॥২১॥ কৌবর শাগৈদা অহেনবা! মাসিদা যাম্ম রাংথ্রবা চীঙতগীমশক্ ওইবা লাল্বল (কিল্লা) লৈরি। তৈপাল্ লৈপালগী মনামশাতনা শোঙলবা কেশরপর্ব্বত হায়ব চীঙ

তেষাং যোজনবিষ্কম্ভো দ্বিগুণঃ প্রবিভাগশঃ। বর্ষাণি তেষু কৌরব্য সম্প্রোক্তানি মনীষিভিঃ ॥২৩॥
মহামেরুর্মহাকাশো জলদঃ কুমুদোত্তরঃ। জলধারো মহারাজ সুকুমার ইতি স্মৃতঃ ॥২৪॥
রৈবতস্য তু কৌমারঃ শ্যামস্য মণিকাঞ্চনঃ। কেশরস্যাথ মৌদাকী পরেণ তু মহাপুমান্ ॥২৫॥
পরিবার্য্য তু কৌরব্য দৈর্ঘ্যং হ্রস্বত্বমেব চ। জম্বুদ্বীপেন সংখ্যাতস্তস্য মধ্যে মহাদ্রুমঃ ॥২৬॥
শাকো নাম মহারাজ প্রজা তস্য সদানুগাঃ। তত্র পুণ্যা জনপদাঃ পূজ্যতে তত্র শঙ্করঃ ॥২৭॥

( যুগ্মকম্ )

তত্র গচ্ছন্তি সিদ্ধাশ্চ চারণা দৈবতানি চ। ধার্মিকাশ্চ প্রজা রাজংশ্চত্বারোঽতীব ভারত ॥২৮॥
বর্ণাঃ স্বকর্মনিরতা ন চ স্তেনোঽত্র দৃশ্যতে। দীর্ঘায়ুষো মহারাজ জরামৃত্যুবিবর্জিতাঃ ॥২৯॥
প্রজাস্তত্র বিবর্দ্ধন্তে বর্ষাস্বিব সমুদ্রগাঃ। নদ্যঃ পুণ্যজলাস্তত্র গঙ্গা চ বহুধা গতা ॥৩০॥
সুকুমারী কুমারী চ শীতাশী বেণিকা তথা। মহানদী চ কৌরব্য তথা মণিজলা নদী ॥৩১॥
চক্ষুর্বর্দ্ধনিকা চৈব নদী ভরতসত্তম। তত্র প্রবৃত্তাঃ পুণ্যোদা নদ্যঃ কুরুকুলোদ্বহ ॥

অনন্ত লৈ। মাসদগী দেশ অদুগী নুংশিৎপুম্বা শিৎশকৃই ॥২২॥ কৌরবনন্দন, মহারাজ! হায়রবা চাও আস মথং মথ শকক্ অনী অনী থাং-চাউই। হায়রিবা চাও তবেৎ আসগী মনাক্ মনাক্ত বর্ষ তরবেং লৈ হায়না আশংব অশঙবাশিনা হায়রৈ ॥২৩॥ মহারাজ! মেরুগিরিগী মনাক্ত মহাকাশবর্ষ লৈ, মালয়গী মনাক্ত কুমুদোত্তরবর্ষ লৈ, অদুগা জলধার পর্ব্বতকী মনাক্ত সুকুমার বর্ষ লৈ ॥২৪॥ রৈবতকাগিরিগী মনাক্ত কৌমারবর্ষ শ্যামাগিরগী মনাক্ত মণিকাঞ্চনবর্ষ, কেসর পর্ব্বতকী মনাক্ত মৌদাকীবর্ষ অদুগা দুর্গশল্যগী মনাক্ত মহাপুরুষবর্ষ লৈ ॥২৫॥ কৌরবনন্দন! হায়রিবা বর্ষশিং অসে মাগী মাগী চাওশিং আসিনা কোয়শিন্দুনা লে। অদুগা শাকদ্বীপ হায়রিবাসিগী মথায়মক্তদা শাক কৌবা চাউবব উ-পাম্বী অম হৌরি। মাসি জম্বুদ্বীপকী জম্বু (হৈজাং) পাম্বী অদুগা অমৎহানি। মফম্ অদুগী মীশিংগী জীবিকাদ উপাম্বী অদুতন ওইরবনি। দ্বীপ আসদা শেংলবা দেশ য়াম্ম লৈ। দেশশিং আসদা শিবগী পূজা তৌরৈ ॥২৬-২৭॥ ভরত-নন্দন! সিদ্ধাশিংনা, চারণশিনা অদুগা লাইয়াম্ম হায়রিবা দেশশিং আসদ চেক্ চেক্ চংলি। দেশ আসদা লৈবা বর্ণ মরিমক্তা মীদ ধর্ম্ম চেল্লি ॥২৮॥ মহারাজ! লৈপাক অসিদা লৈব মীপুম্বা মাগী মাগী ধর্ম্ম-কর্ম্মদা পুক্নীং চাওই। মখোয় অদু য়াম্ম কুইনা পুনাশ, মতম্ চাদন শিব হায়রবদু থক্ তেংদে, থুনা অহল ওইদ। মখোয়গী লৈপাক্ত হূবান্চাংগি লৈতে ॥২৯॥ দেশ আসগী মীশিং আস বর্ষা ঋতুগী তুরেল্গী মতৌগুম্ চাউবৈগল্লি। দেশ অসিদা পুণ্য-চেল্লবী তুরেল্ য়াম্ম চেল্লি। অদুগা গঙ্গানা মথেক মওং মমং কয়াদা চেল্ল ॥৩০॥ কৌরবনন্দন! দেশ অসিগী সুকুমারী, কুমারী, শীতাশী, বেণিকা হায়রবী তুরেল্ মার আসনা অথোইবনি। মণিজলা কৌবী তুরেল্ অদুমাদ অচম্বান ॥৩১॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা! দেশ আসদা চক্ষু

সহস্রাণাং শতান্যেব যতো বর্ষতি বাসব । ন তাসাং নামধেয়ানি পরিমাণং তথৈব চ ॥৩৩॥

শক্যান্তে পরিসংখ্যাতুং পুণ্যাস্তা হি সরিদ্বরা । তত্র পুণ্যা জনপদাশ্চত্বারো লোকসম্মতা ॥৩৪॥

( বিশেষকম )

মঙ্গাশ্চ মশকাশ্চৈব মানসা মন্দগাস্তথা । মঙ্গা ব্রাহ্মণভূয়িষ্ঠা স্বকর্ম্মনিরতা নৃপ । ॥৩৫॥

মশকেষু তু রাজন্যা ধার্ম্মিকা সর্বকামদা । মানসাশ্চ মহারাজ ! বৈশ্যধর্ম্মোপজীবিন ॥৩৬॥

সর্বকামসমাযুক্তা শূরা ধর্মার্থনিশ্চিতা । শূদ্রাস্তু মন্দগা নিত্যং পুরুষা ধর্মশীলিন ॥৩৭॥

ন তত্র রাজা রাজেন্দ্র ! ন দণ্ডো ন চ দণ্ডিকা । স্বধর্ম্মেণৈব ধর্ম্মজ্ঞাস্তে রক্ষন্তি পরস্পরম ॥৩৮॥

এতাবদেব শক্যন্তু তত্র দ্বীপে প্রভাষিতুম । এতদেব চ শ্রোতব্য শাকদ্বীপে মহৌজসি ॥৩৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভূমৌ শকাদ্বীপবর্ণনে একাদশোঽধ্যায় ॥০॥*

---

অমাদি বর্দ্ধনিকা কৌবী তুরেল্ অনীখকসু লৈরি । মখোয অনীসিদি অচম্ব তুবেল্লি । কৌরবর শগী অহেন্‌বা । লৈপাক্ অসিদা অশেংব ঈশিং চেল্লবী তুবেল লখা-লখা লৈরি । মরম্‌দি দেশ অসিদা ইন্দ্রনা নোংযাম্ন চূপহল্লি । তুবেল্‌শিং অদুগী মরম্‌দা লাইনা হাযবা অমাদি মমিং হাবর্বাস ওইথোক্‌তবান । অদুদা, হাযখ্রিবা খবশিং অসিদি অথোইব ডাক্কনি । শাকদ্বীপ অসিগী মনুংদা, শেংলবা অমাদি মী পূম্বনা পায্ন-নুংশিনরব, দেশ মরি লৈ ॥৩২-৩৪॥ নিংথৌ । হাযাবর দেশ মরি অসিগী মমিংদি—মঙ্গ মশক, মানস অমদি মন্দগ কৌই । মখোয় অসিগী মনুংদা মঙ্গ হাযরিবা দেশ অসিদা, মাগী মাগী ধর্ম্ম-কর্ম্মদা পুন্নী চঙলবা ব্রাহ্মণ যাম্ন লৈ ॥৩৫॥ মহারাজ । মশকদেশদা, ধর্ম্ম চল্লবা মীপুম্বগী অপাম্ব পীডম্বা ক্ষত্রিয যাম্ন লৈ । মানস দেশদনা ধর্ম্মচেল্লবা বৈশ্য যাম্ন লৈ ॥৩৬॥ অদুগা মন্দগ দেশদা অকনবা ধর্ম্ম অর্থগী জ্ঞান লৈবা ধর্ম্মচেল্লবা মথক্কী জাতিশিংগী মীপূম্ববু নুংশিবা শূদ্র জাক্ক লৈ ॥৩৭॥ নিংথৌ অথোইবা । হাযরিবা দেশশিং অসিগী নিংথৌ লৈতে, রাজদণ্ডসু লৈতে । অদুগা দাণ্ড (দণ্ড) ফংনি ডাই ওইবা অরানবা মীসু কনা অমতা লৈতে । মখোয পুম্ব ধর্ম্ম তত্ত্ববু মুন্ন খঙিঙ । মাগী মাগী ধর্ম্ম কাযদনা অমনা অমবু ডাক্কে, মাতং পা নৈ ॥৩৮॥ শাকদ্বীপকী বিষয অসি কাওবদং শন্দাংনা হায়জবি । অদুনা মহারাজ । মহারাজনসু শাকদ্বীপকী মরম্‌দদি অসি কাওবত মতাবির তাই ॥৩৯॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভূমিগী মনুংদা শাকদ্বীপবর্ণনগী তরামাথোইশুবা অধ্যায লোইরে ॥*॥

---

মোক্ষিভি সংস্তুতো নিত্য প্রভুর্নারায়ণো হরিঃ। কুশদ্বীপে তু রাজেন্দ্র! পর্বতো বিদ্রুমৈশ্চিতঃ ॥৯॥
সুদামা নাম দুর্দ্ধর্ষো দ্বিতীয়ো হেমপর্বতঃ। দ্যুতিমান নাম কৌরব্য! তৃতীয় কুমুদো গিরি ॥১০॥
চতুর্থ পুষ্পবান্ নাম পঞ্চমস্তু কুশেশয়। ষষ্ঠো হরিগিরিনাম ষড়েতে পর্বতোত্তমাঃ ॥১১॥(কলাপকম্)
তেষামন্তরবিষ্কম্ভো দ্বিগুণঃ সর্বভাগশঃ। ঔদ্ভিদং প্রথমং বর্ষং দ্বিতীয়ং বেণুমণ্ডলম্ ॥১২॥
তৃতীয়ং স্বরথং নাম চতুর্থং কম্বলং স্মৃতম্। ধৃতিমৎ পঞ্চমং বর্ষং ষষ্ঠং প্রভাকরমম্ ॥১৩॥
সপ্তমং কাপিলং বর্ষং সপ্তৈতে বর্ষলম্ভকাঃ। এতেষু দেবগন্ধর্বাঃ প্রজাশ্চ জগতীশ্বর। ॥১৪
বিহরন্তে রমন্তে চ ন তেষু ম্রিয়তে জন। ন তেষু দস্যবঃ সন্তি ম্লেচ্ছজাত্যোঽপি বা নৃপ। ॥১৫॥

( যুগ্মকম্ )

গৌর প্রায়ো জন সর্ব সুকুমারশ্চ পার্থিব। অবশিষ্টেষু সর্ব্বেষু বক্ষ্যামি মনুজাধিপ। ॥১৬॥
যথাশ্রুতং মহারাজ! তদব্যগ্রমনা শৃণু। ক্রৌঞ্চদ্বীপে মহারাজ! ক্রৌঞ্চো নাম মহাগিরিঃ ॥১৭॥

( যুগ্মকম্ )

ক্রৌঞ্চাৎ পরো বামনকো বামনাদন্ধকারক। অন্ধকারাৎ পরো রাজন্! মৈনাক পর্বতোত্তম ॥১৮॥
মৈনকাৎ পরতো রাজন্! গোবিন্দো গিরিরুত্তম। গোবিন্দাৎ পরতো রাজন্! নিবিড়ো নাম পর্বত ॥১৯॥

লৈবখিবিক্ত নারায়ণনা লৈ। নিংথৌ অথোইবা। কুশদ্বীপকী সুদামা কৌব, পোঠালন থন্ন লৈববা, মীনা কাব লাকপ ভমুদ্রবা চীঙ অমম্ভু লৈ। সনানা থন্ন লৈরবা দ্যুতিমান হায়নসিনা অনীশুবা চীঙনি, কুমুদ হায়বাসনা অহুমশুবা চীঙনি পুষ্পবানন মরিশুবা, কুশেশয়না মঙা শুবা, অতগা হরিগিরিনা তরুক শুবা চীঙনি। অদুনা পুন্না, কুশদ্বীপত অথোইবা চীঙ তরুক লৈ ॥৯-১১॥ চীঙশিং অসিগী মরক মরক্তা লমশি অসি মথ শীংনা অমনা অমদগী শরুক অনীনা পাকচাউব হৌল্ল। মথোযগী মরক্ত অহানবনা ঔদ্ভিদবর্ষ অনীশুবনা বেণুমণ্ডপবর্ষ কৌই ॥১২॥ অহুম্ শুবনা স্বরথবর্ষ, মরিশুবনা কম্বলবর্ষ, ধৃতিমৎনা মঙাশুবা, অতুগা প্রভাকার হায়ব তরুক শুবা বর্ষনি ॥১৩॥ নিংথৌ। তরেৎশুবনা কাপিলবর্ষনি। কুশদ্বীপত চীঙ শরুক অসি লৈ। মথোয অসিদা লাইশিং, গন্ধর্ব্বশিং, অতুগা তাইবং মীশিংনস্থ হরাউ হৌরাম শান্নরিনা লৈ। বর্ষশিং অসিদা লৈব মীদি মতম চাদনা শিব থক তৌদ। হায়রব বর্ষশি অসিদা চুরান্‌চিম্থিবা ডাকু তাবা তাবা মী অমত লৈতে ॥১৪-১৫॥ নিংথৌ দেশশিং অসিদা লৈবা অযাম্ব ভৌই, মশা মউ যাম্ন থোংলি। মহারাজ। অসি নত্তবা অতৈ বর্ষশিংগী রাদি ঐনা তাজ খঙজবা মতুং ইন্ন হায়জগ, মাত্ন তাবিযু। মহারাজ। ক্রৌঞ্চদ্বীপত ক্রৌঞ্চ পর্ব্বত হায়না কৌবা চাউথ্রব চীঙ অম লৈ ॥১৬-১৭॥ মহারাজ। ক্রৌঞ্চগী মথাদা বামন, বামনগী মথাদ অন্ধকার, অন্ধকারগী হেক মথাদ চীঙ অথোইবা মৈনাক হায়ব চীঙশিং অসি লৈ ॥১৮॥ মহারাজ। মৈনাককী মথংদা চীঙ অথোইবা গোবিন্দ, গোবিন্দগী মথাদা নিবিড় হায়বা চীঙ

পরস্তু দ্বিগুণস্তেষাং বিষ্কম্ভো বংশবর্দ্ধন। । দেশান্তরে প্রবক্ষ্যামি তন্মে নিগদতঃ শৃণু ॥২০॥
ক্রৌঞ্চস্য কুশলো দেশো বামনস্য মনোঽনুগঃ। মনোঽনুগাৎ পরশ্চোষ্ণো দেশঃ কুরুকুলোদ্বহ ॥২১॥
উষ্ণাৎ পরঃ প্রাবরক প্রাবরাদন্ধকারক। অন্ধকারকদেশাত্তু মুণিদেশঃ পরঃ স্মৃতঃ ॥২২॥
মুনিদেশাৎ পরশ্চৈব প্রোচ্যতে দুন্দুভিস্বনঃ। সিদ্ধচারণসঙ্কীর্ণো গৌরপ্রায়ো জনাধিপ। ।
এতে দেশা মহারাজ! দেবগন্ধর্বসেবিতা ॥২৩॥
পুষ্করে পুষ্করো নাম পর্বতো মণিরত্নবান। তত্র নিত্য প্রবসতি স্বয়ং দেবঃ প্রজাপতি ॥২৪॥
তং পর্য্যুপাসতে নিত্যং দেবাঃ সর্বে মহর্ষয়। বাগ্ভির্মনোঽনুকূলাভি পূজয়ন্তো জনাধিপ! ॥২৫॥
জম্বুদ্বীপাৎ প্রবর্ত্তন্তে রত্নানি বিবিধান্যুত। দ্বীপেষু তেষু সর্বেষু প্রজানাং কুরুসত্তম! ॥২৬॥
ব্রহ্মচর্য্যেণ সত্যেন প্রজানাং হি দমেন চ। আরোগ্যায়ু প্রমাণাভ্যাং দ্বিগুণং দ্বিগুণং তত ॥২৭॥
একো জনপদো রাজন! দ্বীপেষ্বেতেষু ভারত!। উক্তা জনপদা যেষু ধর্ম্মশ্চৈকঃ প্রদৃশ্যতে ॥২৮॥
ঈশ্বরো দণ্ডমুদ্যম্য স্বয়মেব প্রজাপতি। দ্বীপানেতান্ মহারাজ। রক্ষংস্তিষ্ঠতি নিত্যদা॥ ২৯॥
স রাজা স শিবো রাজন্। স পিতা স পিতামহ। গোপায়তি নরশ্রেষ্ঠ! প্রজাঃ সজড়পণ্ডিতাঃ ॥৩০॥

---

অসি লৈ॥১৯॥ শাকগী চাউখৎনবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ। চীঙশিং অসিগী মরাক্ নুংদি অমগীনা অমগীদগী মথং শীংশংনা দ্বিগুণ দ্বিগুণ হেন্না চাউনৈ। হায়রিব ক্রৌঞ্চ দ্বীপ অসিগী দেশশিংগী মরম্দা হায়জগে তাবিয়ু ॥২০॥

ভরতশাকৈগী অথোইবা। ক্রৌঞ্চপর্ব্বতকী মনাক্ত লৈবা কুশল, বামনগী মনাক্ত লৈবনা "মনোঽনুগ" অসিগী মথংদা লেবনা উষ্ণদেশ —মখোয় অসিনি ॥২১॥ উষ্ণদেশগী মথংদা প্রাবর দেশ প্রাবরদেশগী মথংদা অন্ধকারদেশ অন্ধকারগী মথংদা মুনিদেশ লৈ ॥২২॥ মুনিদেশ অসিগী মথংদা দুন্দুভিস্বনদেশ লৈ। নিংথৌ। দেশ অসিগী মী অযাম্ব ভৌরোক্ তৌই, সিদ্ধ চারণশিংগা লোয়নদুনা কোয়চং চৎলি। মহারাজ। ক্রৌঞ্চদ্বীপ হায়রিবসি অসিগুম্ব দেশ ময়াম্ আস লৈ ॥২৩॥ পুষ্করতীর্থ হায়বদুদা পুষ্কর কৌবা মণিরত্নন থল্লবা চীঙ অম লৈ। মক্ম্ অদুদা প্রজাপতি মশামক্ লৈ ॥২৪॥ নিংথৌ। লাইযাম্না অমদি মহর্ষিশিংনা নীঙথিজরবা রাহৈনা প্রজাপতিবু মক্ম্ অদুদা স্তুতি তৌদুনা লৈ ॥২৫॥ কৌরবশাকগী অথোইবা' অতৈ দ্বীপশিংদা লৈবা মীশিংগীদমক্ জম্বুদ্বীপ হায়বসিদগী মখল্ মখা অযাম্ব মণিরত্ন কয়া কয়া পুথনা চংনৈ ॥২৬॥ দ্বীপশিং অসিদা লৈবা মীশিংনা ব্রহ্মচর্য্য, অচুম্বা ঙাঙবা, ইন্দ্রিয় থুগ্গম্ চনবা মশামউ কব অমদি পুন্শিদি হান্ন হান্ন হায়থ্রিবা দ্বীপশিংগী মীগীদগী অকোন্ অকোনবগীনা শরুক্ অনী অনী হেল্লি ॥২৭॥ ভরতশাকৈদা পোক্পা। দ্বীপশিং অসিদা লৈবা দেশময়াম্ হায়থ্রিবতগী মনুংদা ময়েকীদি দেশ অমতগীদ হায়কম্ থোকই, মরম্দি দেশশিং অসিদা চৎলিবা ধর্ম্মদি অমত ওইনা উই ॥২৮॥ মহারাজ। ব্রহ্মা মশামক্না নিংথৌ ওইদুনা রাজদণ্ড পায়খদুনা দ্বীপশিং অসিবু ঙাক্শেন্দুনা লৈ ॥২৯॥ নিপা অথোইবা মহারাজ। মহাক্তনা দ্বীপশিং অসিগী থাজৈশেংবা অমত ওইবা

ভোজনঞ্চাত্র কৌরব্য ! প্রজাঃ স্বয়মুপস্থিতম্ । সিদ্ধমেব মহাবাহো ! তদ্ধি ভুঞ্জন্তি নিত্যদা ॥৩১॥
তত্র পবং সমা নাম দৃশ্যতে লোকসংস্থিতঃ । চতুরস্রং মহারাজ ! ত্রয়স্ত্রিংশত্তু মণ্ডলম্ ॥৩২॥
তত্র তিষ্ঠন্তি কৌরব্য ! চত্বারো লোকসম্মতাঃ । দিগ্‌গজা ভরতশ্রেষ্ঠ ! বামনৈরাবতাদয়ঃ ॥৩৩॥
সুপ্রতীকস্তথা রাজন্ ! প্রাভিন্নকরটামুখঃ । তস্যাহং পরিমাণন্তু ন সংখ্যাতুমিহোৎসহে ॥৩৪॥
অসংখ্যাতঃ স নিত্যং হি তির্য্যগূর্দ্ধমধস্তথা । তত্র বৈ বায়বো বান্তি দিগ্‌ভ্যঃ সর্বভ্য এব হি ॥৩৫॥
অসম্বদ্ধা মহারাজ ! তান্ নিগৃহ্ণন্তি তে গজাঃ । পুষ্করৈঃ পদ্মসঙ্কাশৈর্বিকর্ষন্তিমহাপ্রভৈঃ ।
শতধা পুনরেবাশু তে তান্ মুঞ্চন্তি নিত্যশঃ ॥৩৬॥
শ্বসদ্ভির্মুচ্যমানাস্তু দিগ্‌গজৈরিহ মারুতাঃ । আগচ্ছন্তি মহারাজ ! ততস্তিষ্ঠন্তি বৈ প্রজাঃ ॥৩৭॥

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

পরো বৈ বিস্তরোঽত্যর্থং ত্বয়া সঞ্জয় ! কীর্ত্তিতঃ । দর্শিতং দ্বীপসংস্থানমুত্তরং ব্রূহি সঞ্জয় ॥৩৮॥

## সঞ্জয় উবাচ

উক্তা দ্বীপা মহারাজ ! গ্রহান্ মে শৃণু তত্ত্বতঃ । স্বর্ভানোঃ কৌরবশ্রেষ্ঠ ! যাবদেব প্রমাণতঃ ॥৩৯॥

নিংথৌ ! মহাক্না মঙ্গল পীবরনি, মহাক্না পিতানি পিতামহনি, অদুগ মহাক্না থৱাই পান্‌বা পান্দবা প্রজাপুম্নমক্কী ভাক্‌পরা মপূনি ॥৩০॥

অদনুবা কৌরবনন্দন, মহারাজ ! লাইনা তম্বা চৌঙ্গাক মথল্ মথম্ম দ্বীপশিং আসদা মতম্ চান চান থুডৈ। মাদুবু দেশ দেশকী মীশিং আসনা চায ॥৩১॥ মহারাজ ! হায়রিব দ্বীপ অসিদা সম কৌব দেশ অম লেব উই। দেশ অসিগী মওদা চেথক নাই। যুথক কুহ্‌রা হুমদোইগী শম কোল্লি ॥৩২॥ কৌরবনন্দন ! ভরত শাগগী অথোইবা ! দেশ আসদা লোক পুম্বনা খঙনবা, কিনা লুনা তোরা বামন ঐরাবতনাচংবা মাযকৈ ভাক্‌পা শামু মরি লৈ ॥৩৩॥ মহারাজ ! মখাগী মরক্ত সুপ্রতীক কৌবা শামুগী চাযক দগী মতম পুম্বদা, মযাই কাবগী হুমাং শিন্তহনা ভাক্ত লৈ। অদুগা শামু অদু কযামুক্ চাউবগে হায়বদুদ ঐ হাযবা ঙম্‌জরোই। ॥৩৪॥ মনাম্‌দ সুপ্রতীক হাযবা শামু অদুগী রাং চাউবা, নাকল্ অনীগী ক্দাক্লিবা শকক্ অদু ওনব লাক্‌পা ঙম্ব নত্তে। মফম্ অদুদা মাযকৈ মারমক্তগী নুংশিৎ শীৎচল্লবই ॥৩৫॥ মহারাজ ! মতম্ অদুদা অমগম যেৎশিন্ পুন্‌শিন্নবম্ব শামুশিং অদু অমনা অমদগী খাইদোরক্তনা লৈনবা শামুশিং অদু থংবদা থম্বালগী মশাক্লি। মতীক মগুণ মথোনা লৈবা শামুমক্তনি। মনাতোম্ন নুংশিৎ অদু কন্না চিংশিল্লি। অদুগা চিংশিল্লিবা নুংশিৎ অদু চামথোক্লা মায়কৈ মারমক্ত হুম্‌খ। নুংশিৎ অদু হোন্‌জল্লগা মফম্ মফম্ অদুগী জীব পুম্বনা হিংদুনা লৈনরিবনি ॥৩৭॥ ধৃতবাষ্ট্রনা হাযঃ সঞ্জয ! নহাক্না মথং মনাও নাইনা দ্বীপ পুম্বগী রা শন্দোকপ্ন হাযরে। অদুনা সঞ্জয ! হৌজিক্ত লম্‌তৌরবা হাযগদবা বিষয়শিং অদু হাযবো ॥৩৮॥ সঞ্জযনা হায ঃ—মহারাজ ! দ্বীপশিং অদুগী রাদ হাযজরে। হৌজিক্তি গ্রহশিংগী মবম্‌দা তাবিরো। কৌরব

পরিমণ্ডলো মহাবাহো ! স্বর্ভানুঃ শ্রূয়তে গ্রহঃ । যোজনানাং সহস্রাণি বিষ্কম্ভো দ্বাদশাস্য বৈ ॥৪০॥
পরিণাহেন ষট্‌ত্রিংশদ্বিপুলত্বেন চানঘ ! । ষষ্টিমাহুঃ শতান্যস্য বুধাঃ পৌরাণিকাস্তথা ॥৪১॥
চন্দ্রমাস্তু সহস্রাণি রাজন্নেকাদশ স্মৃতঃ । বিষ্কম্ভেণ কুরুশ্রেষ্ঠ ! ত্রয়স্ত্রিংশত্তু মণ্ডলম্ ।
একোনষষ্টিবিষ্কম্ভং শীতরশ্মের্মহাত্মনঃ ॥৪২॥
সূর্য্যস্ত্বষ্টৌ সহস্রাণি দ্বে চান্যে কুরুনন্দন ! বিষ্কম্ভেণ ততো রাজন् ! মণ্ডলং ত্রিংশতা সমম্ ॥৪৩॥
অষ্টপঞ্চাশতং রাজন্ ! বিপুলত্বেন চানঘ ! । শ্রূয়তে পরমোদারঃ পতগোঽসৌ বিভাবসুঃ ॥৪৪॥
( যুগ্মকম্ )
এতৎ প্রামাণমর্কস্য নির্দ্দিষ্টমিহ ভারত ! । স রাহুশ্ছাদয়ত্যেতৌ যথাকালং মহত্তয়া ॥৪৫॥
চন্দ্রাদিত্যৌ মহারাজ ! সংক্ষেপোঽয়মুদাহৃতঃ । ইত্যেতত্তে মহারাজ ! পৃচ্ছতঃ শাস্ত্রচক্ষুষা ॥৪৬॥
সর্ব্বমুক্তং যথাতত্ত্বং তস্মাচ্ছমমবাপ্নুহি । যথোদ্দিষ্টং ময়া প্রোক্তং সনির্ম্মাণমিদং জগৎ ॥৪৭॥
( বিশেষকম্ )
তস্মাদাশ্বস কৌরব্য ! পুত্রং দুর্য্যোধনং প্রতি । শ্রুত্বেদং ভরতশ্রেষ্ঠ ! ভূমিপর্ব্ব মনোঽনুগম্ ॥৪৮॥

শাগৈগী অথোইবা ! রাহু কৌবা গ্রহগী পাক্‌চাউবা অদুসু তাবিয়ু ॥৩৯॥ মহারাজ ! রাহু হায়বসি মহাক্কী অকোয়বদা যুথক্ লিশিং তরানিথোইনি হায়নৈ ॥৪০॥ পাপ য়াওদ্রবা নিংথৌ ! পুরাণ হৈব কুইরবা পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ ঃ—রাহুগী অকোয়বগী চাং অসি যুথক্ লিশিং কুন্থ্রা-তরুক নি । মযায়গী বিন্দু ( কেন্দ্র ) দগী অকোয়ব মপান্ কাওবগী শাংবনা যুথক্ লিশিং তরুর্কনি ॥৪১॥ কৌরব শাগৈগী অথোইবা ! থাগী মরাকৃতি যুথক্ লিশিং তরামাথোইনি । মহাক্কী অকোয়বনা যুথক্ লিশিং কুন্থ্রাহুমদোইনি । পাকচাউরবা থা অসিগী মযায়গী কেন্দ্রদগী মকোয় কাওবদা যুথক্ লিশিং তরুক্তগী চাম তাবনি হায়রবদি যুথক্ লিশিং মঙাগা চামাপলনি ॥৪২॥ কুরুনন্দন, মহারাজ ! নুমিৎকী কেন্দ্রদগী যেৎলোম্ ওইরোম্‌গী শাংবসি যুথক্ লিশিং তরানি, অকোয়বনা যুথক্ লিশি কুন্থ্রানি । মধ্যবিন্দুদগী মকোয়গী মপাল্ কাওবদা যুথক চানিপাল্ যাথোনি । অদুগা কনা কনাগুম্বগী মতদা হায়রিবা অসিদগীসু, নোংমদোম্বক্ত লৈরিব নুমিৎ অসিনা অমুক্ চাউবা হেল্লি হায়নৈ ॥৪৩-৪৪॥ ভরতনন্দন ! পুরাণগী মতদা নুমিৎ-থা রাহুগী পাক চাউবগী চাং অসি অরেম্ব ওইনা লৈ । অদুনা, রাহুনা মশাগী পাক চাউবনা মরক্ মরক্ত, নুমিৎ-থাবু অমাবস্যা পূর্ণিমাগী তিথিদা পুম্নকপ কুপ্পুনা থম্মি । মহারাজ ! অসি কাওবসি মহারাজদা সম্পৎনা লীজরবনি । মহারাজনা হংবিবা পুম্বা শাস্ত্রগী মত কায়দনা হায়জ-খুম্‌জরবনি । অদুনা হৌজিক্তি অম অম খক্ চিংনবিরনু, পোথাবিরো । সৃষ্টিগা লোয়ননা জগৎকী বিষয় পুম্বদা লোইনা হায়জরিবসিনি ॥৪৫-৪৭॥ কৌরবনন্দন ! অদুনা নচা ঈবুঙো দুর্য্যোধনগী মরম্‌দা থোইনা চিংনবিরনু । ভরত শাগৈগী অথোইবা ! অসিগুম্বা কজবনা ভূমিপর্ব্ব হায়বা মতাং অসি তারগা ক্ষত্রিয়না মরল্ মথুম্ লৈ, মহৈ য়াল্লি, অরুবশিংগী চান্ন-মুংশিনকম্ ওই । অদুগা

শ্রীমান্ ভবতি রাজন্যঃ সিদ্ধার্থঃ সাধুসম্মতঃ । আয়ুর্বলঞ্চ কীর্ত্তিশ্চ তস্য তেজশ্চ বর্দ্ধতে ॥৪৯॥

( যুগ্মকম্ )

য শৃণোতি মহীপাল ! পর্ব্বণীদং যতব্রতঃ । প্রীয়ন্তে পিতরস্তস্য তথৈব চ পিতামহাঃ ॥৫০॥

ইদন্তু ভারতং বর্ষং যত্র বর্ত্তামহে বয়ম্ । যতঃ প্রবর্ত্তিতং পুণ্যং তৎসর্ব্বং শ্রুতবানসি ॥৫১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভূমৌ উত্তরদ্বীপাদিসংস্থানবর্ণনে দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

মহাক্ অদুগী পুন্শি, পাঙ্গল্, মতীক্ মথৌনা হেনগৎলি ॥৪৮–৪৯॥ নিংথৌ। অসিগুম্বা ভূমি-পর্ব্ববু পূর্ণা চঙ্না তাববা মীওগী মপা মপু লোইনা পিতৃলোক্ত পোল্লি ॥৫০॥ মহারাজ। ঐখোইনা হৌজিক্ লৈরিবসি ভারতবর্ষ হায়বদুনি। মমাঙৈগী ধর্ম্ম চেন্বাশিংনা ধর্ম্মগী তত্ত্ব পুম্বা মফম্ অসিদগী শন্দোক্ হৌদোক্খি। মাদুগী বা পুম্বা মহারাজনম্তু তাবিরে ॥৫১॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেবা সংহিতাদা ভীষ্ম পর্ব্বদা ভামগী মনুংদা উত্তরদ্বীপাদ সংস্থানবর্ণনগী তবানিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ

### তরাহুমদোইশুবা অধ্যায

### ( ভগদ্বগীতা হৌরক্পগী মতাং )

—— ( ০ ) ——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

অথ গাবল্গণির্বিদ্বান্ সংযুগাদেত্য ভারত। প্রত্যক্ষদর্শী সর্বস্য ভূতভব্যভবিষ্যবিৎ॥১॥
ধ্যায়তে ধৃতরাষ্ট্রায় সহসোৎপত্য দুঃখিতঃ। আচষ্ট নিহতং ভীষ্মং ভরতানাং পিতামহম্॥২॥ (যুগ্মকম্)

সঞ্জয় উবাচ।

সঞ্জয়োঽহং মহারাজ নমস্তে ভরতর্ষভ। হতো ভীষ্মঃ শান্তনবো ভরতানাং পিতামহঃ॥৩॥
ককুদং সর্বযোধানাং ধাম সর্বধনুষ্মতাং। শরতল্পগতঃ সোঽদ্য শেতে কুরুপিতামহঃ॥৪॥
যস্য বীর্যং সমাশ্রিত্য দ্যূতং পুত্রস্তবাকরোৎ। স শেতে নিহতো রাজন্ সংখ্যে ভীষ্মঃ শিখণ্ডিনা॥৫॥
যঃ সর্বান্ পৃথিবীপালান্ সমবেতান্ মহামৃধে। জিগায়ৈকরথেনৈব কাশিপুর্যাং মহারথঃ॥৬॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ—ভরতনন্দন, জনমেজয় মহারাজ। আসগীতুংদা জ্ঞানী ওইববা, বিষযপুম্ব মমাংমক উঙবা, ভূত ভাবষৎ-বর্ত্তমান উঙবা অওগুম্ব। সঞ্জযনা কুরুক্ষেত্র—লালফমদগী হল্লক্লগা, যাম্ব ৱানা গুংগুবুনুংজাননা কমদুনা লৈরিব ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হাযখি "মহারাজ। ভরতশাগৈগী মবুধো, অতল্ ওইরবা ভীষ্ম তুগ্রে" ॥১-২॥ সঞ্জযনা হায়ঃ -"মহারাজ। ননাই ঐ সঞ্জয না' সঞ্জযনা খুরমজবিযে। ভরতশাগৈগী মবুধো, শান্তনুনন্দন, ভীষ্মদেব লান্দ তুগ্রে।" ॥৩॥

লান্মীরক্কগী অপোইবা খুৎলায হৈবাশগী শেন্নফম্,
কুরুশাগৈগী অহন্দা শান্তনু নিংযোগী মচাদো
তেলগী শয্যা মপক্কা, অরোইবা-যাহীপত চেপখরে ॥৪॥
মহাক্কী পাম্বোম্ পাঙ্গন্দা আশাপুম্ব থমদুনা
দুর্য্যোধন নচা-নিংপৌনা, লাল্শোক্লবা হাখিবা
ভীষ্ম কৌবা অকন্বদো, ঙসি শিখণ্ডী-মথুক্তা
তুগ্রে তেল্গী শয্যাথক্কা, অরাইবা মতম্ ঙাইদুনা লৈবি ॥৫॥
কাশী কৌবা নগরদা, নিংথৌ কয়া কযাবু
রথ' মতদ তোংদুনা, মথন্তন জযবু তৌখিবা,

জামদগ্ন্যং রণে রামং যোঽযুধ্যদপসংভ্রম.। ন হতো জামদগ্ন্যেন স হতোঽদ্য শিখণ্ডিনা ॥৭॥
( যুগ্মকম্ )

মহেন্দ্রসদৃশঃ শৌর্য্যে স্থৈর্য্যে চ হিমবানিব। সমুদ্র ইব গাম্ভীর্য্যে সহিষ্ণুত্বে ধরাসমঃ ॥৮॥
শরদংষ্ট্রো ধনুর্বক্ত্রঃ খড়গজিহ্বো দুরাসদ.। নরসিংহ. পিতা তেঽদ্য পাঞ্চাল্যেন নিপাতিত ॥৯॥
( যুগ্মকম্ )

পাণ্ডবানা, মহৎ সৈন্য, য, দৃষ্ট্বোদ্যতমাহবে। প্রাবেপত ভয়োদ্বিগ্ন, সিংহং দৃষ্ট্বেব গোগণ. ॥১০॥
পরিরক্ষ্য স সেনা, তে দশরাত্রমনীকহা। জগামাস্তমিবাদিত্য কৃত্বা কর্ম্ম সুদুষ্করম, ॥১১॥
( যুগ্মকম, )

য স শক্র ইবাক্ষোভ্যো বার্ষন বণান্ সহস্রশ.। জঘান যুধি যোধানামর্বুদং দশভির্দিনৈ. ॥১২॥
স শেতে নিহতো ভূমৌ বাতরুগ্ন ইব দ্রুমঃ। তব দুর্মন্ত্রিতে রাজন্। যথা নার্হ স ভারত। ॥১৩॥
( যুগ্মকম্ )

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়া, বৈয়াসিক্যা, ভীষ্মপর্বণি
ভগবদ্গীতাপর্ব্বণি ভীষ্মমৃত্যুশ্রবণে ত্রয়োদশোঽধ্যায. ॥০॥

---

নুমিৎশীঙবুম্ কযানিবু পরশুরামগা থেংনবদা
মাগী মথুন্তা তুখিদ্রবা, তুখ্রে ঙসি শিখণ্ডী খুত্তা ॥৬-৭
কন্বদা ইন্দ্রমক্তৃম্বা, লেঙ্দবদা চাউঙ্জাও হিমালয়গুম্বা,
তপ্থব-ঈঙ্বদা ঈপাকৃম্বা, মালেম্ পৃথ্বীগুম্ খাঙ্হৈবা,
তেল্গী মপেনা যাগুম্বা, লীক না-মাযথো, ওইবদো,
তুম্নবা লৈতোন্ন থাঙগুম্বা, নপান্থো নো শামান্বদো
জগৎনা লাবৃঙম্দবদো, শিখণ্ডীনা ঙসি তুহন্খ্রে ॥৮-৯॥
যণগী শল্লুপ্ মপেনা, নোংশা উরগা কিবগুম্
পাণ্ডব লাম্মী অচৌবনা মাবু উরগা মিপাইবা,
ভীষ্মদেব কৌবদো, তরানিচুপ্প তোঙম্দবা
থবকৃপু লান্দা তৌরম্মগা, কোরৌহন্বনা তাখি'গুম্,
তাখ্রে কৌরব-নুমিত্তো, তেল্গী নোংচুপ্-চাওদোন্দা ॥১০-১১॥
ভরতনন্দন, নিংথৌরেল্! ইন্দ্রগী মতৌগুম্ লেঙ্দনা,
নুমিৎ খুদং তরানিচুপ্পা, য়েক্লব লখা'মম হাৎলম্লগা,
অস্ত্রম্ন তুবা হৌনজ্রবা, অকন্ব ভীষ্ম কৌবদো,
তম্থিব শরৌগী দোষনা, নুংশিৎনা হাইহৎপা উজাওগুম্
তেল্গী শয্যা থক্কুদা, তাত্থনা লৈহৌরে ভীষ্মদো ॥১২-১৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভগবদগীতাপর্ব্বগী মনুংদা "ভীষ্মমৃত্যুশ্রবণ"গী তরাহুম্দোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ

তরামরিশুবা অধ্যায

( ভীষ্মতুবা তাবদা ধৃতরাষ্ট্রনা হাযবা )

——:०:——

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

কথং কুরূণামৃষভো হতো ভীষ্ম শিখণ্ডিনা। কথং রথাৎ স ন্যপতৎ পিতা মে বাসবোপমঃ ॥১॥
কথমাচক্ষ্ব মে যোধা হীনা ভীষ্মেণ সঞ্জয়। বলিনা দেবকল্পেন গুর্বর্থে ব্রহ্মচারিণা ॥২॥
তস্মিন্ হতে মহাপ্রাজ্ঞে মহেষ্বাসে মহাবলে। মহাসত্ত্বে নরব্যাঘ্রে কিমু আসীন্মনস্তদা ॥৩॥
আর্ত্তিঃ পরাবিশতি মন শংসাত মে হতং। কুরূণামৃষভং বীরমকম্প্যং পুরুষর্ষভম্ ॥৪॥
কে তং যান্তমনুপ্রাপ্তা কে বাস্যাসন্ পুরোগমা। কেঽতিষ্ঠন্ কে ন্যবর্ত্তন্ত কেঽভ্যবর্ত্তন্ত সঞ্জয়। ॥৫॥
কে শূরা রথশার্দ্দূলমচ্যুতং ক্ষত্রিয়র্ষভং। রথানীকং গাহমানং সহসা পৃষ্ঠতোঽন্বয়ুঃ ॥৬॥
যস্তমোঽর্ক ইবাপাকৎ পরসৈন্যমমিত্রহা। সহস্ররশ্মিপ্রতিমঃ পরেষাং ভয়মাদধৎ ॥৭॥

---

**ধৃতরাষ্ট্রনা হায ঃ**- কাবা কৌরবশাগী অথোইবা ভীষ্মবু শিখণ্ডীনা তুহন্খ্রবা। ঐগী ঈপান্থৌ, ইন্দ্রগ মান্নরব ভীষ্মদবব রথদগী লৈমাযথক্ত হাইথ্রবা। ॥১॥ হাযধু, সঞ্জয। পোক্টৈদগী ব্রহ্মচারী ওইরবা লাইমক্ত মান্নরবা কল্লবা ভীষ্মনা, মতৌকরম্না ঐগী লাম্মী মপৈবু থাদোক্কুনা চৎখ্রবা- ॥২॥ থাইনা শিসবা, অচৌবা লৌক পাযবনা, থাইনা কল্লবা, অঙৈন্ কন্ব-ঈচং খোবরা, নিপা অথোইবা অদুনা তুখিবা মতম্ অদুদা নখোযগী থম্মাযদদি কম্দৌখি? ॥৩॥ ঐগীদ থম্মোয় অসিদ তম্থিরবা চৈনখাল্ অম ফাওখি। মতম্ অদুদা কৌরবশাগেগী অথোইবা, অকন্বা, অতপ্প নিপা ভীষ্ম কৌবাদা শাল্ক্ষম্দা তুখ হাযবসিমক্ ঐভান্দা ঐগী থম্মাযনা হাযরম্মি ॥৪॥ মহাপুরুষ ওইবা নিপা অদুনা যেন্নবগী মাথক্তৈদা চেন্শিন্বা মতম্দা কনা কনানা মহাক্কী মফম্দ চঙ্শিল্লম্বগে? কনা কনানা মাগী মমাঙ থানা লাল্ফম্দা খোবকপ গ কনা কনানা মহাক্ক শোযনবা ওইদুনা লেখিবগে? কনা কনানা চান্দাবকপগে? কনা কনানা মহাক্পু থাদোক্কুনা অবোইবা মতম্ ফাওবা ইম্নখিবগে? ॥৫॥ রথবক্তী অথোইবা, অঙকপা ফংনা কল্লবা, ক্ষাত্রযগী মরক্ত নোংশা ওইবা মহাক্ অদুনা যেন্নবা লাম্মী মরক্ত চঙ্শিন্খিবদা করম্ করম্বা অকন্বনা মাগী তুইন্নখ? ॥৬॥ নুমিৎনা অমম্ব মঙ্হনবগুম্, নুমিৎকী তেজগা মান্নবা তেজ লৈরবা যেক্ননা ওম্বা অকন্বদুনা যেক্নবশিংগী থম্মাযদা অকিব পীদুনা, যেক্নবা

অকরোদ্দুষ্করং কর্ম্ম রণে পাণ্ডুসুতেষু যঃ।
প্রসমানমনীকানি য এনং পর্য্যবারয়ৎ ॥৮॥
কৃতিনং তং দুরাধর্ষং সঞ্জয়াস্তমস্তিকে।
কথং শান্তনবং যুদ্ধে পাণ্ডবাঃ প্রত্যবারয়ন্ ॥৯॥
( যুগ্মকম্ )

নিকৃন্তন্তমনীকানি শরদংষ্ট্রং মনস্বিনম্।
চাপব্যাত্তাননং ঘোরমসিজিহ্বং দুরাসদম্ ॥১০॥
অনর্হং পুরুষব্যাঘ্রং হ্রীমন্তমপরাজিতম্।
পাতয়ামাস কৌন্তেয়ঃ কথং তমজিতং যুধি ॥১১॥
( যুগ্মকম্ )

উগ্রধন্বানমুগ্রেষুং বর্ত্তমানং রথোত্তমে।
পরেষামুত্তমাঙ্গানি প্রচিন্বন্তমথেষুভিঃ ॥১২॥
পাণ্ডবানাং মহাসৈন্যং যং দৃষ্ট্বোদ্যতমাহবে।
কালাগ্নিমিব দুর্দ্ধর্ষং সমচেষ্টত নিত্যশঃ ॥১৩॥
পরিকৃষ্য স সেনাং তু দশরাত্রমনীকহা।
জগামাস্তমিবাদিত্যঃ কৃত্বা কর্ম্ম সুদুষ্করম্ ॥১৪॥
( বিশেষকম্ )

যঃ স শক্র ইবাক্ষয্যং বর্ষং শরময়ং ক্ষিপন্।
জঘান যুধি যোধানামর্বুদং দশভির্দিনৈঃ ॥১৫॥
স শেতে নিহতো ভূমৌ বাতরুগ্ন ইব দ্রুমঃ।
মম দুর্মন্ত্রিতেনাজৌ যথা নার্হতি ভারত ॥১৬॥ (যুগ্মকম্)
কথং শান্তনবং দৃষ্ট্বা পাণ্ডবানামনীকিনী।
প্রহর্ত্তুমশকত্তত্র ভীষ্মং ভীমপরাক্রমম্ ॥১৭॥
কথং ভীষ্মেণ সংগ্রামং প্রাকুর্বন্ পাণ্ডুনন্দনাঃ।
কথঞ্চ নাজয়দ্ভীষ্মো দ্রোণে জীবতি সঞ্জয় ॥১৮॥

---

কয়া কয়াবু তুম্না হাৎখিরিগনি ॥৭॥ সঞ্জয়। পাণ্ডবশিংগী মরক্ত তৌওম্দবা তৌবা, অর্জ্জুন হায়বদুনা ঐখোয়গী লান্মীশিংবু হাৎচিল্লরুবদা, মাবু ঈলায় লায়না ভাক্থোক্খিবা, যেক্লবগী মথক্ত অত্তৎ অথম্ লৈতনা তেল্ কাপওম্বা. লান্দা হৈবা ভীষ্মবু মতৌ করম্না পাণ্ডবশিংনা ভাক্থোক্খিবগে ॥৮—৯॥ য়েক্লবগী তেজোল্বু ককওম্বা, তেল্না মাগী য়াওম্বা, লীক্লংনা মাগী মায়খোং ওইবা, থাঙশাংনা মাগী লৈতোল ওইবা, অত্তওম্বা অকনবা, অকিবগী মশক্ কংলবা অমনা লাক্ওম্ কাওম্ন্ত্রবা, লৈমাযথক্ত তুবদ মতীক্চাম্রবা, কনাগী মথুত্তা মায়থীব কংখিজ্রবা, ঈকায়বা অচোপ্অরেং খঙ্বা, ভীষ্ম কোবহুবু অর্জ্জুননা করম্না তুহনখিবা ? ॥১০—১১॥ অকিবগী মশক্ কংলবা লীক্ল তেল্ পায়হুনা, নীঙ্থিবা মথদা তোংহুনা তেল্ মপৈ মপৈনা য়েক্লবা লাম্নীশিংগী মপীঙ্ লাকওম্দবা কোকশিংবু হকচাংদগী তোঙায়া তাহনখিবা, পাণ্ডবকী লান্মীশিংহুনা মহাকপ্ উবদা কিবনা থকথক নীকখিবা প্রলযগী মৈগী মতৌওম্ তেজ লৈরবা, অহুওম্বা য়েক্লবা হাৎওম্বা ভীষ্মনা সুমিৎ তরাণি চুপ্প ঐগী ঈচাগী লান্মী মপৈবু ভাক্রম্লগা অদুগা অকনবা থবক তৌরম্লগা হৌজিক্তি সুমিৎ অদো তাথরে ॥১২—১৪॥ ইন্দ্রগী মতৌওম্না অমাঙ অতা লৈত্রবা তেল্গী মপৈগী নোংচুওম্ চুথহল্লম্হনা, লাল্কম্দা য়েক্লবা লথা লথাবু হাৎলম্বা, অহুওম্ ভরতশাইগেগী লেম্জনকম্ ওইরবা ভীষ্ম হায়বহুনা লৈমায়থক্ত তুবদস্থ মতীক চাম্রবস্থ নুংশিংন হাইহৎপা উজাউওম্ তেল্গী কমুংথক্ত য়াহীপগ্রে ॥১৫—১৬॥ পাণ্ডবকী লান্মীশিংনা, শান্তনুগী মচা, অকিব কংনা করবা ভীষ্মবু উরগা করম্বা থৌনানা, মতোন্দা খুৎলায় কাপ্খিবগে ? ॥১৭॥

কৃপে সন্নিহিতে তত্র ভরদ্বাজাত্মজে তথা । ভীষ্মঃ প্রহরতাং শ্রেষ্ঠঃ কথং স নিধনং গতঃ ॥১৯॥
(যুগ্মকম্)

কথঞ্চাতিরথস্তেন পাঞ্চাল্যেন শিখণ্ডিনা । ভীষ্মো বিনিহতো যুদ্ধে দেবৈরপি দুরাসদঃ ॥২০॥

যঃ স্পর্দ্ধতে রণে নিত্যং জামদগ্ন্যং মহাবলম্ । অজিতং জামদগ্ন্যেন শক্রতুল্যপরাক্রমম্ ॥২১॥

তং হতং সমরে ভীষ্মং মহারথকুলোদিতম্ । সঞ্জয়াচক্ষ্ব মে বীরং যেন শর্ম্ম ন বিদ্মহে ॥২২॥
(যুগ্মকম্)

মামকাঃ কে মহেষ্বাসা ন জহুঃ সঞ্জয়াচ্যুতম্ । দুর্য্যোধনসমাদিষ্টাঃ কে বীরাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥২৩॥

যচ্ছিখণ্ডিমুখাঃ সর্বে পাণ্ডবা ভীষ্মমভ্যয়ুঃ । কচ্চিত্তে কুরবঃ সর্বে নাজহুঃ সঞ্জয়াচ্যুতম্ ॥২৪॥

অশ্মসারময়ং নূনং হৃদয়ং সুদৃঢ়ং মম । যচ্ছ্রুত্বা পুরুষব্যাঘ্রং হতং ভীষ্মং ন দীর্য্যতে ॥২৫॥

যস্মিন্ সত্যঞ্চ মেধা চ নীতিশ্চ ভরতর্ষভে । অপ্রমেয়াণি দুর্দ্ধর্ষে কথং স নিহতো যুধি ॥২৬॥

মৌর্বীঘোষস্তনয়িত্নুঃ পৃষৎকপৃষতো মহান্ । ধনুর্হ্রাদমহাশব্দো মহামেঘ ইবোন্নতঃ ॥২৭॥

---

সঞ্জয় । পাণ্ডবশিংনা মতৌকরম্না ভীষ্মগা লান্বা ওইহুনা শোক্লখিবগে ? ভীষ্মমক্না মখোয়বু জয় তৌব ঙম্খিত্রিবহুনা করিগী ? দ্রোণনা ছিংন লৈন লৈনা, কৃপ—অশ্বত্থামানা লৈন-লৈন, অকন্বগী অথোইবা ভীষ্মনা করম্না অশিবগী থম্নাত্ত চঙ্খিবা ! ॥১৮—১৯॥ অদুগা দ্রুপদগী মচা শিখণ্ডী হায়বহুনা মতৌ করম্না অতিরথ ওইরবা, লাইমক্না ঙক্দ্রবা ভীষ্মবু তুহন্খিবা ? ॥২০॥ সঞ্জয় । লান্দা, মতম্ পুম্বদা পরশুরামমক্না শীঙনহুনত্ত লৈখিবা পরশুরামনশু মাবু জয় তৌবা ঙম্খিদবা, ইন্দ্রগা মান্নবা কল্লবা, মহারথীবংশদা পোক্লবা, অকনবা ভীষ্মনা লান্দা তুখিবগীদমক্ মরম্ অমদি খৌদোক্শিং অহু ঐঙোন্দা থুনা য়াঙনা তম্মু ! মরম্দি অকন্বহু তুখ্রে হায়ব তাবদা ঐগী থম্মোয়দা অঙাংবা কৌবা লৈত্রে ॥২১—২২॥

সঞ্জয় । ঐগী পক্ষগী করম করম্বা মীশক্না ভীষ্মবু থাদোক্খিদবগে ? দুর্য্যোধনগী য়াথংদগী করম্ করম্ব লাম্মীনা ভীষ্মবু কোয়শিন্দুনা ঙাক্শেনখিবগে ? ॥২৩॥ সঞ্জয় ! পাণ্ডবশিংনা শিখণ্ডীবু মাঙথাহন্দুনা ভীষ্মগী মমাঙদা চঙলকপ মতম্ অদুদদি কৌরবশিংদি ভীষ্মগী নাক্ত চঙশিন্দুনা ভীষ্মবু ঙাক্লনবা থক্ হোৎনখিদবরা ? ॥২৪॥ আঃ ওস্থোক্পনি, সঞ্জয় । ঐগী থম্মোয় অসে থাঙ্গৈশেংনা নুঙগী মতৌগুম্না কন্খ্রে । মরম্দি ভীষ্ম তুখ্রে হায়বা তম্খিরব পাউ অসি তাব-কাওবদা, হৌজিক্ কাওবা ঐগী থম্মোয় অসে মচেৎ-মচেৎ থোক্ল কাখিত্রি ॥২৫॥ ওস্থোক্পনি । জগৎনা লাক্ওম্ কাওম্দবা, নিপা অথোইবা বুদ্ধিদা, রাজনীতি অমদি ধর্ম্মনীতিদা মপালৈতনা খঙবা হৈবা, ভীষ্ম কৌবহুনা মতৌ করম্না লান্দা তুখ্রবনো ! ॥২৬॥ মাগী লীবী খীঙবগী মখোয়া নোংগী মতৌগুম্, ঙংলবা, পাইশিলকপা তেলগী মপৈনা নোং মরীগী মতৌগুম্বা, লীক্লংগী মখোয়া চাউরবা নোং মতুম্গী মখোল মানবা, অহুঙব লাল্কমগী নেংদোহক্ত অচৌবা নোংগী মশক্

যোঽভ্যবর্ত্তত কৌন্তেয়ান্ সপাঞ্চালান্ সসৃঞ্জয়ান্। নিঘ্নন্ পররথান্ বীরো দানবানিব বজ্রভৃৎ ॥২৮॥
(যুগ্মকম্)

ইষ্বস্ত্রসাগরং ঘোরং বাণগ্রাহং দুরাসদম্। কার্ম্মুকোর্ম্মিণমক্ষয্যমদ্বীপং চলমপ্লবম্ ॥২৯॥
গদাসিমকরাবাসং হয়াবর্ত্তং গজাকুলম্। পদাতিমৎস্যকলিলং শঙ্খদুন্দুভিনিস্বনম্ ॥৩০॥
হয়ান্ গজান্ পদাতীংশ্চ রথাংশ্চ তরসা বহূন্। নিমজ্জয়ন্তং সমরে পরবীরাপহারিণম্ ॥৩১॥
বিদহ্যমানং কোপেন তেজসা চ পরন্তপম্। বেলেব মকরাবাসং কে বীরাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥৩২॥
(কলাপকম্)

ভীষ্মো যদকরোৎ কর্ম্ম সমরে সঞ্জয়ারিহা। দুর্য্যোধনহিতার্থায় কে তদাস্য পুরোঽভবন্ ॥৩৩॥
কেঽরক্ষন্ দক্ষিণং চক্রং ভীষ্মস্যামিততেজসঃ। পৃষ্ঠতঃ কে পরান্ বীরানপাসেধন্ যতব্রতাঃ ॥৩৪॥
কে পুরস্তাদবর্ত্তন্ত রক্ষন্তো ভীষ্মমন্তিকে। কেঽরক্ষন্নুত্তরং চক্রং বীরা বীরস্য যুধ্যতঃ ॥৩৫॥
বামে চক্রে বর্ত্তমানাঃ কেঽঘ্নন্ সঞ্জয় সৃঞ্জয়ান্। অগ্রতোঽগ্র্যমনীকেষু কেঽভ্যরক্ষন্ দুরাসদম্ ॥৩৬॥

---

ওইরবা, দৈত্যদানব হাৎপা ইন্দ্রগুম্বা, ভীষ্মনা য়েক্নবা কাণ্ডবগী অকন্‌বশিংবু মশীঙ লাক্পমদনা হাণ্ডনা পাঞ্চাল-সৃঞ্জয়শিংগা লোয়ননা পাণ্ডবশিংগী মথক্ত অতৎ অথম্ লৈতনা তেঙ্গনা নোং চুবগুম্ হৈথখি ॥২৭-২৮॥ ভীষ্ম মশা মথন্তনা খুৎলায়তগী, অকিবগী মশক্ ওইরবা ঈপাক্ অমনি। ইথক্ ঈপোম্‌গী অরাৎ অপা লৈত্রবনি। ইপোম্ ঈথক্ অহুব থিংননবা অমদি মাহুদা অপন্‌ব ওইননবা দ্বীপ-পোঙনচিংবা অমত লৈতদনি। মাহুদা লৈব চায়ববু মকর (ঙাকিহোম্) গী মশক্ ওইরবা থাঙ তা-গদানচিংব অসিতনি। চাউর চাউরবা মুরবা ইরৈনা চাউর চাউরবা শগোলনা ওই। চাউর চাউরবা মুরবা শামুনা চীংচুম্ মচা মচাগুম্ লৈরম্মি। খোঙমী মপৈনা, ঙাগী মতৌগুম্বা ঈপাক্ অহুদা থম্ লৈরম্মি। মোইবুং পুংজাউগী মখোল্লা, সমুদ্রগী ঈরাউখোল্ ওইখি। ঈপাক্ অহুনা মথন্তনা মশাগী ঈরৈ ঈথকী পাম্বৈনা, চাউরবা শগোল্ শামু রথ কয়া কথাবু মাগী মনুংদা ঈরাক্‌হন্দুনা লুপচল্লম্মি। য়েক্নব কয়াবু লুপহন্দুনা মথরাই লোখি। ঈপাক্ অহুনা অমুক্ মৈগী মতৌগুম্বা চাক্‌থৎলক্পা মতম্‌দা য়েক্নব কয়া কয়াবু চাক্‌থেকখি। মতম্ অহুনা সমুদ্রগী ইপোম্ ঈথক্‌শিংবু চাংজো তোর্ব্বাম্বা থিংবগুম্বা লাল্‌কম্‌দা, ভীষ্ম মশক্ ওইরবা সমুদ্রগুগী ঈপোম্‌শিং ঈথক্‌শিং অহুবু কনানা থিংখিবগে ? ॥২৯-৩২॥

সঞ্জয়! য়েক্নবা হাৎপা ভীষ্মনা লালকম্‌দা দুর্য্যোধনগী জয় ওইননবগী অমদি কান্নবগীদমক অকিব মশক কংনা লাল্ শোক্নবা মতম্ অহুদা কনা কনানা মাঙদা লেপখিবগে ? ॥৩৩॥ পান্দমীঙঙাই লৈত্রবা তেজনা মহাকী ওইরবা ভীষ্মগী মখাদা লৈবা লাম্মী মপৈবু কনানা ঙাক শেনখি ? অহুগা অকনবা কনা কনানা মাগী ভুংদা লৈহুনা, য়েক্নবগী অকনবশিংবু ঙাকথোক-খিবগে ? ॥৩৪॥ কনা কনানা ভীষ্মগী নাক্ত লৈহুনা ভীষ্মবু ঙাকশেন্দুনা লৈখিবগে ? অকন্‌ব

পার্থতঃ কেঽভ্যরক্ষন্ত গচ্ছন্তো দুর্গমাং গতিম্ । সমূহে কে পরান্ বীরান্ প্রত্যমুধ্যন্ত সঞ্জয় ! ॥৩৭॥
রক্ষ্যমাণঃ কথং বীরৈর্গোপ্যমানাশ্চ তেন তে । দুর্জয়ানামনীকানি নাজয়ংস্তরসা যুধি ॥৩৮॥
সর্বলোকেশ্বরস্যেব পরমস্য প্রজাপতেঃ । কথং প্রহর্ত্তুমপি তে শেকুঃ সঞ্জয় ! পাণ্ডবাঃ ॥৩৯॥
যস্মিন্ দ্বীপে সমাশ্বস্য যুধ্যন্তে কুরবঃ পরৈঃ । তং নিমগ্নং নরব্যাঘ্রং ভীষ্মং শংসসি সঞ্জয় ! ॥৪০॥
যস্য বীর্য্যং সমাশ্রিত্য মম পুত্রো বৃহদ্বলঃ । ন পাণ্ডবানগণয়ৎ কথং স নিহতঃ পরৈঃ ॥৪১॥
যঃ পুরা বিবুধৈঃ সবৈঃ সাহায্যে যুদ্ধদুর্ম্মদঃ । কাঙ্ক্ষিতো দানবান্ ঘ্নদ্ভিঃ পিতা মম মহাব্রতঃ ॥৪২॥
যস্মিন্ জাতে মহাবীর্য্যে শান্তনুর্লোকবিশ্রুতঃ । শোকং দৈন্যঞ্চ দুঃখঞ্চ প্রাজহাৎ পুত্রলক্ষ্মণি ॥৪৩॥
প্রোক্তং পরায়ণং প্রাজ্ঞং স্বধর্ম্মনিরতং শুচিম্ । বেদবেদাঙ্গতত্ত্বজ্ঞং কথং শংসসি মে হতম্ ॥৪৪॥
(বিশেষকম্)
সর্বাস্ত্রবিনয়োপেতং শান্তং দান্তং মনস্বিনম্ । হতং শান্তনবং শ্রুত্বা মন্যে শেষং হতং বলম্ ॥৪৫॥

---

কনা কনান। ভীষ্মগী ওয়রোমদা লৈহুনা শোক্লখিবগে ? ॥৩৫॥ সঞ্জয় ! কনা কনান। ভীষ্মগী ওযদা লৈবা লাম্মী তেঙ্গোলমরক্ত লৈহুনা যেক্লব স্বঞ্জয়শিংবু হাৎখিবগে ? অহুগা কনা কনান। মাঙদা লৈহুনা অকনবা, লাকওম্ কাওমদবা ভীষ্মবু শেমহুনা ঙাকখিবগে ? ॥৩৬॥ সঞ্জয় ! কনা কনান। ভীষ্মগী নাকযেত্তা লৈহুনা ভীষ্মবু ঙাকখিবগে ? অহুগা অমুক কনা কনান। য়েক্লবশিংগী মরক্ত অরাবা তারকাওবদা, খোঙকম্ লেঙ্দনা য়েক্লবশিংগা মায়োক্ য়াখিবগে ? ॥৩৭॥ কুরুগী অকন্‌বশিংনা ভীষ্মবু কন্‌বা ঙাক্‌শেন্‌বা অদুগুম্না ভীষ্মনস্থ কনাকনাবু কন্‌বিখি। অসিগুম্বা তাঙ্গাসিদা কৌরবকী অকন্‌বশিংহুনা অকন্‌বা পাণ্ডবশিংগী লাম্মীশিংবু লোইনা হাত্নুনা করম্না জয় তৌহৌজ্রবনো ? ॥৩৮॥ সঞ্জয় ! লোকপুম্বগী মপূ ওইরনা ব্রহ্মাগুম্ লেঙদনা লৈরবা ভীষ্মগী মথক্তা পাণ্ডবশিংনা করম্না খুৎলায তেন্ন থাব ঙম্‌খ্রিবনো ? ॥৩৯॥ সঞ্জয় ! কৌরবশিংনা, লালকম্‌গী মশক্ ওইরবা ঈপাক্ অহুদা ঈথৎকী মশক ওইরবা ভীষ্ম অহুগী মথক্ত আশাপুম্বা থম্‌গনা লালকম্-ঈপাক্ অহুদা লুপ্‌ত্রে হাযনা পাওদম্নি ॥৪০, মহাকী পাম্বোম্‌গী পাজন্দা আশা পুম্বা থম্‌হুনা ঐগী ঈচা দুর্য্যোধননা পাণ্ডবশিংবু করিস্থ লৈতনা খন্‌খ্রিবনি। ওম্মোক্‌পনি ! অহুগুম্বা যেক্লবা পাণ্ডবশিংনা করম্না মহাক্‌পু করম লালকম্‌দা তুহন্‌খিবা ? ॥৪১॥ মমাঙৈদা, দৈত্যদানব হাৎঙৈদা লাইয়াম্না লালবাংবিনবণীদমক্ ঐগী ঈপম্বো ভীষ্মবু পুগে খল্লম্মি। মতম্ অহুদা মচা কায়ননি খন্‌বনা থোইনা য়ারবা মপা শান্তনুনা মচা ভীষ্মসিবু থাদোক্‌পা ঙম্‌খিদে। আঃ ওম্মোক্‌পনি ! জগত্ত কাওরবা পুম্মকী চওজকম্ ওইবা, শিংলবা, মশাগী ধর্ম্মদা পুম্নীং চঙলবা মঙ্গুংমপাল্ শেংলবা বেদবেদান্তপুম্বগী তত্ত্ব খঙ্‌লবা, অহুগুম্বা ভীষ্মনা তুখিবনী পাউবু সঞ্জয় ! নংনা তম্মরেদকো ! ॥৪২—৪৪॥ খুৎলায়পুম্বা হৈরবা, তপ্‌থরবা, শিংলবা, ভীষ্মনা তুখ্রে হায়বসি তাবদা, ঐনা খল্লি, সঞ্জয় ! লৈহৌরিবা লাম্মীশিং অহুস্থ লোইনা হাৎখিররিনি ॥৪৫॥

ধর্ম্মাদধর্ম্মো বলবান্ সংপ্রাপ্ত ইতি মে মতিঃ। যত্র বৃদ্ধং গুরুং হত্বা রাজ্যমিচ্ছন্তি পাণ্ডবা° ॥৪৬॥
জামদগ্ন্যঃ পুরা রামঃ সর্বাস্ত্রবিদনুত্তম°। অম্বার্থমুদ্যতঃ সংখ্যে ভীষ্মেণ যুধি নির্জিত° ॥৪৭॥
তমিন্দ্রসমকর্ম্মাণং ককুদং সর্বধন্বিনাম্। হতং শংসসি মে ভীষ্মং কিং নু দুঃখমতঃ পরম্ ॥৪৮॥
অসকৃৎ ক্ষত্রিয়ব্রাতা সংখ্যে যেন বিনির্জিতাঃ। জামদগ্ন্যেন বীরেণ পরবীরবিঘাতিনা।
ন হতো যো মহাবুদ্ধিঃ স হতোঽদ্য শিখণ্ডিনা ॥৪৯॥
তস্মান্নূনং মহাবীর্য্যাদ্ভার্গবাদ্যুদ্ধদুর্ম্মদাৎ। তেজোবীর্য্যবলৈর্ভূয়ান্ শিখণ্ডী দ্রুপদাত্মজ° ॥৫০॥
যঃ শূরং কৃতিনং যুদ্ধে সর্বশস্ত্রবিশারদম্ পরমাস্ত্রবিদং বীরং জঘান ভরতর্ষভম্ ॥৫১॥
কে বীরাস্তমমিত্রঘ্নমন্বযু° শক্রসংসদি। শংস মে তদ্যথা চাসীদ্যুদ্ধং ভীষ্মস্য পাণ্ডবৈঃ ॥৫২॥
যোষেব হতবীরা মে সেনা পুত্রস্য সঞ্জয়! । অগোপমিব চোদ্ভ্রান্তং গোকুলং তদ্বলং মম ॥৫৩॥
পৌরুষং সর্বলোকস্য পরং যস্মিন্ মহাহবে। পরাসক্তে চ বস্তস্মিন কথমাসীন্মনস্তদা ॥৫৪॥
জীবিতেঽপ্যদ্য সামর্থ্যং কিমিবাস্মাসু সঞ্জয়! । ঘাতয়িত্বা মহাবীর্য্যং পিতরং লোকধার্ম্মিকম্ ॥৫৫॥
অগাধে সলিলে মগ্নাং নাবং দৃষ্ট্বেব পারগা.। ভীষ্মে হতে ভৃশং দু খাম্মন্যে শোচন্তি পুত্রকা° ॥৫৬॥

---

সঞ্জয়। ঐনা খনববু কলিচঙলক্লবসিনা অধর্ম্মনা ধর্ম্মদগী কনবা হেন্থ্রমাল্লে। মরম্দি পাণ্ডবাশংনা মখোয়গী মবুধো অমদি গুরু ওইরব। ভীষ্মবু হাৎলগা লৈপাক্ ফংগে হোৎনরি ॥৪৬॥ খুৎলায়পুম্বা হৈরবা, অকনবগী অথোইবা, পরশুরামনা মমাঙৈদা ভীষ্মগা শীঙনচুনা মুখামুখি ওইনা লাম্থেংনখি। মতম্ অদুদা ভীষ্মনা পরশুরামমক্পু জয় তৌখিবনি ॥৪৭॥

সঞ্জয়। নহাক্না ঐঙোন্দা, ইন্দ্রমক্কা মান্নবা থবক্ তৌওম্বা জগতা লীকং পায়বগী অথোইব ভীষ্মবু তুগ্রে হায়না পাউদম্মরি। মাসিদগী হেন্না রাবা নুংঙাইতববু কনাদ লৈগদগে সঞ্জয ॥৪৮॥ থোইনা কল্লবা, য়েক্নবা হাৎওম্বা, ক্ষত্রিযশিংবু কযারক্ হন্না হাৎপ্রবা, অদুগুম্ব পরশুরামমক্না হাৎপা-জয তৌবা ওম্থিদবা ভীষ্মবু শিখণ্ডী মথন্তনা হাৎপ্রবা ॥৪৯॥ অদুনদি, দ্রুপদ নিংথৌগী মচা হায়বসিনা পাঙ্গল্দা অমদি বিদ্যাদা পরশুরামমক্তদগীসু যাম্ন হেন্খিব তারে ॥৫০॥ শিখণ্ডীনবু কল্লবা, লান্দা হৈরবা, শাস্ত্র পূম্ব খঙ্লবা, খুৎলায় পূম্বা হৈরবা, ভরত শাগেগী অথোইবা ভীষ্মবু হাৎপ্রবা' ॥৫১॥ সঞ্জয। য়েক্নব লাম্মী মরক্ত অকন্বা কনা কনান ভীষ্মগী তুং ইন্নখিবগে ? অদুগা পাণ্ডবশিংনা মতৌ করম্না ভীষ্মগা থেংনখিবা অদুসু নংনা মচা খাযনা ঐঙোন্দা তম্মু ॥৫২॥ সঞ্জয়। ভীষ্মনা তুখিবসিদা ঐগী লাম্মী তেঙ্গোল্ অপুম্বা মপুরোযবা হাৎপ্রবী নুপীগী মতৌ-গুম্না চঙ্জক্‌ম্ লৈতবগী অবস্থাদা লৈররিনি। শঙ্গ্লেন্বা মী য়াওদ্রবা শল্লুপকী মতৌগুম্ ঐগী লাম্মী পূম্নমক তৌকম্ খঙ্দবা মওংদা লৈররিনি ॥৫৩॥ লাঙ্গ্লাও অদুদা, জগতগী লৈবা অকন্বা পূম্নমক্তগী হেল্লবা ভীষ্মনা হেক তুবগ্নদা অউবা নখোয়গী পুক্নীংদদি করি করি খন্থি— কম্দৌথ ? ॥৫৪॥ সঞ্জয। গজৎকী মনুংদা ধর্ম্ম চেল্লবা, কল্লবা ভীষ্মবু হাৎহন্থ্রগা হৌজিক্

অক্রিশারময়ং নূনং হৃদয়ং মম সঞ্জয় ! । যচ্ছ্রুত্বা পুরুষব্যাঘ্রং হতং ভীষ্মং ন দীর্য্যতে ॥৫৭॥
যস্মিন্নস্ত্রাণি মেধা চ নীতিশ্চ পুরুষর্ষভে । অপ্রমেয়াণি দুর্দ্ধর্ষে কথং স নিহতো যুধি ॥৫৮॥
ন চাস্ত্রেণ ন শৌর্য্যেণ তপসা মেধয়া ন চ । ন ধৃত্যা ন পুনস্ত্যাগান্মৃত্যোঃ কশ্চিদ্বিমুচ্যতে ॥৫৯॥
কালো নূনং মহাবীর্য্যঃ সর্বলোকদুরত্যয়ঃ । যত্র শান্তনবং ভীষ্মং হতং শংসসি সঞ্জয় ! ॥৬০॥
পুত্রশোকাভিসন্তপ্তো মহদ্দুঃখমচিন্তয়ম্ । আশংসেঽহং পরং ত্রাণং ভীষ্মাচ্ছান্তনুনন্দনাৎ ॥৬১॥
যদাদিত্যমিবাপশ্যৎ পতিতং ভুবি সঞ্জয় ! । দুর্য্যোধন শান্তনবং কিং তদা প্রত্যপদ্যত ॥৬২॥
নাহং স্বেষাং পরেষাং বা বুদ্ধ্যা সঞ্জয় ! চিন্তয়ন্ । শেষং কিঞ্চিৎ প্রপশ্যামি প্রত্যনীকে মহীক্ষিতাম্ ॥৬৩॥
দারুণঃ ক্ষত্রধর্ম্মোঽয়মৃষিভিঃ সম্প্রদর্শিতঃ । যত্র শান্তনবং হত্বা রাজ্যমিচ্ছন্তি পাণ্ডবাঃ ॥৬৪॥
বয়ং বা রাজ্যমিচ্ছামো ঘাতয়িত্বা মহাব্রতম্ । ক্ষত্রধর্ম্মে স্থিতাঃ পার্থা নাপরাধ্যন্তি পুত্রকাঃ ॥৬৫॥
এতদার্য্যেণ কর্ত্তব্যং কৃচ্ছ্রাস্বাপৎসু সঞ্জয় ! । পরাক্রমঃ পরা শক্তিস্তত্তু তস্মিন্ প্রতিষ্ঠিতম্ ॥৬৬॥

---

ঐখোযনা হিংহুনা লৈবগী করি শক্তি অমদি কান্নবা লৈরি ? ॥৫৫॥ ঐনা খন্‌ববু—আসোম্ থংবা তোর্ব্বান্ রাংম লান্‌গে হাযনা লাকপা যাত্রিকশিংনা মখোযনা তোংলিবা হি অহুনা ঈযায়দা লুপথরক্‌পদু উবদা বাবা মিপাইবা অহুগুম্না ঐগী ঈচাশিংনা ভীষ্ম তুখিবসিদ থোইনা রাররিনি মিপাইররিনা ॥৫৬॥ সঞ্জয ! ঐগী থম্মোয় অসে, শোয়ত্রে, নুংগী চৌগী মচিতনা শাম্ববনি । মরম্‌দি নিপা অহু তুগ্রে হাযব পাউ অসি তারকাওবদা হৌজিক কাওবা ঐগী থম্মোযসিদা মচেৎ মচেৎ থোক্র কায়খিদ্রি । ॥৫৭॥ আঃ । ওস্থোকপনিদা ! নিপা অথোইবা, বুদ্ধিদা বিদ্যাদা পাঙ্গন্দা চাংদম্নীওই লৈত্রবা অহু তুগ্ররকো । ॥৫৮॥ জগগুমা কনাগুম্বা অমতনা থুৎলাযনা কন্‌বনা, তপ তৌবনা, বুদ্ধিনা, তপথবা গুণনা, ওইজবা থাদোক্‌পনা, —অশিবদগী লাম্থোক্‌প ঙম্‌দে ॥৫৯॥ সঞ্জয ! মহাশক্তি কল্লবা মতম্ ( কাল্ ) হাযবা অসিদগী কনা অমতনা লাম্থোক্‌প ঙম্‌দে । মরম্‌দি নহাক্‌না ঙসি শান্তনুনন্দন ভীষ্মবু শিরে হাযনা খঙ্‌হল্লরি । মসিমক্‌না প্রমাণনি ॥৬০॥ ঐ অহান্‌বদা, ঈচা কাযনবগী অরাবনা ঐগী থম্মোযসি চাক্লরবনি হায়বহু খল্লম্মি । অহুবু, শান্তনুনন্দন ভীষ্ম লৈবিকো হাযনা খল্লুবদা ঙহাক ঙহাক্তং শান্তি হেক হেক ফংঙম্মি ॥৬১॥ সঞ্জয় ! ভীষ্মনা তারকপা নুমিৎ কুম্ন লেমায়থক্ত তুগ্ররহু উবদা ঐগী ঈচা দুর্য্যোধননা মতম্ অহদ করি তৌগে হাযন খনখি ? ॥৬২॥ সঞ্জয ! ঐগী অমদি অতোপ্পগী পক্ষ অনীমকী বুদ্ধি বিচারগী মতুং ইন্না অস্থুম্ খন্‌বদা, নিংথৌশিংসিগী লান্মী তেঙ্গোল্‌দা কনা অমতম্ভ লেম্‌তৌররোই হাযন খল্লি ॥৬৩॥ আঃ । ওস্থোক্‌পনিদা । ঋষিশিংনা ক্ষত্রিযগী ধর্ম্মবু ওস্থোক্‌ন থীনা তম্মম্লে । মরম্‌দি পাণ্ডবশিংন মবুধো ভীষ্মমক্‌পু হাৎলগা লৈপাক ফংগে তাম্নরি ॥৬৪॥ অহুপা ঐখোয়স্ত ভীষ্মমকপু হাৎহন্‌থ্রগা লৈপাক লোগে হোৎনরি । অহুগ , মতাং অসিদা, ঈচা থোক্লবা পাণ্ডবশিংগীদি দোষ লৈতে হাযন খল্লি ॥৬৫॥ সঞ্জয ! অরাবা থুদোংথীবগী মতম্

অনীকানি বিনিঘ্নন্তং হ্রীমন্তমপরাজিতম্। কথং শান্তনবং তাতং পাণ্ডুপুত্রা ন্যবারয়ন্ ॥৬৭॥

কথং যুক্তান্যনীকানি কথং যুদ্ধং মহাত্মভিঃ। কথং বা নিহতো ভীষ্মঃ পিতা সঞ্জয় ! মে পরৈঃ ॥৬৮॥

দুর্য্যোধনশ্চ কর্ণশ্চ শকুনিশ্চাপি সৌবলঃ। দুঃশাসনশ্চ কিতবো হতে ভীষ্মে কিমব্রুবন ॥৬৯॥

যচ্ছরীরৈরুপস্তীর্ণাং নরবারণবাজিনাম্। শরশক্তিমহাখড়্গতোমরাক্ষাং মহাভয়াম্ ॥৭০॥

প্রাবিশন কিতবা মন্দাঃ সভাং যুদ্ধদুরাসদাম্। প্রাণদ্যূতে প্রতিভয়ে কেঽদীব্যন্ত নরর্ষভা- ॥৭১॥(যুগ্মকম্)

কেঽজয়ন্ত জিতাস্তত্র কৃতলক্ষ্যা নিপাতিতাঃ। অন্যে ভীষ্মাচ্ছান্তনবাত্তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়। ॥৭২॥

নহি মে শান্তিরস্তীহ শ্রুত্বা দেবব্রতং হতম্। পিতরং ভীমকর্ম্মাণং ভীষ্মমাহবশোভিনম ॥৭৩॥

আর্ত্তিং মে হৃদয়ে রূঢ়াং মহতীং পুত্রহানিজাম্। ত্বং হি মে সর্পীষেবাগ্নিমুদ্দীপয়সি সঞ্জয় ॥৭৪॥

মহান্তং ভারমুদ্যম্য বিশ্রুতং সার্বলৌকিকম্। দৃষ্ট্বা বিনিহতং ভীষ্মং মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৭৫॥

শ্রোষ্যামি তানি দুঃখানি দুর্য্যোধনকৃতান্যহম্। তস্মান্মে সর্বমাচক্ষ্ব যদ্বৃত্তং তত্র সঞ্জয় ! ॥৭৬॥

---

য়োয়রুবদা হেক অণ্ডম্ব, মপাঙ্গল্ পুথোকপা অদুগা মথৌনা মরিল্ উৎনব হায়ব অনীসিমক সজ্জন ওইব সত্য ওইবগী মথৌনি। মাদু ভীষ্মতদা লৈরম্মি ॥৬৬॥ মান-মর্য্যাদা, অচোপ-অয়েম, ঈকাইব খণ্ডবা, কনাগী মথুন্ত মাযথীব কংখিদ্রিবা ভীষ্ম অণ্ডনা য়েকনব পাণ্ডবশিংগী লায়ীবু অকিব কংন হাৎপা হৌজিল্লরুবদা, পাণ্ডবশিংনা করম্না মহাকপু ঙাকথোকখিবগে ? ॥৭৭॥ সঞ্জয়। থৌনা করবা, মবুকচেল্ চাউরব য়েক্লবগী কাণ্ডবুনা মতৌ করম্না ব্যূহ (বেহু) শাখিবগে ? করম্ন লাল্ শোক্নখিবগে ? অদুগা করম্না ঈপন্থৌ ভীষ্মবু লান্দা তুহন্খিবগে ? ॥৬৮॥ ভীষ্মনা তুখিব মতম অদুদা দুর্য্যোধন, দুঃশাসন, কর্ণ অমদি সুবলগী মচা, মরৈ মরা চাউরবা শকুনিনা করি করি খন্নখি-হায়নখি ॥৬৯॥ মী-শগোল্-শামু মপেগী মশানা লাইয়ুম ওইবা, শাংল-শাংলবা থৌরবা থাং তা তেন্ন চৌবর মন্ন ওইবা, চণ্ডব যাদ্রবা, হুল্লি মথৈ থোকউ য়াদ্রবা অদুগুম্বা লাল্-কমগী মশক্ ওইরবা চৌবর সভা মন্দিরদা, ঐগী কদ্রবা, তমথিরবা ঈচাশিংনা করম্ হায়না চণ্ডখিবগে অদুগা করম করম্বা মথৌনা লৈবা, অকন্বশিংনা থরাই য়াওনা থরাই-পোম্বা-তৌনবা চৌবরদু হনব লৈতনা শান্নখিবগে ? ॥৭০ ৭১॥ সঞ্জয়। শান্তনুনন্দন ভীষ্ম নত্তনা অতোম্ন কনা কনানা জয় ওইবা যাওখিবগে ? কনা কনানা মাযথীব কংখিবগে ? অদুগা কনা কনানা নিশান চুম্ন থাদুনা কম্ন শোক্লব কাণ্ডবদা মায়থীত্তনা তুখিবগে ? অসি পুম্ব ঐঙোন্দা তম্মু ॥৭২॥ সঞ্জয় ! ঈচাশিং অসি তুম্ন মাঙথ্রগদরা হায়বসিগী চিংনরুবনা ঐগী থম্মোয়দা কল্লবা চৈনাখোল্ অম কাওরি। অসিগী মথক্ত নহারু অমুক, চারুবা মৈথক্ত ঘী হৈজিন্বগুম অরাবা পাউ পুন্নক্তুনা চৈনাখোল্গী মৈ অসিবু অমুক্ হেন্ন কম্ন চাক্খৎহল্লি ॥৭৪॥ জগত্ত কাওরব, লোক পূম্বনা মুংশিয়বা ভীষ্মনা লুম্নবা চাউরবা মথৌদাংবু মকোক্ থোংন পুদুনা লৈরম্বা ভীষ্ম তুথ্রবা অদুদা ঐগী ঈচাশিং অদো থম্মোয় শোক্ল নীণ্ডব কায়ন, শোয়দনা রামম্নিনি হায়না ঐনা খল্লি ॥৭৫॥

যদ্বৃত্তং তত্র সংগ্রামে মদন্যাভূরিসম্ভবম্। অপনীতং সুনীতং যত্তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়। ॥৭৭॥
যৎ কৃতং তত্র সংগ্রামে ভীষ্মেণ জয়মিচ্ছতা। তেজোযুক্তং কৃতাস্ত্রেণ শংস তচ্চাপ্যশেষত. ॥৭৮॥
যথা তদভবদ্যুদ্ধং কুরুপাণ্ডবসেনয়োঃ। ক্রমেণ যেন যস্মিংশ্চ কালে যচ্চ যথাভবৎ ॥৭৯॥

(যুগ্মকম্)

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতাপর্বণি ধৃতরাষ্ট্রপ্রশ্নে চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

সঞ্জয়! দুর্য্যোধননা তৌবা অন্নাব খুদোংথীবশিং অহু ঐ তাগে। অহুনা থোক্‌খিবা থৌদোক পূম্বা অমত য়াহুনা তম্মু ॥৭৬॥ সঞ্জয়! পণ্ডলবা দুর্য্যোধনগী বুদ্ধি যাওদবগী হাক্তক্তগী থোক্‌খিবা লাল অহুগী মনুংদা ধর্ম্ম নীতি কায়দনা অমদি যুদ্ধ নীতি কায়ন শোক্‌নখিবা থোক্‌খিবা থৌদোক মথৈস্থু তম্মু ॥৭৭॥ খুৎলায়দা য়াংপ লৈতনা হৈয়বা ভীষ্মনা লাল্‌কম্ অহুদা অওম্বা থৌনাগ লোয়নননা তৌরম্ব থবক্ পূম্বহু অহুগা কৌরব পাণ্ডবকী তেজোল্ অনীমক্ত থোক্‌খিবা থৌদোক্‌মথৈ মথং মনাউ নাইনা মথং মথং তম্থরকুউ ॥৭৮—৭৯॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা গীতাপর্ব্বগী মনুংদা "ধৃতরাষ্ট্রপ্রশ্ন" গী তয়ামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ

### তরামঙাশুবা অধ্যায

( দুর্য্যোধনগা দুঃশাসনগা ভাংনরকপা )

—(•)—

সঞ্জয উবাচ।

অনুরূপোঽয়মপ্রশ্নো মহারাজ। যথার্হসি। ন তু দুর্য্যোধনে দোষমিমমাসঙ্ক্তুমর্হসি ॥১॥

য আত্মনো দুশ্চরিতাদশুভং প্রাপ্নুয়ান্নরঃ। এনসা তেন নান্যং স উপাশঙ্কিতুমর্হতি ॥২॥

মহারাজ! মনুষ্যেষু নিন্দ্যং যঃ সর্বমাচরেৎ। স বধ্যঃ সর্বলোকস্য নিন্দিতানি সমাচরন্ ॥৩॥

নিকারো নিকৃতিপ্রজ্ঞৈঃ পাণ্ডবৈস্ত্বৎপ্রতীক্ষয়া। অনুভুতঃ সহামাত্যৈঃ ক্ষান্তশ্চ সুচিরং বনে ॥৪॥

হয়ানাঞ্চ গজানাঞ্চ রাজ্ঞাঞ্চামিততেজসাম্। প্রত্যক্ষং যন্ময়া দৃষ্টং দৃষ্টং যোগবলেন চ ॥৫॥

শৃণু তৎ পৃথিবীপাল! মা চ শোকে মনঃ কৃথাঃ। দিষ্টমেতৎ পুরা নূনমিদমেব নরাধিপ। ॥৬॥

( যুগ্মকম্ )

সঞ্জয়না হায:—মহারাজ। মহারাজনা হংবিকম্ থোকপা, হংবিবা যাবমথৈ হংবিরে। অদুনা মাসি পূন্নক মহারাজনা হংবিকম্ মকপু থোকপনি, হংবিগদবমক্তি। অদুদা, মহারাজনা দুর্য্যোধনগী মথক্ত দোষ অরানবা শীবিবদুমদি চুম্‌দে ॥১॥ মরম্‌দি মশাগী দোষদগী মাঙজবা ফংলবা অদুগুম্বা মীশক্তা মশাগী দোষ অদুবু অতোপ্পা অমদা অমুক্ হাপচিন্দুনা অতোপ্পদুবু লাল্লি হায়বা থক্ য়ারোই ॥২॥ মহারাজ। তাইবংমীগী মনুংদা য়াম্ম নিন্দা তৌনিঙাই ওইরবা থবক তৌরবা মী অদুদি মহাক্কী নিন্দা তৌনিংঙাই ওইরবা থবক অদুমক্তনা খ্বাইগী হাৎনীঙঙাই হেক্ত ওইরবনি ॥৩॥ মচাশিংনা তৌথ্রিবা নম্‌থাক্ লৌনম্‌শিং অদু মুম্মা খঙলবা পাণ্ডবশিংনা মখোয়গী মন্ত্রী থোঙলোয়শিংগা লোযননা অবাবা কযা ফংলুরে। মহারাজবুত্ত আশা তৌদুনা হায়বদি মহারাজনা মখোযদা লৈপাক্ অমুক্ পীবিগনি হাযনা আশা কর্ম তৌদুনা মতম কুইনা বনদা অরাবা কয়া খাঙলুরে ॥৪॥ করে, মাসিপুম্বা লৈখিসনু। লালকম্ অহুদা শগোল শামু, কল্লবা নিংথৌ মযাম্ অদুগা মখোযগী মরক্ত থোকখিবা, ঐনা ঈমিৎনা হেক উবা থৌদোক-শিং অদু তম্‌জগে। দিব্যদৃষ্টিনা উপায় ওইদুনা ঐনা থৌদোকশিং অদুবু মীৎমক্তা উরি। থোকখিবা ঘটনা মযাম্ অদু তাবিযু. থোকখিবশিং অদু অমুক খল্লদুনা রাবিরগনু। মহারাজ! থোকখিবা থৌদোকশিং অসে অম্ম্ হাযনা থোক্কনবসু লাইনা তম্‌দুনা লোইশ্রবনি ॥৫—৬॥

নমস্কৃত্বা প্রবক্ষ্যামি পারাশর্য্যায় ধীমতে। যস্য প্রসাদাদ্দিব্যং তৎ প্রাপ্তং জ্ঞানমনুত্তমম্ ॥৭॥
দৃষ্টিশ্চাতীন্দ্রিয়া রাজন্! দূরাচ্ছ্রবণমেব চ। পরচিত্তস্য বিজ্ঞানমতীতানাগতস্য চ ॥৮॥
ব্যুত্থিতোৎপত্তিবিজ্ঞানমাকাশে চ গতিঃ শুভা। শস্ত্রৈরসঙ্গো যুদ্ধেষু বরদানান্মহাত্মনঃ ॥৯॥ (যুগ্মকম্)
শৃণু মে বিস্তরেণেদং বিচিত্রং পরমাদ্ভুতম্। ভারতানামভূদ্যুদ্ধং যথা তল্লোমহর্ষণম্ ॥১০॥
তেষ্বনীকেষু যত্তেষু ব্যূঢেষু চ বিধানতঃ। দুর্য্যোধনো মহারাজ! দুঃশাসনমথাব্রবীৎ ॥১১॥
দুঃশাসন! রথাস্তূর্ণং যুজ্যন্তাং ভীষ্মরক্ষিণঃ। অনীকানি চ সর্ব্বাণি শীঘ্রং ত্বমনুচোদয় ॥১২॥
অয়ং স মামভিপ্রাপ্তো বর্ষপূগাভিচিন্তিতঃ। পাণ্ডবানাং সসৈন্যানাং কুরূণাঞ্চ সমাগমঃ ॥১৩॥
নাতঃ কার্য্যতমং মন্যে রণে ভীষ্মস্য রক্ষণাৎ। হন্যাদ্গুপ্তো হ্যসৌ পার্থান্ সোমকাংশ্চ সসৃঞ্জয়ান্ ॥১৪॥
অব্রবীচ্চ বিশুদ্ধাত্মা নাহং হন্যাং শিখণ্ডিনম্। শ্রূয়তে স্ত্রী হ্যসৌ পূর্ব্বং তস্মাদ্বর্জ্জ্যো রণে ময়া ॥১৫॥
তস্মাদ্ভীষ্মো রক্ষিতব্যো বিশেষেণেতি মে মতিঃ। শিখণ্ডিনো বধে যত্তাঃ সর্ব্বে তিষ্ঠন্তু মামকাঃ ॥১৬॥
তথা প্রাচ্যাঃ প্রতীচ্যাশ্চ দাক্ষিণাত্যোত্তরাপথাঃ। সর্ব্বশস্ত্রেষু কুশলাস্তে রক্ষন্তু পিতামহম্ ॥১৭॥
অরক্ষ্যমাণং হি বৃকো হন্যাৎ সিংহং মহাবলম্। মা সিংহং জম্বুকেনেব ঘাতয়ামঃ শিখণ্ডিনা ॥১৮॥

---

পরাশরঋষিগী মচা শ্রীব্যাসদেববু খুরম্জরুনা ঘটনা পুম্বা লীজগে। মহাকী থৌজাল্দগী ঐনা দিব্যদৃষ্টি অমদি দিব্যজ্ঞানবু (উদব খঙ্দবা লৈতবা জ্ঞান অমদি মীৎপু) ফংজরে ॥৭॥ মহারাজ! মপান্গী ইন্দ্রিয়না লাম্ব ফংদবা বিষয়বু উবা, য়াম্ন লাপ্লদগী তাব ফংবা, মাঙদা তুংদা, হৌজিক্কী মতম্ অসিদা কনাগুম্বা অমনা খল্লিবা অদুবু খঙ্বা, য়াম্ন লান্ন-বিধি কায়না চৎপ মী অদুদা মাসি মাসি তৌরক্কদৌরি হায়বসি খঙদোক্পা, অপন্বা লৈতনা নোংমদোল্দা পাইবা চৎপা, কৃংলবা লাল্লক্কম্নু ঈশাদা খুৎলায়না পান্দবা অসি পূম্নমক্কী শক্তিশিং অসি বেদব্যাসগী বরদগী ঐনা ফংজরে ॥৮—৯॥ ভারতবংশগী নিংথৌশিংগী মরক্তা থোকখ্রিব-থোক্লিবা লাঙ্গাও, অঙকপা ফংলবা থৌদোক পূম্নমক অসি মথংশিংনা শন্দোক্না ঐগী ইকম্দগী তাবিয়ো ॥১০॥ মহারাজ! অহান্বদা লালগীদমক তেঙ্গোল্ শেম্শাবনচিংবা বিধি কাযদনা তৌরবা তুংদা দুর্য্যোধননা দুঃশাসনদা হায়খি ॥১১॥ দুঃশাসন! নং থুনা য়াঙ্না ঈবুধৌ ভীষ্মবু ঙাকশেন্নবা থৌরাং তৌ। রথ পূম্নমক অসি পান্খৎলু শেম্শাগৎলু। অদুগা লাম্মী মপৈ অসি ঈবুধৌগী নাক্ত থানবা তৌ ॥১২॥ মতম্ কযা কুইনদগী অম্মম্ তৌনা কুরু পাণ্ডবগী থোক্লগদবা লাঙ্গাও অদুদা। খন্দুনা লাকপত্তু ঙসি থোক্লরেদে। ॥১৩॥ হৌজিক ঈবুধৌ ভীষ্মতবু ঙাকশেন্নন্দুনা। লৈবা অসি নত্তনা অতোপ্পা থবক্ত অমবু ঐনা অচৌবনি, মক্ন ওইবনি হায়না খন্দে ॥১৪॥ মবুকচেল্ শেংলবা ঈবুধৌ ভীষ্মনা "ঐ শিখণ্ডীদা খুৎলায থারোই। মরম্দি মহাক অসি অহান্বদা নুপী ওইরম্মি। অদুনা ঐনা মহাকপুদি থাদোকক্কম্ থোকই" অম্মা হায়খি ॥১৬॥ অদুনা, নোংপোক-নোংচুপ খা-অরাংগী হৈরবা লাম্মীশিংনা ভীষ্মবু ঙাকশেনসনু ॥১৭॥ মরম্দি ঙাকপু ঙাকত্রবদি শেন্বু

বামং চক্রং যুধামন্যুরুত্তমৌজাশ্চ দক্ষিণম্। গোপ্তারৌ ফাল্গুনস্যাজৌ ফাল্গুনোঽপি শিখণ্ডিনঃ ॥১৯॥
সংরক্ষ্যমাণঃ পার্থেন ভীষ্মেণ চ বিবর্জিতঃ। যথা ন হন্যাদ্‌গাঙ্গেয়ং দুঃশাসন! তথা কুরু ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্‌গীতাপর্বণি দুর্য্যোধনদুঃশাসনসংবাদে পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

শেন্নত্রবদি পীক্লবা কৈ মচা অমনস্থ অচৌবা নোংশাবু হাৎপা ওশ্মি। অদুনা লম্‌ছইগুম্বা শিখণ্ডীনা নোংশাগুম্বা ভীষ্মবু হাৎহন্‌খিব চুম্‌ক্লে ॥১৮॥ আসোম্‌দনা অর্জ্জুনগী ওযথংবা চক্রবু যুধামন্যুনা যেৎথংবা চক্রবু উত্তমৌজানা ঙাক্কদৌরি। অদুগা অর্জ্জুন মশানা শিখণ্ডীবু শেন্নগদৌরি ॥১৯॥ অদুনা অর্জ্জুননা শিখণ্ডীবু ঙাক্কদৌরি। অর্জ্জুননা ঙাক্কদৌরিবা শিখণ্ডী অসিবুস্থ ভীষ্মনা থাদোক্কদৌরি। অদুগা দুঃশাসন! তাঞ্জা অসিদা শিখণ্ডীনা ভীষ্মবু হাৎখিদনব। অসিত নংনা তৌ ॥২০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা "ভগবদ্‌গীতা পর্ব্ব"গী মনুংদা দুর্য্যোধন দুঃশাসন সংবাদ"গী তরামঙা শুবা অধ্যায লোইরে ॥*॥

# শ্রীমহাভারতম্

## ষোড়শোঽধ্যায়ঃ

### তরাতরুকশুবা অধ্যায

( লান্মী ময়াম বর্ণনতৌবা )

—:( * ):—

**সঞ্জয় উবাচ।**

ততো রজন্যাং ব্যুষ্টায়াং শব্দঃ সমভবন্মহান্। ক্রোশতাং ভূমিপালানং যুজ্যতাং যুজ্যতামিতি ॥১॥
শঙ্খদুন্দুভিঘোষৈশ্চ সিংহনাদৈশ্চ ভারত। হয়হেষিতনাদৈশ্চ রথনেমিস্বনৈস্তথা ॥২॥
গজানাং বৃংহতাঞ্চৈব যোধানাঞ্চাপি গর্জতাম্। ক্ষ্বেড়িতাস্ফোটিতোৎক্রুষ্টৈস্তুমুলঃ সর্বতোঽভবৎ ॥৩॥
( যুগ্মকম্ )

উদতিষ্ঠন্মহারাজ! সর্ব্বং যুক্তমশেষতঃ। সূর্য্যোদয়ে মহাসৈন্যং কুরুপাণ্ডবসেনযোঃ ॥৪॥
রাজেন্দ্র! তব পুত্রাণাং পাণ্ডবানাং তথৈব চ। দুষ্প্রধর্ষাণি চাস্ত্রাণি সশস্ত্রকবচানি চ ॥৫॥
ততঃ প্রকাশে সৈন্যানি সমদৃশ্যন্ত ভারত।। ত্বদীয়ানাং পরেষাঞ্চ শস্ত্রবন্তি মহান্তি চ ॥৬॥
তত্র নাগা রথাশ্চৈব জাম্বূনদপরিষ্কৃতা। বিভ্রাজমানা দৃশ্যন্তে মেঘা ইব সবিদ্যুত ॥৭॥

**সঞ্জয়না হায়ঃ**—অসিগী তুংদা অহিং অদু লেলথ্রবদা, নিংথৌশিং অচুনা লালগী শেম্-শারো, লালগী শেম্শারো"—হায়না অমগ মগা লাউনরকলে। লাউনরকপ খোঞ্জেল্‌সিমক্তনা মাযকৈ পুম্বা পুম্নিন্ নিন্‌থি ॥১॥ ভরতনন্দন! অদুদগীদি, মোইবুং-পুংজাওগী মখোল্লা, সিংহনাদ লাউনবগী খোঞ্জেল্লা, শগোল শামুশিংগী খোংবগী মখোল্লা, চাকানা লৈপাক্ত তক্লরকপগী মখোল্লা লাউ খোংলকপা লান্মীশিংগী খোঞ্জেল্লা, মপাম্বোম্ মকৈগল্ ফুনরকপগী মখোল্লা অদুগা অমনা অমবু কৌথোকনরকপা শীঙনরকপগী মখোল্লা অকিব কংনা নিল্লখ্রে ॥২-৩॥ মহারাজ! অসিগীতুংদা নোঙাল্লবদা, কৌরব পাণ্ডবকী পক্ষ অনীমক্কী লান্মীশিংনা মাগী মাগী লাল্‌ফি-লৈতেং পুল্লমক্ শেৎচাখত্তুনা লাল তৌগদবগী থৌরাং তৌনরক্লে ॥৪॥ নিংথৌ অথোইবা' অদুদগীদি মহারাজ! নচা ঈবুঙোশিং অদুগা পাণ্ডুগী মচাশিংনা মাগী মাগী থুৎতু থুৎলায কবচনচিবা পাযথৎ শেৎকৎনরে ॥৫॥ ভরতনন্দন। সুমিৎনা মঙানগা লোয়নননা হাইদোরকপগা লোযননা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমক্কী থুৎলায় পাযব লান্মীশিং অদু চোংথোরকপা উরে ॥৬॥ লান্মীশিংগী মরক্ত সনা লুপাগী লৈতেং ফিজোম্ভনা তগুপ তরেংন নীঙথিজরব শামুগী অমদি রথগী মপৈ মপৈ

রথানীকান্যদৃশ্যন্ত নগরাণীব ভূরিশঃ । অতীব শুশুভে তত্র পিতা তে পূর্ণচন্দ্রবৎ ॥৮॥
ধনুর্ভিরৃষ্টিভিঃ খড়্গৈর্গদাভিঃ শক্তিতোমরৈঃ । যোধাঃ প্রহরণৈঃ শুভ্রৈঃ স্বেষ্বনীকেষ্ববস্থিতাঃ ॥৯॥
গজাঃ পদাতা রথিনস্তুরগাশ্চ বিশাংপতে । আতিষ্ঠন্‌, বাগুরাকারা শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥১০॥
ধ্বজা বহুবিধাকারা বাদৃশ্যন্ত সমুচ্ছ্রিতাঃ । রৌপ্যাশ্চৈব শ্বেতাশ্চ দ্যুতিমন্তঃ সহস্রশঃ ॥১১॥
কাঞ্চনা মণিচিত্রাঙ্গা জ্বলন্ত ইব পাবকাঃ । অর্চিষ্মন্তো ব্যবাচন্ত গজারোহাঃ সহস্রশঃ ॥১২॥
মহেন্দ্রকেতবঃ শুভ্রা মহেন্দ্রসদনেষ্বিব । সন্নদ্ধাস্তে প্রবীবাশ্চ দদৃশুর্যুদ্ধকাঙ্ক্ষিণঃ ॥১৩॥
উদ্যতৈরায়ুধৈশ্চৈত্রস্তলবদ্ধাঃ কলাপিনঃ । ঋষভাক্ষা মনুষ্যেন্দ্রাশ্চমূমুখগতা বভুঃ ॥১৪॥
শকুনিঃ সৌবলঃ শল্য আবন্ত্যোঽথ জয়দ্রথঃ । বিন্দানুবিন্দৌ কৈকেয়া. কাম্বোজশ্চ সুদক্ষিণ. ॥১৫॥
শ্রুতায়ুধশ্চ কালিঙ্গো জয়ৎসেনশ্চ পার্থিবঃ । বৃহদ্বলশ্চ কৌশল্য. কৃতবর্ম্মা চ সাত্বতঃ ॥১৬॥
দশৈতে পুরুষব্যাঘ্রাঃ শূরাঃ পরিঘবাহব. । অক্ষৌহিণীনাং পতয়ো যজ্বানো ভূরিদক্ষিনা. ॥১৭॥
( বিশেষকম্ )
এতে চান্যে চ বহবো দুর্য্যোধনবশানুগাঃ । রাজানো রাজপুত্রাশ্চ নীতিমন্তো মহারথাঃ ॥১৮॥

---

অদু নোথাংগা লোয়নরব নোংগী মতৌগুম্ উখি ॥৭॥ নগর মপৈগী মতৌগুম্নবা রথগী মপৈ মপৈ হাইদোকনরকপ উরে। মতম্ অসিদা মহারাজগী নপম্থৌ অহল ওইবা ভীষ্মসি মপুং ফারব থাগী মতৌগুম্না নীঙথিজখি ॥৮॥ লান্মীশিং অদু লীরুং তেল, গদা, থাঙ-তানচিংবা থৌরব লংলবা খুৎলায় মযাম্ পাযখৎনদুনা শেম্শাদুনা লেপ্লরক্লে ॥৯॥ নিংথৌ। অদুগী তুংদা শগোল শামু রথ থোঙমীশিং অদু ছুল্লাং চাম-চাম, লিশিং লিশিংগী মওংদা লেপ্লখি ॥১০॥ লনাইগী অমদি যেক্লবগী মাযগৈ অনীমক্ত, হায়গৎ-যূংখৎনরকপ ফিরালশিং লিশিং উরক্লে ॥১১॥ সনানা লৈতেংলবা মণিমুক্তা হৎলবা ফিজোম্ন লৈতেংবা শামুথক্ত তোংলগা গজারোহী লিশিং লিশিংনা মৈবুল অমমম্গী মতৌগুম্না নীঙথিজখি ॥১২॥ ইন্দ্রগী ফুরাদলাল মথক্ত হাইগৎলকপা ভোরব ইন্দ্রগী ফিরালগী মতৌগুম্নবা, লালগী ফিজোম্ন লৈতেংলব, লাল শোরনীঙলবা অকনবশিং অদু চোংথোকনরকপ উই ॥১৩॥ লান্মী মপৈ অমমম্গী মাঙথানা চোংথোনরকপ, যল্লাবগী মমীৎকুম্ মমীৎ লাওরবা নিপা অথোইবশিং অদু, মাগী মাগী খুথাঙ, তেন্দোংনাচিংরা হাপকৎপোখৎনরক্তুনা থোইনা নীঙথিজরক্লে ॥১৪॥ সুবলগী মচা শকুনি, মদ্রদেশগী নিংথৌ শল্য, সিন্ধু নিংথৌ জযদ্রথ অবন্তিগী নিংথৌ বিন্দ অনুবিন্দ, কৈকযগী অকনবশিং, কম্বোজগী নিংথৌ সুদক্ষিণ, কলিঙ্গগী নিংথৌ শ্রুতাযুধ, নিংথৌ জযৎসেন, কোশলগী নিংথৌ বৃহদ্বল, অদুগা সাত্বতবংশগী কৃতবর্ম্মা— হায়রিব মখোয় তরা অসি, যজ্ঞ যাম্ন তৌরক্লবা, দান-দাক্ষিণা য়াম্ন তৌরক্লবা মপান্থোয়া য়োৎশুক যোৎশুকমুক চাউরবা মকুনি, মখোয অসি লান্মী অক্ষৌহিণী তরাগী মপুনি ॥১৫-১৭॥ মখোয় অসিবু অদুগা অতোপ অতোপ্প, দুর্য্যোধনগী রাথংগী মথা পোন্‌বা, যুদ্ধনীতি হৈরবা,

সন্নদ্ধাঃ সমদৃশ্যন্ত স্বেষ্বনীকেম্ববস্থিতাঃ। রক্তকৃষ্ণাজিনাঃ সর্বে ঋজিন্যো রুক্মমালিনঃ ॥১৯॥
হৃষ্টা দুর্যোধনস্যার্থে ব্রহ্মলোকাকাঙ্ক্ষ দীক্ষিতাঃ। সমর্থা দশ বাহিন্যঃ পরিগৃহ্য ব্যবস্থিতাঃ ॥২০॥

( বিশেষকম্ )

একাদশী ধার্ত্তরাষ্ট্রী কৌরবাণাং মহাচমূঃ। অগ্রতঃ সর্বসৈন্যানাং যত্র শান্তবোহগ্রণীঃ ॥২১॥
শ্বেতোষ্ণীষং শ্বেতহয়ং শ্বেতবর্ম্মাণমচ্যুতম্। অপশ্যাম মহারাজ। ভীষ্মং চন্দ্রমিবোদিতম্ ॥২২॥
হেমতালধ্বজং ভীষ্মং রাজতে স্যন্দনে স্থিতম্। শ্বেতাভ্র ইব তীক্ষ্ণাংশুং দদৃশুঃ কুরুপাণ্ডবাঃ ॥২৩॥
দৃষ্ট্বা চমূমুখে ভীষ্মং সমকম্পন্ত পাণ্ডবাঃ। সৃঞ্জয়াশ্চ মহেষ্বাসা ধৃষ্টদ্যুম্নপুরোগমাঃ ॥২৪॥
জৃম্ভমাণং মহাসিংহং দৃষ্ট্বা ক্ষুদ্রমৃগা যথা। ধৃষ্টদ্যুম্নমুখাঃ সর্বে সমুদ্বিবিজিরে মুহুঃ ॥২৫॥
একাদশৈতা শ্রীজুষ্টা বাহিন্যস্তব পার্থিব!। পাণ্ডবানাং তথা সপ্ত মহাপুরুষপালিতাঃ ॥২৬॥
উন্মত্তমকরাবর্ত্তৌ মহাগ্রাহসমাকুলৌ। যুগান্তে সমবেতৌ দ্বৌ দৃশ্যেতে সাগবাবিব ॥২৭॥

---

লাল্গী মপুংকান শেম্শারবা, নিংথৌ কয়া কয়াবু অতুগা নিংথৌ মচা কযা কয়াবু লাম্মীমরক্ মরক্তা মরিল্ মথৌনাগা লোয়ননা লেপ্লুনা লৈবা উখি। মখোয় অসি দুর্যোধনগীদমক্ত, মথরাই তরাও হরাওনা ব্রহ্মলোকত চৎখিনবগী দমক্, লান্দা দীক্ষা লৌদুনা, কৃষ্ণমৃগ কোবা শক্তীগী মউল শেত্তুনা খ্বাংনপ-থ্বাকখাং হাপ্লুনা, কিয়াল অমমম্ পাযদুনা, শক্তি লৈরবা বাহনী কোবা লাম্মী মপৈ তরা-তরা পুত্তুনা লৈখি ॥১৮—২০॥

অসি নত্তবা, মহারাজখোয়গী তরামাথোইশুবী, মহাসেনা (লাম্মীমপৈ) অমনা লাম্মী মপৈমপৈ পুম্নমক্কুগী মাঙ থানা লৈ, মহাসেনা অসিবু সেনাপতি ভীষ্মনা পুই ॥২১॥ মহারাজ! ভোরবা লুহুপ্, ভোরবা কিজোল্-কবচ শেৎচাত্তুনা ভোরবা শগোল্না চিংবা রথদা তোংখত্তুনা চত্তকপা, অকন্বগী হৌনবা বিধি কাযদবা আসগুম্বা ভীষ্মবু, নোংমদোন্দা থানা হাইদোরকপগী মতোগুম্না ঐখোযনা উখি ॥২২॥ মতম অদুদা ভীষ্ম আস লুপাতন শাবা রথমথক্ত তোংলম্মি রথ অদুদা সনানা হৎলবা, কোনাপান্বীমূক রাংলবা কিবাল্ অম যুংডি। অদুনা, কৌরবপাণ্ডবশিং পুম্নমক্না ভীষ্মবু অভোবা নোংগী মরক্ত হাইদোরকপা নুনিৎকুম উখি ॥২৩॥ পাণ্ডবশিংনা, ধৃষ্টদ্যুম্নচিংব কল্লবা সৃঞ্জয়শিংনা ভীষ্মবু উবদা থক্ থক নীকখি॥২৪॥ হোৎচিল্লক্লগে হায়দুনা, মশা পুম্বা চাউখোকহন্দুনা চত্তশিল্লকপা অচৌবা নোংশাবু উরগা শক্তীশঙাইশিংনা তৌবা অদুগুম্না, ভীষ্মবু উবদা ধৃষ্টদ্যুম্নচিংব অকনবাশিং অত্তু লোইনা মপুক্লীং থুক্কৎখি ॥২৫॥ মহারাজ। অকনবগী গুণনা তিল্লবা, মহারাজগী লাম্মী অক্ষৌহিণী তরামাথোইবু অদুগা পাণ্ডবশিংগী অক্ষৌহিণী তরেৎপু, মতৌ অপ্লম্না. কল্লব-মহাপুরুষমক্তনা সেনাপতি ওইদুনা ঙাকখি ॥২৬॥ মযাইকারবা চাউরা চাউরবা, কুম্ভীরনাচিংবনা থল্লবা ইথকইপোম কয় হৌরবা, প্রলযগী ঈপাক্ অনীগী মতৌগুম্, পক্ষ অনীগী লাম্মী তেঙ্গোল্

নৈব মন্তাদৃশো রাজন্! দৃষ্টপুর্বো ন চ শ্রুতঃ। অনীকানাং সমেতানাং কৌরব্যাণাং তথাবিধঃ ॥২৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদগীতাপর্বণি সৈন্যবর্ণনে ষোড়শোঽধ্যায় ॥০॥

---

মপৈ অনীসু ঐখোয়না উখি॥২৭॥ নিংথৌ। হন্দকী কৌরব-পাণ্ডবকী লান্মীশিংনা তিনবা অসুপ ঐখোয় মমাঙৈদা উখিদ্রি, তাসু তাখিদ্রি ॥২৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চাবনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভগবদ্গীতাপর্ব্বগী মনুংদা "সৈন্যবর্ণনগী তরাতরুকৃশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ

### তরাতরেৎশুবা অধ্যায

( লান্মীশিংগী বর্ণন তৌবা মতাং )

সঞ্জয় উবাচ।

যথা স ভগবান্ ব্যাসঃ কৃষ্ণদ্বৈপায়নোঽব্রবীৎ। তথৈব সহিতা. সর্বে সমাজগ্মুর্মহীক্ষিতঃ ॥১॥
মঘাবিষয়গ. সোমস্তদ্দিন্ প্রত্যপদ্যত। দীপ্যমানাশ্চ সম্পেতুর্দিবি সপ্ত মহাগ্রহাঃ ॥২॥
দ্বিধাভুত ইবাদিত্য উদয়ে প্রত্যদৃশ্যত। জ্বলন্ত্যা শিখয়া ভুয়ো ভানুমানুদিতো ববিঃ ॥৩॥
ববাশিরে চ দীপ্তায়াং দিশি গোমায়ুবায়সা.। লিপ্সমানা. শবীবাণি মাংসশোণিতভোজনা ॥৪॥
অহন্যহনি পার্থানাং বৃদ্ধং কুরুপিতামহ। ভবদ্বাজাত্মজশ্চৈব প্রাতরুত্থায় সংযতৌ ॥৫॥

---

সঞ্জযনা হায ঃ—ভগবান কৃষ্ণদ্বৈপ্যাযননা উপদ্রব অমদি অমঙ্গল ওইবগী হায়খিবা খুদম্ লক্ষণ পুম্নমক অহু তিল্লরিবা নিংথৌশিং অহুনা মশাদ কাওখি, অহুগা উখি ॥১॥ মাহুগী মুমিৎ অহু, চন্দ্রমান ভরণীনক্ষত্রদ চঙখি, তহুগা রাহুকেতু অনীসি নগুনা মহাগ্রহ তরেৎমক ঈরংলংন নোংমদোম্বক্ক থোকখি ॥২॥ থোরকপ মতমদা মুমিৎকী মকোয় অসি থোক্ক খাইবোক কায়ন উই। মুমিৎ অসি মৈরি থোক্ক ঙাল্লবা মশেক্ পৃহুনা থোকখি ॥৩॥ শাহিং চাব, ঈ-নাই থকচাব লমূহুই কাক্লচিংবনা অশিব হুক্কচাং ফংনিংহুনা অঙানবা মায়কৈরোম্দা চঙশিন চঙশিন্দুন' খোংখি ॥৪॥ কৌরব-পাণ্ডব পক্ষ অনীনকী মবুথৌ ভীষ্ম অহুগা দ্রোণ;চার্য্য

জয়োঽস্তু পাণ্ডুপুত্ত্রাণামিত্যূচতুররিন্দমৌ। যুযুধাতে তবার্থায় যথা স সময়ঃ কৃতঃ ॥৬॥
( যুগ্মকম্ )

সর্ব্বধর্ম্মবিশেষজ্ঞঃ পিতা দেবব্রতস্তব। সমানীয় মহীপালানিদং বচনমব্রবীৎ ॥৭॥

ইদং বঃ ক্ষত্ত্রিয়া দ্বারং স্বর্গায়াপাবৃতং মহৎ। গচ্ছধ্বং তেন শক্রস্য ব্রহ্মণঃ সহলোকতাম্ ॥৮॥

এষ বঃ শাশ্বতঃ পন্থাঃ পূর্ব্বৈঃ পূর্ব্বতরৈঃ কৃতঃ। সম্ভাবয়ধ্বমাত্মানমব্যগ্রমনসো যুধি ॥৯॥

নাভাগোঽথ যযাতিশ্চ মান্ধাতা নহুষো নৃগঃ। সংসিদ্ধাঃ পরমং স্থানং গতাঃ কর্ম্মভিরীদৃশৈঃ ॥১০॥

অধর্ম্মঃ ক্ষত্ত্রিয়স্যৈষ যদ্ব্যাধিমরণং গৃহে। যদাজৌ নিধনং যাতি সোঽস্য ধর্ম্মঃ সনাতনঃ ॥১১॥

এবমুক্তা মহীপালা ভীষ্মেণ ভরতর্ষভ!। নির্যযুঃ স্বান্যনীকানি শোভয়ন্তো রথোত্তমৈঃ ॥১২॥

স তু বৈকর্ত্তনঃ কর্ণঃ সামাত্যঃ সহ বন্ধুভিঃ। ন্যাসিতঃ সমরে শস্ত্রং ভীষ্মেণ ভরতর্ষভ! ॥১৩॥

অপেতকর্ণাঃ পুত্ত্রাস্তে রাজানশ্চৈব তাবকাঃ। নির্যযুঃ সিংহনাদেন নাদয়ন্তো দিশো দশ ॥১৪॥

শ্বেতৈশ্ছত্রৈঃ পতাকাভির্ধ্বজবারণবাজিভিঃ। তান্যনীকানি শোভন্তে রাজন্! রথপদাতিভিঃ ॥১৫॥

ভেরীপণবশব্দৈশ্চ দুন্দুভীনাঞ্চ নিস্বনৈঃ। রথনেমিনিনাদৈশ্চ বভূবাকুলিতা মহী ॥১৬॥

---

অকনবা অনী অসিনা মুমিৎ থুদংগী যাহৌরকপদা, থরাই যাওনা "পাণ্ডবশিংনা জয় ওইসনু" হায়বসি তস্তন শোল্লি, অদুবু বাশক্‌খিবনা মহারাজগীদমক্ত মহারাজগী মাযকৈদ লৈদুনা শোক্লখি ॥৫-৬॥ ধর্ম্মপূম্ব খঙলবা, দেবব্রত কৌবা নপান্থী ভীষ্মনা নিংথৌ মযাম্বু কৌশিন্দুনা রা অসি হেক-হেক হায়খি ॥৭॥ "ক্ষত্রিয়-অকনবা পুম্নমক ' অকনব নখোযপুম্বগীদমক স্বর্গগী থোঙ্ লাওনা হাংদোকতুনা লৈবে। অদুনা, মযাম্ব ইন্দ্রলোক অমদি ব্রহ্মলোকত চৎপিযু" ॥৮॥ লাল্ হায়বা লম্বী অসি ক্ষত্রিযশিংগীদমক স্বর্গ অমদি ব্রহ্মলোক যৌননবা, থাইন মমাঙৈদগী কুইরবা রাজর্ষিশিংন য়াস্তুন থম্মম্লবনি। অদুনা, অকনব নখোয় পুম্বনা নীঙঙাইব লৈতনা নশানশাগী জীবগী চাওখৎনবা তৌবিহৌ ॥৯॥ নাভাগ, যযাতি, মান্ধাতা, নহুষ, অমদি নৃগ কৌব নিংথৌশিং অসিনা মপুনশিগী মথৌপুম্ব পাঙথোক্লগা, অসিগুম্ব থবক্ত খ্বাইদগী অথোইবা থুভস্সু কংখিবনি ॥১০॥

ক্ষত্রিয ওইরগা নাদুনা মযুম্দা শিরবদি, মাদুনা মহাক্কী ধর্ম্ম ওইব নত্তে। থৌরবা থুংলায়গী মচিন্দা, নীঙহন্দব লান্দা, থরাই থাদোকপতনা ক্ষাত্রযগী মমাঙৈদগী চৎনরক্লবা ধর্ম্মনি ॥১১॥ ভরত শাগেগী অথোইবা! ভীষ্মনা অম্মুম্ন মযাম্দা হায়জরক্লবদা নিংথৌশিং অদু মাগী মাগী কজরবা নীঙথিজরবা রথদা তোংখত্তুনা, মাগী মাগী খোঙমী লাম্মী মখৈনা ঈকোয় কোযশিন্দুনা লালকম্ তম্ন থোক্লরক্লে ॥১২॥ ভীষ্মনা, মহাক্কী মবাপ মপাং মন্ত্রীশিংগা লোযননা কর্ণবু থুংলায় থাদোক্হন্‌খি ॥১৩॥ মহারাজ! অদুদগীদি মহারাজগী নচা ঈবুঙোশিংনা কর্ণবু থাদোক্লম্লদুনা, নোংশাগী খোল্লাউতনা মাযকৈ মরি পুম্নিন্ নিম্ন থোক্লরক্লে ॥১৪॥ মহারাজ! অসি তুংদা, লাম্মী মপৈ মপৈদু, মাগী মাগী পে অঙৌবা, ফিরাল্ অচৌবা-মচা, শগোল্ শামু অমদি রথ মপৈ অদুনা থোইনা নীঙথিজরম্মী ॥১৫॥ পেরে শিঙ্গা বাজাঈ পুংজাউশিংগী মখোল্লা

কাঞ্চনাঙ্গদকেয়ূরৈঃ কার্ম্মুকৈশ্চ মহারথাঃ। ভ্রাজমানা ব্যরাজন্ত সাগ্নয়ঃ পর্ব্বতা ইব ॥১৭॥
তালেন মহতা ভীষ্মঃ পঞ্চতারেণ কেতুনা। বিমলাদিত্যসঙ্কাশস্তস্থৌ কুরুচমূমুখে ॥১৮॥
যে ত্বদীয়া মহেষ্বাসা রাজানো ভরতর্ষভ।। অবর্ত্তন্ত যথাদেশং রাজন্! শান্তনবস্য তে ॥১৯॥
স তু গোবাসনঃ শৈব্যঃ সহিতঃ সর্ব্বরাজভিঃ। যযৌ মাতঙ্গরাজেন রাজার্হেণ পতাকিনা ॥২০॥
পদ্মবর্ণস্ত্বনীকানাং সর্ব্বেষামগ্রতঃ স্থিতঃ। অশ্বথামা যযৌ যত্তঃ সিংহলাঙ্গূলকেতুনা ॥২১॥
শ্রুতায়ুশ্চিত্রসেনঃ পুরুমিত্রো বিবিংশতিঃ। শল্যো ভূরিশ্রবাশ্চৈব বিকর্ণশ্চ মহারথঃ ॥২২॥
এতে সপ্ত মহেষ্বাসা দ্রোণপুত্রপুরোগমাঃ। স্যন্দনৈর্ব্বরবর্ম্মাণো ভীষ্মস্যাসন্ পুরোগমাঃ ॥২৩॥

( যুগ্মকম্ )

তেষামপি মহোৎসেধাঃ শোভয়ন্তো রথোত্তমান। ভ্রাজমানা ব্যরোচন্ত জাম্বুনদময়া ধ্বজাঃ ॥২৪॥
জাম্বুনদময়ী বেদী কমণ্ডলুবিভূষিতা। কেতুরাচার্য্যমুখ্যস্য দ্রোণস্য ধনুষা সহ ॥২৫॥
অনেকশতসাহস্রমনীকমনুকর্ষতঃ। মহান্ দুর্য্যোধনস্যাসীন্নাগো মণিময়ো ধ্বজঃ ॥২৬॥
তস্য পৌরবকালিঙ্গা কম্বোজশ্চ সুদক্ষিণঃ। ক্ষেমধন্বা চ শল্যশ্চ তস্থুঃ প্রমুখতো ধোঃ ॥২৭॥

---

অদুগা রথগী চাকাশিংগী লৈপাক্ত তক্নবগী মখোম্ন পৃথিবী অসি শীন্থ্রংখি ॥১৬॥ মহারথীশিং অদু সনা লুপাতন শাব তাল্ মেখঙ্গা সনরীক্ লংল-লংলবা লীরুংনচিংব খুলায়তনা অমমম্না মৈম্নি থোক্ন চান্নবা চীঙদুম্ অমমম্গী মতোঙুম্ নীঙথিঙ্খি ॥১৭॥ ভীষ্মনা, থরান্ মিচাক্ মঙা থোকপা, কোনা পাস্বী য়েকপা ফিরাল্ থেৎপা মক্ত্রবা রথদা তোংখত্তুনা থোরকপা নুমিংকী মতোঙুম্না কৌরব লাম্নী মপৈগী খ্বাইগী মাঙ্দা লৈখি ॥১৮॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ। মহারাজগী পক্ষদা যাওরিবা অচৌ অচৌবা কল্লবা নিংথৌশিং অদুনা, ভীষ্মগী যাথংগী মখা পোম্ন লাল্কম্লোম্দ চলকলি ॥১৯॥ গোবাসন দেশগী শৈব্য কৌবা নিংথৌনা অতোপ অতোপ্প নিংথৌশিংগা লোয়ননা, ফিরাল থেৎলবা, নিংথৌনা তোংবদা মতীক চারবা শামু অমদা তোংখত্তুনা থোরক্লে ॥২০॥

লান্দা চেক্শিন্বা পূক্নীং চঙ্লবা থম্বালগী কুচু ওইরবা অশ্বথামাদা লাম্নী পুম্বা মমাঙ থানা নোংশা মমৈ য়েকপা ফিরাল্ থেৎপা রথদা তোংদুনা থোরকই ॥২১॥ শ্রুতায়ুথ, চিত্রসেন, পুরুমিত্র, বিবিংসতি, শল্য ভূরিশ্রবা অমদি বিকর্ণ হায়রিবা তরেৎ অসিনা, অচৌবা লীকং পায়রবা লালগী কিজোল্ পুম্বনা লৈতেংলবা অশ্বথামাবু মাঙথাহন্দুনা রথ অমমম্দা তোংদুনা ভীষ্মগী মাঙথানা চৎখি ॥২২—২৩॥ হায়রিবা মখোয় অসিগীসু থোইনা রাংলবা, সনাতগী মশক্ ওইরবা ফিরালশিং অদুনা রথশিংবু থোইনা' ফজহন্দুনা তঙুপ্ তরেংনা নীঙথিখি ॥২৪॥ আচার্য্য অথোইবা দ্রোণগী ফীরান্দা লীকং সনাগী বেদী অমদি যুবী খুজাই য়েকই ॥২৫॥ দুর্য্যোধননা শামু অমগী মথক্ত তোংখত্তুনা লাম্নী মপৈ লিশিং কয়াগী লুচিংবা ওইদুনা চঙলক্লি। শামু অদুগী মথক্তা মণিতগী মশক্ ওইরবা ফীরাল্ অমম্ভু থেৎলম্মি ॥২৬॥ মহাক্কী মাঙদা পৌরব

স্যন্দনেন মহার্হেণ কেতুনা বৃষভেণ চ । প্রকর্ষন্নিব সেনাগ্রং যাথর্বস্ত কৃপো যযৌ ॥২৮॥
তার্ক্ষ্যপতিনা গুপ্তং কৃপেণ চ মনস্বিনা । শারদাম্বুধরপ্রখ্যং প্রাচ্যানাং সুমহদ্বলম্ ॥২৯॥
অনীকপ্রমুখে তিষ্ঠন্ বরাহেণ মহাযশাঃ । শুশুভে কেতুমুখ্যেন রাজতেন জয়দ্রথঃ ॥৩০॥
শতং রথসহস্রাণাং তস্যাসন্ বশবর্ত্তিন. । অষ্টৌ নাগসহস্রাণি সাদিনাময়ুতানি ষট্ ॥৩১॥
তৎ সিন্ধুপতিনা রাজ্ঞা পালিতং ধ্বজিনীমুখম্ । অনন্তরথনাগাশ্বমশোভত মহদ্বলম্ ॥৩২॥
ষষ্ট্যা রথসহস্রৈস্তু নাগানাময়ুতেন চ । পতিঃ সর্বকলিঙ্গানাং যযৌ কেতুমতা সহ ॥৩৩॥
তস্য পর্বতসঙ্কাশা ব্যরোচন্ত মহাগজা" । যন্ত্রতোমরতূণীরৈঃ পতাকাভিঃ সুশোভিতাঃ ॥৩৪॥
শুশুভে কেতুমুখ্যেন পাবকেন কলিঙ্গকঃ । শ্বেতচ্ছত্রেণ নিষ্কেণ চামরব্যজনেন চ ॥৩৫॥
কেতুমানপি মাতঙ্গং বিচিত্রপরমাঙ্কুশম্ । আস্থিতঃ সমরে রাজন্ । মেঘস্থ ইব ভানুমান্ ॥৩৬॥
তেজসা দীপ্যমানস্তু বারণোত্তমমাস্থিতঃ । ভগদত্তো যযৌ রাজা যথা বজ্রধরস্তথা ॥৩৭॥
গজস্কন্ধগতাবাস্তাং ভগদত্তেন সম্মিতৌ । বিন্দানুবিন্দাবাবন্ত্যৌ কেতুমন্তমনুব্রতৌ ॥৩৮॥
স রথানীকবান্ ব্যূহো হস্ত্যঙ্গো নৃপশীর্ষবান্ । বাজিপক্ষ. প্রতত্বাচ্চঃ প্রহসন্ সর্বতোমুখঃ ॥৩৯॥

---

নিংথৌ, কলিঙ্গ নিংথৌ, কম্বোজগী নিংথৌ সুদক্ষি ক্ষেমধন্বা অমদি শল্য হায়রিবশিং অসিনা রথ অমমম্‌দা তোংদুনা লৈখি ॥২৭॥ কৃপাচার্য্যনা মগধগী লান্মী মপৈ পুদুনা মমল্‌ য়াম্রব, রথ অমদা তোংখৎখি। মহাক্কী কিরান্দা শল্লাবগী চিত্র অম য়াওই ॥২৮॥ শরৎঋতুগী নোংমপৈগী মতৌগুম্রবা, নোংপোক মাযপৈগী, কর্ণনা ভাক্লম্বা লান্মী মপৈ অদু হৌজিক কৃপাচার্য্যনা ভাক্লে ॥২৯॥ মিংচৎচাউববা জয়দ্রথনা মহাক্কী লান্মী তেঙ্গোল্‌গী মমাঙদা লৈদুনা ওক-য়েকপা, লুপাগী কিরান্না লৈতেং ওইনা থোইনা নীঙথিজখি ॥৩০॥

মহাক্কী মখাদা রথী লখা অম, শামু লিশিং নিপাল্‌, শগোলতোংবা লান্মী লিশিং হুম্ফু চৎলম্মি ॥৩১॥ সিন্ধু নিংথৌ জয়দ্রথনা অদুক চাউবা লান্মী মপৈ অদু ভাক্কুনা লৈখি। মতম্‌ অদুদা মশীং লাকতমুদ্রবা রথ, শামু, শগোল্লা থল্লবা লান্মী মপৈ অদু থোইনা নীঙথিজখি ॥৩২॥ কলিঙ্গ নিংথৌনা কেতুমান্‌গা লোয়ননা রথী লিশিং হুম্ফু অদুগা শামু লিশিং তরা পুদুনা লাল্‌কম্‌ লোম্‌দা চৎলি ॥৩৩॥ তোপ,নুংগুক, তেন্দোং অমদি কিরান্না থল্লা হান্নবা লৈতেংলবা চাউরবা শামুশিং অদু থোইদাক্লা নীঙথিজরম্মি ॥৩৪॥ কলিঙ্গ নিংথৌ মশামকম্থ মৈমচু মান্‌বা নীঙথিজরবা কিরান্না, ঙৌরবা পে (ছত্র)না, ঙৌরবা মুক্তা পরেংনা অদুগা ঙৌরবা চামরনস্থ থোইনা নীঙথিজনা কজনা উখি ॥৩৫॥ মহারাজ। কেতুমানস্থ তঙ্গপ তরেংনা নীঙথিজরবা শামু অমদা তোংদুনা, নোংমরক্ত হাইদোরকপা সুমিৎকুম্‌ কজনা উখি ॥৩৬॥ মশেক মতাম্না পুম্নজংলংবা ভগদত্ত নিংথৌমা চাউরবা-করবা শামু অমদা তোংদুমা ঐরাবত মথক্ত তোংলিবা ইন্দ্রগুম্‌ থোইনা নিংঙথিজখি ॥৩৭॥ ভগদত্তগুম্‌ থোইদোক্ত কাম্বা অবন্তি দেশগী বিন্দ অনুবিন্দ অনমনা শামুগী মথক্ত তোংদুনা কেতুমানগী তুংদা চৎলম্মি ॥৩৮॥ মহারাজ। দ্রোণ দুর্য্যোধন

দ্রোণেন বিহিতো রাজন্। রাজ্ঞা শান্তনবেন চ। তথৈবাচার্য্যপুত্রেণ বাহ্লীকেন কৃপেণ চ ॥৪০॥

( ত্রুঞ্চকম্ )

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি ভবগদ্গীতাপর্বণি সৈন্যবর্ণনে সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ॥*

ভীষ্ম, অশ্বত্থামা, বাহ্লীক কৃপ মখোয় অসিনা ব্যূহ ( বেহু ) গী মশক্ ওইরবা উচেক অম শাখি, রথিশিংতনা উচেক্ অতুগী মশা-মখোঙ মচীন্নচিংবা ওই। শামু অমদি নিংথৌশিংনা উচেক অতগী মকোক ওই, শগোল মথায়া মপা ওই, অসিগুম্বা অকিবগী মশক ওইরবা মমায়না মাযগৈপুম্বা ওন্নবা, চাউরবা উচেক্ অসি লান্‌কম্ লোমদা পাইশিল্লি ॥৩৯—৪০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদ ভগবদগীতাপর্ব্বগী মনুংদা সৈন্যবর্ণনগী তরাতরেৎশুবা অধ্যায লোইরে ॥*॥

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ

তরানিপালশুবা অধ্যায

( লান্মীশিংগী বর্ণন তৌবা মতাং )

—:০:—

সঞ্জয উবাচ।

ততো মুহূর্ত্তাত্তুমুল. শব্দো হৃদযকম্পনঃ। অশ্রূয়ত মহারাজ! যোধানাং প্রযুযুৎসতাম্ ॥১॥
শঙ্খদুন্দুভিঘোষৈশ্চ বারণানাঞ্চ বৃংহিতৈঃ। নেমিঘোষৈ রথানাঞ্চ দীর্য্যতীব বসুন্ধরা ॥২॥
হযানাং হেষমাণানাং যোধানাঞ্চৈব গর্জ্জতাম্। ক্ষণেনৈব নভো ভূমিঃ শব্দেনাপূরিতং তদা ॥৩॥

সঞ্জযনা হায়ঃ—মহারাজ! অসিগীতুংদা, মতম্ খরগী মতুংদা লান্মীশং অতুগী, থম্মোয কায়ননবগী মশক্ ওইরবা, অবিব ফংলবা, লাউনবগী খোঞ্জেল অদো তাব ফংখি ॥১॥ মোইবুং পুংজাউগী মখোল্লা, শামুশিংগী খোংবগী খোঞ্জেল্লা, রথগী চাকাগী মখোল্লা পৃথ্বী অসি থক-থক নীকখি ॥২॥ শগোল মযামগী খেকপগী মখোল্লা অতুগা লান্মীশংগী খোল্লাউনা থক-খা অনীমক

পুত্রাণাং তব দুর্দ্ধর্ষ । পাণ্ডবানাং তথৈব চ । সমকম্পন্ত সৈন্যানি পরস্পরসমাগমে ॥৪॥
তত্র নাগা রথাশ্চৈব জাম্বুনদবিভূষিতাঃ । ভ্রাজমানা ব্যদৃশ্যন্ত মেঘা ইব সবিদ্যুতঃ ॥৫॥
ধ্বজা বহুবিধাকারাস্তাবকানাং নরাধিপ ! । কাঞ্চনাঙ্গদিনো রেজুর্জ্বলিতা ইব পাবকা. ॥৬॥
স্বেষাঞ্চৈব পরেষাঞ্চ সমদৃশ্যন্ত ভারত ! । মহেন্দ্রকেতবঃ শুভ্রা মহেন্দ্রসদনেষিব ॥৭॥
কাঞ্চনৈঃ কবচৈর্বীরা জ্বলনার্কসমপ্রভৈ. । সন্নদ্ধাঃ সমদৃশ্যন্ত গ্রহাঃ প্রজ্বলিতা ইব ॥৮॥
কুরুযোধবরা রাজন্ ! বিচিত্রায়ুধকার্ম্মুকা॰ । উদ্যতৈরায়ুধৈশ্চিত্রৈস্তলবদ্ধাঃ পতাকিনঃ ॥৯॥

( যুগ্মকম্ )

ঋষভাক্ষা মহেষ্বাসাশ্চমূমুখগতা বভু ' পৃষ্ঠগোপাস্তু ভীষ্মস্য পুত্রাস্তব নরাধিপ । ॥১০॥
দুঃশাসনো দুর্বিষহো দুর্ম্মুখো দু.সহস্তথা । বিবিংশতিশ্চিত্রসেনো বিকর্ণশ্চ মহারথঃ ॥১১॥
সত্যব্রতঃ পুরুমিত্রো জয়ো ভুবিশ্রবা. শল. । রথা বিংশতিসাহস্রাস্তথৈষামনুযায়িনঃ ॥১২॥

( বিশেষকম্ )

অভীষাহাঃ শূরসেনা শিবয়োঽথ বসাতয় । শাল্বা মৎস্যাস্তথাম্বষ্ঠাস্ত্রৈগর্ত্তা কেকয়াস্তথা ।
সৌবীরাঃ কৈতবা প্রাচ্যাঃ প্রতীচ্যোদীচ্যবাসিন. ॥১৩॥

---

পূম্নিন্ নিন্খি ॥৩॥ মহারাজ। নচাশিংগী লাম্মীপুম্বা অদুগা পাণ্ডবশিংগী লাম্মীপুম্বস্নু মখোয় অমগমগ থেংনরম্দাইদা নীরুখি ॥৪॥ মতম্ অসিদা শামুশিং অমদি রথ ময়াম্ অদু সনাগী লৈতেংতনা পূম্লং লংদুনা নোংথাংগা লোয়ননা নোং মতুম্ অমমম্গী মতৌগুম্ নীঙথিজখি ॥৫॥ মহারাজ ' নচাঈবুঙে শিংগী সনান লৈতেংলবা মখল্মখা অযাম্ব মচুগী কীরাল্শিং অদু চাক্লবা মৈরিগী মতৌগুম্ নীঙশিজখি ॥৬॥ ভরতনন্দন। ইন্দ্রগী ঙৌরবা শংগাইশিং অদুগী মথক্ত থেৎপা য়ুংবা ইন্দ্রগী কিরালশিংগী মতৌগুম্, লাম্মীথুপ্পু অনীগী কিরাল্ মপৈ অদু ময়েক্ লান উবা হৌরক্লে ॥৭॥ মহারাজ! মৈ-নুমিৎ অনীগী মশেক্কী মতৌগুম্ লংলবা লাল্ ফুরিৎতনা মশা পুম্যোম্ যোম্লবা অকন্বশি অদু অমমম্ন অচৌবা গ্রহ অমমম্গী মতৌগুম্ উখি। যেক খোৎলবা কজরবা থুৎলায লীকং, থুখাঙ, কীরাল্ অসিনচিংবা শুনা য়াওরবা কৌরব লাম্মী অমমম্মু মযেক্ লানা উবা কংলে ॥৮—৯॥ মহারাজ। শল্লাবগী মতৌগুম মমিৎ লাওরবা, অচৌব লীকং পাযরবা, দুঃশাসন, দুর্বিসহ, দুর্ম্মুখ, দুঃসহ, বিবিংশতি, চিত্রসেন অদুগা মহারথী বিকর্ণ, মহারাজগী নচাঈবুঙোশিং খর, অদুগা সত্যব্রত, পুরুমিত্র জয ভূরিশ্রবা, অদুগা শল—অসিনচিংব অকন্ব খর অদুগা মখোয় অমমম্গী তুংইনবা রথী।লিশিং কুন—মখোয় পুল্লপ অসিনা ভীষ্মগী ঙাক্শেনবা ওইনা লৈদুনা লাল্কম্না থোইনা নীঙখিজখি ॥১০॥ অভীষাহ, শূরসেন, শিবি, বসাতি, শাল্বনা থুদুম্ চন্থবা মৎস্য অম্বষ্ঠ, ত্রিগর্ত্ত, কেকয়, ধূর্ত্তসৌবীর, পূর্ব্ব দশ, পাশ্চমদেশ উত্তরদেশ হায়রিব দেশতরানিথোই অসিদা লৈরিবা, মথরাই থানবা থোয়াং তৌরবা অকনবা

যাদশৈতে জনপদাঃ সর্বে শূরাস্তনুত্যজঃ ।
মহতা রথবংশেন তে ররক্ষুঃ পিতামহম্ ॥১৪॥
(যুগ্মকম্)

অনীকং দশসাহস্রং কুঞ্জরাণাং তরস্বিনাম্ ।
মাগধো যত্র নৃপতিস্তদ্রথানীকমন্বয়াৎ ॥১৫॥

রথানাং চক্ররক্ষাশ্চ পাদরক্ষাশ্চ দন্তিনাম ।
অভবন্ বাহিনীমধ্যে শতানামযুতানি ষট্ ॥১৬॥

পাদাতাশ্চাগ্রতোঽগচ্ছন্ ধনুশ্চর্ম্মাসিপাণয়ঃ ।
অনেকশতসাহস্রা নখরপ্রাসযোধিনঃ ॥১৭॥

অক্ষৌহিণ্যো দশৈকা চ তব পুত্রস্য ভারত ।।
অদৃশ্যত মহারাজ । গঙ্গেব যমুনান্তরা ॥১৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতাপর্ব্বণি সৈন্যবর্ণনে অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

পুম্নমক্ অসি মাগী মাগী রথ মপৈ লাম্নীগা লোয়ননা ভীষ্মবু ঙাকশেন্দুনা লৈখি ॥১৩—১৪॥ কল্লবা শামুলিশিংতরানা শাব শামুতেঙ্গোল্গী অত্থগা রথীশিংতগী লুচিংবা ওইবা মগধনিংথৌনা পুরিবা রথিসৈন্য অত্থমকম্সু ভীষ্মগী তুংদা চৎলম্মি ॥১৫॥ হায়রিবা তেঙ্গোল্ অসিগী মনুংদসু রথ অমমম্গী চাকা শেন্নবা, শামু অমমম্গী মখোঙ শেন্নবা মখোয অসিতনসু লাম্মী লখা হুন্দ্রিনি ॥১৬॥ অত্থগা লীরুং, থাঙ-চুঙ্গোই অমদি থাঙমচা (খুগ্রী) কৈ খুজিল্ (অশাবা খুজিল) তনা শোক্লব খোঙমী লখা কয়ানা লাম্মী মপৈ অত্থগী মাঙদা চৎলম্মি ॥১৭॥ ভরতনন্দন মহারাজ! নঙ্গাইবুঙো দুর্য্যোধননা অক্ষৌহিণী তরামাথোইগী তেঙ্গোল অসি যমুনাগা তিন্নবা চেনবী গঙ্গাগী ঈচেলগুম্ম মতৌগুম্ম উখি ॥১৮॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংব সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভগবদগীতাপর্ব্বগী মনুংদা "সৈন্যবর্ণন"গী তরানিপাল্গুবা অধ্যায় লোইবে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## উনবিংশোঽধ্যায়ঃ

তরামাপলগুবা অধ্যায

( পাণ্ডবলাশ্মীগী বেহুশাবগী মতাং লীবা )



### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

অক্ষৌহিণীঃ দশৈকাঞ্চ ব্যূঢাং দৃষ্ট্বা যুধিষ্ঠিরঃ। কথমল্পেন সৈন্যেন প্রত্যব্যূহত পাণ্ডবঃ ॥১॥
যো বেদ মানুষং ব্যূহং দৈবং গান্ধর্বমাসুরম্। কথং ভীষ্মং স কৌন্তেয়ঃ প্রত্যব্যূহত সঞ্জয় ! ॥২॥

### সঞ্জয় উবাচ।

ধার্ত্তরাষ্ট্রাণ্যনীকানি দৃষ্ট্বা ব্যূঢানি পাণ্ডবঃ। অভ্যভাষত ধর্ম্মাত্মা ধর্ম্মরাজো ধনঞ্জয়ম্ ॥৩॥
মহর্ষের্বচনাত্তাত। বেদয়ন্তি বৃহস্পতেঃ। সংহতান্ যোধয়েদল্পান্ কামং বিস্তারয়েদ্বহূন্ ॥৪॥
সূচীমুখমনীকং স্যাদল্পানাং বহুভিঃ সহ। অস্মাকঞ্চ তথা সৈন্যমল্পীয়ঃ সুতরাং পরৈঃ ॥৫॥
এতদ্বচনমাজ্ঞায় মহর্ষের্ব্যূহ পাণ্ডব !। এতচ্ছ্রুত্বা ধর্ম্মরাজং প্রত্যভাষত পাণ্ডবঃ ॥৬॥
এষ ব্যূহামি তে ব্যূহং রাজসত্তম। দুর্জয়ম্। অচলং নাম বজ্রাখ্যং বিহিতং বজ্রপাণিনা ॥৭॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—পাণ্ডুগী মচা যুধিষ্ঠিরদি ঐখোয়গী অক্ষৌহিণী তরামাথোইনশাব ব্যূহ (বেহু) অসি উবদা, মাগী অক্ষৌহিণী য়ামনবা তরেন্তনা করম্ন বেহু শাখিবগে ? ॥১॥ সঞ্জয় ! তাইবং মীগী, লাইগী, গন্ধর্ব্বগী অমদি চিংচাবগী ব্যূহ মশা লোইনা খঙলবা ভীষ্মগী মমাঙদদি যুধিষ্ঠিরনা করম্না বেহু শাখিবগে ? ॥৩॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ ! ধর্ম্ম চেন্নবা যুধিষ্ঠিরনা মহারাজগী লাশ্মী তেঙ্গোলগী বেহু মশা অসি উবদা মনাও অর্জ্জুনগী মকমদা হায়রকই—॥৩॥ "ঈবুঙো। ধনুর্ব্বেদগী ওঝাশিংনা মহর্ষি বৃহস্পতিগী বচনগী মতুং ইন্না অসুম্না হায়বনৈ—লাশ্মী খজিক্তব্ অমগমগ ক্রক্-ক্রক্ ইন্নন থম্মনা লাল্ শোক্নগনি অদুগা য়াম্ন য়াম্লবদুনা নীঙ্বা খুদোংচাব মতুংইন্না শন্দোক্ হাইদোক্তুনা শোক্নগনি ॥৪॥ য়েক্লবগী অয়াম্ব লাশ্মীগা মশাগী লাশ্মী হন্থরবগা শোক্নব তায়বদি সূচীমুখ কোব য়েত্তুম্ মচীন্ শাব বেহু শাগদ্রবনি। ঐখোইগী লাশ্মীগী মশিংদি য়েক্নবগী লাশ্মীশিংদগী মশিঙদগী য়াম্ন হন্থেদে। ॥৫॥ অদুনা অর্জ্জুন ! নহাক্না মহর্ষি বৃহস্পতিনা হায়রম্ব বচন অদুগী মতুং ইন্ন সূচীমুখ কোবা বেহু মশা অদু শাউ।" হা অসি তাবদা অর্জ্জুননা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই—য়াম্নুং মহারাজ ! ইন্দ্রমশামক্না শাখিবা "অচল" অমদি "বজ্র" কোবা অমনা থুগাইব ঙমদ্রবা বেহু মশা অদু মহারাজগী

যঃ স বাত ইবোদ্ভূতঃ সমরে দুঃসহঃ পরৈঃ। স নঃ পুরো যোৎস্যতে বৈ ভীমঃ প্রহরতাং বরঃ ॥৮॥
তেজাংসি রিপুসৈন্যানাং মৃদ্নন্ পুরুষসত্তম। অগ্রেঽগ্রণীর্যোৎস্যতি নো যুদ্ধোপায়বিচক্ষণঃ ॥৯॥
যং দৃষ্ট্বা কুরবঃ সর্ব্বে দুর্য্যোধনপুরোগমাঃ। নিবর্ত্তিষ্যন্তি সন্ত্রস্তাঃ সিংহং ক্ষুদ্রমৃগা যথা ॥১০॥
তং সর্ব্বে সংশ্রয়িষ্যামঃ প্রাকারমকুতোভয়াঃ। ভীমং প্রহরতাং শ্রেষ্ঠং দেবরাজমিবামরাঃ ॥১১॥
( যুগ্মকম্ )

নহি সোঽস্তি পুমাল্লোঁকে যঃ সংক্রুদ্ধং বৃকোদরম্। দ্রষ্টুমত্যুগ্রকর্ম্মাণং বিষহেত নরর্ষভম্ ॥১২॥
ভীমসেনো গদাং বিভ্রদ্বজ্রসারময়ীং দৃঢ়াম্। চরন্ বেগেন মহতা সমুদ্রমপি শোষয়েৎ ॥১৩॥
ভীমসেনং তদা রাজন্! দর্শয়স্ব মহাবলম্। কেকয়া ধৃষ্টকেতুশ্চ চেকিতানশ্চ বীর্য্যবান্ ॥১৪॥
এতে গচ্ছন্তু সামাত্যাঃ প্রকর্ষন্তো জনাধিপ!। ধৃতরাষ্ট্রস্য দায়াদানিতি বীভৎসুরব্রবীৎ ॥১৫॥
( যুগ্মকম্ )

ব্রুবাণন্তু তথা পার্থং সর্ব্বসৈন্যানি ভারত!। অপূজয়ংস্তদা বাগ্ভিরনুকূলাভিরাহবে ॥১৬॥
এবমুক্ত্বা মহাবাহুস্তথা চক্রে ধনঞ্জয়ঃ। ব্যূহ্য তানি বলান্যাশু প্রযযৌ ফাল্গুনস্তদা ॥১৭॥
সম্প্রয়াতান্ কুরূন্ দৃষ্ট্বা পাণ্ডবানাং মহাচমূঃ। গঙ্গেব পূর্ণা স্তিমিতা স্পন্দমানা ব্যদৃশ্যত ॥১৮॥

---

পক্ষদা ঐনা শাজগনি ॥৭॥ কল্লবা মুংশিংকী ঈপোম্ম ফুজিল্লকপগুম্বা, য়েকনবনা থাঙঙম্দবা অকন্বগী মমুংদ অথোইবা য়াম্বুং যাইমা ভীমসেননা ঐখোয় খ্বাইগী মাঙদ লৈবিগনি ॥৮॥ নিপা অথোইবা, অকন্বগী লুচিংবা লাল্কম্দ হৈশিংব ভীমসেননা ঐখোয খ্বাইগী মাঙদ লৈদুনা য়েকনবশিংগী মপাঙ্গল মথানা হুম্থহুম্থহন্না শোকনগনি ॥৯॥ নাংশাবু উরগা শক্তী শঙাই মপৈ মপৈনা কিদুনা চেন্নখিবা অদুগুম্ন যাম্বুং ভীমসেনবু উবদা দুর্য্যোধনগী লাম্মী অসি মরাইনা চেন্জখিগনি। লাইযাম্না দেবরাজ ইন্দ্রগী আশ্রয়দা চঙজদুনা লৈবা অদুগুম্না ঐখোয় পুম্বা যাম্বুং ভীমসেনগী আশ্রয়দা লৈগনি ॥১০-১১॥ হৌজিক্কী মতমদা জগত্তা, অকিব ফংনা কন্বা নিপা অথোইবা, শাউরবা যাম্বুং যাইমা, ভীমসেনগী মাঙদা লেপ্পুনা মীং চানদুনা লৈগদবা মীশক অমত্ত লৈতে ॥১২॥ ভীমসেননা বজ্রগা মান্ননা কল্লবা গদা অসি পাযথত্তুনা লৈদুনা চোংশিল্লক্লবদা, সমুদ্রগী ঈশিং ফাওবা থক থক কহনব ঙমবিগনি ॥১৩॥ মহারাজ! মতম অদুদা কল্লবা ভীম অসি কনানো হায়বদু মীশক মুম্ন উবি খঙবিগনি। মহারাজ! কেকযশিং, ধৃষ্টকেতু কল্লবা চেকিতান—মখোয অসিগা অদুগা মাগী মাগী খোঙমী লাম্মী মন্ত্রীশিংগা লোয়ননা, ধার্ত্তরাষ্ট্রশিংগী থম্মোয়বু মিপাইহন্দুনা লাক্কুংবিযু।—অসুম্না অর্জ্জুননা যুধিষ্ঠিরদা হায়খি ॥১৪-১৫॥ ভরতনন্দন! অর্জ্জুননা অসুম্না হায়রক্লবদা পাণ্ডব পক্ষগী লাম্মী পুম্নমক্না লাল্গী বিষযদা নীঙথিজবা ফজব রাহৈনা অর্জ্জুনবু থাগৎখি ॥১৬॥ কল্লবা অর্জ্জুননা অসি হায়রগা বেহু শেম্ব শাব হৌরে। থুনা য়াঙনা ব্যূহ (বেহু) শাব লোইরগা লাল্কম লোম্দা যাত্রা তৌরক্লে ॥১৭॥ মাহুদা কন্নি উবগে হায়ববু—কৌরব লাম্মী মপৈনা লাকপ উবদা, চাউরবা পাণ্ডব লাম্মী মপৈ

ভীমসেনোঽগ্রণীস্তেষাং ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ বীর্য্যবান্। নকুলঃ সহদেবশ্চ ধৃষ্টকেতুশ্চ পার্থিবঃ ॥১৯॥
বিরাটশ্চ ততঃ পশ্চাদ্রাজাথাক্ষৌহিণীবৃতঃ। ভ্রাতৃভিঃ সহ পুত্রৈশ্চ সোঽভ্যরক্ষত পৃষ্ঠতঃ ॥২০॥
( যুগ্মকম্ )

চক্ররক্ষৌ তু ভীমস্য মাদ্রীপুত্রৌ মহাদ্যুতী। দ্রৌপদেয়াঃ সসৌভদ্রাঃ পৃষ্ঠগোপাস্তরস্বিনঃ ॥২১॥
ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ পাঞ্চাল্যাস্তেষাং গোপ্তা মহারথঃ। সহিতঃ পৃতনাশূরৈ রথমুখ্যৈঃ প্রভদ্রকৈঃ ॥২২॥
শিখণ্ডী তু ততঃ পশ্চাদর্জ্জুনেনাভিরক্ষিতঃ। যত্তো ভীষ্মবিনাশায় প্রযযৌ ভরতর্ষভ! ॥২৩॥
পৃষ্ঠতোঽপ্যর্জ্জুনস্যাসীদ্‌যুযুধানো মহাবলঃ। চক্ররক্ষৌ তু পাঞ্চাল্যৌ যুধামন্যূত্তমৌজসৌ ॥২৪॥
রাজা তু মধ্যমানীকে কুন্তীপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ। বৃহদ্ভিঃ কুঞ্জরৈর্মত্তৈশ্চলদ্ভিরচলৈরিব ॥২৫॥
অক্ষৌহিণ্যাথ পাঞ্চাল্যো যজ্ঞসেনো মহামনাঃ। বিরাটমন্বয়াৎ পশ্চাৎ পাণ্ডবার্থং পরাক্রমী ॥২৬॥
তেষামাদিত্যচন্দ্রাভাঃ কনকোত্তমভূষণাঃ। নানাচিহ্নধরা রাজন্। রথেষ্বাসন্ মহাধ্বজাঃ ॥২৭॥
সমুৎসার্য্য ততঃ পশ্চাদ্ধৃষ্টদ্যুম্নো মহারথঃ। ভ্রাতৃভিঃ সহ পুত্রৈশ্চ সোঽভ্যরক্ষদ্‌যুধিষ্ঠিরম্ ॥২৮॥

---

অসি, মবুক্ চোল্লবী থল্লবী গঙ্গাগী ঈচেলগী মতৌগুম্না ওহাক্তুং লেঙদনা লৈরগা, মতুংদা তপ্প তপ্প চঙশিল্লকপ হৌরে ॥১৮॥ মতম্ অদুদা পাণ্ডব লান্মীশিংগী খ্বাইগী মাঙদা ভীমসেননা থাই। অদুগা কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ন, নকুল, সহদেব, নিংথৌ ধৃষ্টকেতু অদুগা অক্ষৌহিণী লান্মী মপৈ অমনা কোয়শিল্লবা বিরাট নিংথৌনা মচাশিং অমদি মনাওশিংগা লোয়ননা, ভীমসেনগী তুংদা মহাক্ পুঙাক শেন্দুনা চৎখি ॥১৯-২০॥ থোইনা তেজ লৈরবা নকুল অমদি সহদেব অদুগা অভিমন্যু লোয়ননা দ্রৌপদীগী মচা মঙা—মখোয় অসিনা কল্লবা ভীমগী রথগী চাকা ঙাকশেনবা মীশক ওইনা চঙিঙ ॥২১॥ পাঞ্চাল নিংথৌগী মচা মহারথী ধৃষ্টদ্যুম্ননা অকন্বগী অথোইবা, রথি অথোইব প্রভদ্রকশিংগা লোয়ননা, ভীমগী তুংদা চৎলিবা মখোয়বু অমুক ঙাকলি ॥২২॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা। আসগী তুংদা, অর্জ্জুননা ঙাক শেল্লিবা শিখণ্ডী অসি ভীষ্ম হাৎকদবগী লাল্‌ফম্ লোমদা যাত্রা তৌরি ॥২৩॥ থোইনা কল্লবা মরীল লৈরবা সাত্যকিসু অর্জ্জুনগী তুং ওইরপ্প চৎলি। পঞ্চাল দেশগী যুধামন্যুগী উত্তমৌজাগা অনীনা সাত্যকিগী রথ ঙাকশেনবা ওইদুনা চৎলি ॥২৪॥ কুন্তীগী মচা, নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা কোয়চৎ চৎলবা, পাকচাউরবা বনগী মতৌগুম্বা চাউরব, ময়ায় কারবা শামুশিংগা লোয়ননা ময়ায় শংবা লান্মী তেঙ্গোল মরক্ত চৎলি ॥২৫॥ অদুগী তুংদা পূক্‌চেল্‌-মতীক্‌-মগুণ চাউর চাউরবা দ্রুপদ নিংথৌনা পাণ্ডবশিংগীদমক্ত লান্মী মপৈ অক্ষৌহিণী অমগা লোয়ননা বিরাট নিংথৌগী মতুংদা চৎলি ॥২৬॥ মহারাজ। মখোয়গী রথ অমমমদা নুমিৎ-থাগী মতৌগুম্ লংশনা, সনানা থাম্নবা, খুদম্-মযেক-মখল মখল য়োক্লবা, রাং চাউরবা ফিরালশিংনা থোইনা নীঙথিজবা লৈতেং মশক ওইখি ॥২৭॥ অদুগী তুংদা থোইথোক্ত কল্লবা মমিং চৎলবা মহারথি ধৃষ্টদ্যুম্ননা মচাশিং মনাওশিংগা লোয়ননা, মীয়াম্‌শিং অদু

ধ্বজীরামাং পরেষাঞ্চ রথেষু বিপুলান্ ধ্বজান্। অভিভূয়ার্জ্জুনস্যৈকো রথে তস্থৌ মহাকপিঃ ॥২৯॥
পাদাতাস্ত্বগ্রতোহগচ্ছন্নসিশক্ত্যৃষ্টিপাণয়ঃ। অনেকশতসাহস্রা ভীমসেনস্য রক্ষিণঃ ॥৩০॥
বারণা দশসাহস্রাঃ প্রভিন্নকরটামুখাঃ। শূরা হেমময়ৈর্জালৈর্দীপ্যমানা ইবাচলাঃ ॥৩১॥
ক্ষরন্ত ইব জীমূতা মদার্দ্রাঃ পদ্মগন্ধিনঃ। রাজানমন্বযুঃ পশ্চাজ্জীমূতা ইব বার্ষিকাঃ ॥৩২॥
( যুগ্মকম্ )
ভীমসেনো গদাং ভীমাং প্রকর্ষন্ পরিঘোপমাম্। প্রচকর্ষ মহাসৈন্যং দুরাধর্ষো মহামনাঃ ॥৩৩॥
তমর্কমিব দুষ্প্রেক্ষ্যং তপন্তমিব পাবকম্। ন শেকু সর্বযোধাস্তে প্রতিবীক্ষিতুমন্তিকে ॥৩৪॥
বজ্রো নামৈষ স ব্যূহো নির্ভয়ঃ সর্বতোমুখঃ। চাপবিদ্যুদ্ধ্বজো ঘোরো গুপ্তো গাণ্ডীবধন্বনা ॥৩৫॥
যং প্রতিব্যূহ্য তিষ্ঠন্তি পাণ্ডবাস্তব বাহিনীম্। অজেয়ো মানুষে লোকে পাণ্ডবৈরভিরক্ষিতঃ ॥৩৬॥
( যুগ্মকম্ )
সন্ধ্যাং তিষ্ঠৎসু সৈন্যেষু সূর্য্যস্যোদয়নং প্রতি। প্রাবৎ সপৃষতো বায়ুর্নিরভ্রে স্তনয়িত্নুমান্ ॥৩৭॥
বিষ্বগ্‌বাতাশ্চ বিববুর্নীচৈঃ শর্করকর্ষিণঃ। রজশ্চোদ্ধূয়ত মহত্তম আচ্ছাদয়জ্জগৎ ॥৩৮॥

---

থাম্ন-থাম্নগনা চণ্ডশিল্লজ্জুনা যুধিষ্ঠিরবু ঙাকশেনবা হৌখি ॥২৮॥ মহারাজ। ম্নোং-অথোইবা হনুমান মথম্ননা মহারাজগী পক্কগী ফিরাল্ পুম্নমকপু নম্হত্তূনা, অর্জ্জুনগী রথগী ফিরাম্নক্ত লৈখি ॥২৯॥ ভীমসেনবু ঙাকশেনবা খোঙমী লাম্মী লখা লখানা থাঙ-তা নুংঙক পাম্নহুনা মাঙথানা চৎলি ॥৩০॥ মপাঙ্গল্ থোইদোক্ল কল্লবা, চীঙমুক্ চাউবা, ময়াই কারবা, থম্বাল মনম নম্নবা শাম্নু লিশিং তরানা, সনাহৎপ ফিজোম্না লৈতেংহনা, চাম্নকংদগী ময়াম কাবগী হুম্যাং মরীক্ মরীক শিন্দহুনা চীঙজুম ততনা তারবা চীঙ অমদি নোংগী মরী মরীবু চুথরিবা লৈচিন্ মতুম্ মতুম্‌গী মতৌঙম্না যুধিষ্ঠিরগী তুংদা ইম্নরি ॥৩১-৩২॥ লাক্ঙম কাঙম্নবা ভীমসেননা মুংঙক্সূম্বা চাউরবা গদা পাম্নহুনা চাউরবা লাম্মী মপৈ অসিবু হোইহুনা চিংহুনা পুরি ॥৩৩॥ মতম্ অদুদা কাঙবু অনী মরী লাম্মী ময়াম্না নুমিৎ অমদি চাক্লগা মৈগী মতৌঙম্না মীৎ চানমা য়েংবা ঙক্কম্নবা ভীমবু হংগৎমা য়েংবা ঙম্নখিদে ॥৩৪॥ মহারাজ। মহারাজগী পক্কগী বিরুদ্ধদা পাণ্ডবশিংনা শাম্নিবা ব্যূহ (বেহু) অসিগী মমিংদি "বজ্রব্যূহ" কৌই। অর্জ্জুননা মাসিবু ঙাক্‌শেন্দুনা পুরি। অদুনা মথোয়মা কনাগীসু অকিবা নীঙতাইবা লৈখিদে। ব্যূহ অসিগী মমাম্নদি মাম্নকৈ পূম্বা ঙম্নি। বেহু অসিগী ফিম্নান্দি নোংথাংগী মতৌঙম্ লংলবা লীক্লং অম য়েক্হই। পাণ্ডবনা ঙাকলিবা বজ্র কৌবা বেহু অসি তাইবং মীনা পাক চঙবা ঙম্ন নত্তে ॥৩৫—৩৬॥ নুমিৎনা থোরকপা মতম্দা, লাম্মীশিংনা সন্ধ্যা তৌবা হৌরক্পদা মতম্দা, নোংমদোম্নক্তা নোং ঙীমং মঙন্দা নোং থোরখি, লীক্লা মরীক মরীকা লোম্ননা নুংশিৎ শীৎখি ॥৩৭॥ নুংশিৎনা লৈমাম্ন থক্কী লৈচেংং মুংকুপ পুখৎলক্কূনা মাম্নকৈ মরীমক্ত কম্ন শীংপ হৌখি। উমুম্না নোংমদোম কুপখি, মাম্নকৈ

পপাত মহতী চোল্কা প্রাঙ্মুখী ভরতর্ষভ ।। উত্থিতং সূর্য্যমাহত্য ব্যশীর্য্যত মহাস্বনা ॥৩৯॥
অথ সংনহ্যমানেষু সৈন্যেষু ভরতর্ষভ ।। নিষ্প্রভোঽভ্যুদ্যযৌ সূর্য্যঃ সঘোষং ভূশ্চচাল চ ॥৪০॥
ব্যশীর্য্যত সনাদা চ ভূস্তদা ভরতর্ষভ ।। নির্ঘাতা বহবো রাজন্ দিক্ষু সর্ব্বাসু চাভবন্ ।
প্রাদুরাসীদ্রজস্তীব্রং ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন ॥৪১॥
ধ্বজানাং ধূয়মানানাং সহসা মাতরিশ্বনা । কিঙ্কিণীজালবদ্ধানাং কাঞ্চনস্রগ্বরাম্বরৈঃ ॥৪২॥
মহতাং সপতাকানামাদিত্যসমতেজসাম্ । সর্ব্বং ঝণঝণীভূতমাসীত্তালবনেষ্বিব ॥৪৩॥

( যুগ্মকম্ )

এবং তে পুরুষব্যাঘ্রা. পাণ্ডবা যুদ্ধনন্দিনঃ । ব্যবস্থিতাঃ প্রতিব্যূহ্য তব পুত্রস্য বাহিনীম্ ॥৪৪॥
গ্রসন্ত ইব মজ্জানো যোধানাং ভরতর্ষভ । । দৃষ্ট্বাগ্রতো ভীমসেনং গদাপাণিমবস্থিতম্ ॥৪৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবতদ্গীতাপর্বণি পাণ্ডবসৈন্যব্যূহবর্ণনে ঊনবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

পুম্বা পুন্সুম মমখি ॥৩৮॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ। নোংপাক্ মায়কৈ ওল্ল চাউশালবা শঙাইশেল্ ময়াম পাই, মখোয় অহুন। থোরক্লিবা সুমিৎকী মকোয়দা থেংগাইরম্লগা মচেৎ মচেৎ থোক্ল তাখি ॥৩৯॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ। লাম্মীশিং অসিন লালগীদমক্ শেম্শাবক্লবদা, সুমিৎ অসি মমায় মকৃশিন্খি, অথাক্ অরাউ তাবগী খোঞ্জেলগ লোযননা যুহা হাখি ॥৪০॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ। মখোলশিং অসিনা পৃথ্বী লৈমায অসি চিংখাইরবা মতম্দ', অথাক্ অরাউ তাবগী খোঞ্জেল্ তত্তনা তাখি। উফুম্না নোংমদোন কুপখি, অমগমগা মীশক মিশা কয়িমত উনখিদে ॥৪১॥ পক্ক অনীমকী কিয়ালগী খিবান্দা যাল্লিবা খাংশারিকী পরেং সনয়ীক পয়েং, অতুগা কজকজয়বা কিশিং অহুনা ময়বা অহুদা সুমিৎকী মতোঙুম্না হেক হেক ঙাল্লকই। অহুদগী অমুক, খঙাহোদনা সুংশিৎ ইপোম অম লাক্কুনা কিয়ালশিং অহু থক থক নীকহন্খি। মতম অহুদা কোনা পাম্বীগী বনদা শর-শর লাউনা মখোল থোকপ অহুগুম্না, শর-শর লাউবা মখোল্লনা পূম্নিন নিনখি ॥৪২-৪৩॥ নিপা অথোইবা, লান্দা ময়াই কারবা, পাণ্ডবশিংনা. মহারাজগী নচাশিংগী বিকদ্ধনা মতো অম্সুম্না বেহু শাহুনা, শেম্-শাহুনা ঙাঈহুনা লৈরে ॥৪৪॥ মহারাজ! ভীমনা মাঙদা গদা পায়হুন লৈবহু উবদা, কৌরব লাম্মীশিংগী লুতোং পুম্বা হীকথহুনা তাখিবহু মঙায় ॥৪৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্ম পর্ব্বদা ভগবতদ্গীতাপর্ব্বগী মনুংদা "পাণ্ডবসৈন্য ব্যূহনির্ম্মাণ"গী তরামাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ॥৯॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## বিংশোঽধ্যায়ঃ

### কুন্‌শুবা অধ্যায

( লাম্মীশিংগী বর্ণন তৌবা মতাং )

—— ( ০: ) ——

**ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।**

সূর্য্যোদয়ে সঞ্জয় । কে নু পূর্বং যুযুৎসবো হৃষ্যমাণা ইবাসন্ ।
মামকা বা ভীষ্মনেত্রা সমীপে পাণ্ডবা বা ভীমনেত্রাস্তদানীম ॥১॥
কেষাং জঘন্যৌ সোমসূর্য্যৌ সবায়ু কেষাং সেনাং শ্বাপদাশ্চাভষন্ত ।
কেষাং যূনাং মুখবর্ণা প্রসন্নাঃ সর্বং হ্যেতদ্‌ব্রূহি তত্ত্ব যথাবৎ ॥২॥

**সঞ্জয় উবাচ।**

উভে সেনে তুল্যমিবোপযাতে উভে ব্যূহে হৃষ্টরূপে নরেন্দ্র !
উভে চিত্রে বনরাজিপ্রকাশে তথৈবোভে নাগরথাশ্বপূর্ণে ॥৩॥
উভে সেনে ভীমরূপে মহত্যৌ তথৈবোভে ভারত ! দুর্বিষহ্যে ।
তথৈবোভে স্বর্গজয়ায় সৃষ্টে তথৈবোভে সৎপুরুষোপজুষ্টে ॥৪॥
পশ্চান্মুখাঃ কুরবো ধার্ত্তরাষ্ট্রাঃ স্থিতাঃ পার্থাঃ প্রাঙ্মুখা যোৎস্যমানাঃ ।

---

**ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ**—সঞ্জয় । নোংঙাল্লবদা, সুমিৎ হুন্দোরক্লবদা, ঈহান্ হান্‌বদা কনা শোক্লবসি য়ায় হেন্ন পাম্‌খিবগে ? ভীষ্মনা পুন্নিবা ঐগী ঈচাশিংনায়া, নত্রগা ভীমনা পুন্নিবা পাণ্ডবশিংনয়া ? ॥১॥ সুমিৎ থানচিংবা গ্রহ-উপগ্রহশিংনা অত্তুগা নু শিংনা করম্ব পক্ষগী অমাণ্ডবগী খুদম্ ওইনা থোকখি-হুম্‌খিবগে ? শাহিংচাব শা-উচেকশিংনা খোংঙি হায়বিবসিবু কনাগী মায়কৈদা ওন্‌শিন্দুনা খোংলিবগে ? করম্ব মায়কৈগী লাম্মী পাখংশিংগী মায়থোং লাংশিন্‌খিবগে ? পূম্নমক্ক অসি চুম্ন হায়য়ু ॥২॥ **সঞ্জয়না হায ঃ**—মহারাজ । মাযকৈ অনীমক্কী লাম্মী পুম্বা মশক্ মচু চপ ঈমান্ মান্নবগুম্ তৌই । বেহ্ণ মনুংদা লৈনবা লাম্মী পুম্বা লোইনা মথরাই হুযাউরম্মি । পরেং পরেং লেপ্নবা লাম্মী খুপ্প্ অনীমক্ শগোল্, শামু রথ খোঙমী লাম্মীনা পীক-পীক থন্নে ॥৩॥ ভরতশাগেগী অথোইবা । লাম্মী খুপ্প্ অনীমক অকিবগী মশক্ কৌনা পাক্‌চাওই । অনীমক্ অমনা পাব্-হেক্ চঙব ঙম্মোইদবা মওংদা লৈ । বিধাতানা স্বর্গ কাননবগী দমক্ত, লাম্মী খুপ্প্ অনীসিবু শেম্‌খিবগুম্ উই । লাম্মী খুপ্প্ অনীমক্ক মতীক মগুণ চাউরবা, হৌনবা খঙবা অচৌ-অচৌবা মীশক্ কয়া য়াওনরি ॥৪॥ কৌরব লাম্মীশিংনা নোংপোক্‌লোম্‌দা লৈহনা মমায়

দৈত্যেন্দ্রসেনেব চ কৌরবাণাং দেবেন্দ্রসেনেব চ পাণ্ডবানাম্ ॥৫॥
শীতো বায়ুঃ পৃষ্ঠতঃ পাণ্ডবানাং ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ শ্বাপদা ব্যাহরন্ত।
গজেন্দ্রাণাং মদগন্ধাংশ্চ তীব্রান্ ন সেহিরে তব পুত্রস্য নাগাঃ ॥৬॥
দুর্য্যোধনো হস্তিনং পদ্মবর্ণং সুবর্ণকক্ষং জালবন্তং প্রভিন্নম্।
সমাস্থিতো মধ্যগতঃ কুরূণাং সংস্তূয়মানো বন্দিভির্মাগধৈশ্চ ॥৭॥
চন্দ্রপ্রভং শ্বেতমস্যাতপত্রং সৌবর্ণী স্রগ্ভ্রাজতে চোত্তমাঙ্গে।
তং সর্বতঃ শকুনিঃ পার্ব্বতীয়ৈঃ সার্দ্ধং গান্ধারৈর্যাতি গান্ধাররাজঃ ॥৮॥
ভীষ্মোঽগ্রতঃ সর্বসৈন্যস্য বৃদ্ধঃ শ্বেতচ্ছত্রঃ শ্বেতধনুঃ সশঙ্খঃ।
শ্বেতোষ্ণীষঃ পাণ্ডুরেণ ধ্বজেন শ্বেতৈরশ্বৈঃ শ্বেতশৈলপ্রকাশঃ ॥৯॥
তস্য সৈন্যে ধার্ত্তরাষ্ট্রাশ্চ সর্বে বাহ্লীকানামেকদেশঃ শলশ্চ।
যে চাম্বষ্ঠাঃ ক্ষত্রিয়া যে চ সিন্ধোস্তথা সৌবীরা পঞ্চনদাশ্চ শূরাঃ ॥১০॥
শোণৈর্হয়ৈ রুক্মরথো মহাত্মা দ্রোণো ধনুষ্পাণিরদীনসত্ত্বঃ।

---

নোংচুপ ওল্লি। পাণ্ডবকী লান্মীশিংনা নোংচুপ লাম্‌দা লৈহুনা মমায় নোংপোক ওল্লি। মতম্ অদুদা কৌরব লান্মী তেঙ্গোন্না দৈত্যদানবকী লান্মী মপেণ্ডম্ অত্তগা পাণ্ডবশিংগী লান্মী তেঙ্গাল মপেনা লাইশিংগী লান্মী মপেণ্ডম্ উখি ॥৫॥ পাণ্ডবশিংগী লান্মীগীদি তুংওইরম্লা অঙীংবা নুংশিং শীংলি। কৌরব লান্মীশিংগীদি মখোযরোম্‌দা লমহুইনচিংবা শাতি চাবা জীবনা লাক্ল লাক্ল খোংজিল্লি। মহারাজগী লান্মীশিংগী শামু পুন্নমক্লা পাণ্ডব পক্কগী শামু মযাম্‌গী মযাইকাবগী শিন্থরকপা হুমাংগী মনম্ অদুবু খাঙহুনা তপখনা লৈব ঙম্‌খিদে ॥৬॥ দুর্য্যোধননা থম্বাল্ মচু মানবা সনাগী লৈতেং থম্ন হাপ্লবা সনা হৎপক্কিনা কূপ্লবা মচুম্ তারবা শাম্ন অমগী মথক্ক তোংখত্তুনা কৌরব লান্মী মরক্ক কোযচৎ চৎলম্মি। মতম্ অদুদা নিংথৌগী নোশিলৈথোনগী শৈরেংবা অশৈবশিংনা মাগী মাগী যম্নগা লোয়না দুর্য্যোধন নিংথৌগী মতীক মগুণ শকখি লৈশি লৈথোনখি ॥৭॥ দুর্য্যোধনগী মকোকথক্ক থাগী মঙানগী মতৌণ্ডম্না ঙোরবা ছত্র অমগা অদুগা সনরীক পরেং অমগনা থাইনা নীঙখিজরম্মি। গন্ধারগী নিংথৌ শকুনিনা মহাকী চাওগী লান্মী-শিংগা লোয়ননা দুর্য্যোধনবু ঙাক্‌শেন্দুনা চৎলি ॥৮॥ পে অঙৌব লীকং অঙৌবা, অঙৌব লুহুপ অমদি লংলবা ঙোরবা থাঙ অসি পুন্নমক্লা লৈতেং ওইহুনা অঙৌব শগোল্ অঙৌবা ফিরাল্ন লৈতেংলবা অঙৌবা রথ অমগী মথক্কা তোংহুনা কুরু শাগেগী অহল্ ওইরবা ভীষ্মনা লান্মী খুাইগী মাঙ থানা চৎলম্মি ॥৯॥ মহাকী লান্মী মরক্ক মহারাজগী নচাঙ্গীবুঙোশিং পুন্নমক, বাহ্লীক-লান্মীগী খর, শালরাজ অমদি অবষ্ঠ, সৌবীর, সিন্ধু অদুগা পঞ্চনদ ( পঞ্জাব )গী অকনবা ক্ষত্রিয় লান্মী পুন্নমক য়াওরম্মি ॥১০॥

ক্ষত্রিয় নিংথৌ মচাপুন্নমকী গুরু ওইরবা, অকন্‌বনি হায়না জগতত্ত শাওরবা, খোইনা খাজনীঙতাই ওইরবা, মিথোইমিহেনবা হোৎন কল্লবা, মহাত্মা ওইরবা দ্রোণাচার্য্যনা ঈগী মতৌণ্ডম্না

আপ্তো গুরুঃ প্রথিতঃ সর্বরাজ্ঞাং পশ্চাচ্চমূমিন্দ্র ইবাভিযাতি ॥১১॥
বার্দ্ধক্ষত্রিঃ সর্বসৈন্যস্য মধ্যে ভূরিশ্রবাঃ পুরুমিত্রো জয়শ্চ।
শাল্বা মৎস্যাঃ কেকয়াশ্চাপি সর্বে গজানীকৈর্ভ্রাতরো যোৎস্যমানাঃ ॥১২॥
শারদ্বতশ্চোত্তরধূর্মহাত্মা মহেষ্বাসো গৌতমশ্চিত্রযোধী।
শকৈঃ কিরাতৈর্যবনৈঃ পহ্লবৈশ্চ সার্দ্ধং চমূমুত্তরতোঽভিযাতি ॥১৩॥
মহারথৈর্বৃষ্ণিভোজৈঃ সুগুপ্তং সুরাষ্ট্রকৈর্বিদিতৈরাত্তশস্ত্রৈঃ।
বৃহদ্বলং কৃতবর্মাভিগুপ্তং বলং ত্বদীয়ং দক্ষিণেনাভিযাতি ॥১৪॥
সংশপ্তকানামযুতং রথানাং মৃত্যুর্জয়ো বার্জ্জুনস্যেতি সৃষ্টাঃ।
যেনার্জ্জুনস্তেন রাজন্! কৃতাস্ত্রাঃ প্রযাতারস্তে ত্রিগর্ত্তাশ্চ শূরাঃ ॥১৫॥

সাগ্রং শতসহস্রন্তু নাগানাং তব ভারত! । নাগে নাগে রথশতং শতমশ্বা রথে রথে ॥১৬॥
অশ্বেঽশ্বে দশ ধানুষ্কা ধানুষ্কে শতচর্ম্মিণঃ। এবং ব্যূঢান্যনীকানি ভীষ্মেণ তব ভারত! ॥১৭॥
(যুগ্মকম্)

সংব্যূহ্য মানুষং ব্যূহং দৈবং গান্ধর্বমাসুরম্। দিবসে দিবসে প্রাপ্তে ভীষ্মঃ শান্তনবোঽগ্রণী ॥১৮॥

---

ঙাঙলবা শগোল্মা চিংবা, সনা হুৎলবা রথ অমদা তোংতুনা ইন্দ্রগী মতোঙ্গুম্ কৌরবলাম্মীগী তুংদা চৎলম্মি ॥১১॥ বার্দ্ধক্ষত্রি, ভূরিশ্রবা, পুরুমিত্র, জয, শাল্বা, মৎস্য অমদি কেকযদেশগী অকন্‌বশিং, দুর্য্যোধনগী মনাওশিং খর মখোয় অসি লাল্ শোক্লকরগনি হায়দুনা লাম্মীপুম্নমক্কী মরক্ত চৎলি ॥১২॥ অচৌব লীকং পায়রবা লালোং হৈরবা, গৌতমবংশগী মহাত্মা ওইরবা কৃপাচার্য্যনা অচৌবা মখৌ পুন্থনা শক, কিরাত, যবন, পহ্লবগী লাম্মী পুম্নমক্কা লোযনন, কৌরব লাম্মী মপৈগী ওযরোম্‌দা চৎলি ॥১৩॥ মহারথী ওইরবা, অকনবনি হাযনা কাওরবা, অত্থগা মথুক্ত খুৎলায পায়রবা বৃষ্ণি শাগৈগী লাম্মী, ভোজগী লাম্মী, অমদি সুরাষ্ট্রগী লাম্মীশিংনা চ্যেক্‌শিন্ন ঙাক্লিবা, ভীষ্মনচিংবনস্থ মহাকপু মাযকৈ পুম্বদা চ্যেকশিন্না ঙাকলিবা, অদুগুম্বা কৃতবর্ম্মানা মহাক্কী কল্লবা লাম্মীথিবিক্কা লোয়ননা কৌরব লাম্মী মপৈগী য়েৎলোম্‌দা চৎলি ॥১৪॥ মহারাজ! "ঙম্নগা অর্জ্জুনবু হাৎকনি, নত্রগা ঐখোযবু হাৎহন্‌খিগনি" অস্থম হাযনা রাশরুবা সংসপ্তক কৌবা লাম্মী লিশিং তরানা অত্থগা খুৎলায়দা হৈশিংলবা ত্রিগর্ত্তগী লাম্মীশিংনা অর্জ্জুন লৈবা মযকৈ অদোম্‌দা চঙশিল্লি ॥১৫॥ ভরতশাগৈগী অথোক্টবা! মহারাজগী পক্ষদা অতোংবা লাম্মী যাওবা শাম্নু লাখ অমনি, শামু অমমম্‌দা রথ চাম-চাম, রথ অমমম্‌গী নাক্ত শগোল্তোংবা লাম্মী চাম-চাম, শগোল্তোংবা লাম্মী অমমম্‌গী নাক্ত লীকুং পাযবা মী তরা-তরা, লীকুং পায়বশিং অসিগী অমমম্‌দা চুঙ্গোই থাঙ পাযবা খোঙমী চাম-চাম অস্থম্না ভীষ্মনা মাগী লাম্মী মপৈবু শেম্‌শাহুনা পুবি ॥১৬—১৭॥ নুমিৎ খুদিংগী অযুক্ত, লাইগী, গন্ধর্ব্বগী, হিংচাবা অমদি মীগী ব্যেহুমশাগী মপুংদা তোঙাম্না অমমম্ শাহুনা শান্তনুগী মচা ভীষ্মনা লাম্মী খ্বাইদী মাঙথানা

মহারথৌঘবিপুলঃ সমুদ্র ইব ঘোষবান্। ভীষ্মেণ ধার্ত্তরাষ্ট্রাণাং ব্যূহঃ প্রত্যঙ্মুখো যুধি ॥১৯॥

অনন্তরূপা ধ্বজিনী নরেন্দ্র! ভীমা ত্বদীয়া ন তু পাণ্ডবানাম্।

তাং ত্বেব মন্যে বৃহতীং দুষ্প্রধর্ষাং যস্যা নেতা কেশবশ্চার্জ্জুনশ্চ ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্বণি

ভগবদ্গীতাপর্বণি সৈন্যবর্ণনে বিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

হেক্ হেক্ লৈ ॥১৮॥ ভীষ্মনা লালগী মতম্দা বেহুবু মমায় নোংচুপ্‌ ওন্না হেক্ হেক্ শাই। বেহু অমমম্গী মনুংদা মশীঙলাবৃঙম্দবা লান্মী লৈ। * মখোয় পুখ্বগী ইনিন্না সমুদ্রগী ঈরাও খোল্ঙুম্ নিন্‌খি ॥১০॥ মহারাজ। মহারাজগী লান্মী তেঙ্গোন্না অকিবগী মশক্ কংবা অমদি য়াম্ব অদুঙুন্না পাণ্ডবশিংগী লান্মী তেঙ্গোন্নদি ওইদে হায়ববু মহাক্কী লুচিংবদি কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীনা ওইবনা মহারাজগী পক্কদগী পাণ্ডবকী পক্কনা কন্‌বা অমদি লাকৃঙম্ কাঙম্দবা হেন্‌মাল্লে হায়না ঐনা খল্লি ॥২০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্ম পর্ব্বদা ভগবদ্গীতাপর্ব্বগী মনুংদা "সৈন্যবর্ণন"গী কুন্‌শুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

---

* টীকা :—করিগুম্বা শা-উচেক্ নত্রগা পোৎ অমগী মওং মান্না শান্নীতনা মচাক ওইনা লেপ্তুনা লৈবা ফিরেপ্‌ অহুবুনি ব্যূহ (বেহু) হায়রিবসি। চক্র (চাকা) গী মওং মান্না লৈরগা চক্রবেহু, বজ্রগী মওং মাল্লগা বজ্রবেহু হায়বতনি।

# শ্রীমহাভারতম্

## একবিংশোঽধ্যায়ঃ

### কুন্‌মাথোইশুবা অধ্যায

( যুধিষ্ঠিরগা অর্জ্জুনগা লানক্মদা ওাংনব )

—:○:—

সঞ্জয় উবাচ।

বৃহতীং ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য সেনাং দৃষ্ট্বা সমুদ্যতাম্। বিষাদমগমদ্রাজা কুন্তীপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ॥১।
ব্যূহং ভীষ্মেণ চাভেদ্যং কল্পিতং প্রেক্ষ্য পাণ্ডবঃ। অভেদ্যমিব সংপ্রেক্ষ্য বিবর্ণোঽর্জ্জুনমব্রবীৎ ॥২॥
ধনঞ্জয়। কথং শক্যমস্মাভির্যোদ্ধুমাহবে। ধার্ত্তরাষ্ট্রৈর্মহাবাহো। যেষাং যোদ্ধা পিতামহঃ ॥৩॥
অক্ষোভ্যোঽয়মভেদ্যশ্চ ভীষ্মেণামিত্রকর্ষিণা। কল্পিতঃ শাস্ত্রদৃষ্টেন বিধিনা ভূরিবর্চ্চসা ॥৪॥
তে বয়ং সংশয়ং প্রাপ্তাঃ সসৈন্যাঃ শত্রুকর্ষণ। কথমস্মান্মহাব্যূহাদুত্থানং নো ভবিষ্যতি ॥৫॥
অথার্জ্জুনোঽব্রবীৎ পার্থং যুধিষ্ঠিরমমিত্রহা। বিষণ্ণমেব সংপ্রেক্ষ্য তব রাজন্নীকিনীম্ ॥৬॥
প্রজ্ঞয়াভ্যধিকান্ শূরান্ গুণযুক্তান্ বহূনপি। জয়ন্ত্যল্পতরা যেন তন্নিবোধ বিশাংপতে। ॥৭॥
তত্র তে কারণং রাজন্। প্রবক্ষ্যাম্যনসূয়বে। নারদস্তমৃষির্বেদ ভীষ্মদ্রোণৌ চ পাণ্ডব। ॥৮॥
এতমেবার্থমাশ্রিত্য যুদ্ধে দেবাসুরেঽব্রবীৎ। পিতামহঃ কিল পুরা মহেন্দ্রাদীন দিবৌকসঃ ॥৯॥

---

**সঞ্জয়না হায়ঃ**—কুন্তীগী মচা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা দুর্য্যোধনগী পাকচাউরবা লান্মী তেঙ্গোলবু উবদা মায়থোং লাংশিন্‌খি ॥১॥ ভীষ্মনা শারিবা, অমনা পাক্ হেক্ চওবা ওম্‌ত্রবা বেহু অদু উবদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা, মাযথোং লাংশিন্না অর্জ্জুনদা অসুম্না হায়রকই ॥২॥ অকন্‌বা, অর্জ্জুন। ভীষ্মনা লুচিংবা ওইহ্নুনা চওলাক্লবা, ধৃতরাষ্ট্র মচাশিংগা ঐখোযগা করম্ থেংনগদগে? ॥৩॥ তেজ কল্লবা য়েন্নবা পুম্বা হাৎওম্বা ভীষ্মনা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা মী অমনা চওবা ওশ্মোই-দৌবা বেহু অম শারে ॥৪॥ য়েক্লবওম্ব অর্জ্জুন। লান্মীশিং মযাম্‌গা লোয়ননা হৌজিক্তি ঐখোয পুম্ব ওম্না মিপাইরে, চিংনরেদে। অদুনা করম্ তৌরগা চাউরবা বেহু অসিদগী লাল্থোক্কদগে? ॥৫॥ মহারাজ! কুন্তীগী মচা যুধিষ্ঠির অসি মহারাজগী লান্মী তেঙ্গোল্ মশাবু উবদা থোই-দোক্ল মায়থোং লাংশিন্‌খ্রে। মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা ময়াম্ব যুধিষ্ঠিরদা হায়খি ॥৬॥ য়াম্মুং মহারাজ! লান্মী মশীঙদা, বুদ্ধিদা, কন্‌বদা, গুণদা য়েন্নবশিংনা হেন্‌গ্রবস্থ মশীং য়াম্‌দবনস্থ মখোয়বু লায়না জয় তৌবা ওশ্মি। মাহুগী মরম্ অহু তাবিয়ু, হঙ্গচগে ॥৭॥ পাণ্ডুনন্দন, য়াম্মুং মহারাজ! য়াম্মুংদি করিগুম্বদা কনাগী দোষম্ব পুথোক্‌পিথিক্রি। অদুনা, মহারাজগী মফম্দা মরম্ অসি হঙ্গচগদৌরিবনি। দেবর্ষি নারদ, ভীষ্ম, দ্রোণ অদুম্ অসিমা মাসিগী মরম্ অমদি উপায় খঙ্গি ॥৮॥ মমাঙৈদা, লাইহিংচাবগী লান্দা বিবয় অসিদা ব্রহ্মানা ইন্দ্রনচিংব লাইখিবিক্ত হায়খি ॥৯॥

ন তথা বলবীর্য্যাভ্যাং জয়ন্তি বিজিগীষবঃ। যথা সত্যানৃশংস্যাভ্যাং ধর্ম্মেণৈবোদ্যমেন চ ॥১০॥
ত্যক্ত্বা সর্ব্বমধর্ম্মঞ্চ লোভঞ্চোদ্যমমাস্থিতাঃ। যুধ্যধ্বমনহঙ্কারা যতো ধর্ম্মস্ততো জয়ঃ ॥১১॥
এবং রাজন্। বিজানীহি ধ্রুবোঽস্মাকং রণে জয়ঃ। যথা তু নারদঃ প্রাহ যতঃ কৃষ্ণস্ততো জয়ঃ ॥১২॥
গুণভূতো জয়. কৃষ্ণে পৃষ্ঠতোঽভ্যেতি মাধবম্। তদ্‌যথা বিজয়শ্চাস্য সন্নতিশ্চাপরো গুণঃ ॥১৩॥
অনন্ততেজা গোবিন্দঃ শত্রুপূগেষু নির্ব্যথঃ। পুরুষঃ সনাতনো যেষ যতঃ কৃষ্ণস্ততো জয়ঃ ॥১৪॥
পুরা হ্যেষ হরির্ভূত্বা বিকুণ্ঠোঽকুণ্ঠসায়কঃ। সুরাসুরানবস্ফূর্জন্নব্রবীৎ কে জয়ন্বিতি ॥১৫॥
অনু কৃষ্ণং জয়েমেতি যৈরুক্তং, তত্র তৈর্জিতম্। তৎপ্রসাদাদ্ধি ত্রৈলোক্যং প্রাপ্তং শক্রাদিভিঃ সুরৈঃ ॥১৬॥
তস্য তে ন ব্যথাং কাঞ্চিদিহ পশ্যামি ভারত। যস্য তে জয়মাশাস্তে বিশ্বভুক্ ত্রিদিবেশ্বরঃ ॥১৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্‌গীতাপর্ব্বণি যুধিষ্ঠিরার্জ্জুনসংবাদে একবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

জয় ওইনিংবশিংনা অচুম্বনা, থোজাম্না, ধর্ম্মনা অমদি হোৎনবনা লায়না ভম্ব। অহুপ পাঙ্গম্না, থৌনানা য়েক্ৰবশিংবু ভম্‌দে ॥১০॥ মরম্ অদুনা মহারাজনা নাপল্-চাউথোকপা পুম্বা থাদোক্তুনা অধর্ম্ম অমদি অপাম্ব-মিহৌবা থাদোক্তুনা, নিপাথোক্ৰ লাম্থেংনবিয়ু। মতম্ অদুদা ধর্ম্ম লৈব মায়কৈনা জয় ওই হায়বসি শোয়দনা উবিগনি ॥১১॥ মহারাজ নিংথৌ! মাসিমস্তু শোয়দনা খঙদুনা থাজদুনা লৈবিযু, লাল্ অসে ঐখোয়না শোযদনা ভম্‌গনি ॥১২॥ জয় হায়বসে বাসুদেব কৃষ্ণগী মখা পোনবনি। অদুনা জয় হাযবসিমক্তবু কৃষ্ণগী মতুং কোয়ইন ইমদুনা চৎলিবনি। অদুনা জয় ওইব হায়বসিমক্‌া কৃষ্ণগী মগুণ অম ওইনা লৈবা অদুগুম্না গুকজ্ঞনগী মকম্‌দা নোম্লকপা হায়বসিসু কৃষ্ণগী অতোপ্প গুণ অমনি ॥১৩॥ ভম্‌খৈ লৈত্রবা তেজনা মাগী ওইরবা কৃষ্ণ হায়বসে য়েক্ৰবনা অদুক্কী মতীক য়াম্‌খৎলক্লগা অদুপকী মতীক কিদবনি নীভায়দনি। মহাক অসি কুইরবা, সৃষ্টিগী মতম্‌দগী লেঙদন হোংদনা লাক্লবা মহাপুরুষ অমনি। অদুনা, কৃষ্ণনা লৈবা মায়কৈনা জয় ওইব হায়বসি শোযদবনি ॥১৪॥ মমাঙৈদা লাইহিংচাবশিংগী লান্দা মহাক অসিনা মপাম্নাইত্রবা-হস্তত্রবা তেজ পুদুনা. অমাঙ অতা লৈত্রবা হরি হায়বা অহু ওইদুনা, বজ্রগী খোঞ্জেম্না লাইহিংচাবশিংদা অম্ম্না হায়খি:—"নখোয়গী মরক্ত কনানা জয় ওইনিংবগে হায়" ॥১৫॥ মতম্ অদুদা—"নঙোন্দা আশ্রয় লৌদুনা ঐখোয জয ওইজনিংঙি" অম্ম্না হাযখিবা লাইশিংনা জয ওইখি। অসিগুম্বা হরিগী থৌজান্দগী ইন্দ্রনচিংবা দেবতা খিবিক্‌না মরোল্ অহুম্ মখোয়গী রাজ্য ওইন কংখি ॥১৬॥ মরম্ অদুদা ভরতনন্দন! পূম্নমকপু খোম্‌জিন্‌বা মরোল অহুম্‌গী মপু ওইবা কৃষ্ণ অসিনা জয ওইনিংলিবা মহারাজগীদি লাল অসিদা চিংনকম্-রাকম্ করিমত-উজদে ॥১৭॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভগবদ্‌গীতা পর্ব্বগী মনুংদা "যুধিষ্ঠিরার্জ্জুন সংবাদ"গী কুম্মাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বাবিংশোহধ্যায়ঃ

### কুন্নিথোইশুবা অধ্যায়

(কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা ওাঙ্নবা)

——:•:——

সঞ্জয় উবাচ

ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা স্বাং সেনাং সমচোদয়ৎ। প্রতিব্যূহন্ননীকানি ভীষ্মস্য ভরতর্ষভ! ॥১॥
যথোদ্দিষ্টান্যনীকানি প্রত্যব্যূহন্ত পাণ্ডবাঃ। স্বর্গং পরমমিচ্ছন্তঃ সুযুদ্ধেন কুরূদ্বহাঃ ॥২॥
মধ্যে শিখণ্ডিনোহনীকং রক্ষিতং সব্যসাচিনা। ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চরন্নগ্রে ভীমসেনেন পালিত. ॥৩॥
অনীকং দক্ষিণং রাজন্! যুযুধানেন পালিতম্। শ্রীমতা সাত্বতাগ্র্যেণ শক্রেণেব ধনুষ্মতা ॥৪॥
মহেন্দ্রযানপ্রতিমং রথন্তু সোপস্করং হাটকরত্নচিত্রম্।
যুধিষ্ঠিব কাঞ্চনভাণ্ডযোক্ত্রং সমাস্থিতো নাগবলস্য মধ্যে ॥৫॥
সমুচ্ছ্রিতং দন্তশলাকমস্য সুপাণ্ডুরং ছত্রমতীব ভাতি।
প্রদক্ষিণঞ্চৈনমুপাচরন্ত মহর্ষয় সংস্তুতিভির্নরেন্দ্রম্ ॥৬॥
পুরোহিতাঃ শত্রুবধ, বদন্তো ব্রহ্মর্ষিসিদ্ধাঃ শ্রুতবন্ত এনম।

---

**সঞ্জয়না হায ঃ**— ভরতশাগৈগী অথোইবা! অসিগী তুংদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা ভীষ্মনা শারিবা বেহু অসিগী মথক্ত মাসিবু ওয় বেহু অম শাগনি হায়রুনা, মহাক্তী লাম্মী পুন্নমকপু থাত্রে ॥১॥ অদুগী তুংদা কৌরব অথোইবা পাণ্ডবশিংনা ধর্ম্মযুদ্ধদা স্বর্গ কংলগে হায়না খন্দুনা হৌজিক হায়গ্রিবা মওং অদুদা বেহু শেম্শাহুনা লৈরে ॥২॥ বেহু অদুগী ময়ায়মক্তদা অর্জ্জুননা শিখণ্ডীবু থম্খি। ধৃষ্টদ্যুম্ননা মাগী মাওদা কোয়চৎ চত্নুনা লৈ। ভীমসেননা ধৃষ্টদ্যুম্নবু অমুক শেম্নরি ॥৩॥ মহারাজ! অকন্বগী লক্ষণ পুন্নমক্লা লৈতেংলবা, সাত্বতবংশগী অথোইবা, অতগা ইন্দ্রগী মতৌওম কম্ঠৌরবা সাত্যকিনা পাণ্ডবলাম্মীশিংগী মথাথংবা মায়কৈ ওাকশেন্দুনা লৈ ॥৪॥ যুধিষ্ঠিরনা শামু মরক্ত লৈহুনা ইন্দ্রগী রথগী মতৌওম্লবা, সনালুপামণিমুক্তানা থাম্লবা রথ অমদা তোংখৎলে। রথ অদুগী মপুংদা লালগী চত্তগদবা মচাক পুম্বা অমদি সনাতনা শাবা পাত্র, মথল মথল থম্নবা পোৎচৈ থম্নবা কয়া কয়া য়াওরি ॥৫॥ মতম্ অদুদা কনাগুম্বা অমনা যুধিষ্ঠিরগী কোকথক্ত শামু ময়াতগী মচৈ পানবা, থোইদোক্ত ওৌরবা ছত্র অম খাল্লি। মাহু য়েংবদা থোইদোক্ত নীওখিজৈ। মহর্ষিশিংনা লৈশি লৈথোম্দুনা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী য়েৎওইননা লৈখি ॥৬॥ শাস্ত্রজ্ঞান

জপৈশ্চ মন্ত্রৈশ্চ মহৌষধীভিঃ সমন্ততঃ স্বস্ত্যয়নং ব্রুবন্তঃ ॥৭॥
ততঃ স বস্ত্রাণি তথৈব গাশ্চ ফলানি পুষ্পাণি তথৈব নিষ্কান্।
কুরূত্তমো ব্রাহ্মণসাম্মহাত্মা কুর্ব্বন্ যযৌ শক্র ইবামরেশঃ ॥৮॥
সহস্রসূর্য্যঃ শতকিঙ্কিণীকঃ পরার্দ্ধ্যজাম্বুনদহেমচিত্রঃ।
রথোঽর্জ্জুনস্যাগ্নিরিবার্চ্চিমালী বিভ্রাজতে শ্বেতহয়ঃ সুচক্রঃ ॥৯॥
তমাস্থিতঃ কেশবসংগৃহীতং কপিধ্বজো গাণ্ডিববাণপাণিঃ।
ধনুর্দ্ধরো যস্য সমঃ পৃথিব্যাং ন বিদ্যতে নো ভবিতা কদাচিৎ ॥১০॥
উদ্বর্ত্তয়িষ্যংস্তব পুত্রসেনামতীব রৌদ্রং স বিভর্ত্তি রূপম্।
অনায়ুধো যঃ সুভুজো ভুজাভ্যাং নরাশ্বনাগান্ যুধি ভস্ম কুর্য্যাৎ ॥১১॥
স ভীমসেনঃ সহিতো যমাভ্যাং বৃকোদরো বীররথস্য গোপ্তা।
তং তত্র সিংহর্ষভমত্তখেলং লোকে মহেন্দ্রপ্রতিমানকল্পম্ ॥১২॥
সমীক্ষ্য সেনাগ্রগতং দুরাসদং সংবিব্যথুঃ পঙ্কগতা যথা দ্বিপাঃ।
বৃকোদরং বারণরাজদর্পং যোধাস্তদীয়া ভয়বিগ্নসত্ত্বাঃ ॥১৩॥ ( যুগ্মকম্ )

---

লৈরবা পুরোহিত বহ্মর্ষি অমদি সিদ্ধ ওইরবা মহাত্মাশিংনা মায়কৈ অকোয়বদা লৈহুনা যুধিষ্ঠিরগী মকম্‌দা য়েক্‌নবা হাৎপ ভস্মু হায়না হয় হয় আশীর্ব্বাদ তৌরক্লে। বেদমন্ত্রগা লোয়ননা চেঙ তিংথোনচিংব যুধিষ্ঠিরগী মথক্ত চাইশিল্লক্‌না, মঙ্গল ওইননবা আশীর্ব্বাদ তৌরক্লে ॥৭॥ মতম্ অদুদা কৌরব * অথোইবা, মহাত্মা ওইরবা যুধিষ্ঠিরনস্থ ব্রাহ্মণশিং অদুদা ফি, ষণ, মহৈমরোং, সনালুপা কয়া দান তৌথি। অস্তম্ তৌন-তৌন দেবরাজ ইন্দ্রনা চৎপগুম্ লাল্‌কম্‌দা চৎলি ॥৮॥ মতম্ অসিদা অর্জ্জুনগী রথ অসি মৈরি মযামুগ লোয়ননা চাক্লবা মৈগী মতৌগুম্ অকিবা কংনা নীওথিজরম্মি। মরম্‌দি রথ অদুদা, সুমিৎকী মকোয় মান্‌বা লুপা মরীতনা শাবা ফি, মশীঙ লাকগুম্‌দবা শাংশরীক্, সনাজাৎ মখল্ মখল্‌গী লৈত্তেং কযা থম্ন য়াওরম্মি। রথ অদুদা অমুক্ অঙৌবা শগোল অমদি কল্লবা কজয়বা চাকা পান্‌শিল্লিবনি ॥৯॥ মগাক্‌ মাম্নবা, লীকং পায়বা অম পৃথিবীদা লৈত্রিবা, লৈস্য লৈরোইদৌবা অদুগুম্বা অর্জ্জুননা গাণ্ডীব কৌবা লীরুংবু খুদুম্‌চেৎনা পায়দুনা রথ অদুগী মথকত কাখৎলি। শ্রীকৃষ্ণনা সারথি ওইদুনা শগোল্‌গী চুম্নী পায়খরে ॥১০॥ মহারাজ। মথুত্ত খুৎশায় শাওজ্রবস্থ মপান্থোম্ অনীতনস্থ মী, শগোল শামু কয়াবু নৈথেক্তুনা হাৎগুম্বা অকনবা ভীমসেন কৌবনা, মহারাজগী নচাশিংবু অমদি লাম্নী মযাম্মু হাৎলগে হায়না থম্মুনা অকিব কংলবা মুর্ত্তি লৌগ্রে ॥১১॥ অদুগুম্ব, মবুক্ চাউরবা বৃকোদর ভীমসেননা নকুল সহদেব অনীগ লোযননা ধৃষ্টদ্যুম্নবু ঙাক্‌শেন্দুন লৈরি। মতম অদুদা মহাকী খোঙপাং অমমম্বা মস্তাও অমদি নোংশাগী মতৌগুম্বা, জগৎ অসিদা ইন্দ্রগা চপ মান্নবা মত্তীক মগুণ শাওংশাদ পুরিবা, শামু সঙ্গ্ অমগী লুচিংবা শামুগুম্ ময়াইকারবা, লাক্‌গুম্ কাগুম্‌দবা ভীমসেননা লাম্নী

---

*টীকা :—কুরুবংশদা পোকপনিনা দুর্য্যোধনস্থ যুধিষ্ঠিরস্থ কৌরবমক্তাম।

অনীকমধ্যে তিষ্ঠন্তং রাজপুত্রং দুরাসদম্ । অব্রবীদ্ভরতশ্রেষ্ঠং গুড়াকেশং জনার্দ্দনঃ ॥১৪॥

বাসুদেব উবাচ ।

য এষ রোষাৎ প্রতপন্ বলস্থো যো নঃ সেনাং সিংহ ইবেক্ষতে চ ।
স এষ ভীষ্মঃ কুরুবংশকেতুর্যেনাহৃতাস্ত্রিংশতং বাজিমেধাঃ ॥১৫॥
এতান্যনীকানি মহানুভাবং গূহন্তি মেঘা ইব রশ্মিমন্তম্ ।
এতানি হত্বা পুরুষপ্রবীর ! কাঙ্ক্ষস্ব যুদ্ধং ভরতর্ষভেণ ॥১৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতাপর্বণি কৃষ্ণার্জ্জুনসংবাদে দ্বাবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

খ্বাইগী মাঙখানা লাকপড় উবদা, কৌরব লাম্মী পুম্বা লৈখোম্‌দা পুথরবা শামুশিংগী পান্দম্ ওইখি,—নৈকম্ চাকম্ খঙ্‌খিব্রে ॥১২—১৩॥ মতম্ অসিদা কৃষ্ণনা পাণ্ডবলাম্মীগী ময়ায়দা লৈরিবা, লাক্‌ণুম কাণ্ডব্রবা, নিংথৌমচা অর্জ্জুনদা অসুম্‌না হায়খি—॥১৪॥ কৃষ্ণনা হায় :—

অশাউব-মৈগী মৈশানা, য়েক্লবগী থম্মোয চাক্‌হৌম্বা,
লাম্মী ময়ায়দা লৈহুনা, নোংশাগী থৌরবা মীৎযেংনা।
ঐখোয়রোম্‌দবু য়েংলিবা, অশ্বমেধ যজ্ঞ চাম-চামবু
মথুৎমক্লা পাঙথোক্‌প্রবা, কুরুশাগেগী কীরাল্ ওইবা,
কোলোয়-ভীষ্ম কোৎসে, লৈরে আদা যেঙ্ মরূপ্ । ॥১৫॥
মুরবা লৈচীন্ মপৈনা, কোরৌহন্‌ববু কূপ্পণ্ডম্
চাউরবা লাম্মী মপৈনা, ভীষ্মবু য়োম্‌শিন্দুনা লৈরিদো ।
অদুনা নিপা অথোইবা ' য়েক্লব লাম্মীশিংসি হাত্‌লুনা
অকন্‌বা অসিগা থেংননবা, থৌরাং তৌরো অকন্‌বা ! ॥১৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভগবদ্গীতাপর্ব্বগী মনুংদা কৃষ্ণার্জ্জুনসংবাদগী কুন্নিথোযগুবা অধ্যায লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রয়োবিংশোহধ্যায়ঃ

কুনৃহুমদোইগুবা অধ্যায়

( দুর্গা স্তোত্র খীবা মতাং )

—(০)—

সঞ্জয় উবাচ।

ধার্ত্তরাষ্ট্রবলং দৃষ্ট্বা যুদ্ধায় সমুপস্থিতম্। অর্জ্জুনস্য হিতার্থায় কৃষ্ণো বচনমব্রবীৎ ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচ।

শুচির্ভূত্বা মহাবাহো! সংগ্রামাভিমুখে স্থিত.। পরাজয়ায় শত্রূণাং দুর্গাস্তোত্রমুদীরয় ॥২॥

সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্তোহর্জ্জুন. সংখ্যে বাসুদেবেন ধীমতা। অবতীর্য্য রথাৎ পার্থঃ স্তোত্রমাহ কৃতাঞ্জলিঃ ॥৩॥

অর্জ্জুন উবাচ।

নমস্তে সিদ্ধসেনানি! আর্য্যে! মন্দরবাসিনি!। কুমারি! কালি! কাপালি! কপিলে! কৃষ্ণপিঙ্গলে! ॥৪॥

ভদ্রকালি! নমস্তভ্য মহাকালি! নমোঽস্তু তে। চণ্ডি! চণ্ডে! নমস্তুভ্যং তারিণি! বরবর্ণিনি! ॥৫॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—দুর্য্যোধনগী লান্মী পুমমক্লা লাল্ শোরগদবগী শেম্শাঙ্গনা ভাইদুনা লৈবক্ত উবদা, অর্জ্জুনগী মঙ্গল ওইননবগীদমক্ কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্না হায়খি ॥১॥ কৃষ্ণনা হায়ঃ— অকনৃবা! হৌজিক্তি, পূক্নী শেংনা, লাল্ লোম্দ মায়ওন্শিন্দুনা, যেরুবশিংনা মায়খীব কংননবা লালগী লাইরেম্বী দুর্গাগী স্তুতিপাঠ তৌ ॥২॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—শিলবা কৃষ্ণনা অসুম্না হায় রক্লবদা, পৃথা (কুন্তী) গী মচানিপা অর্জ্জুননা রথদগী কুমথরদুনা খুকখুদক্ কৃম্দুনা মখুৎলোম্লদুনা দুর্গাস্তব পাঠ তৌরক্লে ॥৩॥

অর্জ্জুননা অসুম্ন পাঠ তৌবকৃই:—

সিদ্ধযোগী খিবিকী, লান্মী-তেঙ্গোল্ লুচিংবী।
ঈশ্বেম্মা, মন্দরদ লৈবীও। কুমারী, কালী, কপালী,
কপিলা, কৃষ্ণ পিঙ্গলা, কোলোয় পুবী নংবু খুরুমজৈ ॥৪॥
ভদ্রকালী, মহাকালী, চণ্ডীতারিনী শক্চেন্বী!
ননাইনা খুরুমজৈ চরণদা, চণ্ডা * কৌবী নহাকপু ॥৫॥

* "চণ্ডা" — "চণ্ডী" অসিমক্ দুর্গাগী মিং মক্তনি।

কাত্যায়নি ! মহাভাগে ! করালি ! বিজয়ে ! জয়ে ! । শিখিপিচ্ছধ্বজধরে ! নানাভরণভূষিতে ! ॥৬॥
অট্টশূলপ্রহরণে ! খড়গখেটকধারিণি ! । গোপেন্দ্রস্যানুজে ! জ্যেষ্ঠে ! নন্দগোপকুলোদ্ভবে ! ॥৭॥
মহিষাসৃক্‌প্রিয়ে ! নিত্যং কৌশিকি ! পীতবাসিনি ! । অট্টহাসে ! কাকমুখি ! নমস্তেঽস্তু রণপ্রিয়ে ! ॥৮॥
উমে ! শকাম্ভরি ! শ্বেতে ! কৃষ্ণে ! কৈটভনাশিনি ! ।
হিরণ্যাক্ষি ! বিরূপাক্ষি ! সুধূম্রাক্ষি ! নমোঽস্তু তে ॥৯॥
বেদশ্রুতিমহাপুণ্যে ! ব্রহ্মণ্যে ! জাতবেদসি ! জম্বুকটকচৈত্যেষু নিত্যং সন্নিহিতালয়ে ! ॥১০॥
ত্বং ব্রহ্মবিদ্যা বিদ্যানাং মহানিদ্রা চ দেহিনাম্ । স্কন্দমাতর্ভগবতি ! দুর্গে ! কান্তারবাসিনি ! ॥১১॥
স্বাহাকারঃ স্বধা চৈব কলা কাষ্ঠা সরস্বতী । সাবিত্রী বেদমাতা চ তথা বেদান্ত উচ্যসে ॥১২॥

---

কত্যাযণী, শক্তিপুরী, জয়া-বিজয়া কৌরীও ।
রাতাংমতু কিরাল্ থংগী । লৈতে পুষ্মন তিল্লবী ।
ননাইন। খুরম্‌জ চরণদা, নিংথিব ফিজাম লৈতেংবী ।
শাংলব তানু পাযরিবী । মুংশূক থাঙ্‌শাং পাযরিবী ।
গোপেন্দ্র কৃষ্ণগী মচন ও । নন্দ গোকুলদ পোকপী ও ।
জগত্ত খ্বাইদগী কুইরবী । ননাইনা খুরম্‌জে চরণদা ॥৭॥
রোইগী ঈবু পামজবী । কৌশিকী । ফীগ থান্‌বী ও ।
লালকমদা খরু নোকপী ও । মায়থাংনা চক্রগুম লেত্তনা
রক্তবীজগী ঈবু থক্‌খিবী । লাল্‌পাম্বী, লানগী মরবশ্মা ।
ননাইনা খুরম্‌জে চরণদ, থেরব ঊমজাগ লাইরবম্বী । ॥৮॥
উমা শাকম্ভরী গৌরী, শ্বেত-কৃষ্ণা, কৈটভ হাৎপী ।
নযনন নাপু মান্‌বী ও । নযনন অংকবা মশক্ ওইবী ও ।
নযনন মৈখু মান্‌বী ও । ননাইনা খুরম্‌জে চরণদা ॥৯॥
বেদদ শ্রুতিদা পুণ্য চেন্‌বী । লাইগী কান্নবত খন্‌বী ও ।
কুইথ্রবন খঙ্‌বী ও । জম্বুদ্বীপত লৈবী ও ।
লাংবন্-মন্দিরদা লৈগন্‌নী । ননাইনা খুরম্‌জ চরণদা ॥১০॥
স্বামী কার্ত্তিক পোকপী ও ! শক্তিগী মশক ওইবী ও ।
দুর্গা, শূক্রবনদ লৈবী ও । বিদ্যাশ কপাগী মনুংদা
ব্রহ্মবিদ্যা হাযনীদা, নহাক্রদা লাইরবম্বী ।
থবাই পান্‌বাশংগীদা, মহানিদ্রা নহাক্‌ ॥১১॥
জ্ঞানীশিংনা নহাকপু স্বাহা, স্বধা, কলা, কাষ্ঠা,
'বেদমাতা', সরস্বতী উপনিষৎ গাযত্রী কোইদো ॥১২॥

স্তুতাসি ত্বং মহাদেবি ! বিশুদ্ধেনান্তরাত্মনা। জয়ো ভবতু মে নিত্যং ত্বৎপ্রসাদাদ্রণাজিরে ॥১৩॥
কান্তারভয়দুর্গেষু ভক্তানামালয়েষু চ। নিত্যং বসসি পাতালে যুদ্ধে জয়সি দানবান্ ॥১৪॥
ত্বং জম্ভনী মোহিনী চ মায়া হ্রী শ্রীস্তথৈব চ। সন্ধ্যা প্রভাবতী চৈব সাবিত্রী জননী তথা ॥১৫॥
তুষ্টিঃ পুষ্টির্ধৃতির্দীপ্তিশ্চন্দ্রাদিত্যবিবর্দ্ধিনী। ভূতির্ভূতিমতাং সংখ্যে বীক্ষ্যসে সিদ্ধচারণৈঃ ॥১৬॥

## সঞ্জয় উবাচ

ততঃ পার্থস্য বিজ্ঞায় ভক্তিং মানববৎসলা। অন্তরিক্ষগতোবাচ গোবিন্দস্যাগ্রতঃ স্থিতা ॥১৭॥

## দেব্যুবাচ।

স্বল্পেনৈব তু কালেন শত্রূন্ জেষ্যসি পাণ্ডব।। নরস্ত্বমসি দুর্দ্ধর্ষ ! নারায়ণসহায়বান্।
অজেয়স্ত্বং রণেঽরীণামপি বজ্রভৃতঃ স্বয়ম্ ॥১৮॥
ইত্যেবমুক্ত্বা বরদা তত্রৈবান্তরধীয়ত। লব্ধ্বা তু কৌন্তেয়ো মেনে বিজয়মাত্মনঃ ॥১৯॥
আরুরোহ ততঃ পার্থো রথং পরমসম্মতম্। কৃষ্ণার্জ্জুনাবেকরথে দিব্যৌ শঙ্খৌ প্রদধ্মতুঃ ॥২০॥

---

। পুরী শেংনা খুবম্জ স্তুতিপাঠবু তৌজরি,
ঈমা, নংগী থৌজান্দগী, লান্দা জযবু ওইজগে ॥১৩॥
। নংবু নীংজবা শিংগীদমক ঈমা নংনা শুরুব বনদা,
। অকিব মকম্ ।মা কম্দস্ত চঙ্নব ভম্জ্রব মকম্দা,
ননাইশিংগী মযুম্দস্ত পাতালদস্ত লৈরিবদো।
। দৈত্যদানব খিবকপু মীকুপ্তু হাৎতবী ঈমা ও।
ননাইনা খুবম্জৈ চবণদা, য়েক্রব ভম্জগে লাইরেম্বী। ॥১৪॥
বাত, মোহিনী, মাযা, লজ্জা, লক্ষ্মী, সন্ধ্যা, দীপ্ত, প্রকৃতি
কোলোয মক্তনি নত্তাকী, নংদি জগৎকী মমানি ॥১৪॥
। তুষ্টি, পুষ্টি, ধৃতি কোবী। মুমৎ-থাগী মতালস্ত নংনি,
যোগী ঋষি মুনিশিংনা, ধ্যানতনা নহাকপু উজেদো ॥১৬॥

সঞ্জয়না হায় :— অসিগী তুংদা, মীওইববু চান্বিবী দুর্গাদেবনা, অর্জ্জুনগী ভক্তি অদু উবদা কৃষ্ণগী মাওঙ্মক্তদা সংসংনা চোংথোবক্তুনা অস্তমা হায়খি ॥১৭॥ দুর্গানা হায :— লাকওক্ফাওম্দবা অর্জ্জুন। খজিক্ত তাযরে, নং য়েক্রবা পুম্নবু জয তৌবা ভম্নগনি। মরম্দি নারায়ণ মশামক্তা সহায ওইরা, নহাক্মকস্ত মহর্ষি নবগী শাযোম্নি। মরম্ অদুনা নহাক্পুদি য়েক্রবশিংনদি লাযবু শাযরদনা ইন্দ্রমক্তা জয় তৌব ভম্লোই ॥১৮॥ বা অমনীসি হাযবম্নগা দুর্গা অসি অন্তর্দ্ধান কংখি। অর্জ্জুনস্ত ববদান অদু ফংবদা লাল্ শোযদনা ভম্নগনি হায়না খনখি ॥১৯॥ অতুগী তুংদা অর্জ্জুন অসি মহাক্তা রথদা অমুক্ত কাখৎখ। কৃষ্ণগ অর্জ্জুনগ অনী অসি রথ অমত্তদা

য ইদং পঠতে স্তোত্রং কল্য উত্থায় মানব. । যক্ষরক্ষ পিশাচেভ্যো ন ভয়ং বিদ্যতে সদা ॥২১॥
ন চাপিরক্ষেভ্যঃ সর্পাদ্যা যে চ দংষ্ট্রিণঃ । ন ভয়ং বিদ্যতে তস্য সদা রাজকুলাদপি ॥২২॥
বিবাদে জয়মাপ্নোতি বদ্ধো মুচ্যতি বন্ধনাৎ । দুর্গং তরতি চাবশ্যং তথা চৌরৈর্বিমুচ্যতে ॥২৩॥
সংগ্রামে বিজয়েন্নিত্যং লক্ষ্মীং প্রাপ্নোতি কেবলাম্ । আরোগ্যবলসম্পন্নো জীবেদ্বর্ষশতং তথা ॥২৪॥
এতদ্দৃষ্টং প্রসাদাত্তু ময়া ব্যাসস্য ধীমতঃ । মোহাদেতৌ ন জানন্তি নরনারায়ণাবৃষী ॥২৫॥
তব পুত্রা দুরাত্মানঃ সর্বে মন্যুবশানুগাঃ । প্রাপ্তকালমিদং বাক্যং কালপাশেন কুণ্ঠিতাঃ ॥২৬॥

( যুগ্মকম্ )

দ্বৈপায়নো নারদশ্চ কণ্বো রামস্তথানঘঃ । অবারয়ংস্তব সুতং ন চাসৌ তদ্গৃহীতবান্ ।২৭॥
যত্র ধর্ম্মো দ্যুতি কান্তির্যত্র হ্রী শ্রীস্তথা মতিঃ । যতো ধর্ম্মস্ততঃ কৃষ্ণো যতঃ কৃষ্ণস্ততো জয়ঃ ॥২৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতাপর্ব্বণি দুর্গাস্তোত্রে ত্রয়োবিংশোঽধ্যায় ॥০॥

---

তোংমিন্নদুনা লাইগী ওইবা মোইরাংশিং অদু খোংলক্লে ॥২০॥ দুর্গাগী স্তোত্র অসিবু অয়ুক ভস্তা হৌগৎত্তুনা পূরীং শেনা পাঠ তৌজবা মী অদুগী মফম্‌দা যক্ষ, রক্ষ, হিংচাব ভূতপ্রেতনা করিমতা তৌবা ভম্‌দে। মখাযদগী করিমতা কিফম্ লৈতে ॥২১॥ অদুগা মী মহাক্ অদুগী যেক্নবা লৈতে। মহূপান্‌ব লিশুনা চিকনগী অমদ মযাচৌবা শামুনচিংবদগী অমদি নিংথৌগী মফম্‌দগীসু কারিগুম্ব কিফম্ খুদোংথীফম্ লৈতে ॥২২॥ মী মহাক অদু খৎনচৈনবা রাথোক্তা বিচার শভদা থবক্ মহৈ য়াল্লিবা ভম্মি। নিংথৌগী অফাঅপুন্দগীসু নাহ্রাকপা ভম্মি। শুক্রবা বন জঙ্গলনা চিংবদসু অরাবা খুদোংথীফম্ লৈতে ফংদে। অদুগা গৃহস্থ হাযবদি যুদ্ধান্‌দ মীনা পাঠ তৌজরগা দুবান্‌বা চৌন্থীব ডাকুনাচিংবদগী লান্থোকপা ভম্মি ॥২০॥ [illegible]লান্দ মাযপাকপা ফ ডি অথোইবা লাল্ ফংভম্মি মশাদা অনাঅযেক্ লৈতনা চগী চাম পুন্ শবা ফ ডি ॥১৪॥ মহাজ্ঞানী বেদব্যাসগী কৃপাদগী ঐনা মাসি মীৎমক্লা উবফংখিবা। অ[illegible]মরুবুচেল ফত্রবা অশাউবা অপাম্বগী মথা পোন্‌থবা নচা ঈবুঙোশিংনা শুমৎখিবদগী কৃষ্ণ[illegible]র্জুন অনীসিবু অদুভেগী নরনারায়ণ অনীহনি হায়ব খঙদে। কালগী শাংক থুহনা নচাশিং অসিগী বুদ্ধি মাঙথরবা[illegible] অঙমক্রনা মখাযগী অকরত খন্‌বা ঐখাযগী রারু মখাযনা তাখিত্রবনি ॥২৫—২৬॥ পাপ যাওদ্রবা বেদব্যাস, নারদ, কণ্ব, অমদি পরশুরামমক্, নচাঈবুঙোশিংসিবু থিংবিখিবনি, অদুবু, কনা অমতগী মরা মখোযনা তাবা লৈখিদ্রবনি ॥২৭॥ অচুম্ব, অশেংবা থৌনা, পুক্‌চেল্‌খাৎপা, ঈকাইবা খঙবা বুদ্ধি অমদি ধর্ম্ম হাযবদু লৈবা মাযকৈদা কৃষ্ণ লৈবনি, অদুগা কৃষ্ণ লৈবা মায়কৈ অদুনসু জয ওইবনি ॥২৮॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভগবদ্গীতাগী মনু দা দুর্গা স্তোত্রগী কুনহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্ৰীমহাভাৰতম্

## চতুৰ্বিংশোঽধ্যায়ঃ

### কুনমৰিশুবা অধ্যাব

( ধৃতৰাষ্ট্ৰগ সঞ্জয়গ ৱাঙনৱ মতাং )

ধৃতৰাষ্ট্ৰ উবাচ।

কেষাং প্ৰহৃষ্টাস্তত্ৰাগ্ৰে যোধা যুধ্যন্তি সঞ্জয়।
উদগ্ৰমনসঃ কে বা কে বা দীনা বিচেতসঃ ॥১॥
কে পূৰ্ব্বং প্ৰাহৰংস্তত্ৰ যুদ্ধে হৃদয়কম্পনে।
মামকাঃ পাণ্ডবেয়া বা তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয় ॥২॥
কস্য সেনাসমুদায়ে গন্ধো মাল্যসমুদ্ভবঃ।
বাচঃ প্ৰদক্ষিণশ্চৈব যোধানামভিগৰ্জ্জতাম্ ॥৩॥

সঞ্জয় উবাচ।

উভয়োঃ সেনয়োস্তত্ৰ যোধা জহৃষিৰে তদা।
স্ৰগ্ সমাঃ সুগন্ধানামুভয়ত্ৰ সমুদ্ভবঃ ॥৪॥
সংহতানামনীকানাং ব্যূঢ়ানাং ভৰতৰ্ষভ।
সংসৰ্গাৎ সমুদীৰ্ণানাং বিমৰ্দ্দঃ সুমহানভূৎ ॥৫॥
বাদিত্ৰশব্দস্তুমুলঃ শঙ্খভেৰীবিমিশ্ৰিতঃ।
কুঞ্জৰাণাং নদতাং সৈন্যানাং চ প্ৰহৃষ্যতাম্ ॥৬॥

ধৃতৰাষ্ট্ৰনা হায়ঃ [illegible] সঞ্জয়। মতম্ অসিদা কনাগী পক্ষগী লান্মীশিংনা অহানবদা মথৰাই নুংঙাইনা শোক্লখিবগে? ঈচঙ্থোনা হৰাউনা, শাক্লবা কনাগীনা হেল্লি? কৰম্ব পক্ষগী লান্মী শিংনা বানা মায়থোং [illegible] শোক্লবগে? ॥১॥ সঞ্জয়। নিংদোল্পীং-পীং চেনবগীমশক [illegible]ইৰব লান্নকম্ অহুদা [illegible]নাগী পক্ষনা থুংলায শীজিন্নবা থাবা তৌখিবগে? ঐগী ঈচাশিংনৰা? নত্ৰগা পাণ্ডুগী মচাশিংনৰা? মাদু পুম্ব ঐঙোন্দ হায়ু ॥২॥ অহানবদা, কৰম্ব পক্ষগী লান্মীশিংগী মথক্ত শৰিবা লৈপৰেংশিংগী নুংশিৰবা মনম্ শন্দোকখিবগে? কৰম্ব পক্ষগী, লাউত্নবা লৈৰিবা লান্মীশিংগী যেৎলোমদা, নুংশিংনা তপ্ন তপ্ন হুম্খিবগে? ॥৩॥ সঞ্জয়না:— মহাৰাজ! পক্ষ অনী মক্কী লান্মী পুম্বা মথৰাই নুংঙাইৰম্মি। পক্ষ অনীমক্কী লান্মী খুদিংগী লৈপৰেংদগী নুংশিবা মনম্ শন্দোক্খি ॥৪॥ ভৰতশাৰ্দ্দগী অখোইবা। চৰাক্লনা পুল্লপ্ন তিন্নহুনা, বেহুশানা লৈবা, অদুগা শোক্লগদবগী মক্তিমৰোল্ শেমশাহুনা লান্মী মপ অনীমক্কী আকৰ কংনা, কন্ন ইন্শিন্নবা হৌৰক্লে ॥৫॥ মোইবুং, পুংজাও, অতোপ অতোপ্পা পুংশেল্ যন্ত্ৰগী মখোন্না অমদি লাউৰক-খোংলকপা অকনবশিংগী

উভয়োঃ সেনয়ো রাজন্, ! মহান্, ! ব্যতিকরোঽভবৎ। অন্যোন্যং বীক্ষমাণানাং যোধানা ভরতর্ষভ।।
কুঞ্জরাণাঞ্চ নদতাং সৈন্যানাঞ্চ প্রহৃষ্যতাম্, ।৭।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতাপর্ব্বণি ধৃতরাষ্ট্রসঞ্জয়সংবাদে চতুর্বিংশোঽধ্যায়ঃ ।০।

---

মখোয়া অকিব কংনা নিনখি ॥৬॥ ভরতশাগৈগী অখোইবা নিংথৌ। লাম্মী খুম্, অনীগী অখোই অখোইবা লাম্মীশিংনা, অচম্ব খোঙ্মীশংনা অমদি শগোল্ শামুশিংনা অমগ অমগা মীৎ চানদুনা যেংনদুনা কল্ল-কল্ল লাউনরক্ই। অমগা অমগা ইম্ল-তরুব হৌরক্লে ॥৭॥

মক্ষম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভগবদগীতাপর্ব্বগী মনুংদা "ধৃতরাষ্ট্র-সঞ্জয় সংবাদ" কৌবা কুন্মরি শুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

# শ্রীমহাভারতম্

## (গীতা পর্ব্ব)

# শ্রীমদ্ভগবদ্‌গীতা

## প্রথমোঽধ্যায়ঃ

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে সমবেতা যুযুৎসবঃ। মামকাঃ পাণ্ডবাশ্চৈব কিমকুর্ব্বত সঞ্জয় ॥১॥

সঞ্জয় উবাচ।

দৃষ্ট্বা তু পাণ্ডবানীকং ব্যূঢ়ং দুর্য্যোধনস্তদা। আচার্য্যমুপসঙ্গম্য রাজা বচনমব্রবীৎ ॥২॥

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ি:—সঞ্জয়। যাগযজ্ঞ ধর্ম্ম কর্ম্ম পূন্নমকী তৌনফম্ ওইরব কুরুক্ষেত্র কৌব মফম্ অদুদ, ঐগী ঈচাশিং অমাদ পাণ্ডুগী মচাশিংনা লাল্ শাক্নগে হায়দুনা তিন্নখ্রেদে। অদুনা মখোয়না অতানবদা বরি কাব তৌনখ্রবাগে? ॥১॥

মন্নুংগী ভাব: কুরুক্ষেত্র হায়বদাদ ধর্ম্মক্ষেত্রনি। অদুগুম্ব লমদম্ অদু তেক্ লৌবদা পাপী ফাওব পাপকী বাখল্ থাদারই। অদুনা, যুধিষ্ঠিরনা শাগে মশেল্ হাংনবসি ফাত্তে পাপকী খবকনি হায়না খল্লকুনা লেপাক পীখ্রম্লগা অমুক বন চংখ্রবরা? ঐগা, দুর্য্যোধনসু ধর্ম্ম ক্ষেত্রদু তেক উবদা অফব অচুম্ব বাখল্ তাবকুনা পঞ্চপাণ্ডবত লেপাক্ পীবাক্তনা লাল্ তাক্রবব? লাল্ তৌখ্রবাদ, ধর্ম্ম কায়দনা কনানা, হায়ম্ব হৌদুনা, ধর্ম্ম কায়দনা কনা কনানা, ক্ষত্রয়গী সনাতন ধর্ম্মগী মতুংইন্ন লালফম্দ স্বর্গ ত ফংনখ্রবগে? অসিপূন্নমব হন্মু সঞ্জয়। ॥১॥

রেজুগী মশক ওইনা শেত্রনা লৈবব পাণ্ডবকী তাঙ্গালব উবদা নিংথৌ দুর্য্যোধননা দ্রোণাচার্য্যগী মফম্দা চত্তুশিন্দুনা রা অসি হায়খি ॥২॥

মন্নুংগী ভাব:- পান হক চদ্‌নদ লুরা, পাণ্ডবকী শেত্রা উবদা মিপাইদুনা দ্রোণাচার্য্যগী মফম্দা দুর্য্যোধননা চত্তুশিন্‌বনি। মবম্‌দ, ভীষ্মবুদি ঈতান হায়ম্ব সেনাপতি তা পুক্রুবে। অদুগা, দ্রোণদু মশাই শুভাইহনগে, মপুন্নী থাগৎকে হায়বগীদমক চীবাল্ তৌব ওইনা নথো মনামবা দ্রোণাচার্য্যগী মফম্দা চত্তবনি। দ্রোণদ দ্রোণা মনাক্ত করগা বা তানবম্বসু থাবানি। কবগুম্ব হিপবনি। অথোই অথোইবা লান্মী মকোক্ ওইবাশিংবু শেলহনব হায়বসি যুদ্ধনীতিগী মতু ইন্নসু তৌগদবনি।

পশ্যৈতাং পাণ্ডুপুত্রাণামাচার্য্য ! মহতীং চমূম্। ব্যূঢ়াং দ্রুপদপুত্রেণ তব শিষ্যেণ ধীমতা ॥৩॥
অত্র শূরা মহেষ্বাসা ভীমার্জ্জুনসমা যুধি। যুযুধানো বিরাটশ্চ দ্রুপদশ্চ মহারথঃ ॥৪॥
ধৃষ্টকেতুশ্চেকিতানঃ কাশীরাজশ্চ বীর্য্যবান্। পুরুজিৎ কুন্তিভোজশ্চ শৈব্যশ্চ নরপুঙ্গবঃ ॥৫॥
যুধামন্যুশ্চ বিক্রান্ত উত্তমৌজাশ্চ বীর্য্যবান্। সৌভদ্রো দ্রৌপদেয়াশ্চ সর্ব্ব এব মহারথা ॥৬॥ (যুগ্মকম্)
অস্মাকন্তু বিশিষ্টা যে তান্ নিবোধ দ্বিজোত্তম ! নায়কা মম সৈন্যস্য সংজ্ঞার্থং তান্ ব্রবীমি তে ॥৭॥
ভবান্ ভীষ্মশ্চ কর্ণশ্চ কৃপশ্চ সমিতিঞ্জয়। অশ্বত্থামা বিকর্ণশ্চ সৌমদত্তির্জয়দ্রথঃ ॥৮॥

---

অদুবু, দুর্যোধনাদি, মাগী মীওচ্নক্তদা মাহু, মবুক্লীং শেংনা তৌত্রি। অসিগুম্ব মীশক্লা করিগুম্ব কর্ম্মদ মহৈয়ানুব কংগদৌরিবসি কদাইদনো ? ॥২॥

য়েংবিয়ু গুরুদেব। গুরুদেবগী শিষ্য শিংল-হৈরবা, দ্রুপদগী মচানা বেহুগী মওংদা শাহনা থান্নবা, পাণ্ডবশিংগী চাউরবা লান্মী মপৈ অসে ॥৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—"দ্রুপদদি গুরুদেবগী য়েক্লবনি বেহু শারিবা আসিদি যেক্লব মাগী মচ ধৃষ্টদ্যুম্ন হায়বদুনি। অদুগা য়াম্নদি হৈশিংলে হায়ববু দ্রুপদগী মচা অসিদি গুরুদেবগীদি শিষ্যনি। অদুনা মাসি, গুরুদেবদদি করিস্ম লৈতবা অমনি। অদুবু দ্রুপদদি গুরুদেবগী নুংশিববা শিষ্য অর্জ্জুনগী মকুনি হায়দুনা যেক্লবগী বহু অসিবু থুগাইদব তৌবিনু।" দুর্য্যোধননা মশাগী অাকববু শেংনা কাওদোক্তুনা দ্রোণদা মপূকনিং থোক্তুনা হংবনি ॥৩॥

অমময়া ভীম-অর্জ্জুনগা মান্ননা কল্লবা, অচৌবা লীকং পাযববা অকন্‌বা লান্মী মক্তুনা বেহু অসিগী মনুংদা থম্ন লৈরি। মখোয় অসিদ মতবথী সাত্যকি, বিরাট, দ্রুপদ, ধৃষ্টকেতু, চেকিতান, কস্থোবব কাশীরাজ, পুরুজিৎ, কুন্তিভোজ, নিপা অথোইব শৈব্য, মাবল্‌ মথোনা লৈবব যুধামন্যু থাইন কল্লব উত্তমোজা, অভিমন্যু দ্রৌপদীগী মচা মঙা, অমাদ ঘটোৎকচ অসিনচিংব অসিনি। মখোযগুম্বসিতনা থম্ন যাওরবা পাণ্ডবকী তেঙ্গাল্‌না ॥৪—৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—"অদুনা গুরুদেবদগী হুন্থবঙাকনি হাযদুনস্ম মমিং পন্‌জারবাশিং অসিদি অকন্‌বমক্তনিনা যাম্ন চেকশম্ন শোকনবিযু"—হাযবনি ॥৪—৬॥

ব্রাহ্মণ অথোইবা গুরুদেব। ঐখোযবোম্‌দ যাওরিব অকন্‌বা লান্মীশিং অসিস্ম ঐ অমুক্ত তংগচ্চগে। গুরুদেবনা হায়না খঙ্‌বিবিবান, অদুবু, নীঙ্‌শিংজব ওইনা হাযজগে তাবিযু ॥৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—"মখোয়রোম্‌দ অকন্‌ব যাম্ন যাওরে হাযদুনা নীঙ্‌ন কাযবা নীঙ্‌হন্নবা তোবিগনু। ঐখোযবোম্‌দস্ম অকনব যাম্ন যাওর"—হায়দুনা দুর্য্যোধননা লান্মীশিং থরগী মশক মমিং হাযদুনা দ্রোণগী পুকনীং থোগৎলে ॥৭॥

ঐগী পক্ষগী অকন্‌ব হাযনবু- গুরুদেবমক্তিদো, অদুগা ভীষ্ম, কর্ণ, কৃপ, অশ্বত্থামা, বিকর্ণ ভূরিশ্রবা, অমদি জয়দ্রথ—অসিপুন্নক লৈরি। মখোয় অসি লালকম্ কয়াদা জয় ওইরক্লবমক্তনি ॥৮॥

অন্যে চ বহবঃ শূরা মদর্থে ত্যক্তজীবিতাঃ । নানাশস্ত্রপ্রহরণাঃ সর্ব্বে যুদ্ধবিশারদাঃ ॥৯॥
অপর্য্যাপ্তং তদস্মাকং বলং ভীষ্মাভিরক্ষিতম্ । পর্য্যাপ্তং ত্বিদমেতেষাং বলং ভীমাভিরক্ষিতম্ ॥১০॥
অয়নেষু চ সর্ব্বেষু যথাভাগমবস্থিতাঃ । ভীষ্মমেবাভিরক্ষন্তু ভবন্তঃ সর্ব্ব এব হি ॥১১॥
তস্য সংজনয়ন্ হর্ষং কুরুবৃদ্ধঃ পিতামহ । সিংহনাদং বিনদ্যোচ্চৈঃ শঙ্খং দধ্মৌ প্রতাপবান্ ॥১২॥

---

মমুংগী ভাব :—"মখোয় অসি লান্দা মায়থীব অমুক্ত কংক্লিবা, জয়স্ত তৌদুনা লাক্লিবা ঙাক্তনিনা, হন্দকী লাল্ অসিদস্থু শোয়দনা জয় ওইগনি হায়না হন্দকস্থু মখোয়না আশা তৌরি"—অস্থুম দুর্য্যোধননা হায়বনি । মরমদি, ঙমাং মখে হিংহক্লিবনিনা হয়েং কাওবস্থু হিংখিগনি হায়না লায় খন্‌বসি, হকচাংসিবু ঐনি হায়না খন্‌বা, ওমহৎলবা জীবগী খভাবনি । মশক মমিং থারকপা মতম্‌দা, ভীষ্মবু হায় শীঙ্খাগদবনি হায়বসি খঙন খঙনা, দ্রোণদ চীয়োল তৌগে হায়বগীদমক্ দ্রোণবু হায় শীঙথাবনি ॥৮॥

অসি নত্তবা (শল্য-কৃতবর্ম্মানচিংবা) অতৈ, মথল্ মথা অয়াম্ব থুৎলায়দ হৈয়ব ঙাক্ত, ঐগীদমক্ত মথরাইথাব পাম্মুদবা লালকম্‌দা লৌয় ॥৯॥

মনুগী ভাব :—"থবাইবু পাম্মুদব কনা য়াওবগে ? অতুবু বায় কন্‌ব-হৈবমক্তনিনা, মখোয়না শোয়দনা ঙমগনি হাযনা খঙজবতুনা মথরাই থাগনি হায়বগী কিব লৈতে"—হায়না শেয়ায়না দুর্য্যোধননা মাগী গুরুদা ওন্‌থতুনা জ্ঞান তাক্লি ॥৯॥

ঐখোযগী যায়ব লাম্মীবু ভীষ্মগুম নিপা অমনা ঙাক্লি । মখোযগী যামদ্রবা লাম্মী অক্ষৌহিণী তরেৎতবু ভীমনা ঙাকপা শারি ॥১০॥

মনুংগী ভাব :—"লাম্মী মশীঙদস্থ ঐখোযগীনা হেল্লি, অগুগী মথক্ত ভীষ্মনা ঙাক্লবনি । অতুগা যামস্থ যামদ্রবা মখে যগী লাম্মীবু অপঙবা ভীমগুম্বা অমনা ঙাক্‌লি । অতুনা জয়দি ঐ খাযনা শোষদনা ওইরগনি"—হাযনা দুর্য্যোধননা হাযরি ॥১০॥

লাম্হোং—লাম্হোং খিবক্ত, মকম্চান-চান লৈবিতুনা, গুরুদেবনাচিংবা অকন্‌বা পুন্নমক্কা তিন্নতুনা ঈবুধৌ ভীষ্মতবু শেন্নবিয়ু ॥১১॥

মনুংগী ভাব :—"কনি হাগতুনস্থ ভীষ্মদি শিখণ্ডীদা খুৎলায হাল্লাইদৌরি । তাঞ্জা অসিদা নায়োন্দা তুংলোমদগী কনাওগনা ভীষ্মদা তঙ্ককদারি । অতুনা, ভীষ্মবু শেন্নাবয়ু" হাযনা দুর্য্যোধননা হাযবনি । অতুগ যাম্বদদি আশা তৌদ্রগা ভীষ্ম মথক্তদ আশা তৌবসি দুর্য্যোধনগী অপঙবনি । "ভীষ্মবু লৈত্রবদি গুরুদেবনাচিংব লৈহৌবনদি ঐডোন্দ করিমত কায়রাই" অস্থুম হায় দাবগ্রে হাযনস্থ দুর্য্যোধননা মশানা খন্তহৌদে । অপঙবদি চীয়াল্ কাওব তৌব লৈতে ॥১১॥

অস্থুম তৌরিউৈ তাঞ্জাদ, কুরুশাংগেগী খ্বাইগী অহল্, কল্লবা ভীষ্মনা দুর্য্যাধনগী মথরাই হরাউহন্‌গে হাযতুনা খোঞ্জেল্ রানা সিংহনাদ লাউতুনা মোইবুংবু হৌনা খোংগৎলক্লে ॥১২॥

স ঘোষো ধার্ত্তরাষ্ট্রাণাং হৃদয়ানি ব্যদারযৎ। 　 নভশ্চ পৃথিবীঞ্চৈব তুমুলোঽভ্যনুনাদয়ন্ ॥১৯॥

অথ ব্যবস্থিতান্ দৃষ্ট্বা ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ কপিধ্বজঃ। 　 প্রবৃত্তে শস্ত্রসম্পাতে ধনুরুদ্যম্য পাণ্ডবঃ ॥২০॥

হৃষীকেশং তদা বাক্যমিদমাহ মহীপতে।।

## অর্জ্জুন উবাচ

সেনয়োরুভয়োর্মধ্যে রথ, স্থাপয় মেঽচ্যুত। ॥২১॥ (যুগ্মকম্)

যাবদেতান্ নিরীক্ষেঽহং যোদ্ধুকামানবস্থিতান্। 　 কৈর্ময়া সহ যোদ্ধব্যমস্মিন্ রণসমুদ্যমে ॥২২॥

---

দ্রৌপদী মচা মশা, পাঙ্গনবা অভিমন্যু—মখোয় অসসু মাগী মাগী মোইবুং তোঙাল-তোঙান্না খোংলক্রে ॥১৭-১৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—পাণ্ডব পক্ষগী অকনবশিং অসিদি জ্ঞানতানা, চনীঙ্তান তোঙ্তান্ তোঙান্না খোঙিও। মকম্ মরাং খঙদনা মিপাইহনা দুর্য্যোধনগী পক্ষগী লান্মীশিংনা তৌবগুম্ন পঙ্খোং খোংব নত্তে হায়বনি ॥১৭—১৮॥

অকিবগী মশক ফংলবা মোইবুংশিংগী মখোল অহুনা নংমদোঙ্ক্ অমদি পৃথ্বী শৈমায় অনীনক পুম্নিন্ নিনখি। মখোল অহনা মহারাজগী নচাঙীনুবাশিংগী থম্মায় অহু থিনগাইখি ॥১৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—অক্ষৌহিণী তরামাথোইগী লান্মীশিংনা হৌদুনা খোঙবদ পাণ্ডবলান্মীশিংগী পুরীদা অকবা পোক্তে। পাণ্ডব পক্ষগী অথোই অথোইবা লান্মীশিং থরনা খোঙ্বদি ধৃতরাষ্ট্র মচাশিংগী থম্মায় থিনগাইখি হায়বাসিনা লাল্ হৌদ্রিঙৈমক্তদা থম্মায় নীকপা তৌগে হায়বনি। মাসমু শঙ্খ ওই বাইদোবগী থুদম্ অমনি। মখোয়গী মোইবং খোঙ্জেল্ তাবদা পাণ্ডবশিংনা মরইনা সান্ধ তৌরগে হায়জরক্লান হায়বগী আশাদম্ম মযাম্ চঙহুনা খোংবুন, অদুবু পাণ্ডবশিংনা হেন্না শোরনীনহু উবদা থম্মায় নীকখি হায়বনি ॥১৯॥

মহারাজ" অসগী তুদা পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুননা লাল্ শাররগে হায়দুনা তিল্লরিব নচা ঈনুভোাল অদুবু উবদা, খুংলায় থানরগদব মতম্ অসিদ, গাণ্ডীব পাযখত্নুনা, সরবিং, ওইরব কৃষ্ণবু খংহনা বা অসি হায়খি "কৃষ্ণ! রথ অসি লান্মী তংঙাল্ অনীগী মরক্তসিদ ওহাক্ত খাম্নিখি" ॥২০-২১॥

মনুংগী ভাব ঃ—লান্মী মযাম্ অহু উবদা, কিহুনা, মবুন্নী হন্দুনা, রথ খাম্মু হায়না নত্তে। মখুক্ত গাণ্ডীব পাযখত্নুনা তেল কাপ্পা তৌরগ হায়না খল্লবপা মতম্ অহমক্তদান, রথ খাম্খো হায়বসি। ভাব অসি "ধনুরুদম্য" হায়বা বাহ অনীসিনা উংলি ॥২০-২১॥

লাল্ শোরনীহুনা তিল্লরবাশিং অসি অমুক্ত খংজহৌখগে অসি ফাওবতাদ রথ অসি খাম্খো অসিগুম্বা লাল্কম্ অসিদা ঐগা শোরগদৌ রবাশিংসি কনা কনাগনে—অমুক্ত য জহৌখগে ॥২২॥

মনুংগী ভাব ঃ—অতহায নীংকু ওইনা লাকপনা কনা কনানো? অদুগা, দুর্য্যোধননা

যোৎস্যমানানবেক্ষেঽহং য এতেঽত্র সমাগতাঃ। ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য দুর্ব্বুদ্ধের্যুদ্ধে প্রিয়চিকীর্ষবঃ ॥২৩॥

সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্তো হৃষীকেশো গুড়াকেশেন ভারত। সেনয়োরুভয়োর্মধ্যে স্থাপয়িত্বা রথোত্তমম্ ॥২৪॥
ভীষ্মদ্রোণপ্রমুখতঃ সর্ব্বেষাঞ্চ মহীক্ষিতাম্। উবাচ পার্থ পশ্যৈতান্ সমবেতান্ কুরূনিতি ॥২৫॥
( যুগ্মকম্ )

তত্রাপশ্যৎ স্থিতান্ পার্থঃ পিতৄনথ পিতামহান্। আচার্য্যান্ মাতুলান্ ভ্রাতৄন্ পুত্রান্ পৌত্রান্ সখীংস্তথা।
শ্বশুরান্ সুহৃদশ্চৈব সেনয়োরুভয়োরপি ॥২৬॥

---

হায়জবগী লাক্পনি, পাণ্ডবশিংগদি থোইদোক্পা যেংথিনব লৈতে হায়না লাক্পনা কনা কনানো ? অদুগী মতুংইন্না চপ্‌চা চান মতৈ পীগে হায়বা অর্জ্জুনগী ভাবনি ॥২২॥

লাল্লবা, মবুক্চেল্ ফত্রবা দুর্য্যোধনগী মীচঙ্ ওইনি হায়দুনা লাক্লিবশিং অসি মীপূম্ থীংনা অমুক্ত উজহৌখিগে ॥২৩॥

মনুংগী ভাবঃ—পাপী দুর্য্যোধনগী মীচঙ্ ওইনি হায়না থবাই য়াওনা লাক্পশিং অদুদি ঐগী য়েক্লবমক্নি। মখোযবুদি মতীক্চাবা দণ্ড পীকম্ থোক্‌ই। মাগী মচাক মরল্ চাকগে হায়দুনা তুক্ লাক্প, পাণ্ডব ঐখোযবুদি নুংশিবিবা কনাগুম্ব যাওরম্লবসু য়েংজহৌগে হাযব অর্জ্জুনগী ভাবনি ! থাজৈশেংনা য়েক্লব ওইবশিং অদুগদি কন্না চোব্শিন্ন শোক্লগে, অদুগা ঐখোযবু নুংশিবিবা অহল্লমন্ ভীষ্মনাচিংবগদি শান্ন-শান্ন লৈতেংগী লান্ন শোক্লগে হাযবা অর্জ্জুনগী ভাবনি ॥২৩॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—ভরতনন্দন, মহারাজ ! অর্জ্জুনন অসুম্ন হাযরবদা, কৃষ্ণনা কৌরব-পাণ্ডব পক্ষ অনীমক্কী মরক্ত, ভীষ্ম-দ্রোণনচিংবা অকন্নব অমাদি অতোপ অতোপ্প নিংথৌশিংগী মনাঙমক্তদা রথ অদুবু থন্নগা "অর্জ্জুন ! নংনা যেংগদবা যেল্লো— কৌববলান্মীশিংদ কনাকনা য়াওরিবগে হায়বত্ত"—অসুম্ন অর্জ্জুনদ হাযখি ॥২৪—২৫॥

মনুংগী ভাবঃ—কৌরব-পাণ্ডবকী লান্মি, মান-মান নুংশিব-যাওনীঙবা পক্ষদা অকন্নবমথৈ লোযন য়াওনরে হাযবাস খঙ্‌ন-খঙ্‌ন, "কনা কনানো অমুক্ত য়েংজহৌখিগে" হাযবসি তাবদা, লান্মীমরক্ত রথ থাম্ফম্ থোক্ত্রবস্ত, অর্জ্জুনদা জ্ঞান তারুনবগী চপ্‌চাব অরেপ্প মফম্ মতম্ অম ওইরবনা কৃষ্ণনা রথ অদুবু থাখিবান। অরান্‌বগী মাযকৈদা যাওরিবনা কনা কনানো, অচুম্বগী মীচঙ ওইরিবনা কনা কনানো হাযবত্ত মীপূম্ থীংন যেহল্লগা জ্ঞান তাক্কে হাযবগীদমক্, অদুগা মহারথী রথীনা হায়বা মতুংগ্লই সারথিনা তৌব তাবদগীসু কৃষ্ণনা রথবু থাম্থিবনি ॥২৪-২৫॥

অদুগী তুংদ অর্জ্জুননা লান্মী তোঙ্গাল্ মাযকৈ অনীমক্ত—মপা-মপল্-মখুড়া থোক্পা, মবুথো থোক্পশিং, ওঝাগুরুশিং মামাথাক্পশিং, মচীন্ননাও-মচামশূ থোক্পশিং, মক্কপ মপাংশিং মকুমক্মাক্ থোক্পশিং—অসিনচিংব ঙাক্ত উখি ॥২৬॥

তান্ সমীক্ষ্য স কৌন্তেয়ঃ সর্বান্ বন্ধূনবস্থিতান্। কৃপয়া পরয়াবিষ্টো বিষীদন্নিদমব্রবীৎ ॥২৭॥

## অর্জ্জুন উবাচ।

দৃষ্ট্বেমান্ স্বজনান্ কৃষ্ণ! যুযুৎসূন্ সমবস্থিতান্। সীদন্তি মম গাত্রাণি মুখঞ্চ পরিশুষ্যতি ॥২৮॥
বেপথুশ্চ শরীরে মে রোমহর্ষশ্চ জায়তে। গাণ্ডীবং স্রংসতে হস্তাত্বক্ চৈব পরিদহ্যতে ॥২৯॥

মনুংগী ভাব ঃ— লৌরী-ইংখোলগী অমদি, মাগী মাগী স্বত্ব মুম্নবগী থৎনচৈনব-হাৎনব থিন্নবাসগী মহৌশান। মক ওইবদি শাগৈ-নাতৈ মচামশূ-মচীম্নাওশিংতনা ওইরবোরে হায়বসি উখি। হায়রিবশিং অসি, মাগী পক্ষদস্থ মীগী পক্ষদস্থ অনীমক্ত ঈয়াও য়াওরম্বত্থ উরে। ঐগী মাযকৈদ য়াওরম্মি, ঐগী মীগী মীচং শোযদনা ওইরবনি হায়বসি হায়নিংঙাই লৈতে হায়বসি উখি—খঙ্খি হায়বনি ॥২৬॥

অসিগুম্ব, মন্নপমপাং শাগৈনাতৈ ময়াম্ন পক্ষ অনীমক্ত য়াওরম্বত্থ উবদা মখোযনা তৌরিবা অবস্থত্থ উবদা মাযথোং লা'শন্ন অর্জ্জুন্না হায়খি ॥২৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—কদাযন অচুম্বনো, কদাযনা লান্বনো, হায়বত্থ ঈখঙ্ খঙ্দনা অমদি খল্লদনা, হাযজবদগী চাঁয়োন্দগী, মাগী মাগী ওইজবা থেংবদগী, অবান্বগী মীচঙ্ চঙ্লিবা, অত্থগা মখোযগী হাক্তক্রগী অচুম্ব, কারস্থ খঙ্জদব, মী কযাগীস্থ থরাই মাঙগদৌরব। অত্থ উবদা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়খিবনি। ॥২৭॥

অর্জ্জুনন হায ঃ—কৃষ্ণ! লালক্‌ম্ অসিদা তিল্লারবা শাগৈ নাতৈ মন্নপ-মপাং ময়াম্ আসবু উবদা, ঐগী হকচা কাযাৎ পুম্বসি হীকথাখ্র, চীন্বান্ থক খাসি থ্রক-থ্রক্ কংথ্রে ॥২৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—শাগৈনাতৈ ঙাইশল মন্নপমপাং অমদ প্রজ্ঞাশিং পুম্নমক্‌পু নুংঙাইহনগে যোক্কে হাযনগী, ক্ষাত্রিয মচানা খুংলায পাযবনি। অত্থদি নত্তনা, হকচাং আসনা অহোয়নত্থম্ মখোয়বু হাৎনবা মখোযগা থেংননবা ওইরম্বাসদা, মাত্থ খল্লবদ, হকচাংপুম্ব। হীকথখে হাযবনি। মাত্থগীনি হাযন খন্দুনা থবক্ তৌগৎলূবগ, ওইরম্‌দ্রবদ, তন্থব হন্দোকপ, হীকথব হায়বসি জীবগী ধর্ম্মনি ॥২৮॥

হকচাংদ নীকপ, তুজুংব পোক্‌লে। গাণ্ডীব লীকংন মথস্তনা খুত্তগী নাম্থজাখ্র। হকচাংগী কুংযাম্ (উন্) অস মৈশা লাবদোনা প্রাক্ প্রাক চাক্লাক্ল ॥২৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—মশাগী অমাঙব ওইগদবা তৌব চেংনদবা, তঙকপ-তুক্কচবা খঙলক্‌প পোক্‌লক্‌প মতম্‌দা হক্চাদা নীক্‌প তুজুবন চংশাস হেনশানি। নীকপা তুজুবা পাক্লকপসিন, অর্জ্জুন ঐনা তৌগাদৌরিব থবক্ অসি ঈশাগী লেশা তাননবা, মাঙননবা অমদি তুক্কচরবা থবক্কি, হাযবসি অর্জ্জুনগী মনুংগী ভাবনি ॥২৯॥

ন চ শক্নোম্যবস্থাতুং ভ্রমতীব চ মে মনঃ। নিমিত্তানি চ পশ্যামি বিপরীতানি কেশব ॥৩০॥
ন চ শ্রেয়োঽনুপশ্যামি হত্বা স্বজনমাহবে। ন কাঙ্ক্ষে বিজয়ং কৃষ্ণ! ন চ রাজ্যং সুখানি চ।
কিং নো রাজ্যেন গোবিন্দ! কিং ভোগৈর্জীবিতেন বা ॥৩১॥
যেষামর্থে কাঙ্ক্ষিতং নো রাজ্যং ভোগাঃ সুখানি চ। ত ইমেঽবস্থিতা যুদ্ধে প্রাণাংস্ত্যক্ত্বা ধনানি চ ॥৩২॥
আচার্য্যাঃ পিতরঃ পুত্রাস্তথৈব চ পিতামহাঃ। মাতুলাঃ শ্বশুরাঃ পৌত্রাঃ শ্যালাঃ সম্বন্ধিনস্তথা ॥৩৩॥
( যুগ্মকম্ )
এতান্ ন হন্তুমিচ্ছামি ঘ্নতোঽপি মধুসূদন। অপি ত্রৈলোক্যরাজ্যস্য হেতো কিং নু মহীকৃতে ॥৩৪॥

কৃষ্ণ! ঐ চুম লেপ্প-কম্ব কাও ঙম্‌শিল্লক্তে। পুক্নীং ( রাখল্ ) অসি কোয়বৈ লৈরক্লে। তৌকব থবক পুন্নমক্কী মরম্ অমদি খুদম্ পুম্বসি পূম্মান্ ওয়ত্রে ॥৩০॥

মতুংগী ভাব :—লাল্ শোক্নবগী, খুৎলায়তম্ব-হৈবগী মরম্ (হেতু) পুম্নমক্ অসি ঐনা থম্মত্রগ ঈওন ওয়রক্লে। থবক অদু তৌরুরগ ঙহাক্ত চনীঙতোন মম্ব-কেপ্পনচিংবা যারক্কবসি কার্য্য (থবক্) গা কারণ (মরম্) গা ওন্ন তৈননবকপদগী থোক্‌পা ঙাক্কনি। অদু নত্রবদি, থবক অম তৌরকপদা পুক্নীং-থোম্বচিংবা কোয়বৈ লৈবগী মরম্ করিসু লৈতে হায়বনি ॥৩০॥

কৃষ্ণ! লান্দ, অসুক্ য়াম্ব শাগৈ নাতৈ অসিবু হাৎলগা ঐগী মঙ্গল ওইগনি হায়বসি—হায়ব উব ঙম্‌জদ্রে। অদুনা, লান্দা জয় ওইবসু পাম্‌জদ্রে, লৈবাক্সু ফংনিংদ্রে, নুংঙাইবসু পাম্‌জদ্রে। জনার্দ্দন! অসুক্ যাম্ব শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাং পুম্নমকসিবু দি হাত্তোক্লগা, লৈপাক্ল, নিংথৌ ওইবনা, হিংদুনা লৈবসিনসু ঐভোন্দা করি তৌনগনি? ॥৩১॥

মতুংগী ভাব :—শাগৈ নাতৈ, মরূপ মপাং, মাগী জাতিগী মীশিংদি অরা অনা তাত্তুনা চানীঙাই লৈতনা লৈরগা মশানা তাঙ্গব লম্ন নুংঙাইজবনি হায়না। নুংঙাইনা লৈথোক্পা মী অদুগী হিংঙনা লৈবগী কবিমত কান্নবা লৈতে ॥৩১॥

মখোযগীদমক্কনি হাযদুনা ঐখোয়না, লৈপাক-লম্হুম্-নুংঙাইব ফংনিংলিবা, লাইগুরু অহল্ লমন্, ঈপা ঈপল্, ঈশেশ্ ঈমাই, ইকু ইম্মাক্, ঈচা ঈশু অচগা অতাপ অতোপ্প অসুক্ যাম্ব মরূপ মপাংশিং অসিনা, মথৱাই পাম্মুদন লালকম্‌দ অহোযনদুম্ ঈমাঙদ লেপ্লুনবু লৈররে ॥৩২-৩৩॥

মতুংগী ভাব :—"মীওইবনা, মপ-মচা, মচীম্মনাও নুংঙাইহন্‌গনি হায়না তাম্লবা শেল্ অমদি লম্হুম্ অসিনা ঐবু হাৎননব, ঐগা থেংননবা ঈমাঙদ মখোযবু কৌশন্ননবপোৎশককুম্ থোক্লে" হায়ব অর্জ্জুনগী উাক্কনি। মীওইবনা অদুক্কী মতীক তানাশল্-পৈশিল্লগা, অহক্কী মতীক নাপল্ কল্লক-য়েংথিবগী মশীং হেন্‌হল্লি ॥৩২-৩৩॥

মধুসূদন! কৃষ্ণ! মখোয অসিনা করিগুম্ব ঐবু ( ঐখোযবু ) হাৎলগে হাযনা চঙশিল্লরুবসু, পৃথিবীসগী সিংহাসনদি থম্মু যম্বিথো, মরাল্ অহুমগী রাজ্য ফংগনি হায়ব ফাওনদ মখোযসিগ শোন্নব ঙম্মরাই ॥৩৪॥

নিহত্য ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ নঃ কা প্রীতিঃ স্যাজ্জনার্দ্দন ! । পাপমেবাশ্রয়েদস্মান্ হত্বৈতানাততায়িনঃ ॥৩৬॥
তস্মান্নার্হা বয়ং হন্তুং ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ স্ববান্ধবান্ । স্বজনং হি কথং হত্বা সুখিনঃ স্যাম মাধব ! ॥৩৭॥
যদ্যপ্যেতে ন পশ্যন্তি লোভোপহতচেতসঃ । কুলক্ষয়কৃতং দোষং মিত্রদ্রোহে চ পাতকম্ ॥৩৮॥
কথং ন জ্ঞেয়মস্মাভিঃ পাপাদস্মান্নিবর্ত্তিতুম্ । কুলক্ষয়কৃতং দোষং প্রপশ্যদ্ভির্জনার্দ্দন ॥৩৮॥ ! (যুগ্মকম্)
কুলক্ষয়ে প্রণশ্যন্তি কুলধর্ম্মাঃ সনাতনাঃ । ধর্ম্মে নষ্টে কুলং কৃৎস্নমধর্ম্মোঽভিভবত্যুত ॥৩৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—জীবশিং অসিগী মকমদা তৌরুবা হিংসাগী, পাপকী অমদি অনুতাপকী অরাবা অতুগী মরীক অমতত্নবু, মখোযবু হিংসা তৌরুবগা কংবা, মরোল অতুগী রাজ্যগী নুংঙাইবনা অমদি লম্থ্রুম থক কোকহনবা ঙমকোই। মীওইবগী লম্থুম অসি পাপকর্মনা কংবনা অপেনবা শীব ঙমজিবসিনি ॥৩৪॥

জনার্দ্দিন। ঈপাগ পোক্‌মিন্নবা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং অসিবু হাৎলগা ঐখোয়গী করি নুংঙাইব-লৈগদগে ? য়েক্লবনি হায়রুনস্ত মখোয়বু হাৎলবদি নুংঙাইবদি হায়রুনু, অহোযনত্তম্ পাপত্তুম্ পুগনি ॥৩৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—যেক্লবনি হায়রুনা, ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মনি হায়রুনা, লৌরী ইংপোলগীদমক্ত মপামচা মচীন্নাও যেংনদনা হাৎনবা অতুদি লৌরী ইংখোল, লম্থুম্ অতু কংননবা নৎলমদ্রে, পাপ পুননবা ওইবরে ॥৩৫॥

মরম্ অতুনা, কৃষ্ণ। ঐ, নিংথৌশিং অসিগা লোয়ননা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং অসিবু হাৎপ ঙমজরোই। মরমদি শাগৈ নাতৈশিং অসিবু হাৎলগা করি নুংঙাইনকম্ লৈবগে ?॥৩৬॥

মনু'গী ভাব ঃ—যেক্লবা-মব্বপ্, ওইবদি ঙহাক্ ঙহাক্কীনি, অতুগা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংগ থোক্লরিব সম্বন্ধ অসি'দ ঙহাক ঙহাক্কী নত্তে। অতুনা, মখোয়না ঐগী যেক্লবদি ওই হায়ববু শাগৈ নাতৈ হাৎপা হায়বত্নদি থোক্‌পা তারে। অতুনা মখোয়বু হাৎপদি যেক্লবা নত্রে, শাগৈ হাৎপনি। অতুনা শাগৈ হাৎলগা করি মঙ্গল ওইগনি ? শাগৈগী ঈদ ঐগীসু ঈনি। অতুনা শাগৈ হাৎপদি ঈশাবু হাৎপনি, আত্মাঘাতনি। ॥৩৬॥

জনার্দ্দিন। অপাম্বা-মিৎৌবতনা, ধৃতরাষ্ট্র মচাশিংসিগী অককত্তগী রাখল, অদো পুম্মাঙ্ মাঙখিবসিনা মখোযনা, শাগৈমুংৎনবগী মব্বপত হিংসা তৌব পাপ অত্ত উব কংজদ্রবস্ত ঐখোযদি দোষ-পাপ অত্ত মযেক লান উার। অতুনা, অউব ঐখোয়দি করিগী পাপ আসদগী নম্থোক্লবা হোৎনরোইদগে ? ॥৩৭—৩৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—মমীত্তাঙবা, চৎমিন্নব অমনা কত্তব অমাং অশোয়দ চৎলগা অমদি চৎাল হায়রুনা অউব ঐখোয়সু চৎকদর ? অউব ঐখোয়না লান্দগী হন্দোক্‌খ্রবা মখোযস্ত মরাইনা লান্ অসিদগী হায়বদি পাপ অসিদগী হন্দোক্‌খিগনি। লম্বীদ তিথং উব শীনা লাম্থোক্লবা হোৎনৈ। উদবনা অতুম্ নেৎলুই ?॥৩৭—৩৮॥

শাগৈ মুংৎপদগী, মতম্ কুইনদগী চৎনরক্‌প শাগৈগী ধর্ম্ম (কুলধর্ম্ম) অসি মরূ কংন মাংগ'ন।

অধর্মাভিভবাৎ কৃষ্ণ। প্রদুষ্যন্তি কুলস্ত্রিয়ঃ। স্ত্রীষু দুষ্টাসু বার্ষ্ণেয়। জায়তে বর্ণসঙ্করঃ ॥৪০॥
সঙ্করো নরকায়ৈব কুলঘ্নানাং কুলস্য চ। পতন্তি পিতরো হ্যেষাং লুপ্তপিণ্ডোদকক্রিয়াঃ ॥৪১॥
দোষৈরেতৈঃ কুলঘ্নানাং বর্ণসঙ্করকৈঃ। উৎসাদ্যন্তে জাতিধর্মাঃ কুলধর্মাশ্চ শাশ্বতাঃ ॥৪২॥

---

শাগৈগী ধর্ম্ম অসিনা মন্ন কংন মাঙ্ শ্রবদি শাগৈ মাঙহন্‌বগী পাপ অত্তনা মশক্ নাইনা লাক্কুনা শাগৈগুগী তুংগী মীয়োল্‌বুস্নু মাঙ্ হন্‌গনি ॥৩৯॥

মওুংগী ভাব ঃ—লান্দা শাগৈ নতৈ মন্নাম্ অসি শিগ্রবদি তুংগী মীয়োন্দা অকব পাউতাক্ পীবিনীঙাই লৈতগুনা, শাগৈ শেল্ অমগামগ কননব লম্বেল্ তাক্নব হায়ব কুলধর্ম্ম অদু মাঙ্ লবদা, তুংগী হৌরকপা শাগৈগী অঙাংশিংনা নত্তব-অয়ান্‌ব লম্বীদা চৎলক্‌ই ॥৩৯॥

বৃষ্ণিশাগৈগী চাওখৎননবগী মশক্ ওইরবা। শাগৈগী মনুংদা অসিগুম্ব পাপ অদুনা চঙশিল্লক্লবদি, শাগৈগী মৌ-নুপী পুম্নমক্কী মরম্‌চৎ কৎলক্তে শাগৈগী মৌশিং অদুনা মরম্‌চৎ কৎলক্ত্রবদা লাম্নদুন পোক্‌প মচা জাৎ-জাৎ য়াম্ন পাল্লক্কনি ॥৪০॥

মওুগী ভাব ঃ—শাগৈগী নিয়মনা কাযরক্লবদা, শাগৈগুগী নিপাসু নুপীসু লোইননা মান মান থোকপ তৌবক্কনি। ঙঙ্‌বিনব থিংবিনব কনা অমতসু লৈরোই। জাৎ-অজাৎ যেংদনা অমগ অমগ অপাম্-নুংশিনবা লোন-লৈনব হাযবদুদি লৈহৌরগনি। অদুদগীদ, নুপীনহাশিংনা মান মান পোক্‌প-পাম্ব নিপানহাগ তন্ন-খোৎনদুনা লাম্নবমচা পোক্লক্কনি। লাঞ্জাও অমমম্‌গী মতুংদা অংগম্ব জাতিগী নিংথৌনা পান্‌বা মতম্‌দা পোক্‌পা প্রজাগী মচাশিং অসি বর্ণসংকর ওইগাল্ল। ॥৪০॥

অসুম্বা লাম্নদুনা পোকপ মচাশিং অদুনা, শাগৈ মাঙহন্‌বা মনা-মপাশিং অদুগী অদুগা লাইরৈবাক্কে লৈনা মপা-মপুশিং অদুগী নবক তাননবগী লম্বী (মরম্) ওই। মরম্‌দি লাম্নদুনা, জাৎ অমগ মগ তিম্নদুনা পোক্‌পা মচাশিং অদুনা পীবকপা শ্রাদ্ধ তর্পণনচিংবদু চাবদা মখোয অদু লোইন নরকত তাই ॥৪১॥

মনুংগী ভাব ঃ—গৃহস্থাশ্রমদ লৈদুনা মচা নিপা অশেংব পোকতল্লবগী প্রযোজন (কান্নবা)দি, হযেং প্রেতলোকত লৈথ্রবদুদ মচা অদুনা শ্রাদ্ধ-তর্পণনচিংব তৌবক্কুনা, মাগুদা কংব বস্তু অদু চারগা পিতৃলোকত লৈবাশিং অদুনা স্বর্গ যৌনরিবদুনি। শেদব, লাম্নদুনা পোকপা মচামশূনা পারক্লবদি মাগু চাকবগা পিতৃলোক অদু নরক তাই। পীরক্তদুনা চানিঙাইলেত্রবসু রাথ। লাম্নদুনা পোকপা মচা হাযবাস মথল্ অনীনি—"হঙ্গংনপোকপা" হায়ব অম, হস্থনপোকপা হায়ব অম। মঙোন্দগী হেন্‌গৎপা জাৎকী নুপীদ লাম্ননা পোক্লুবা নচা অদু "হস্থন পোকপা"নি। মঙোন্দগী হস্থব জাৎকা নুপীদ লাম্নন পোক্লুবা মচা অদু "হঙ্গংন পোকপ"নি। হাযবিবা মচাজাৎ অনীসি মপা মপুগী শ্রাদ্ধা তর্পণনচিংব তৌবগী আধকারী ওইদে। অদুনা, অসিগুম্বা বর্ণসঙ্কর মচা পোক্লবদি মপামপু

উৎসন্নকুলধর্ম্মাণাং মনুষ্যাণাং জনার্দ্দন ! । নরকে নিয়তং বাসো ভবতীত্যনুশুশ্রুম ॥৪৩॥
অহো বত মহৎ পাপং কর্ত্তুং ব্যবসিতা বয়ম্ । যদ্রাজ্যসুখলোভেন হন্তুং স্বজনমুদ্যতাঃ ॥৪৪॥
যদি মামপ্রতীকারমশস্ত্রং শস্ত্রপাণয়ঃ । ধার্ত্তরাষ্ট্রা রণে হন্যুস্তন্মে ক্ষেমতরং ভবেৎ ॥৪৫॥

---

লোইন নরক তাই। অদুবু যুগ-ধর্ম্মগী মতুংইন্না, হন্তব জাংকী নিঙোলগী গর্ভদা পোকপা বেদব্যাসনু পিতৃতর্পণনাচিংবগী অধিকারীদি অদুম্ মওইখি ॥৪১॥

শাগৈ মাঙহন্নবা, ব্যাভিচারীশিং অদুগী বর্ণসঙ্কর ওইব মচাশিং পোকহন্নবগী পাপ-দোষ অদুনা, মতম্ কুইনগীদমক্ জাতিধর্ম্ম, কুলধর্ম্ম, অমদি আশ্রমধর্ম্মশিং অসিবু উৎ ওইন মাঙহল্লি ॥৪২॥

মনুংগী ভাব :—করম্ব জাতিগী মমা-মপানা পোক্লবনো হায়বদু খঙদবনা বর্ণসঙ্করশিংগী জাতিধর্ম্ম অদু লেপ্পবা ঙমদে, অদুনা ধর্ম্ম অদু মুৎলি। ধর্ম্ম অদু মুৎপবদা সামাজিক ধর্ম্মসু মুংলি। সমাজগী ধর্ম্মনা মুৎপবদা মানবজাতি পুম্বগী অমাঙ্‌বওইরকই—হায়বনি। সমাজ অমগী চাওখৎহনবদা লৌকিক ধর্ম্ম হায়বদি সমাজ ধর্ম্মনা মকনি ॥৪২॥

কৃষ্ণ! কুলধর্ম্মনবু মুৎশি-মাঙশিনবদা, মীওইবনা শোয়দনা নরকগামী ওই। মাসি ঐখোয়না শাস্ত্রদগী তাব ফংঙ ॥৪৩॥

মনুংগী ভাব :—ধর্ম্মবু লৈত্রবদি পাপকী মুৎপ-মাঙবা হায়বদু মরৈত্রে। পাপ অদুনা লৈরিব মখৈ মীওইবনা নরকত লৈ-তাই। অরাব-অনংবা লোইত্রিবসি তৌখিবা পাপকর্ম্ম অদুগী মহৈচাবা লোইত্রিবননি ॥৪৩॥

ওস্তোকপান! অঙকপনিদা! ওস্তোক্র চাউরবা কত্রবা পাপকী থবক্ অমিদা চঙঙ্গরেদা। ইস্! বারিসু লৈত্রবা লৈপাক্ সিংহাসন থরগীদমক্, অসুক্ য়াম্ব শাগৈ নাতৈ মযাম্ অসিবু হাৎকে তৌকবে। ॥৪৪॥

মনুংগী ভাব :-নুমিৎ-খান পাল্লিমখৈ কোক্ল বাইদোব পাপকীদমক্ ঐগীনি-মাগীনি হায়হনা ঙহাক্ ঙহাক্‌কী ওইব লৌরা ইখোলবু ফংগে হায়বগীদমক্ কোকায়-লুকাইনবগী থবক্ চঙবা অসিমুক্ ঙকপা সংসারদা। গত্রে হায়বনি ॥৪৪॥

কৃষ্ণ! ঐ খুৎলায় পায়খক্চরবোই, যেক্লবনি হাম্বরিবশিং অসিনা কাপ্‌ণক্ থারক্রবসু খুৎ হল্পররোই। অদুম্ তৌরিঙৈদা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা ঐভোন্দা কাপ্লক্রবসু, হাৎপু হাৎপ্রবসু মাদুনদুম্ ঐগীদি মঙ্গল ওইরনি ॥৪৫॥

মনুংগী ভাব :—মাদুম্ তৌরবাদি ক্ষাত্রয়গী ধর্ম্মগী মতুংইন্না লান্দ শিবা, লান্দগী চন্দব হায়বমসু থোক্‌হোৱে, অহমন্, শাগৈনা তৈদা হিংসা তৌদব, জীবহিংসা তৌদবা হায়নদুগ থাকহোরে ॥৪৫॥

## সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্ত্বাঽর্জ্জুনঃ সংখ্যে রথোপস্থ উপাবিশৎ। বিসৃজ্য সশরং চাপং শোকসংবিগ্নমানসঃ ॥৪৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভগবদ্গীতাপর্ব্বণি পঞ্চবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

গীতায়াস্তু প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—অর্জ্জুননা মতৌ অসুম্না, অরাব-মুওাইতব-নীওডম্‌দবনা থম্মোয় থুমৎথ্রদ্ধনা, অস্থম্ হায়না-হায়না খুৎলায় থাদোক্‌খ্রে। তুমিন্ন, লাল্‌কম্ মগ্নাযদ, রথমথক্ত কম্‌দুনা লৈখ্রে ॥৪৬॥

মসুংগী ভাবঃ—মুন্ন খস্থরুরগা দোষ ঈরৈ লৈতবা থবক্ অমত সংসারদ লৈরম্ভ্রবদুদা কনাগী, ক্ষত্রিযগী ধর্ম্মাধর্ম্ম পুম্নমক্ থৌওইদনা ত্যাগী-সন্ন্যাসীগুম্ন উদাসী ওইদুনা লৈথোক্‌খ্রে। হায়বদি, দোষ মরীক্ অমত ফাওবা যাওদব কর্মসি লৈবম্ভ্রবদুদা জ্ঞানীশিংনা কর্ম্মসন্ন্যাসী ওইগে হোৎনবনি। মমাঙৈদা নাপন্দ তাউদুনা লৈরিঙৈদদি, মহাক্না তৌখিব থবক পুম্ব দোষ য়াওদবা অকবত ওইবোক্ত খল্লম্মি। মাদু চপ্‌চানা কর্ম্মক্ষেত্রদা চোংথোরকলবসিদদি খঙ্‌লক্লে ॥৪৬॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভগবদ্গীতাপর্ব্বগী কুন্মঙাশুবা অধ্যায লোইরে। শ্রীমদ্ভাগবদ্গীতাগী অহান্‌বা অধ্যায়স্থু মফম্ অসিদা লোইরে।॥

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ

### অনীশুবা অধ্যায়

( সঞ্জয়না গীতা তত্ত্ব লীবা )

—:( * ):—

সঞ্জয় উবাচ।

তং তথা কৃপযাবিষ্টমশ্রুপূর্ণ কুলক্ষণম্। বিষীদন্তমিদং বাক্যমুবাচ মধুসূদনঃ ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচ।

কুতস্ত্বা কশ্মলমিদং বিষমে সমুপস্থিতম। অনার্য্যজুষ্টমস্বর্গ্যমকীর্ত্তিকরমর্জ্জুন। ॥২॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—অদুক্ য়াম্বা শাগৈ নাতৈশিং শত্তবু নুংশিরক্তুনা, মখোযন শিখিগদবা, মখোযগা—কাযনগদবা, অমদি মশানা তৌগে খল্লুবা পাপকী থবক, অসি পুম্নমকসি খল্লুবদা মাহুগী নুঙাইতবা রাবনা, পিতন মীং অনীগু কৃপ্ খিদুনা তুমিম্ন হৈনিংদনা লৈগ্রবা অর্জ্জুনগী মকম্দা কৃষ্ণনা অস্তুম্ হাযখি ॥১॥

মনুংগী ভাবঃ—মপান্গী দেহশিং অসিবু মচানি, মশূনি, মমা মপানি, হায়না খন্খিদুনা মখোয়বু কাযনরে-কায়ননি হাযবগী অরেম্বদা মাপত তাবা কপ্শিন্নবা, শুম্হৎলবা, অদুগা, করিস্নু লৈত্রবা, মীত্তা পঙ্উ উবা নাম-রূপতগী মশক ওইরবা দেহগী মিকানকবদগী মীওইনা পোক্পগী মথৌ (অচুম্বকর্ম্ম) থাগে খল্লব অর্জ্জুনগী মকম্দা কৃষ্ণনা লম্জিংবা ( সারথি ) ওইদুনা জ্ঞান তাক্খি—হায়বনি।

কৃষ্ণনা হায়ঃ—অর্জ্জুন! অসিগুম্ব থুদোংথীরবা, ইতাউ তাউনা ওহাক্ত লৈবা য়াত্রবা, মকম্—মতম্ অসিদা কদাইদগী নঙোন্দা অসিগুম্ব শুম্হৎপগী মওং অসি লাক্লবনো? নংন তৌরিব থাল্লবসিদি, আর্য্য ওইব, সজ্জন ওইবশিংনা তৌনব নত্তে, মিংচৎ থীননবা থবক্নি ॥২॥

মনুংগী ভাবঃ—সংসারগী মশক্ লৌরবা, মশা মশাগী ওইজবা তান্বদগী অমনা অমগী মাঙ্ননবা তৌরবা, তৌনরি হাযবস্নু খঙনত্রবা মীকূপ্ যাকাব য়াদনা ওহাক্ত কীবম্ তাউনা লৈব, চেক্শিন্দবা যাত্রবা, লাল্কম্ অসিদা জীব নংনা মীওইবগী দেহদা লাক্লগা করিগী অরেম্বদা জীবন শাগী লৈখা তানবা ওইবা, মমাঙৈগী যোগীশিংনা চৎনরম্দবা থবক্পু তৌগে খন্গে? লৈরিবা দেহসিবু অর্জ্জুননি—ভীষ্মনি খন্দুনা জীব নংনা কারগী নথৌ থাগে খন্বগে?—হায়বনি ॥২॥

ক্লৈব্যং মাস্ম গমঃ পার্থ! নৈতত্ত্বয্যুপপদ্যতে। ক্ষুদ্রং হৃদয়দৌর্বল্যং ত্যক্ত্বোত্তিষ্ঠ পরন্তপ! ॥৩॥

অর্জ্জুন উবাচ।

কথং ভীষ্মমহং সংখ্যে দ্রোণঞ্চ মধুসূদন।। ইষুভিঃ প্রতিযোৎস্যামি পূজার্হাবরিসূদন! ॥৪॥

গুরূনহত্বা হি মহানুভাবান্, শ্রেয়ো ভোক্তুং ভৈক্ষ্যমপীহ লোকে।
হত্বার্থকামাংস্তু গুরূনিহৈব ভুঞ্জীয় ভোগান্ রুধিরপ্রদিগ্ধান্ ॥৫॥

---

পৃথাগী মচা! নং থক্ রাগনু, পাণ্ড্দবা ওইগনু। নংত্তোন্দা অসিগুম্বা অরাবা অমদি পাণ্ড্দবগী মতৌ অয় লাক্পসে মতীক্ চাদে, চুম্দে! অতুনা অকন্বা! য়েক্কব গুম্বা! নংগী থম্মোয়গী আসগুম্বা অশোন্বা পাণ্ড্দবা মতৌ অসে থাদোক্উ,—হৌগৎলু, লাল্ তৌ ॥৩॥

মমুংগী ভাব ঃ—অকন্বা থবক্ কয়া তৌরক্লুনা, জগৎত লেঙ্দ্রবা, জগৎ শীম্হুংলবা মিংচৎ তাল্লক্ক্লা নহাক্কি। অদুগুম্ব নহাক্ক পাণ্ডবা অযম্বগুম্বা হায়দোরক্পসে হৌনদে মতীক্ চাদে। অদুনা, হায়গী মিংচৎ অমদি থৌনা অদু করিস্থু লৈত্রবা রাখন্দা মাঙ্হন্গনু ॥৩॥

অকুপ্প অর্থ ঃ—কল্লব, জীবগী মতীক্ চপ্ চাব, থবক্ মথং মথং তৌরক্লূনা য়াম্না রানা জীব নহার। তাইবং মীগী দেহদ য়ৌরক্লবান। অসিগুম্ব থাক্ত য়ৌরক্লবা নংনা, মপাম্থোংগী দেহবু নংনি-ঐনি-মানি হাযনা উত্তুনা দেহতুগী মিকানহুনা চপ্ চাব নথৌ (ধর্ম্ম) তৌদনা করিগী কপ্-লাউত্তুনা তুক্কক্ তুকাই চন্দুনা লৈরি। জগৎ শীম্হুংব মিংচৎকী কংনকম্ মানব-দেহদা জীব নংনা লাক্লগা করিগী গুম্হল্লনা চপ্চাব নথৌ খণ্ড্রিবনো? ॥৩॥

অর্জ্জুননা হায় ঃ—যেক্কবা গুম্ব কৃষ্ণ! পূজা তৌননবগী মশক্ ওইরবা ভীষ্ম অমদি দ্রোণদ মতৌ করম্ম ঐনা খুৎলায়না থারসিগে? ॥৪॥

মমুংগী ভাব ঃ—যেক্কববু হাৎপ হাযবসি ক্ষাত্রযগী মথৌন-ধর্ম্মনি, চুম্মি। অদুবু, মীশক্ অমতন ঐগী ঈকম্দা যেক্কবস্থু ওইরব পূজা তৌননিঙঙাইগ্ন ওইরবা, অদু ওইরবদি পূজা তৌননিঙাই ওইবগীশকক অদুনা যেরং ওইবদুদগী আথাইবান। অদুনা, পূজা তৌননিঙাই ওইরবা, ঈপা শক্লবা ঈবুধোবু, ঈথুং পাযতুনা তম্বি ক্লাকপিরক্লব। গুরু দ্রোণবু যেক্কবগী মায়কৈদা য়াওরম্মী হায়দুনা করম্না হাৎসিগে? গুরু ওইব তাযবসিদ যেরব ওইদ্রেভৈদস্থু অদুম্ মওই, য়েরব ওইরব তুদস্থু অদুম্ মওই। যেক্কবা মব্দাপ্ ওইবাদ ঙহাক্ ঙহাকীনি। অদুনা মীওইবা ঐনা ঙহাক ঙহাকী রাখল্ অমদি পোশক অদুগীদমক থবক তৌরারাই ॥৪॥

পূকচেল্ চাউরবা গুরুজনশিং অসিদা হিংসা তৌদবনা মরম্ ওইদুনা ভিক্ষা নিদুনা চাব হিংবা তারবস্থু, মাদুনা ঐত্তোন্দা মঙ্গল ওইবগনি। ধনসম্পত্তি পাম্নবা গুরুজনশিং অসিবু হাত্তুনা বিষয় ভোগ তৌরবাদ ইহলোক অসিদা মখোযগী ঈনা পূম্তে তৈরবা ভোগ ময়াম্ অদু ফংবা চাব তারে ॥৫॥

ন চৈতদ্বিদ্মঃ কতরন্নো গরীয়ো যদ্বা জয়েম যদি বা নো জয়েয়ুঃ।
যানেব হত্বা ন জিজীবিষামস্তেঽবস্থিতাঃ প্রমুখে ধার্তরাষ্ট্রাঃ ॥৬॥
কার্পণ্যদোষোপহতস্বভাবঃ পৃচ্ছামি ত্বাং ধর্মসংমূঢ়চেতাঃ।
যচ্ছ্রেয়ঃ স্যান্নিশ্চিতং ব্রূহি তন্মে শিষ্যস্তেঽহং শাধি মাং ত্বাং প্রপন্নম্ ॥৭॥

---

মনুংগী ভাবঃ—ভীষ্ম দ্রোণনা চিংবা অহল্লমন্‌শিং আসদি, পূক্‌চেল্ চাউবা মীমক্তনি। মরম্‌দি, মখোয়দা মাসিনা ঈচানি-মীচানি হায়বা লৈবা পোৎ নত্তে। ঐখোয়বু সুংশিদতুনা দুর্যোধনবু হেন্ন নুংশিদুনা দুর্যোধনগী পক্ষদা যাওখিবা অমত নত্তে। মাগী মচাক্‌মরল্ চাদুনা নহাল্‌মখৈ লৈরক্‌পদুগী লমন্‌শিংগে হায়দুনা চুম্ন থোক্‌চরক্‌পনি। মাসদা, মখোয়বু হাৎলবদি কংগদোরিবা সিংহাসন অসি মখোয়গী ঈনা তৈরবা সিংহাসননি। হায়বদি, সিংহাসন হায়বসি, রাজ্য পুম্বগী মহূৎশিন্‌বনি। অদুনা, সিংহাসন অসি শাগৈগী ঈনা তৈরবা হায়বদু থোক্কে। শাগৈগী ঈনা তৈরবা সিংহাসনবু ভোগ তৌবা হায়বসি শাগৈগী ঈ থক্‌পনি। শাগৈবু মচীন্নাওবু হাৎলগা, নমথাক্ তারগা ফংলবা লোরি ইংখোল্ অদো, লোরি ইংখোল নত্তে, ঈনি, ঈমতুম্‌নি ॥৫॥

ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবু জয় তৌবনা ফরিবব নত্রগা মখোয়না ঐখোয়বু ভম্‌খিবা হাৎখিবনা ফরিববা হায়বাসি ঐ লেপ্পবা ভম্‌দ্রে। অদুগা মখোয়বু হাৎনিঙাই থোক্কদ্রবা, হিংসা তৌগে খল্লৈদ্রবা মখোয় অসিনাদ, ঐখোয়বু হাৎচৌ হায়বগী মতাংগুম্ন ঈমাঙ্‌দা চঙ্‌শিল্লক্লি ॥৬॥

মনুংগী ভাবঃ—ক্ষাত্রবগী ধর্মান হায়দুনা ঈচা ঈশূ-ইপা ঈচা খঙ্‌দনা শঙ্‌হাৎ হাৎনহনা, মখোয়বু জয় তৌবাসনা ফরিবরা নত্রগা ক্ষাত্রয়গী ধর্মাসি থাদোক্তুনা খুৎলায় ঈহন্ হন্দনা মখোয়না ঐবু হাৎখিবসিনা ফবিবরা, হায়বাসি খনযম্ থোক্ত। মখোয়সি লৈরম্‌দ্রবদি তুমল্লা চৎথগে হায়ববু মখোয়স্তু খুৎলায় পায়র-পায়রদুনা ঈমাঙ্‌দা লেপ্লাব। মশানস্তু হান্ন লাল্লবা, অদুগী মথক্তু নখুত্ত খুৎলায় পায়দুনা ঐবু হাৎকনি হায়না লেপ্পরবা অসিদা, মখোয়দা করিমত তৌবদনা তুমিন্না হন্‌খিবনা ফরিবরা ? করিমত খনক্ম্ থোক্কে। হায়বদি, অততায়ী খোকপগীস্তু অসিরাই মঙায়রে, শাগৈ থোক্লবগীস্তু অসিরাই মঙায়রে। অততায়ী হাৎপনা ধর্মবা, শাগৈনাতৈ হাত্তবনা ধর্মরা ? অস্নুম্ন জ্ঞানী গুরু কৃষ্ণদ হংবান ॥৬॥

কৃষ্ণ পূর্বীদা হৈনদবা, অমাদ শাস্ত্রবকপা মঙ অম লাকপসিনা ঐগী তেজবীর্য্য পুম্ব মাঙ্‌হনখ্রে। ধর্ম কদায়না হায়বদু হৌজিক পুক্নীনা লেপ্পনা ভম্‌দ্রে। অদুনা ঐগী অফব, মঙ্গল ওইগদবদু হায়বিযু। ঐসি নহাক্কী শিষ্যনি, নঙোন্দা চঙ্‌ক্লে। ঐ তোঙদা জ্ঞানগী পাউতাক পীবিযু ॥৭॥

মনুংগী ভাবঃ—লাল্‌কমদা লম্‌জিংবা সারথি ওইরিবা অসিগুম্না জ্ঞানী লম্‌জিংবা গুরুপু ওইবিযু। জ্ঞানমার্গদা জ্ঞানগী লম্‌জিংবা ওইবিরবদি, লাল্‌গী লম্‌জিংবা সারথি ওইবিরম্নু। অদুনা,

নহি প্রপশ্যামি মমাপনুদ্যাদ্যচ্ছোকমুচ্ছোষণমিন্দ্রিয়াণাম্।
অবাপ্য ভূমাবসপত্নমৃদ্ধং রাজ্যং সুরাণামপি চাধিপত্যম্ ॥৮॥

সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্ত্বা হৃষীকেশং গুড়াকেশঃ পরন্তপঃ। ন যোৎস্য ইতি গোবিন্দমুক্ত্বা তুষ্ণীং বভূব হ ॥৯॥
তমুবাচ হৃষীকেশঃ প্রহসন্নিব ভারত।। সেনয়োরুভয়োর্মধ্যে বিষীদন্তমিদং বচঃ ॥১০॥

শ্রীভগবানুবাচ।

অশোচ্যানন্বশোচস্ত্বং প্রজ্ঞাবাদাংশ্চ ভাষসে। গতাসূনগতাসূংশ্চ নানুশোচন্তি পণ্ডিতাঃ ॥১১॥

---

লান্দা খোজিন্বিরু। জীব অসিগী মঙ্গল ওইনবা লন্বী অহুত তাক্পিয়ু। কর্ম্ম অতৈ অতৈদা খোজিন্বিরু ॥৭॥

লান্দা যেক্লবরু ভমদুনা কংবা রাজ্য অমদি সম্পাত্তিনা, অমুক করি হায়রগনি, স্বর্গগী সিংহাসনমক্তা, ঐগী ইন্দ্রিয় পুম্বদা ওইরিব অরাবঅসিবু কোকতনবা ভম থবক পোশক অমত ওইগনি হায়বসি উদ্রি॥৮॥

মনুংগী ভাব ঃ— শাগৈ নাতৈ, গুরুজনশিংবু হাৎলগা কংব সিংহাসন মথক্ অদুদা কম্বগী মুংঙাইব অদুনা, "কংলিব সম্পাত্তি অসি ঈপা ঈপল্ পুম্ববু হাৎলগা কংবনিকো" হায়বা অনুতাপ (মৈচাক) অদুবু খক কোকহনবা য়ারোই ভম্মোই। অসিগুম অরাববু কোকহন্নবা পোশক অমত সিংখোগী লন্‌গৈ পুগৈ মনুংদা লৈরোই। মপান্গী লল্থুম্না মপান্গী ইন্দ্রিযবুদি পেল্হন্বা ভমগনি, থম্মোয়গী মৈচাকপুদি মুৎহনবা ভমদে ॥৮॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—যেরুবা ভম অর্জ্জুননা হৃষিকেষ (ইন্দ্রিযবু মুংঙাইহন্বা) গোবিন্দদা অসুম হায়রগা "ঐ লাল্ শোক্‌জররোই" অসুম্ হাযদুনা তুমিন্ন লৈথোক্খ্রে ॥৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—ঐনা মকল্লে, ঐনা মচাউরে, ঐনা মাবু ভমগনি, অসুম্ হাযনা খনবনা মশিঙ্গাং ওইরবা, অদুগা মাবু হাৎলগা মাবু লৌনম্ তৌরগা মাগী মরল্ লৌগনি অসুম্ হাযনা তরভদা তাউদুনা খল্লম মী অমনা, ঐনা তৌরিবা খল্লিবসি করিনো, অদুগা, মমাঙৈদা তৌখ্রিবা খন্থ্রিব রাখল্‌শিং অদুগী পাপনা করম্ হায়না কোক্‌নি হাযনা খল্লুবদা অনুতাপকী মৈনা য়াৎবদা পথহনা তুমিন্ন লৈখিবা অহুগুম্না অর্জ্জুনমু উদাসী ওই'থ্র হাযবনি ॥৯॥

ভরত শাগৈগী অথোইবা। অসগী তুংদা কৃষ্ণনা মোমোন্ নোক্তুনা, লান্মী খুপ্পু অনীগী মরক্ত য়াবনা মতোল্ লোম্লবা অর্জ্জুনগী মঙ্গমদা অসুম—হায'খ ॥১০॥

মনুংগী ভাব ঃ—ধর্ম্মনা কদায়নো, অধর্ম্মনা করিনো, অচুম্বনা কদায়নো চুমদবনা করিনো, ঈথৌনা কদাথনো ঈথৌ নত্তবনা কারনো অসুম্ হাযনা জীববু পুক্নীংব লৈখা তাহন্বা য়েক্লবগী মশক ওইরব রাখল্ অনীগী মরক্ত মায়থোং লাপ্পিন্ন লৈরবা শিষ্য অর্জ্জুনগী মঙ্গমদা মহাজ্ঞানী গুরু কৃষ্ণনা অসুম্ জ্ঞান তাক্'পাখ,—হাযবনি ॥১০॥

কৃষ্ণনা হায ঃ— অর্জ্জুন! নংনা খল্লোইদববুদি খল্লগা, অশিংবগী য়াভাংমু ভাঙ্লি। অশিং-বশিংদি শিদব-শিবগী, শিদ্রব-শিদ্রিবশিংগী মরমদা কল্লিমত খন্দে ॥১১॥

ন ত্বেবাহং জাতু নাসং ন ত্বং নেমে জনাধিপাঃ। ন চৈব ন ভবিষ্যামঃ সর্ব্বে বয়মতঃ পরম্ ॥১২॥
দেহিনোঽস্মিন্ যথা দেহে কৌমারং যৌবনং জরা। তথা দেহান্তরপ্রাপ্তির্ধীরস্তত্র ন মুহ্যতি ॥১৩॥
মাত্রাস্পর্শাস্তু কৌন্তেয়। শীতোষ্ণসুখদুঃখদাঃ। আগমাপায়িনোঽনিত্যাস্তাংস্তিতিক্ষস্ব ভারত। ॥১৪॥

মথুংগী ভাব ঃ—পণ্ডিত-জ্ঞানী শাশিন্নবশিংনা ঙাংথোরকপদদি মী খ্ৱাইনা তাবা হুংঙাইনব শা-শাহনা রাহৈ রাতা কজনা, মরেবচুম লাউথোকলি ঙাঙ্লি। অদুগা মরামগী মাঙদা অমুকম্ মহাক্না মকাপ্ অমগী, শাগৈ নাতৈ অমগী, শিবগী শিজ্রিবগী শোক প্রকাশ তৌবশাম্রি। মাসি করা চাউথবা লোনম্নো? অশেংবা জ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা, লৈরিবা-লৈখিজ্রব শিজ্রিব-শিগ্রব অনীসিগী মবক্ত খেন্নব অমতবু শূকউ উবিদে। শিবগী, শিজ্রিবগী, শিগ্রবগী অরা-হুংঙাইদা তারিবা মখৈ, মী অদুনা জ্ঞানগী দমক্ তম্মুরিবা অদুগা ঙাঙ্লিবা শক্লিবা, পুথদো অরেম্বানি ॥১১॥

ঐ মমাঙৈদ অমুক্ত পোক্খিজ্রি হায়বসি খক্ ওইদে, নংসু অমুক্ত পোক্খিজ্রি হায়বসি অদুগা উরিব নিংথৌশিং অসিসু অমুক্ত পোক্খিজ্রি হায়বসি খক্ ওইব য়াব নত্তে। অদুগা হাযবিবা ঐখোয়সিসু অমুকম্ পোক্লারোই হায়বসিসু খক্ হায়ব য়াব মত্তে ॥১২॥

মথু গী ভাব ঃ—হন্দক্ অমুক্ পোক্লবসি মমাঙৈদগী হন্ন হন্ন পোক্লকুনা, তৌরিবনি। অদুনদি, হন্দকী মপোক্ অসিনা হয়েংমুক্কী মপোক্ অমুক্ শেম্গনি ওইহন্গনি হায়বসিদ চিংনকম্ লৈত্রে। নহালমুক্ত পোক্খি হাযবগী থুদম্ প্রমাণাদ ঙরাং নহাক্ত পোক্লবা অঙাংগী কুয়োম্ (দেহ) দা লৈরিব জীব (জীবাত্মা) অদুনা মাগী হান্নগী মপোক্ কযাদা তৌরক্প হায়বদি দেহ-দেহদা চঙঙ্রগা তারক্প-হৈনরকপা অরাম্বা খোরাংবা আকবনাচিংবগী খোঙ্ খুৎ কাওবা-কপ্প-লাউবনচিংবগী থবক্ অদু কনানসু তাম্বাত্রঙৈনা অদুম্ তৌই। তৌরক্লিবা জীব নহাক্লি মশা অাতনি, অমতসু অমত্তান। মাসিমরা প্রমাণনি। অসুম হন্ন হন্ন অমুক্ তৌকখিন পোক্লখনি হাযবনি ॥১২॥

জীবাত্মনা মাগী কুযোম্ (হকচাং) অসিদা, অঙাং ওইবগী পাথং ওইবগী, অবস্থা (মশকমওং) মুথং মথং লাকপা অসগুম্না "অতাপ্পা হক্চাংদা অমুক চঙবা" হায়বা অবস্থা অদুসু অমুক লাকাখগনি। মাসদা, অতপ্প চনাঙ তাবা অশেব মীনা খক কিদে শুমত্তত্ত ॥১৩॥

মথুংগী ভাব ঃ—জীবনা মাগী পোকপ শিবদা, খানবা লৈত্রবা লিঙ্গ শরীরদা চঙঙুনা, মহাক্না লিঙ্গ শরীরদুগা মশক মওং তাংমিন্নদনা মপান্গী হক্চাংগী মথং মথং হোবা অবস্থা খিবিক্তা চঙশিল্লকপা অসিগুম্না লিঙ্গ শরীরদুগা লোযননা অমুক্ অাতাপ্প স্থূল শরীর (অচৌব উরিবা হক্চাংস) দা অমুক্ চঙশিন্খিগনি। মাসদা, শিগান হাযবগী করি রাকম্ লৈ অসিান ॥১৩॥

কুন্তীগী মচা। ভরত বংশদ পোক্লবা, অর্জ্জুন। মীৎ নাকোংনচি য় ইন্দ্র। শং আসনা, মাগী মাগী বিষয়শিংগা থেংনশোররকবদগী কবা অরাবা হুংঙাইব আচক অশা, পুন্নমক অাস পোক খবনি। মখোয়শিং অসিদ লাকপগ চংখিবগা, চংখিবগ লাকপগত তৌদুনা লৈবান, তুরেলগী ঈচলগুম্বান।

যং হি ন ব্যথয়ন্ত্যেতে পুরুষং পুরুষর্ষভ। সমদুঃখসুখং ধীরং সোঽমৃতত্বায় কল্পতে ॥১৫॥
নাসতো বিদ্যতে ভাবো নাভাবো বিদ্যতে সতঃ। উভয়োরপি দৃষ্টোঽন্তস্ত্বনয়োস্তত্ত্বদর্শিভিঃ ॥১৬॥
অবিনাশি তু তদ্বিদ্ধি যেন সর্বমিদং ততম্। বিনাশমব্যয়স্যাস্য ন কশ্চিৎ কর্তুমর্হতি ॥১৭॥

---

অদুনা, মখোয়সিনা পীরিবা অরা-সুংঙাই অচিক্-অশা পুম্বসি অতুম্ খাঙতুনা, ফিংগত্তুনা লৈয় ॥১৪॥

মন্নুংগী ভাব :—ইন্দ্রিয়শিং অসিগা মাগী মাগী বিষয়শিং অসিগ থেংনবদগী পোক্‌পা অখাবা-অয়াক্‌পা, নিংথম্ব-ওল্লাংব, অরাবা-সুংঙাইবা, সুংশিব-নম্‌থিবা অসিনচিংব অনীথোক্‌লিবশিং অসি ওহাক্ ওহাকীদনি। মরম্‌দি বিষয়শি' অদুগা ইন্দ্রিয়শিংগা থেংন শোক্রবদুসু ওহাক্ ওহাক্‌কীনি, হেক্ হেক্ মরাইনা হোংজখিগনি। অদনা, অবেপ্প লৈতবশিংদুগী মি কানদুনা করি কাম্নগনি? হায়বনি ॥১৪॥

নিপা আথোইবা! অসিগুম্ব অরা-সুঙাই অচীক্ অশানচিংবসিনা মী মহাক্তু্‌গী মকম্‌দা ঈমান্ মান্নবা থোক্‌উরবা অদুগুম্ব জ্ঞানী ওইরবা মী অদুতনা সংসারসিদা অমৃতত্ব ফংখি হায়বদি শিদবা হায়বত্তবু ফংঙি ॥১৫॥

মন্নুংগী ভাব :—জীবাত্মানা শিব হায়বা, মপাস্তুগী ওইবা উপাধি (মথক্তু তৈবা মমিং) অম ফংঙ্‌রিবনি। অরা-সুংঙাই, অথুম্-অয়াক্ অচীক্-অশা হায়বা ওহাক ওহাকী হোৎকপা ঈথক শিং অসিদা লুপ্ন্‌রবদি জীব অসি কারিগুম্বা মতম্‌দা পোকপা-শিবগী হায়বদি পোক্লে-শিবে হায়বগী রাখল্লগী লাম্মোক্কনি। হায়বদি, মপান্‌গী দেহ অসিবু জীব ঐনি অসুম্ হায়না খল্লুরিবসিদি দেহ আসদা লৈত্রগা লৈত্রে হায়বা, দেহ অসিদা লৈরগা লৈরে হায়বা অসুম্ন শেরান্নবা জীব মহাক্লা দেহগী অভিমানদা, তরঙদা তাউত্তুনা শুম্‌হৎখিবত্তুনা হায়বনি। অত্তুনা, মীওইবা (অর্জুন)। নংদি শুম্‌হৎকনু অসুম্ন কৃষ্ণনা হায়বনি ॥১৫॥

(লৈতবগী লৈবা, থক লৈতবনি। লৈবগী লৈতবা, থক লৈতবনি। লৈব-লৈতবা অনীগী অশেংবা মওংবু অথঙব থরতনা শঙবনি ॥১৬॥)

মন্নুংগী ভাব :—পোকপা-শিবা-মাঙ্‌থিবা-মশক হোংবা হায়ব মখোয়সি লৈত্তনা "লৈবা" অত্তুতু অরৈব (অচুম্ব-সত্য) কৌবনি। অসিগুম্বা অচুম্ব (অরৈব-সত্য) অসিগীদি লৈতবা হায়বদু থক ওইররোই, লৈত্তুনা অত্তম্ লৈরনি। অদুগা, পোকপা শিবা নাইরব, মাঙথিবা মশক হো‌ংবসিনা থাঙ্গশেনা লেঙ্‌দন লৈবা হায়বত্তুদি থক ওইরবোইদৌরনি। অত্তুনা, লৈ হায়না উরিবমখৈ অরৈবনি খনগত্তু। কদায়না অরৈবনো, কদায়না লৈতবনা, হায়ব অশংব তত্ত্ব অদুদি, অথিবা মীতনা খঙ্‌বনি। অত্তনা, উরিবা মশকমচুসিতনা লৈ হায়না খল্লিবশাপঙ্‌ব নাস্তীশিংনা অরৈব মাবু লৈতে হায়নরি ॥১৬॥

হকচাং পুম্বদা শীন্থংনা লৈবা, জীবাত্মা কৌবা মহাকপু,
লেঙ্‌দবনি শিদবনি অরৈবনি, হায়না খঙঙু অকনৃবা!
কনানসু মহাকপুদি, মাঙহনবা কায়হনবা ঙমদেদো।
হকচাংদা জীবাত্মা কৌবসে, পরমাত্মানিনে ধনঞ্জয় ॥১৭॥

অন্তবন্ত ইমে দেহা নিত্যস্যোক্তা. শরীরিণঃ। অনাশিনেঽপ্রমেয়স্য তস্মাদ্যুধ্যস্ব ভারত।।১৮।
য এনং বেত্তি হন্তারং যশ্চৈনং মন্যতে হতম্। ,উভৌ তৌ ন বিজানীতো নায়ং হন্তি ন হন্যতে।।১৯।
ন জায়তে ম্রিয়তে বা কদাচিন্নায়ং ভুত্বা ভবিতা বা ন ভুয়ঃ।
অজো নিত্যঃ শাশ্বতোঽয়ং পুরাণো ন হন্যতে হন্যমানে শরীরে।।২০।

---

মনুংগী ভাবঃ—হকচাং অসিতদ শীন্থুংনা লৈবা মথন্তনা, ভুমিৎ তীল্ কাঙ কৌজেংগী দেহ পুম্বদস্থ মতম্ অমতদা শীন্থুংনা লৈবনি। অদুনা, জীব অমবু হাৎলে হায়না খল্লগা, অদুগা হাৎস্থ হাৎলেহায়বগা জগৎকী জীব পুম্বনা শিজ্রিবসে, জীবাত্মা কৌবা মহাত্মা জগন্তু লৈরিবা তোঙাল তোঙানবা হকচাং পুম্ববু মতম্ অমতদা থাদোক্ত্রিবনি। অদুনা, মাঙহন্বঙম্বা মহাক্পু জগন্তা কনাস্থ লৈতে। দেহ অমদগীদি চংথ্রে-লৈত্রে খন্গনি, অদুবু দেহ অমদা অদুম্ মরৈরম্মি ।।১৭।।

অমাঙব লৈতবা মহাকী, কুযোম্শিংসিদি মাঙগদবনি।
চাংদম্নীডঙাই লৈতবা, অমাঙ অতা লৈত্রবা,
জীব মাগী হক্চাংশিংসে মাঙ্লগদবনিনে ধনঞ্জয়।
অদুনা হৌগলু খুৎলায পায়ু, লাল্ তৌনবা থৌরাং তৌ ।।১৮।।

মনুংগী ভাবঃ—হাৎথ্রনি, শিথ্রনি, মাঙথ্রনি, তুম্থ্রনি হাযনা খন্নরিবা মপানগী হকচাং আসদি, হৌজিকস্থ মীকুপ খুদংগী তুম্শি ম্লবনি, মাঙ থারিবনি, লৈশেম্ঙদগী শিরবনি, অশিবঙাক্তন শাবনি। মাসিবু হাৎকান, শিথ্রগনি হাযনা খন্দুনা অরেম্বদ খক রাগনু। মাগী রাব নত্তে, জীব মাগী দমক্ত বাগনি হায়বনি, হাযরবস্থ জীব মহাকস্থ পোকপ শিব লৈতবনি। অদুনা মহাকীস্থ মাঙথিগান, শিথিগনি হায়দুনা অরেম্বদ খন্দুনা খক রাকগনু, অদুনা, হকচাং জীব অনীমকী রাকম্ লৈতে ।।১৮।।

মাবু হাৎলে খল্লিবা, মানা হাৎলে উরিবা,
অনীম্ক খঙদ্রব মক্তনি মহাক্তি হাত্তে হাৎহন্দে ।।১৯।।

মনুংগী ভাবঃ—কনাগুম্ব তম্থিবা অমনা, অমবু থাঙনা করিনা য়ান্নুনা হাৎলগা হায়বদি, জীববু হকচাং অত্থ থাদোক্তনা চৎহন্থ্রগা শিরে হাৎলে হাযনা খল্লরি। অদুগা, কনাগুম্বা শুম্হৎথ্রবা অমনা, মাগী মন্ধাপু মচাবু অমনা হাৎখ্রে, শিথ্রে হায়না রানা খল্লি। মখোয় অনীমক অরান্বমক্তনি। মরম্দি, মহাক্তি হাৎপস্থ যাওদে, হাৎহন্থিবস্থ যাওদে ।।১৯।।

পোকস্থ পোক্তে শিস্থ শিদে, জীব কৌবসে হকচাংদা।
পোক্লবদি শিররোই, অমুক হন্নস্থ পোক্লরোই।
পোকপ শিব লৈতবা, লেঙদব মহাক্ত, কুইরা ন
মহাত্মা অমুম্ন লৈরক্লিবসে, মাঙহন্বা য়াব হকচাংশিংদা ।।২০।।

বেদাবিনাশিনং নিত্যং য এনমজমব্যয়ম্‌। কথং স পুরুষ পার্থ! কং ঘাতয়তি হন্তি কম্‌ ॥২১॥
বাসাংসি জীর্ণানি যথা বিহায় নবানি গৃহ্ণাতি নরোঽপরাণি।
তথা শরীরাণি বিহায় জীর্ণান্যন্যানি সংযাতি নবানি দেহী ॥২২॥
নৈনং ছিন্দন্তি শস্ত্রাণি নৈনং দহতি পাবকঃ। ন চৈনং ক্লেদয়ন্ত্যাপো ন শোষয়তি মারুতঃ ॥২৩॥

মনুংগী অর্থ ঃ—মহাক্কা পোক্তিবসি করিগীনো ? শিদবনা। মহাক্কা শিক্লিবসিদি করিগীনো ? পোক্কবনা। হায়বদি, পোক্লিবসি শিরিবনি। শিরিবসে শিরিবনি, পোকলিবনি। অহনা, পোকপশিবা হায়বা তোঙাল্‌ তোঙাল্‌ লৈবা নত্তে। অমদগী অমনা তোঙাল্‌ তোঙাল্লিবা সংসারদা মহাক্কী পোকপা শিবা লৈতবনি। মাহুৎদমক বাগন্থ ॥২০॥

মাঙ্‌বলৈতবা-পোক্কবা, হোংব লৈতবা শিদবা,
মহাক্কি খঙঙ্‌ অকন্‌বা। করম্না মহাক্কা, কনাবু
হাৎহন্‌গনি হাৎকান ? অমতসু ওইদে, সুম্ন খঙঙ্‌ ॥২১॥

মনুংগী ভাব ঃ—আত্মা মহাক্কি মশানা অহাৎপা অম ওইদবনা অমবুসু হাত্তে। মশানা শিদবা অম ওইবনা অমবুসু শিহন্দে, হিংসা তৌদে। মশানা পোক্কবনা অমবুসু পোকহন্দে। অহনা, অহুপ্তন্ধ' জীবাত্মবান্‌ ওইবা জ্ঞানীনা কনাবুসু হাৎকে হায়না। হাৎনদে, কনানসু মাবু হাৎহন্দে। হাৎপ শিবগী রাখল্‌ খাদোকউ। লাল তৌ ॥২১॥

মল্লবা ফিবু হন্দোক্লুনা, অনৌবা অহনব হোংবগুম্‌
জীবসিনা মল্লবা হকচাং, খাদোক্লুনা অনৌবদা চঙ্‌খিবনি ॥২২॥

মনুংগী ভাব ঃ—অহনব-অনৌবা হায়বগা, চহী যাম্লিবা অঙাংগী হকচাং অহুবু নত্তে। অমনবা কুইববা হায়বগা, চহী যাম্লবা হন্নবগী হকচাং অহুবু হায়ব নাত্তে। মরম্দি পোকপদ ভাবরিবা হকচাবুসু খাদোকহনা জীবনা চংবি। মতম্‌ কুইনা নপোক কষাদগী লোয়নরকপা হকচাংবু ওইরবদি, চহী অনীতগী অবস্থাগী হকচাংবুসু কুইরবা অমনবা হকচাংনিসে হায়না সর্ব্বশ্রেষ্ঠা ওইবা, জীবাত্মানা খাদোকই। অনৌব হকচাংদা চঙিঙ হায়বনা, অনৌবা কর্ম্ম অমুক তৌকনবা চঙখি হায়বনি অহনা, পোকশিবসে কর্ম্ম তৌনবনি ॥২২॥

খুৎলায়না মাবু ককঙমদে, মৈনা মাবু চাক্ঙমদে।
ঈশিংনা যাবু থুমহৎখিদে, নুংশিংনা মাবু কংহন্দে ॥২৩॥

মনুংগী অর্থ ঃ—জীব মহাক্ক হকচাংসিগা করিমত মরী লৈনদবা, মৈ-ঈশিং-নুংসিৎ-লৈপাক্ক শাবা হকচাংসিনা মঙোন্দ করিমত তৌব ঙমদবা অহুপ্তন্না, মপানুগী মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ-আকাশ লৈপাক্কা মাঙোন্দ করিমত শোকপা পনবা ঙমদে হায়বনি ॥২৩॥

অচ্ছেদ্যোঽয়মদাহ্যোঽয়মক্লেদ্যোঽশোষ্য এব চ। নিত্যঃ সর্বগতঃ স্থাণুরচলোঽয়ং সনাতনঃ ॥২৪॥
অব্যক্তোঽয়মচিন্ত্যোঽয়মবিকার্য্যোঽয়মুচ্যতে। তস্মাদেবং বিদিত্বৈনং নানুশোচিতুমর্হসি ॥২৫॥
অথ চৈনং নিত্যজাতং নিত্যং বা মন্যসে মৃতম্। তথাপি ত্বং মহাবাহো। নৈনং শোচিতুমর্হসি ॥২৬॥
জাতস্য হি ধ্রুবো মৃত্যুর্ধ্রুবং জন্ম মৃতস্য চ। তস্মাদপরিহার্য্যেঽর্থে ন ত্বং শোচিতুমর্হসি ॥২৭॥
অব্যক্তাদীনি ভূতানি ব্যক্তমধ্যানি ভারত।। অব্যক্তনিধনান্যেব তত্র কা পরিদেবনা ॥২৮॥

---

ককপয়াদে চাকহন্‌ব য়াদে, থুম্‌হন্‌বা য়াদে কংহন্‌ব য়াদে।
লেঙদন লৈবা মকম্ পুম্বদা, য়োঙব মান হোংদবনি ॥২৪॥

মনুংগী ভাব ঃ— ককপা য়ারবা, চাকহন্‌বা যারিবা, থুম্‌হনবা-কংহনব যারিবসি মপানগী হকচাং আসতানি, মহাক্তি মপান্‌গী হকচাং আসগা করিমত সম্বন্ধ থম্‌দবনা, ককপনচিংবা য়াদে হায়বনি ॥২৪॥

ক্ষোংদোকপা য়াদে খনকম্ থোক্কে, হোংহনবা যাদে হায়নৈদে।
অগনা অস্থুম মুম্না খঙলগা, রাবা চুম্‌দে অকন্‌বা। ॥২৫॥

মনুংগী ভাব ঃ— মীওইবনা রারবসি কাযখিগদবা, শিখিগদবা মাঙখিগদবা, মখোয আসগা দমক্কনি। জীবদি, মাহ নত্তবানিনা মঙোন্দা রাননবগী মরম্ ঈরৈ লৈতে।

তত্তনা শিবান তত্তন লৈবনি, খল্লবস্থু অস্থুম অকন্‌বা।
অনীমক্ক রাকম্ লৈতে, মহাক্কীদমক্ক নহাক্না ॥২৬॥

মনুংগী ভাব ঃ— তত্তনা লৈবনি খল্লিবদি করিগীদি রাকম্ লৈ? তত্তনা শিবনি খল্লবস্থু করিগীদি রাকম্ লৈ? অনীমক্ক অমত রাকম্ লৈত্রে হায়বনি ॥২৬॥

পোক্‌পগী শিব শোযত্রবান, শিবগী পোক্‌পা লেঙত্রবনি
শোযদনা থাক্লগদবাসগীদমক কবিগী বাকম্ থোকপগে ॥২৭॥

মনুংগী ভাব ঃ— শিবগী রাগে হাযরবাদ পোক্লিবসে লৈারবসে শিারবান, মাসিগীস্থু রাও। পোকপগী নুংঙাইগে হাযবাদ লারবসে পোক্লবনি, মাসগীস্থু নুংঙাইযু। অতুনদি, রানিংঙাই হরাউনিংঙাই করিমত লৈতে, ঈথৌ পাঙথোকহৌরগা লাইরে হাযবনি। ॥২৭॥

লেঙিঙ পাল্লবা মথাম্‌সে, অহানবদা উদবা ঙাক্লি।
লৈরিঙৈ মরক্কদ উবনি ঙহাক্, অরোইবদা অমুক্ উরোইদব মানি।
মাসদা করি রাকম্ লৈবগে, রাগনু অর্জ্জুন অকন্‌বা। ॥২৮॥

মনুংগী ভাব ঃ— অচ্চত্ত লাঙত্ত পাল্লিবা পুম্নমক্ অসি, লৈরম্‌দবা উরম্‌দবামক্কনি। অতুবু, উত্রিব অতুগীদি উথিত্রে হায়ত্রনা খক্ রানদে। উরম্‌দবত্রনা লৈদলৈবাবাই ওইনা উহন্দুনা মরক্ক মতম্ খরদং লৈরর। অতুদগী অমুক্, লৈতবনিনা, লৈব যাদত্রনা, হান্নগী উদবা-লৈতবা হাযবা মওং অতুদা চঙখিবতনি, মাসদা করিগী রাগনি? ॥২৮॥

আশ্চর্য্যবৎ পশ্যতি কশ্চিদেনমাশ্চর্য্যবদ্বদতি তথৈব চান্যঃ।
আশ্চর্য্যবচ্চৈনমন্যঃ শৃণোতি শ্রুত্বাপ্যেনং বেদ ন চৈব কশ্চিৎ ॥২৯॥

দেহী নিত্যমবধ্যোঽয়ং দেহে সর্বস্য ভারত।। তস্মাৎ সর্বাণি ভূতানি ন ত্বং শোচিতুমর্হসি ॥৩০॥
স্বধর্ম্মমপি চাবেক্ষ্য ন বিকম্পিতুমর্হসি। ধর্ম্যাদ্ধি যুদ্ধাচ্ছ্রেয়োঽন্যৎ ক্ষত্রিয়স্য ন বিদ্যতে ॥৩১॥
যদৃচ্ছয়া চোপপন্নং স্বর্গদ্বারমপাবৃতম্। সুখিনঃ ক্ষত্রিয়াঃ পার্থ। লভন্তে যুদ্ধমীদৃশম্ ॥৩২॥

---

অঙকৃপা কংনা উরি কনানা, কনানা হায়রি অঙকৃপকংনা।
অঙকৃপকংন তারি কনানা, খঙ্দে জীববু তানা তানা উনা উনা ॥২৯॥

মন্নুংগী ভাবঃ— হকচাং য়াওদবা (পান্দব) আত্মাবু অঙকৃপা কংনা উরি হায়বদি, খোঙথুংনচিংবা লেভিঙবসিবু মহাক্কা, মহাক্কী হকচাংলা, মহাকমক্কা হায়না চিংননা অঙকৃকংনা উনরি। অহুগুম্মা, মাদি অহুনি, অহ নত্তে, মাহুগুম্বনি, অসুম্ হায়না হায়নরি। শুকনা তাকৃপা মতম্‌দস্থ শিন্ননা চিংননা অঙকৃপকংনা অদুম্ মতারি। তারবনিনা, খঙ্লবরা হায়বস্থ, কনা অমত্তনা খঙদে তাদে। ॥২৯॥

খ্বাইগী হকচাংদা লৈরিবা, আত্মা কোৎবসে অকন্‌বা।
হাৎপ যাদে অদুনা অর্জ্জুন। পুম্নমক্‌সিগী খোইনা রাগনু ॥৩০॥

মন্নুংগী ভাবঃ— তুমিত্তগী ব্রহ্মা কাওবগী হকচাং মযাম্‌দা লৈরিবা অমত ওইবা, মখস্ত ভায়বা আত্মা! মহাব্‌পু কনানস্থ হাৎপা যাদে। প্রমাণাদ লান্দা, শামু অম হাৎলবস্থ, মনাক্ত চৎল্লিবা শগোলগী হকচাংদুদা অদুম্ মরৈ। অদুনা মহাক্কীদমক্কা রানভাই ওইবা করিগুম্ব অমত সংসারদা লৈতে ॥৩০॥

নশাগী ধর্ম্মবু থৌওইদনুনা, পুক্কী হোংব তৌনদে অর্জ্জুন।
ধর্ম্মগী লাল্‌নগুন করিস্থ 'সদ', লৈত্রে, ক্ষত্রিযগী অথোইব ধর্ম্ম ॥৩১॥

মন্নুংগী ভাবঃ—মীওইবনা, মপুক্কীং হেক হেক্ হোংলিবসি, মশাগী ধর্ম্ম মশাগী মথৌ থাদোক্‌পদগীনি। ক্ষত্রিযগী মথৌদি হায়বদি, ক্ষত্রিয়গী দেহনুংদা লৈরিবা জীব মাগী ধর্ম্মদি, ধর্ম্মগী লাল্—অসিতনি। অসি নত্তনা অৎত লৈতে ॥৩১॥

মশানা হাংদাকৃচনুনা লৈরবা, স্বর্গ কানবা থোঙ্নি মাসে।
সুংভাইজো তম্‌থবা ক্ষত্রিয়শিংতনা, কংবম্নি সিগুম্বা লালকম্‌সে ॥৩২॥

মন্নুংগী ভাবঃ—শিগনি, কাযননি, তিন্ননি হায়বগী অবা-সুংভাইগী রাখল পুম্বদগী লাম্থোক্‌লগা "মথৌদা পুক্কী চঙ্বা" হায়বদে। স্বর্গকানবা লাওরবা লম্বীনি। অসিগুম্বা রাখল্লা মথৌ তৌবা হায়বসি, মরাইবব্ করবা মীওইবতনা কংবনি ॥৩২॥

অথ চেত্ত্বমিমং ধর্ম্ম্যং সংগ্রামং ন করিষ্যসি। ততঃ স্বধর্ম্মং কীর্ত্তিঞ্চ হিত্বা পাপমবাপ্স্যসি ॥৩৩॥
অকীর্ত্তিঞ্চাপি ভূতানি কথয়িষ্যন্তি তেঽব্যয়াম্। সম্ভাবিতস্য চাকীর্ত্তির্মরণাদতিরিচ্যতে ॥৩৪॥
ভয়াদ্রণাদুপরতং মংস্যন্তে ত্বাং মহারথাঃ। যেষাঞ্চ ত্বং বহুমতো ভূত্বা যাস্যসি লাঘবম্ ॥৩৫॥
অবাচ্যবাদাংশ্চ বহূন্ বদিষ্যন্তি তবাহিতাঃ। নিন্দন্তস্তব সামর্থ্যং ততো দুঃখতরং নু কিম্ ॥৩৬॥

---

অসিগুম্ব ধর্ম্মগী লাম্ভাওবু  শোক্লহৌদ্রবদি অকন্‌বা।
নশাগী নথৌ মিংচৎ থাবগী,  অচৌব পাপ শোরদন কংনি ॥৩৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—লালগী মশক ওইরবা সংসার অসিদা পোক্লগা, লালগী ধর্ম্ম (মথৌ) বু মশক ওইরবা তৌগে নীঙ্‌ত্রবা, তৌদ্রবা নহাক্তি, মিংচৎপু মাথৌবু মাঙহনবগী পাপ অদু মী মহাক অত্তনা শোযদনা কংগনি। জীবগী খ্বাইদগী চাউবা পাপতি, মশাগী ধর্ম্ম (মথৌ) গা, মতম্ চঙ্গন তাল্লকপা মিচৎক, মাঙহনবা অনী অসিত্রনি। ॥৩৩॥

মিংচৎথীববু নহাক্কী,  খ্বাইনা শোম্লহৌরনি অর্জ্জুন।
মিংচৎথীবদি শিবদগী হেল্লি,  মিংচৎ চাউরম্বশিংত্তুদদি ॥৩৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—জীবগী শিব হাযব লৈতে। জীবগী শিব হাযববু, মিংচৎথীবা অত্তুনি। মিংচৎ থীবদি শিবদগীসু হেল্লি। মরম্‌দি, হকচংদ লৈনা লৈনা জীবনা সর্ব্বব্যাপক ওইবা ভাল্লিবসি, হাযবদি মফম্ পুম্বা য়োৎনবা তাহনবা ভাল্লিবসি অকবা মিংচৎননি। অত্তনা মিংচৎ অদু হেক্ মাঙবা সুমিত্ত জীব মশাক্ অগ্ন অদুম্ লোইরে। অত্তুনা, জীববু কন্‌গে হাযরবদি মিংচৎ অদু কল্লু, লাল্ তৌ। ক্ষত্রিয় নংদি লাল্ তৌত্তুনা মিংচৎ তাল্লু ॥৩৪॥

কিবদগী লান্দগী চেন্‌থ্রবনি,  হায়না খল্‌হৌরনি যেক্লবশিংনা।
নংবু থাগৎনরম্বশিংগী,  মমাঙ্‌দা চাংবু তাগনি ॥৩৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—মীওইবা। নংনদি মখোয়গীদমক্তনি হাযত্তুনা নথৌ কাওবা থাদোক্কনি, পাপ তৌগনি, মিংচৎ থীহন্‌গনি, অদুবু মখোযনদি অহোইনত্তুম্ নংবু নিন্দা তৌগনি। ঐ'খাযবু সুংশিবিত্তুনা তৌরিমাল্ল হায়না কনাসু হাযররোই। হায়বদি, মচা মশুবু যোক্লবদা, পীজনবা হোংনবদা নত্তবা কর্ম্ম তৌকবদগী কৈশুম্‌শংদা শৈশ্রবদি মচামশু অত্তনা ওনখত্তুনা অহোয়নত্তুম্ নিন্দা তৌগনি হায়বনি। ॥৩৫॥

হায়হৈদবা-ভাঙহৈদবা,  অথীবা কয়ানা নংবু চৈগনি।
নংগী পাঙ্গলবু নোক্লহৌগনি,  অত্তুদগী হেন্‌বা অরাব করি'মবু লৈগনি? ॥৩৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—জগত্তা খ্বাইদগী হেন্না ওরাব-সুংঙাইতবা হায়ববু করিসু নত্তে, ঈচুম্‌চুম্বা, পাঙ্গল্-থৌনা-বিদ্যাবু মীনা শেরাম্লনা থীনা ভাঙনখিব অসিত্তনি অরাব হায়ববু। অরান্‌বদা লল্লি হায়রকপগীদি

হতো বা প্রাপ্স্যসি স্বর্গং জিত্বা বা ভোক্ষ্যসে মহীম্
তস্মাদুত্তিষ্ঠ কৌন্তেয়! যুদ্ধায় কৃতনিশ্চয়ঃ ॥৩৭॥
সুখদুঃখে সমে কৃত্বা লাভালাভৌ জয়াজয়ৌ। ততো যুদ্ধায় যুজ্যস্ব নৈবং পাপমবাপ্স্যসি ॥৩৮॥
এষা তেঽভিহিতা সাংখ্যে বুদ্ধির্যোগে ত্বিমাং শৃণু।
বুদ্ধ্যা যুক্তো যয়া পার্থ! কর্ম্মবন্ধং প্রহাস্যসি ॥৩৯॥
নেহাভিক্রমনাশোঽস্তি প্রত্যবায়ো ন বিদ্যতে। স্বল্পমপ্যস্য ধর্ম্মস্য ত্রায়তে মহতো ভয়াৎ ॥৪০॥

থোইনা শাউকম্ লৈতে। ইচুম্ চুমজববু লাল্লি হায়বা, অমদি লান্ন থন্‌খিবা অসিদগী নুংঙাইতবা অন্নাবা অম তাইবংপান্‌বদা লৈত্রে ॥৩৬॥

লান্দ হাৎখ্রে স্বর্গ ফংগনি, লালবু ঙম্লে লৈপাক্ কংনি।
অমদি শোয়দে হৌগৎলু অর্জ্জুন। লালদ' পুক্চেল্ লেপ্ল নংদি ॥৩৭॥

মনুংগী ভাব:—হন্দকী মপোক্, হয়েংমুকী মপোক্ অনীমক্ত ইককবা, মঙ্গল ওইনবা তৌনবত্তবু জীবগী মথৌ কোই। অহুংগুম মথৌ অদু ক্ষত্রিয়শিংগীদি লালতদা লৈ। মরম্‌দি জয় ওইরবসু পরাজয়বু ফংলবসু, অনীমকত ঈকায কাযত্রে। শিরে স্বর্গ ঙম্লে, ঙল্লে ধনসম্পত্তি অমদি শোযত্রে ॥৩৭॥

অন্না-নুংঙাই, ঙম্ব-ঙম্‌দবা, মাঙ্‌বা-তোংবা মান্নবা খল্ল
লাল্‌গীদমক্ত লল্ শোন্নৌ, পাপ অমত ফলোই অর্জ্জুন। ॥৩৮॥

মনুংগী ভাব:—মীওইবন, পাপ (অবাব) হেক্ হেক্ ফংলবসি, অসিনা শিবান, অসিনা পোবপনি, অসিনা মাঙবনি অসিনা তোংবনি, অসিনা মাযথীবনি, অসিনা ঙম্বনি অসুম্ হায়না তোঙাল্ তোঙান্না খল্লুবদগী তোব কর্ম্মগী ফল্ অদু চাকবদগীনি। লাল্ তীরগা, জীব হাত্তুনা ফংলিব পাপ অদুদি, সিংহাসনগী দমক্তনি, জযগী দমক্তনি, হাযনা খল্লুনা তৌরুবগীনি। লাল্‌গীদমক্ত লাল্ তৌববদি লালদা মী কন যান্ন হাত্তুনসু পাপ লৈতে ॥৩৮॥

হাযরোদা অর্জ্জুন। নংগী নকম্‌দা, ব্রহ্মজ্ঞানগী মরম্‌দা এনা।
পুন্নীংচঙ্‌না তারো তৌজিক্কি, কর্ম্মজ্ঞানবু হাযখরক্কে।
মাদু তারগা কর্ম্মনা পুনবা তোক্কনি অর্জ্জুন, অকন্‌বা ॥৩৯॥

মনুংগী ভাব:—জীবনা শিদব ওইবগী বিষযদা হাযবাদ, ব্রহ্মত্ব ফংবগী লম্বী অসি কর্ম্ম তৌন তৌন চংপগী বিষযদা, সম্পংন হাযরবসিগী তুংদা, কৌরিবা কর্ম অহুনা জীবদা তৌগদৌরিবা বন্ধন অড্ডগী কেরুবা উপায অমুক্ হাযগে হান্নবনি ॥৩৯॥

হাযারবা কর্ম্মগী নতে অসিদা, মতৈ যান্দবা লৈতে অর্জ্জুন।
পাপ যাওদে খজিক্কি তৌবনা, থোইনা কিবদগীসু কল্লিদো ॥৪০॥

ব্যবসায়াত্মিকা বুদ্ধিরেকেহ কুরুনন্দন ।　　বহুশাখা হ্যনন্তাশ্চ বুদ্ধয়োঽব্যবসায়িনাম্ ॥৪১॥
যামিমাং পুষ্পিতাং বাচং প্রবদন্ত্যবিপশ্চিতঃ ।　　বেদবাদরতাঃ পার্থ ! নান্যদস্তীতিবাদিনঃ ॥৪২॥
কামাত্মানঃ স্বর্গপরা জন্মকর্ম্মফলপ্রদাম্ ।　　ক্রিয়াবিশেষবহুলাং ভোগৈশ্বর্য্যগতিং প্রতি ॥৪৩॥

---

মনুংগী ভাব ঃ—মহি খল্লুদনা তৌকবা কর্ম্ম খিবিক্কী মহি য়ান্দবা হায়বা লৈতে। অসিগুম্বা কর্ম্মবু তৌকবগী শকক খজিক্কনমু থোইনা কিবদগী, জীববু লৈখা তাবদগী কন্‌বা ঙম্মি। হায়বদি, অসিগুম্বা কর্ম্ম তৌবিউদা শিগানা, নাগনি কায়ননি অসিনচিংবা মহা অকিব-শিং অসিগী রাখল্ চঙঙবপা ঙম্‌দে ॥৪০॥

অসিমতং তোগে লেপ্‌থ্রব মীগী, বুদ্ধিদো মচীল্ লেঙ্‌দবনি ।
অবেপ্পা লৈত্রবা মীগী বুদ্ধিদি, মচীল্‌নু যাম্ন ফাংবনি ॥৪১॥

মনুংগী ভাব ঃ—থবক্ অমবু তোগে চনীংতানা খন্‌থ্রবা মীগী বুদ্ধিদ মচীল্ অনী লাঙ্‌দে। হায়বদি মহি চাক্রবদি বমাদীবা হায়ত্তুনা অতোপ্পা থবক অমমুক্ পাযখৎপগী রাখল্ অম লাক্‌ত্রে। মরমদি মতাক্ক থবক অপবু তোগে মখল্‌থ্রবনিনা মহৈগী থোইনা খন্‌বা লৈতে। মহৈবু খল্লুরবদি বুদ্ধি মফাং মফাং ঙবপা হায়বসি হৌনশানি ॥৪১॥

বেদনা হায়বা বাঙাংগ,　　নাকল্ অমদতা মখন্‌বা
বিষয়গী নুংঙাইব পাম্বাশিংনা,　　'সিদগী তেন্‌বা লৈত্রে হায় ॥৪২॥

মনুংগী ভাব ঃ—বেদদা—“দান তৌ, যজ্ঞ তৌ স্বর্গ ফংগনি, মন্ত্র অসি শোল্লগ, যজ্ঞ অদু তৌরগা মাত্রু মাত্তু ফগনি” অস্নম্ হায়ত্তুনা মহৈ ফংননবগীদমক্ত কর্ম্মকাণ্ড মযাম্ অসি বিধান তৌবিবনি। অদুনদি, মহি কবিগী পাম্মুইদগে— × × × × অসিনচিংবা মপান্‌গী অর্থতবু, বিষয়ভোগ তৌবগী নুংঙাইবা ফংনিংব মখোয়তনা অস্নম্ন লৌবনি ॥৪২॥

নীঙ্‌জব-ফনিব স্বর্গ পাম্বা,　　মখোয়দতনা তাইবংসিদা
পোক্‌পাম্ব মহৈপীবা,　　থবক্ মখল যাম্‌তন্‌বা
বিষয়ভোগ ফংনবা,　　লম্বীতদা মচংলি ॥৪৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—যজ্ঞ অসি তৌবগা মহৈ অসি ফগনি, স্বর্গ ফংগনি, চন্দ্রলোক য়োংগনি, গন্ধর্ব্বলোক ফংগনি হায়ত্তুনা বেদ বিধি কায়দনা যজ্ঞ অদু তৌরগা পুণ্য তেংবা লোক অদু জীবত্তুনা ফলুরবস্থু, পুণ্যত্তুনা তেক্ লোইবদা মর্ত্ত্যলোকত অমুক্ পাক্কব' ।কৃপা পোক্কবাদ হান্ন হান্নগীদু অমুক্ মহাঙ্গ্রাল্প । অত্তুনা, অশিংবাশিংনা বেদনা হায় হায়ত্তুনা মপান্‌গী ফজব অর্থ অত্তুত লৌদে । মনুংগী অর্থ লৌত্তুনা কর্ম্ম তৌই—হায়বনি ॥৪৩॥

ভোগৈশ্বর্য্যপ্রসক্তানাং তয়াপহৃতচেতসাং । ব্যবসায়াত্মিকা বুদ্ধিঃ সমাধৌ ন বিধিয়তে ॥৪৪॥ (বিশেষকম্)
ত্রৈগুণ্যবিষয়া বেদা নিস্ত্রৈগুণ্যো ভবার্জ্জুন । নির্দ্বন্দ্বো নিত্যসত্ত্বস্থো নির্যোগক্ষেম আত্মবান্ ॥৪৫॥
যাবানর্থ উদপানে সর্বতঃ সংপ্লুতোদকে । তাবান বেদেষু সর্বেষু ব্রাহ্মণস্য বিজানতঃ ॥৪৬॥
কর্ম্মণ্যেবাধিকারস্তে মা ফলেষু কদাচন । মা কর্ম্মফলহেতুর্ভূর্মা তে সঙ্গোঽস্ত্বকর্ম্মণি ॥৪৭॥

---

মচীল্ লোঙদবী বুদ্ধিনি হায়রুনস্সু ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবত পান্নশিংগীদি
নুংঙাইবতুগী রাখন্ন চিংশ্রবশিংগীদি, থবক্ত শীজিন্নব য়াদে মাদি ॥৪৪॥

মন্নুংগী ভাব :—মচীল্ লোঙ্ঙ্রবনি, লেপথ্রবনি, হায়রুনস্সু, বুদ্ধি অদুনা সংসারগী বিষয়বু ভোগ তৌনবগী থবক্ত মচীল্ লোঙ্হন্দমা হেক শীজিন্নথ্রবদি অদুগুম্বা বুদ্ধি অদুনা, করিগুম্বা অরুবা অকুপ্পা থবক অম পাঙথোক্লনবগী ধ্যানদা থক চঙলকপা য়াদে—হায়বনি। অতৈ অতোপ্প রাখল্ অমদ করিমত চঙব তৌদ্দন ধনসম্পত্তিবু ফংননবগী রাখস্তদ শীজিন্নরবা অদুগুম্বা বুদ্ধি অদুনা ধ্যান-তপস্যা-সমাধিনচিংবদ থক চঙঙকউ হায়বা য়াদে হায়বনি ॥৪৪॥

বেদদি গুণ অহুম্‌গী বিষয়দা, লৈবনি নংদি লৈগনু অহুম্‌দা
অনীথোক্তনা লেঙদনা লৈহুনা, "ফংগনি লোইগনি" খন্‌গনু থক ॥৪৫॥

মন্নুংগী ভাব :—যজ্ঞ তৌবা, দান তৌবা, পিতৃ-মাতৃতর্পণ তৌবা, প্রেতলোক যৌথ্রবা মমা মপা কাওবা হুংশিবা, মখোয়গী চানবা হুনব—অসিনচিংবগী পাঙথোক্লবা, বেদদা হায়রিবা বিষয়মক্তনি, চুপ্পি। অদুনা খোংখোংপগী বিষয়বু নৈনবনা, সত্ত্ব—রজ—তম গুণ অহুম্‌গী বিষযবুত নৈনবা বেদনি। জীব নহাক্তি গুণ অহুম্ অসিদগী রাংমদ লৈগদবনি। অদুনা পোৎ অসি ফংখিগনি, ফংলে হায়রগা লোইগনি, ঙাক্কনি হায়বা-- রাখল্‌শিং অসিদগী রাংম লাম্থোকউ। জীবাত্মাবু থাঙ্গশেংবা লোইবা পুবা হায়বা মীশকতু জগত্ত ওইরম্মু ॥৪৫॥

ঈশিংনা মাথকৈ শীন্‌থ্রবদ, পুখ্রীনা মঙোন্দা চনবত লোই।
জগৎপুম্ব কূপথ্রবা বেদদগী, লোগদবত বেদ খঙবনা তৌই ॥৪৬॥

মন্নুংগী ভাব :— বেদদা জগৎকী রা পুম্নমক ই। পীক্লবা পুন্‌শি অসিদা, মাহু পুম্নমক্, অমস্থ অমস্থু থর থর লোহুনা শোক্তুন, কোয়চেল্ চেন্‌গদবা নত্তে। জীবনা লাক্লিবা-চঙঙক্লিবা মপোক্‌সগী চপ্ চাব শকক্ অদুত লোহুনা মহৈ পাম্‌দনা কর্ম তৌরমগদবনি ॥৪৬॥

থবক্ তৌবতনি নংগী শরুক্, মহৈবু খন্‌বা নাথো নত্তে
মহৈগীদমক্ লৈগনু থক, থবক তৌদন লৈবস্থ ফত্তে ॥৪৭॥

মন্নুংগী ভাব :—থবক্ তৌবদি নংগী শককনি, হকান অধিকারনি। মহৈ চাব-চাদবদি নংগী অধিকারদা লৈত্রে। থবক্ পাঙথোক্লবনিনা মহৈ ফংবা তারে হায়নীঙাই লৈতে। নংগী মপোকসে মীওইবা। মহৈ চাগে লাক্পনি হায়না থক্ খন্‌গন্নু থবক্ অদুত তোগে লাক্পনি খঙঙু। ক্ষত্রিয়গী মপোকত জীবনা লাক্পদি লালগীদমক্তান, মপা মপল্ অহল্ লমন্ হাংননবা, লৈপাক্ ফংনব, সিংহাসন ফংনবা নত্তে ॥৪৭॥

যোগস্থঃ কুরু কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা ধনঞ্জয়। । সিদ্ধ্যসিদ্ধ্যোঃ সমো ভূত্বা সমত্বং যোগ উচ্যতে ॥৪৮॥
দূরেণ হ্যবরং কর্ম্ম বুদ্ধিযোগাদ্ধনঞ্জয়। । বুদ্ধৌ শরণমন্বিচ্ছ কৃপণাঃ ফলহেতবঃ ॥৪৯॥
বুদ্ধিযুক্তো জহাতীহ উভে সুকৃতদুষ্কৃতে। তস্মাদ্যোগায় যুজ্যস্ব যোগঃ কর্ম্মসু কৌশলম্ ॥৫০॥
কর্ম্মজং বুদ্ধিযুক্তা হি ফলং ত্যক্ত্বা মনীষিণঃ। জন্মবন্ধবিনির্ম্মুক্তাঃ পদং গচ্ছন্ত্যনাময়ম্ ॥৫১॥

---

মহে পান্থ থাদোক্ত্না,　　মহে যান্বা-য়ান্দব'নীবু
অমতনি হায়না খন্দুনা,　　যোগদ লৈত্তুনা নাথো তৌ।
অনীবু অমতদা পুন্ববু　　যোগ কৌবনি অকনবা। ॥৪৮॥

মঙ্গুংগী ভাবঃ— সংসারদা থবক্ তৌন তৌন যোগী ওইগে হায়রবদি, তৌগদবা নথৌ অঙ্গ তৌব মতম্‌দা মহৈ চাবা চাদবা অনীবু অমত ওইশিন্নহন্দুনা ( যোগ তৌজনা ) তৌ। যোগদা লৈত্তুনা যোগী ওইত্তুনা থবক্ তৌগদবনি। মাঙ্গদা কংবা ঙুংঙাইবদা অঙ্গান থবক্ অঙ্গগীমহৈ যানব হাগববু ॥৪৮॥

অসিসি কংগনি খন্দুনা,　　থবক্ তৌবদা অকন্‌বা।
যাম্ন হন্থবনি অসিগী—　　দমক্কি খন্দনা তৌবদগী।
মহে পান্থদি অরীকপনি　　অরীকপা ওইদনবা নথৌ তৌ ॥৪৯॥

মঙ্গুংগী ভাবঃ— নীচ ওইববা, হন্থথবা থবক তৌগে হাযত্তুনা ত্তাইবং মীওইবগী হকচাংদা জীবনা চঙ্ঙকপা নত্তে। খ্বাইদগী হন্থবা অ'তানবা থবক্কি মহৈ অসিগীদমক্তনি হাযনা তৌব থবক্ অঙ্গনি। লল্ অসি ক্‌নব কম্ অসি ক'নবনি হাযনা বিদ্যা তান্‌বগী তৌবিব, থবক অঙ্গ যাম্ন তৌন্নবা থবক্কি। অরীকপগী থবক্কি হাযত্তুন জীবনা করিগুম্বদা মাঙ্গদ পেন্নিরোই ॥৪৯॥

মহৈ চাবচাদবা, ঈথৌ তৌনি খন্দুনা,　　পুণ্য কংগনি পাপ কংগনি
অনীমক থাড়ুনা, তিন্নহন্দুনা তৌ,　　যোগতনা থবক্ পাঙ্গনি ॥৫০॥

-মঙ্গুংগী ভাবঃ— লাল্ তৌরগা, লান্দ শিবগা স্বর্গ কগান হাযবা, অঙ্গগা লান্দা মী হাৎলগা পাপ পুগান হাযব অঙ্গম্ন খন্দুনা লালবু পাপ পুণ্যগীদমক্ত খন্দুনা তৌগদবা নত্তে। অনী অসি পুন্নপ পুনশিন্দুনা (যোগ তৌদুনা) ক্ষত্রিযগী নথৌ তৌগদবনি। নথৌ তৌবগা পাপ পুণ্যগা করি মন্ত মবম্ লৈনদে। পাপ-পুণ্যগী হাযবা অনী থোকপগী রাখলসে মহৈ পান্থদগী থোকপনি ॥৫০॥

কর্ম্মদগী পোকপা মহৈবু,　　থাদোক্তুনা অশিংবশিংনা
পোক্‌পশিবগী অপুন্‌বদগী　　কংভি লেঙ্‌ত্রবা থুভম লান্দুনা ॥৫১॥

মঙ্গুংগী ভাবঃ— জগত্ত অশিংবশিংনা থবক্তগী পোকপা মহৈ পান্থবু থাদোক্তুনা, জীববু, মহাক্তনা পোকপা শিনগী সংসারদা হন্ন থাদরম্বা থবক্কী মহৈ, অদুদগী ত্যাক্তুনা অমাঙ অতা লৈতবা ব্রহ্মপদবীবু কংভি। জীববু হন্ন হন্ন সংসারদা পোক্‌হন্‌বা শিহন্‌বদি "থবক্কী মহৈ পান্থা" হায়বদুত্তনা তৌবনি ॥৫১॥

যদা তে মোহকলিলং বুদ্ধির্ব্যতিতরিষ্যতি। তদা গন্তাসি নির্বেদং শ্রোতব্যস্য শ্রুতস্য চ ॥৫২॥
শ্রুতিবিপ্রতিপন্না তে যদা স্থাস্যতি নিশ্চলা। সমাধাবচালা বুদ্ধিস্তদা যোগমবাপ্স্যসি ॥৫৩॥

অর্জ্জুন উবাচ।

স্থিতপ্রজ্ঞস্য কা ভাষা সমাধিস্থস্য কেশব! । স্থিতধী কিং প্রভাষেত কিমাসীত ব্রজেত কিম্ ॥৫৪॥

---

"মহৈ পাম্ব" হায়ব শুম্‌হৎপসিদগী, লাম্হোকপা মতম্‌তুমক্তদা
অমন পঙাঙ্‌ ঙাংবদা তানিংঙরোই, তানিংঙাই লৈরোই ॥৫২॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—মহৈপাম্ম থবক্ তৌরিবমখৈ, অমন অম হাযজিন্‌বা, অমনা অম তাক্‌শিন্‌বা অমনা করিনো অম হাযজিল্লম্ব, অসি পুম্নমক্, তারিবমখৈস্থ শূক্‌পল্ পেল্লোই। তানিংহনা ঙাক্ লৈগনি। হায়রিবা মহৈ কংনংবগী শুম্‌হৎপা অসিদগী তেক্ কোকপা নুমিত্তগী অমগী মকম্‌দগী তাগদব সিম্‌তং রাংলি হায়বা অমত লৈররোই জীবনা মশাগী জ্ঞান (আত্মজ্ঞান)দ অথুম্ লূপথ্রনি ॥৫২॥

শাস্ত্র মখল্ মখল্‌গী, বিষয় খিবিক্ তাহুনা,
পূম্‌ঙাও ঙাওরে মীওইবা। চিংনবমক্ত ঙাযরক্রে।
চিংনব তৌনু অমতদ লেপ্পু, যোগী ওইগনি খুদক্তা ॥৫৩॥

মন্নুংগী ভাবঃ—শাস্ত্র মখল্ মখল্‌গী পাউতাক্ মখল্ মখল্ পঙ্‌তাদ তাহুনা নং পূম্‌ঙাও ঙাওরে। লৌকম্ অমত খঙ্‌দ্রে নং। "ক্ষত্রিযগীদি লালতনা অগোইবা ধর্ম্ম ন", "জীবহিংসা তীব হৌনদে", "যেরুবা হাংকদবান", "জীব হিংসা তৌদনাদ করম্ম লাল্ ঙম্‌গনি", অসিনচিংবা রাখলশিং অসিনা পুল্লপ্ হোত্থনা নংগী থম্মোয়দা লাকপসিদা, নং তৌক্‌ম্ খঙ্‌দ্রে। অথুনা, চিনবশিং অসি থাদোক্তুনা তৌগদবা নথৌ-ধর্ম্মদা পূরাং চঙঙ্। মথক্তা চিংনরিবসিংসে, "মহৈপাম্ব" দগী থোকপা ঙাক্তনি ॥৫৩॥

অর্জ্জুননা হায ঃ—

বুদ্ধি লেপ্লবগী মওং করিনো, অমতদ লেপ্লবগী মতৌ করিনো ?
করম্ ঙাঙিঙ, করম্ চৎলি, করম্ ফম্মি তাক্‌পিয়ু ॥৫৪॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—মী অসি মবুদ্ধি লেপ্পবনি, মহৈপাম্ব থাদোক্তুনা, শনী থোকপগী রাখন্দগী রাংম লাল্থব মীনি, হায়বাসিগী করি মওং খুদম্ লৈবগে ? অথুগুম্বা মী ন হায়বা করম্ম থাজসিগে ? মাগী রাঙাং খোন্দা শাজৎ করম্ তৌবগে, তৌরকপগে হায়না অর্জ্জুননা হংবনি ॥৫৪॥

## শ্রীভগবানুবাচ।

প্রজহাতি যদা কামান্ সর্বান্ পার্থ। মনোগতান্। আত্মন্যেবাত্মনা তুষ্টঃ স্থিতপ্রজ্ঞস্তদোচ্যতে ॥৫৫॥

দুঃখেষ্বনুদ্বিগ্নমনাঃ সুখেষু বিগতস্পৃহঃ। বীতরাগভয়ক্রোধঃ স্থিতধীর্মুনিরুচ্যতে ॥৫৬॥

যঃ সর্বত্রানভিস্নেহস্তত্তৎ প্রাপ্য শুভাশুভম্। নাভিনন্দতি ন দ্বেষ্টি তস্য প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা ॥৫৭॥

যদা সংহরতে চায়ং কূর্ম্মোঽঙ্গানীব সর্ব্বশঃ। ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থেভ্যস্তস্য প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা ॥৫৮॥

বিষয়া বিনিবর্ত্তন্তে নিরাহারস্য দেহিনঃ। রসবর্জ্জং রসোঽপ্যস্য পরং দৃষ্ট্বা নিবর্ত্ততে ॥৫৯॥

---

ভগবান্‌না হায় ঃ—

অতোপ্প অম পাম্‌ত্রবা, মশাতনা মশাদা পেঙ্গরবা,
হীরম্ পূম্বদা মথন্তদা, নন্‌জরবদো বুদ্ধি লেপ্‌লবনি ॥৫৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—পোৎ মথল্ মথল্, মমল্ য়াম্ন-য়াম্নবা, মমাঙ্‌দা উৎপদা পাম্মকত্রবা, মশাগী খব লৈজরিবদুদা পেল্লবা, খবকপুম্বদা মথন্তনা ভার লৌরবা মী অদো মবুদ্ধি লেপ্লবনি ॥৫৫॥

অরাবদ লাঙতক্রত্রবা, নুংঙাইবদা থোইন পাখত্রবা,
অকিব-শাউব লৈত্রবা, মহাক্কো মীনি বুদ্ধি লেপ্লবা ॥৫৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—ফংদব-মাঙাখিবা আসনচিংবদা বাবিত্রবা, মমল্ য়াম্ব পোৎ অম ফংবদসু ঈপা পাখত্তবা, হান্নগী ফংদ্রিবৈগী মওংদগী ঈহোং হোংদবা, শাউনবা হায়বদা শাউবিত্রবা, কিনবা হাযজিন্‌বদা নাচুংত্রবা মী অদো মবুদ্ধি লেপ্লবা হাযবদুনি।

য়েক্লব-মব্দপনি হাযবগী, থোইনা তাথীব নুংশিব লৈতবা
যেক্লব-মব্দপনীমক্তা, মাম্নন চৎশবদো মীনি লেপ্লব ॥৫৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—যেক্লবনি হাযবগী নুংশিদবা তাথীবা তৌত্রবা, মব্দপনি, ঐগী মীনি হাযবগী থোইনা হেন্‌জিন্ন নুংশিকবসু তৌত্রবা, অনীমক্তা চপ মাম্নন চংলবা বারী শানবা, লৈমিম্নবন্না মহাক অদো মবুদ্ধি লেপ্লবা হাযব মীহুনি ॥৫৭॥

থিন্দোক্লম্বা মখোং মখুৎ, লৌশিন্‌খিবগুম্ খেঙ্গুনা
ইন্দ্রিযশিংবু লৌশন্‌থ্রবা, বিষযশিংদগী মাদো লেপ্লবনি ॥৫৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—কনাগুম্ব অমনা নত্রগা করিগুম্ব অমনা হেকথেংব শোকপদা থেঙ্গুনা মাগী থিন্দোক্লিম্নবা মখোং মখুৎ অদু কিদুনা খংহুনা লোইশিন্ খোন্‌জিন্‌খিবা অদুগুম্না, করিগুম্ব কত্তবা পোৎশক অমগী মশক মনম্, মহাউনচিংব থেংনকগদবা মীৎ নাতোন্ লৈনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং আসবু হেক লোইশিন্-খোম্‌জিনথ্রবা মী অদু মবুদ্ধি লেপ্লব মীশক অমনি ॥৫৮॥

বিষয়শিংবু লৌওম্‌ত্রবা, মীত্তাংব নাপংবশিংদগী
বিষয়শিংন হন্দোকখিবগুম্, মখোয়দগী হন্দোকখি বিষয়শিংনা ॥৫৯॥

যততো হ্যপি কৌন্তেয়। পুরুষস্য বিপশ্চিতঃ। ইন্দ্রিয়াণি প্রমাথীনি হরন্তি প্রসভং মনঃ ॥৬০॥
তানি সর্বাণি সংযম্য যুক্ত আসীত মৎপরঃ। বশে হি যস্যেন্দ্রিয়াণি তস্য প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা ॥৬১॥
( যুগ্মকম্ )

ধ্যায়তো বিষয়ান্ পুংসঃ সঙ্গস্তেষূপজায়তে। সঙ্গাৎ সঞ্জায়তে কামঃ কামাৎ ক্রোধোঽভিজায়তে ॥৬২॥
ক্রোধাদ্ভবতি সংমোহঃ সংমোহাৎ স্মৃতিবিভ্রমঃ। স্মৃতিভ্রংশাদ্বুদ্ধিনাশো বুদ্ধিনাশাৎ প্রণশ্যতি ॥৬৩॥

---

মনুংগী ভাব ঃ—মমীত্তাঙব মীশিংগী মকমদগী রূপ-শব্দনচিংবা বিষয়না মথন মথন্ত হন্দোকখিব অদুগুম্না, মবুদ্ধি লেপ্পবা, জ্ঞানী ওইরবশিংদগী মনম্-মহাওনচিংবা বিষয়শিং অসিনা ঈকায়-ঈকায় হন্দোকচখি ॥৫৯॥

চোক্‌শিন্‌ব যোগীশিংগীমকুস্থু, অশিংব জ্ঞানীশিংগীস্থু,
পুক্লীংবু নম্‌হুনা চিংহুনা পুখি, পুনিংব মকমদা ইন্দ্রিয়শিংনা ॥৬০॥

মনুংগী ভাব ঃ—মপাঙ্গল্ কন্‌বগা, মশীঙ, য়াম্বগা, ইন্দ্রিয়শিং অসিনা, জ্ঞানী পণ্ডিতশিংমক্কী পুক্লীংবু, নম্‌হুনা মপাঙ্গল থেন্না, মখোযনা পুনিং পুনিংব বিষয়শিংদা, হাযবদি-মশক্-মনম্-মহাউ-নচিংবদা, কোয়চিংচিংহুনা পুহনা চংখি ॥৬১॥

মখোযশিংবু থিংলগা, ঐঙোন্দা থম্মোয থম্লগা,
মখোয়বু মখা পোল্‌হনব, ঙম্লব মীদা লেপলবান ॥৬১॥

মনুংগী ভাব ঃ—মপাঙ্গল্ কল্লবা ইন্দ্রিযশিং অদুবু থিংলগা, ঐঙোন্তদা (অশেংবা জ্ঞানী গুরুদ)মপুক্লীং লেঙ্‌দনা থম্‌হনা, মখোযদুবু মখা পোল্‌হল্লবা মী অদুগী বুদ্ধি অদু লেপ্পবনি। মাসিগী ভাবতি ঃ—অনীদা লেপ্পবু লেপ্প কৌদে, অমত্তদা শেপ্পবনু শেপ্পা কৌই। অমত্তদা লেপ্পে হাযদুনসু ইন্দ্রিয় খুদুম্ চন্দ্রবাদ শেপ্প কৌদে। অদুনা অমত ওইবা ঈশ্বরদা * মবুদ্ধি লেঙ্‌দনা থম্লগা ইন্দ্রিয় খুদুম্ চল্লব মীদা মবুদ্ধি শেপ্পবা হাযবদুনি ॥৬১॥

বিষযাশিংবু হন্ন হন্ন, খল্লুবদগী হৈনবা পোক্‌খিদা।
হৈনবদগী পাম্ব, পাম্বদগী শাউবা, মথং মথং পোকৃইদা ॥৬২॥

মনুংগী ভাব ঃ- মশক্, মহাউ, মনম্, শোক্‌প, খাজ্জেল্—মঙা অসিবু নুমিৎ খুদিংগী খল্লব শীজিন্নকবা অসিদগী মখোযদা "খাদোবপ ঙম্‌দনা হৈনাখবা" হাযবদু পোক্‌খি। মাদুদগীদি মখোযদা অপাম্বা হায়বদু পোকৃই। মাদু কংদ্রেগা অশাউবা পোকৃই।

অশাউবদগী শুম্‌হৎপা, শুম্‌হৎপদগী নীঙ্‌শিংব-মাঙ্‌বা,
নীঙ্‌শিংব থোক্কবদগী বুদ্ধি মাঙ্‌বা, বুদ্ধি মাঙ্‌বদগী কংডি পুম্নাঙ্‌ মাঙ্‌বা ॥৬৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—শুম্‌হৎপা-জ্ঞান্ মাঙ্‌বা হাযবসি অশাউবদগী পোক্‌পনি। শুম্‌হৎপদুদগী অকবনি হাযনা খঙলম্বা অদুসু কাউথোকখি। অকবদু নীঙশিংদবদগী বুদ্ধি মাঙবা হায়বদু ওই। বুদ্ধি অদুনা মপুং ফানা মাঙলবদা মীওইবগী পুন্‌শি অদু কান্নদ্রে, পুম্নাঙ মাঙলে ॥৬৩॥

---

*টীকা—ঐগী ঈশ্বরদ অসিনি, অসুম্ তৌই, নংগীদু লাল্ল নত্তে · অসনচিংবা য়েৎনবিব হায়রিব অপঙবশিংদুগী ধর্ম্ম অমদি মখোইগুসু লেপ্‌ত্রিবনি।

রাগদ্বেষবিমুক্তৈস্তু বিষয়ানিন্দ্রিয়ৈশ্চরন্ । আত্মবশ্যৈর্বিধেয়াত্মা প্রসাদমধিগচ্ছতি ॥৬৪॥
প্রসাদে সর্বদুঃখানাং হানিরস্যোপজায়তে । প্রসন্নচেতসো হ্যাশু বুদ্ধিঃ পর্য্যবতিষ্ঠতে ॥৬৫॥
নাস্তি বুদ্ধিরযুক্তস্য ন চাযুক্তস্য ভাবনা । ন চাভাবয়তঃ শান্তিরশান্তস্য কুতঃ সুখম্ ॥৬৬॥
ইন্দ্রিয়াণাং হি চরতাং যন্মনোঽনুবিধীয়তে । তদস্য হরতি প্রজ্ঞাং বায়ুর্নাবমিবাম্ভসি ॥৬৭॥

---

অপাম্ব য়েংখিব খাদুনা, ইন্দ্রিয়শিংতনা বিষয়বু কংদুনা,
মশাবু মখা পোলহজ্ঞবা, মক্তুব থম্মোয়বু লোইঙম্মি মানা ॥৬৪॥

মনুংগী ভাব :—মপান্গী মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা মশক্-খোঙ্গেমচিংব বিষয়শিং অসিবু লৌবদা, হায়বদি, কর্ম্ম তৌবদা করিস্নু কায়বা লৈতে। অপাম্ব-য়েংখিবা-অশাউবনচিংবা লাক্লিবসিদি কর্ম্ম অদুগী মহৈ কংনিংলুবদগীনি। অদুগুম্ব মহৈবু কংনিংবা হায়বা রাখল্ অসিবু খাব ওম্নবদি মশাবু মশাগী মখা পোল্হন্বা ওম্বা হায়বদুনি। অদুগুম্বা মশাবু মশাগী মখা পোল্হন্বা ওম্নবশিং অদুতনা মক্তুব থম্মোযবু কংব-লোইব ওম্মি ॥৬৪॥

অসুম মক্তুবা থম্মোযদা অরাব মখল্ মখল্ মাঙাখি।
পেল্লব মক্তুবা বুদ্ধিসিনা, পরং ব্রহ্মদা চঙশিল্লি ॥৬৫॥

মনুংগী ভাব :—থম্মোয়না ঈলং লংনা লৈরবা, মক্তুবা অদুতদা, অরাব মখল্ মখল্ মখম্ন অমবৃপ ছায়। ( মমি ) ওইনা থম্মোয়দুনা তারব চঙঙকপা ওম্দে। অদুগুম্বা মক্তুবা লংলবা থম্মোয়না অমকৃপগী শকক্ যাওদ্রবা পরং ব্রহ্মারামদা চঙশিন্বদি তৌনশানি ॥৬৫॥

মক্লব থম্মোয়না পরং ব্রহ্মদা, চঙ্শিল্লু হায়বা য়াদে খক্।
মঙোন্দ চঙদ্রবদা অঈঙবা লৈতে, ঈঙদ্রবদা নুঙাইবা লৈতে খক ॥৬৬॥

মনুংগী ভাব :—অশাউব-কল্পকৃপনচিংব অমকৃপশিং অসিদগী কোকত্রিবা থম্মোয ( বুদ্ধি ) অদুনা অমত ওইবা মঙোন্দ। চঙশিল্লু হায়ব খক য়াদে। অমত ওইবা পরং ব্রহ্ম মঙোন্দা চঙশিন্দ্রিমখৈস্নু মীওইবগী অঈঙবা ( শান্তি ) লৈতে। অদুগুম্বা শান্তি লৈতবশিংগীদি নুংঙাইবা কদাইদগী লাক্কদগে ? ॥৬৭॥

ইন্দ্রিযশিংনা বিষযগী ভুংইল্লি, ইন্দ্রিযগী ভুংইন্বা পূক্নীংনা,
নুংশিৎনা হিবু তৌবগুম্না, বুদ্ধিবু লূপহন্খি মহাক্না ॥৬৭॥

মনুংগী ভাবঃ—মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিযশিংনা মাগী মাগী রূপ-শব্দনচিংব বিষযগী মতুং ইন্বা হায়বদুদি হৌনশানি। ইন্দ্রিযশিং অদুগী মতুংবু পূক্নীং ( মন ) মাস্নু হেক মইন্নকরবদি মহাক্নসু অমুক অক-কত্তগী বুদ্ধিবু, নুংশিৎনা হিনাউ শাবা য়াওদবা হিগু লুপহন্বগুম্না, লুপহন্লি ॥৬৭॥

তস্মাদ্‌যস্য মহাবাহো! নিগৃহীতানি সর্বশঃ। ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থেভ্যস্তস্য প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা ॥৬৮॥
যা নিশা সর্বভূতানাং তস্যাং জাগর্ত্তি সংযমী। যস্যাং জাগ্রতি ভূতানি সা নিশা পশ্যতো মুনেঃ ॥৬৯॥
আপূর্য্যমাণমচলপ্রতিষ্ঠং সমুদ্রমাপঃ প্রবিশন্তি যদ্বৎ।
তদ্বৎ কামা যং প্রবিশন্তি সর্ব্বে স শান্তিমাপ্নোতি ন কামকামী ॥৭০॥
বিহায় কামান্ যঃ সর্ব্বান পুমাংশ্চরতি নিস্পৃহঃ। নির্ম্মমো নিরহঙ্কারঃ স শান্তিমধিগচ্ছতি ॥৭১॥

হোৎনবনা ইন্দ্রিয়শিংবু, বিষয়শিংত্তদগী লোইশিন্‌থ্রবা,
মহাক্কী বুদ্ধিত্ত লেপ্লবনি, পরং ব্রহ্মদ ওন্‌শিন্‌থ্রবনি ॥৬৮॥

মনুংগী ভাবঃ—যোগ সাধননা ওইববস্তু, অভ্যাস যোগনা ওইরবস্তু অঢ়ঙ্গম্বা মী অদুনা মহাক্কী মপান্‌গী ইন্দ্রিয়শিংবু মাগী মাগী বিষয়শিংদগী লৌশিন্‌বা লোইশিন্‌বা ওম্লবা, মহাক অদুগী বুদ্ধিত্ত পরং ব্রহ্মদা চওশিল্লবনি ॥৬৮॥

অতৈ জীব-পান্‌বাশিংগী, অহিং হায়বত্তদা যোগীদি,
হৌগৎলি, অয়ুক নুংথিন্দদি, তুম্মি যোগীশিংতাদ ॥৬৯॥

মনুংগী ভাবঃ—অপঙবা অমাদ সংসারগী বিষয়দা লূপতুনা লৈরবাশিং অদুগী অতিংনি হায়রিবা মতম্‌সিদা, যোগী ওইবা জ্ঞানী ওইবাশিং অদুদি তুম্‌দে, জাগরণ তোদুনা লৈ। হায়বদি অমম্ব সংসারদা অতৈনা তুম্‌দুনা পথত্তনা লৈবৈঙদা মখোয়দি তুম্‌দনা পবং ব্রহ্মগী রাখন্দা লুপতুনা লৈ। অতৈনা অয়ুক নুংথিন্না হায়দুনা মপা-মচা উনত্তনা লৈরঙদা যোগীশিংদি ধ্যান যোগত তুম্‌খুম হুন্দুনা তুম্‌দুনা লৈথোকই, হায়বাদ সুষুপ্তি অবস্থাদা লৈ। যোগীশিংদি মপান্‌গী তাইবংদগী ওম্ল তৈননা লৈ ॥৬৯॥

তত্তন থন্‌ন লেঙদব ঈপাক্তা, তুবন্নশিনা চেন্‌শিল্লকপগুম্,
বিষয়শিংনা চেন্‌শিল্লকপদা, লেঙদ্রবা মাতম শান্তি ফংডি ॥৭০॥

মনুংগী ভাবঃ—মাথৈক মবীদগী তত্তনা চেল্লকপা তুবল ঈছুংনাচংনবা অতৈং অথম্ লৈব্‌না মঙোন্দা তাবববস্তু সমুদ্রনা পাথোকপা হায়বা লৈতনা, মঙোন্দ অত্রম্ তুমিন্ তুমিন্ তিল্লহন্‌খিবা, মাদি ঈরং লেংদবা, অত্তগুম্না, মহাক্কী থম্মোয়দা বিষয়শিং অসিনা তত্তনা চেন্‌শিল্লরক্লবস্তু মাদি ঈরেং লেঙবিদবা মী (যোগী) অত্তনা সংসারদা শান্তিবু ফংবা ঙম্মি ॥৭০॥

কল্লক মিহোবা নাপল যাওদনা ঐগী মাগী খায়দনা।
মতৈ পাম্বা যাওদনা, অঈঙবা ফংডি মথৌ তৌবনা ॥৭১॥

মনুংগী ভাবঃ—তৌদ্রবস্তু যাব থবক মখৈবু থাদোক্তুনা, *মথৌতবু মতৈপাম্ব তৌদনা নাপল থোইবা যাওদনা তৌরিবাশিং অত্তনা অঈঙবা ফংবা ঙম্মি ॥৭১॥

*টীকা—খুদম ওইন হায়রবদা ঈশংগী মহাও পীবগা চকুগী মপান্দা লৈরোং য়াৎপা য়াওবগা থোইনা মরম্ লৈনাদে। অত্তগুম্ব লৈবোং যাৎলি যাত্তে হায়বগী অশাউবা মুংঙাইতববু থাদোক্কনি।

এষা ব্রাহ্মী স্থিতিঃ পার্থ। নৈনাং প্রাপ্য বিমুহ্যতি। স্থিত্বাস্যামন্তকালেঽপি ব্রহ্মনির্বাণমৃচ্ছতি ॥৭২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভগবদ্গীতায়াং ষড়্বিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

গীতায়াস্তু দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

মাসিনি খঙঙু ব্রহ্মস্থিতি,　হাযবদো অর্জ্জুন 'াসদ লৈত্রনা
অরোইবা নুমিত্তা জীবনা,　ব্রহ্মদা তিশিন্দুনা মুংথি ॥৭২॥

মমু গী ভাবঃ—জীবনা ব্রহ্মগী মওংদা লৈবা হাযববু অসিনি। অসিগুম্ব অবস্থা (স্থিতি) দা লৈন-লৈন দেহসিবু থাদোক্লুবা জীবচুদ "ব্রহ্মদা-তিন্খিব-মুংথিবা" হাযবত্থ ফংবা ঙম্মি ॥৭২॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভগবদ্গীতাপর্ব্বগী কুন্তকক শুবা অধ্যয লোইরে ॥*॥

ভগবদ্গীতাগী অনীশুবা অধ্যায লোইরে।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

(গীতা পর্ব্ব)

## তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

(ভগবদ্গীতাগী অহুম্শুবা অধ্যায়)

——:•:——

অর্জ্জুন উবাচ।

জ্যায়সী চেৎ কর্ম্মণস্তে মতা বুদ্ধির্জনার্দ্দন ! । তৎ কিং কর্ম্মণি ঘোরে মাং নিয়োজয়সি কেশব । ॥১॥
ব্যামিশ্রেণেব বাক্যেন বুদ্ধিং মোহয়সীব মে । তদেকং বদ নিশ্চিত্য যেন শ্রেয়োঽহমাপ্নুয়াম্ ॥২॥

শ্রীভগবানুবাচ।

লোকেঽস্মিন্ দ্বিবিধা নিষ্ঠা পুরা প্রোক্তা ময়ানঘ ! জ্ঞানযোগেন সাংখ্যানাং কর্ম্মযোগেন যোগিনাম্ ॥৩॥

---

অর্জ্জুননা হায ঃ—

কর্ম্মদগী বুদ্ধিনা হেল্লি, হাযনা তাকৃপিরবদি জনার্দ্দন !
করিগী অকিব কংলবা, কর্ম্মদা ঐবু ঈন্‌শিল্লি ? ॥১॥

মনুংগী ভাব ঃ—কর্ম্মদগী বুদ্ধিনা হেল্লি হায়না তাকৃপিরবদি হায়বদি—কর্ম্ম তৌবুদি জ্ঞান তানা তুমিন্ন লৈবনা কৈ হায়না তাকপিরবদি, ঐবুদি করিগী লাল্ তৌ—কর্ম্ম তৌ—হায়না ঈনশিনবিরিবগে ? ॥১॥

য়েৎনব রাহৈ রাঙাওনা, ঐগী বুদ্ধিবু শুম্হৎপিয়ে।
অহুনা অমতং লেপ্লিরগা, মঙ্গল ওইনব তাকপিরোনে ॥২॥

মনুংগী ভাব ঃ—জ্ঞানতনা, বুদ্ধিতনা লাল তৌগদবনি, থবক্ তৌগদবনি হায়হুনা কর্ম্মদগী জ্ঞানন হেল্লি হায়না তাকপিবহুদা, কর্ম্ম তৌজরোই জ্ঞানমার্গ ওইজগ্রগে হায়বস্থু "খুৎলায় পাযু—লাল শোক্লৌ" হায়না কর্ম্মনা হেনব ওইন অমুকস্থু তাকপিন্নি । অহুনা মকম্ মরাং খঙদ্রে ঈয়ান য়াম্নথ্রে' তাকপিগদবা অমতং নাথৈশেংনা তাকপিয়ু—হায়বনি ॥২॥

শ্রীভগবান্‌না হায় ঃ—

মমাঙৈদস্থু ঐনা হায়প্রবনি, তাইবংদ চৎকদব লম্বী 'নীদনি।
জ্ঞানগী লম্বীনা সাংখ্যশিংগী, কর্ম্মগী লম্বীনা যোগীশিংগীনি ॥৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—সংসারগী সৃষ্টিগী মতম্‌দগী তাইবং মীনা চৎকদবসি লম্বী অনীতনি হায়না ঐনা হায়প্রবনি । জ্ঞানগী লম্বীনা জ্ঞানতদা মুংঙাইখিহুনা কর্ম্ম পুম্‌থা থারবা সন্ন্যাসীশিংগীনি । কর্ম্মমার্গ হায়বসিদি মহৈ পাম্‌দন কর্ম্ম তৌহুনা লৈরিবা কর্ম্মযোগীশিংগীনি । নং কর্ম্মযোগী ওইয়ু ॥৩॥

ন কর্ম্মণামনারম্ভান্নৈষ্কর্ম্ম্যং পুরুষোঽশ্নুতে। ন চ সন্ন্যসনাদেব সিদ্ধিং সমধিগচ্ছতি ॥৪॥
নহি কশ্চিৎ ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্ম্মকৃৎ। কার্য্যতে হ্যবশঃ কর্ম্ম সর্বঃ প্রকৃতিজৈর্গুণৈঃ ॥৫॥
কর্ম্মেন্দ্রিয়াণি সংযম্য য আস্তে মনসা স্মরন্। ইন্দ্রিয়ার্থান্ বিমূঢ়াত্মা মিথ্যাচারঃ স উচ্যতে ॥৬॥
যস্ত্বিন্দ্রিয়াণি মনসা নিয়ম্যারভতেঽর্জ্জুন।। কর্ম্মেন্দ্রিয়ৈঃ কর্ম্মযোগমসক্তঃ স বিশিষ্যতে ॥৭॥
নিয়তং কুরু কর্ম্ম ত্বং কর্ম্ম জ্যায়ো হ্যকর্ম্মণঃ। শরীরযাত্রাপি চ তে ন প্রসিধ্যেদকর্ম্মণঃ ॥৮॥

---

কর্ম্ম তৌবন অরান্ব ফংদে, কর্ম্ম তৌদনা লৈবস্থু যাদে।
থাদোকপা ঙাক্ল অরানবা খুভম্, ধনঞ্জয়! খঙঙ্, ফংবনত্তে ॥৪॥

মহুংগী ভাব ঃ—অরানব খুভম্ (মুক্তি) ফংগে হায়দুনা হোৎনরিবসিমক্ কর্ম্ম অমনি। অদুনা, চঙ্‌শিনববু ওইরবস্থু থাদোকপবু ওইরবস্থু কর্মগী কর্ম্মমক্তনি। অদুনা কর্ম্ম ঈতৌ তৌদনা লৈব থক য়াদে। অরান্ব খুভম্ ফংনবা কর্ম্ম ফাওবা থাদোকপনা মুক্তি অদু ফংব থক য়ারোই ॥৪॥

কনাস্থু কর্ম্ম তৌদনা, মীকুপ 'মত লৈঙম্দে।
জীবপুম্বা প্রকৃতিগী, গুণগী মখা পোনবনি ॥৫॥

মহুংগী ভাব ঃ—তৌবস্থ কর্ম্মনি, তৌদনা তুমিন লৈবস্থু কর্ম্মনি। তুম্বস্থু কর্ম্মনি। অদুন কর্ম্ম য়াওদনা মীকুপ অমত লৈব ঙম্ব জীব জগত্ত লৈতে। কর্ম্ম হায়বসি প্রকৃতিগী গুণনি। জীবদি 'প্রকৃতিগী মখা পোন্দুনা লাকপনি। অদুনা কর্ম্মবু থক থাব যাদে ॥৫॥

মপাম্হোংগী খোঙ খুত্তা, কাজিল্লগা পূরীংনদি কাউদ্রিবা
বিষয়শিংবু মহাকতো, অপঙবনি মীনম্বনি ॥৬॥

মহুংগী ভাব ঃ— সন্ন্যাস-ত্যাগীনি হায়দুনা মনম্ মহাউ মশকনাচংববু ইন্দ্রিয়শিংগা শোক্ল শম্নহন্দনা মপূরীংনাদ কাউবা ঙম্দনা খল্লিবশিং অদো, নমথাক তৌবা, মীনি, সন্ন্যাসীনি হায়না মপাস্তদা উৎপা ঙাক্তনি ॥৬॥

পূরীংনা ইন্দ্রিয়শিংবু থিংদুনা, কর্ম্ম ইন্দ্রিয়তনা থবক তৌরিবা
থবক্কী মহৈ খল্লদবা, মহাক্তো থাগৎনীঙঙাই যোগীনি ॥৭॥

মহুংগী ভাব ঃ— মহুংগী ইন্দ্রিয়শিংনা হায়বদি জ্ঞান ইন্দ্রিয়শিংনা কা হেল্লকদবদুবু পূরীং নম্হত্তুনা, থবক্কী মহৈ পাম্দনা, মপান্গী খোঙ খুৎনচিংবা ইন্দ্রিয়বু মাগী মাগী কর্ম্মদা অদুম্ চঙহন্বা যোগীশিং অদা থাগৎনীঙঙাইনি ॥৭॥

তত্তনা কর্ম্ম তৌ অর্জ্জুন। কর্ম তৌদবদগী ফৌবনা হেল্লি।
জীবগী কুয়াম্ হক্চাংসে, কর্ম্মতনা য়োক্তুনা থম্বনি ॥৮॥

যজ্ঞার্থাৎ কর্ম্মণোঽন্যত্র লোকোঽয়ং কর্ম্মবন্ধনঃ। তদর্থং কর্ম্ম কৌন্তেয় ! মুক্তসঙ্গঃ সমাচর ॥৯॥
সহযজ্ঞাঃ প্রজাঃ সৃষ্ট্বা পুরোবাচ প্রজাপতিঃ। অনেন প্রসবিষ্যধ্বমেষ বোঽস্ত্বিষ্টকামধুক্ ॥১০॥
দেবান্ ভাবয়তানেন তে দেবা ভাবয়ন্তু বঃ। পরস্পরং ভাবয়ন্তঃ শ্রেয়ঃ পরমবাপ্স্যথ ॥১১॥

---

মনুংগী ভাব ঃ— কর্ম তৌদনা লৈবা য়াত্রবা অদুগা য়াম্নরোইদৌবা পোৎ অদুদি কর্ম্ম থাদোক্লে হায়শিন্নরগা করি কান্নে ? অদুগা খোঙ খুৎ তুমিন্ন কাজিন্দুনা থম্নগা কর্ম্ম ( থবক্ ) তৌব্রে, হায়ন খল্লবস্থ, মাদুবুদি খোঙ খুৎ তিংখোক্নুনা কর্ম্ম তৌন তৌন তৌদে হায়বদুন কৈ। হায়বদি, খোঙখুৎ যাওদনা কর্ম্ম তৌবদগী খোঙখুৎ য়াওনা কর্ম্ম তৌবনা কৈ। মরম্দি অসিগুম্বা কর্মতনা জীবগী জীবিকা হাযবদু ওইরিবনি ॥৮॥

যজ্ঞ নত্তবা কর্ম্ম মখেদি, জীববু পুন্নবা মশাক্।
অদুনা মহৈ পাম্দনা, কর্ম্ম তৌ মাদু যজ্ঞনি ॥৯॥

মনুংগী ভাব ঃ— মহৈ পাম্দনা, মথৌগী ৱাখন্তদা তৌবা কর্ম্ম মথৈ যজ্ঞনি। যজ্ঞ হায়বদি থাদোকপা হায়বনি। অসিগুম্বা যজ্ঞসি নত্তবা কর্ম্ম মখেদি জীববু হন্ন ঙন্ন তোঙান্ তোঙান্বা দেহগী মওংদা পুনশিনশিন্দুনা থম্মি। অদুনা যজ্ঞ তৌ, লাল তৌ, মহৈ পাম্গনু। যজ্ঞ অদুত তৌগে হায়গদুনা তাইবং মীগী হকচাংদ লাক্পা জীব ননি ॥৯॥

অদুডৈ যজ্ঞগা লোয়ননা, প্রজাশিং শেম্লৈদা ব্রহ্মান হায়।
মসিনা নখোয়না তোৎনক, চাওখৎলু মহৈ যাজ্ঞরু ॥১০॥

মনুংগী ভাব ঃ— মহৈ পাম্দনা কর্ম্ম তৌবা কৌব যজ্ঞ অসিমক্কা লোযননা জগৎ শেম্লিবনি। জীবাত্মানা চাওখৎপা ফংবা হায়বসি অসিগুম্বা যজ্ঞসিতনা ওইগদৌরিবনি। জগৎ শেম্ব মপুনা জীবশিংগীদমক্ অসগুম্বা কুবোম্গী মশক্ ওইরবা দেহশিং অসিবু শেম্খিবনি। থোইদোকপা হায়রবদা যজ্ঞ অসিতনা তাইবং মীনা ইহলোক অনীমক্তা চাওখৎপা ফংলিবনি। ॥১০॥

মসিনা লাইশিংবু পেলহনল্লু, পেলহনসনু লাইনস্থ নখোযবু
অমগমগ তেংবাংনবনা, মখোযস্থ নখোযস্থ চাওখৎলু ॥১১॥

মনুংগী ভাব ঃ— মহৈ-পাম্দবা-কর্ম্মগী মশক্ লৌববা যজ্ঞ অসিতনা মৈ ঈশিং নুংশিৎনচিংব অসি পুরিবা স্বর্গগী দেবতাশিং অদুবু, হায়বদি মনীওতম্বা লৈরিবা শক্তিশিং অদুবু, পেলহনবা যাগনি, অতৈনা খক য়ারোই। শক্তি পুরিবা দেবতাশিং অদুনা পেল্লবগদা তাইবং জীবপুম্বগী মঙ্গল ওইগদৌরিবনি। মনুংগী অকুপ্প ভাবাত্তি, মতম্ চানা নোং তাবনচিংবসি নিষ্কাম কর্ম্মগী মশক্ ওইবা যজ্ঞতনা থোকহল্লিবনি। কর্ম্ম অসিনা হেক কায়রকপদ হাৎরিবা প্রকৃতিগী খোংচৎশিং

ইষ্টান্ ভোগান্ হি বো দেবা দাস্যন্তে যজ্ঞভাবিতাঃ। তৈর্দত্তানপ্রদায়ৈভ্যো যো ভুঙ্‌ক্তে স্তেন এব সঃ ॥১২॥
যজ্ঞশিষ্টাশিনঃ সন্তো মুচ্যন্তে সর্বকিল্বিষৈঃ। ভুঞ্জতে তে ত্বঘং পাপা যে পচন্ত্যাত্মকারণাৎ ॥১৩॥
অন্নাদ্ভবন্তি ভূতানি পর্জন্যাদন্নসম্ভবঃ। যজ্ঞাদ্ভবতি পর্জন্যো যজ্ঞঃ কর্ম্মসমুদ্ভবঃ ॥১৪॥
কর্ম্ম ব্রহ্মোদ্ভবং বিদ্ধি ব্রহ্মাক্ষরসমুদ্ভবম্। তস্মাৎ সর্বগতং ব্রহ্ম নিত্যং যজ্ঞে প্রতিষ্ঠিতম্ ॥১৫॥

---

অসি কায়থরকদৌরিবনি। অমগমগা মত্তেং পাংনবা হেক্ তোক্পদা জগৎ অসি মীকুপ অমত্ত লৈব য়ায়োই ॥১১॥

অসিগুম্ব যজ্ঞন পেল্লবা, লাইশিংনা পীগনি অপাম্বা।
মখোয়ন পীব নত্তন চাব, মখোয়পুম্বা হুরান্‌বনি ॥১২॥

মমুংগী ভাব :—মহৈ পাম্‌দবা কর্ম্মগী মশক্ ওইরবা যজ্ঞশিং অদুনা, তাইবং মীনা ইন্দ্রনচিংববু পেলহল্লবতদ মখোয়না তাইবংমীগী কৌচেং, সনালুপা, মহৈমরোংনচিংবা ভোগ পুম্নমক্ পীরকনি মখোয়না পীব ভোগ নত্তবা, হায়বদি সকাম কর্ম্মুনা, কাম-লোভনা তাম্মুহনা কংবা ভোগপু চারিবশিং অদো হুরান্‌বা ওাক্তুনি ॥১২॥

যজ্ঞগী অরেম্ব চারিবশিংদো, পাপ খিবিক্তগী কোক্রঁবনি।
মশাগীত চানবা থোংলিবা তাল্লিবা, মখোযদো পাপপু চাবনি তানবনি ॥১৩॥

মমুংগী ভাবঃ—নিষ্কাম কর্ম্ম তৌগুনা মাদুনা কংলক্‌প পুম্ব দেবতা-অতিথিশিংগী তম্‌থগা অরেম্ব খর চারিবদো পাপতগী কোক্রবনি। মশাগী চাননবগী রাখত্তদা থোং থাক্তুনা চারিবদো, অচাপোৎ নত্তে. চারিবদো, পাপপু চারিবনি ॥১৩॥

জীবপান্‌বা অপুম্বা, চিঞ্জাক্তগী পোকপনি।
নোংদগী চীঞ্জাক্ যজ্ঞদগী নোং, কর্মদগী যজ্ঞ পোকপনি ॥১৪॥

মমুংগী ভাব :—কর্ম্মনা খ্‌াইগী পোক্লকম্‌নি। মরম্‌দি—কর্ম্মদগী যজ্ঞ, যজ্ঞদগী নোং, নোংদগী চীঞ্জাক্, চীঞ্জাক্তগী অম্‌ুকযাম্বা জীব পান্‌বশিং অসি পোক্লিবনি। অদুনা কর্ম্মবু থাব ঊয়া-য়াদে ॥১৪॥

কর্ম্মতু ব্রহ্মদগী পোকপনি, ব্রহ্মতুনা হোংদবদগী পোক্‌পনি।
মকম্ খুদিং শীম্বুংবা, ব্রহ্ম'দা যজ্ঞদা লৈবনি ॥১৫॥

মমুংগী ভাব :—ব্রহ্ম ব্রহ্ম হায়নরিবসি নিষ্কাম কর্ম্মগী মশক ওইবা যজ্ঞদগী পোকপনি। হায়বদি, কর্ম্ম তৌরিব অসি, উরিব-চৎলিবা ঐসিনিকো অম্মম্ হায়না দেহগী অভিমানদা তৌব সকাম কর্ম্মদগী ব্রহ্মগী রাখল্, ব্রহ্মগী আনন্দ থক পোক্‌পা য়ায়োই। যজ্ঞদগীত হায়বদি দেহগী অভিমান থাদোক্লা কর্ম্ম তৌবতনা ব্রহ্ম জ্ঞান পোকদবনি। অদুনা, ব্রহ্মতু কর্ম্মদগী পোক্‌পনি ॥১৫॥

এবং প্রবর্ত্তিতং চক্রং নানুবর্ত্তয়তীহ যঃ। অঘায়ুরিন্দ্রিয়ারামো মোঘং পার্থ! স জীবতি ॥১৬॥
যস্ত্বাত্মরতিরেব স্যাদাত্মতৃপ্তশ্চ মানবঃ। আত্মন্যেব চ সন্তুষ্টস্তস্য কার্য্যং ন বিদ্যতে ॥১৭॥
নৈব তস্য কৃতেনার্থো নাকৃতেনেহ কশ্চন। ন চাস্য সর্বভূতেষু কশ্চিদর্থব্যপাশ্রয়ঃ ॥১॥
তস্মাদসক্তঃ সততং কার্য্যং কর্ম্ম সমাচর। অসক্তো হ্যাচরন্ কর্ম্ম পরমাপ্নোতি পুরুষঃ ॥১৯॥
কর্ম্মণৈব হি সংসিদ্ধিমাস্থিতা জনকাদয়ঃ। লোকসংগ্রহমেবাপি সংপশ্যন্ কর্ত্তুমর্হসি ॥২০॥

---

'সিগুম্ব কর্ম্মগী চক্রদা, তুংইন্নবা খঙ্না চম্রিবা,
ইন্দ্রিয়গীত মখন্বগী পুন্শিদো পাপনি অকনবা! ॥১৬॥

মনুংগী ভাব:—তৌরিব কর্ম্মসি কদাইদগীনো, অসিদগী করি করি পোক্খিদৌরিবনো হায়বা চক্র অসিবু খঙ্দনা, মকম্ খঙ্দনা কর্ম্ম তৌরগা মহৈনি হায়দুনা চারিবদো পাপ চাবনি ॥১৬॥

মশানা মশাদা পেল্লবা, মশাগী মওংদা পেল্লবা
মথোয়দুগী য়াংহল্লৌবা, লৈতরে অম তৌগদবা ॥১৭॥

মনুংগী ভাবঃ—মশাগী পোৎনা, মওংনা (অবস্থা) না পেল্লব নত্তনা অতোপ্পনা পীরক্পা পোৎনা থক্ পেল্লরোইদৌবা আত্মাদা (মশাদা) পেল্দুনা নুংঙাইদুনা লৈরিবশিং অদুগীদি থোইদোক্-কদবা অসিমতং য়াংলি হায়বা, লৈত্রে, হায়বদি, তৌগদবা কাম্য কর্ম্ম অমত লৈত্রে হায়বনি ॥১৭॥

অদুগুম্ব জ্ঞানীশিংদুদদি, কর্ম্মনস্থ মথোয়গী পেল্লবা ওইদে,
কর্ম্মনস্থ মথোয়দ কান্নদে, করিগুম্ব পোশক্ক অপাম্ব লৈতে ॥১৮॥

মনুংগী ভাবঃ—পেল্দদুনা কর্ম্ম তৌবনি। অদুনা মশানা মশাদ পেল্লরবশিং অদুগীদি কর্ম্মন থোইদোক্পা কান্নবা লৈতে। লৈজরিবা পোশক্ অদুদা অদুম্মক্ পেল্লরবনিনা, অতোপ্পা পোশক্ অমগী প্রযোজনস্থ মঙোন্দা লৈত্রে ॥১৮॥

অদুনা মহৈবু খন্দনা, তৌদব য়াদব নথো তৌ।
মহৈ পাম্বদগী লাল্লবদো, লাল্লবনি মহাক্তো 'সুম্ম লৌ ॥১৯॥

মনুংগী ভাব:—কর্ম্ম ক্ষেত্রসিদা হিং-হিংন অয়ান্ব খুভম্ (জীবন মুক্তি) কংব হায়ববু মহৈ পাম্বদগী কোল্লবা নাম্ঘোল্লবা হায়বা অদুবুনি। মহৈ পাম্দুনা তৌবা মখে, জীব মাগী মথো নত্তে। লাল্ শোল্লবা হায়বসি ক্ষত্রিয়গী মথৌনিদি হায়ববু সিংহাসনগীদমক্ অমদি, সিংহাসন কংননবা হেক্ হেক্ ওইবদা, থাজৈশেংব মথৌদি নত্রে ॥১৯॥

কর্ম্মদুনা জনকনচিংবনা, পুন্শি মহৈ য়াল্হন্খি।
নতৌ তম্দুনা মথো তৌনবা অতৈম্ম নংম্ম নথো তৌ ॥২০॥

যদ্‌যদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেবেতরো জনঃ। স যৎ প্রমাণং কুরুতে লোকস্তদনুবর্ত্ততে ॥২১॥
ন মে পার্থাস্তি কর্ত্তব্যং ত্রিষু লোকেষু কিঞ্চন। নানবাপ্তমবাপ্তব্যং বর্ত্ত এব চ কর্ম্মণি ॥২২॥
যদি হ্যহং ন বর্ত্তেয়ং জাতু কর্ম্মণ্যতন্দ্রিতঃ। মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ। সর্ব্বশঃ ॥২৩॥
উৎসীদেয়ুরিমে লোকা ন কুর্য্যাং কর্ম্ম চেদহম্। সঙ্করস্য চ কর্ত্তা স্যামুপহন্যামিমাঃ প্রজাঃ ॥২৪॥

---

মনুংগী ভাবঃ—নংনা তৌনিংব্রবস্থ, মপাম্বোংতনা তৌরগা অতৈবুস্থ নংগী মতৌ উরগা মথৌ-মথৌদা পূন্নীং চঙ্‌হন্নবগীত নংস্থ তৌ। নত্রবদি জগৎ পুম্ব মীকুপ্ত তুম্‌গনি। অতুগীদমক্ত নথৌ তৌ হায়বনি॥২০॥

অথোইবশিংনা তৌরিবপুম্বা, অতোপ্পশিংনা মতৌ তম্মি।
অশিংবশিংনা য়ারব থবক্, অতোপ্পশিংনস্থ মাহুমক্ য়াই ॥২১॥

মনুংগী ভাবঃ—অথোইব-অ'হন্‌বশিংনা তৌবিবা পুম্বা অতৈ অতৈনস্থ অতুম্ মতৌ তম্মি। জ্ঞানী ওইবশিংনা, মাসিনা চুম্নে হাযনা মুন্না রাখল্ তৌরগা লেপ্পরক্‌পত্থ মীচম্‌শিংস্থ থোক্টনা ঈখল্ খল্লদনা চুম্মি হাযনা অতুম্ মরৌরে। অত্থনা, মীথোই মীহেন্‌বা কত্রবস্থ নংনা তৌরিব থবক্ অসে, মতুংগী অতৈ ক্ষত্রিশংনস্থ অতুম লৌহৌরনি। অত্থনা, মশাবু জগৎকী তম্নকম্ ওইহল্লগে হাযনা খন্‌বা মীনা, অতুম্না থক্ তৌবা হৌনদে ॥২১॥

মরোল্ অহুম্‌দা ঐগী তৌনিংঙাই, ফংনিঙাই ফংদানিঙাই লৈত্রবনি।
লোইনা ফংলবা ঐমক্‌স্থ, ঈথোদা পুন্নীং চঙ্‌লিবসিনি ॥২২॥

মনুংগী ভাবঃ—(কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়খি)—অতৈ অম ফংনিঙাই লৈত্রবস্থ, লোইনা ফংলবস্থ, নথৌ অত্থনা মহে লোইনা চারবস্থ ফংলবস্থ, মহৈ চারবনিনা ঈথৌ থারগে থক্ হায়বা যাদে। নংগৌদি অতম্ তো। যেঙঙ্ কৃষ্ণগী করি রাংলি? করি ফংদবা লৈরি অত্থবু কর্ম্মাদ অস্নুম্মক্ তৌহুনা লৈরিবসনি ॥২২॥

তন্দুনা ঐনা কর্ম্ম তৌরম্‌দ্রবদি, অতৈস্থ ইতৌ তম্‌চৌরগনি।
অতু ওইরবদি জগৎকী থবক্, অপুম্বা মীকুপ্ত মুৎহৌরগনি ॥২৩॥

মনুংগী ভাবঃ—কৃষ্ণ ঐমক্‌স্থ তন্দুনা, বিরগী, উদাসী ওইত্তনা তুমিন্ন ফম্‌তনা লৈরম্নবদি জগৎকী কর্ম্ম পুম্বসে পুম্‌লেপ লেপ্পস্মগদবনি। মাসিনা হাযরিবা ভাবত্তি:—জগৎকী সৃষ্টিকর্ত্তা ওইরিবা মহাক্‌স্থ মীকুপ্ অমত তাঙ্‌দনা কর্ম্ম তৌদ্রনা লৈরিবনি। মীকুপ্ অমতং হেক্ লেপ্পদা, মীকুপ অতুমক্তদ জগৎকী প্রলয় ওইগদৌরিবনি ॥২৩॥

তৌরম্‌দ্রবদি ঐন থবক্‌পু, জগৎ পুম্ব মুৎলম্‌গদবনি।
অমগমগ য়াম্নগন্দুনা, প্রজাবু লোইনা মাঙ্‌হল্লম্‌গনি ॥২৪॥

সক্তাঃ কর্ম্মণ্যবিদ্বাংসো যথা কুর্ব্বন্তি ভারত। কুর্য্যাদ্বিদ্বাংস্তথাসক্তশ্চিকীর্ষুর্লোকসংগ্রহম্ ॥২৫॥
ন বুদ্ধিভেদং জনয়েদজ্ঞানাং কর্ম্মসঙ্গিনাম্। যোজয়েৎ সর্ব্বকর্ম্মাণি বিদ্বান্ যুক্তঃ সমাচরন্ ॥২৬॥
প্রকৃতেঃ ক্রিয়মাণানি গুণৈঃ কর্ম্মাণি সর্ব্বশঃ। অহঙ্কারবিমূঢ়াত্মা কর্ত্তাহমিতি মন্যতে ॥২৭॥
তত্ত্ববিত্তু মহাবাহো! গুণকর্ম্মবিভাগয়োঃ। গুণা গুণেষু বর্ত্তন্ত ইতি মত্বা ন সজ্জতে ॥২৮॥

---

মনুংগী ভাব :—কর্ম্মতনা জগৎনা হৌজিক্ কাণ্ড লৈরিবনি। কর্ম্মশিং অসিবু ঐনা মতৌ-রম্ভ্রবদি জগৎ পূম্বসি কীকমলগদবনি, অদু মতৌরবদি বর্ণ শঙ্কর কয়া পোক্ লম্‌গনি। অৌত্ম পূম্ববু মাংথোক্লম্‌গনি ॥২৪॥

অপঙ্ বন মহৈব পাম্‌তুনা, কর্ম্মদ পূক্নীং চঙবগুম্
অশিংবশিংস্তু মহৈ পাম্‌দনা, কর্মদা পূক্নী চঙহুন' লৈগনি ॥২৫॥

মনুংগী ভাব :—কর্ম্মগী মহৈ পাম্‌তুনা তৌরিব মখৈ অপঙ্ বনি। অশিংবনা মহৈ পাম্‌দন মপান্‌গী' কর্ম্মত মতৌই। অদুনা, অপঙবা খঙদে, অশিংবা খঙ্ দে কর্ম্মতদি জীবনা মতৌরে থাব লৈতে ।২৫॥

অশিংবশিংন অপঙ্ বশিংবু, বুদ্ধি চময় হল্লোইদবনি।
অহোয়নহুম্ কর্ম্ম তৌদুনা, মখোয়বুস্তু কর্মদা ঈন্‌শিন্‌গনি ॥২৬॥

মনুংগী ভাব :— অশিংবা (জ্ঞানী) শিংনা জ্ঞান তানা মথৌ থাদোক্ থাদোক্লুনা চৎনরবদি অপঙবশিংস্তু "কদাযনো ঐখোয়না তৌবিবসিবো" হায়দুনা মখোযস্তু লোইনা, জ্ঞান ঈতাত্তাদনা মথৌ থাদোক্-থাদোক্লুনা চৎনরনি। অদুনা, মখোয়বু মাগী মাগী মথৌদা পূক্নীং চঙহল্লবা অশিংবস্তু মহৈ পাম্‌দনা কর্ম্ম তৌদুনা অদুম লৈগদবনি ॥২৬॥

ইন্দ্রিয়শিংনা মহৌশাদগী, তৌজবা কর্ম্ম খিবিক্‌পু
ঐনা তৌরিবনি হায়দুনা, অপঙ্ বশিংনা খল্লিদে ॥২৭॥

মনুংগী ভাব :— চৎশিবা-কয়রিব, মপান্‌গী উরিবা হকচাং অসিবু "ঐ"নি হায়না শেরায়ন খল্লুনা থবক অসি ঐনা তৌরিবনি, পোৎ অসি ঐনা শারিবনি অসিনচিংবা হায়দুনা অভিমান (নাপল) তৌরি। থবক্তি উরিবা হকচাংসিনা তৌবা অমত্ত য়াওদে। ইন্দ্রিযশিংতন তৌজ-বনি। উরিবা হকচাংগী শকক ওইবা, মীং-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা উবোই তাবোই নীতিঙ। নত্তে, মখোযসি নত্তবা উব-তাবগী শক্তি পুবা মশক উদবা জ্ঞান-ইন্দ্রিয হায়বা মশা লৈরি। মখোয়না উব তাবনি। "ঐ"নি হাবনা উরিবা হকচাং অসি। নত্তে ॥২৭॥

গুণ-কর্ম শরুক'নীগী, গুণশিংনা গুণ'শিদ লৈজবনি
তত্ত্ব খঙবনা 'সুম খঙদুনা, কর্ম্মগী মহৈদ পূক্নীং চঙদে ॥২৮॥

প্রকৃতের্গুণসংমূঢ়াঃ সজ্জন্তে গুণকর্ম্মসু। তানকৃৎস্নবিদো মন্দান্ কৃৎস্নবিন্ন বিচালয়েৎ ॥২৯॥
ময়ি সর্বাণি কর্ম্মাণি সন্ন্যস্যাধ্যাত্মচেতসা। নিরাশীর্নির্মমো ভূত্বা যুধ্যস্ব বিগতজ্বরঃ ॥৩০॥
যে মে মতমিদং নিত্যমনুতিষ্ঠন্তি মানবাঃ। শ্রদ্ধাবন্তোঽনসূয়ন্তো তেঽপি কর্ম্মভিঃ ॥৩১॥
যে ত্বেতদভ্যসূয়ন্তো নানুতিষ্ঠন্তি মে মতম্। সর্ববিজ্ঞানবিমূঢ়াংস্তান্ বিদ্ধি নষ্টানচেতসঃ ॥৩২॥

---

মমুংগী ভাব :— ইন্দ্রিয় মঙাগী কর্ম্ম মডা, 'লৌগদৌরিবা রূপরসনচিংবা গুণ (বিষয়) মঙা, হায়রিব শরুক অনীসিন। অমগমগ তৌনরিবসি, গুণশিংনা গুণশিংদা তিন্নজবনি ; হায়বদি মীৎকী উব-কৌব শক্তিনা (গুণনা) পোৎ অমগী মচুনচিংবা রূপ (গুণ)তা তিন্নজবনি মাসিদা "ঐ" হায়বসিগা করিমত সম্বন্ধ লৈতে, অসুম্ন তত্ত্ব খঙ্বশিংনা কর্ম্মতদা পূক্নীং চঙিত্ত, কর্ম্মগী মহৈদা থোইনা খল্লুদে ॥২৮॥

মপান্গী গুণদা গুমৎহলবা, গুণ কর্ম্মদা পূক্নীং চঙ্বা
মখোযদুবু অশিংবশিংনা, কর্ম্মবু খকসু থাদোকহল্লোই ॥২৯॥

মমুংগী ভাব :— জগত্ত লৈরিবা পোৎশিং অসিগী মপান্গী মশক্-মওং-মচুনচিংব বিষয়-তদা পূক্নীং চঙলবা, রূপ-রসনচিংব গুণদা, অদুগা মখোযত্ত কংনবা কর্ম্মদা, পূক্নীং চঙ্জরবা সাধারণ ওইবা মখোয়দুবু, কর্ম্মজ্ঞানীশিংনা থবক্ মতৌ তাক্পিদুনা মাগী মাগী মথৌ (থবক)দগী খক্ হন্দোক্ হল্লোইদবনি। ॥২৯॥

থবক পূম্ব শিন্নদুনা, ঐঙোন্দ আত্মাগী রাখল্ল।
"ঐগী" হাযব "মহৈপাম্বা" থাদুনা লাল্ তৌ মুংঙাইনা ॥৩০॥

মমুংগী ভাব :— মহৈবু পামদনা থবক তৌরবদি অকক্তত্ত পূম্বা ঐঙোন্দা শিন্নৌ-থাদোবকউ। উরিবা হক্চাংত্ত "ঐ"নি হাযনা খন্দনা, মহৈগী রাখল্ য়াওদনা, লাল্গী মশক্ ওইবরা পুন্শিগী নথৌ অসি তৌ। মাত্তত তৌগে লাকপ মপোক্নি ॥৩০॥

ঐনা হাযবসিদ থজদুনা, মুংঙাইত্তব লৈতনা থাজনা,
তত্তনা কর্ম্ম তৌরিবশিংবু কর্ম্মনা থাদোকই পুন্ভমদে ॥৩১॥

মমুংগী ভাব :— "অপাম্ব-মিহৌবা," "উরিব হকচাংসি "ঐ"নি খন্বা" অসিবু থাদোক্তুনা মহৈগী রা খল্লুদনা, মথৌনি হাযবা রাখত্তনা কর্ম তৌগদবনি হাযনা, ঐ (কৃষ্ণ) না তাক্লিবা আসবু থাজবগা লোযননা লৌদুনা কর্ম তৌরিবা মহাক্ অদুবু সংসারগী কর্মনা অদুগা বিষয়-শিংনা কাজিন্বা-পুন্বা ভমদে ॥৩১॥

ঐন হায়বসিদ থাজদ্রবা, থোয়রবা ময়াইকারবা
মখোযত্তুদি পঙ্লবনি, গুমৎহলব ভাক্তনি খঙঙু' কন্বা। ॥৩২॥

সদৃশং চেষ্টতে স্বস্যাঃ প্রকৃতের্জ্ঞানবানপি। প্রকৃতিং যান্তি ভূতানি নিগ্রহঃ কিং করিষ্যতি ॥৩৩॥
ইন্দ্রিয়স্যেন্দ্রিয়স্যার্থে রাগদ্বেষৌ ব্যবস্থিতৌ। তয়োর্ন বশমাগচ্ছেত্তৌ হ্যস্য পরিপন্থিনৌ ॥৩৪॥
শ্রেয়ান্ স্বধর্ম্মো বিগুণঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ। স্বধর্ম্মে নিধনং শ্রেয়ঃ পরধর্ম্মো ভয়াবহঃ ॥৩৫॥

## অর্জ্জুন উবাচ।

অথ কেন প্রযুক্তোঽয়ং পাপং চরতি পুরুষঃ। অনিচ্ছন্নপি বার্ষ্ণেয়। বলাদিব নিয়োজিতঃ ॥৩৬॥

মনুংগী ভাব :— কনাকনাগুম্বা, থোয়রবা, নাপল তৌরবা, মপানুগী হকুচাংবু "ঐ"নি হায়না খল্লিবা, জ্ঞানবিজ্ঞান হৈরবা ঐনি হায়না শুমহৎলবা নাস্তিকশিংনা :—"কৃষ্ণ হায়বদু মীনি, মীনা তাকপা জ্ঞানদি মপুং ফাবা নত্তে . . . .." অসিনচিংবা হায়রুনা, অহায়বা মীশক্ অদুগী মওং মতৌচ শল্লুদনা হায়রিবসিতবু অচুম্বনি-চুম্দবনি হায়না লৌবা শুম্দে। মখোয় অদু মপোক থীরবা, জ্ঞানমাঙ্‌লবমক্তনি ॥৩২॥

তৌরক্ তৌরকপা স্বভাবনা জীবনা তাইবংদা লাকপনি
স্বভাব অদুবু জীবনা থাদে, থিংবনা মঙোন্দা কৈদৌনি ॥৩৩॥

মনুংগী ভাব :—জীব হায়বসিনা মানা মানা পূর্ব্বজন্মদা তৌরকপা কর্ম্ম অদুনা হন্দক্তগী মপোক্ত মাগী থাব য়াগ্রবা স্বভাব (প্রকৃতি) ওইগ্রবনা, মাদু শোয়দনা তৌব মতায়বনি। অদুবু, থিংবনদি, কৈদৌনি হায়বদি থিংগে হোৎনবদো করিমত য়ারোই ॥৩৩॥

ইন্দ্রিয়গী বিষয়দা মহৌশানা, কল্লকপ—অপাম্বদি লৈবনি
অনীসিগী মখা খক পোল্লু, অনীসি জীবগী য়েক্কবনি ॥৩৪॥

মনুংগী ভাব :—ইন্দ্রিয়গী বিষয় হায়বদি রূপ—রস—গন্ধনচিংবা অসিদা, মখোযগী সেম্‌দৈদগী অপাম্ব-মিহৌবা হাযবদো মশক নাইনা থুপ্লুনা লৈগ্রবনি। অদুনা, অনী অসিগী মখা পোন্দনা নথোদি অত্তম্ মতৌগনি ॥৩৪॥

নশাগী নথো-ধর্ম্মনা, অক্তৈগীদগী হেন্‌বনি।
মাগী দমক্ত থরাই থাও, অতোপ্পগীদি অকিব মশক্নি ॥৩৫॥

মনুংগী ভাব :—অতোপ্পগী মশীল্-মথো-ধর্ম্মদগী নশাগীনা য়াম্ব তোন্‌গ্রবনি, হন্থগ্রবনি হায়না খক খনগনু। মীগী মথো—ধর্ম্মদা পুক্নীং খক চঙঙ্‌নু। মাদু অকিবগী মশক্নি, হায়বদি, জীবগী লৈখা তাননবা ওইবনি। নশাগী নথো তৌবদা থরাই থাখিবনা হেন্ন কৈ। অদুনা ক্ষত্রিয় নহাক্তীদি লান্দা থরাই থাখিবনা হেন্ন কৈ ॥৩৫॥

অর্জ্জুননা হায় :—

ঈপাম্ পাম্দন পাপকী থবক্ত, জীববু কনানা ইস্পিন্‌বগে?
নম্‌দুনা পাজল্ কনানা, জীববু পাপ তৌহনবগে? ॥৩৬॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

কাম এষ ক্রোধ এষ রজোগুণসমুদ্ভবঃ । মহাশনো মহাপাপ্মা বিদ্ধ্যেনমিহ বৈরিণম্ ॥৩৭॥
ধূমেনাব্রিয়তে বহ্নির্যথাদর্শো মলেন চ । যথোল্বেনাবৃতো গর্ভস্তথা তেনেদমাবৃতম্ ॥৩৮॥
আবৃতং জ্ঞানমেতেন জ্ঞানিনো নিত্যবৈরিণা । কামরূপেণ কৌন্তেয় ! দুষ্পূরেণানলেন চ ॥৩৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—নত্তব-চুম্‌দব, পাপকী থবক অসি কত্তে হায়গা লোইনা খঙবমক্তনি, পাম্‌দবা মক্তনি, অদুবু কনাগুম্ব মশক উদবা অমমা লোম্ন লাকতুনা তৌহন্‌বগুম্ব অম উই । মাদুবু কনানো তাকপিয়্ ॥৩৬॥

ভগবান্‌না হায় ঃ—

রজোগুণদগী পোক্লবা, "অপাম্ব—অশাউবা" অনীসে
চাবগী গুক্‌পা নাইদবা, য়েক্রবনি নংগী পাপীনি ॥৩৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—পাপকী থবক্ত কনানা ঈক্লিল্লিবনো হায়বদো—পাপচেল্লবা, মচীঞ্জাক্ ছল্লিবমখৈ পেন্‌ব নাইরেবা হিংচাবাগুম্বা—"অপাম্ব" হায়বদুগা "অশাউবা" হায়বদুগা অনী অসিননি । অনী অসিতনা তাইবংজীবগী মাঙননবগী মশক্নি । অদুনা অনীসিবু হাৎননবা নথোগী লাল্ তৌ ॥৩৭॥

মৈবু মৈখুনা মিংশেনবু উফুম্না, কৃপ্নগুম্ কুযোম্না গভবু
কৃপ্তূনা থম্লি "অপাম্ব-শাউবা", অশেংব জ্ঞানবু অনীনা ॥৩৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—মৈখুনা শরুক যাম্ন য়াওবনা মৈনা মৈরি থোক্ল চাকপ ওম্‌দবগুম্, মিংশেল্ল মশামক্- ঈরং লংনা লৈন লৈন উফুম্না কৃপগ্রবদা পোৎকী মামি শেংনা তাহন্‌বা ওম্‌দবগুম্ নাউযোম্না গর্ভবু কৃপ্তুনা থম্লিবমখৈ গর্ভনা ওম্‌দবগুম্ "অশাউবা-অপাম্বনা" কৃপগ্রবা জ্ঞানদো মাঙোন্দা পোৎশক্ অমতগী নমি তশেংনা চপ চাব মওংদা তাব ওম্‌দে । ফন য়াম্ন জ্ঞানী ওইদুনস্ব বিজ্ঞানবু হৈদুনস্বু "অপাম্বা-অশাউব" হায়নদুনা কৃপলিমখৈ, মাহকনা তুংকোইন লৈগদবা, অরেপ্প পোৎশক্ অমত শাব থিব ওম্মোই ॥৩৮॥

মৈগুম্ ংপলহন্‌বা যাম্রবা, য়েক্রব "অপাম্বা" কোবনা
জ্ঞানীগী জ্ঞানবু কৃপ্তুন থম্মি, তম্‌থিব যেক্রবনি খঙও, অর্জ্জুন ! ॥৩৯॥

মনুংগী অর্থ ঃ—মীওং হাপচিল্লি মখৈ মৈনা পেল্লি কৌবদ হায়দবা অদুগুম্না মচীঞ্জাক্ ছল্লিমখৈ পেন্‌বা লৈতবা, মাগী মচীঞ্জাক্ ছুন্‌বদা জীবগী লৈখা তানবা ওইবা, "অপাম্বা"

ইন্দ্রিয়াণি মনো বুদ্ধিরস্যাধিষ্ঠানমুচ্যতে। এতৈর্বিমোহয়ত্যেষ জ্ঞানমাবৃত্য দিহিনম্ ॥৪০॥
তস্মাত্ত্বমিন্দ্রিয়াণ্যাদৌ নিয়ম্য ভরতর্ষভ। পাপ্মানং প্রজহি হ্যেনং জ্ঞানবিজ্ঞাননাশনম্ ॥৪১॥
ইন্দ্রিয়াণি পরাণ্যাহুরিন্দ্রিয়েভ্যঃ পরং মনঃ। মনসস্তু পরা বুদ্ধির্যো বুদ্ধেঃ পরতস্তু সঃ ॥৪২॥

---

হায়বতুনা জ্ঞানী পণ্ডিতশিংমকী জ্ঞানবু কৃষ্ণূনা নম্‌শিন্দুনা থম্মি। মহাক্ অতুতনা তাইবং মী নহাক্‌পু পাপকী থবক্ত ঈশ্ছিল্লিবনি। মাবু হাত্তোক্‌উ, লাল্ তৌ ॥৩৯॥

"অপাম্বা" মাগী মৈকম্‌দি, ইন্দ্রিয়-পূক্নীং বুদ্ধিনি
মখোযন পাম্বে ওইতুনা, "অপাম্বা" না জীববু শুম্‌হৎলি ॥৪০॥

মনুংগী ভাব ঃ—হব্‌চাংগী মনুংদা—"অপাম্বা" হায়সিগী লৈকম্‌দি ইন্দ্রিযনে, পূক্নীংনে, বুদ্ধিনে—অহুম্ অসিনি। মখোয় অহুম্‌সিনা পাম্বে ওইতুনা "অপাম্বা" হাযব কত্রবসিনা চিংতুনা জীববু লৈখা তাহন্নবা হোৎনৈ ॥৪০॥

অদুনা "অপাম্বা" গী লৈকম্ ওইবা, ইন্দ্রিযবু হান্না লাক্‌হৎলগা
জ্ঞান বিজ্ঞানবু মাঙ্‌হন্‌বা, "অপাম্বা" বু হাৎলু অকন্‌বা ॥৪১॥

মনুংগী ভাব ঃ—যেক্নববু ওম্‌গে হাৎকে হাযব্বদি, মগাকী লৈকম্ লাল্‌শংনচিংবা হান্না মৈ খাদোক্কনি, থুদেক্কনি। মতৌ অদুগুম্না "অপাম্বা" হাযবা অদুগী মকোল্ ওইরিবা ইন্দ্রিয়-পূক্নীং বুদ্ধি অহুম্ অসিবু হান্না খুত্থম্ মখাদা থম্ননবা হোৎনগদবনি। অদুগী তুংদা লৈকম্ লৈত্রবা, অপাম্বা হায়বদো মরাইনা নখা পোঞ্জগনি ॥৪১॥

হকচাংদগী ইন্দ্রিযনা খোইবনি, ইন্দ্রিযদগী পূক্নীংনা খোইবনি
পূক্নীংদগী বুদ্ধিনা হেন্‌বনি, বুদ্ধিদগীসু আত্মানা হেন্‌বনি ॥৪২॥

মনুংগী ভাব ঃ—খ্বাইদগী ঈহেন্ হেন্‌বাস আত্মানি। খ্বাইদগী তোঙান্না হেল্লি হাযতুনা পরম্ (অতোপ্প অহেন্‌বা) আত্মা কৌই। মঙোন্দ অপেন্‌বা তাপ্লবতদা, হাযবদি মহাক্না পেল্লবতদা জীবনা পেল্লি। ইন্দ্রিযবু পূক্নীংবু পেম্ননবা হোৎনবনদি আত্মাগী অপেনবা করিগুম্ব মতম্‌দা ওইবা য়ারোই। মহাক্না পেল্লবতদ "অপাম্বা" অমমুক লাক্লরোই ॥৪২॥

এবং বুদ্ধেঃ পরং বুদ্ধা সংস্তভ্যাত্মানমাত্মনা। জহি শত্রুং মহাবাহো। কামরূপং দুরাসদম্ ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতাপর্বণি সপ্তবিংশোঽধ্যায়ঃ গীতাসু তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

বুদ্ধিদগীসু চেনবনি, - আত্মাবু খঙহনা মহাক্না
বুদ্ধিনা পুক্নীংবু নম্থনা, অপাম্বা কৌববু মাঙহল্লি ॥৪৩॥

মতুংগী ভাব :—আত্মানা খ্বাইদগী অহেনবনি খঙহনা বুদ্ধিমকন্থ পুক্নীংবু লাকহৎপগী থবক্তদ শীজিন্নহনা "অপাম্বা" গী তুংনকম্ ওইবা অয়ানবা বুদ্ধিবু থবক অদোম্তদ শীজিন্নুনা কোম্বংদা "অপাম্বা" বু শুম্মনবা হোৎনৌ ॥৪৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতদা ভীষ্মপর্ব্বগী মতুংদা গীতাপর্ব্বগী কুন্তরেৎ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী অহুমশুবা অধ্যায লোইবে।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

(গীতা পর্ব্ব)

## চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

(ভগবদ্‌গীতাগী মরিশুবা অধ্যায়)

—(•)—

শ্রীভগবানুবাচ।

ইমং বিবস্বতে যোগং প্রোক্তবানহমব্যয়ম্। বিবস্বান্ মনবে প্রাহ মনুরিক্ষ্বাকবেঽব্রবীৎ ॥১॥
এবং পরম্পরাপ্রাপ্তমিমং রাজর্ষয়ো বিদুঃ। স কালেনেহ মহতা যোগো নষ্টঃ পরন্তপ। ॥২॥
স এবায়ং ময়া তেঽদ্য যোগঃ প্রোক্তঃ পুরাতনঃ। ভক্তোঽসি মে সখা চেতি রহস্যং হ্যেতদুত্তমম্ ॥৩॥

---

ভগবান্‌না হায়ঃ—

অসিগুম্ব যোগসে ধনঞ্জয়, সূর্য্যদা তাকৃখি ঐহাক্না।
সূর্য্যনা মনুগী মক্ষম্‌দা তাকৃখি, ঈক্ষ্বাকুদ তাকৃখি মনুনা ॥১॥

মনুংগী ভাবঃ—অসিগুম্ব যোগ আস ঙরাংতগী নত্তে। আ-সৃষ্টিগী আদিদগী লাক্লবনি। ঋষি-নিংথৌরোল্ মথং মথং চৎনরক্লবা যোগনি। অহুনা অসিগুম্ব যোগগী লম্বীদা ঐখোয়স্‌ চৎকদবনি ॥১॥

মতৌ অসুম্ তৌনবু, নিংথৌরেল্ মথং মথংবু
কংনরক্লবা যোগসে, মতম্ কুইনমুক্ মাঙুরে ॥২॥

মনুংগী ভাবঃ— তাইবং মীগী হকচাংদগী থোক্‌প্রগা জীবনা আ-কদায-কদায়, দেহ তোঙাল্ তোঙান্‌বদ চহী মতম্ কুইনা লৈগ্রিঙৈদা, জীব মাগী মক্ষম্‌দা মতম্ কুইনা থুপ্‌তুনা, খঙবিনবা য়াওদনা লৈরক্লবা যোগনি। হৌজিক্ক মীওইবগী দেহদা লাক্লবদা, জীব অমগমগ যোগ অসিবু তানরিবনি নৈনররিবনি। রাজর্ষিশিং কযাকয়াদগী মথং মনাও কাযদনা চৎনরক্লবা যোগনি। ॥২॥

অহুবু ঙসিদি নঙোন্দা, কুইরবা যোগসে তাক্লেদে।
ভক্তনি মরূপনি হায়দুনা, থুপ্লবা যোগসে নঙোন্দা ॥৩॥

মনুংগী ভাবঃ— ভগবান্‌না হায়ঃ— ঐবু সুংশিবদগী ঐগী পেন্নবা কর্ম্ম তৌরকপনা জীব নহাক হুম্বা মওংগী দেহ কয়া কযাদা চঙলুরবদগী, হৌজিক্কি মীওইবগী দেহদা লাক্লেদে। অহুনা ঐগী সুংশিরিবা মরূপ হাযবহু নহাক্তনি। অহনা অতৈ দেহদা লৈরিঙৈদা, তাকপা য়াক্লরবা যোগসে নঙোন্দা ঙসিত্ত অমুক্ ঈনৌ নৌনা তাক্লবনি। ॥৩॥

অর্জ্জুন উবাচ।

অপরং ভবতো জন্ম পরং জন্ম বিবস্বতঃ। কথমেতদ্বিজানীয়াং ত্বমাদৌ প্রোক্তবানিতি ॥৪॥

শ্রীভগবানুবাচ।

বহূনি মে ব্যতীতানি জন্মানি তব চার্জ্জুন।। তান্যহং বেদ সর্বাণি ন ত্বং বেত্থ পরন্তপ।।৫॥
অজোঽপি সন্নব্যয়াত্মা ভূতানামীশ্বরোঽপি সন্। প্রকৃতিং স্বামধিষ্ঠায় সম্ভবাম্যাত্মমায়য়া ॥৬॥
যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।। অভ্যুত্থানমধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম্ ।৭॥

---

অর্জ্জুননা হায় :—কৃষ্ণ, নংগী মপোক্তি, সূর্য্যদগী কোনবনি ।
অদুনা করম্ন নহাক্ন, তম্বিখি যোগবু সূর্য্যদা ॥৪॥

মনুংগী ভাব :— অচুম্বা জ্ঞান-তত্ত্ব তাকপা গুরুগী জীবদি পরং ব্রহ্মনি। সৃষ্টিগী মমাঙদগী লৈরক্লবনি হায়বসি খঙদনা অর্জ্জুননা অসুম্ন চিংনবনি ॥৪॥

ভগবান্না হায় :—

ঐগী মপোক হৌখ্রবনি য়াম্না নংগীসুনি মাঙ ধনঞ্জয়।
মাহুদি খঙিও ঐহাক্তনা, নহাক্না খঙদে অকন্‌বা ॥৫॥

মনুংগী ভাব :—মপানগী দেহগী মঙং-মশক্-মমি' খেন্নবদি খঙ্গে, জীব অসিগী মপোক্তি মশীঙ লাকুঙমদন য়াম্খ্রবনি। মাহুদি ভগবানতনা খঙগনি। "ঐ-নং" গী অভিমানগী কৃযোম্না কৃম্নবা জীবনদি খঙ্‌বা ভন্থ নত্তে হাবনি ॥৫॥

অমাঙ অতা লৈত্রবসু, পোকপশিব নাইত্রবসু
ঈশাগী মাযাদা তোং'দুনা, ঈশানা ঈশাবু পোকতঙ্জে ॥৬॥

মনুংগী ভাব :—"জীবাত্মা—মহাক্তি পোক্‌পশিব, অহল ওইব নহা ওইব লৈ'তে। অদুম্দি ওইরবদা হান্ন হান্নগী মপোক্ত জীব মহাক্না তৌজরক্‌পা প্রকৃতি মায়া অদু অদুগী মতু ইন্না মাগী মপোক মহাক্না শেম্জবনি"—হায়বসি মনুংদা ফুন্নগা কৃষ্ণনা মশাগী মাযানা মশাবু শেম্-জবনি, মপা মমা কনানসু পোক্‌হনবা নত্তে হাযনা অর্জ্জুনদা তাক্লি। অদুদি করম্ করম্বা মতম্‌দ শেম্লি ?—॥৬॥

ধর্ম্মনা মরাব চায়থরক্‌পা, অধর্ম্মনা মখোয় কারক্‌পা
মতম্ মতম্ অদুদা ঐবু, ঐহাক্না শেম্জৈ অকনবা।। ॥৭॥

মনুংগী ভাব :—"ধর্ম্মগী শক্তা অসুম্ অসুম্ মাঙথরক্‌পা, অধর্ম্ম—চুম্দবনা অসুম্ অসুম্ হেন্‌গৎলক্‌পা, জগৎকী মফম্ পুম্বদা হাহাকার লাউনরক্লবা মতম্ অদুদা জগৎপু ঙাক্তে, অকব লম্বীদা অমুক্ পুগে হাববগীদমক জীবনা শক্তিমান্ ওইদুনা পঞ্চভূতকী দেহদা চঙঙক্‌ুনা তোম্‌থিন্ ওইনা হেক্ হেক পোকলে"—হাযবসি উত্তুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী অবতারগী তাৎপর্য্য-উদ্দেশ্যবু তাক্লি ॥৭॥

পরিত্রাণায় সাধূনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্‌। ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে ॥৮॥
জন্ম কর্ম্ম চ মে দিব্যমেবং যো বেত্তি তত্ত্বতঃ। ত্যক্ত্বা দেহং পুনর্জন্ম নৈতি মামেতি সোঽর্জ্জুন ॥৯॥
বীতরাগভয়ক্রোধা মন্ময়া মামুপাশ্রিতাঃ। বহবো জ্ঞানতপসা পূতা মদ্ভাবমাগতাঃ ॥১০॥
যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্‌। মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ। সর্ব্বশঃ ॥১১॥
কাঙ্ক্ষন্তঃ কর্ম্মণাং সিদ্ধিং যজন্ত ইহ দেবতাঃ। ক্ষিপ্রং হি মানুষে লোকে সিদ্ধির্ভবতি কর্ম্মজা ॥১২॥

---

লান্দবশিংবু কন্নবা, অয়ানবশিংবু মাঙহন্নবা,
ধর্ম্মবু অমুকমুক যুগ যুগতা লিংখৎনবা ঈশাবু শেম্‌জে ॥৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—অয়ানব-ওইদব অধর্ম্মনা অশুম্‌ যাম্‌শিল্লক্লগা অচুম্বগী শকক রাখয়কই। অচুম্বগী শকক' পুমলৈ লৈত্রবা মতম্‌ অদুমক্তদা জগৎকী অমুমুক প্রলয় ওই। প্রলয় অদু ওইদনবা ভগবাননা যুগ যুগ খুদিংদা শক্লোল্‌ তোঙাল্‌ তোঙান্না পুদুনা লাকই ॥৮॥

ঐগী মপোক ঈথৌবু, অশুম্‌ খঙবা জীবদা
হন্দক্কী দেহ থাদোক্লগা, হল্লক্তে ঐঙোন্দা তিল্লরে ॥৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—মপান্‌গী দেহ অমদি মশক মমিংগী রাখন্দগী রাংম লান্‌খিদুনা, জীব মশাগী মপোক্কী তত্ত্ব খঙদুনা মপুন্‌শি চুপ্প কর্ম্ম তৌদুনা চৎপ্রব জীব অদুদি, পোকপশিবগী মশক ওইরব সংসারদ অমুক হল্লকত্রে। জীব অদুনা ব্রহ্ম (মহাক ব) দা তিন্‌খি ॥৯॥

অশাউব-কিব কোকথ্রবা, ঐঙোন্দত চঙথ্রবা মখোযদো,
জ্ঞানগী-লাইনিংদ লুপথ্রবা, মখোযন ঐঙোন্দ তিল্লেদো ॥১০॥

মনুংগী ভাব ঃ—অশাউবা, অকিবা, মিহৌবা আসনচিংবসি জীবনা ব্রহ্মদা তিল্লনবগী লম্বীদা অপনবা ওই। মরম্‌ অদুনা মখোয়সিবু থাদোক্তুনা, জ্ঞানগী তপস্যাতনা হায়বদি অচুম্ব-অশেংবা তান্নবগী লম্বীদা অরাবা খাঙবতন, "লেঙদবা—অচুম্ব" (সত্য=ব্রহ্ম) মাগী মফম্‌দা জীবাত্মানা তিল্লই ॥১০॥

মান-মান নীঙজবপাম্‌জবা, মওং মওংদা চঙহনা ঐনা,
মখোয়বু পেল্‌হল্লি ঐহাক্না, তোঙানব তোঙানব মওংদ চঙদুনা ॥১১॥

মনুংগী ভাব ঃ—"অকিব-নুংশিব-থাজবা" গ লোযননা, ঐনি হায়ন নীঙজরিবা মখোয়বু শারিবা মওং অদুদা চঙহনা ঐস্থ পেলহল্লি। জীবস্থ তোঙালবা, মশক মওং মমিংদা চঙঙকপমক্তনি ॥১১॥

কর্ম্মগী মহৈ পাম্বশিংনা দেবতা অতৈগী পূজা তৌই।
কংস্থ কণ্ডিঙ থুনস্থ মাঙখি, মপোকসিদ মহৈ'দু কংবস্থয়াওই ॥১২॥

মনুংগী ভাব ঃ—কর্ম্মগী মহৈবু মপাম্নবদি, মহৈ অদু পীবা ভাগ্য হায়না খনবা ইন্দ্র-সূর্য্য, উপদেবতা, কুলদেবতা, অসিনচিংববু তাইবংমীনা পূজা তৌই। মহৈদুস্থ কংভিদি হায়ববু থুনমুক মাঙখি ॥১২॥

চাতুর্বর্ণ্যং ময়া সৃষ্টং গুণকর্ম্মবিভাগশঃ। তস্য কর্ত্তারমপি মাং বিদ্ধ্যকর্ত্তারমব্যয়ম্ ॥১৩॥
ন মাং কর্ম্মাণি লিম্পন্তি ন মে কর্ম্মফলে স্পৃহা। ইতি মাং যোঽভিজানাতি কর্ম্মভির্ন স বধ্যতে ॥১৪॥
এবং জ্ঞাত্বা কৃতং কর্ম্ম পূর্ব্বৈরপি মুমুক্ষুভিঃ। কুরু কর্ম্মৈব তস্মাত্ত্বং পূর্ব্বৈঃ পূর্ব্বতরং কৃতম্ ॥১৫॥
কিং কর্ম্ম কিমকর্ম্মেতি কবয়োঽপ্যত্র মোহিতাঃ। তত্তে কর্ম্ম প্রবক্ষ্যামি যজ্‌জ্ঞাত্বা মোক্ষ্যসেঽশুভাৎ ॥১৬॥

---

মগুণ-মথৌ খেল্লবদগী, ঐন বর্ণ মরি শেম্মি।
মখোয়বু "অশেম্বা" ওইহুনসু, ঈয়াও য়াওদবনি ঐহাক্তি ॥১৩॥

মমুংগী ভাব ঃ—ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্য-শূদ্র হায়বা জীবগী মপান্‌গী মচু ( বর্ণ ) শিং অসে মাগী মাগী মগুণ অমদি মথৌবু যেংলগা জগৎ কর্ত্তানা শেম্‌খিবনি। মহাক্ অসি অশেম্ব-অশাব মপুনিদি হায়ববু, মখোয়দ ঈয়াও যাওদনা, বর্ণ মরিহুদা য়াওদনা লেঙদন লৈব মপুনি ॥১৩॥

থবক্কী মহৈদ মিহৌব লৈতে, মহৈনা ঐবু পুন্‌ব ঙম্‌দে।
অসুম্ম ঐবু খঙ্‌জব মীবু, মপান্‌গী কর্ম্মনা পুন্‌ঙম্‌দে ॥১৪॥

মমুংগী ভাব ঃ—জগৎপু শেম্বা মপুনা, জগৎসিবু শেম্‌ঙৈদা করিগুম্ব মহৈ অমবু, পাম্‌হুনা শেম্‌খিব নত্তে। অহুনা ঐখোযসু জগৎসিদা করিগুম্ব অমতং শেম্ব শাবদা ( ক.বগুম্ব অম তৌবদা ) মহৈবু পাম্মোইদবানি। অসুম্মা খঙ্‌ব-তৌব মী মহাক্ অহুবু মপান্‌গী কর্ম্মশিং অসিন কাব ঙম্‌দে ॥১৪॥

মমাঙৈদগী অসুম্মা, অরান্‌ব খুভম্ কংনিংবনা,
কর্ম তৌনখি নহাক্‌সু, অহুম্ তৌ হান্ন তৌখিবগুম্মা ॥১৫॥

মমুংগী ভাব ঃ—সংসারগী পোক্‌প-শিব হাযবসিদগী লাম্হোক্‌নীংবা রাজর্ষিশিংনা অসিগুম্ব মহৈ পাম্‌দব কর্ম্ম মতৌ অসি তৌহুনা আ-মমাঙৈদগী কর্ম্ম তৌনরক্লি। তৌনরক্লি-তৌনখি হায়ব-সিমক্ অতেনা নত্তে, জীব। মহাক্ নথত্তননি। অহুনা, জীব নংনা মমাঙৈদা, যোগী ঋষিশিংগী হক্‌চাংদ চঙ্‌হুনা নিষ্কাম ওইনা তৌখিব অহুগুম্ব হৌজিক্‌সু অহুম্ মতৌ ॥১৫॥

কর্ম্মনা কদাইদনো নত্তবনা কারিনো, কবি-জ্ঞানী কাওবা ওক্‌ই।
অরান্‌ব খুভম্ কংননবা, অশেংব কর্ম্মগী মওং তাক্কে ॥১৬॥

মমুংগী ভাব ঃ—থাঙৈশেংবা তোগদবা কর্ম্মনা কারনো, তৌরোইদৌবা কর্ম্মনা কদায়নো হায়বহু মুম্না খঙ্লিল্লুরগা জ্ঞান লৈরবা পাণ্ডিত-কবি কাওবা চমম্বরক্‌ই। অহুনা, মাহু তৌবগা সংসারগী অকা-অপুন্নবা অসিদগী কোকপা যাবা, অশেংবা, কর্ম্ম অহু হায়গে তাও—মীওইবা, ( অর্জ্জুন ! )—হায়না ভগবান্ন হাযরি—॥১৬॥

কর্ম্মণো হ্যপি বোদ্ধব্যং বোদ্ধব্যঞ্চ বিকর্ম্মণঃ। অকর্ম্মণশ্চ বোদ্ধব্যং গহনা কর্ম্মণো গতিঃ ॥১৭॥
কর্ম্মণ্যকর্ম্ম যঃ পশ্যেদকর্ম্মণি চ কর্ম্ম যঃ। স বুদ্ধিমান্ মনুষ্যেষু স যুক্তঃ কৃৎস্নকর্ম্মকৃৎ ॥১৮॥
যস্য সর্বে সমারম্ভাঃ কামসঙ্কল্পবর্জিতাঃ। জ্ঞানাগ্নিদগ্ধকর্ম্মাণং তমাহুঃ বুধাঃ ॥১৯॥
ত্যক্ত্বা কর্ম্মফলাসঙ্গং নিত্যতৃপ্তো নিরাশ্রয়ঃ। কর্ম্মণ্যভিপ্রবৃত্তোঽপি নৈব কিঞ্চিৎ করোতি সঃ ॥২০॥

---

অচুম্ব-কর্ম্মবুস্মু খঙ্গনি, নত্তবা কর্ম্মস্মু খঙগদবনি।
ওয়ব কর্ম্মস্মু মশক্ খঙ্ঙু, কর্ম্মগী শাক্তংতি খঙব লুবনি ॥১৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—অচুম্ব কর্ম্মগী মশক্ক খঙ্বনা কায়দে। কর্ম্ম হাযবসি মথল্ অহুম্নি। মাহুদি ঃ—অচুম্ব কর্ম্ম, ওয় তৈনবা কর্ম্ম, ঐনং নত্তব কর্ম্ম,—অহুম্ অসিনি। অহুম্ অসিমক লোইন খঙগদবনি। মাহু খঙদবনা, ওয়ব কর্ম্মবু নত্রগা নত্তব কর্ম্মবু অচুম্ব কর্ম্ম ওইরবোই খন্দুনা তৌবনা কর্ম্ম অমতনা জীববু মপোক্সিদা পেলহন্বা ঙম্দনা তোকই ॥১৭॥

কর্ম্মদা নত্তবগুম্ উম্বিবা, নত্তবদা কর্ম্মগুম্ উম্বিবা
মহাক্তনা অশিংবা মীনিদো, কর্ম্ম পূম্ব তৌরবনিদো ॥১৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—মপানগী কর্ম্ম ইন্দ্রিয়শিংনা তৌরিবা কর্ম্ম অসিবু আত্মাগী নত্তে খল্লিবা, অদুগা তুমিন্ন কর্ম্ম ঈতৌ তৌদনা লৈরবস্ম, তুমিন্ন ধ্যান তৌদুনা লৈরিবহু, আত্মাগী কর্ম্মনি হাযনা খল্লিবা, অদুগুম্ব মীতনা জগত্ত অশিংবনি। মহাক অদা, কর্ম্ম মপুং ফানা তৌরবনি হায়ব য়াই ॥১৮॥

কর্ম্ম খিবিক্লা মহাকী, অপাম্বা-মৈ-পাম্বা-য়াওদ্রবা
জ্ঞানগী মৈনা চাকখ্রবা কর্ম্ম, ওইদ্রবদো পণ্ডিতনি অশেংবা ॥১৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—থাজৈশেংব পণ্ডিত কদাযবু কৌবগে হায়রবদি—তৌক তৌকবা কর্ম্ম খিবিক্তা অপাম্বা, মিহৌবা, মহৈগী রাখল্,—থাদোক্তুনা, মপাম্মোংগী কর্ম্ম খিবিক অদু মাগী জ্ঞানগী মৈতনা চাকথেকতন্খ্রবা হায়বদি, ঐনা তৌরিবা কর্ম্মনি, মাগীদমক্তি, মহৈ অসি ফংননবনি, অসিনচিংবগী রাখল ময়ামবু জ্ঞাননা পূম্মাং মাঙহন্বা ঙম্বা—মহাক অদুতনা অশেংবা পণ্ডিতনি ॥১৯॥

মহৈগী রাখল্ থাদোক্তুনা, পেঙ্গুরবা অমদ চঙদ্রবা
তৌরবস্মু কর্ম্ম মহাক্লা, তৌদ্রবনি কর্ম্মিমত অকন্বা ॥২০॥

মনুংগী ভাব ঃ—কর্ম্ম তৌদ্রবনি হায়হুনা খোঙ খুং পুন্শিন্দুনা লৈরগা, কর্ম্ম তৌদবা সন্ন্যাসী হায়বহু থক ওইব নত্তে। মহৈ ফংবগী-রাখল্ থাদোক্তুনা, লৈজনা থরদ পেঙ্গুরবা, অমদা হায়জক্কদ্রবা—মহাক্লা মপানগী কর্ম্ম তৌবদি, ইতৌ তৌদবগা অক্কানি। মহাক্নি সন্ন্যাসী হায়ববু, যোগীকর্ম্ম হায়ববু ॥২০॥

নিরাশীর্যতচিত্তাত্মা ত্যক্তসর্বপরিগ্রহঃ। শারীরং কেবলং কর্ম্ম কুর্বন্ নাপ্নোতি কিল্বিষম্ ॥২১॥
যদৃচ্ছালাভসন্তুষ্টো দ্বন্দ্বাতীতো বিমৎসরঃ। সমঃ সিদ্ধাবসিদ্ধৌ চ কৃত্বাপি ন নিবধ্যতে ॥২২॥
গতসঙ্গস্য মুক্তস্য জ্ঞানাবস্থিতচেতসঃ। যজ্ঞায়াচরতঃ কর্ম্ম সমগ্রং প্রবিলীয়তে ॥২৩॥
ব্রহ্মার্পণং ব্রহ্ম হবির্ব্রহ্মাগ্নৌ ব্রহ্মণা হুতম্। ব্রহ্মৈব তেন গন্তব্যং ব্রহ্মকর্ম্মসমাধিনা ॥২৪॥

---

করিগুম্বদা অপাম্বা লৈত্রবা, বিষয় কয়াবু থাদোক্প্রবা।
ভিক্ষা তৌদুনা চাপ্রবা, মখোয়গী মশাদ পাপ চঙ্দে ॥২১॥

মনুংগী ভাবঃ— ভোগ তৌগদবা, তৌবা য়াবা, বিষয কযাবু থাদোক্লুনা করিগুম্ব অমত তৌদনা হিংননবগী দমক্তদি ভিক্ষানা জীবিকা ওইদুনা লৈপ্রবা, অপাম্বা মিচৌবা যাওত্রবশিং অদুগীদি সন্ধ্যা বন্দনানচিংবা নিত্যকর্ম্মশিং অসি তৌগ্র কাওবদা থোক্টনা দোষ লৈতে। অদুবু মীপুম্বনা তম্নখিনবা, অকৰ থবক্ ওইবা সন্ধ্যা তর্পণনচিংবা কর্ম্মদো অদুম্ মতৌই। অদুম্না, নংসু কর্ম্ম তৌ ॥২১॥

অকংব থরদ পেঙ্গ্রবা, অনীগী রাখন্দগী লানথ্রবা
অমতনি থনবা পাঙ্ব-পাঙ্দবা, মখোয়বু কর্ম্মনা পুন্বা ॥২২॥

মনুংগী ভাবঃ— নাংমগী অকংব থরদ অদুম্ পেঙ্গ্রবা, ঐগী মাগী হৎথবনচিংবা অনী থোকপা রাখন্দগীসু রাংম লান্থ্রবা, থবক্ মহৈ যান্ব-য়ান্দবদা চপ মান্নবা থন্থ্রবা মখোয় অদুদ মপান্গী কর্ম্ম কযা তৌরবসু কর্ম্মশিং অদুনা মখোযবু পুন্ব-ক্ষাবা ঙম্দে। ॥২৩॥

মহৈগীদমক্ থল্লুত্রবা, কল্লক যেংথি যাওত্রবা,
থম্মোয লেপ্লব মঙোন্দ, কর্ম্মনা লুপথি যজ্ঞনচিংব ॥২৩॥

মনুংগী ভাবঃ— মাসি তৌরগা মহৈ অসি কংগনি হায়বগী মিকানকত্রবা, কল্লকপা যেংথিবা মিচৌবা য়াওত্রব, অচুম্ব জ্ঞানদা লেপপ্রবা অদুগুম্বা মীশিংনা তৌবা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্মদি মখোয়গী মশাদা অতম্ চুপশিন্খি-মাঙ্খি। মপান্গী কর্ম্মশিং আসনা মখোযদা ক রমত অকায়বা ওইদে হায়বনি ॥২৩॥

ব্রহ্মদা কৎপানি, হরিসু ব্রহ্মনি, অকৎপ মহাক্ ব্রহ্মান।
অসুম্না ব্রহ্ম কর্ম্ম তৌগুম্বতনা, ব্রহ্মাগী মশক্ ওইখিবান ॥২৭॥

মনুংগী ভাবঃ— মীরুব থুম মবীক্ থরবু সমুদ্রদা লংথপ্রবাদ মিকুপ্ত ঈশিং ওন্খিব অদুগুম হোম তৌরিবসিংগ ব্রহ্মনি, হোমগী পোচ্চে পুম্বসু ব্রহ্মনি, ব্রহ্মনা ব্রহ্মদা। ব্রহ্মবু থাদবনি-লুপ্চবনি-অঙম্ হায়না থম যজ্ঞ তৌরবদি মাদুমক্তা ব্রহ্মকর্ম্ম ওইখিহনা, কন্ম তৌরিব মী অদু ব্রহ্মগী মশক্ ওইখ ॥২৪॥

দৈবমেবাপরে যজ্ঞং যোগিনঃ পর্য্যুপাসতে। ব্রহ্মাগ্নাবপরে যজ্ঞং যজ্ঞেনৈবোপজুহ্বতি ॥২৫॥
শ্রোত্রাদীনীন্দ্রিয়াণ্যন্যে সংযমাগ্নিষু জুহ্বতি। শব্দাদীন্ বিষযানন্য ইন্দ্রিয়াগ্নিষু জুহ্বতি ॥২৬॥
সর্বাণীন্দ্রিয়কর্ম্মাণি প্রাণকর্ম্মাণি চাপরে। আত্মসংযমযোগাগ্নৌ জুহ্বাত জ্ঞানদীপিতে ॥২৭॥
দ্রব্যযজ্ঞাস্তপোযজ্ঞা যোগযজ্ঞাস্তথাপরে। স্বাধ্যায়জ্ঞানযজ্ঞাশ্চ যতয়ঃ সংশিতব্রতাঃ ॥২৮॥

---

মপানদ-কর্ম্ম যোগীশিংনা, লাইগী পেন্নবা যজ্ঞ তৌই।
জ্ঞান-যোগী ওইশিংনদি, যজ্ঞ পুম্বা ব্রহ্মদ, কৎলি ॥২৫॥

মনুংগী ভাব ঃ— যজ্ঞ মখল্ অনীনি। দেবযজ্ঞ হায়বা অম, জ্ঞান যজ্ঞ হায়বা অম। ইন্দ্রবরুণচিংবা পেন্নবা তৌবা যজ্ঞনা দৈবযজ্ঞ কৌই। চাক্লবা মৈগী মশক্ ওইরবা ব্রহ্মজ্ঞানদা কর্ম্ম পুম্ববু যজ্ঞ তৌবা ( থাদোক্পা ) অদুবু ব্রহ্ম যজ্ঞ কৌই। যজ্ঞ পুম্বদগী ব্রহ্ম যজ্ঞনা অখোইবনি ॥২৫॥

"খুত্নম্ চনবা" কৌব মৈনুংদা, মপানগী ইন্দ্রিযবু থাদোক্ই কনানা।
মশক্ মহাউনচিংবা বিষযবু, ইন্দ্রিয়-মৈনুংদা থাদোক্ই কনানা ॥২৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—কনা কনাগুম্বা যজ্ঞ তৌবশিংনা' মীৎ-নাকোং-লৈ-নাতোল্-উনশা—মপানগী ইন্দ্রিয মডা অসিবু "ইন্দ্রিয-খুত্নমচনবা, কৌবা মৈনুংদা থাদোক্ই হাযবদি মখোযবু লৈহন্দে। কনাকনাগুম্বনদি মশক মহাউ মনম্ শব্দ, শোকপা বিষয়শিং অসিবু ইন্দ্রিযগী মশক ওইরবা আগ্নকুণ্ডদা থাদে। হাযবদি করিগুম্ব পোৎ অমগী মশক্-মহাউনচিংবসি বিষযশিং অসি মাবু মাবু লৌব ওম্বা ইন্দ্রিযশিংগী মশক্ পোইনা চুপশিল্হনখি। হাযবদি, মখোয়বু মশক্ উহনখি ॥২৬॥

ইন্দ্রিয়-কর্ম্মখিবিক্পু, প্রাণগী কর্ম্ম পুম্ববু
কনানা জ্ঞানতন চাক্লবা, আত্ম সংযম"গী মৈদা থাদৈ ॥২৭॥

মনুংগী ভাব ঃ— কনাকনাগুম্বা ব্রহ্ম যজ্ঞ তৌবশিংনা, নাতোন্নাচিংবা ইন্দ্রিযশিংগী মনম্-লৌবনচিংবা কর্ম্মশিংবু অঙ্গা প্রাণ বাযুগী থবক্খানচিংবদা হুম্লিবা কর্ম্মশিং অসিবু জ্ঞানতনা মৈ ওইনা চাক্লবা, "মশাবু খুত্নমচনবা" হায়বা অগ্নি কুণ্ডহুদা থাদে।

পোচ্চংগী-যজ্ঞ তপস্যাগী-যজ্ঞ যোগ-যজ্ঞবু খরনা তৌনৈ।
ব্রতকনবা যতিশিংনদি শাস্ত্র নৈনবা-জ্ঞান-যজ্ঞবু তৌনৈ ॥২৮॥

মনুংগী ভাব ঃ— যোগীশিংনা যজ্ঞ হায়বসি তৌনবা ঙাক্লনি। অদুদা, যজ্ঞ মশক্তি অমত মায়দে। খরনা পোচ্চং যাওবা যজ্ঞ তৌই, খরনা প্রাণাযাম সাধন যোগ সাধননাচিংবগী মশক্ ওইবা যজ্ঞ তৌই। খরনা শাস্ত্রার্থ নৈনবুনা তম্বগী মশক্ ওইবা যজ্ঞ তৌই। খরনা ব্রত তৌবা-দান তৌবগী মশক্ ওইবা যজ্ঞ তৌনৈ ॥২৮॥

অপানে জুহ্বতি প্রাণং প্রাণেঽপানং তথাপরে। প্রাণাপানগতী রুদ্ধা প্রাণায়ামপরায়ণাঃ ॥২৯॥
অপরে নিয়তাহারাঃ প্রাণান্ প্রাণেষু জুহ্বতি। সর্বেঽপ্যেতে যজ্ঞবিদো যজ্ঞক্ষয়িতকল্মষাঃ ॥৩০॥
যজ্ঞশিষ্টামৃতভুজো যান্তি ব্রহ্ম সনাতনম্। নায়ং লোকোঽস্ত্যযজ্ঞস্য কুতোঽন্যঃ কুরুসত্তম। ॥৩১॥

---

কনান অপানদা প্রাণবু থাদৈ, কনানা অপানবু প্রাণদা থাদৈ।
কনানা প্রাণ-অপাননীবু থিংদুনা প্রাণায়াম তত্তনা তৌই ॥২৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—খোঙচৎ খেন্নবগী মতুংইন্না থরাই-কৌবা নুংশিৎকী মমিং প্রাণ, অপান, সমাণ, উদান, ব্যান — মঙা অসিনি মখোয় অসি প্রাণগতি কৌই। গতি-গতিগী মতুংইন্না তাইবং মীওইবগী রাখল্ তোঙাল্ তোঙাল্লি। অদুনা কনা কনাগুম্বনা প্রাণ বায়ুগী গতিশিং অসিবু আয়াম তৌদুনা হায়বদি, থিংদুনা প্রাণায়ামগী মশক্ ওইব যজ্ঞ তৌনৈ। মখোয়সিগী মনুং মক্তদসু কনাগুম্বনা অপান ( মথাক্নোম্দা হোন্থখিদবা নুংশাশোর ) বু প্রাণ (খ্বাইগী হৌনকম্ নুংশাশোর )দ অদুগা কনাগুম্বনা প্রাণ অসিবু অপানদা ওন্নতৈননা থাদদুনা হায়বদি অমত্ত ওইনখিদুনা যজ্ঞ তৌই। প্রাণবু অপানদা তিন্নহনবনা রেচক (থাদোদকুপা-হোন্দোকপা) কৌই। অপান-প্রাণ অনীমক্ থিংদুনা থম্বনা "কুম্ভক" কৌখি। মাসুম্না গতি অহুম্বু তত্তনঃ শান্নবসি প্রাণায়াম কৌই ॥২৯॥

তুম্ব-চাব চাংনাইনা প্রাণবু প্রাণনচিংবদা কনান থাদৈ।
যজ্ঞগী তত্ত্ব খঙবশিংনা, তৌখিব পাপপু মাঙনবা হোৎনৈ ॥৩০॥

মনুংগী ভাব ঃ—প্রাণ, অপান, সমান, উদান, ব্যান—হায়রিব. প্রাণ মঙা অসি দেহগী মনুংদা তত্তনা চৎতুনা লৈ। কনা কনাগুম্ব. প্রাণাযাম সাধন তৌবশিংনা মখোয়সিগী মনুংদা অমদা, লেন্‌হৌবা মরিবু যজ্ঞ তৌই, হায়বদি থাদৈ-তিন্নহল্লি। মাসিসু যজ্ঞ মখল্ অমনি। অদুবু, মখোয়সিগী মনুংদা জ্ঞান যজ্ঞতনা অরানবা থুভম্ কংহন্‌বা ঙম্মি ॥৩০॥

'সিগুম্ব যজ্ঞগী অরেম্ব চাবনা, লেঙঙ্গ্রব ব্রহ্মবু ফংঙি মখোয়না।
'সিগুম্ব যজ্ঞবু তৌদবগীনি, ইহলোক পরলোক অনীমক লৈবনা ॥৩১॥

মনুংগী ভাব ঃ—মথক্ত হায়খ্রিবা যজ্ঞশিং অসিবু অমমক্সু-তৌগ্রবা মীশিং অদুগীদি হুন্দকী মপোকতসু লেঙঙ্গ্রব অমত থক ফংলোই। হয়েংমুকী মপোকীদি করি অমুক হায়গনি। হয়েংমুকী মপোক্ত করিমত ফংদনবা তৌরবনিনা, হুন্দকী মপোক্সু কাম্নজে। হয়েংমুক্তসু করিমত ফঙ্ং-জবনিনা করিমত কান্নরজে ॥৩১॥

এবং বহুবিধা যজ্ঞা বিততা ব্রহ্মণো মুখে।
কর্ম্মজান্ বিদ্ধি তান্ সর্বানেবং জ্ঞাত্বা বিমোক্ষ্যসে ॥৩২॥

শ্রেয়ান্ দ্রব্যময়াদ্‌যজ্ঞাজ্‌জ্ঞানযজ্ঞঃ পরন্তপ। সর্ব্বং কর্ম্মাখিলং পার্থ। জ্ঞানে পরিসমাপ্যতে ॥৩৩॥
তদ্বিদ্ধি প্রণিপাতেন পরিপ্রশ্নেন সেবয়া। উপদেক্ষ্যন্তি তে জ্ঞানং জ্ঞানিনস্তত্ত্বদর্শিনঃ ॥৩৪॥
যজ্‌জ্ঞাত্বা ন পুনর্মোহমেবং যাস্যসি পাণ্ডব।। যেন ভূতান্যশেষাণি দ্রক্ষ্যস্যাত্মন্যথো ময়ি ॥৩৫॥

---

অসুম্না 'সুকয়াম্ব যজ্ঞসে, ব্রহ্মাগী চীম্বগী শন্দোকখি।
পুম্নমকসি কর্ম্মদগী পোকই, মাসি খঙবত্তদ ত্তাইবং লানখি ॥৩২॥

মনুংগী ভাব ঃ—দ্রব্যযজ্ঞ, জ্ঞানযজ্ঞনচিংবা হায়রিবা যজ্ঞমযাম্ অসি ব্রহ্মাদগী শন্দোকখিবা মক্তনি। অসুক্ যাম্ব যজ্ঞসিং অসি, কর্ম্ম তোঙ্গনা ব্রহ্মানা খোকচনখিবনি, হায়বদি, কর্ম্মদগী পোকখিবমক্তনি। অদুনা, অসিগুম্বা যজ্ঞগী মকৈবু কংগে হাযরবদি, কর্ম্মগী মশক ওইরবা সংসারগী লালকম্‌দা কূম্মু। অদু নত্রবদি লোক অনীমক্তা কাম্নবা করিমত্ত কংলোই ॥৩২॥

পোংচং চঙবা যজ্ঞদগী জ্ঞানযজ্ঞনা হেনবনি 'কনবা।
কর্ম্ম পুম্বসে পৃথাগী মচা। জ্ঞানদা ঙাক্তনি লোইখিবা ॥৩৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—মথক্ত হাযরিবা চেঙ থোইদিং ঘীনচিংবা চঙবা দ্রব্যযজ্ঞশিং অসিদগী ব্রহ্ম সাধণ প্রাণাযাম সাধণনচিংবগী মশক ওইরবা জ্ঞানযজ্ঞ হায়বতুনা যাম্ন হেল্লি। মরম্‌দি উরিবা কর্ম্মপুম্বসে মমৈথংদা জ্ঞানতদা লোইশিন্‌খিগদবনি। জ্ঞানদবু লোটশিনখিদ্রিমখৈ কর্ম্মনা অমুক খম্বা লোটবা লৈতে ॥৩৩॥

অসিগুম্বা জ্ঞানযজ্ঞবু, খুকম্‌জবগা ভক্তি তৌরগা
তত্ত্বখঙবা জ্ঞানী গুরুনা তাকপিরক্তনি শোযদনা ॥৩৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—অসিগুম্বা জ্ঞানযজ্ঞদ ভাব তাদনা, মমূং তানা খঙদনা, পঙতৌ তৌবা য়াদে। কর্ম্মগী অমগী যজ্ঞগী তত্ত্ব খঙবা গুরুগী হাযবদি বিষযপুম্বা মমুংতানা খঙলবা মতাজ্ঞানী ওইরবা গুরুগীমকম্‌দা ভক্তিগা সোয়ননা চঙজকরগা তাকপিরক্তনি ॥৩৪॥

অসিবু খঙলবা মতুংদ, শুম্‌হৎলরোইদো পাণ্ডুগী মচা।
মাসিতনা অচম্চত্ত পুম্বা, নশাদসু ঐঙোন্দসু উগনি ॥৩৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—হাযরিবা তত্ত্বশিং অসবু মুপ্ল খঙলবা তুদ, জ্ঞানী ওইব তুংদা, উরিবা হকচাংসিবু ঐ নং-মহাক হায়না শুম্‌হৎতুনা ঙাঙলি শক্‌লিবসি লোইনা শৈবারাই। অদুদগীদ কদায়না থাঙ্গৈশেংবা যজ্ঞনো হায়বদি কর্ম্মনো হাযবদু—লায়না খঙলগনি। মতম্ অদুদা মী অদুনা তাইবং পান্‌বদা হেক লৈরিবা অচম্চত্ত পুম্বসি মশাগী মনুংদা লোইনা উবা ফংগনি। অদুগা ভগবান্ মাগী মশাদসু উবা ফংনি ॥৩৫॥

অপি চেদসি পাপিভ্যঃ সর্বেভ্যঃ পাপকৃত্তমঃ। সর্বং জ্ঞানপ্লবেনৈব বৃজিনং সন্তরিষ্যসি ॥৩৬॥
যথৈধাংসি সমিদ্ধোঽগ্নির্ভস্মসাৎ কুরুতেঽর্জুন!। জ্ঞানাগ্নিঃ সর্বকর্মাণি ভস্মসাৎ কুরুতে তথা ॥৩৭॥
নহি জ্ঞানেন সদৃশং পবিত্রমিহ বিদ্যতে। তৎ স্বয়ং যোগসংসিদ্ধঃ কালেনাত্মনি বিন্দতি ॥৩৮॥
শ্রদ্ধাবান্ লভতে জ্ঞানং তৎপরঃ সংযতেন্দ্রিয়ঃ। জ্ঞানং লব্ধ্বা পরাং শান্তিমচিরেণাধিগচ্ছতি ॥৩৯॥

---

পাপীশিংদগীস্থ নহাক্না, খ্বাইদগী হেন্ন পাপ তৌরবস্থ।
পাপ-ঈপাক্ অত্থবু নংনা, জ্ঞানগী-পোঙত্থস্থ লান্গনি ॥৩৬॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—জীব অসিনা মপোক কয়াদা তৌরকপা পাপকী কর্ম্মশিং অত্থদি ঈপাকী লৈরীক্কী মতৌশুম্ন মশীঙ লাকঙমন্দ্রবনি। অত্থশুম্বা পাপশিং অত্থবু কোক্নবগী করিশুম্বা উপায় অমত লৈত্রে। অত্থশুম্বা পাপকী সমুদ্রবু লান্নবা উপায় অমতং লৈরিবা হায়রবু জ্ঞান যোগ অসিতনি। মাসিনা পোঙ (হি) ওইত্থনা লাল্লবতদা জীবনা পাপকী ঈপাক অত্থবু লায়না লান্বা ঙম্মি। খুদম্ ওইনা হাযরবদা, ব্রহ্মহত্যা তৌকরবা মহাপাপী অমনা, মাগী পাপ অত্থ কোক্নব হায়হুনা তৌকরিবা যজ্ঞদাননচিংবত্থগী তত্ত্ববু, মশামক্না জ্ঞান যোগদা লৈহুনা, হাযবদি, তৌত্রবদি ব্রাহ্মণনা করিনো, হত্যানা করিনে। অসিনচিংববু মুন্নখঙহুনা তৌত্রবদি, মপান্গী প্রায়শ্চিৎকী কর্ম্মশিং অত্থনা মাগী মাগী পাপ অত্থবু খক কোকহন্বা ঙম্লোই ॥৩৬॥

মৈরিক্কংনা চাক্লবা মৈনা, কংলবশীঙবু চাকথেকখিবশুম্।
জ্ঞানগী মৈনা মপান্গী কর্ম্মবু, চাকথেকহন্বনি অকনবা ॥৩৭॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—মৈনা উৎ ওইহন্দুনা চাকথেকহন্খিত্রি মথৈ উপাল্ অত্থবু, অত্থগা মনা মশা অত্থবু হন্ন হন্না শোইদত্তূনস্থ ময়োল্ অমুমুক্ চোংলক্পা অত্থগী মতৌশুম্ন, ময়োল্ চোংবগী লোইব খত্বা নাইত্রবা কর্ম্মশিং অসে জ্ঞাননা মৈ ওইত্থনা চাকথেকহন্দ্রিমথৈ খক লোইখিবা লৈরোই ॥৩৭॥

জ্ঞানগ মান্নন অশেংব, ধনঞ্জয়। খঙঙু, লৈত্রবনি।
কর্ম্মবু লোইন পাঙথোক্লবা মখোয়তনা জ্ঞানসি কংবনি ॥৩৮॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—অমাংবা ফত্তবা পোৎ অমবু "জ্ঞান"না শেংদে কপা অসিশুম্না, করিশুম্বা উপায় অমতনা ফত্তবা অমাংবা পাপকী রাখল্লচিংববু খক্ কোকহন্বা, শেংদোক্পা য়াংরোই ॥৩৮॥

পুন্নী চঙনা থাজবা, ইন্দ্রিয খুত্থমচন্বশিংনা
অসিশুম্ব জ্ঞানবু ফংলগা, অঙৈংবা ফংঙম্মি থীন্দনা ॥৩৯॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—কর্ম্মশিং অসিবু চাক্থেকপা ঙম্বা জ্ঞানগী মশক ওইবা মৈ অত্থদি, পুন্নীং চঙনা, থাজনা, ইন্দ্রিয় পূম্বা খুদম্ চন্না মশানা তৌরিবা কর্ম্মত্থগী তত্ত্ববুমুন্না খঙলবশিং অত্থত্তনা থাগৎপা ঙম্মি, হায়বদি ফংবা ঙম্মি ॥৩৯॥

অজ্ঞশ্চাশ্রদ্দধানশ্চ সংশয়াত্মা বিনশ্যতি। নায়ং লোকোঽস্তি ন পরো ন সুখং সংশয়াত্মনঃ ॥৪০॥
যোগসংন্যস্তকর্ম্মাণং জ্ঞানসংছিন্নসংশয়ম্। আত্মবন্তং ন কর্ম্মাণি নিবধ্নন্তি ধনঞ্জয়॥৪১॥
তস্মাদজ্ঞানসম্ভূতং হৃৎস্থং জ্ঞানাসিনাত্মনঃ। ছিত্ত্বৈনং সংশয়ং যোগমাতিষ্ঠোত্তিষ্ঠ ভারত॥৪২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভগবদ্গীতাপর্ব্বণি অষ্টাবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

গীতাযাস্তু চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

খঙদ্মু খঙদবা থাজগন্দবা,　　চিংনগনুবদো মাঙলবনি।
চিংনদমক্ত তোকলবশিংগী,　　লোক অনীমক মাঙজরবনি ॥৪০॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—মশানস্থ নৈনদ্রুনা খঙজ্রবা, অখঙবনা হায়বদুস্থ থাজদ্রবা, ঈচিংত চিংনদুনা নৈরবশিং অদুগীদি হন্দকী মপোক হয়েংমুক্কী মপোক অনীমক্তা মাঙজবা কান্নদবক্ত মওইরে। হন্দকী মপোক্তা তাল্লপকম্ খঙদনা চিংনদুনত চৎপ্রবা জীবনা হয়েংমুক্কী মপোক্ত করি লেপ্ন-কন্ননি, করি কংলূবনি ॥৪০॥

যোগতনা কর্ম্ম থাদোক্লবা,　　জ্ঞানতনচিংনবা কোকপ্রবা
আত্মা মশক খঙলবদুবু,　　কর্ম্মনা কাঙমদে অকনবা। ॥৪১

মন্নুংগী ভাব ঃ—মথক্ত হায়খ্রিবা যজ্ঞগী মশক্ ওইরবা যোগশিং অসিতনা কর্ম্ম থাদোকদবনি, মপান্থোংগী খোঙ খুৎ পুনশিল্লগা কর্ম্মবু থক থাদোকপা য়া/রাই। চিংনববু (যেক্রবদ্) জ্ঞানতনা কক্কদবনি, খুংলাযনা (গাণ্ডীবনচিংবনা) থক ককপা যারোই। অদুম্ তৌরবক্তদা, "ঐ" হায়বসি কনানো হায়বদু খঙলব মীনা আত্মাবান্ কৌই। আত্মাবান্ ওইথবদি কর্ম্মন থক কাক্তিনব ঙমদে ॥৪১॥

অদুনা পাণ্ডব। ব্রহ্মজ্ঞানগী,　　থাঙনা চিংনবা ককথংলু।
মহৈ খন্দনা কর্ম্ম যোগদা,　　নৈংহনা নথৌ পাঙথোকউ ॥৪২॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—থম্মোযদা নৈবা চিংনববু ব্রহ্মজ্ঞানতনা কক্কদবনি। লাল্ শোরুবনা কবরা, শাগৈ নাতৈ জীব মযাম্সি হাত্তবনা কবরা?—অম্মুমা চিংনবসিদি ব্রহ্মজ্ঞানগী মশক্ ওইববা থাঙ্তনা কক্কদবনি। মতুনা মপান্গী, নংগী খুৎলাযনা কক্কদৌরবশিং অসিদি শাগৈ নাতৈ নত্তে, মীক্ত পওউ উবনি। অতনা, সিংহাসন পাম্বা থাদোক্লুনা নথৌ পাঙথোকউ ॥৪২॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বগী ভগবদ্গীতাপর্ব্বগী কুন্নিপাল্ শুবা অধ্যায লোইরে ॥*॥

ভগবদ্গীতাগী মরিশুবা অধ্যায় লোইবে।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ

( ভগবদ্‌গীতাগী মঙাশুবা অধ্যায় )



### অর্জ্জুন উবাচ

সংন্যাসং কর্ম্মণাং কৃষ্ণ। পুনর্যোগঞ্চ শংসসি। যচ্ছ্রেয় এতয়োরেকং তন্মে ব্রূহি সুনিশ্চিতম্ ॥১॥

### শ্রীভগবানুবাচ।

সংন্যাসঃ কর্ম্মযোগশ্চ নিঃশ্রেয়সকরাবুভৌ। তয়োস্তু কর্ম্মসংন্যাসাৎ কর্ম্মযোগো বিশিষ্যতে ॥২॥
জ্ঞেয়ঃ স নিত্যসন্ন্যাসী যো ন দ্বেষ্টি ন কাঙ্ক্ষতি। নির্দ্বন্দ্বো হি মহাবাহো। সুখং বন্ধাৎ প্রমুচ্যতে ॥৩॥

---

অর্জ্জুননা হায় :—

কর্ম্মবু থাদোক্কনি-তৌগনি, অম্মুম্ন তাক্লি অনীথোক্না
অনীসিগী মনুংদা অহেন্‌বদো, অমতংদ তাকৃউ তশেংনা ॥১॥

মনুংগী ভাব :—কর্ম্মবু তৌসু হায, তৌগনু ব্রহ্মজ্ঞাননা অথোইবনিসু হায়। মাসিদা অর্জ্জুননা ভাব তাদনুনা, কর্ম্ম তৌন-তৌনা কর্ম্ম থাদোকপ হাযবসি করি হায়রিবনো, তশেংন অমতং তাকপিযু হায়না অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হংবনি ॥১॥

কৃষ্ণনা হায় :—

কর্ম্ম থাদোকপগ, তৌবগা অনীমক অরানবা থুডম্ পীঙম্মি।
অদুদা থাদোকপদগীদি, কর্ম্ম তৌবনা হেন্ন ফবনি ॥২॥

মনুংগী ভাব :—কর্ম্মবু পূম্থা থাদোক্নুনা সন্ন্যাসী ওইবগা অদুগা মহৈগী রাখল্ যাওদনা নিষ্কাম বুদ্ধিনা কর্ম্ম তৌবগা—অনীসি মুক্তি পদবী পীবমক্কনি। অদুবু, কর্মবু পূম্থা থাদোকপা হায়ব অদুদি ওইথোক্কবনিনা নিষ্কাম বুদ্ধিনা তৌগদবা কর্ম ( মথৌ ) তৌবনা ফৈ।

কর্ম্মবু নিন্দা তৌদবা, মহৈবুসু থোইনা পান্নুদবা
অনীগী রাখল্দগী লান্থবা, কর্ম্মসন্ন্যাসীদুতনা লানঙম্মি ॥৩॥ *

মনুংগী ভাব :—কর্ম্ম মশাগুমকৃতি করিসু নিন্দা তৌকম্ থোক্তে। অতৌবা মানা লাক্লবনি। অদুনা, কর্মবু, মথৌবু থোইনা নিন্দা তৌকদনা, কর্মদুগীসু মহৈ খল্লুদনা কর্ম্ম তৌবা মহাক্ অদো, কর্ম্মসন্ন্যাসী কৌবনি। মহাক অদো নিত্যসন্ন্যাসীনি, মহাক্কনা কর্ম্মগী বন্ধনদগী লাম্থোকপা ঙম্মি ॥৩॥

---

* "লানঙম্মি" হাযব রাহৈসিগী মনুংদা আ অসিন' অরাংব খোম্থোক্লা লাল ঙম্বগী অর্থনি। নেম্না ( অনুদাত্ত ) খোম্থোকহল্লগা অরান্ব থুঙম্ ( মুক্তি ) গী অর্থনি।

সাংখ্যযোগৌ পৃথগ্‌বালাঃ প্রবদন্তি ন পণ্ডিতাঃ। একমপ্যাস্থিতঃ সম্যগুভয়োর্বিন্দতে ফলম্ ॥৪॥
যৎ সাংখ্যৈঃ প্রাপ্যতে স্থানং তদ্‌যোগৈরপি গম্যতে।
একং সাংখ্যঞ্চ যোগঞ্চ যঃ পশ্যতি স পশ্যতি ॥৫॥
সন্ন্যাসস্তু মহাবাহো। দুঃখমাপ্তুমযোগতঃ। যোগযুক্তো মুনির্ব্রহ্ম ন চিরেণাধিগচ্ছতি ॥৬॥
যোগযুক্তো বিশুদ্ধাত্মা বিজিতাত্মা জিতেন্দ্রিয়ঃ। সর্বভূতাত্মভূতাত্মা কুর্ব্বন্নপি ন লিপ্যতে ॥৭॥

---

কর্ম্মসন্ন্যাস-কর্ম্মযোগ হায়না, তোঙান্ন খায়বনি পঙ্‌বনা।
অনীগী মনুংদা অমবু খঙ্‌না, অনীগী মহৈ কংভি অতৌবনা ॥৪॥

মনুংগী ভাব :— "কর্ম্ম থাদোক্‌পা"-"কর্ম্মতৌবা"-হায়না তোঙাল্ তোঙান্ন অনীথোক্ন খায়ন্নিবসি জ্ঞান তাদহুনা, পঙহুনা তৌবনি হায়বনি। অনীসিগী মনুংদা অমবু মমূৎতানা খঙ্‌হ্নুনা (তত্ত্ব খঙনা) তৌরবদি অনীমক্কী মহৈ লায়না কংবা ঙম্মি। হায়বদি, অশেংবা সন্ন্যাসীন কর্ম্মযোগী ওই, অশেংবং কর্ম্মযোগীনসু সন্ন্যাসী ওই ॥৪॥

থাদোক্‌পনা কংব মহৈদো, তিন্নবনসু অহুম্ মকংভি।
সাংখ্যগা যোগগ অনীবু, অমতনি উবনা লোইন উই ॥৫॥

মনুংগী ভাব :—তাইবং মীনা সংসারদা পোং অমগী অব্বু লোইনা-উত্তি খঙত্রিবসি থাদোক্‌পগা তিন্নবগা তোঙাল্ তোঙাল্লি খন্‌বদগীনি। তিন্নবনা কংবা মহৈবু থাদোক্‌পগী মহৈনি হায়না ভোগ তৌরবা মী অহুনা জগত্ত উদবা নৈতে ॥৫॥

কর্ম্ম যোগ নত্তনা কর্ম্ম সন্ন্যাস ওইবা য়াদে ধনঞ্জয়।
কর্ম্ম যোগনা সন্ন্যাসী ওইপ্রবনা ব্রহ্মগী মওংদা চঙঙম্মি ॥৬॥

মনুংগী ভাব :— কর্ম্ম সন্ন্যাসী মপূংফানা ওইগে হায়রবদি কর্ম্মযোগী ওইদবা যাদে, কর্ম্ম তৌদব য়াদে। অহুনা, সাধু জ্ঞানীশিংনা কর্ম্ম যোগী ওইহুনা, তপ্ন তপ্ন কর্ম সন্ন্যাসী ওইরক্লুনা ব্রহ্ম-পদবীবু ফংবা ঙম্মি ॥৬॥

যোগনা তিল্লবা থম্মোয শেংলবা, মশাবু ভম্ব ইন্দ্রিবু ভম্বা
জীবপান্‌বশিংবু মশানি খন্‌বনা, কর্ম তৌন কর্মদা লুপ্তে ॥৭॥

মনুংগী ভাব :— মুমিৎ চুপ্প যোগ সাধনত তৌহুনা, থম্মোয় শেংলবা, কত্তবা কর্মদা চঙ্গীঙ্‌লক্‌পা মত্তমদা মশাবু ভমহুনা জয় তৌরবা, ইন্দ্রিয়শিংবু খুহুম্‌চন্‌বা, অচফ্ত জীব পান্‌বা-শিং অসিবু মশামক্কি হায়না খঙ্গ্রবা-উপ্রবা, অহুঙবা মী অহুদি মপাম্বোংগী কর্ম (মথৌ) অহু তৌন তৌন, কর্মশিং অহুদা খক্ লুপ্তে। হায়বদি মহাক্‌পু কর্মশিংনা ঈকোন্ন কোযশিল্লবসু মখোয়না মাবু খক্ কাব পুন্‌বা ঙম্‌দে ॥৭॥

নৈব কিঞ্চিৎ করোমীতি যুক্তো মন্যেত তত্ত্ববিৎ। পশ্যন্ শৃণ্বন্ স্পৃশন্ জিঘ্রন্নশ্নন্ গচ্ছন্ স্বপন্ শ্বসন্ ॥৮॥
প্রলপন্ বিসৃজন্ গৃহ্ণন্নুন্মিষন্ নিমিষন্নপি। ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থেষু বর্তন্ত ইতি ধারয়ন্ ॥৯॥
( যুগ্মকম্ )
ব্রহ্মণ্যাধায় কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা করোতি যঃ। লিপ্যতে ন স পাপেন পদ্মপত্রমিবাম্ভসা ॥১০॥
কায়েন মনসা বুদ্ধ্যা কেবলৈরিন্দ্রিয়ৈরপি। যোগিনঃ কর্ম্ম কুর্বন্তি সঙ্গং ত্যক্ত্বাত্মশুদ্ধয়ে ॥১১॥

---

ঊনা-ঊনা তান-তান শোক্ল-শোক্লা, চান-চান চৎন চৎন তুম্ তুম্
ফংশাশোর চোম্ন হোম্নবু, তত্ত্ব খঙবদি তৌদে খল্লিদে। ॥৮॥

মনুংগী ভাবঃ — কর্মগী থাঙ্গৈশেংবা তত্ত্ববু খঙবা মীদি থবক্ পুম্নমক্ তৌন তৌন — "ঐনা করিমত তৌবনদ্রে" অসুম্ হায়না খল্লিদো। অদুগা তত্ত্ব খঙদবা, সাধারণ ওইবশিংনা মহাক্না তৌবা কর্ম্মদি অমত য়াওদনা—ঐনা শাবনি, ঐনা থুগাঈবনি, ঐনা চারিবনি — অসুম্ হায়না লান্না খল্লি। অদুনা, অর্জ্জুন। ঐনা হাৎলি, ঐনা হাৎকনি হায়না লান্না খল্লুনা নথো কাউগনু ॥৮॥

থাদোক্-থাদোক্ল লৌশিন্ লৌশিন্না, ভাঙ্ন ভাঙ্ন উইন-পাঙনা
ইন্দ্রিয়না বিষয়দ লৈজবনি খল্লুনা, কর্ম তৌই কর্ম্মযোগীনা ॥৯॥

মনুংগী ভাবঃ—চারিবা যেংলিবা পুম্নসি মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিযশিং অসিনা মাগী মাগী বিষয়দা চুম্ন লৈজবতান—অসুম্ হায়না খল্লুনা কর্ম্ম তৌবা মীশিংশু কর্ম্মনা বন্ধন তৌব ঙমদে। মখোয় অদু কর্ম্মযোগী অশেংবনি। মখোয়না ব্রহ্মানন্দবু ফংবা ঙাম্ম ॥৯॥

অদুনা ব্রহ্মদা কর্ম্ম থম্না, তৌরবদুগী মহৈ খনদবা।
মঙোল্ল পাপনা চঙঙম্দে, ঈশিংন থম্নাবু তৌবগুম্ ॥১০॥

মনুংগী ভাবঃ—মীৎ, নাকোং, লৈ, নাত্তোল, উনশানা তৌরিবা থবক্ পুম্নসি। মাগী মাগী বিষয়দা লৈজবনি। মপানুগী হকচাংবু ঐনি হায়না উবিবা অসিনা, তৌব নত্তে হায়না মুন্ন খঙঙ্গবা অদুগী জীবাত্মাদি মপানুগী অগৎ হায়বদি হকচাং-অসিদগী রাংম লানখিদুনা ব্রহ্মদা তনখি। মানা তৌবা পুম্ন ব্রহ্মদা লোইনা বিসর্জন তৌখি। অদুগুম্ন মীশক্না লালগী হোনবা মপামচা হাৎপনচিংবগী পাপনা, ঈশিংনা থম্নাবু চোৎহনবা ঙম্দবগুম্, থক্ চঙবা ঙম্দে ॥১০॥

হকচাং পুক্নীংন বুদ্ধিনা, মপানুগী ইন্দ্রিয়শিংসিতনা
যোগীনা আত্মাত শেংনবা, কর্ম্ম তৌনৈ মহৈ খন্দনা ॥১১॥

মনুংগী ভাবঃ—কর্ম্মযোগীশিংনা, আত্মাগী শেংননবগীদমক্ত কর্ম্ম তৌই, মহৈগী নত্তে। হকচাংনা, হায়বদি, কর্ম্ম ইন্দ্রিয়শিংনা নত্রগা পুক্নীংনা নত্রগা বুদ্ধিনা নত্রগা জ্ঞান ইন্দ্রিয় মঙা অসিতনসু আত্মশুদ্ধিগীদমক কর্ম্ম তৌই। অদুনা, অর্জ্জুন। আত্মশুদ্ধিগী লাল্ তৌ,—অর্জ্জুনগী নত্তে, সিংহাসনগী নত্তে, ঈপা ঈচা হাৎননবগী নত্তে ॥১১॥

যুক্তঃ কর্ম্মফলং ত্যক্ত্বা শান্তিমাপ্নোতি নৈষ্ঠিকীম্। অযুক্তঃ কামকারেণ ফলে সক্তো নিবধ্যতে ॥১২॥
সর্বকর্ম্মাণি মনসা সংন্যস্যাস্তে সুখং বশী। নবদ্বারে পুরে দেহী নৈব কুর্বন্ ন কারয়ন্ ॥১৩॥
ন কর্ত্তৃত্বং ন কর্ম্মাণি লোকস্য সৃজতি প্রভুঃ। ন কর্ম্মফলসংযোগং স্বভাবস্তু প্রবর্ত্ততে ॥১৪॥
নাদত্তে কস্যচিৎ পাপং ন চৈব সুকৃতং বিভুঃ। অজ্ঞানেনাবৃতং জ্ঞানং তেন মুহ্যন্তি জন্তবঃ ॥১৫॥
জ্ঞানেন তু তদজ্ঞানং যেষাং নাশিতমাত্মনঃ। তেষামাদিত্যবজ্জ্ঞানং প্রকাশয়তি তৎ পরম্ ॥১৬॥

যোগীনা কর্ম্মগী মহৈ থাদুনা, থোইন ঈঙ্‌ববু ফংঙিদে।
যোগী নত্তবা অচম্ব মীবু, মহৈ পাম্বনা কর্ম্মন পুল্লি ॥১২॥

মনুংগী ভাব ঃ—যোগীশিংনা মপান্‌গী কর্ম্মবু থক্ থাদে-তৌই। অদুগা মাগী কর্ম্মগুতগা মরি লৈনৈ, যুক্ত ( তিন্নবা ) ওই। কর্ম্মদুদগী হেন্‌বা, কর্ম্মদুগী কান্নবা. কর্ম্মদুগী মহৈ করিমত খন্‌বা লৈতে। কর্ম্মনা পুন্‌বা হাযবসি কর্ম্মগী মহৈগী রাখল্ অদুন পুন্‌বা হায়বনি। অদুনা, মহৈ পাম্‌দবা মীবু কর্ম্মগী মনুংদা লৈদুনস্থ মাবু কর্ম্মদুনা থক পুন্‌বা ঙম্‌দে। কর্ম্মন বন্ধন তৌরিবসি মহৈ পাম্বশিং অদুতবুনি কর্ম ফলগী আশানা পুনবনি, কর্ম্মনা নত্তে ॥১২॥

কর্ম্ম পুম্ব পুন্নীংতদা মুংঙাইন লৈ থাদোক্তনা।
থোঙ মাপল্ ফাংপ দেহসিদা, জীবনা তৌদনা তৌহন্দনা ॥১৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—কর্ম্মবু থাদোকপ হায়বসি পুন্নীংনা থাদোক্লবা মতম্ অদুদগী হায়বনি। মপানগী থোঙ খুৎনা থাদোকপতনা থাঙ্গৈশেংনা থাদোকপা কৌদে। অদুনা দেহসিবু লোইরিবা দেহী ( জীবাত্মা ) না থোঙ মাপল্ ফাংপা হকচাং অসিদা ইনুং মুংঙাইনা লৈথোকই ॥১৩॥ *

পরমাত্মানা কনাবুস্থ, থবক্কী মপু ওইহন্দে।
থবক-মহৈ শেম্‌দে মহাক্‌না, প্রকৃতিতনা মাবু তৌহন্‌বনি ॥১৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—ভগবান্ পরমেশ্বরনা কনা অমতবু থবক্কী মপু থোবু ওইনা শেম্বা নত্তে। কর্ম্মস্থ শেম্‌দে, কর্ম্মগী মহৈস্থ শাদে। জীববু মহাক মহাক্কী প্রকৃতি ( সত্ত্ব রজতমগী মশক ওইবা ) মায়ানা, মপান্‌গী কর্ম্মদা চঙহন্‌বতনি। অদুনা, অর্জ্জুন ! নংনা ভীষ্মনচিংববু হাৎপা হায়বদুগী কর্ত্তা ( অতৌবা ) থক ওইগদবা নত্তে, হাৎপা হাযবা থবক অদুস্থ তৌব নত্তে, হাৎপগী মহৈস্থ ফংগদবা নত্তে। অর্জ্জুন কৌবা দেহদা লৈরিবা জীবত্মাসিবু মাগী প্রকৃতিনা মপানগী থবকশিংসিদা ঈশিনবতনি ॥১৪॥

কনাগী পাপস্থ ঈশ্বরনা লৌদে, কনাগী পুণ্যস্থ লৌশিন্দে।
থরাই পানবগী জ্ঞান অদুস্থ, অজ্ঞাননা কুপ্পনা কাঙঙম্‌দে ॥১৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—অক-কত্ত পুম্বু শেম্বা, ঈশ্বরনা পাপ-পুণ্য অনীবুস্থ মহাক্‌না অদুম্ লৌশিন-জখিবনি হায়না অপঙবশিংনা খল্লুনা পাপ কর্ম্ম তৌবদা হল্লেঙ্‌দে। মাসি, করিনো তায়বদা

*টীকা ঃ—থোঙ মাপল হায়বদি ঃ—মীৎ ২, নাকোং ২, নাতোল্ মখুল ২, চীন্ ১, ঈশিং-থোঙ ১, মাংথোক্কব থোঙ ১—অসিতনি।

তদ্বুদ্ধয়স্তদাত্মানস্তন্নিষ্ঠাস্তৎপরায়ণাঃ। গচ্ছন্ত্যপুনরাবৃত্তিং জ্ঞাননির্ধূতকল্মষাঃ ॥১৭॥
বিদ্যাবিনয়সম্পন্নে ব্রাহ্মণে গবি হস্তিনি। শুনি চৈব শ্বপাকে চ পণ্ডিতাঃ সমদর্শিনঃ ॥১৮॥
ইহৈব তৈর্জিতঃ সর্গো যেষাং সাম্যে স্থিতং মনঃ। নির্দোষং হি সমং ব্রহ্ম তস্মাদ্ব্রহ্মণি তে স্থিতাঃ ॥১৯॥

---

জীবগা লোয়নরক্পা জ্ঞান অমত্বু অজ্ঞানগী মশক ওইরবী—প্রকৃতি মায়ানা কুপখিবমনি। প্রকৃতিনা কর্ম্ম-কর্ম্মফলগী মতুং ইন্না সাধু মহাত্মাশিংগী পাপপু মাঙ্হল্লি, কত্রবশিংগী পুণ্যবুসু মাঙ্হল্লি ॥১৫॥

অশেংবা জ্ঞাননা অরান্ববু মাঙ্হনপ্রবা মথোয়দদি,
অমম্বমাঙ্হনব সুমিৎনা উহন্বগুম্, জ্ঞানহুনা ব্রহ্মবু উহল্লি ॥১৬॥

মনুংগী ভাব :—অশেংব তত্ত্ব জ্ঞাননা মপানগী ওইদব, নত্তবা, কায়ন্ত্রবা অজ্ঞান অসিবু মাঙ্হনপ্রবা মথোয় অমত্বগী মকম্‌দদি, জ্ঞান অমত্বতনা মৈরাগী মশক্ ওইহুনা, ব্রহ্মাগী মশক্পু ঈঙান ঙাম উহল্লি ॥১৬॥

বুদ্ধিনা ব্রহ্মদ ধৃপপ্রবা. ব্রহ্মবু কংনবা হোৎনপ্রবা,
ব্রহ্মদ পূক্নীং চঙ্প্রবশিংগী, জ্ঞাননা পাপপু মাঙহল্লি,
অরান্‌ব খুভম্ কংহল্লি ॥১৭॥

মনুংগী ভাব :—ব্রহ্মদ পূক্নীং চঙপ্রবশিংদা, মপান্‌গী কর্ম্মগী লাল্লি-চুম্মি হাযবনা মথো য়দা করিমত ওইদে। পাপ-পুণ্যগীদমক্ নাচুংদে। মপান্‌গী অরান্‌ব কর্ম তৌরুবগী পাপ পুন্নবু মথোয়গী ব্রহ্মজ্ঞান অমত্বতনা চাকথেকই। মথোয়গী জীবাত্মানা মতম্ অমত্বদা অরান্‌বা খুভম্ চপ্ মান্ননা কংঙি ॥৫॥

মহৈ-নোন্নুপনতিল্লবা ব্রাহ্মণদা, শল্-শা-উচেক হায়াদা
হুইদ চণ্ডালদ পণ্ডিতশিংনা, য়েংঙিদো মীৎয়েং অমতদা ॥১৮॥

মনুংগী ভাব :—ব্রহ্মজ্ঞানীশিংদা অচৌ অপীক্, অচন্ডগী খেন্নবা করিমত লৈতবনা, খেন্নরিবসিদি মপান্‌গী মমিং মশক্রুচি বা, ওইদবা ঙাক্তনা ওইবনা, মথোয়না পোৎপুন্নবু চপ উই ॥১৮॥

মপান্‌গী মান্নদবশিংদা মান্ননা লৈবা, মথোয়না লোক অনীবু জয় তৌই।
ব্রহ্মনা মশক্ ওন্দনা মান্নবনা, ব্রহ্মজ্ঞানীসু খ্বাইবু চপ্ মান্ননা উই ॥১৯॥

মনুংগী ভাব :—মঙং মতৌ মমিং মশক্না তোঙাল্ তোঙান উহল্লিবা জগৎকী পোৎশক্‌শিং অসিগী মনুংদা তোঙাল্ তোঙান উদনা চপ মান্ননা লৈবা অমত্বুম্। কর্ম্মযোগী মথোয়তনা ইহলোক-পরলোক অনীবু জয তৌই। হাযবদি পোক্‌পশিবগী লাংদগী নান্থোক্‌ই। চপ্ মান্ননা উত্তব মথোয়তনা, চপ্ মান্নবা, লেঙদবা ব্রহ্ম মহাক্‌পু উব-কংবগী সুংঙাইবা কংঙি ॥১৯॥

ন প্রহৃষ্যেৎ প্রিয়ং প্রাপ্য নোদ্বিজেৎ প্রাপ্য চাপ্রিয়ম্ ।
স্থিরবুদ্ধিরসংমূঢ়ো ব্রহ্মবিদ্ব্রহ্মণি স্থিতঃ ॥২০॥

বাহ্যস্পর্শেষ্বসক্তাত্মা বিন্দত্যাত্মনি যৎ সুখম্ । স ব্রহ্মযোগযুক্তাত্মা সুখমক্ষয়মশ্নুতে ॥২১॥

যে হি সংস্পর্শজা ভোগা দুঃখযোনয় এব তে । আদ্যন্তবন্তঃ কৌন্তেয় । ন তেষু রমতে বুধঃ ॥২২॥

শক্নোতীহৈব যঃ সোঢুং প্রাক্ শরীরবিমোক্ষণাৎ । কামক্রোধোদ্ভবং বেগং স যুক্তঃ স সুখী নরঃ ॥২৩॥

কা হেন্না হৃয়াউব-রাদবা, কংলিব কংলগা মাঙপ্রবস্নু ।
পুক্চেল-লেপ্পব শুদ্ধাত্তবা, ব্রহ্ম খঙ্বনা ব্রহ্মদা লৈ ॥২০॥

মনুংগী ভাব :—ব্রহ্মজ্ঞানীশিংনা, অকব পোৎ অম খঙ্হৌদনা কংলবস্নু ইপা পাখস্তে। মাত্তু মাঙপ্রবস্নু থোক্টনা মিপাইরুদে, রাবিরুদে। লৈরম্ব-মাঙ্খিবা পুন্নমক্ ব্রহ্মগী মশাদা লৈবনি খঙবা, ব্রহ্ম খঙবশিং অদুতনা ব্রহ্মগী মনুংদ লৈ। অদুনা মখোয়দা তিন্নকবা, মাঙখিবা চৎখিব হায়বা করিমত্ত লৈতে ॥২০॥

মপান্গী বিষয়দা চঙলুদনা, মশাদ মশানা নুংঙাইবা কংবা ।
অদুগুম্ব যোগীনা ব্রহ্মদা, চঙখি ব্রহ্মগী মশক্ ওইখি ॥২১॥

মনুংগী ভাব :—মপান্গী উরিবা তাম্বিবনচিংব বিষযশিং অসিদ, থোইনা পাম্শিন্নুদবশিংন আত্মাসুখবু লাযন কংবা ওন্নি। মশানা মশাদা নুঙাইজরবশিং অদুতনা ব্রহ্মদা তিন্নি, ব্রহ্মগী মশক্ ওই ॥২১॥

মপান্গী বিষয়গী নুংঙাইবদ অন্নামুংঙাই অনীমক্ লৈ।
নুংঙাইবদো রাবগী পোক্লকন্নি, অশিংবনা পাম্দে বিষয়গী নুংঙাইবা ॥২২॥

মনুংগী ভাব :—নুংঙাইব কংননবনি হাযগুনা তাম্নিব অমদি কংলিবা বিষয (রূপরসগন্ধ-স্পর্শশব্দ) শিংদা নুংঙাইবা অদু অরাব হায়বদুগী শাক্লান্নি হায়বা মুন্ন উর-খঙলবা জ্ঞানীশিংনা, মপান্গী বিষয়শিং অসিনা পীগদৌবিবা "নুংঙাইবা" অদুবু খক্ খল্লুদে। "অন্নাবগী পোক্লকম্ ওইগদৌরিবা "নুংঙাইবা" অদুবু মক্ক কংনা মাঙননবা তৌই। ঐ "অর্জ্জুন"নি—অস্নুম্ব খন্‌বা অপঙবশিংনা মাত্তুখক তৌনদে ॥২২॥

হকচাংসিদা লৈরিঙৈ, হকচাংসিবু থাদোক্‌ত্রিঙৈদা
'অপাম্ব-শাউববু ওম্নবা, মহাক অদু যোগীনি নুংঙাইববনি ॥২৩॥

মনুংগী ভাব :—মপানগী করিম্ব নত্তবা "নুংঙাইবা" হায়বদু অপাম্ব অশাউবা হায়বসিদগী পোকপনি। অদুনা, অশিংবনা অচৌব পাম্বী ওইরকত্রিঙৈদা, লৈপাক মখাদা তাব মক্কবু ফুক্তোক-হৌবা অদুগুম্না, বিষয়াদগী পোক্পবা "নুংঙাইবা" হাযবদুগী মক্ক "অপাম্ব-অচাউবা" অনীসিবু ফুক্তোকই ॥২৩॥

যোঽন্তঃসুখোঽন্তরারামস্তথান্তর্জ্যোতিরেব যঃ। স যোগী ব্রহ্মনির্বাণং ব্রহ্মভূতোঽধিগচ্ছতি ॥২৪॥
লভন্তে ব্রহ্মনির্বাণমৃষয়ঃ ক্ষীণকল্মষাঃ। ছিন্নদ্বৈধা যতাত্মানঃ সর্বভূতহিতে রতাঃ ॥২৫॥
কামক্রোধবিযুক্তানাং যতীনাং যতচেতসাম্। অভিতো ব্রহ্মনির্বাণং বর্ত্ততে বিদিতাত্মনাম্ ॥২৬॥
স্পর্শান্ কৃত্বা বহির্বাহ্যাংশ্চক্ষুশ্চৈবান্তরে ভ্রুবোঃ। প্রাণাপানৌ সমৌ কৃত্বা নাসাভ্যন্তরচারিণৌ ॥২৭॥
যতেন্দ্রিয়মনোবুদ্ধির্মুনির্মোক্ষপরায়ণঃ। বিগতেচ্ছাভয়ক্রোধো যঃ সদা মুক্ত এব সঃ ॥২৮॥
(যুগ্মকম্)

---

মপান্‌গী বিষয়ন পীব নুংঙাইবা, পাম্‌দব মনুংগী নুংঙাইব পান্থ।
মহাক্ অদু ব্রহ্মযোগীনি, যোগীত নত্তনা ব্রহ্মমক্তি ॥২৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—মীৎ নাকোংনচিংব ইন্দ্রিয়শিংনা পুশিল্লক্‌পা রূপরসনচিংবা কংবগী নুংঙাইববু "অরাব" হায়বদুগী শক্তোম্নি হায়ন খঙবা, খঙবত নত্তনা, মশা মথন্তনা মশা মথন্তদা নুংঙাইবা কংজরব অদো ব্রহ্মযোগী কৌই। মহাক অহু ব্রহ্মমক্তি হায়ব য়াই। মরম্‌দি, ব্রহ্মযোগীদি ব্রহ্মদগী তোঙান্দে। অচুনা অর্জ্জুন। ব্রহ্মযোগী ওইনা কর্ম তৌ—লাল্ তৌ।

পাপকী শকক্ য়াওদ্রবা, চিংনবা লৈত্রবা তত্ত্ব খঙলবা,
ব্রহ্মদ জীববু নুংঙাইহন্‌বা, মহাক্তনা ব্রহ্মদ ঙম্মি তিন্‌খিব। ॥২৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—খঙন-খঙন, নত্তবা ওইদববু অচুম্বনি হায়না তৌকবদগী পোকপা অপান্থা অশাউবনচিংবনা জীববু লৈখ। তাহনবগী মপোক থীহনবগী পাপ অমদি দোষ অদু লৈত্রবা "ঐ" অসি কনানো, ঐনা তৌরিবসিনা করি'না হাযবা অসিনচিবগী মরম্‌দা চিংনবা লৈতনা খঙলবা হাযবদি তত্ত্ব খঙলবাশিং অদুতনা জীব পুম্ববু নুংশিবা ঙম্মি। অদুনা ম'খায অদু জীব পুম্বগী মশক্ ওইববা ব্রহ্মদা শোযদনা তিল্লি ॥২৫॥

অপান্থ অশাউব যাওদ্রব, ইন্দ্রিয় খুদুম্ চনগ্রবা
ব্রহ্মজ্ঞানদা লুপগ্রবা, মখোযগী মফম্ মফমদা মুক্তি লৈ ॥২৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—জীবগী মক্ষম্ পুম্বা হাযববু, হিংলিঙৈদা দেহ অমদা লৈবা অসিনে, দেহ সিদগী লাম্হোকখিবা অবস্থা অদুনে, অনীসিতনি মুক্তি হায়বসি অনীসিদগী লাম্হোকপগুবু হাযবনি। অদুগুম্বা লাম্হোক্‌পদুবুদি কনান ক'বগে হাযরবদা—অপান্থ লৈত্রবা, পোশক অচুনা কংদ্রে মাঙদ্রে হাযবগী নুংঙাইতবা অশাউবা লৈত্রবা, মখোয় অদুত্তনা, কণ্ডিঙ। অচুনা অর্জ্জুন। ভীষ্ম মাঙগ্রগনি, শিগ্রগনি হাযবগী অরাবা নুংঙাইতবা থাদোকউ ॥২৬॥

মপানগী বিষয়শিংবু মপান্দা, মীৎলুনীবু পীক্তমীগী মরক্ত থম্নগা,
নুংশাশোয় হোন্দোক্ হোনজিনবু, নাতোন্দ চপ্ চানা পুত্থনা,
ইন্দ্রিয়-পূক্‌নীং-বুদ্ধি অহুম্বু, লাক্‌শিন্দুনা ব্রহ্মদা লুপ্লবা
অপান্থ-কিবা-অশাউবনা, চঙদ্রবদুদি হিংলিঙৈনা মুক্তি কংঙিঙ ॥২৭-২৮॥

ভোক্তারং যজ্ঞতপসাং সর্ব্বলোকমহেশ্বরম্। সুহৃদং সর্বভূতানাং জ্ঞাত্বা মাং শান্তিমৃচ্ছতি ॥২৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভগবদ্গীতাপর্ব্বণি ঊনত্রিংশোঽধ্যায় ।০॥

গীতাযান্তু পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ ।০॥

---

মখুংগী ভাবঃ—চৌন্বান্ থক্-খা উম্শিন্দুনা, চিংশিনবগা হোন্দাকপগা অনীগী লুংশাশোর অসি মাত্রা চপ্ মান্নবা পুত্থনা মীংলু অনীনা গীশুম্ অনীগী কারক্ত থমত্থনা হায়বদি মীংলু অনীনা পুল্লপ্পা নাতোল নাবুচি অমতদা থমত্থনা অপাম্বা, শাউনবা অকিব মখোয অনীবু থম্মোযদা চঙতন্দুনা, ইন্দ্রিয খুত্থম্ চন্দুনা হায়বদি, অতৈ অতোপ্পা রূপরসনাচংবদা ইন্দ্রিযাশংবু চঙতল্লুদনা, মথক্ত হায়খিবা ব্রহ্মগী ধ্যানদা লুপত্রব মী মহাক অত্তাদ জীবন্মুক্ত ওই, হায়বাদ জীবনা দেহগী মখুংদা শৈবিভেদগী অবানবা খুভম্ ফংবা ঙম্মি ॥২৭-২৮॥

ভক্তশিংগী যজ্ঞতপস্যাগী, মহৈ চাবিবা ঐহাক্নি।
লোকপুম্বগী মপু জীবগী মরূপ, ঐবু খঙবনা শান্তি ফাও ॥২৯॥

মখুংগী ভাবঃ—অর্জ্জুন' ঐগী ভক্ত ওইদবশিংদ মান-মান তৌববা যজ্ঞদান তপস্যা চংব মহৈ অত্ত নানা মানা চাববনি হায়না দেহগী অভিমানদ লুপ্পুনা খল্লি। ঐগী ভক্তাশংদ মশাবনা তৌবা কম্ম পুবগা ফলাফল পুম্বা ঐঙোন্দ কথোকপনিনা, মাহুত চাহুনা ঐগীস্থু জীবিকা ওইববনি। অহনা লোক পুম্বগী মপু ওইরিব জীব পুম্বগী মরূপ ওই রব হায়বাদ জীবাত্মা মহাকনা চংলু চংশুবা মফমদ থানদবা মরূপ ওইরিব ঐবু কাউদনা হৈ ববশিং অহতনা "অঈংব নুংঙাইবা" ফংব ঙম্মু ॥২৯॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা শেবা সংহিতাদ ভীষ্মপর্ব্বগী মখুংদা গীতাপর্ব্বগী কুন্থাপল্ শুবা অধ্যায লোইরে ॥*॥

শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী মঙাশুবা অধ্যায লোইরে।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ( গীতা পর্ব্ব )

## ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ

( ভগবদগীতাগী তরুকশুবা অধ্যায় )

—(০)—

শ্রীভগবানুবাচ।

অনাশ্রিত কর্ম্মফলং কার্য্যং কর্ম্ম করোতি য। স সন্ন্যাসী চ যোগী চ ন নিরগ্নির্ন চাক্রিয়ঃ ॥১॥
যং সংন্যাসমিতি প্রাহুর্যোগং তং বিদ্ধি পাণ্ডব। ন হ্যসন্ন্যস্তসঙ্কল্পো যোগী ভবতি কশ্চন ॥২।

শ্রীভগবাননা হায ঃ--

মহৈ পামদনা মথোবু থাক্রিবা মহাক্ত, সন্ন্যাসীনি যোগীসু মানি।
যজ্ঞদান থাদোক্লগা মখো তৌক্রগা, সন্ন্যাসী-যোগীনি হাযব য়াদে ॥১॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—মপানগী থবকশি অসি তোক্রগ, বিষযশি অসি শন্নকক্রগা সন্ন্যাসী ওইরে, যোগী ওইরে, হাযবা যাব নন্তে। তৌগদবা মথোবু অচুগা নহালমুক্কী মপোক তাল্লকপ থবক অচুবু থাদোক্লগা থাদোকপা ( সন্ন্যাসী ) মীনি তেক যাব নন্তে। সন্ন্যাসী ওইরবসু করিগুম্ব কর্ম্ম অমাদ তৌব মতারে। অচুনা থাঙ্গৈশংবা সন্ন্যাসীদি তৌরিবা কর্ম্মগী মহৈগী রাখল তৌকদন, মথোন হায়না খন্দুনা তৌরিবচুবুনি। অচুনা, যোগী ওইনা, সন্ন্যাসী ওইনা অর্জ্জুন। নং নথো তৌ ॥১॥

বেদদ হাযরিব সন্ন্যাস হায়বদো, যোগ হায়বসু মাচুমক্লি।
মবম্দ মহৈগী রাখল থাদোক্লনা কনাসু যোগী ওইদবনি ॥২॥

মন্নুগী ভাব ঃ—তিন্নবগা-থাদোকপগ, মুন্ন খল্লুরবদি মশা অমতনি। মরম্দ, মপানগী পোশক অচুবু থাদোক্লবসু, পোং অদুগী মহাউ মনন্নাচংবা বিষযশিং অচুবুদ খক থাদোকতে, কাউদে, অচুনা তিন্ন তিন্নচুনা অচুমমরৈ। অচুগা, অশেংবা যোগীশংনা মপানগী থবক অচুগা তিন্নবসু মনুংগী মহে অচুবুদ কারমত মরম শেনদনা থা দাক্তনা থৈ। মনুংদা থাদোকপবু থাদোকপা কৌই, মনুংদা তিন্নববু তিন্নব কৌই। মপান্দা যোগী ওইরগা মনুংদা সন্ন্যাসী ওইক্রবদি সন্ন্যাসী অচু যোগী নত্তে, যোগী অচু সন্ন্যাসী নত্তে ॥২॥

আরুরুক্ষোর্মুনের্যোগং কর্ম্ম কারণমুচ্যতে। যোগারূঢ়স্য তস্যৈব শমঃ কারণমুচ্যতে ॥৩॥
যদা হি নেন্দ্রিয়ার্থেষু ন কর্ম্মস্বনুষজ্জতে। সর্বসঙ্কল্পসন্ন্যাসী যোগারূঢ়স্তদোচ্যতে ॥৪॥
উদ্ধরেদাত্মনাত্মানং নাত্মানমবসাদয়েৎ। আত্মৈব হ্যাত্মনো বন্ধুরাত্মৈব রিপুরাত্মনঃ ॥৫॥
বন্ধুরাত্মাত্মনস্তস্য যেনৈবাত্মাত্মনা জিতঃ। অনাত্মনস্তু শত্রুত্বে বর্ত্তেতাত্মৈব শত্রুবৎ ॥৬॥
জিতাত্মনঃ প্রশান্তস্য পরমাত্মা সমাহিতঃ। শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু তথা মানাবমানয়োঃ ॥৭॥

যোগগী থাক্ত কানীঙ্বা, মখোয়গী উপায়দি কর্ম্মনি।
জ্ঞানগী থাক্ত য়োরবদা, মুনহন্নব উপায়দি ত্যাগনি॥৩॥

মপুংগী ভাব ঃ—যোগগী থাক্ত কানীঙবা য়োগীশিংগী সাধনদি কর্ম্মতনা ওইরিবনি। অসুম্ তৌনা মহাক্না কর্মগী পাম্বৈন জ্ঞানগী থাক্ত যৌরব কান্দা জ্ঞান অদুবু মুন্হল্লনবগী উপাযদি ত্যাগ ( থাদোকপ ) হায়বত্নুনি, হাযবদি যোগগী মশক ওইরবা কর্ম্মবু হান্ন তৌদনা সন্ন্যাসী ওইবা থক য়াদে হায়বনি ॥৩॥

যোগগী থাক্ত কাব হাযবদি, রূপরসনচিংবদ চঙ্ত্রবা
মাহু ফংনবসু হোৎনত্রবা, মহৈ পূম্ব থাদোক্লবত্নুনি ॥৪॥

মপুংগী ভাব ঃ—মশক্, মতাউ, মনম্ মখোল্ শোকপা মখোয অসিদা পাম্‌শিল্লত্রবা, মহৈ অসিগীদমক কর্ম্মসিমতং তৌগে হায়না সংকল্প তৌকত্রবা মখোয অত্নুবুনি, যোগগী থাক্ত কারব হায়বসি ॥৪॥

নশান নশাবু কন্গান, নশাবু হুন্থহল্লোইদবনি।
নশান নশাগী মরূপনি, নশান নশাগী য়েক্লবনি ॥৫॥

মপুংগী ভাব ঃ—ঈশাবু কনবিগদবদি ঈশা নত্তনা কনাস্ম লৈতে। ঈশাবু থক পুক্নীং হুন্থহল্লোইদবনি। ঈশাবু শেমবিগদবা মরূপাত ঈশামক্নি। হৈত্রগা, ঈশাবু মাঙ্তহন্গদবা যেক্লবদি ঈশামক্ন ওইবনি ॥৫॥

মপুক্নীংবু জয তৌরবা মহাক্নী, মরূপতি পুক্নীংত্নুনা ওইবনি,
মপুক্নীংবু লাকপ ঙমত্রব মাগী, যেক্লবদি পুক্নীংত্নুনা ওইবনি ॥৬॥

মপুংগী ভাব ঃ—অর্জ্জুন। স সারগী লাল্‌কম্‌দা মপুক্নীংবু জয় তৌরব, অত্নুগা মায়থীব ফংলবা নপুক্নীংত্নুগা অমুক্ মুংশিনা সান্ধি তৌরবদি নপুক্নীংত্নুগা মান্নবা মরূপ্ অম শৈত্রবনি। লাল্‌কম্ অত্নুদা নপুক্নীংনবু নশাবু ঙমহন্থ্রবদ, মপোক থুদিদা নপুকনীংত্নুনা নংগী লৈথা তাননবত তৌগনি। য়েক্লবগী মশক ওইরবা নপুকনীংবু জয় তৌনবা থুংলায় পায়রু ॥৬॥

পুক্নীংবু জয় তৌরবা কল্লকয়েংখি য়াওত্রবা, অরাবুঙাইনিংগম্‌ওসাঙদ চা মান্নন লৈরবা
মহাক্ অদুতগী পুক্নীংতনা, সমাধি কৌব থাক্পু য়ৌঙ্খনি ॥৭॥

জ্ঞানবিজ্ঞানতৃপ্তাত্মা কূটস্থো বিজিতেন্দ্রিয়ঃ। যুক্ত ইত্যুচ্যতে যোগী সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চনঃ ॥৮॥
সুহৃন্মিত্রার্য্যুদাসীন-মধ্যস্থদ্বেষ্যবন্ধুষু। সাধুষ্বপি চ পাপেষু সমবুদ্ধির্বিশিষ্যতে ॥৯॥
যোগী যুঞ্জীত সততমাত্মানং রহসি স্থিতঃ। একাকী যতচিত্তাত্মা নিরাশীরপরিগ্রহঃ ॥১০॥

---

মতুংগী ভাব ঃ—অপাম্বা-মিহৌবা-অশাউবা য়াউব্রবা, কত্তবা রাখন্দ চঙ্লকপা পুক্নীংবু নম্হৎলবা, মী মহাক্ অতুগী পুক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয়চুতনা, সংসারগী লাল্গী মশক্ শুইরব কর্ম্মবু তৌন-তৌনা—মী অদুগী মকমদা সমাধি পুরক্নি। হায়বদি—মহৈগী রাখন্দা চঙ্দনা মথোংগী রাপস্তদা কর্ম তৌরবদি অরাব-মুংঙাইবা ওলাংব নিংখম্বা অসিনচিংব খেন্নবসি লৈরোই, মওং অমতদ চপ চান লৈগনি ॥৭॥

জ্ঞানগ লোয়ননা বিজ্ঞানদ পেঞ্জরবা পুক্নীং ক্নারবা তোতোপ্প লৈবা
সনাগা লৈতুমগা মান্নরা উরবা, মহাক্নি যোগী হায়বনু ॥৮॥

মতুংগী ভাব ঃ—বিজ্ঞানদা লৈপাকপু সনা ওইহন্বদি য়াই। ওইরিবা সনাদুদা পেন্বদি যারোই। মাদুদগী হেন্বা অম পাম্গান। মাদুদগী হেন্নসু পোকহনগান। বিজ্ঞানদা অদুদা জ্ঞান তিল্লবা কান্না সনাগা লৈতুমগা অমতানি হায়র্না খঙ্লবা, মতম্ অদুতদা জ্ঞানদা তিল্লবা বিজ্ঞান অদুতনা পুক্নীদা অপেন্বা পীগনি ॥৮॥ *

মরূপ যেরুব মরক্ত লৈবা, পাপী-সাধু-কল্লকামিহৌবা
হৈনি দবা—হায়রিবা মখোবসিদা, মান্ননা উরবা যোগীন অখোইবা ॥৯॥

মতুংগী ভাব ঃ—লায়রবা ইনাকখুনবা, পাপী-মহাত্মা, মরূপ-য়েরুবা ব্রাহ্মণ চণ্ডাল্—অসিনচিংব পুনেক্না চপ মান্ননা উরবা মী অদুদি, হকচাং তোঙাল্ তোঙানবদা মবস্তুন তোঙাল্ তোঙন্ন লৈব ওইন উহল্লিবা, মরূপ-য়েরুব ওইন লৈরিবা হকচাংদগী তোঙান্না লৈবিবা জীব মাগী স্বরূপ অদুবু উরনা মীনি। কনাগুম্বনা, মপান্গ মরি লৈনরবা জীবনু উবসি মশানা মশাবু উবান। জীবগা জীবগা তিন্নহন্বনি, হায়বদি যোগ (তিন্নবা) তৌরবা যোগীনি অসিগুম্বা যোগীতনা অখোইবা যোগীন ॥৯॥

সিঙ্গুম্ব যোগীনা পুক্নীং হকচাংবু, কাঙ্কনা অপাম্বা থাদুনা,
পোক্ফমী অমদগী হন্দনা চীংপদা, মথন্তু লৈথম্মাযবু ব্রহ্মদা হাপ্পুনা ॥১০॥

মতুংগী ভাব ঃ—অশেংব যোগীদ মীযাম্ন লৈবা মকমদগী লাপ্প চথেংকখনুনা, মহাক লৈ হায়বা কনাবুসু খঙহন্দনা, অচীকপা মকমদা, শাকনুংদা, মথন্তা কনাসু কনাসু যাওদনা, থরাই হকচাং অনীমকপু পুন্নপা যোগ তৌরগ, অনীনা অমত ওইখিবা অমহুবুসু অমত ওইবা, অমনা তিল্লরধসু অমত অদুম্ ওইরদোবা ব্রহ্ম মঙোন্দা যোগ তৌশিল্ল। মশামক মতম অদুদা ব্রহ্ম স্বরূপ ওইখি ॥১০॥

---

*টীকা ঃ—অদুনা, বৈজ্ঞানিক শক্তিনা পীবা পৌৎনা অদুকী মতীক মশীং যাম্লকপা জগৎকী অশান্তি হেন্গৎলকানি।

শুচৌ দেশে প্রতিষ্ঠাপ্য স্থিরমাসনমাত্মনঃ। নাত্যুচ্ছ্রিতং নাতিনীচং চেলাজিনকুশোত্তরম্ ॥১১॥
তত্রৈকাগ্রং মনঃ কৃত্বা যতচিত্তেন্দ্রিয়ক্রিয়ঃ। উপবিশ্যাসনে যুঞ্জ্যাদ্‌যোগমাত্মবিশুদ্ধয়ে ॥১২॥

( যুগ্মকম্ )

সমং কায়শিরোগ্রীবং ধারয়ন্নচলং স্থিরঃ। সংপ্রেক্ষ্য নাসিকাগ্রং স্বং দিশশ্চানবলোকয়ন্ ॥১৩॥
প্রশান্তাত্মা বিগতভীর্ব্রহ্মচারিব্রতে স্থিতঃ। মনঃ সংযম্য মচ্চিত্তো যুক্ত আসীত মৎপরঃ ॥১৪॥

( যুগ্মকম্ )

---

থোইন ৱাংদবা থোইনা নেম্‌দবা, কুশ শজী মউন 'ছ্গীথক্ত ফি থাবা
অসিগুম্বা ফম্ফম্ অশেংবা মফম্‌দা, থারগা থক্ত যোগ তৌই অকন্‌বা ॥১১॥

মনুংগী ভাব ঃ—যোগীশিংনা যোগ সাধন তৌবদা, য়াম্ন শেংখ্রবা মফম্‌দা থোইনা ৱাংদবা, যাম্নস্থ নেম্‌দবা আসন অম থারগা, মাগুগী মথক্তা কুশ থারগা, কুশত্রগী মথক্তা শজী মউন্নাচংব থারগা, মাগুগী মথক্তা অমুক অশেংবা ফি অম থারগা, মাগুগী মথক্তা যোগাসন তৌরনা ফম্লগা যোগসাধন তৌগে ॥১১॥

'সিগুম্ব আসনদ ফম্‌লুনা, পুক্নীং ইন্দ্রিয়গী থবক থিংলুনা,
পুক্নীং অনী লাওদনা জীববু, কন্ন হাৎনৈ ব্রহ্মাদ তিন্নবা ॥১২॥

মনুংগী ভাব ঃ—অতৈ অতোপ্প অম খন্‌বা চায়বা পুক্নীংগী থবকপু, অদুগা রূপরসনচিংবা ইন্দ্রিয়গী বিষযবু থিংলুনা, পুক্নীং লোওদনা অনীগুদবা ব্রহ্মাদা জীববু তিন্নহন্নবা, যোগাসনদ যোগীশিংনা যোগসাধন তৌই ॥১২॥

যাওললন্ কাকওকশম্বু, চুম্ন লোওদনা থম্‌লুনা।
মাযকৈ পুম্বদা যেংদনা, নাতোল্ নাক্‌চিদা মীৎলু থম্‌লুনা ॥
আকব বল্লক অশাউব যাওদনা, পুক্নী অনী লোওদনা।
ঐবুত খন্দুনা অতৈবু খন্দনা, যোগাসনদ ফম্‌গদবনি ॥১৩-১৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—পুক্নীংবু লোওদনা থম্বত নগুনা হক্‌চাংবুস্থ লোওদন থম্‌লুনা যোগ তৌগনি। হক্‌চাং লোওদন থম্‌লুনা ফম্ব হাযবাস, ওক যাওলেন্ শক, কোক অসিবু লম্ব ওইনা থম্‌লুনা মায়কৈ অমদমদ কোয়রৈ লৈদনা, মীৎলু অনীনা নাতোল্ নাক্‌চদা ওম্বলুনা যেংলুনা ফম্বু— হায়বনি। অসিগুম্ব ফম্‌ফম্‌দা ফম্‌লুনা, কনাগুম্ব অমগী মফম্‌দা লৈনাখবা লুওাইনদবা, কল্লক্ববা, শাউবা—অসিনচিংবা থাদোক্তনা (কৃষ্ণ) ঐবুত খন্দুনা উত্থনা লালগী মশক্ ওইরবা সংসারগী কর্ম্ম অসি তৌগদবনি। লালদা লম্‌জিংবা ওইরিবা কৃষ্ণ ( সারথি ) বুত খন্দুনা লাল্ তৌ— হায়বনি ॥১৩-১৪॥

যুঞ্জন্নেবং সদাত্মানং যোগী নিয়তমানসঃ। শান্তিং নির্বাণপরমাং মৎসংস্থামধিগচ্ছতি ॥১৫॥
নাত্যশ্নতস্তু যোগোঽস্তি ন চৈকান্তমনশ্নতঃ। ন চাতিস্বপ্নশীলস্য জাগ্রতো নৈব চার্জুন ॥১৬॥
যুক্তাহারবিহারস্য যুক্তচেষ্টস্য কর্মসু। যুক্তস্বপ্নাববোধস্য যোগো ভবতি দুঃখহা ॥১৭॥
যদা বিনিয়তং চিত্তমাত্মন্যেবাবতিষ্ঠতে। নিঃস্পৃহঃ সর্বকামেভ্যো যুক্ত ইত্যুচ্যতে তদা ॥১৮॥

---

যোগীনা পূক্নীংবু বিষয়শিংদগী, খাম্‌জিন্দুনা ঐঙোন্দা থম্‌দুনা।
ঈঙ্‌লবা অয়ানবা খুভম্‌বু, কংঙি ঐঙোন্দা লৈহুনা ॥১৫॥

মমুংগী ভাবঃ—পূক্নীংবু অতৈ অতোপ্প রূপরসনচিংবা বিষয় অম (য়োমদা) চঙহন্দনা পূক্নীংবু ঐঙোন্দদা থম্‌দুনা লাল্‌গী মশক ওইরবা সংসারগী কর্মশিংসিবু তৌরিবা মহাক্তনা অয়ানবা অঈঙ্‌বা খুভম্‌ কংবা ঙম্মি ॥১৫॥

কাহেন্ন চাগন্‌বা, শূক্‌চা চাদবা, তুম্‌গন্‌বা ঈতুম্‌ তুমদবা ঙাক্‌না।
যোগ সাধন তৌব ঙম্‌দে, যোগবু কংদে মখোয়না ॥১৬॥

মমুংগী ভাবঃ—করিগুম্বা খঙজবা মন্ত্র যন্ত্র অমনা, নত্রগা তৌবা ঙম্বা শক্তি অমনা, ঙম্মি হায়রবা উৎনিংদুনা, পঙচাত চাশিন্‌বা নত্রগা মতম্‌ কুইনা শূক্‌চা চাদবা, পঙতুম্‌দ তুম্ব নত্রগা শুক্‌ম্‌ তুম্‌দবা—অসিনচিংবা তৌবা ঙম্বা শক্তি উৎপা উৎানংবা মীশক্‌ অদুনা করিগুম্বা মতমদা যোগসিদ্ধ ওইবা ঙম্‌দে—যোগবু কংব ঙম্‌দে ॥১৬॥

চাং নাইনা মতম্‌ চানা, তুম্ব কীপ্প চাববু তৌরিব।
তুম্ব হোব মতম্‌কক্পা, মহাক্তনা যোগবু তৌব ঙম্মি ॥১৭॥

মমু'গী ভাবঃ—মপান্‌গী কর্মশিংসিবু মহৈ পাম্‌দবা অকন্‌ব, লেঙজ্রবা নিয়ম অমগী মথাদা থম্‌দুনা তৌরিবা মী মহাক্‌ অদুতনা যোগ সাধন তৌবা ঙম্মি। খবক পুম্বদা তৌবা ঙম্বা শক্তিবু মাত্রা হেন্না উৎননবা হোৎনবা অমদি উৎলিবা মহাক্‌ অদুনা করিগুম্বদা যোগবু কংবা ঙম্‌দে। খুদম্‌ ওইনা হায়রবদা—প্রাণায়াম তৌবদা হৌনবী নিয়মদগী নম্থোরক্‌নুনা থা অম চুপ্প তৌব ঙম্ব উৎনীংদুনা নুংশাশোর থিংদুনা লৈরগা যোগী হেক্ক ওইবা নত্তে। অশিবগা পাংথক্‌ ওইদুনা লৈরিঙৈ মতমদুদ, জীবাত্মা মতাক্না করি খল্‌হৌই, করি তৌহৌই হায়বা নিয়ম অদু তৌজ্রবনিনা, নিযম অমগী মথাদা জীবাত্মাবু লৈহন্ত্রবনিনা জীব মহাক্না ব্রহ্মদু কংবা ঙম্‌দে। ভাবুক ওইরিবশিংনা মহাক্কী তৌবা ঙম্বা সাধন অদুবুত থাগৎনদনা তোক্‌খি। জীব মহাক্তি কনিস্থ তৌগৌদে ॥১৭॥

ইহলোক পরলোক অনীমক্কী, বিষয়শিংবু মহৈদা মিহৌদনা লৌবা।
জীবন্না মাগী ব্রহ্মদ লৈগ্রবা, মহাক্‌পু অশেংব যোগী কৌহনি ॥১৮॥

যথা দীপো নিবাতস্থো নেঙ্গতে সোপমা স্মৃতা। যোগিনো যতচিত্তস্য যুঞ্জতো যোগমাত্মনঃ ॥১৯॥
যত্রোপরমতে চিত্তং নিরুদ্ধং যোগসেবয়া। যত্র চৈবাত্মনাত্মানং পশ্যন্নাত্মনি তুষ্যতি ॥২০॥
সুখমাত্যন্তিকং যত্তদ্বুদ্ধিগ্রাহ্যমতীন্দ্রিয়ম্। বেত্তি যত্র ন চৈবায়ং স্থিতশ্চলতি তত্ত্বতঃ ॥২১॥
যং লব্ধ্বা চাপরং লাভং মন্যতে নাধিকং ততঃ। যস্মিন্ স্থিতো ন দুঃখেন গুরুণাপি বিচাল্যতে ॥২২॥

---

মখুংগী ভাব :—জীবনা ব্রহ্মদা যোগ ওইবা হায়বসিমক কর্ম্ম অমনি। কর্ম্ম হায়বদি মপান্গী বিষয়না খুৎলায় ওইহনা ইন্দ্রিয়শিংবু মতৌগী রাখল্ থাদোক্তুনা মাগী মাগী মথৌ তৌহন্বা হায়বনি। অম্মুমা তত্তনা তৌরকপদা জীবনা দেহগী অভিমানদগী রাংম লান্খিহ্ননা ব্রহ্মগা সাযুজ্য ওইনা হায়বদি মশা অমত্ত ওইনা। তম্মাৎ, মতম অহুতদা মহাক্পু ধ্যানযোগী কৌই। অর্জ্জুন। ধ্যানযোগী ওইন-ওইনা লাল্ (নথৌ) তৌ ॥১৮॥

নুংশিৎ নোংছুম্ চঙ্দবা, মকমদ মৈরিনা চুম্ন চাক্পগুম্
বিষয়ন চঙগ্রবা যোগীগী থম্মোয়না, পরমাত্মাদ চুমত্রিং ওাম লৈ ॥১৯॥

মখুংগী ভাব :—ব্রহ্মগী লম্বীগী পারিংদা চুম্ন চঙগ্রবা যোগীগী থম্মোয়না, অতৈ অতোপ্প অমদা হাইদোক্রুবা তৌদনা, নুংশিৎ চঙগ্রবা মৈরনা তৌবগুম চুমত্রিং চুম্না, লেঙদনা লৈ। করিগুম্বা মতমদা পুক্নীংনা থম্মোয়না বিষয় অমদা থজিক্কং ওন্শল্লুবদা যোগী ওইরবা মাগী যোগ অহু ভ্রষ্ট ওই ॥১৯॥

যোগগী পান্থৈনা থম্মোযবু, অতৈ অতোপ্পদগী থিংব মকমদা
মশানা মশাবু মশাদ লৈনা, উজগুনা পেঙ্কে যোগীনা মতম্ পুম্বদা ॥২০॥

মখুংগী ভাব :—যোগগী পান্থৈনা, অভ্যাস তৌহনা, যোগী মাগী থম্মোযনা অতৈ অতোপ্প বিষয়শিংবু মঙোন্দা চঙগুক্হন্দনা হেক্ থিংবা মকম্ মতম, অহুদা যোগী অহুনা মশানা মশাদ লৈহনা হায়বদি দেহগী অভিমানদা তাদনা—হায়বদি দেহ অসি "ঐ" নি হায়বগী রাখন্দা তারুদনা—মশাবু অশেংবা মওদা হক্ উজবা মকম মতম অহুনা—জীব অহুনা শান্তিগী মশক ওইরবা অপেনবা হায়বহুবু ফংবা ওই ॥২০॥

ইন্দ্রিয়না থঙবা-পীব ওম্দবা, বুদ্ধতনা ফংগদব "নুঙাইবা"হুবু
অফংব মকম্ মতমহুদা, যোগীনা পেঙ্ক অতৈদ চঙাক্র ॥২১॥

মখুংগী ভাব :—মীৎ-নাকোংনাচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা শান্ব ফদব, থম্মাযমুংদা বুদ্ধি (জ্ঞান) তনা অনুভব তৌগদব ওইবা, মখাতানিংদাক্ট লৈতবা—"নুংঙাইব" ফংব ওম্বা যোগী অহুতনা শান্তিগী মশক ওইরবা অপেন্বা হাযবহুনু ফঙিও ॥২১॥

মাহুবু ফংলগা মাহুদগী হেন্ব, অতৈ ফংনিংঙাক্ট লৈত্রবা
মহুবু ফংলবা মহাক্পুদি থোইনা পীঙমুদে রাবন'রারা ॥২২॥

তং বিদ্যাদ্দুঃখসংযোগবিয়োগং যোগসংজ্ঞিতম্। স নিশ্চয়েন যোক্তব্যো যোগোঽনির্বিণ্ণচেতসা ॥২৩॥

(কলাপকম্)

সঙ্কল্পপ্রভবান্ কামাংস্ত্যক্ত্বা সর্বানশেষতঃ। মনসৈবেন্দ্রিয়গ্রামং বিনিয়ম্য সমন্ততঃ ॥২৪॥

শনৈঃ শনৈরুপরমেদ্বুদ্ধ্যা ধৃতিগৃহীতয়া। আত্মসংস্থং মনঃ কৃত্বা ন কিঞ্চিদপি চিন্তয়েৎ ॥২৫॥

(যুগ্মকম্)

যতো যতো নিশ্চলতি মনশ্চঞ্চলমস্থিরম্। ততস্ততো নিয়ম্যৈতদাত্মন্যেব বশং নয়েৎ ॥২৬॥

---

মপুংগী ভাব :—মহাকপু ফংলগা অতৈ নুংঙাইবা অম তাম্বনিংঙাই লৈত্রবা, নুংঙাইখা অদুবু "খম্‌থেংনা নুংঙাইবা" (অত্যন্তসুখ) হায়না কৌই। অদুগুম্বা নুংঙাইববু ফংলবা মী মহাক্ অপ্পদি করিগুম্বা থুদোংথীরবা অন্নাবা ঘটনা অমনস্থু মপূক্নী চোক্কহন্বা ঙম্দে ॥২২॥

অরানুংঙাইগী কাযনবা তিন্নবা লৈত্রবদুবুনি যোগ হায়বদি।
কাযনাতিন্নব যাওব্রব যোগীনা নীঙ্ঙারদনা লান্নব পাম্বে থি ॥২৩॥

মপুংগী ভাব :—অরানুংঙাই, অংচো-অপিক, তিন্নবা-কাযনবা—অসিনচিংবা অনী-অনী থোক্লিবসিবু অমত ওইনা তিন্নহন্‌গদবুনি যোগ হায়বদি। অসিগুম্ব যোগগী থাক্ত কাগ্রবা যোগীনা করিগুম্বা অরা-নুংঙাইগী রাখল্দা চঙ্‌দনা মুক্তিপদবী অদুত ফংননবা হোৎনৈ ॥২৩॥

অসিনীদমক্ত সিমতং তোগে হায়বগী রাখল্ থাদোক্লুনা
পুন্নীংতনা ইন্দ্রিয়শংবু খাম্মুনা, বিষযদগী আত্মাদ চঙ্‌হুনা
পুন্নীং হন্দন য়াম্ন তপথনা, মিপাইব-নীঙ্ঙাইবা লৈতনা
তপ্প তপ্প পুন্নীংবু আত্মাদ তিন্নহন্দুনা, অভ্যাস তৌনি অতৈ'ম খন্দনা ॥২৪—২৫॥

মপুংগী ভাব :—অসি তৌরবদি মহৈ অসি চাগনি হায়না খন্দুনা কর্ম্ম তৌবদু সংকল্প কৌই। সংকল্প অদু তৌরুদনা, বিষয অতৈদা চংগে হায়না হেক্ তৌরকপা, ইন্দ্রিয়শিংবু, পুন্নীংনা পাম্বে ওইনা থিংগনি। মাগুম্না থিংলিঙৈ মতম্দা থিংহল্লাইদবগী লাক্লিবা কল্পক্ মিতৌবনচিংবা থেক্রবা মথোয় অদুবুস্থু যাম্ন তপ্প-হাদনা, তপ্‌থনা, ভাম্বোক্তুনা, অস্নুম অভ্যাস তৌদুনা পুন্নীংবু কোম্বংদা আত্মাদ হাপচিন্নবা হোৎনগনি ॥২৪—২৫॥

ওহাক্ত তুমিন্ লৈত্রবা, তথরুবা পূক্নিং ইন্দ্রিয়বু
মানা চঙ্‌লিব বিষয়দুদগী তপ্প কৌথোক্লগা আত্মাদ হাপ্‌নি ॥২৬॥

মপুংগী ভাব :—"পূক্নীং" হায়বা ইন্দ্রিয় অসি ওহাক্ত তুমিন্ন লৈত্তে। কোয়ম্নেং লেপ্তিত্ত অউ-অউবা পাম্মি। অপাম্-অপাম্বদা হেক্ত হোৎচিন্‌খি। অদুবু, যোগীশিংনা চেক্‌শিন্নুনা তপ্পা মহাকপু মহাকন- চঙ্‌ঙুরিবা বিষয অদুদগী নীঙথিনা, জ্ঞান ভাক্লুনা কৌথোক্লগা, দেহগী অভিমানদগী তোঙান্ন লৈরবা আত্মাদ ঈহিন্‌থিগদবনি ॥২৬॥

প্রশান্তমনসং হ্যেনং যোগিনং সুখমুত্তমম্ । উপৈতি শান্তরজসং ব্রহ্মভূতমকল্মষম্ ॥২৭॥
যুঞ্জন্নেবং সদাত্মানং যোগী বিগতকল্মষঃ । সুখেন ব্রহ্মসংস্পর্শমত্যন্তং সুখমশ্নুতে ॥২৮॥
সর্বভূতস্থমাত্মানং সর্বভূতানি চাত্মনি । ঈক্ষতে যোগযুক্তাত্মা সর্বত্র সমদর্শনঃ ॥২৯॥
যো মাং পশ্যতি সর্বত্র সর্বঞ্চ ময়ি পশ্যতি । তস্যাহং ন প্রণশ্যামি স চ মে ন প্রণশ্যতি ॥৩০॥

---

পুকনীংনা রজোগুণগী কোক্‌না, আত্মাদ চঙ্‌হুনা পেন্‌থ্রবা
পাপ পুন্নদগী কোক্লবা যোগীনা, হিংলিঙৈনা "অয়ান্‌বা খুঙম্ কংতি ॥২৭॥

মমুংগী ভাব :—অদুম্ ওইবা যোগী অদুগী পুকনীংনা, মপান্‌গী উজিবা য়াংক-শীকপা, করব-কয়দব ওইন উরিবা দেহ অসিবু মহাক্মকি হায়না খঙ্জিবদুগু থাদোক্লবা মতম্ অদুদদি, কর্ম্মগী মহৈনা শীবা পাপ-পুণ্য অনীমকী লাংদগী কোক্লবা মতম্ অদুতনা, যোগী মহাক অদুগী জীবাত্মানা দেহসিগী মমুংদা লৈরিঙৈনা, "অয়ান্‌বা খুঙম্" (জীবন্মুক্তি) হায়বদু কংবা ঙমি। জীবন্মুক্ত ওইরবা যোগীতনা ইহলোক পরলোক অনীমক্তা শান্তি কংতি। অর্জ্জুন! জীবন্মুক্ত ওইবা যোগী ওইহুনা লাল্ তৌ ॥২৭॥

পাপ পুণ্য শীব কর্ম্মগী লাংদগী, কোক্লবা যোগীনা পুক্নীংবু
আত্মাদতিল্‌হন্দুনা ব্রহ্মবু কংবগী মুংঙাইবা-কংহল্লি ॥২৮॥

মমুংগী ভাব :— পাপগু কর্ম্মগী মহৈ চাকবনা কংবনি। পুণ্যগু কর্ম্মগী মহৈ চারুবনা কংবনি। অদুগুম্ব অনিত্য ওইব মহৈ শীব কর্ম্মদা পুক্নীংবু পরমাত্মায়োমৃতদ চঙশিল্‌হল্লবা যোগী অদুতনা ব্রহ্মানন্দবু অনুভব তৌই। অর্জ্জুন! ব্রহ্মানন্দগী মমুংদা লৈহনা লাল্ তৌ ॥২৮॥

'হুগুম্ব ব্রহ্ম যোগীনা, জগৎপুম্বা মঙোন্দ উজৈ।
মশাবুসু উরিব পুম্বদা, তত্তনা লেঙ্‌দন উজব কংজৈ ॥২৯॥

মমুংগী ভাব :—ব্রহ্ম যোগীশিংনা ব্রহ্মবু সাক্ষাৎকার তৌবা হায়বসি, হায়বদি, মশক্ উবা হায়বসি, অৰ্তৈবু নত্তে, হৈপাল্ লৈপাল, তুমিং কাঙমচিংবা উরিবা অচক্চত্ত তমমমৃশিদ মশাগী মূর্ত্তিবু উজয়বা, অদুগা মশাগী মূর্ত্তিদুদসু অচক্চত্ত পুম্ববু তোঙাল্-তোঙান (ব্যক্তি) ওইরবসু, নত্রগা পুল্লপ (সমষ্টি) ওইরবসু উরবা অগুবুনি। অর্জ্জুন! ব্রহ্ম যোগী ওইদুন লাল্ তৌ ॥২৯॥

মকম্ পুম্বদা ঐবু উরবা, পুম্নমক্‌পুমু ঐঙোন্দ উরবা,
মঙোন্দগী ঐনা মাঙ্‌তদে, মহাক্সু ঐঙোন্দগী মাঙতদে ॥৩০॥

মমুংগী ভাব :— মকম্ মতম্ পুম্বদা জগৎকী পোশক্ খুদিংমক্ত "কৃষ্ণ" ঐবু উবা কংলবা অদুগা কৃষ্ণ ঐগী হক্‌চাংদগু পুম্নমক্‌বু উরবা, মহাক্ অদুগী মকমদা ঐ মূর্ত্তি নাইদনা লৈবা তদে। মহাক্তুসু ঐনা তত্তন, উই। অতমত্তব, অশিতনা কৃষ্ণনি, অশিতনা জগৎনি হায়বকশিবত লৈখিত্রে ॥৩০॥

সর্ব্বভূতস্থিতং যো মাং ভজত্যেকত্বমাস্থিতঃ। সর্ব্বথা বর্ত্তমানোঽপি স যোগী ময়ি বর্ত্ততে ॥৩১॥
আত্মৌপম্যেন সর্ব্বত্র সমং পশ্যতি যোঽর্জ্জুন। সুখং বা যদি বা দুঃখং স যোগী পরমো মতঃ ॥৩২॥

অর্জ্জুন উবাচ।

যোঽয়ং যোগস্ত্বয়া প্রোক্তঃ সাম্যেন মধুসূদন। এতস্যাহং ন পশ্যামি চঞ্চলত্বাৎ স্থিতিং স্থিরাম্ ॥৩৩॥
চঞ্চলং হি মনঃ কৃষ্ণ! প্রমাথি বলবদ্দৃঢ়ম্। তস্যাহং নিগ্রহং মন্যে বায়োরিব সুদুষ্করম্ ॥৩৪॥

---

জীব ব্রহ্ম অমত্তনি খল্লুনা, ঐগোন্দা লৈববা মহাক্তি,
কর্ম্ম অতৈদা লৈরুরবস্ত ঐগোন্দা অতুম্ মরৈয়ে ॥৩১॥

মনুংগী ভাব :— অচঞ্চল প.স্বদা লেঙ্.দনা লৈববা ঐহাক্পু. অচঞ্চল প.স্বদা মশাবু উজহনা লেঙরবা মহাক্ অহৃদি, কর্ম্ম ( মর্থী ) না মপ.নৃসি লেরবা, অতোপ্ অতোপ্পা মওংগী কর্ম্মদা চঙ্ঙ্.রবস্ত ঐগোন্দ অতুম্ ম'রয়ে। ঐগা অতুম্ অমত ওইমিয়ে। অর্জ্জুন! কৃষ্ণ-ঐ ওইহনা লাল্ তৌ, অর্জ্জুননি হায়না তৌগনু। পাপ পুণ্য ঐনা পুগনি ॥৩১॥

মশাগ পান্দম্নরগা জীব অতৈগী, অরা নুংঙাইবু কংলবা
যোগী অথোইবনি মহাক্তু, হাযনা খল্লি ঐহাক্না ॥৩২॥

মনুংগী ভাব :— অতোপ্পগী অরা-নুংঙাইবা প.স্বা মশামক্না অনুভব তৌহনা থাজৈশংনা অরা-নুংঙাই কংবা ওয়বা যোগী অহুতবু কৃষ্ণ ঐনা অথোইবা যোগীনি হায়না খল্লি। জীব অম-া কংলিবা চৈনা-খাল্ অহুমক্ চপ্চানা মশানা কংলবা যোগীনা, মশাগা পান্দমহনা কয়িগুম্বা জীব অমদা হিংসা তৌদে। অহুগুম্বা যোগীনা, মশাদা হিংসা তৌবদি' জীব মশানা মশাবু লৈখা তাহল্লবনি হায়না খল্লি। অসিগুম্ব অথোইবা যোগী ওইহনা অর্জ্জুন! লাল্ তৌ ॥৩২॥

অর্জ্জুননা হায় :—

প.ক্লীংবু আত্মাদা আত্মাবু ব্রহ্মদা, তিল্হনু হায়না তাক্পিবসে
প.ক্লীংনা ইরেঙ্.ত লেঙ্.বনা, ওইথোক্তবনি হায়না খল্লিদো ॥৩৩॥

মনুংগী ভাব :— পুক্লীংনা ওহাক্ত ভুমিগ্গ লৈয় হায়ব য়াদবনা মহাক্পু কারগা প.ক্লগা আত্মাদা তু'হন্দুনা লেঙদনা থম্বা হায়বসি ওইথোক্তবনি। লেঙ্.দববু অ'য়ঙবদা থম্বদি লায়। অয়েঙ-ববু লেঙ্.দবা থম্ব দি ওইথোক্তবনি। আত্মাদি লেঙদবনি. প.ক্লীংদি নুমিৎ চুপ্প কোয়রেং লেঙবা পোশক্নি। অহুনা, কর্ম্ম তৌনা তৌনা, ব্রহ্মযোগী ওইবা হাযবসি ওইথোক্তবনি। অহুনা কৃষ্ণ! ব্রহ্মযোগীদি ওইজগে, লাল্ কোবা কর্ম্মসিদ্দি তৌজরয়োই ॥৩৩॥

হক্চাং-ইন্দ্রিয়বু নোইহন্‌পা, কোয়রেং লেঙ্.বা পুক্লীংনি।
মাবু লাক্শিন্‌বা হায়বসি, নুংশিৎপু ফাঙম্ থোক্লমি ॥৩৪॥

শ্রীভগবানুবাচ।

অসংশয়ং মহাবাহো। মনো দুর্নিগ্রহং চলম্। অভ্যাসেন তু কৌন্তেয়। বৈরাগ্যেণ চ গৃহ্যতে ॥৩৫॥
অসংযতাত্মনা যোগো দুষ্প্রাপ ইতি মে মতিঃ। বশ্যাত্মনা তু যততা শক্যোঽবাপ্তুমুপায়তঃ ॥৩৬॥

অর্জুন উবাচ।

অযতিঃ শ্রদ্ধয়োপেতো যোগাচ্চলিতমানসঃ। অপ্রাপ্য যোগসংসিদ্ধিং কাং গতিং কৃষ্ণ। গচ্ছতি ॥৩৭॥

---

মমুংগী ভাব ঃ— মপান্গী হকচাংবুস্থ, মীৎ-নানচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবুস্থ বিষয় তোঙাল্ তোঙাল্বদ নম্থুনা চিংথুনা পুন্নিবসি মপাঙল্ কল্লব,, মশকুস্থ উদবা "পূক্লীং" হায়বঙ্গুমলি। উদবা-কল্লব-কোয়য়েং লেঙ্বা মহাকপু কাব হায়বসি উদবা-কল্লবা-কোয়য়েং লেঙবা ঙুংশিংগু কাবঙম্ থোকনি। অঙুনা কৃষ্ণ। লাল্ তৌপথনা কৈ। পূক্লীংবু লেঙহল্লন লালতৌব হায়বসি ওইথোক্কবনি॥৩৪॥

শ্রীভগবান্ হায় ঃ—

চুম্মি অর্জুন চিংনকম্ নৈত্তে, পূক্লীংদি লায়না কাঙমদে।
অদুবু অভ্যাস তৌরগা লায়না, বিষয়বু পায়ক্লগা ঙমগনি ॥৩৫॥

মমুংগী ভাব ঃ— অভ্যাস তৌরবদা, যোগ সাধন তৌরবদা, ভাইবংদা লাক্লব জীবাত্মান ঙম্দবা হায়বা থবক্ নৈত্তে। জীব মাগী মকমদা ওইথোক্কবা হায়বা পোশক্ অসি নৈত্তে। জ্ঞান-বিজ্ঞাননা নুশিংপু কাহুনা লায়না পীজিন্নে। অঙুনা অর্জুন! নহাকুস্থ জ্ঞান-বিজ্ঞাননা পূক্লীংবু কারগা পীজিন্নৌ। পূক্লীংনা নহাকপু মীনায়ঙম্ পীজিন্নহন্গনু। পূক্লীং লাক্শিন্ন লাল তৌ। বিষয়বু পায়না, হায়বদি লম্বু-সিংহাসন-কর্ণশকুনি হাৎপা পায়না, পূক্লীংদুবু লাক্শিন্বা পায়না, ঙম্দবনি। পায়্রিবা বিষয়শিং (বিষবা) অদুদা বিরাগী ওইন্নু। বৈরাগ্য ভাবকা লেপ্নননা লাল্ তৌ ॥৩৫॥

পূক্লীং আত্মাবু লাক্ঙম্দবনা, যোগবু কংব ঙম্দে খল্লি।
পূক্লীং আত্মাবু লাক্ঙম্লকন', লায়না যোগী ওই নীঙিঙ ॥৩৬॥

মমুংগী ভাব ঃ— পূক্লী-ইন্দ্রিয়বু খুদুম্ চল্লিবা, দেহগী অভিমানদা তাগদৌবা আত্মাবু কাজিন্বা ঙম্লিবা মহাক্কী মকম্দদি যোগ হায়বসি কংবদা ওইথোক্কব। পাশক্ অমনি। মাসিবু ঙম্বা মীগী মকম্দদি যোগ হায়বদো ঈরায লায়বা পোশক্ অমনি। অঙুনা অর্জুন! নপূক্লীং-ইন্দ্রিয়-আত্মাবু লাক্শিন্নুনা—য়েন্নবশিংবু ঙম্বা লাল্ তৌ ॥৩৬॥

অর্জুননা হায় ঃ—

অহান্বদা সাধন তৌরবদুংদা, ঙম্দহুনা যোগদগী নাম্হোক্লব।
যোগজ্ঞ ওইরবা মীদুগী, মতং ওইথগে করম্বা? ॥৩৭॥

কচ্চিন্নোভয়বিভ্রষ্টশ্ছিন্নাভ্রমিব নশ্যতি । অপ্রতিষ্ঠো মহাবাহো । বিমূঢ়ো ব্রহ্মণঃ পথি ॥৩৮॥
এতন্মে সংশয়ং কৃষ্ণ ! ছেত্তুমর্হস্যশেষতঃ । ত্বদন্যঃ সংশয়স্যাস্য ছেত্তা ন হ্যুপপদ্যতে ॥৩৯॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

পার্থ ! নৈবেহ নামুত্র বিনাশস্তস্য বিদ্যতে । ন হি কল্যাণকৃৎ কশ্চিদ্দুর্গতিং তাত ! গচ্ছতি ॥৪০॥

---

মতুংগী ভাব ঃ— অহান্‌বদি, থাজবগা-হৈনিংবগা লোয়ননা যোগসাধন তৌবা হৌরকবা, মতুংদা, বিষয়গী আসক্তিনা মাসু কাজিরকুনা যোগসাধনদগী নাম্থরকবা যোগভ্রষ্ট ওইরবা মহাকী জীবদি অদুম্ কৈখা তাগ্রগদরা ? মহাকী করম্ দশা ওইবগে ? অদুগুম্না যোগভ্রষ্ট ওইরুবা কৈখা তাখিগদবা মীরবদি লাল তৌজয়বোই ॥৩৭॥

জ্ঞান-কর্ম্মগী লম্বীদগী, পুকনীং চোইহুনা হাইদোক্লবস্থ ।
মাঙ্‌খিদবরা নোংমদোঙ্গা, কৈচিন্ তাকুম্ তাখিদবরা ? ॥৩৮॥

মতুংগী ভাব ঃ—ব্রহ্মযোগীনি হায়দুনা ব্রহ্মসাধন তৌহুনা কৈরগা করিগুম্ব বিষয় অমনা মতাকৃথু চৎজিবা লম্বী অদুদগী মাম্হোক্‌হনব্রবদা, যোগভ্রষ্ট ওইরবা মী অদু, জ্ঞানগী লম্বীসু চৎহৌদা, কর্ম্মগী লম্বীসু শেংনা চৎহৌদা, অদুক্তা কৈচিন্ আ-মোনস্থ, পাইখৎহৌদ, কৈখাদস্থ তারকহৌদা, মরক্ত মাঙখিবা অদুগুম্না, মাঙখিদবরা ? মাঙ্‌খিনি । অদুম্না মাঙ্গদবগী শককপুদি লাল তৌজয়বোই ॥৩৮॥

চিংনবসে ঐগী কোকহন্‌বিগনি, নহাক নত্তন কোকপিনব কৈতে ।
অদুনা কৃষ্ণ ! কোক্‌হনবিয়ু, ঐগী চিংনবসি লালকম্‌দা ॥৩৯॥

মতুংগী ভাব ঃ—করিগুম্বা চিংনবগী শক্‌ক অমতং কৈরিবমথৈ, করিগুম্ব থবক অমত পায়থৎকদে অদুগা চিংনবসি কোকপিনবদি, লালকম্‌গী মশক ওইরবা সংসারগী কর্ম্মক্ষেত্র অসিদা, সারথি ওইরিবা জ্ঞান তাকপিহুনা নেত্তা ওইরিবা মহাক নত্তনা অতৈ কনা অমত কৈতে ॥৩৯॥

শ্রীভগবাননা হায় ঃ—

যোগভ্রষ্ট ওইব মীদুদি, লোক অনীদ শোইনা কৈখা স্তাদে ।
অকব লম্বীদ চৎলিব মীনা, লোক অনীদা খুদোংথীব কংদ ॥৪০॥

মতুংগী ভাব ঃ—যোগসাধনগী লম্বীদা চৎলুরব মী মহাক অদুদি করিগুম্ব বিঘ্ন অমদগী লম্বী অদুদগী নাম্হোকখ্রবস্থ ইহলোক পরলোক অনীমক্তা মাং থীনা খুদোংথীবা কংবা তৌদে । মতোল্ লোয়্‌লম্বা ভদ্রবস্থ অকবা থবক্ত চঙ্‌ঙবা মীনা করিগী অরাব কংগনি ॥৪০॥

প্রাপ্য পুণ্যকৃতাং লোকানুষিত্বা শাশ্বতীঃ সমাঃ। শুচীনাং শ্রীমতাং গেহে যোগভ্রষ্টোঽভিজায়তে ॥৪১॥
অথবা যোগিনামেব কুলে ভবতি ধীমতাম্। এতদ্ধি দুর্লভতরং লোকে জন্ম যদীদৃশম্ ॥৪২॥
তত্র তং বুদ্ধিসংযোগং লভতে পৌর্বদেহিকম্। যততে চ ততো ভূয়ঃ সংসিদ্ধৌ কুরুনন্দন ॥৪৩॥
পূর্বাভ্যাসেন তেনৈব হ্রিয়তে হ্যবশোঽপি সঃ। জিজ্ঞাসুরপি যোগস্য শব্দব্রহ্মাতিবর্ততে ॥৪৪॥

---

যোগ ভ্রষ্ট ওইব মীশুনি, চৎলব লমীগী ওইবা মহৈ,
স্বর্গগী নুঙাইবা কংলুপগা, অদ নুংঙাই ঈমুংদা পোক্লে ॥৪১॥

মমুংগী ভাব :—ইহলোকত অকব থবক্ তৌরম্বা অদুগী মাহ্রা অদুগী মতুং ইন্না (পরলোক) স্বর্গগী নুংঙাইবা ভোগ অদুগুম চারূরগা, মর্ত্যলোক অসিদা জীবন্তুনা যোগী ঋষিগী নত্রগা, ধর্ম্ম কর্ম্ম খঙ্বগী নত্রগা ইন্নাক কৈরাক খুনূবনচিংবগী ঈমুংদা পোককৈ। অদুম্বা লোক অনীমক্তা ঈমাঙ্ মাঙ্দে। অদুনা অর্জ্জুন! মপোকসিমদা লোক অনীমক্তা ঈমাঙ্ মাঙ্দবা লাপ্নগী মথক্ ওইরবা নথৌ অসি তৌ ॥৪১॥

নত্রগা জ্ঞানী ওইরবা মুনি, যোগী ঋষিগী ঈমুংদা পোক্লুই।
হন্দকী মপোক্ত অতুগুম্বা মপোক্তি, অতাঙ্বনি খঙ্ ধনঞ্জয়! ॥৪২॥

মমুংগী ভাব :—হন্দকী মপোক্তা অকব তৌরম্বগী তোংব নত্তন অমাঙবা থক্ লৈতে। যোগ মপুং ফারম্রবস্ত্র মী মহাক অদুগী জীবনা মতম্ খরদং স্বর্গগী নুংঙাইবা কংলুপগা, হন্দকী মপোক্ত যোগীগী ঈমুংদা যোগী তপস্বী ওইনা পোক্লে। মাসি, মপান্গী ধন-সম্পত্তিগী মরাইদ মত্ত ওইদুনা পোক্লবা জীবশিংনা কংঙমল্লবা, তাঙলবা মপোক অমনি। অদুনা অর্জ্জুন! হন্দেং মুকী মপোক্ত অতাঙ্বা মপোক্ অদু ফংননবা জীব নংনা হন্দকী মপোক্তা নথৌ তৌরম্মু ॥৪২॥

নহালমুকী দেহদা লৈদুনা তৌরম্বা, যোগ অদুগী মখাক্
হন্দকী মপোক্তস্ত্র মাতুগী রাখল্, পোকহন্দুনা মহৈ যালহল্লি ॥৪৩॥

মমুংগী ভাব :—কনানস্ত্র তাকপা যাওদনা মশা মথন্তুনা মপোকসিগী মহৈ অমগী জীবগী তম্ব থিদুনা অদুম্বগী লম্বী থিরকপা মহাত্মাশিং অসি, নহালমুকী মপোক্ত মখোয়না তৌরকপা অকব থবক্তী যোগসাধনগী সংস্কার অদুননি। নহালমুক্ত রাৎহৌবা মতেক অদু হন্দকী মপোক্ত পাঙ্থোক্লগা মী মহাক অদু যোগসিদ্ধ পুরুষ হায়বত্ত ওই। অদুনা, অর্জ্জুন! যোগসিদ্ধ ওইনু লাল তৌ ॥৪৩॥

যোগ ভ্রষ্ট ওইরকপা মীদি, বিষয়দ মগ্ন ওইরবস্ত্র
যোগগুগী মায়কৈদাদ ভুমক চত্তিঙ্ক, বিষয়বু থাঙমদে চঙ্লবস্তু ॥৪৪॥

মমুংগী ভাব :—নহালমুকী মপোক্ত, অকব থবক্ত যোগী ওইরকপা মহাক্তি, হন্দকী মপোক্ত বিষয় কামনাদা তাররবস্ত্র, তানতানা, অকব থবক অদুক্ত মপাম্মি। অদুগা যোগ ভ্রষ্ট ওইরকপ মী অদুদি, বিষয়গী আসক্তি অহবুদি থাব ওমদে ॥৪৪॥

প্রযত্নাদ্‌যতমানস্ত যোগী সংশুদ্ধকিল্বিষঃ। অনেকজন্মসংসিদ্ধস্ততো যাতি পরাং গতিম্॥
তপস্বিভ্যোঽধিকো যোগী জ্ঞানিভ্যোঽপি মতোঽধিকঃ।
কর্ম্মিভ্যশ্চাধিকো যোগী তস্মাদ্‌যোগী ভবার্জ্জুন॥৪৬
যোগিনামপি সর্বেষাং মদ্গতেনান্তরাত্মনা। শ্রদ্ধাবান্ ভজতে যো মাং স মে যুক্ততমো মতঃ॥৪৭

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্‌গীতাপর্বণি ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ॥৩০॥
গীতাযাস্তু ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ॥৬॥

---

মমাঙ-মমাঙগী মপোক্ত তৌখিবা, সাধন্ অহুদগী হেন্ন তৌরিবা।
মহাক অহুনা মপোকসিদা, কংভি খুভম্ অথোইবা॥৪৫॥

মলুংগী ভাব ঃ—হন্দকী মপোক্তা মী মহাক অহুনা, অনংবা অমদি হন্থবা অবস্থাদা লৈন লৈনা, অকব থবক্ত চঙলম্বা মীশক ওইরে হায়বসি মশানা খঙজহনা, হান্নগী মপোক্তা তৌরম্ব যতন অহুদগী হেন্ন তৌহুনা কর্ম্ম তৌরবদি, হন্দকী মপোক অসিতদস্থ অথোইবা খুভম কংবা ওশি। অহুনা, নহালমুকী মপোকী কর্ম্মদগী হেন্না অকব কর্ম্ম তৌননবা যোগী ওইনা, লালগী মশক লৌরবা কর্ম্ম অসি তৌ অর্জ্জুন।॥৪৫॥

তপস্বী জ্ঞানী কর্ম্মী, অহুমসিদগী হেল্লি যোগীনা।
অহুনা অর্জ্জুন যোগী ওইনা, ন'থৌ তৌ মহৈ পাম্‌দনা॥৪৬॥

মলুংগী ভাব ঃ—জ্ঞান তাদনা তপস্যা তৌবদগী তপস্যা তৌব্রবস্থ জ্ঞানী ওইনা লৈবনা কবনি। জ্ঞানীহুমক্তগীস্থ মথৌ তৌবা মীনা হেন্ন কবনি। মথৌ তৌবা কর্ম্ম অহুমক্তগীস্থ—খবকা মহৈগা অমতনি হায়না যোগ তৌশিন্নুনা যোগী ওইবা কর্ম্মী অহুনা হেন্ন কবনি। অহুনা অর্জ্জুন! কর্ম্মযোগী ওইনা লাল্ তৌ॥৪৬॥

যোগীশিংমক্কী মলুংদস্থ, ঐগোম্ব থম্মোয়না চঙগ্রবা
থাজবগা লোয়ননা ঐবু নীঙবা, মহাক্কা যোগীনি 'থোইবা॥৪৭॥

মলুংগী ভাব ঃ—মথক্তা হায়খ্রিবা যোগী মখল্‌শিং অসিগী মলুংক্কগীস্থ ভগবান্‌বু ভক্তিগা লোয়ননা হায়বদি থাজবা-কিবা-পুংশিবগা লোয়নন৷ তৌক তৌকবা কর্ম্মগী মহৈদা থোইনা আশা থম্মুদনা মথৌ তৌবা যোগী অহুনা অথোইবনি। অহুনা সিগুম্ব অথোইবা যোগী ওইহুনা লাল তৌ॥৪৭॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামক্কা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতদা ভীষ্মপর্ব্বগী মলুংদা গীতাপর্ব্বগী কুন্থ,া শুবা অধ্যায় লোইরে॥৩০॥

ভগবদ্‌গীতাগী তরুকুশুবা অধ্যায় লোইরে।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## ( গীতা পর্ব্ব )

## সপ্তমোঽধ্যায়ঃ

ভগবদ্গীতাগী তরেৎশুবা অধ্যায় )

—:০:—

শ্রীভগবানুবাচ।

ময্যাসক্তমনাঃ পার্থ! যোগং যুঞ্জন্ মদাশ্রয়ঃ। অসংশয়ং সমগ্রং মাং যথা জ্ঞাস্যসি তচ্ছৃণু ॥১॥
জ্ঞানং তেঽহং সবিজ্ঞানমিদং বক্ষ্যাম্যশেষতঃ। যজ্‌জ্ঞাত্বা নেহ ভূয়োঽন্যজ্‌জ্ঞাতব্যমবশিষ্যতে ॥২॥
মনুষ্যাণাং সহস্রেষু কশ্চিদ্‌যততি সিদ্ধয়ে। যততামপি সিদ্ধানাং কশ্চিন্মাং বেত্তি তত্ত্বতঃ ॥৩॥

---

কৃষ্ণনা হায ঃ—

নপুক্কীং ঐভোন্দ চঙহন্দুনা, যোগতনা ঐভোন্দা চঙজহনা
ঐবু খঙননবদো তাক্কে তাও, চিংনব লৈতনা মপূং কানা ॥১॥

মনুংগী ভাব ঃ—ভগবান্ ( ঈশ্বর ) মক্না তাক্‌পা পাউতাক্‌পু পীবদি, সংসারগী তত্ত্ব পুম্বা খঙলবা গুরুনা ওইগনি। গুরুদুমক্কী পাউতাকস্তু পুক্কীং চঙ্‌না ভক্তি-শ্রদ্ধাগ লোয়ননা লৌত্রবদি মহৈ যান্দে। অদুনা, থাজবা-অকিব-নুংশিবা—অদুম্ অসিগা লোয়ননা গুরুগী পাউতাকপু লৌরবতদা তত্ত্বপুম্বা খঙ্‌গনি ॥১॥

বিজ্ঞানগ লোয়নবা জ্ঞান অদুবু, নংগী নকম্‌দা হায়গে তাও,
মাদু খঙ্‌লবদা অতৈ খঙ্‌নিঙাই, অম লৈমরোই খঙঙু ঈতাও। ॥২॥

মনুংগী ভাব ঃ—মপান্‌গী উয়িবা মশক মওংত উয়গা, মাপ্পনি অসিনি হায়ব খঙবনা জ্ঞাননি মনুংগী উদবা, মশক মওংগী মনুংদা লৈবা তত্ত্ব খঙবনা বিজ্ঞাননি। অনীসিবু খঙলবা তুংদা অতৈ অম খঙনিঙাই লৈরমোই। অদুগুম্বা জ্ঞান-বিজ্ঞান অনীনা ভীষ্মদ্রোণশিং অসি করিনো হায়বদু খঙগনি। অদুনা অর্জ্জুন! মাদু তায়গা ঐভোন্দ নংগী চিংননিংঙাই হংনিংঙাই অম লৈরমোই ॥২॥

লিপিংগী মনুংদা তত্ত্ব জ্ঞান কংনবা, হোৎনবা কনাগুম্বা ময়াওই।
অদুম্মা হোৎনবা লিশিংগী মনুংদা, কনাগুম্বতনা তত্ত্ববু খঙ্ ঙম্মি ॥৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—মীওইবগী মপোক্‌সি করিনো, করিগীদমক্কো · · · · · · অসিনচিংবা অচুম্বা তত্ত্ব থীরক্‌পসি মী লিশিং অমগী মনুংদা কনাগুম্বা অমককা তুক্ য়াওরক্‌ই। অদুম য়াওরক্‌পা মী অদুনা লিশিং অমা কারকপদ, লিশিংগুগী মনুংদ মাদুমক্ কংগে হায়না থাংগৈ শেংনা

ভূমিরাপোঽনলো বায়ুঃ খং মনো বুদ্ধিরেব চ। অহঙ্কার ইতীয়ং মে ভিন্না প্রকৃতিরষ্টধা ॥৪॥
অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্। জীবভূতাং মহাবাহো। যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ ॥৫॥
এতদ্যোনীনি ভূতানি সর্ব্বাণীত্যুপধারয়। অহং কৃৎস্নস্য জগতঃ প্রভবঃ প্রলয়স্তথা ॥৬॥
মত্তঃ পরতরং নান্যৎ কিঞ্চিদস্তি ধনঞ্জয়। ময়ি সর্ব্বমিদং প্রোতং সূত্রে মণিগণা ইব ॥৭॥

---

হোৎনবদি মী অমত কক্ত য়াওরকই। হোৎনবশিং অদুনা অমুক লিশিং অম কায়কপদা, লিশিং অদুগী মমুংদা তত্ত্ব অহু থাজৈশেংনা খঙ্বা-কংবা মীদি অমকাত মরাওই ॥৩॥

লৈপাক ঈশিং মৈ মুংশিং অতিয়া পূক্লীং বুদ্ধিগী
"ঐ"গী রাথল্‌গা মখোয়সি ঐগী প্রকৃতি নিপাল্লি ॥৪॥

মমুংগী ভাব :— হোংদবা হোংবা লৈরমোইদবা মওংবু প্রকৃতি কৌই। জীবাত্মাগী মওং লৈতে, অদুবু মাগী মহোৎশাগী মওং ওইনা অমদি মওং ওইহন্নুনা লৈরিবদি মৈ ঈশিংনচিংবা হায়রিবা নিপাল অসিনি। অসিতনা মওং লৈতবা জীবাত্মাগী মওং ওইবগুম্ লৈরিবনি। মখোয় অসি মশক হোংদে, মাগী মাগী মওং থাদোক্তে। অসিগুম্বা মওং অসিবু উরগা অরান্‌বা রাখল্দা থাজৈশেংবা ভীষ্মনি, দ্রোণনি হায়না খল্লি। অদুনা অর্জ্জুন! নংনা উরিবশিংসে থাজৈ শেংবা ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা অমত য়াওবনক্তে ॥৪॥

মখল নিপাল্‌গী প্রকৃতি অসে "অপরা" "তোপ্পবী" কৌইদে।
অসি নত্তবা "পরা" কৌবীদি, জীব ওইনা জগৎপু পুরিদো ॥৫॥

মমুংগী ভাব :— মৈ ঈশিংনচিংবা প্রকৃতি মখল্ নিপাল্ অসিদি জীবগ থানবা লৈতনা লৈবনা, জীবমক্তী মশক ওইনগুম্ লৈবনা „অপরা" কৌই, হায়বদি ".তোপ্পবী প্রকৃতি" হায়না কৌই। মখোয় অসিদগী ঈতোপ তোপ্পা লৈরিব হায়বদি মখোয়না মশক হোংবা য়াঙ্বা অসিনচিংবা নাইরিবা অসিগুম্বা নাইদবী, অদুগা মখোয়গা করিগুম্বা [illegible] তিন্নদনা, অতোপ্পী অম ওইনা লৈরিবী, অদুদি পরা প্রকৃতি কৌই। মহাক অত্তনা হক্চাংগী মশক ওইনা লৈরিবা জগৎ অসিবু পুরিবনি। মহাক অহু জীব হায়নসু খংনৈ ॥৫॥

লেংঙি পাল্লিবা, পুম্বগী, অনীসিনা পোক্লকম্ ওইবনি।
অসিবু পোকহনবা-ঙাকপা-মাঙহন্‌বা, খঙ্ঙ্ ঐহনা ওইবনি ॥৬॥

মমুংগী ভাব :— অচচ্চত-লেঙিঙ পাল্লিবা পুম্বগী পোক্লকম্‌দি পরা-অপরা হায়না কৌবী প্রকৃতি অনীসিতনা ওইবনি। অদুনা জগৎ পুম্বগী যোনিদি অনীসিতনা ওই। অদুগা মখোয়-সিবু পোকহল্লগা ঙাক্লিবা অদুগা মুগাইরিবদি ঐতননি ॥৬॥

ঐগী প্রকৃতি ওইরিবা, অনীসি নত্তনা অতৈ লৈত্রে।
লংজাদা লীক্লুনা লেংবগুম্ পুম্নমকসি ঐতোপ্পা লেংবনি ॥৭॥

বলং বলবতাঞ্চাহং কামরাগবিবর্জিতম্ । ধর্মাবিরুদ্ধো ভূতেষু কামোঽস্মি ভরতর্ষভ ॥১১॥
যে চৈব সাত্ত্বিকা ভাবা রাজসাস্তামসাশ্চ যে । মত্ত এবেতি তান্ বিদ্ধি ন ত্বহং তেষু তে ময়ি ॥১২॥
ত্রিভির্গুণময়ৈর্ভাবৈরেভিঃ সর্বমিদং জগৎ । মোহিতং নাভিজানাতি মামেভ্যঃ পরমব্যয়ম্ ॥১৩॥

---

পাঙ্গল্বশিংগী কল্লকপ-শাউবা, হিংসাদগী পোক্কবা "শাউবা" দু ঐনি ।
ধর্ম কায়দব-হিংসা য়াওদবা, "অপাম্ব" হায়রুম্ব ঐহাক্নি ॥১১॥

মথুংগী ভাব :—মপাঙ্গল্ কল্নি হায়হনম্ব, মহাক্কী পাঙ্গল্ অদুনা মীশী কত্তনবা, হিংসা তৌনবা নাপল্গীদমক্ ওইবা পাঙ্গল্ ওইরবদি, অদুগা অশাউবদগী, অকল্-অরিং শীঙনবদগী পোক্খিবা ওইরবদি "পাঙ্গল্" অদু ঐ নত্তে । মীশী কননবা কায়নবা শীন্বদা পোক্লকপা পাঙ্গলবশিংগী পাঙ্গল্-থৌনা অদু ঐহাক্নি । অমগী অকশা থবক্তা অকায়বা-য়েংল্লুবা ওইরোইদোবা "অপাঙ্গা" হায়বগুম্ব ঐহাক্নি । অদুগুম্বা অপাঙ্গা অদু থুংনবা লাল্গী মশক ওইবা নথো তৌ ॥১১॥

সত্ত্বরজতম অহুম্গী, রাখল্ অহুম্মক্ ঐঙোন্দগীনি ।
মখোয়দি ঐঙোন্দ লৈবনি, ঐদি মখোয়দ লৈতবনি ॥১২॥

মথুংগী ভাব :—মীশী কননবা তৌবদা থরাই থাগে থন্বা, ওস্মিমখৈ নশাগী ওইজবা থাদোক্কে থন্বা—অসিনচিংবা সত্ত্ব গুণদগী পোক্পা রাখল্শিং অসি, অদুগা সমাজদা মীথোই মীহেন্গে হায়না থন্ব অমদি মতীক্ মগুণ উত্তুনা অচৌবা মিংচৎ কংননবগী—হাংনবগী রজ-গুণদগী পোক্পা রাখলশিং অসি,—অদুগা মীবু ওস্মি হায়দুনা মাঙনতাক্নবা তৌবগী তমোগুণদগী পোক্পা রাখল—অহুম্সি লোইননা ঐঙোন্দগী পোক্খিবনি । অদুগা মখোবসিদদি ঐ লৈদ্রে । হায়বদি ভগবান্ মহাক্তি গুণ অহুম্দগী রাংমদ লৈবা—নির্গুণব্রহ্মস্বরূপনি । অদুনা রজ তম অনীসিদগী রাংমদা লৈদুনা লাল্ তৌ ॥১২॥

হাযরিবা গুণ অহুম্সিগী, রাখল্ অহুম জগৎপু পূল্লি ।
অদুনা জগৎনা ঐহাক্পুম্ব, অহুম্সিদগী রাংমদা লৈ-খণ্ডদরি ॥১৩॥

মথুংগী ভাব :—জগৎনা হোজিক্ কাওরা লৈরিবসি রাখল্, অহুম্ অসিগী পোক্কম্ ওইরব গুণ অহুম্ অসিনা থৌরী ওইনা পুন্দুনা থম্লিবনিনি । অদুনা, জগৎ মশা অসিমক্ কাজিন্দুনা জ্ঞান তাদনা লৈবন, জগৎকী কনাগুম্বা অমত্তনা ঐবু গুণ অহুম্ অসিদগী রাংম লাম্ব তোঙার লৈরিবনি হায়বা খঙদে । অদুনা অপঙবা নাস্তিকশিংনা ঈশ্বর ( ঐ ) বু লৈ হায়নকাওবা হায়নিংদে, থাজদে । মরম্দি হায়রিবা মশামক্ গুণ অহুম্সিনা, পুন্দুনা জ্ঞান তাদনা কাজিন্দুনা লৈ ॥১৩॥

দৈবী হ্যেষা গুণময়ী মম মায়া দুরত্যয়া। মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে ॥১৪॥
ন মাং দুষ্কৃতিনো মূঢ়াঃ প্রপদ্যন্তে নরাধমাঃ। মায়য়াপহৃতজ্ঞানা আসুরং ভাবমাশ্রিতাঃ ॥১৫॥
চতুর্বিধা ভজন্তে মাং জনাঃ সুকৃতিনোঽর্জ্জুন।। আর্ত্তো জিজ্ঞাসুরর্থার্থী জ্ঞানী চ ভরতর্ষভ ॥১৬॥
তেষাং জ্ঞানী নিত্যযুক্ত একভক্তির্বিশিষ্যতে। প্রিয়ো হি জ্ঞানিনোঽত্যর্থমহং স চ মম প্রিয়ঃ ॥১৭॥

---

ঐগী লীলাগী মশক্ ওইবী　　গুণ অহুম্‌গী মায়াসিদশী
কনানম্ম লাম্বোকপ ঙম্‌দে,　　ঐঙোন্দ চঙজবতনা লাওশি ॥১৪॥

মসুংগী ভাব ঃ—সত্ব রজ তম—হাযবদি গুণ অহুম্‌গী মশক্ ওইবী মায়া অসিদশী কনানম্ম লাম্বোকপ ঙম্‌দে। ঐঙোন্দা লান্‌বিযু হায়না চঙজয়রূপা নত্তনা জ্ঞানী বৈজ্ঞানিক কয়ানম্ম মায়া অসিবু কোক্কনবা, মুথৎনবা পোশক্ শাবা ঙম্‌দ্রোই। রজ তম অনী অসিগী মাত্রা হেন্ন-নবগী পোৎশক্ শাবহুত হৈনগনি, পুক্লীং চঙ্‌গনি। অতুমা জীবদি মশানা মশাবু কাজিনুজয়নি—হায়রিবসিনি। অতুনা অর্জ্জুন। মায়াসিগী রাংমদা লৈত্তনা লালগী মশক্ ওইরবা নথৌ তৌ ॥১৪॥

পোক্লবসিগী মরম্ খঙ্‌দবা,　　পাপী অজ্ঞাননা কূপ্পবা।
তোল্লবা কায়ত্রবা জীবশিংনা,　　ঐঙোন্দা থোইনা চঙ্‌ঙক্তে ॥১৫॥

মসুংগী ভাব ঃ—সুপী অঙাং খরগা নোংম নীনিদং, সনা লুপানা থল্লবা য়ুম্‌দা লৈমিন্নতুনা ওহাক্ পুন্‌শি লেন্‌বসিগীদমক্ মীওইনগী মপোক্লা লৈরিবনি—হায়না খন্‌বা পাপী তৌবিমল খঙ্‌দবা, তোল্লবা মীশিংনা ভগবান্ ঈশ্বর মহাক্কী মরমদা থোইনবু খল্লুদে। অতুঙুম্বা পাপী ওইদনা অর্জ্জুন। নথৌ খাগলু। নথৌ তৌগে লাকপনি, কপ্‌কে, লাউগে, নোক্কে, ভরতুদা ভাউক্লগে হায়দুনা মীওইবা নংনা লাকপা নত্তে। অসিবু কাউবা জ্ঞানীশিং অদো জ্ঞানী নত্তে, মূর্খনি ॥১৫॥

অরাব তারব-খঙ্‌নীঙ্‌ব-কংনীংবা,　　অশিংবা চায়রিব মরিসিনা,
পুণ্য চেল্লবা মতম্‌হুত্তদা,　　ঐবু থিরকূই কৌরকূই—তাৱৈ কোয়না ॥১৬॥

মসুংগী ভাব ঃ—মীশক মরিনা ঐবু কৌরকূই-থিয়কূই—। খরনা অরাবা তারবা মতম্‌দা মপা মচা উক্সবদা ঐবু কৌই। খরনা করি লৈবগে হাযনা হস্থানা খল্লরুপা মতম্‌দা, খরনা করিগুম্বা অম কংগে তায়রকপা মতম্‌দা, অতুগা অশিংবা জ্ঞানী খরনা—জীব ব্রহ্ম তত্ত্বগী মরম্‌দা থিগনরমথৈ থিক্লরবা ভুংদা ঐবু কৌরকপা অসিনি। অতুনা অর্জ্জুন। নথৌ তৌনা তৌনা, ল্যালকম্‌দা ঐবু থিরকউ ॥১৬॥

হায়রিবা মরিসিগী মসুংদা,　　থত্রাই হক্কচাং ঐঙোন্দা পয়া
মথৌ তৌনা ঐবু থিরিবা,　　ঐগী চাম্ন থোইবনি অশিংবতুতনা ॥১৭॥

উদারাঃ সর্ব্ব এবৈতে জ্ঞানী ত্বাত্মৈব মে মতম্। আস্থিতঃ স হি যুক্তাত্মা মামেবানুত্তমাং গতিম্ ॥১৮॥
বহূনাং জন্মনামন্তে জ্ঞানবান্ মাং প্রপদ্যতে। বাসুদেবঃ সর্ব্বমিতি স মহাত্মা সুদুর্লভঃ ॥১৯॥
কামৈস্তৈস্তৈর্হৃতজ্ঞানাঃ প্রপদ্যন্তেঽন্যদেবতাঃ। তং তং নিয়মমাস্থায় প্রকৃত্যা নিয়তাঃ স্বয়া ॥২০॥

মতুংগী ভাব :—মথক্ত হায়রিবা ভক্ত মখল্ মরি অসিনী মতুংদা অরা-হুংডাইগী মতম্ খায়দনা, মতম্ লৈবশিংবিক্ত, পুনসিচুপ্পা, মথৌ তৌনা-তৌনা ঐঙোন্দা থরাই হক্‌চাং কংগ্রবা ভক্ত অদুতনা খ্বাইদগী অথোইবনি। মরম্‌দি অদৈ ভক্ত অসুদি মাগী মাগী অরা অনা তারক্‌পদা, মাগী মাগী ওইজবা য়েংহনা ঐবু থিরকপ তাক্কনি। অদুনা অর্জ্জুন। নংসু অথোইব ভক্ত ওইহনা ঐঙোন্দা থরাই-হক্‌চাং থম্‌হনা লালগী মশক্ ওইরবা মথৌ তৌ ॥১৭॥

হায়রিব ভক্তশিংসিগী মতুংদা, অশিংব ভক্তসিতনা অথোইবনি,
মহাত্মা অদৈ খন্দনা, থরাই হক্‌চাংনা ঐঙোন্দ চঙবনি ॥১৮॥

মতুংগী ভাব :—হায়রিব ভক্তশিং অসিগী মতুংদা, খ্বাইদগী অশিংবা ভক্ত অদুতনা ঐগী আত্মাগী মশক ওইহনা হাযবদি ঐগা অমত্ত ওইখিহনা মথৌ তৌই। অদুনদি মহাত্মা তৌরিবা মথৌ অদু ঐনা তৌবনি হায়না খল্লু। মহাক অদুতনা "ঐ" হায়বসি উরিব মপানগী হক্‌চাং অসিনি হায়বা—অরানব রাখল অসিদগী লাম্বোক্‌না মথৌ তৌব ঙম্ম। অদুনা মরূপ অদৈ অতৈদগী, ঈশা অমত্ত ওইমিন্নখিবা ভক্তনা ঐগী অথোইবা ভক্তনি ॥১৮॥

মপোক কয়া কয়াগী মতুংদা, অশিংবা ভক্ততনা ঐবু কংজি।
পুম্নমক্‌পু বাসুদেবনি হায়না, উরবদো জগত্ত থোইনা তাজিঙ ॥১৯॥

মতুংগী ভাব :—জ্ঞানী ওইনা ভক্ত ওইরক্‌পা হায়বসি মপোক অমনীগী থবক্ নত্তে। মপোক্ লিশিং কয়াগী মতুংদা ওইরকপা মপোক্নি। অদুগুম্বা মপোক্তা লাক্লবা জীবনা মকম্ পুম্নমক্তা পোৎ খুদিংমক্‌পু বাসুদেবমক্ত উই *। অদুগুম্বা মপোক্ অদো অতাঙবনি। অদুগুম্বা ভক্তনা মথৌ তৌরকপা মতম্‌দা মপানগী শক মিং মওংগী শুম্‌হৎপনা মঙোন্দ করিসু তৌবা ঙম্‌দে। অদুনা অর্জ্জুন। ভীষ্ম দ্রোণনচিংবগী শক মিং মওং অসিদা শুম্‌হত্‌না নথৌ থাদোকনু। অদুনা লাল্ তৌ ॥১৯॥

মহৈ পাম্বনা মহৈদা পুক্নীং চঙহনা, মহৈ অদু পী ঙম্বা লাইশিংদা।
তোঙাল তোঙানবা পূজা নিয়মনা, মাগী মাগী স্বভাবনা চঙিঙ মখোয়দা ॥২০

মতুংগী ভাব :—অপঙবশিংনা, মান মান পাক্ক মহৈশিং অদুবু পীঙম্বা দেবতাদি তোঙাল তোঙাল্লি হায়না খন্দুনা, মাগী মাগী স্বভাবকী মতুং ইন্না পাত্রিবা পোশক অদুগী মতুং ইন্না মাহুবু পীঙম্বা দেবতাসু তোঙাল্লি হায়না খন্দুনা তোঙাল্ তোঙানবা পূজা।বশিংনগী মওংনা ঐবু হান্দাক্রমন্দন মখোয়দা চঙজৈ ॥২০॥

*টীকা :—"বাসুদেব" হায়বদি মকম্-মতম্‌পুম্বদা মঙাক্ ওইনা লেঙলনা, লৈবা মহাকপুনি।

যো যো যাং যাং তনুং ভক্তঃ শ্রদ্ধয়ার্চিতুমিচ্ছতি।
তস্য তস্যাচলাং শ্রদ্ধাং তামেব বিদধাম্যহম্ ॥২১॥

স তয়া শ্রদ্ধয়া যুক্তস্তস্যারাধনমীহতে। লভতে চ ততঃ কামান্ ময়ৈব বিহিতান্ হি তান্ ॥২২॥
অন্তবত্তু ফলং তেষাং তদ্ভবত্যল্পমেধসাম্। দেবান্ দেবযজো যান্তি মদ্ভক্তা যান্তি মামপি ॥২৩॥

---

অহুম্ অহুম। ভক্তনা অহুম্ অহুম। মওংদা, থাজব-কিব-[illegible] পূজা তৌরিবা
অহুম্ অহুম। মওংদা মাগী মাগী চঙহুনা, পূজা থুংশিনা [illegible] ॥২১॥

মপুংগী ভাব ঃ— মী মহাক মহাক্কা, ওইরবা মওংদা, পুন্নিবা রাখল্দা, থুংশিবা থাজব-অকিবগা লোয়ননা ভগবানগী পূজাবু তৌরবদি, মান-মান্না ওইরিবা মওং অহুদা চঙহুনা' মান-মান। পুন্নবা রাখল্ অহুগী মতুংইন্না পীজরাক্রবা কচয়ক্রিবা পোশক, অহু, ভক্তহুগী মথুত্তগী ঐস্থু মাম্না হন্নাউনা-থুংশিনা লৌবা। অহুনা অর্জ্জুন। ক্ষাত্রিয় ওইরব জীব নহাক্না ক্ষাত্রিয়গী চপ চাব মওংদা লৈহনা, লাল্ হায়বসিতনা ঐগী অথোইবা ধর্ম্মনি হায়না থন্নুনা, অহুগা মাসিত তৌবতনা ভগবান মাগী (কৃষ্ণ) পেন্নবান হায়না থন্নুনা থুংশিবা-থাজবা আকবা (ভক্তি) গা লোয়ননা অক্কক্ত মহে পুথ মতোন্দা কথোকতুনা লাল্গী মশক্ ওইরবা পূজাকর্ম্ম আস তৌ। মাহুবু ভগবান্ মহাক্না, সেবা পূজাগী পোশক্ ওইনা মাম্না হন্নাউনা থুংশিনা লৌবগনি। মাসিনি ক্ষত্রিয় নংগী ভগবান্গী সেবা পূজা হায়ববু ॥২১॥

অস্নুম দেবতা অতেগী, ইডাৎপূজান কংলবা মহেন্দো।
মাহুস্থ ঐনা শেম্বান, ঐতন পীব মহেনি মাদো ॥২২॥

মপুংগী ভাব ঃ— মচীন অনী লোঙদবা ভাক্তগা লোয়ননা, মহে চাব চাদবগী রাখল্ থোইনা তৌরুদনা ইন্দ্র বরুণনাচংবা দেবতা অতেগী পূজাবুস্থ পূক্নীং চপ্, জেপ্প তৌরবদি, মাহুদা কংলরা লেঙত্রব মহেচস্থ ভগবান (কৃষ্ণনা) পীবমক্তনি—ইন্দ্রবরুণনচিংবনা পীবা অমতা নত্তে। মরম্দি ইন্দ্র বরুণনাচংবা দেবতা অক্তেনা পীবা মহোদ আনত্য ওইবা, অদুগা মতম্ থরদংগী দমক্ত ভোগ তৌনিংঙাই ওইবা ঙাক্তান — কাম্নদবান। অহুনা অর্জ্জুন। নিত্য (অরেম্ন) ওইবা মহে কংননবা লাল্গী মশক্ ওইরবা, ক্ষত্রিয়গী কুম্নোম্দা লৈরবা জীব নংগী হন্দকী মপোকী নথো অসি, আনত্য ওইবা মহেঅম পাম্দনা তৌ ॥২২॥

মহে পাম্দনা মহেন্দ্র পী ভম্না, দেবতা অত্তেবু পূজা তৌবনা।
মহে—দেবতাহুবু কংাঙ মানা, ঐবু পাম্বনা ঐবু কভিঙ মানা ॥২৩॥

মপুংগী ভাব ঃ— তোঙাল তোঙানবা, লম্ন্যুনচিংবা মহেবু কংনিংব, মীশিংনা লল্ বিত্তা-নচিংবা মহেবু দেবতাশিংসতনা পীওম্মি অস্নুম্ হায়না থন্নুনা দেবতা অহুতবু ভক্তিগা লোয়ননা [illegible] পূজা তৌরবদি, মহে অহুম্না, কংগবি, অহুদা, কংলিবা মহে অহু অনিত্যমক্ত ওইগান।

অব্যক্তং ব্যক্তিমাপন্নং মন্যন্তে মামবুদ্ধয়ঃ। পরং ভাবমজানন্তো মমাব্যয়মনুত্তমম্ ॥২৪॥
নাহং প্রকাশঃ সর্ব্বস্য যোগমায়াসমাবৃতঃ। মূঢ়োঽয়ং নাভিজানাতি লোকো মামজমব্যয়ম্ ॥২৫॥
বেদাহং সমতীতানি বর্ত্তমানানি চার্জ্জুন। ভবিষ্যাণি চ ভূতানি মান্তু বেদ ন কশ্চন ॥২৬॥

---

মহৈ কংব কংদবগী থোইনা রাখল্ বিচার তৌরুদনা মথৌনি হায়না খন্নুনা তৌরবদি, জেত্রুব লহ্নগী মশক্ ওইরবা [illegible]ব কংবা ওন্নি। সনা লুপা নীঙবনা সনালুপা কংভি, ঐবু নীঙবনা ঐবু কংভি। অদুনা অর্জ্জুন! ভীষ্ম দ্রোণনচিংববু হাৎপগী, সিংহাসন — রাজ্যনচিংবসু কংবা কংদবগী রাখল্ তৌরুদনা লালগী মশক ওইরবা নখো অসি তৌ। তাইবংমী নহাকী নখোপুম্বা চুম্ব ভৌবা তারবদা লাল্গী মশক্মক ওইবনি, হৌনশানি ॥২৩॥

ইন্দ্রিয়শিংনা কংব-শোকতম্দবা, ঐবু মুম্ব খঙদবা-'পঙবনা
মপান্গী ঈশক্পু উরগা, ঈশক-ইমিং নাইবনি খল্লি ॥২৪॥

মনুংগী ভাব ঃ— জগত্ত লৈব অয়াম্ব পঙ্লথা, গুম্হৎলবমক্তনি। উরু উরুরিবা পোৎ অদুগী মঙং মমিং মশক্ অদু অরেপ্পনি হায়না খল্লি। উরিব পোৎ অদুগী মশাদা উরিব শক মিংনচিংবা অদুদি মপান্গী ইন্দ্রিয়শিং অসিনা শোকপ কংবয়াব পোৎশক্তি অমতম্ব য়াওদে। মপান্দা উরিবা পোৎশকশিং অসিগুম্বা, ঐবুস্থ অপঙব মখোয়না ঈশক ঈমিং নাইবনি খল্লি। অদুনা অর্জ্জুন! নহাকম্ব পঙবনা মপান্দা উরিবা পঞ্চভূতকী মতুম্ (মাংসপিণ্ড) অমমম্সিবু থাজৈশেংবা ভীষ্মদ্রোণনি হায়ন খল্লি ॥২৪॥

তিন্নব-মায়ান কুপ্পুনা লৈবনা, কনাগী থম্মোয়দা ঐহাক্
অরেপ্প ঈশক পুহ্না লৈতে, পোক্পশিব লৈতবনি খঙদে 'হুনা ॥২৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—মতম্লৈবখিবিক্ত, যোগমায়ানা কুপ্পুনা লৈবনা, আত্মানা কনাগী থম্মোয়দস্থ অরেপ্প অকক্লবা মশক্ মঙং পুহ্না খক্ লৈতে—ভাব্দে অদুমক্তনা আত্মা হায়বসি পোকপশিব নাইদবনি হায়ব খঙদে। হায়বদি ঃ—পোকপশিব লৈতবা আত্মাগী মশক কনাস্থ খঙবা য়াওদে। অদুনা, মপানগী পোকপশিব নাইরিবা,—হকচাং অসিবু আত্মানি হায়দুনা অদুম্, মঙোনয়ে। মঙোন্দা মশক মমিংস্থ খোন্জিল্লে। শকমিংদুদি আত্মাগীস্থ নত্তে হকচাংগীস্থ নত্তে। অদুনা, অর্জ্জুন! থাজেশেংব পোকপশিব লৈতবা, আত্মাবু মপান্গী ভীষ্মসিনি, দ্রোণসিনি হায়না খন্নুনা, মখোয়বু হাৎকনি মখোয় শিখিগনি খন্নুন, নখৌ থাদোকপা তৌগস্থ ॥২৫॥

হৌরব ওইরিব-ওইগদবা, লোইনা উরবা ঐহাকনি।
অসিগুম্ব ঐবু কনানস্থ, খঙদ্রবা অর্জ্জুন! পঙবনি ॥২৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—যোগমায়ানা কুপ্পুনা লৈবনা, তুং মাং লোইনা উয় খঙলবা আত্মাবু কনানস্থ খঙবা ঙম্‌দে। হায়বদি, যোগমায়াগী কুয়োমদগী হেক লাঙ্গোকখিবদা জীবপুম্বসি ভূত

*টীকা—"যোগমায়া" হায়বদি মপান্ম কায়খবনি-তিন্নবনি হায়না উহনুনবগী শক্তি অদুমুনি।

ইচ্ছাদ্বেষসমুত্থেন দ্বন্দ্বমোহেন ভারত। সর্ব্বভূতানি সম্মোহং সর্গে যান্তি পরন্তপ॥২৭॥
যেষামন্তগতং পাপং জনানাং পুণ্যকর্ম্মণাম্। তে দ্বন্দ্বমোহনির্ম্মুক্তা ভজন্তে মাং দৃঢ়ব্রতাঃ॥২৮॥
জরামরণমোক্ষায় মামাশ্রিত্য যতন্তি যে। তে ব্রহ্ম তদ্বিদুঃ কৃৎস্নমধ্যাত্মং কর্ম্ম চাখিলম্॥২৯॥

---

ভবিষ্যৎবর্ত্তমান লোইন উগখঙগদবনি। অহুনা অর্জ্জুন। নহাকম্ [illegible] অর্জ্জুননি, অসিনা ভীষ্মনি-দ্রোণনি হায়বগী যোগমায়ানা কুপখিহুনা, আম্মা মশামক [illegible] কুয়োমদ লৈহুনা ভূতভবিষ্যবর্ত্তমান উবখঙবনি হায়বা খঙজদ্রে। অহুনা অর্জ্জুনসিনা করিনো, ভীষ্মসিনা করিনো, হায়বহু করিমত খঙজদ্রে॥২৬॥

জীবনা কুয়োম্‌দা চঙঙকপহুদগী, পাপ্ন-পাম্‌দব অনীদগী পোকৃপা
"অনী" গী রাখল্দ গুম্‌হৎখিহুনা, পুন্‌শিচুপ্প পঙ্‌খহুনা লৈ॥২৭॥

মনুংগী ভাব :—জীব হায়বসিনা হকচাংগী মশক ওইরবা কুয়োম্‌দা চঙহুনা হেক্ পোক্রকপদগী "অপাপ্প-পাম্‌দবা" হায়ব অনীসিদগী পোকৃপা—ঐগী-মাগী, অসিনি-অসিনি—হায়বা আসনচিংব অনীথোকৃপা রাখল্ অসিদা শিদ্রিকাওব হায়বদি হকচাং অসিদা লৈরি কাওবা গুম্‌হত্‌নুনা লে। গুম্‌হত্‌নুনা লৈবনা ভূম্বগা পাংখক ওইবনা মনাক্ত কত্রব, মহু কল্লবা লিল্‌গুম বিষয়না চঙলক্রবম্ খঙদ্রে। অহুনা অর্জ্জুন। নহাকম্ ঐনি-ভীষ্মনি অসিনচিংবা অনীথোকপা রাখল অসি থাদোক্তুনা লালগীদমক্ত লাল চ্রৌ। অহু ওইরবদি রাখল অনী থোকৃদ্রেদে॥২৭॥

'সিগুম্ন অকব রাখল্ল দোষ 'কাক্লবা, চিংনব লৈত্রব-মথোদ চেৎপা
ব্রত কল্লব মখোয়তনা, ঐবু নীঙিঙ-কি-নুংশি॥২৮॥

মনুংগী ভাব :—অকব পুণ্য চেল্লবা, রাখল হায়বদি—অপাপ্প কল্লকপা য়াওদনা মহৈ চানি-চারোই হায়বগী রাখল্দ থোইনা লুপ্প্‌দনা ঈথোসিতনা অথোইবনি হায়না খন্‌বা—হায়বনি। অসিগুম্ন রাখল্ল চিংনবা অমম্ন পুম্ন কোকৃত্রম্না মীতনা অম্নাব পুম্ন খাঙহুনা মাহুতনা ব্রত তপস্যা ওইহুনা অমত ওইবা বাসুদেব ঐবু, হাবওদি মকম্ পুম্বদা ভাল্লিবা লৈরিবা ঐবু নীঙিঙ-লাৎলি। অহুনা অর্জ্জুন। ঐবু খন্নুনা হায়বদি, ঐনা হায়রিবাসত খন্নুনা, লাল্ চৌ॥২৮॥

ঐগোন্দ চঙহুনা অচুম্ন ক'নিংবা, পোকৃপ-শিবদগী লাম্নীঙ্‌বা,
মখোয়তনা ব্রহ্মবু আত্মাবু, কর্ম্মবু মমুত্তানা খঙঙশি॥২৯॥

মনুংগী ভাব :—পোকৃপশিবগী মশক ওইরবা লাংদগী অরান্‌ব খুভমবু কংনিংবশিনা, অমত ওইবা ঐগোন্দ আশ্রয় লৌরগা জীবগী, ব্রহ্মগী অহুগা মহৈ চাব খন্দনা মথৌ তৌবগী (নিষ্কামকর্ম) তত্ত্বু মুম্ন খঙবা ঙশি। অহুনা, অর্জ্জুন। —ক্ষত্রিয় ওইনা আকৃপা জীব নহাকৃম্ন নহাকী নথৌ মুম্ন খন্নুনা নথৌ তৌ॥২৯॥

সাধিভূতাধিদৈবং মাং সাধিযজ্ঞঞ্চ যে বিদুঃ । প্রয়াণকালেঽপি চ মাং তে বিদুর্যুক্তচেতসঃ ॥৩০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভগবদ্গীতাপর্ব্বণি একত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

গীতাস্থ সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

হকচাং-জীব-কর্ম্মবু মসুত্মন খঙলবা, মথৌ খাদোক্তব জীব মাতল্না,
হকচাংবু থাম্মদাই মতম্ কাওবা, ঐবু নীঙিঙ চনীঙতান্না ॥৩০॥

মপুংগী ভাব :—মথৌ তৌরকপা মতম্দা, হায়প্রিবা মাথলশিং অমিনা ময়ম্ ওইহনা, হকচাংগী জীবগী, যজ্ঞগী মশক ওইরবা নিষ্কাম কর্ম্মগী তত্ত্ববু খঙনা পুন্শি চুম্না থবক তৌরিব-শূম্রিবা মখোয়তনা শিমদ্দাই ( অন্তকাল ) য়ৌম্ম কাওবদা ঐবু কাউদে, নীঙিঙ ॥৩০॥

মকম্ অসিদা শ্লোকশিশিং চাম্না সংহিতা ওইবা, শ্রীব্যাসনা শেংবা মহাভারতদা ভীষ্মপর্ব্বগী মপুংদা গীতাপর্ব্বগী কুন্থমাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

ভগবদ্গীতাগী তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

(গীতা পর্ব্ব)

## অষ্টমোঽধ্যায়ঃ

( ভগবদ্গীতাগী নিপাকণ্ডবা অধ্যায় )

### অর্জ্জুন উবাচ

কিং তদ্ব্রহ্ম কিমধ্যাত্মং কিং কর্ম্ম পুরুষোত্তম।। অধিভূতঞ্চ কিং প্রোক্তমধিদৈবং কিমুচ্যতে ॥১॥
অধিযজ্ঞঃ কথং কোঽত্র দেহেঽস্মিন্ মধুসূদন।। প্রয়াণকালে চ কথং জ্ঞেয়োঽসি নিয়তাত্মভিঃ।।

### শ্রীভগবানুবাচ ।

অক্ষরং পরমং ব্রহ্ম স্বভাবোঽধ্যাত্মমুচ্যতে। ভূতভাবোদ্ভবকরো বিসর্গঃ কর্ম্মসংজ্ঞিতঃ ।৩।

অধ্যাত্ম-ব্রহ্ম হায়বন করিনো, অধিভূতনা করিনো কর্ম্ম হায়বনা
তাক্পিয়ু নিপা অথোইবা।, করিনো অধিদৈব হায়বনা ॥১॥

মনুংগী ভাব :— (১) অমত্ত ওইবা, মকম্ পুম্বদা শীন্থুংনা লৈবা, মহাক্পু ব্রহ্মনি হায়রবদি মাদু "আকাশ" বুরা ? (২) আত্মাবু পুরিবা কোল্লিব। মাবু "আধ্যাত্ম" নি হায়রবদি ইন্দ্রিয়শিং অমদি মৈ-ঈশিং-লুংশিং-আকাশ-লৈপাক মণ্ডা অসিগী তন্মাত্রা (পরমাণু) মওা অসিবুরা ? (৩) "কর্ম্ম" গী অর্থনা "থবক" হায়রবদি লৌকিক কর্ম্মবুরা বৈদিক কর্ম্মবুরা নত্রগা অনীমকপুরা ? (৪) মৈ ঈশিংনচিংবগী ব্যাপারশিং অসিবু "অধিভূত" নি হায়রবদি নোংলুংশিং মুহ্‌রাবনচিংবা ব্যাপারশিং অসিবুরা অধিভূত হায়ববো ? লাইনা তৌরক্পা থবক্ মথৈ অধিদৈব কৌরবদি বজ্রতাব নচিংবা অসিবুরা "অধিদৈব হায়রবো ?—অসুম হাযনা অর্জ্জুননা হংবনি ॥১॥

হকচাং-মুংদা করিনো অধিযজ্ঞনা, থঙ্গনি মাদুবু করম্ হায়না।
জীবগদেহগা কায়নমদাইদা, থঙ্গনি নংবু করম্ হায়না ॥২॥

মনুংগী ভাব :—উরিবা হকচাংসিগী মনুংদা অধিযজ্ঞনা করম্ লৈ ? মাদুবু হকচাংসিগা লৈনা লৈনা জীবনা করম্ থঙ্গনি ? ইন্দ্রিয়শিংগী শক্তিনা কায়রিমক্তদমু থঙমজ্রব: মহাকপু ইন্দ্রিয়গী শক্তিশিংনা লোম্বক্রবা অতুগী মতমদা করমনু থঙ্গদৌরিবা ?—অমুম অর্জ্জুননা হংবনি ॥২॥

কৃষ্ণনা হায় :—

ক্ষোংব-মাঙবা লৈতবনা ব্রহ্মনি, মেহৎ লৈরগা জীবনি মাদা।
লোরকম্ জীবগ অধ্যাত্ম মানি, কর্ম্মনি চাওখৎনব থাজ্রোকপনা ॥৩॥

অধিভূতং ক্ষরো ভাবঃ পুরুষশ্চাধিদৈবতম্। অধিযজ্ঞোঽহমেবাত্র দেহে দেহভৃতাং বর ॥৪॥
অন্তকালে চ মামেব স্মরন্ মুক্ত্বা কলেবরম্। যঃ প্রয়াতি স মদ্ভাবং যাতি নাস্ত্যত্র সংশয়ঃ ॥৫॥
যং যং বাপি স্মরন্ ভাবং ত্যজত্যন্তে কলেবরম্। তং তমেবৈতি কৌন্তেয় সদা তদ্ভাবভাবিতঃ ॥৬॥
তস্মাৎ সর্বেষু কালেষু মামনুস্মর যুধ্য চ। ময্যর্পিতমনোবুদ্ধির্মামেবৈষ্যস্যসংশয়ঃ ॥৭॥

---

মহুংগী ভাব ঃ—করিগুম্ব অর্জুন উচিৎ পোৎ অমগী মশাদা, অত্তে শরুক্তা মশক্ মওং হোংগ্রবগ্ন, মাত্তদি মশক্ মওং মথিং হোংহনা, লেত্তদনা লৈহৌরবদি, মাহ্র ব্রহ্মগী মশক মওংনি। মহাক অহুনা পঞ্চভূতকী মহুংদা লৈরিবমথৈ জীবাত্মানি। মহাক অহুনা অমুক অচঞ্চল পুম্বগী পোৎকম্ ওইনা লৈরগা-উহল্লগা অধ্যাত্ম কৌই। জীবাত্মা মহাক্তা মশাগী চাওখৎনব। হায়বদি ব্রহ্মরোমদা ওন্‌শিল্লকবা "থাদোক্পা" হায়ব থবক অহু তৌরবদি, মাহ্রনি মাগী কর্ম্ম হায়ববু ॥৩॥

পোকপ শিব নাইবনা অধিভূতনি, অধিদৈব হায়বনা ব্রহ্মা মহাক্নি
কর্ম্মগী থৌবুনা অধিযজ্ঞান, দেহ পুম্বদা ভত্তুনা লৈবনি ॥৪॥

মহুংগী ভাব ঃ—জীব পানব পুম্বগী আশ্রয়গী মশক ওইনা লৈবনা অধিভূত কৌই। জীবগী আশ্রয় হায়বদি মৈ ঈশিংনচিংব পঞ্চভূত অসিবুনি। অমুক্ মায়সিগী অহানবা অশেম্ব ওইনা লৈবনা অধিদৈব কৌই। মহাকপু ব্রহ্মা হায়বগা খৌনৈ। যজ্ঞগী, হায়বদি নিষ্কাম কর্ম্মগী মহৈ শীবা ওইবনা ঐনা অধিযজ্ঞনি। অধিযজ্ঞ ওইবা ঐনা থরাই পুম্বগী দেহদা অন্তর্যামী ওইদুনা লৈ ॥৪॥

অরোইব সুমিত্ত ঐবু নীঙথনা, দেহ থাদোক্লগা জীবনা
ঐগা তিন্নবৈ অমত ওইখি, চিংনবা তৌগনু অকন্‌বা ॥৫॥

মহুংগী ভাব ঃ—মশাগী অমদি অতোপ্পগী দেহতবু থন্দুনা ইহলোককী হকচাংবু থাদোকপা জীব অহুদি পঞ্চভূতনা শাব হকচাং অমদ অহুম্ মচতিঙ। চত্তবু চঙঙ্‌রবদি পোকপ শিবগী লাংদ অহুম্ মথুকরে। অহনা, মপান্‌গী দেহবু নীঙশিংদনা মপান্‌গী দেহদা লৈতবা ঐবু অন্ত-কালদা নীঙশিংদুনা দেহবু থাদোক্লুনা চৎগ্রবা জীবাত্মা অহুদি, ঐঙোন্দা অহুম্ তিন্নরে। জ্ঞান বিজ্ঞান অনীনা সিদ্ধ তৌরবা রাশম্ অসিদা কন্নিমত্ত চিংনবা তৌদনা ঐঙোন্দা তিন্নবা নথৌবু নিষ্কাম বুদ্ধিনা পাঙথোকউ ॥৫॥

অহুম্ অহুম্ব মওংদা থন্দুনা, দেহবু থাদোকখিব জীবনা
অহুম্ অহুম্ব মওংদা চত্তখি, হয়েংমুক্তী মপোক্তা অহাক্লা ॥৬॥

মহুংগী ভাব ঃ—জীবগী মপান্‌গী কুম্নোম্‌গী মশক্ ওইরবা হয়েংমুক্তী দেহদি জীব মশামা অন্তকালদা অহুম্ শেম্‌জবনি। অহুনা ঐবু থন্দুনত্ত চৎগ্রবা জীব অহুদি হায়বদি দেহসিবু থাদোকগ্রবা জীব অহুদি ঐগী মওং অহুম্ মকংলে। অহুনা অশেংব ঐগী মওংদি কংনবা ভানবা অন্তকাল কাওবা ঐবু থন্দুনা মথৌ তৌ। ভীষ্ম-দ্রোণ লম্ব্‌ম্ সিংহাসননচিংবা কন্নিমত্ত থন্‌গন্ম ॥৬॥

সর্ব্বদ্বারাণি সংযম্য মনো হৃদি নিরুধ্য চ। মূর্দ্ধ্ন্যাধায়াত্মনঃ প্রাণমাস্থিতো যোগধারণাম্ ॥১২॥
ওমিত্যেকাক্ষরং ব্রহ্ম ব্যাহরন্ মামনুস্মরন্। যঃ প্রয়াতি ত্যজন্ দেহং স যাতি পরমাং গতিম্ ॥১৩॥
( যুগ্মকম্ )

অনন্যচেতাঃ সততং যো মাং স্মরতি নিত্যশঃ। তস্যাহং সুলভঃ পার্থ ! নিত্যযুক্তস্য যোগিনঃ ॥১৪॥
মামুপেত্য পুনর্জন্ম দুঃখালয়মশাশ্বতম্। নাপ্নুবন্তি মহাত্মানঃ সংসিদ্ধিং পরমাং গতাঃ ॥১৫॥

---

মঙ্গুংগী ভাব ঃ—বেদ-উপনিষদ্-ন্যায়দর্শণনচিংবনা, মহাক্কী মরম্দা হৌজিক কাওব নৈনরিবা মকংলগে হায়না হোৎনরিবা, ইন্দ্রিয়খুদুম্ চন্বশিংনদি কংনরিবা, মাগী থাঙ্গৈশংবা মওং অসিত মখণ্ডলগে হাযদ্রনা ব্রহ্মচারীশিংনা ব্রহ্মচর্য্যাশ্রমদা বিদ্যা তম্নবিবা অদুগুম্বা মহাক্কী মরম্দা অমাদ মহাক্পু কংননবা উপায অহ্ ঐ হায়গে—তাও অর্জ্জুন। মাঙ্গ তারগ চিংনবা লৈত্তনা নথৌ তৌ ॥১১॥

ইন্দ্রিযগী থোঙপূম্ব থিংদ্রনা, থম্মোয়দ পুক্নীংবু হাপ্তুনা
ব্রহ্মরন্ধ্রদা নুংশাস্বরবু, যোগসাধননা লেঙদন থম্দ্রনা ॥১২॥
ঐবু নীঙন হন্ন-হন্ন, ওঁবু তত্তনা শোন্দুনা
হকচাংসিবু থাদ্রনা চৎপ্রবা, অথোইব খুভম্ ফঙিঙ জীবনা ॥১৩॥

মঙ্গুংগী ভাব ঃ—মপান্গী করিগুম্ব ইন্দ্রিয় অমতনা করিগুম্ব বিষয অমত লৌদনা, পুক্নীংনস্থ মপান্গী করিগুম্ব বিষয অমত খন্দনা, সুষুম্না কৌবা শিংলিদা নুংশাস্বরবু ব্রহ্মরন্ধ্র তাম্ন পুখতুনা মাদদা লেপ্দনা থম্থদা, পুক্নীংবু, মফম্পুম্বদা শীম্থুংনা লৈবা ব্রহ্মদা হাপ্তুনা, ঐবুত নীঙত্রনা উচুন প্রণব ( ওঁ ) বু জপ তৌবা অদুগুম্বশিংতনা অথোইবা অরান্ব খুভম্ব কংব ঙম্মি ॥১২-১৩॥

অতৈ অমবু খন্দন ঐবুত নীঙদ্রনা, মতম্ পুম্বদ মথৌ তৌবিবা
মহাক্নন ঐবু ফঙম্মি লায়ন, ঐগোন্দ পুক্নীং চঙব যোগীনা ॥১৪॥

মঙ্গুংগী ভাব ঃ—তৌক তৌকব বিষয খিবিক্তা "ঐনা তৌবিবনি", 'খবক অসিবু তৌরিবনি" "থবক্ আসগীদমক্তনি" "মহৈ অসি কংনবনি"—অসিনচিংবা অমত খন্দনা,—ঐবুত খন্দুনা মথৌ তৌরিবা মীশিং অদুতনা ঐবু লাযনা কংব ঙম্মি। অসি নত্তবা অতৈনদি কম্ন হোৎনরবস্থ হায়বদি সন্ন্যাস-ব্রত-তপস্যানচি বা তৌরবস্থ মথোয়না ঐবু য়াম্ন ন্নান ফংডি—কংদবনা নাস্থি ॥১৪॥

অস্তুম্ন ঐবু ফংলব মীদুদি অরাব-লেপ্‌ত্রব পুন্‌শি পীগন্‌বা
তাইবং মপোক্ত অমুক্ চঙ্ঙূদ্রে, অরানব খুভম্ ফঙিঙ মানা ॥১৫॥

মঙ্গুংগী ভাব ঃ—মথৌ তৌরবস্থ, মহৈ পাম্দন তৌরবস্থ, ঐবু খন্দনা তৌরবদি, ঐবু ফংলবস্থ মতম্ কুইনা ঐগা লৈমিন্নদে, পোকপশিবগী সংসারদা অমুক চঙ্ঙকই। অস্তুম্ তৌদনা ঐবুত খন্দুনা, মহৈ পাম্দনা তৌরবদি, ঐগা মাগা অমত ওইদুনা পোকপশিবগী সংসারদা অমুক চঙ্ঙকপ তৌদনা—অরান্বা খুভম্ লায়না ফঙিঙ ॥১৫॥

আব্রহ্মভুবনাল্লোকাঃ পুনরাবর্ত্তিনোঽর্জ্জুন। মামুপেত্য তু কৌন্তেয়! পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে ॥১৬॥
সহস্রযুগপর্য্যন্তমহর্যদ্ব্রহ্মণো বিদুঃ। রাত্রিং যুগসহস্রান্তাং তেঽহোরাত্রবিদো জনাঃ ॥১৭॥
অব্যক্তাদ্ব্যক্তয়ঃ সর্বাঃ প্রভবন্ত্যহরাগমে। রাত্র্যাগমে প্রলীয়ন্তে তত্রৈবাব্যক্তসংজ্ঞকে ॥১৮॥
ভূতগ্রামঃ স এবায়ং ভূত্বা ভূত্বা প্রলীয়তে। রাত্র্যাগমেঽবশঃ পার্থ! প্রভবত্যহরাগমে ॥১৯॥

---

মহৈপাম্বনা যজ্ঞদাননা, ব্রহ্মলোকস্বর্গ কংহুনম্ম,
মহাক্ অমুক্ পোক্লেসিদা, ঐবু কংশ্রবনদি পোক্লগ্রে ॥১৬॥

মনুংগী ভাব :—মহৈ পাম্নবু তৌরবদি যজ্ঞদানচিংবা তৌহুনম্মু, মহাক অদু অমুক পোক্লরে। পোকপু পোক্লবদি অমুক শিরে। মহৈ পাম্দনা ঐবুত খন্দুনা ঐবু কংলবা ভুংদদি অমুক হন্ন পোক্লগ্রে। পোক্লগ্রবনিনা শিম্ম শিগ্রে। পোকপশিব লৈত্রবা শিদবা অদু ওইহুনা ব্রহ্মাগা অমত ওইখি ॥১৬॥

চহীলিশিং অমনা, ব্রহ্মাগী অয়ুক নুংথিল ওই।
লিশিং'মন অহিং শাই, অহিংনুংথিল্ খঙবনা অস্তম্ হায ॥১৭॥

মনুংগী ভাব :—চহী লিশিংচুপ্প দানধর্ম্মনচিংবা সৎকর্ম্ম তৌকরবস্ম মহাক অদু ব্রহ্মালোক্ত অহিংনুংথিল্ অমত মরৈকই। অদুগা অহিংদদি লৈকগ্রে। মরম্দি ব্রহ্মাগী অহিং হায়ববু প্রলয়বুনি। মরম্ অদুনা মহৈ পাম্হুনা দানধর্ম্মযজ্ঞনচিংবা তৌবশিং অদুস্মু ব্রহ্মালোকতগী অমুক, মাগী পুণ্যকর্ম্মগী মহৈ অদু চাবা চাব লোইরগা মর্ত্ত্যলোকত তারলক্ই ॥১৭॥

ব্রহ্মানা হৌবিঙৈ অয়ুক নুংথিন্দ, জগৎকী জীব পুম্ব পোকই-লৈ।
ব্রহ্মানা তুম্থবা অহিংদা জীব পুম্বা মঙোন্দ পুল্লি ॥১৮॥

মনুংগী ভাব :—ব্রহ্মাগী অহিং মু'খিন্না তত্তনা ওইরিব চৎলিব অসিগুম্না জীব পুম্বগী পোকপ শিব হায়বদি, লৈব লৈখিদব হায়বহুস্মু সৃষ্টিগী মতম্দগী ওইরক্লি। অদুনা, অর্জ্জুন। অতৎ অথম্ লৈতনা লৈহুনা লৈরিবা ভীষ্ম দ্রোণ হায়ন কৌবশিং অসিগী, পোকপ শিব, উব-উদবগী মরম্দা থোইনা বিচার তৌকদনা, মহৈ পাম্দন, লালগী মশক ওইরবা পুন্শিগী নখো তৌ ॥১৮॥

তৌরকপ কর্ম্মগী মথা পোন্দুনা, অচচ্চত্ত জীব পুম্বনা।
ব্রহ্মাগী অয়ুক নুংথিন্দা পোকই, অহিংদ লুপ্লি চম হন্না ॥১৯॥

মনুংগী ভাব :—জীবাত্মানা, অহান্ অহানব মপোক্ত তৌরক তৌরকপা কর্ম্মশিং অদুগী মহৈনা তোঙাল তোঙানব মওং মমিংগী চক্চাংদ চঙ্-চঙ্হুনা, ব্রহ্মাগী দিবাভাগত পোকপ শিব উব-উদবগী মওংদা তারৈ। ব্রহ্মাগী রাত্রি ভাগত, পোকপশিব উব-উদবগী থবক্ অদু হেক হেক লেপ্লি। হায়বদি, জগৎকী সৃষ্টি-প্রলয অনীমক ব্রহ্মাগী অহিং নুংথিল্ অনীমক্ত ওইবনি ॥১৯॥

পরস্তস্মাত্তু ভাবোঽন্যোঽব্যক্তোঽব্যক্তাৎ সনাতনঃ । যঃ স সর্ব্বেষু ভূতেষু নশ্যৎসু ন বিনশ্যতি ॥২০॥
অব্যক্তোঽক্ষর ইত্যুক্তস্তমাহুঃ পরমাং গতিম্ । যং প্রাপ্য ন নিবর্ত্তন্তে তদ্ধাম পরমং মম ॥২১॥
পুরুষঃ স পরঃ পার্থ ! ভক্ত্যা লভ্যস্ত্বনন্যয়া ! যস্যান্তঃস্থানি ভূতানি যেন সর্ব্বমিদং ততম্ ॥২২॥
যত্র কালে ত্বনাবৃত্তিমাবৃত্তিঞ্চৈব যোগিন । প্রযাতা যান্তি তং কালং বক্ষ্যামি ভরতর্ষভ ! ॥২৩॥

---

ব্রহ্মাদগী তোঙানবা ইন্দ্রিয়ন লায় কংদবা, ব্রহ্ম কৌব মহাক্ত ।
জীবশিংসিগী পোকপদা যাওদে, শিবদস্থ যাওদে, লেওদন লৈ ॥২০॥

মনুংগী ভাব ঃ—ব্রহ্মাগী অহিং নুংথিলগী কর্ম্মগী চক্র অসিদা যাওদনা, ব্রহ্ম হাযবা পদার্থ (পোশক) অম লৈবি । মহাক্তনা, জীব হায়ন কৌব শায়োন্ অম পুথোক্তনা অমুমুক মশক উব উদব নাইবা দেহশিংদ চোংপোক চোংশিন্ তৌদুনা শায়ে । অদুগুম্ব ব্রহ্ম মাগী রাথন্দা লেপ্তুনা পোকপ শিবগী অকিবগী অমদি চিংনবগী লাংদগী নম্থোক্তুনা, তাইবং মীনা মাগী মাগী মথৌ তৌগদবনি ॥২০॥

মাঙবা হন্দব লৈতবা, লেওদববু ব্রহ্মনি বেদনা হায ।
জীবগী অরোইবা থুংকম্নি, মাবু কংলবদি হল্লক্তে হায ॥২১॥

মনুংগী ভাব ঃ—উরিবা জগৎ অসিগী মনুংদা হন্দব-রাৎপা লৈতবা, অমাঙবা হোংবা লৈতবা পোৎশক অদু ব্রহ্মনি হাযনা বেদনা হায় । মপোক মপোক্ত তৌরকপা কর্ম্মনা অমুম্ অমুম্ চাওখৎলক্তুনা জীবাত্মাগী অরোইবা থুংনকমদি ব্রহ্ম মহাক্তা ওই । মডোন্দা য়োরবা, হাযবদি, মাগ অমত ওইমিন্নথ্রবা তুংদা, জীবনা করিগুম্ব দেহদ চঙঙক্তুনা, পোকপ শিবগী সংসারদ অমুক্ হল্লক্তে । জীবনা মকম্ অদুদা নির্ব্বাণ ওই । সংসারগী কর্ম্মদগী থকথি । অদুনা অর্জ্জুন । নংগী হন্দকমুক্তী মপোক্তী কর্ম্ম অসিনা, ব্রহ্ম মাবু ক ননবা লালগী মশক ওইব নথৌ তৌ ॥২১॥

লেওত্রবা ভক্তিতনা ব্রহ্ম অদুবু, কংবা ওস্নি মীওইবনা ।
জগৎ পুম্বা মডোন্দ লৈ, জগৎপুম্বদা লৈ শীন্থুংনা ॥২২॥

মনুংগী ভাব ঃ-পরমাত্মা ওইবা ব্রহ্ম মহাকপু ভক্তিগা লোয়নননা হায়বদি, অকিবা নুংশিব থাজবগা লোয়না নীওদুনা, হন্দক্তী মপোক্তী মথৌবু মহৈ পামদনা ভৌবা মী অদুতন ব্রহ্মগী পদবীবু লাযনা কংবা ওস্নি । অদুনা অর্জ্জুন ! অদুগুম্ব পরমাত্মাবু ভক্তিগা লোযননা নীওদুনা লালগী মশক ওইরবা নথৌ তৌ । ভীষ্ম দ্রোণ সিংহাসননচিংববু থন্দুনা তৌগদ্ধু, ব্রহ্ম কর্ম্ম হায়ববু অদুনি ॥২২॥

অদুগুম্ব মতমদা যোগীশিংনা, হকচাংবু থাদুনা লংথোকথিবা ।
মতম্ অদুগুম্ব নডোন্দ হায়গে, মুম্ব তারো নং অকনবা ॥২৩॥

অগ্নির্জ্যোতিরহঃ শুক্ল. ষণ্মাসা উত্তরায়ণম্। তত্র প্রয়াতা গচ্ছন্তি ব্রহ্ম ব্রহ্মবিদো জনাঃ ॥২৪॥
ধূমো রাত্রিস্তথা কৃষ্ণঃ ষণ্মাসা দক্ষিণায়নম্। তত্র চান্দ্রমসং জ্যোতির্যোগী প্রাপ্য নিবর্ত্ততে ॥২৫॥
শুক্লকৃষ্ণে গতী হ্যেতে জগতঃ শাশ্বতে মতে। একয়া যাত্যনাবৃত্তিমন্যয়াবর্ত্ততে পুনঃ ॥২৬॥
নৈতে সৃতী পার্থ! জানন্ যোগী মুহ্যতি কশ্চন। তস্মাৎ সর্ব্বেষু কালেষু যোগযুক্তো ভবার্জ্জুন। ॥২৭॥

মনুংগী ভাবঃ—কর্ম্ম যোগী অমদি ধ্যানযোগীশিংনা মপান্গী পঞ্চভূতকী হকচাং অসিবু থাদোক্লম্লগা ব্রহ্ম পদবীগুবু কংখিব অত্তগুম্ব মতম্—খুদম্‌গ্‌, অর্জ্জুন! ঐ নওান্দ হাযগে ॥২৩॥

মক্তু বা মৈ-নুমিৎ-নুংথিল্লা, দেওদগী জীববু উত্তরাযণনা
মথং মথং পুখিবা মহাক্তি, দেবযানদা চৎখ হল্লক্তু মানা ॥২৪॥

মনুংগী ভাবঃ—জীবনা চৎখিবসি—দেবযান হায়বা অমগা, পিতৃযান হাযবা অমগা অনীনি। মৈরিঙ্কংনা চাক্লবা, নুমিৎকী মঙাল্লা তশেংনা খোকপা, শুক্লপক্ষসু ওইবা নুমিৎনা উত্তরাযণদা শৈবা মতম্ অত্তদা, হকচাং থাদোক্লমত্তনা চৎখিব জীব অত্তদি "দেবযান" হাযবা লম্বী অদোমদা চৎখ। মাত্তদা চৎখিবা জীবদি অমুক্ হল্লক্ত্রে, দেবলোক যোখ ॥২৪॥

মৈথু-অতিং কৃষ্ণপক্ষগী, পুব লাইনা কৃষ্ণপক্ষদা
পুখব জীবদি দক্ষিণায়নদা, লাকই ওল্ল সংসারদা ॥২৫॥

মনুংগী ভাবঃ—মৈথু খোকপা অমম্বা অতিং, শিথবকপ পক্ষ, দক্ষিণাযন ওইবা মতমদা হকচাবু থাদোক্তুনা চৎখিবা জীবদি সংসারদা অমুক শোযদনা লাকই। মহাক্লা চৎখিবা লম্বীদু পিতৃযান কৌই। অতুনা পিতৃযানগা দেবযানগা খল্লবদি দবযানদা চৎখিবনা হল্লকত্রে। পিতৃযানদ চৎখিবদি অমুক লাকই। অতুনা অর্জ্জুন। জীব নংনা দেবযান মার্গদা চৎখিনবা হাযারব রাখন্সিদা নথো তো ॥২৫॥

পান্খৎপ শিথব পক্ষ অনীনি, লঙদ্রব লম্বী অনীনি হাযনৈ।
পান্খৎপ লম্বীদা চৎপন লান্খি, শিথরকপ লম্বীদা চৎপদি হল্লকই খঙনৈ ॥২৬॥

মনুংগী ভাবঃ—শুক্লপক্ষ কৃষ্ণপক্ষ হাযবা, থা অমগী মনুংদা পক্ষ অনীনি। অনী অসি জীবনা হকচাংবু থাদোকতুনা চৎখিবনবা লম্বীনি। জীবনা চৎখিবদা অনী অসিগী মনুংদা অমদাদ মচৎখ্রে। অমনা অঙানবা লম্বীন, অমনা অমুম্ মমথবকপা লম্বীন। অঙানবা লম্বীদা চৎখ্রবদি অরান্ব খুঙম্ কখিত্তনা সংসারদ অমুক হল্লকত্র। মমথরকপ লম্বীদা চৎখ্রগা পোকপশিবগী সংসারদা অমুক পোক্লে ॥২৬॥

যোগীনা করিগুম্বদা শুমহৎতে, লম্বী অনীসবু খঙবনা।
হোৎনৌ কম্লা অত্তনা অর্জ্জুন! অঙানব লম্বীদা চৎখিনব নহাক্লা ॥২৭॥

বেদেষু যজ্ঞেষু তপঃসু চৈব দানেষু যৎ পুণ্যফলং প্রদিষ্টম্ ।
অত্যেতি তৎ সর্বমিদং বিদিত্বা যোগী পরং স্থানমুপৈতি চাদ্যম্ ॥২৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতাপর্বণি দ্বাত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥
গীতায়াস্তু অষ্টমোঽধ্যায়. ॥০॥

---

মমুংগী ভাব ঃ—জীবনা চৎখিনবগী লম্বী অনীসিবু মুখ্য খঙলবতুংদা কনাগুম্ব কর্ম্মযোগীনা মথৌ তৌবদা অর্জ্জুন। নংগুম্ব শুম্হৎতে, চিংনদে। অঙানবা লম্বীদা চৎথ্রবা জীব অতুদি হায়বদি অপাম্ব মিহৌবনচিংব অমম্বদগী কোক্লথ্রবা লম্বীদ চৎথ্রবা জীব অতুদি মপানূগী হকচাং অসি থাদোকতুনা চৎথ্রবা মতম্দসু শুক্লপক্ষগী লম্বীদা হাযবদি শুক্লপক্ষদা অতুম চৎখি। অমম্ব লম্বীদা চৎথ্রগা কৃষ্ণপক্ষদা চৎখি ॥২৭॥

শাস্ত্রদা হায়রিব কর্ম্ম শি সিবু, দানতপস্যা-যজ্ঞ বেদতম্বা
লম্বীনীসিবু খঙতুন তৌই, অশিংবশিংনা তাইবং লাম্নবা ॥২৮॥

মমুংগী ভাব ঃ—হাযরিব লম্বীনীসিবু মুখ্য খঙলগা, জ্ঞানীশিংনা দান তপস্যা যজ্ঞনচিংব পুণ্য কর্ম্মশিং অসিবু মহৈগী আশাপুম্বা থাদোক্তুনা, অঙানবা লম্বীদা চৎখিনবা তৌই। অতুনা, অর্জ্জুন। লালগী মশক ওইরব যজ্ঞ অসিবু অঙানবা লম্বীদা চৎন চৎনা তৌ; হাযবদি অতৈ অতোপ্প রাখল থাদোকতুনা, তৌ। অতু ওইরবদি, জীব নংনা হকচাং অসি থাদোক্লম্লগা অঙানব লম্বীদা চৎখিতুনা, ব্রহ্মদা তিন্না ভম্লুগনি ॥২৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বগী মমুংদা গীতাপর্ব্বগী কুন্থ্রানিথোইশুবা অধ্যায লোযরে ॥০॥

ভাগবদ্গীতাগী নিপালশুবা অধ্যায লোইবে।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## নবমোঽধ্যায়ঃ

( ভগবদ্গীতাগী মাপনুগুবা অধ্যায় )

—(•)—

শ্রীভগবানুবাচ।

ইদন্তু তে গুহ্যতমং প্রবক্ষ্যাম্যনসূয়বে। জ্ঞানং বিজ্ঞানসহিতং যজ্‌জ্ঞাত্বা মোক্ষ্যসেঽশুভাৎ॥ ১॥
রাজবিদ্যা রাজগুহ্যং পবিত্রমিদমুত্তমম্। প্রত্যক্ষাবগমং ধর্ম্ম্যং সুসুখং কর্ত্তুমব্যয়ম্॥ ২॥
অশ্রদ্দধানাঃ পুরুষা ধর্ম্মস্যাস্য পরন্তপ। অপ্রাপ্য মাং নিবর্ত্তন্তে মৃত্যুসংসারবর্ত্মনি॥ ৩॥

---

কল্লক-মিহৌ য়াওহ্রবা, অর্জ্জুন নংগী নকমৃদা,
বিজ্ঞানন তিন্‌বা থুপ্‌প্রব জ্ঞানবু হায়’গ লান্‌গনি সংসারসিদ ॥১॥

মনুংগী ভাব :—বিজ্ঞানগী শকক য়াওদবা জ্ঞানদি থোইনা অথুপ্প নত্তে। অদুনা, বিজ্ঞানগী শকক। লোয়নরবা, য়াম্ন কুপ্পবা-থুপ্পবা জ্ঞান অদুবু গুকনা শিখ্যগী মকমৃদা, কল্লকমিহৌবা লৈত্রব মতম্ অদুতদা তাক্লই---হায়বনি ॥১॥

হাযরিব অথুপ্প জ্ঞানসিদি, অশেংব বিদ্যাগী নিংথৌনি।
পূণ্যকৌব শুংঙাইবঃ পীবা, লেঙ্‌ত্রবা মহৈ পীগুম্বা মানি ॥২॥

মনুংগী ভাব :—অর্জ্জুন! অসিগী মমাঙদ নঙোন্দ তাক্‌খিবা জ্ঞান অদুসু অরুবা জ্ঞাননি, ব্রহ্মযোগ শাস্ত্রনি। অদুগা, অমুক্ নঙোন্দ তাকদৌরিবা জ্ঞান অসিদা রাজবিদ্যা হায়বদুনি। বিদ্যা ( জ্ঞান ) পুম্নমক্কী নিংথৌনি। অসিগুম্বা বিদ্যা অসিনা লেঙত্রবা মহাকপু শোয়দনা কংব ঙম্‌গনি ॥২॥

অতোপ্প ধর্ম্মদা চংপ্রবা, ’সিগুম্ব জ্ঞানদ থাজদবা
মহাক্কা ঐবু ফংদবনা, স্বর্গদগী ’মুক্ সংসারদা লাকই ॥৩॥

মনুংগী ভাব :—কর্ম্ম তৌন ... ব্রহ্মযোগবু সাধন তৌদ্রনা অয়ান্‌ব খুভম্ ফংনব জ্ঞান ( বিদ্যা ) অসিদা থাজগ্রবা মী মহাক অদুদি, মান। ...বা দান ধর্ম্ম অদুনা স্বর্গ কাক্রবসু নিষ্কাম কর্ম্ম যোগনা, দান ধর্ম্মনচিংববু তৌখিদবনা অনিত্য ওইবা পুণ্য কর্ম্মদুগী মহৈ অদু চাব লোইরগা, পোকপশিবগী সংসারদ অমুব চ্যাকই। অদুনা অর্জ্জুন কৌব জীব! পোকপ শিবদগী লাম্ষোক্লনবা রাজবিদ্যা যোগ কৌবসি মুম্ন তাও ॥৩॥

মোঘাশা মোঘকর্ম্মাণো মোঘজ্ঞানা বিচেতসঃ। রাক্ষসীমাসুরীঞ্চৈব প্রকৃতিং মোহিনীং শ্রিতাঃ॥১২॥
(যুগ্মকম্)

মহাত্মানস্তু মাং পার্থ! দৈবীং প্রকৃতিমাশ্রিতা। ভজন্ত্যনন্যমনসো জ্ঞাত্বা ভূতাদিমব্যয়ম্॥১৩॥
সততং কীর্ত্তয়ন্তো মাং যতন্তশ্চ দৃঢ়ব্রতাঃ। নমস্যন্তশ্চ মাং ভক্ত্যা নিত্যযুক্তা উপাসতে॥১৪॥

থোরকপদি, ঐনা তাকপ বিধানগী মতুং ইন্‌বননি। অতুনা জীবনা মাগী প্রকৃতিদা লৈহনা চঙ্‌থোক চঙশীন্ শায়হুনা লৈবসিদা, মংনা তৌরিবনি তৌহল্লিবনি হায়না শেরায়না খন্দুনা নথৌ থাদোকনু॥১০॥

মীওইবগী হকচাংদ চঙবনা, অপঙবন ঐবু উশিন্তে।
ঐগী অশেংব ঈশকপু, ঐগী শক্তিবু খঙ্‌ঙম্‌দে॥১১॥

মনুংগী ভাবঃ—মীওইবন, পঙবদগী, গুম্‌হৎখিবদগী, "ঐন খঙ্‌দউদবমখৈ লৈত্রবনি" হায়না খন্‌খিবদগী, খর তম্মুরিবহুনা মরোইরে হায়ন খন্‌খিবদগী ঐনা তাইবং হকচাংদ চঙঙ্‌বদগী ঐবু মখোয়গুম্বনি খন্দুনা থৌওইদে, মীচম্‌নি হায়ন খল্লি। অদুনা মখোয়ন ঐ (পরমাত্মা) গী অশেংব মওংবু নাখৈশেংনা খঙ্‌দে, অতুনা ঐগী শক্তিবুসু মখোয়না খঙদে॥১১॥

অরেম্ব আশা অরেম্ব কর্ম্ম, অরেম্ব রাখন্দা তৌহুনা।
হিংচায়াইতম্বগী মওংদা, চঙ্‌হুনা গুম্‌হৎলি মখোয়না॥১২॥

মনুংগী ভাবঃ—অরেম্ব আশাদা অরেম্ব রাখন্দা চঙ্‌হুনা অপঙবশিংনা কাম্বদবা অরেম্ব কর্ম্মত মতৌই। কর্ম অদুগী মহেনা হিংচায়াইতম্বগী মওংদা চঙিঙ হায়বদি, আশা অদু থুংঙক্‌ত্রগা হিংচাবগুম্বা হিংসা তৌরকই। অদুগুম্ব মীশিংতনা, ঐনা মীওইবনি, শানি, উচেক্নি হায়হুনা মপাম্বোংগী মওংত য়েংহুনা উশিন্তে। হায়বদি অশিংব জ্ঞানীশিংন চুম্বগী মীনি উচেক্নি হায়না উদে। মমুত্তানা উশিল্লি। অতুনা অর্জ্জুন! নংসু অশিংব অম ওইহুনা মপান্‌গী ভীষ্মদ্রোণবু উবগা ভীষ্মদ্রোণ হায়বহু অসিনি হায়না ঙাওগনু—গুম্‌হৎকনু॥১২॥

অচুম্ব মহৌশাগী মওংদা, লাক্লব পুক্‌চেল চাউবশিংনা
জগৎকী পোকনকম্ লেঙদব ঐবু নীঙিঙ অতোপ্পা'ম খন্দনা॥১৩॥

মনুংগী ভাবঃ—মশামক্কীসু, জগত্ত লৈব অচঞ্চত্ত পোৎ খুদিংমক্কীসু চপ চাব মওং খঙলব উরবা, পুক্‌চেল্ চাউবা মহাত্মাশিংনা জগৎকী পোককম্ লেঙদবদি ঐত্তনি হায়না খন্দুনা অতোপ্প দেবী দেবা অম খল্লদনা, ঐবুতা নীঙিঙ-থুবস্মি। অতুনা অর্জ্জুন! নহাক্‌সু অতোপ্প অম খন্দনা ঐবু নীঙ্‌হুনা ঐনা হায়বত ইন্দুনা নথৌ তৌ॥১৩॥

কনাগুম্বনা শকই শোল্লি, তত্তন নীঙিঙ কনাগুম্বনা।
কিনা থাজনা মুংশিনা, কনাগুম্বনা নীঙিঙ পূক্নীং চঙ্‌না॥১৪॥

জ্ঞানযজ্ঞেন চাপ্যন্যে যজন্তো মামুপাসতে। একত্বেন পৃথক্ত্বেন বহুধা বিশ্বতোমুখম্ ॥১৫॥
অহং ক্রতুরহং যজ্ঞঃ স্বধাহমহমৌষধম্। মন্ত্রোঽহমহমেবাজ্যমহমগ্নিরহং হুতম্ ॥১৬॥
পিতাহমস্য জগতো মাতা ধাতা পিতামহঃ। বেদ্যং পবিত্রমোঙ্কার ঋক্ সাম যজুরেব চ ॥১৭॥
গতির্ভর্ত্তা প্রভুঃ সাক্ষী নিবাসঃ শরণং সুহৃৎ। প্রভবঃ প্রলয়ঃ স্থানং নিধানং বীজমব্যয়ম্ ॥১৮॥

মনুংগী ভাব :—তাইবংদ পোকপ পুক্চেল চাউবশিংনা, মান মান পাম্ব হৈব ধবক্তা ঐ (পরমাত্মা) বু কংনবা উননবা হোৎনরকই। অহনা অর্জ্জুন। নংস্থু ক্ষত্রিয় নংনা পাম্জবা নহৈগী লাল্ কৌব নথৌনা ঐবু ভক্তিগা লোয়ননা হায়বদি পুংশিবা কিবা থাজবগ লোয়ননা নীঙঙ্ ॥১৪॥

কনাগুম্বনা জ্ঞানগী যজ্ঞনা, ঐবু লাৎলি খুরুম্মি।
"ঐ" গা "মা" গা তোঙাল্লি 'মতনি, হায়ন রাখল্ মথম্ন নীঙিঙ ॥১৫॥

মনুংগী ভাব :—কনাগুম্বনা জ্ঞান যজ্ঞনা ঐবু নীঙবা পুজা তৌবা মতম্দ ঐ গা মা গ (ভগবান্গ ভক্তগা) অমতনি হায়না নীঙিঙ। কনাগুম্বনা ভক্তগা ভগবান্গা তোঙাল তোঙাল্লি হায়না নীংঙনা দাস্য সখ্যনচিংবগী ভাবত ঐবু নীঙিঙ খুরুম্মি ॥১৫॥

যজ্ঞস্থু ঐনি শ্রাদ্ধস্থু ঐান, হীদাক ঐনি মন্ত্র ঐনি
মৈস্থু ঐনি হোমস্থু ঐান, হোমগী পোচ্চংস্থু ঐহাক্নি ॥১৬॥

মনুংগী ভাব :—ব্রহ্মাগী মশক ওইবা পরমাত্মানা মকম্ পুম্বদা শীম্ভ্ংনা লৈবনা অদুগা পোং অমমমগী মনুং মপান্ পুম্বদা লেবনা, যজ্ঞস্থু কুণ্ডস্থু মৈস্থু, যজ্ঞগী পোচ্চংস্থু—খোপোৎমক মহাক্তনা ওই। অহনা অর্জ্জুন। লাকম্সিস্থু, নহাকস্থু ভীষ্ম দ্রোণনচিংব পুম্নমক অসিস্থু অদুগা লীকং তেম্নচিংব পুম্নমক অসিস্থু মহাক্তনা ওইরিবনি। অদুগা "নংন তৌরিবান-ঐনা তৌরিবনি"—অসিনচিংব অরানবা রাখল্শিং আস থক তৌগনু—॥১৬॥

জগৎসিগী মমা মপা অপোকপা, অয়োকপস্থু খওঙ্ ঐহাক্নি।
ঋক সাম যজু অশেংবা, খওগদবা ওঁম্থু ঐহাক্নি ॥১৭॥

মনুংগী ভাব :—জগৎসিগী পোকহন্ব, অঙাকপা, মাঙহন্বা উহন্দবা মহাকস্থু ভগবান্ মহাক্তনা ওইবনি। খ্াইন খওগদব ওইবা, অশেংবা ওঁ কারস্থু, অদুগা মাগী তত্ত্বু খিরিবা থাক্লিবা ঋকসাম যজু হায়ব বেদ অহুম্ অদুস্থু মহাক্তনা ওইনি ॥১৭॥

খ্াইগী মপু-থ্ংনকম্, অয়োক্প অউবা ঐহাক্নি,
খ্াইগী চঙনকম্ লৈকমস্থু, মকপস্থু খওঙ্ ঐহাক্নি।
পোরকম্-লৈনকম্-মাঙনকম্, হৌরকফম্ মকস্থু ঐহাক্নি ॥১৮॥

মনুংগী ভাব :—জগৎসগী হৌরককম্ মরমস্থু, হৌয়ক্লগা লৈকমস্থু, থর লৈরমলগা থ্পাথ। মাঙখিকমস্থু, ঙহাকতং লৈরমদা য়োকাপবস্থু, মান মান তৌব কর্ম্মশংঙ্গী মহৈ হাপ্নকম্ পাত্রস্থু পরমাত্মা মহাক্তনা ওইবানি। অহনা, অর্জ্জুন! ঐহাকী নহাকী অদুগা অমুক্ মাম্ব লাম্বী

তপাম্যহমহং বর্ষ, নিগৃহ্ণাম্যুৎসৃজামি চ। অমৃতঞ্চৈব মৃত্যুশ্চ সদসচ্চাহমর্জ্জুন। ।১৯।
ত্রৈবিদ্যা মাং সোমপাঃ পূতপাপা যজ্ঞৈরিষ্ট্বা স্বর্গতিং প্রার্থয়ন্তে।
তে পুণ্যমাসাদ্য সুরেন্দ্রলোকমশ্নন্তি দিব্যান্ দিবি দেবভোগান্ ॥২০॥
তে তং ভুক্ত্বা স্বর্গলোকং বিশালং ক্ষীণে পুণ্যে মর্ত্ত্যলোকং বিশন্তি।
এবং ত্রয়ীধর্ম্মমনুপ্রপন্না গতাগতং কামকামা লভন্তে ॥২১॥

তেজোংলশিং অসিগী ঢৌরকৃকমশু মহাক্তনি। অমুক্ খাম্বসি মাগী মনুংদা লৈম্বিবনি। ঐখোয়না হাংলে শিরে, শারি থুগাইরি হায়না পণ্ডউ উরিবসিশু মহাক্তী গর্ভ মনুংদনি। অহুনা, হাংকনি, হাংখিগনি, শিগনি হিংখিগনি হায়না খোইনা খল্লুদনা মহৈ পামদনা নথৌ তৌ ॥১৮॥

ঐনা নুমিৎ ওইন শাহল্লি, ঈশিংবু চিংখংলি অমুক্ থাদে।
অচচ্চরগী হিংবশিবা, অচুম্ব চুমদব ঐতনা ওইনৈ ॥১৯॥

মনুংগী ভাবঃ—ভগবান্ মহাক্তনা নুমিত্ত মৈশা ওইনা লৈত্নুনা ঈশিংদগী ঈশিংগী মরীক্ মরীবপু মনিন্গী মশক্ ওইনা চিংখংতুনা নোংমদোন্বক্তগী ঈশিং ওইনা অমুক্ পৃথিবী লৈমায়থক্ত থাদরক্ই। পোকপশিবা, অচুম্ব চুমদব মওংদা লৌববা পুন্নমক্ ঐতনা ওইবনি। অহিংব-অচুম্ব হায়বদি জীব ( ব্রহ্ম ) বুনি, অশিব-চুমদব হায়বদি জগৎপুনি হায়বাদ হকচাংসিবুনি। অনীসিনক্ ঐতনা ওইবনি ॥১৯॥

বেদ অহুম্ব হৈবখড়াশিংনা, যজ্ঞনা ঐবু পূজা তৌই।
পাপপুম্ব কোক্তুনা স্বর্গদা, লাইরবাক্তী নুংঙাইব কণ্ডুই ॥২০॥

মনুংগী ভাবঃ—ঋকসামযজু হায়বা বেদ অহুম্ব খঙবতবাশনা, বিধি কায়দনা ঐগী পেন্নবা পূজানাচংব তৌত্নুনা স্বর্গ কাখ। স্বর্গদা মখোযনা নুংঙাইব পুম্ব ফংডি। নুংঙাইবা-হাউরবা ভোগ অহু চাব লাইবগ মর্ত্ত্যলোকসিদা অমুক ঐবু নুংশিবা কবা থাজবা মীশক ভক্ত ওইত্নুনা পোকলৈ। অহুন অর্জ্জুন। নহাকসু, লাল্গী মশক ওইরবা যজ্ঞ অসি তৌরগা স্বর্গদা নুংঙাইবা ভোগ অহু ফংলুচো ॥২০॥

অম্মম স্বর্গগী নুংঙাইব ফংলগা, পুণ্যন লোইরগা অমুক পোকলৈ।
মহৈ পাম্ম যজ্ঞ তৌত্নুনা, পোকলৈ চংখ অমুক পোকলৈ ॥২১॥

মনুংগী ভাবঃ—মচা পোকপা, মরল্ লৈবনচিংবা মহৈপাম্বা, বেদহৈবা মীশিংনা, বেদগী বিধি কাযদনা যজ্ঞনচিংবা তৌত্নুনা মানা মানা পাম্ব মহৈ অহু চাত্নুনা স্বর্গদা নুংঙাইনা ভোগ চাকই। অতুগুম্ব মহৈ অহুনা চাব লোইরগা মর্ত্ত্যলোকসিদা অহুক পোকলৈ। মতৌ অম্মমা অহুগুম্ব মখোযনা সংসারদা হুম্ম হুম্ম পোক্লৈ, হন্ন হন্ন চংখি। হাযবদি পোকপশিবগী চক্রদা লৈবা যাওরৈ। অহুন অর্জ্জুন। পোকপশিবগী লাংদগী নাম্বোক্নবা মহৈ পামদনা, লাল্গী মশক ওইরবা নথৌসি তৌ ॥২১॥

পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যো মে ভক্ত্যা প্রযচ্ছতি। তদহং ভক্ত্যুপহৃতমশ্নামি প্রযতাত্মনঃ ॥২৬॥
যৎ করোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ। যত্তপস্যসি কৌন্তেয়! তৎ কুরুষ্ব মদর্পণম্ ॥২৭॥
শুভাশুভফলৈরেবং মোক্ষ্যসে কর্মবন্ধনৈঃ। সন্ন্যাসযোগযুক্তাত্মা বিমুক্তো মামুপৈষ্যসি ॥২৮॥

---

মনুংগী ভাব :— পৃক্লীং চঙনা, মানা মানা পাম্‌জবা অহু নীঙরশিংনা অপাম্ অপাবহু কংঙি। অহুগা মতম্ কুইনদি লৈতে। মহে অহুনা অমুক অরাবা পীরবন্‌ য়াই। অহুগা ঐবু পৃক্লীং লোংঙদবা নীঙলবদি ঐবু কংঙি, মতম্ অহুদগী ঐগা মাগা কায়নবা লৈত্রে। অরাবন্থ কংত্রে ॥২৫॥

হে-লৈমনা'মতবু ঈশিং খুজোক্'মতবু, পীরবা ভক্তিগা লোয়ননা
ঐস্থ লৌই পুংশিনা মাহু, হরাউনা চায় থরাই য়াওনা ॥২৬॥

মনুংগী ভাব :— ঐঙোন্দা (পরমাত্মাদ) অহাউব-হাউতবা, অচৌব-অপীকৃপা হায়বা লৈতে। খোখোপ্পা চপ মারে। পুক্লী অনী লোঙ্‌দনা, পুংশিনা কিনা থাজনা অহুগা খোইদোকপা মহে পাম্মুদনা পীরক্লিবদো মাহুনা ঐঙোন্দা খ্বাইদগী অহাউবা ওইনা খোকই। হাউব-হাউতবা অচৌব অপীকৃপা হায়বা অকরুবা জগত্ত অমত লৈতবান। পৃক্লীং আত্মাদগী খোকথিবমক্তনি। অহুনা আত্মাদা পেন্নবা হোৎনো। ভীষ্মনি দ্রোণনি, সিংহাসননি অসিন-চিংবা খল্লুরবহুদি অর্জ্জুন নংগীত খল্লুবদগীনি ॥২৬॥

নংনা তৌকবা, চারুবা, পীকবা য়জ্ঞ তৌরুবা।
তপস্যা তৌরুব'সি পুম্নমক্, ঐঙোন্দ কথোকউ অকন্‌বা! ॥২৭॥

মনুংগী ভাব :— জীবাত্মানা হকচাংগী মনুংদা লৈরিডৈদা তৌরু তৌরুবা থবক মহে কংব কংদবা য়েংদনা লোইনা পরমাত্মাদা কথোক্‌কদবনি। মাহু কথোক্‌কে হাযবগী দমক্, হকচাং মওং কয়াদা চঙঙুরগা, কাইনথঙ্‌দা জীবাত্মা তাইবং মীগী হকচাংদা লাকপনি। অহুনা অর্জ্জুন কৌবা তাইবং-হকচাংদা চঙঙরুবা জীব! নংনা হুন্দকী মপোক্ত, লাল্ থঙদে, অমা থঙদে, তৌরিব কর্ম্ম পুম্বা ঐঙোন্দা মহে কংব কংদবা খন্দনা কথোকউ ॥২৭॥

অসুম্ তৌরবদি অককত্ত, মহে পীব কর্ম্মদগী
লাম্হোক্কুনা পুম্ব থাদোক্কুনা, মতুংদ ভিন্ননি ঐঙোন্দা ॥২৮॥

মনুংগী ভাব :— তৌরু-তৌকব থবক পুম্ব মহে খন্দনা ঐঙোন্দ কথোকপা ওম্বা মীশিং অহুতনা কর্ম্মগী লাংদগী লাম্হোকপা ঙম্মি। অদুম্ তৌনা তৌনা হকচাং অসি থাদোক্কুনা চৎপ্রবা জীব অহুদি অ'তাপ্পা দেহ অমদা অমুক চঙঙুবা তৌরহুনা ঐঙোন্দা চঙকুনা ঐগা অমত ওইখি ॥২৮॥

সমোঽহং সর্বভূতেষু ন মে দ্বেষ্যোঽস্তি ন প্রিয়ঃ। যে ভজন্তি তু মাং ভক্ত্যা ময়ি তে তেষু চাপ্যহম্ ॥২৯॥
অপি চেৎ সুদুরাচারো ভজতে মামনন্যভাক্। সাধুরেব স মন্তব্যঃ সম্যগ্‌ ব্যবসিতো হি সঃ ॥৩০॥
ক্ষিপ্রং ভবতি ধর্ম্মাত্মা শশ্বচ্ছান্তিং নিগচ্ছতি। কৌন্তেয় ! প্রতিজানীহি ন মে ভক্তঃ প্রণশ্যতি ॥৩১॥

---

অচচ্চত্তদ চপ্‌ মাইম্নে       য়েক্রবা মৰূপ ঐগী লৈতে।
ঐবুত নীঙ্‌বনা ঐঙোন্দ লৈ,   ঐসু মখোযদ তত্তুনা লৈ ॥২৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—ভগবান্ ওইবা পরমাত্মা মহাক্তি, মপান্‌গী চাউব পীক্‌পা কজব থীব ওইন তোঙাল্ তোঙাল্ লৌরিবা পোৎশিং অসিগী মনুংদা অয়েপ্প শকক্‌ম্ মওং পুদুনা লৈ। অদুনা মহাক্তী য়েক্রবস্ত মৰূপস্ম লৈতে। মরম্‌দি য়েক্রব মৰূপ ঈচা মীচা হায়বসি মপান্‌গী হক্‌চাংতদ লৈজবনি। অদুনা মপান্‌গী মওং মশক্ মমিংদ মিক্তাকদনা ঐবুত খন্দুনা মথৌ তৌরিবা মখোযতনা ঐঙোন্দা লৈ। ঐসু অদুগুম্ব মখোযগী মনুংতদ লৈ। অদুনা, ভীষ্ম দ্রোণনচিংব মখোযগী মপানগী মও মশক্ মমি তদ শুমহত্তুনা, য়েক্রবানি হায়নস্থ খন্‌গমু, মৰূপনি হাযনস্থ খল্লুমু। অদু ওইরবদি নংগী মনুদা ঐনা লৈদুনা, কর্ম্ম পুম্ব ঐনা ভোগনি। পাপ পুণ্য ঐনা পুগনি ॥২৯॥

তম্‌থিন মবম্‌চৎ কত্রবস্থ,       পূক্লী লোওদনা ঐবু নীঙলবা
মহাকপু সাধুনি হায়না লৌনি,   মাদি মীন মবুদ্ধি লেপলবা ॥৩০॥

মনুংগী ভাব ঃ—নহালমুক্তী মপোক্ত তৌরকপা কর্ম্মগী মহৈনা, হন্দক্তী মপোক্তী মথৌ অদু শা উচেক হাৎপনচিংব তম্‌থরবা কর্ম্মনা ওইররবস্থ মহাক্তা তৌক তৌকবত্তগী মহৈ অদু থাইন খল্লুদনা, অক কও পুম্ব ঐঙোন্দা কাথোকপা ভয়বদি চণ্ডালমক্ ওইরবস্থ মহাক্ অদু ঐনা সাধুনি, মহাত্মানি হায়না লৌগনি। মরম্‌দি মহাক্তী বুদ্ধি ( জ্ঞান ) অদু শিব-হাৎথিব লৈত্রবা জীবাত্মাদা লেপত্রে—অদুননি ॥৩০॥

মরম্‌চৎ থীবনস্থ ঐবুত নুংশিবা,     থাজবা মহাক্তি যাম্না থুনা,
কত্তব কর্ম্মদগী নাম্থোকই, মাঙ্‌দে,   রাশক্তি ঐগী ভক্তনি মহাক্ ॥৩১॥

মনুংগী ভাব ঃ—ঐবু নুংশিনা থাজনা কিনা চৎলবাদি মবম্‌চৎ কজত্রবস্থ মহাক অদু থুনা যাঙনা মাগী কত্তবা কর্ম্মগুদগী লাম্থোরক্‌না অকবা অচৌবা মহাত্মা অম ওইরকই। মবম্‌দি ঐগী ভক্তবু ওইরবদি মহাক্তী থক মাঙ্‌বা হাযবা মবৈত্রে। মাসে, অর্জ্জুন ! ঐনা নঙোন্দা রাশকপগুম্ব হাযরবনি, থাজো। "ঐগী মাগী নংগী" হাযবগী রাখন্দা, কর্ম্মগী মহৈবু থাদোকপা ভম্‌দনা, মশাগী ওইজনগীদমক্তবু তোরবদি, কর্ম্মনা লমচৎ পুম্বা তম্‌থিনা, কত্তবা, হায়বসিমতদি মওইহল্লবনি। সকাম কর্ম্মী লমচৎপুম্বা তম্‌থিবা মক্তনি। শা উচেক হাৎপা ভাক্তনা তম্‌থিবা নত্তে ॥৩১॥

মাং হি পার্থ। ব্যপাশ্রিত্য যেঽপি স্যুঃ পাপযোনয়ঃ।
স্ত্রিয়ো বৈশ্যাস্তথা শূদ্রাস্তেঽপি যান্তি পরাং গতিম্ ॥৩২॥
কিং পুনর্ব্রাহ্মণাঃ পুণ্যা ভক্তা রাজর্ষয়স্তথা। অনিত্যমসুখং লোকমিমং প্রাপ্য ভজস্ব মাম্ ॥৩৩॥
মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্যাজী মাং নমস্কুরু। মামেবৈষ্যসি যুক্ত্বৈবমাত্মানং মৎপরায়ণঃ ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতাপর্বণি ত্রয়স্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥
গীতায়াস্তু নবমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

অতোনুব মপোক্ত পোক্লবমু, নুপী বৈশ্য শূদ্রওইর'সু
ঐবু থাজরবদি সুংশিনাকিনা, অরান্ব কংঙি মহাকসু ॥৩২॥

মনুংগী ভাব :—নুপী অডাং শূদ্র হায়বা লৈতে, মহাক মহাক্ত তৌরি-তৌরিবা কর্ম্মদা ঐবু কিনা সুংশিনা থাজনা নীঙদুনা মতৌঐবদি, মহাক্ অদু অরান্ব খুডম্ কংঙি। ঐনা অদুগুম মহাকী মপাম্মোংগীত ওইবা নুপী শূদ্র লায়রবনাচিংবগী মওং অদুবু থোইনা উকবা খল্লুবা লৈতে। মহাকী ঐঙোন্দ থম্লিবা ( থাজবা-সুংশিবা-কিব ) অদুত ঐনা মউই ॥৩২॥

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় ওইরবমকসু, ঐবু নীঙবশিংগীদি হাযকম্ লৈতে
অরাবগী মশক্ ওইরব লেপ্তুবা, হকচাংদ লৈদুনা জীব। ঐবু নীঙভু ॥৩৩॥

মনুংগী ভাব :—চণ্ডালমক্লা খুডম্ অদু য়ৌঐবদি, কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় অমনা ঐবু সুংশিনা মথৌ তৌরবদি, মখোয়গীদ অমুক কায় হায়করনি? অরেপ্প নাইদ্রবা, অরাবগী মশক ওইরবা, তাইবং হকচাংসিদা লৈরিঙৈদা জীব নংনা ঐবুত খল্লহৌ ॥৩৩॥

ঐবুত খল্লু ঐবু সুংশিয়ু, ঐবু খুরম্নি পূজা তৌনি
ঐঙোন্দা নপূক্লীং চঙলগা, ঐঙোন্দা নংনা চঙগনি ॥৩৪॥

মনুংগী ভাব :—মতম্ লৈবা খিবক্তা নপূক্লীগী মশকতু ঐবু ওইহল্লু * দেবী দেবা অতৈদা খুরম্মবসু ঐবু নীঙদুনা, ঐবু কাউদনা খুরম্মু। নপূক্লীংনা ঐঙোন্দা চঙ্লক্লিবদো, জীব নংন মপান্গী মরম্ লৈনজ্রবা, হকচাংবু থাদোক্লম্তুনা ঐঙোন্দা চঙ্লকপনি। মপান্গী মওং মশক্ত চঙঙ্জ্রবা জীব অদু ঐ ( পরমাত্মা ) নি ॥৩৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বগী মনুংদা গীতাপর্ব্বগী কুন্থ্রাহুম্দোই গুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

ভগবদ্গীতাগী মাপল্গুবা অধ্যায লোইবে।
॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

---

* টীকা :—বিজ্ঞানদা "পূক্লীং'গী মওং লৈতে। বিজ্ঞাননা শীব গুম্দবসু ভক্তিনা শী।

# শ্রীমহাভারতম্

## ( গীতা পর্ব্ব )

## দশমোঽধ্যায়ঃ

( ভগবদ্গীতাগী তরাশুবা অধ্যায় )

—:( * ):—

শ্রীভগবানুবাচ।

ভুয় এব মহাবাহো। শৃণু মে পরমং বচঃ। যত্তেঽহং প্রীয়মাণায় বক্ষ্যামি হিতকাম্যয়া ॥১॥
ন মে বিদুঃ সুরগণাঃ প্রভবং ন মহর্ষয়ঃ। অহমাদির্হি দেবানাং মহর্ষীণাঞ্চ সর্ব্বশঃ ॥২॥
যো মামজমনাদিঞ্চ বেত্তি লোকমহেশ্বরম্। অসংমূঢ়ঃ স মর্ত্ত্যেষু সর্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে ॥৩॥

---

অমুক্সু হায়গে ধনঞ্জয়, নংগী কাম্ননবগীদমক্তা
অথোইবা ৱাকম্সে পুক্নীং চঙ্না, নংবু সুংশবনা হায়বনি ॥১॥

মসুংগী ভাব ঃ—ভক্তিনা অথোইবা ওইবা, ৱাজবিদ্যা কৌবা যোগবু তাক্লবা তুংনা থোইদোক্ন অমুক্ তাগদবা ৱাকম্বু হায়গে হায়বনি মীওইবগী হকচাংদা চঙলক্লবা জীব নংবু ঐনা সুংশি ॥১॥

লাঈয়াম্খিবিক্ন মহর্ষিশিংনা, তৌরকক্কম্ ঐগী খঙ্ব ঙম্দে।
মরম্দি মহর্ষি লাইযাম্শিংগী, অহান্বনিনা ঐনা খঙকম্থোক্তে ॥২॥

মসুংগী ভাব ঃ—ভগবান্ পরমাত্মাগী হৌকম্ পোক্কম্ খঙ্গে তান্নব লাইয়াম্-মহর্ষি-জ্ঞানীশিং মখোয়দগীসু, পরমাত্মানা ঈহান হান্ন লৈরম্লবনা, তুংদা পোক্লকপা মখোযনা খ্বাইদগী হান্ন লৈরম্ব মাগী হৌরক্কম্ করম্ন খঙ্গান ? ॥২॥

মপান্গী মওংদ শুম্হত্রবা, পোক্প লৈতব ঐবু খঙ্লবা
মহাক্তুদি মর্ত্ত্যলোকতা, পাপতগীকোকই কোক্ওস্মি 'কন্বা ॥৩॥

মসুংগী ভাব ঃ—অকববু ওইরবসু কত্রববু ওইরবসু, মহাক্ন তৌরিবা কর্ম্ম অত্ত, পোকপ-শিব লৈত্রবা পরমাত্মা মহাক্নী তত্ত্ববু মুম্ন খঙ্না তৌরবদি, অদুগা মহাক্না তৌরিবা কর্ম্ম অদুবু মসুং মপাল্ লোইনা উব পরমাত্মা হাযবা মহাক্ অম লৈ হাযনা খঙ্না তৌরবদি, মহাক্ অদু মাগী কত্রবা থবক্শিং অদু তৌরুবগী পাপ পুণ্যদগী কোক্ই ॥৩॥

বুদ্ধির্জ্ঞানমসংমোহঃ ক্ষমা সত্যং দমঃ শমঃ। সুখং দুঃখং ভবোঽভাবো ভয়ঞ্চাভয়মেবচ ॥৪॥
অহিংসা সমতা তুষ্টিস্তপো দানং যশোঽযশঃ। ভবন্তি ভাবা ভূতানাং মত্ত এব পৃথগ্‌বিধাঃ ॥৫॥
( যুগ্মকম্ )

মহর্ষয়ঃ সপ্ত পূর্বে চত্বারো মনবস্তথা। মদ্ভাবা মানসা জাতা যেষাং লোক ইমাঃ প্রজাঃ ॥৬॥
এতাং বিভূতিং যোগঞ্চ মম যো বেত্তি তত্ত্বতঃ। সোঽবিকম্পেন যোগেন যুজ্যতে নাত্র সংশয়ঃ ॥৭॥
অহং সর্বস্য প্রভবো মত্তঃ সর্বং প্রবর্ততে। ইতি মত্বা ভজন্তে মাং বুধা ভাবসমন্বিতাঃ ॥৮॥

---

জ্ঞান-বুদ্ধি শুম্‌হত্তবা, খাঙ্‌হৈব-চুম্ব তপ্‌খবা-ওম্বা।
অরাব-নুংঙাইব লৈব-লৈতবা অকিবা-কিদবা-ইন্দ্রিয় ওম্বা।
হিংসা তৌদবা মান্নব উবা, অপেন্‌ব-তপস্যা দানমিংচৎ,
মখল মখা অয়াম্ব রাখল পুম্নমক্ পোকৃপনি ঐঙোন্দগী ॥৪-৫॥

মনুংগী ভাবঃ—খ্বাইগী হৌরক্‌কম্ পরমাত্মানা ওইবনা, মথক্ত হায়খিবশিং অসিসু মঙোন্দগী থোকাখবা ভাক্তনি ॥৪-৫॥

ঋষি তরেৎ মনু মরি, পুক্নীংদগী ঐগী লোইন থোকৃখি।
জগত্ত উরিব অচৎ চত্তা, মথং মথং মখোযদগী পোকখি ॥৬॥

মনুংগী ভাবঃ—ভৃগু, মরীচি, অত্রি, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু, বশিষ্ঠ হাযব ঋষি তরেৎ অসি অদুগা সনক, সনন্দ, সনৎকুমার, সনাতন হায়রিবা মরি অসিগা মখোয তবামাখোই অসি অদুগা স্বায়ম্ভুবনচিংবা মনু তরামরি পুম্নমক অসি, অমত ওইবা পরমাত্মা মাঙোন্দগী পোকখিবনি। মখোয় অসিগী অথাম্বনা প্রজা ওইদুনা অচচ্চত্ত মযাম্ অসি মথং মথং পোকথখি ॥৬॥

ঐঙোন্দগী পোকাখিব সম্পত্তিশিংসিবু, অদুগা ঐগী যোগবু মুম্ন খঙ্‌লবা
মহাক্তুদি লেঙত্রেব যোগনা, তিনবনি 'সিদ লৈতে চিংনবা ॥৭॥

মনুংগী ভাবঃ—পরমাত্মা মঙোন্দগী পোকখিবা, মাতগী ওইবা সম্পত্তি ( বিভূতি ) শিং অসিগী তত্ত্ববু খঙ্‌দুনা যোগ-সাধন তৌবা যোগীশিং অদুগী যোগ অদুদি অরেপ্পনি, লেঙত্রবনি। অদুনা, অর্জুনা উরিবা ভীষ্মদ্রোণনচিংবা, কুরুক্ষেত্র, সিংহাসন,—পুম্নমক্ অসে ঐগী সম্পত্তি হায়বদি ঐগী মক্তনি। মখোয অসিবু মুম্না খঙলগা লাল্গী মশক ওইরবা নথোগা জীব নংগা যোগ তৌ। অদুম্ তৌরবদি নং নথোদগী করিমত লেঙব তৌরোই—হল্লোই ॥৭॥

ঐন পুম্নমকী থোকৃকম্‌নি, ঐঙোন্দগী লোইনা পোকৃপনি
অস্মু্ম খঙনা জ্ঞানীশিংনা নীঙদুন ঐগী পূজা তৌবনি ॥৮॥

মনুংগী ভাবঃ—আশিংবশিংনা, ঐগী পূজা ধ্যাননচিংবা তৌবা মতম্‌দা, পুজা তৌরিবা মশাস্রু, পূজাগী পোৎলম্‌শিংসু, পূজাগী মন্দির অদুসু পূজাদুগী মন্ত্রযন্ত্র অথাম্বসু ঐঙোন্দগী থোকখিব পোকৃখিবামক্তনি হায়না খঙনা-থাজনা নুংশিনা ঐগী সেবা পূজানচিংবা তৌই ॥৮॥

মচ্চিত্তা মদ্গতপ্রাণা বোধয়ন্তঃ পরস্পরম্। কথয়ন্তশ্চ মাং নিত্যং তুষ্যন্তি চ রমন্তি চ ॥৯॥
তেষাং সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতিপূর্ব্বকম্। দদামি বুদ্ধিযোগং তং যেন মামুপযান্তি তে ॥১০॥
তেষামেবানুকম্পার্থমহমজ্ঞানজং তমঃ। নাশয়াম্যাত্মভাবস্থো জ্ঞানদীপেন ভাস্বতা ॥১১॥

অর্জ্জুন উবাচ।

পরং ব্রহ্ম পরং ধাম পবিত্রং পরমং ভবান্। পুরুষং শাশ্বতং দিব্যমাদিদেবমজং বিভুম্ ॥১২॥
আহুস্ত্বামৃষয়ঃ সর্ব্বে দেবর্ষির্নারদস্তথা। অসিতো দেবলো ব্যাসঃ স্বয়ঞ্চৈব ব্রবীষি মে ॥১৩॥
(যুগ্মকম্)

---

ঐভোন্দা থম্মোয থম্থ্রবা, ঐভোন্দ মথরাই লুপথ্রবা
মখোযনা ঐগী ময়ম্দা, কুমিৎ চুপ্প পাম্জৈ ভাঙন নৈনবা ॥৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—ভগবান্ পরমাত্মাদা থরাই ককচাং হাপথ্র-থম্থ্রবা ম'খায অহুদি, কুমিৎ খুদিংগী চান থরুবনচিংবা থবক থানা অপুম্বদ ঐগী ময়মৃতদ ওইহন্দুনা, মখোয মশেল অমগা অমগা ভাঙ্ন শান্নহুনা মতম্ লেল্লি—মাহুদ পেঞ্জে ॥৯॥

অসিগুম্ব জ্ঞানবু ঐবু নুংশিবা, মখোয়তদ ঐনা পী।
অদুগুম্ব জ্ঞাননা মখোযহুনা, ঐবু লাযনা ক'ষ্ট ফংখী ॥১০॥

মনু'গী ভাব ঃ—আসিগুম্ব অকুপ্প জ্ঞান অসি ঐ (পরমাত্মা) বু নুংশদব থাজদবা কিদব মীনা থক ফংবা ভম্দে। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিতনা পাম্বে ওইহুনা ভক্তশিংনা ঐগী থাঙ্গে-শেংবা ঈশকপু খঙবা খল্মি। ঈশকৃপু মুপ্পা খঙবদো অতুবান ঐবু ফংবা হাযবদি ॥১০॥

ঐবু নীঙবশিংগী থম্মোযদ লৈহুনা, নুংশিহুনা জ্ঞানগী মৈরানা
পঙবদগী পোকপ অমমম্বু মখোয়গী মাঙহল্লি ঐনা ॥১১॥

মনুংগী ভাব ঃ—ভগবান্ পরমাত্মা মহাকপু থরাই হকচাং অমত ওইনা নুংশিরবা থাজরবশিং অদুগী থম্মোয়দা, ভগবান্ন চান্বিহুনা মখোয়গী থম্মোয়দা জ্ঞানগী মৈরা ওইহুনা, পঙবা, শুম্হৎপা নাপন্দগী পোকৃপা থম্মোয়গী অমমম্বতুবু মাঙ্তনবি ॥১১॥

আশেংব মকম্ থৃংনকম্, ব্রহ্মাদি খ্বাইগী নহাক্কি।
পোক্প লৈতবা লেঙব্রবা, মকম্ পুম্বদা শীম্বুংবা নংনি ॥১২॥

মনুংগী ভাব ঃ—অর্জ্জুননা হায় ঃ—"ব্রহ্মাগী মশক্ ওইরবা নহাক্কি খ্বাইগী থৃংনকম্ অশেংব মকম্নি। নহাক্কি মকম্ পুম্বদা শীম্বুংনা লৈ"—মাসি অর্জ্জুননা ভাব তারক্লুনা কৃষ্ণগী মকম্দ হায়রক্পনি ॥১২॥

অম্বম্ হায়না নহাকপু, দেবর্ষি নারদ অসিত দেবল
ব্যাসনচিংবা ঋষিশিংন হায, নশামক্লম্ব তাক্পিরি মখল্ মখল্ ॥১৩॥

সর্বমেতদৃতং মন্যে যন্মাং বদসি কেশব। ন হি তে ভগবন্ ব্যক্তিং বিদুর্দেবা ন দানবাঃ ॥১৪॥
স্বয়মেবাত্মনাত্মানং বেত্থ ত্বং পুরুষোত্তম। ভূতভাবন। ভূতেশ। দেবদেব। জগৎপতে। ॥১৫॥
বক্তুমর্হস্যশেষেণ দিব্যা হ্যাত্মবিভূতয়ঃ। যাভির্বিভূতিভির্লোকানিমাংস্ত্বং ব্যাপ্য তিষ্ঠসি ॥১৬॥
কথং বিদ্যামহং যোগিন্। ত্বাং সদা পরিচিন্তয়ন্। কেষু কেষু চ ভাবেষু চিন্ত্যোঽসি ভগবন্। ময়া ॥১৭॥

মনুংগী ভাব:—ভগবান্গী গুণ তত্ত্বদি ভগবান্ মশাতনা মপুং কানা খঙিঙ। অদুমকপু নারদ ব্যাসনচিংবা ঋষিশিংনসু ভগবান্ মহাক্কী তত্ত্ববু শকই ॥১৩॥

ঐঙোন্দা তাকপিব পুন্নসি অচুম্বমক্তনি খঙজেদো।
নংনা শকলোল্ লৌবগী মরম্, লাই হিংচাবশিংনা খঙদেদো ॥১৪॥

মনুংগী ভাব:—মশক মওং নাইদবা ব্রহ্মাগী মশক্ ওইব মকাক্লা করিশীদমক শকলোল্ পুবগে হায়বহু ঐশ্বর্য্যদা মত্ত ওইবা স্বর্গগী লাইয়ায়া অদুগা অকনবনি হায়না নাপল্ তোবা, তম্‌খিবা হিংচাবশিং কনা অমতনা খঙবা ঙম্‌দে ॥১৪॥

নিপা অথোইবা। লাই-অথোইবা।, তাইবংগী মপু! খ্বাইগী তুংকম্।
নংগী নঙুণবু নংতনা খঙিঙ, কনাসু খঙদে নংগী লৈকম্ ॥১৫॥

মনুংগী ভাব:—মনুং মপান্ কাওনা ভগবান্গী তত্ত্ববু মুস্ত্র খঙবদি, ভগবান্ পরমাত্মা মশা মথন্তনা খঙিঙ। হায়বদি, জ্ঞানী মহর্ষিশিংনা খঙজবদি ভগবান্গী তত্ত্বগী শরুক খজিক্কনি। অদুনদি অর্জুন ঐগুম্ব অমনাদি করম্ হায়না খঙগনি। মাদু খঙদনদি জীবগী তত্ত্ববু করম্ হায়না খঙগদৌরিবনো? মাদু খঙদনসু লালুগী তত্ত্ববু করম্ হায়না হন্না খঙগদৌরিবনো? মাদু খঙদব ঐবু লাল্ করম্ শোকনৌ হাযরিবনো? ॥১৫॥

সম্পত্তি নরল্ পুন্নসিনা, জগৎশীম্ব ন নংন লৈদে।
হাযঙম্‌দব নরল্ পুন্নসি, মহাক্তন শীঙথাব ঙাম্মদো ॥১৬॥

মনুংগী ভাব:—তাইবং মীওইবনা পঙহুনা, শুমহৎখহুনা চীঙ্ মান্ তুরেল্ লৈপাক্লাচংবা পুম্নমকাসবু ঐগীনি নংগীনি হায়না খঙনরিবা, অচক্তম সম্পত্তিশিং অসিদ ভগবান মহাকতগীনি। হাযরিবা বিভূতি হায়বদি সম্পত্তি খিবিক্ অসিনা মরম্ ওইহুনা ভগবান পরমাত্মা মহাক্না জগৎ পুম্বদা শীনথুংনা লৈ ॥১৬॥

করম্ খন্দুনা নীঙহুনা, নহাক্কী নশক অশেংব খঙনি?
করম্ করম্ব মওংদা, নংবু খনসি শোনসিগে? ॥১৭॥

মনুংগী ভাব:—করম্ব বিধিগী লাইশোল তীলশোম, করম্ব ধ্যান করম্ব যোগনা, পরমাত্মা ওইবা মাগী চপ চাব অশেংবা মওংবু খঙবা ঙমগদগে অদুগা করম করম্ব পোশক্ত ভগবান্ মহাকপু উননবা হোৎনগদগে হাযনা অর্জুনন শিষ্য ওইনা জগৎকী গুরু ওইবা বাসুদেব কৃষ্ণদা হংলি ॥১৭॥

বিস্তরেণাত্মনো যোগং বিভূতিঞ্চ জনার্দ্দন। । ভূয়ঃ কথয় তৃপ্তির্হি শৃণ্বতো নাস্তি মেঽমৃতম্ ॥১৮॥

শ্রীভগবানুবাচ।

হন্ত তে কথয়িষ্যামি দিব্যা হ্যাত্মবিভূতয়ঃ। প্রাধান্যতঃ কুরুশ্রেষ্ঠ। নাস্ত্যন্তো বিস্তরস্য মে ॥১৯॥
অহমাত্মা গুড়াকেশ। সর্ব্বভূতাশয়স্থিতঃ। অহমাদিশ্চ মধ্যঞ্চ ভূতানামন্ত এব চ ॥২০॥
আদিত্যানামহং বিষ্ণুর্জ্যোতিষাং রবিরংশুমান্। মরীচির্মরুতামস্মি নক্ষত্রাণামহং শশী ॥২১॥

---

শন্দোক্ক কোইন'মুক্ত তাকপিয়ু, জনার্দ্দন। নংগী বিভূতিশিংসে
অমৃত থক্কুরগা পেন্দবগুম্রা, খর ভাবসিদা পেঙ্গুদরে ॥১৮॥

মনুংগী ভাব ঃ— আধ্যাত্মিক অমাদি বৈজ্ঞানিক ওইবা রাখল্ অমদি মীৎয়েংদা জগৎকী মনুংদা লৈরিবা পোৎশিং অসিসু যেংশিন্বা হোৎক্করবশি' অদুতনা জ্ঞান-অমৃতগী মহাউ থক্ক্বা ওন্মি। মপান্গী মশক মমিংদা তাউদুনা নুংঙাইথোক্প মীশিং অদুনদি মহাউ অসি ফংবা ওম্‌দে। অদুনা মহাউ অসি খিত্তং ফংবা হোৎক্করবদি মথা অমুক তাজনীওলে হায়না অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়বনি ॥১৮॥

শ্রীভগবান্ন হায ঃ—

মীরম্লেন্দ ওইদবা ঐগী, বিভূতিশিংসে হায়গে তাও।
মরু ওইবা খরদং হায়নি, অয়োইব লৈতবনা লেইনদি ওম্‌দে ॥১৯॥

মনুংগী ভাব ঃ— ভগবান্ মশামকসু মাগী বিভূতি ( সম্পত্তি মচাক্‌, মরল্ ) শিং অসিনা মশীঙ লাকওম্‌দবনা, লোইনা হাযবা ওম্‌দে হায়বনি। অদুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মকম্‌দা মরু মক ওইব খরদং হায়গদৌরি ॥১৯॥

অচচ্চত্তগী থম্মোয়দা ঐনা, জীবাত্মা ওইনা থুপ্প লৈ।
অচচ্চত্ত পুম্বসিগী, পোক্কম্ লৈনকম্ মাঙনকম্ ওইন লৈ ॥২০॥

মনুংগী ভাব ঃ— পরমাত্মাগী ঈহান্ হান্‌বদা শীঙ থানগদবা বিভূতি ( শক্তি) দি "জীবাত্মা"নি। জীবাত্মা মগাক্তি অচচ্চত্ত থরাই পান্‌বা পুম্মকী থম্মোযদা হায়বদি অথুপ্পা মকম্‌দা লৈ। অদু-গুম্বা জীবাত্মা মহাক্কনা উরিবা লেঙিঙ পাল্লিবা পুম্মকসিগী হোৎকম্ লৈনকম্-মাঙনকম্ (তুংকম্) নি। ॥২০॥

আদিত্যশিংদা বিষ্ণু ঐনি, মঙাল্ লৈবশিংদা নুমিৎ ঐনি।
নুংশিৎকী মনুংদা মরীচি ঐনি, থরান্‌মচাকশিংদা থ ঐনি ॥২১॥

মনুংগী ভাব ঃ—আদিত্য তরানিথোইগী মনুংদা "বিষ্ণু" কৌবা আদিত্য অদু পরমাত্মানি মরোল অহুম্‌দা হেক লৈরিব মঙাল্ লৈবা পোৎশিং আসগী মনুংদা নুমিৎ হায়বদু পরমাত্মা ঐনি। খোঙচৎ মওং খেন্নবদগী নিকুমাপল্ থোক্ক খায়রিবা নুংশিৎশিং অসিগী মনুংদা "মরীচি" ( মঙাল্ পুবা নুংশিৎ ) হায়বদু পরমাত্মা ঐনি। মশাগী মঙাল্ পীহনা ঙালহন্‌বা থরান্‌মিচাকশিংগী মনুংদা থা কৌবসু পরমাত্মা ঐহাক্নি ॥২১॥

বেদানাং সামবেদোঽস্মি দেবানামস্মি বাসবঃ। ইন্দ্রিয়াণাং মনশ্চাস্মি ভূতানামস্মি চেতনা ॥২২॥
রুদ্রাণাং শঙ্করশ্চাস্মি বিত্তেশো যক্ষরক্ষসাম্। বসূনাং পাবকশ্চাস্মি মেরুঃ শিখরিণামহম্ ॥২৩॥
পুরোধসাঞ্চ মুখ্যাং মাং বিদ্ধি পার্থ বৃহস্পতিম্। সেনানীনামহং স্কন্দঃ সরসামস্মি সাগরঃ ॥২৪॥

---

বেদ মরিদা সামবেদ ঐনি, লাইরাম্গী মনুংদা শোরারেল্নি।
ইন্দ্রিয়শিংগী মনুংদা "পুক্নীং" ঐনি, থরাই পানবদা "জ্ঞান" ঐনি ॥২২॥

মনুংগী ভাব ঃ— ঋক্ যজু, সাম অথর্ব — বেদ মরিগী মনুংদা সাম বেদনা ভগবান্ মাগী মগুণ ত শক্পনা মহাক্না অখোইবা বেদনি। খ্বাইগী অথোইব ওইবনা সামবেদ হায়বদু ভগবান্ মহামকনি। লাইয়ামগী মনুংদা শাসন তৌবনা ইন্দ্রনা খ্বাইদগী অথোইব ওই। থরাইগী অথোইব ওইবনা ইন্দ্র হায়বদু ভগবান্ মাক্নি। ইন্দ্রিয়শিং অতৈনা তৌরিবা পুম্বা "পুক্নীং" কৌবা ইন্দ্রিয় মহাক্না তৌহন্বনা, "পুক্নীং" (মন) অসিতনা ইন্দ্রিয়শিংগী মনুংদা 'অথোইবনি। থরাইগী অথোইবনা ভগবান পরমাত্মামক্নি। জ্ঞানবু শৈত্রদবা থরাই পান্বনি হায়বগী কান্নবা লৈত্রে। অদুনা "জ্ঞান"না অথোইবা ওইবনা "জ্ঞান" মশামকসি পরমাত্মানি। অদুনা দার্শনিক অয়াম্বনা ব্রহ্ম হায়বসি "জ্ঞানময়" নি হায় ॥২২॥

রুদ্রশিংদা শঙ্কর ঐনি, যক্ষরক্ষশিংদ কুবের ঐনি।
বসুশিংদা "পাবক" ঐনি, চীঙগী মনুংদা মেরু ঐনি ॥২৩॥

মনুংগী ভাব ঃ— "শঙ্কর" না হায়বদি খ্বাইগী মঙ্গল পীনবনা শঙ্কর কৌব রুদ্রনা রুদ্র তবামাথোইগী মনুংদা অথোইবনি। অথোইব ওইবনা শঙ্কর হায়বসি ভগবান পরমাত্মা (অথোইবা আত্মা) মক্নি। মরল্ মথুম লৈব তৌবগুম্বা যক্ষ-রক্ষশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী তৌবা ঙম্বা মরল লৈব কুবের অসি পরমাত্মামক্নি। বসুশিংগী মনুংদা পাবক (শেংদোকপিবা) কৌবনা অথোইব ওইবনা পাবক অসি পরমাত্মা (অথোইব আত্মা) নি। চীঙশিংগী মনুংদা মথোল্ (মক মেরু) ওইবনা মেরু কৌবা চীঙ অসি পরমাত্মামক্নি ॥২৩॥

জ্ঞানী পুরোহিতশিংগী মনুংদা, অথোইব বৃহস্পতি ঐহাক্নি।
সেনাপতিশিংদা কার্ত্তিক ঐনি, ঈশিং তুংবগী মনুংদা সমুদ্র ঐনি ॥২৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—জ্ঞানী ওইব পুরোহিত পণ্ডিতশিংগী জ্ঞান পুম্বগী লৌথাকপম্ পোকপম্ ওইবনা বৃহস্পতি হায়বদু ভগবান্ পরমাত্মামক্নি। লাল্মীপুম্বগী লুচিংবা ওইবনা হায়বদি সংসারগী মশক্ ওইরবা লালক্মগী লুচিংবা ওইবনা কার্ত্তিক হায়বদু ভগবান্ মামক্নি। ঈশিং পুম্বগী, তুরেন্ পুম্বগী তানক্পম্ তুংনক্পম্ ওইবনা সমুদ্র অসি ভগবানমক্কী মশক্নি, হায়বদি অচম্বা পুম্নমক্কী তুংনক্পম্ তারক্পম্ ওইব ভগবান্ পরমাত্মা মহাক্নি ॥২৪॥

মহর্ষীণাং ভৃগুরহং গিরামস্ম্যেকমক্ষরম্ । যজ্ঞানাং জপযজ্ঞোঽস্মি স্থাবরাণাং হিমালয়ঃ ॥২৫॥
অশ্বত্থঃ সর্ববৃক্ষাণাং দেবর্ষীণাঞ্চ নারদঃ । গন্ধর্বাণাং চিত্ররথ সিদ্ধানাং কপিলো মুনিঃ ॥২৬॥
উচ্চৈঃশ্রবসমশ্বানাং বিদ্ধি মামমৃতোদ্ভবম্ । ঐরাবতং গজেন্দ্রাণাং নরাণাঞ্চ নরাধিপম্ ॥২৭॥
আয়ুধানামহং বজ্রং ধেনূনামস্মি কামধুক্ । প্রজনশ্চাস্মি কন্দর্পঃ সর্পাণামস্মি বাসুকিঃ ॥২৮॥

---

মহর্ষিশিংদা ভৃগু ঐনি, রায়েং রাহৈদা ময়েক্ ঐনি
যজ্ঞগী মনুংদা জপ যজ্ঞনি, লেণ্ডদবগী মনুংদা হিমালয় ঐনি ॥২৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—ব্রহ্মাগী মচা মহর্ষিশিংগী মনুংদা ভৃগুনা অথোইব ওইবনা ভৃগু অসিমক্ পরম্ ( অথোইবা ) আত্মানি । রাঙাং-রায়েংগী মনুংদা ময়েক্না মখাতানা খায়দোক্‌প ম্রাত্রবা ওইদুনা অমাঙ অতা অমুক্ লৈখিদ্রবনা অমত ওইবা ময়েক্না রায়েংগী মনুংদা অমাঙ অতা লৈতবা ব্রহ্মাগী মশক ওই । পুম্নমক কাউদুনা ভগবান্‌গী নাম জপ তৌব শোন্‌বতনা অথোইবা যজ্ঞনি । অথোইব ওইবনা, জপ যজ্ঞ হায়বসিমক্ ভগবান পরমাত্মাগী মশক্নি । হিমালয়না চত্তব-লেণ্ডদ-বশিংগী মনুংদা অথোইব ওইবনা চৎতব লেণ্ডদবা পরমাত্মাগী মশক্নি ॥২৫॥

উগী মনুংদা সনাখোংনাংনি, দেবর্ষিশিংদা নারদ ঐনি ।
গন্ধর্ব্বশিংদা চিত্ররথ ঐনি, সিদ্ধশিংদা কপিল ঐনি ॥২৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—সনাখোংনাংনা খ্বাইদগী খুরুম্নকম্ ওইবনা, মহাক্না খ্বাইগী নীঙনকম্ ওইবা পরমাত্মানি । ভগবান্‌গী মগুণত শক্‌পা শোন্‌ব ওইবনা নারদনা দেবর্ষিশিংগী মনুংদা অথোইব ওইবনা পরম ( অথোইব ) আত্মানি । কল্লব গন্ধর্ব্বশিংগী মনুংদা চিত্ররথনা খ্বাইদগী কন্‌ব ওইবনা, মহাক্ অসি শক্তিমান্ ( অকন্‌ব ওইবা ) পরমাত্মা মাক্নি পরমাত্মাবু সিদ্ধ তৌরবা মহর্ষিশিংগী মনুংদা ভগবান্‌মক্কী মশক্ ওইরবনা কপিল ভগবান্ অসিমক্ পরমাত্মামাক্নি ॥২৬॥

শগোলগী মনুংদ উচ্চৈঃশ্রবানি, অমৃত-ঈপাক্কী থোরক্‌প ঐনি ।
শামুগী মনুংদা ঐরাবত ঐনি, মীগী মনুংদা নিংথৌ ঐনি ॥২৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—অমৃত ( শিদব ) দগী, মশা মথন্ত থোক্‌চরক্‌পা, খ্বাইদগী মাঙ্‌বা অসি উচ্চৈঃশ্রবানা ওইবনা, মহাক্ অসি মশা মথন্ত পোক্‌চবা পরমাত্মাগী মশক্নি । শাগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা-তপ্প ওইবনা অদুগা অমৃত ( ঈপাক ) দগী থোরকপা ওইবনা ঐরাবতনা শামু পুম্নমক্কী অথোইবনি । অদুনা ঐরাবত অসি শাস্ত ওইবা পরমাত্মাগী মশক্নি । প্রজাপুম্বগী হর্ত্তা-কর্ত্তা নিংথৌনা ওইবনা, নিংথৌ হায়বসি জগৎকী হর্ত্তা-কর্ত্তা ওইবা পরমাত্মাগী মশক্নি ॥২৭॥

খুৎলায়গী মনুংদা বজ্র ঐনি, শন্‌বীগী মনুংদা কামধেনুনি ।
পোক্‌হন্‌বগী মনুংদা কামদেবনি, লিলগী মনুংদা বাসুকি ঐনি ॥২৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—বজ্রনা, অমনা ককপ-থুদেক্‌প-মাঙ্‌হন্‌প যাদব খুৎলায় ওইবন অমনা মাঙহন্ থাদব, মুৎপ লৈতবা ব্রহ্মাগী মশক্ ওইরবা পরমাত্মানি । কাম ধেনুনা, থোক্‌উ হায়ব

অনন্তশ্চাস্মি নাগানাং বরুণো যাদসামহম্। পিতৄণামর্য্যমা চাস্মি যমঃ সংযমতামহম্ ॥২৯॥
প্রহ্লাদশ্চাস্মি দৈত্যানাং কালঃ কলয়তামহম্। মৃগাণাঞ্চ মৃগেন্দ্রোঽহং বৈনতেয়শ্চ পক্ষিণাম্ ॥৩০॥
পবনঃ পবতামস্মি রামঃ শস্ত্রভৃতামহম্। ঝষাণাং মকরশ্চাস্মি স্রোতসামস্মি জাহ্নবী ॥৩১॥

মখোই থোকৃহনৃব ওম্বী শন্বী ওইবনা, জগৎ পুম্বগী থোক্লকম্ ওইবা ব্রহ্ম মাগী জ্ঞানদগী জ্ঞান পুম্বগী পোক্লকম্ ওইব ব্রহ্ম (পরমাত্মা) গী মশক্নি। লেঙিঙ পাল্লিবা পুম্বসি কাম (অপাম্ব-মুংশিবা) দগী প্রোকপমক্তনি। কামদেব হায়বসি, অচচ্চত্ত পুম্ববু পোকহন্‌বা প্রজাপতিগী মশক ওইবা পরমাত্মামক্নি। বাসুকিনা, মহু কল্লবা লিল্ পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইহুনা মখোয় পুম্নমকতু ওম্ব-নম্‌হৎপা ওইবনা, হুগী মত্তৌওম্ব কত্রবশিংবু নম্‌হৎপা পরমাত্মামক্নি ॥২৮॥

নাগশিংগী মনুংদা অনন্ত ঐনি, ঈশিং-জীব মনুংদা ঐনা বরুণ ওইবনি।
পিতৃলোকশিংদা অর্য্যামা ঐনি, নিয়ম কন্‌বগী মনুংদা যম ঐনা ওইবনি ॥২৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—নাগ কৌব লিল্‌শিংগী মনুংদা মতোক লিশিং পাল্লবা, ওম্খৈ লৈতবা শক্তিনা মহাক্কী ওইবা অনন্তনা, অনন্ত (ওম্খৈ লৈতবা) ব্রহ্মাগী মশক ওইরবা পরমাত্মানি। ঈশিংদা লৈবা জীব পুম্বগী জীবিকা ওইবা ঈশিংগী দেবতা ওইবনা, বরুণ হায়বসি জগৎ পুম্বগী জীবিকা ওইবা ব্রহ্মাগী মশক ওইরবা পরমাত্মাগী মশক্নি। মর্ত্ত্যলোককী দেহ থাদোক্কৃনা চৎখ্রবা জীবশিংগী লৈনকম্ পিতৃলোক্কী মপু অসি অর্য্যমানা ওইবনা মহাক অসি জীব পুম্বগী লৈনকম্ ব্রহ্মাগী মশক ওইরবা পরমাত্মাগী মশক্নি। নিংথৌ লায়রব য়েংদনা, ঈচা মীচা খাযদনা, মীচঙ মীখায় নাইদনা, নিয়ম চুম্না চৎপদগী যম কৌব মৃতুদেবতা অসি নিয়ম চুম্ব লৈবা লেঙদবা ব্রহ্মাগী মশক ওইরবা পরমাত্মামক্নি ॥২৯॥

দৈত্যশিংদা প্রহ্লাদ ঐনি, লৌশিন্‌বগী মনুংদা "মতম্" ঐনি।
শাগী মনুংদা নোংশা ঐনি, উচেক্কী মনুংদা গরুড় ঐনি ॥৩০॥

মনুংগী ভাব ঃ—পুকৃচেল্ কল্লবা কত্রবশিংগী মনুংদা, জীব পুম্ববু মুংশিবিবা অদুগা ভগবান্‌গী নাম শোন্দুনা জ্ঞান তাকৃপিব ওইবনা প্রহ্লাদ হায়বদু জীব পুম্ববু কোন্‌শিন্‌বা ব্রহ্মাগী মশক ওইরবা পরমাত্মাগী মশক্নি। লেঙিঙ পাল্লিবা পুম্বব লৌশিনব-লৌশিনবা ওইবনা মতম্ (কাল) হায়বসি পুম্নমকপু লৌশিনব ব্রহ্মাগী মশক ওইরবা পরমাত্মাগী মশক্নি নোংশানা শ। পুম্নমক্কী মনুংদা শক্তিমান ওইবা ঈহেন হেনবনা, মহাক অসি সর্ব্বশক্তিমান্ ওইব ব্রহ্মাগী মশক ওইবা পরমাত্মামক্নি। মত্তৌ অসিগুম্না গরুড়সু পরমাত্মাগী মশক্নি ॥৩০॥

অযাওবগী মনুংদ মুংশিৎ ঐনি, খুংজায় পায়বশিংদা ঐনা রামনি।
ঙাগী মনুংদা মকর ঐনি, তুরেলগী মনুংদা গঙ্গা ঐনি ॥৩১॥

মনুংগী ভাব ঃ—য়াওমন্দুনা মকম্ পুম্বা যৌওম্বা, মকম্ খুদিং শীম্থংনা লৈবা মুংশিৎ অসি মকম্ পুম্ব শীম্থংনা লৈবা ব্রহ্মাগী মশক ওইবা পরমাত্মামক্কী মশক্নি। কম্হৌব-খুংজায় হৈবা

সর্গাণামাদিরন্তশ্চ মধ্যঞ্চৈবাহমর্জ্জুন।। অধ্যাত্মবিদ্যা বিদ্যানাং বাদঃ প্রবদতামহম্ ॥৩২॥
অক্ষরাণামকারোঽস্মি দ্বন্দ্বঃ সামাসিকস্য চ। অহমেবাক্ষয়ঃ কালো ধাতাহং বিশ্বতোমুখঃ ॥৩৩॥
মৃত্যুঃ সর্বহরশ্চাহমুদ্ভবশ্চ ভবিষ্যতাম্। কীর্ত্তি শ্রীর্বাক্ চ নারীণাং স্মৃতির্মেধা ধৃতিঃ ক্ষমা ॥৩৪॥
বৃহৎ সাম তথা সাম্নাং গায়ত্রী ছন্দসামহম্। মাসানাং মার্গশীর্ষোঽহমৃতূনাং কুসুমাকরঃ ॥৩৫॥

---

য়ামনা সর্ব্বশক্তিমান ভগবানমক্তী শায়োম্নি। মহাউ মশক হোংদবা ঈশিংনা মাগী ওইবী গঙ্গা অসিমক জগৎগী মকম্ পূম্বদা তত্তনা লুনা চেম্বরুপী শক্তিনা মাগী ওইবা ব্রহ্ম পরমাত্মামক্তী মশক্নি। মতৌ অসিগুম জলজন্তু পুম্বদগী খ্বাইদগী মরীল লৈবা মকরনা পরমাত্মাগী মশক্নি ॥৩১॥

খুৎশেম্‌গী অচচ্চত্ত পূম্বগী, অহৌব-মধ্যায-অরোইব ঐনি।
বিদ্যানুংদা অধ্যাত্মবিদ্যা ঐনি বাদী বিবাদীশিংগী বাদ ঐনি ॥৩২॥

মনুংগী ভাবঃ—অচচ্চত্তপুম্বসিগী মনুংদা লৈরিবা শকক অহুম্মক হায়বদি মকোক-মরক-মতোল পরমাত্মানি। শকক অহুম্ অসি পোৎ খুদিংমক্ত লৈরিবনি। শকক অহুম্ অসিমক সর্ব্বব্যাপক ওইব ব্রহ্মগী মশক নাইব পরমাত্মামক্নি। বিদ্যা মখল্ ছুম্ফ্মরিগী অরোইবদি অধ্যাত্মবিদ্যানা ওইবিবনি। মযাম্ অসিনা কৃপ্প নৈনববপদা ব্রহ্মবিদ্যাদা লৌশিল্লবগদৌরিবনি। মীমাংসাগী পণ্ডিত অমনা দর্শনগী পণ্ডিত অমগী মতপু খণ্ডন তৌবা মতমদা মহাকনা তৌবক্লিবা বাদ (মরৈ) অদু পরমাত্মানি। অদুদগী অমুক দার্শনিক অদুনা ব্যাকরণগী মতপু খণ্ডন তৌবদা মতাক্লা তৌবক্লিবা বাদ অদু পরমাত্মানি। অচুম্ব মশেল্ অমনা অমবু খণ্ডন তৌনৈ। অদুগুম্না মশা মখন্তনা মশাবু শেম্‌জবগা মশাবু অমুক মশানা প্রলয তৌজবা অসি পরমাত্মা মহাক্তী স্বভাবনি ॥৩২॥

মযেক্তী মনুংদা "অ" ঐহাক্নি, সমাসগী মনুংদা "দ্বন্দ্ব" ঐ্ন।
মশক হোংদবদ "মতম্" ঐনি, মাযকৈপুম্ব ওন্ব অশেম্বা" ঐনি ।৩৩॥

মনুংগী ভাবঃ—ব্যঞ্জন (জগৎ) পুম্বদা থুপ্পুনা লৈবা "অ" (স্বব-ব্রহ্ম) অসি ব্রহ্মমকি। মহাক্ য়াওদনা ব্যঞ্জন অমত মশক্ মওং (খোম্ভোক্ নাইবা) নাইবা য়াদে। তোঙাল্ তোঙাল্ পদশিংনা পদ অমতদা সমাস তৌদুনা পুন্‌থ্রবস্থ মখোয অমমমনা প্রধান ওইনা লৈমিন্নবা দ্বন্দ্ব সমাস অদু, জীব-জগৎ-ব্রহ্ম অসুম্না অমত ওইনা পুন্‌থ্রবা অমত ওইবা মাগী মনুংদা অহুম্না প্রধান ওইনা লৈজরিবা পরমাত্মানি। (বিশিষ্টাদ্বৈত্যাবাদ)। মাঙোন্দা লোইনা হাপ্প চন্‌বা, মঙোন্দগী করিগুম্ব অম চংথ্রবদা য়াথহোদবা লৈতবা "কাল" (মতম্) হায়বদু পরমাত্মামক্নি। মাযকৈ মরিমক্ত মতম্ অমতদা মমায় পুমওন্ ওন্ব হায়বদি, মমায় মরি পান্‌ব' বিধাতা অদুদুক্ ভগবান্ পরমাত্মানি ॥৩৩॥

খ্বাইবু লৌশিন্‌বা "অশিব" ঐনি, ওইরক্কদবপুম্বগী "ওইবদ্রূপ" ঐনি।
ভুপীশিংগী "মিংচৎ-কজব-রাহৈ, নীঙ্ক্ষিংবা-তপথবা-চান্‌বিব" ঐনি ।।৩৪॥

দ্যূতং ছলয়তামস্মি তেজস্তেজস্বিনামহম্। জয়োঽস্মি ব্যবসায়োঽস্মি সত্ত্বং সত্ত্ববতামহম্॥৩৬॥
বৃষ্ণীনাং বাসুদেবোঽস্মি পাণ্ডবানাং ধনঞ্জয়ঃ। মুনীনামপ্যহং ব্যাসঃ কবীনামুশনা কবিঃ॥৩৭॥
দণ্ডো দময়তামস্মি নীতিরস্মি জিগীষতাম্। মৌনঞ্চৈবাস্মি গুহ্যানাং জ্ঞানং জ্ঞানবতামহম্॥৩৮॥

---

মমুংগী ভাব ঃ— খোখোৎপবু মঙোন্দ লৌশিন্ লৌশিন্‌বা "অশিবা" ( মৃত্যু ) হায়বসিমক খোখোৎপবু মঙোন্দা মশানা লৌশিন্‌জবা ভগবান্ মামক্‌নি। পোক্লক ওইরকদৌবা পুম্বগী "পোক্‌পা" হায়বদুমক্ পরমাত্মানি। নুপীগী, মীরু শুমহৎনবা কঙ্গবা, হৈশিংবা, মরাহৈ থুম্বা, তপ্প-খোৎপা ঙাক্‌পিহৈবা অসিনাচংবসি, মাগী মায়ানা জগৎপু শুমহৎপা পরমাত্মাগী মশকনি॥৩৪॥

বেদগী মনুংদা সামবেদ ঐনি, ছন্দগী মনুংদা গায়ত্রী ঐনি।
থাগী মনুংদা হীয়াঙ্গৈ ঐনি ঋতুশিংদা বসন্ত ঐনি॥৩৫॥

মনুংগী ভাবঃ— জ্ঞানবিজ্ঞানাচংব নৈনরিবা বেদ অতৈদগী অদুগুম্ব বেদনা মশাগী গুণ মশাতন শক্‌চরগ মপুংফাহনবা ওম্ব সামবেদ অসিমক পরমাত্মানি। নাদব্রহ্মগী মশক লৈবী গায়ত্রী (মন্ত্র) অসি ব্রহ্মগী মশক ওইবা পরমাত্মামকনি। ঋতু পুম্নমক্কগী হীয়াঙ্গৈ * য়াওবা ঋতুনা জগৎ পুম্বগী জীবিকা ওইবা চাথোক পীবনা হীয়াঙ্গৈ হায়বা থা অসিমক ভগবান পরমাত্মাগী মশকনি। কংলবা হৈপাল-লৈপাল অপুগ। তাইবং মী শাশল্ পুম্ববু ঈনৌনৌনা অমুক মযোল চোংহন্‌বা ওম্বা বসন্ত ঋতু অসিনা ঋতুশিংগী মনুংদা শক্তিমান ভগবান মাগী মশকনি॥৩৫॥

নম্‌থাক তৌবশিংগী নম্‌থাক চৌবর ঐনি, মঙাল লৈবগী মঙাল ঐহাকনি।
অশুম্বশিংগী "ওম্বা" ঐহাকনি, নোম্বকন্‌বগী "নোম্বা"অরৈবগী"লৈবা" ঐহাকনি॥৩৬॥

মনুংগী ভাব ঃ— নম্‌থাক তৌই হায়ব খঙহন্দনা নম্‌থাক তৌনা শাম্নবা ( চৌবর ) অসিমক্ মাথা তৌনা তৌনা মায়ানি খঙহন্দনা লোল্ল জগত্ত শান্নরিবা ভগবান্‌গী মশকনি। মঙাল্ পুবশিংগী, অমম্ব কোক্লহন্‌বা মঙাল্ অহু মঙোন্দগী হাইদোরক্‌প জ্ঞানগী মশক্ ওইরবা মঙাল্ল অজ্ঞানগী মশক্ ওইরবা অমম্ববু মাঙহন্‌বা ভগবান মামক্লি। জয় ওইরবশিংগী "জয়" হায়বদুমক্ অমদম্ভ ওইব, ইয়ায়ানা লৈবা ভগবান মাগী মশক্লি। অহেন্‌বা অকবা ফংগে হায়না নোম্নিব তান্নরিবশিংগী "অঈন্‌কন্‌বা" হায়বদুমক্, মতম্ পুম্বদা উর্দ্ধগতি ওইবা ব্রহ্মগী মশক্ ভগবান পরমাত্মাগী মশক্লি। মশক্ মও' মামং নাইনা লৈরিবা অচঙ্কতশিংগী "লৈবা" ( সত্ত্ব ) হায়ব দুমক্ "লৈবা" হায়বদুত্ত মপুবা, মশক মওং নাইনদি লৈত্তবা, ব্রহ্ম পরমাত্মা মাগী মশক্লি। অদুগা সাত্বিক ওইবশিংগী সত্ত্বগুণ অদুমকসু ভগবাননি, সাত্ত্বিক ওইব যোগীশিংগী পঞ্চভূতনা শাবা হকচাং অদুদ্দ নত্তে॥৩৬॥

বৃষ্ণিগী মনুংদা বাসুদেব ঐনি, পাণ্ডবশিংগীদ ধনঞ্জয়নি।
মুনাশিংদা ব্যাস ঐহাকনি, কবিশিংদা শুক্রাচার্য্য ঐনি॥৩৭॥

---

*টীকা—মেরাগ পোয়নুগ অনীগী মরক্ক লৈবনা হীয়াঙ্গৈনা অথোইবনি।

যচ্চাপি সর্বভূতানাং বীজং তদহমর্জুন। ন তদস্তি বিনা যৎ স্যান্ময়া ভূতং চরাচরম্ ॥৩৯॥
নান্তোঽস্তি মম দিব্যানাং বিভূতীনাং পরন্তপ। এষ তূদ্দেশতঃ প্রোক্তো বিভূতের্বিস্তরো ময়া ॥৪০॥
যদ্যদ্বিভূতিমৎ সত্ত্বং শ্রীমদূর্জিতমেব বা। তত্তদেবাবগচ্ছ ত্বং মম তেজোঽংশসম্ভবম্ ॥৪১॥

মন্নুংগী ভাব :— বৃষ্ণি শাগৈদা পোক্‌পশিংগী মনুংদা বাসুদেব হায়বশিনা মকম্ পুম্বদা পুম্নোয়ৌনা শাগ্নহনা লৈবনা, মকম্ পুম্বদা মাগী মায়ানা পুম্নোয়ৌনা শাগ্নবা ব্রহ্ম পরমাত্মা মাগী মশক্তি। পাণ্ডবশিংগ মনুংদা লন্থুম্-ঐশ্বর্য্য পাম্নবনু ওম্ব ধনঞ্জয় কৌবা অর্জ্জুননা ঐশ্বর্য্য পুম্বগী মপু (ভগবান্) পরমাত্মামক্কী মশকনি। * মুনিশিংগী মনুংদা মহাজ্ঞানী ওইবা ব্যাসনা জ্ঞানময়-জ্যোতির্ম্ময় ওইবা ভগবান্‌মক্কী মশক্‌নি। কবিশিংগী মনুংদা শুক্রাচার্য্যনা খ্বাইদগী কবিতাশক্তি লৈবা হেনবনা জগৎপুম্ববু কবিতা (রচনা) তৌব ভগবান্ পরমাত্মামক্কী মশক্‌নি ॥৩৭॥

দণ্ডপীওম্বশিংগী দণ্ড ঐন, জয় ওইনিংবশিংগী নীতি ঐনি।
অরোন্‌বশিংদা মৌন ঐনি, জ্ঞান-লৈবশিংগী ঐন জ্ঞাননি ॥৩৮॥

মন্নুংগী ভাব :—নম্‌হৎপা ওম্ব-দণ্ডপীওম্বশিংগী মশাদা লৈরিবা দণ্ড হায়বদুমক্ জগৎপু মাগী পাম্বোম্ মখাদা নম্‌হল্লুনা থম্‌ওম্বা ভগবান্ মাগী মশক্‌নি। নীতিতনা যেকনশিংবু জয় তৌওম্বশিংগী জয় তৌওম্বাশিংগী নীতি (জ্ঞান) অদুমক্ জগৎপুম্ববু মীকুপ্প মুৎহন্‌বা ওম্বা ভগবান্ মামক্কী মশক্তি। অথুপ্প-অরোন্‌বখিবিক্কী মনুংদা "তুনিন্ লৈবা" (মৌন) হায়বসি লেডিঙ পাল্লিবা জগৎপুম্বনা তৌরবশিংসিবু যেংদুনা তুমিন্ন লৈরিব পরমাত্মা মাগী মশক্‌নি। জ্ঞান লৈবশিংগী থম্মোয়দা মশক্ নাইনা-ঙান্নুনা লৈরিব জ্ঞান অদুমক্ মকম্ পুম্বদা মশক্ উহন্দনা ঙান্নুনা লৈরিব ভগবান্ ব্রহ্ম মাগী মশক্তি ॥৩৮॥

অচচ্চত্তগী পূম্বগী হৌকম্ মরুপ্ত, অর্জ্জুন ঐনি খঙঙু নং।
ঐয়াওদনা করি কনাগুম্বমত, লৈব যাদে থাজো নং ॥৩৯॥

মন্নুংগী ভাব :— মপান্‌গী জগত্ত উরিবা অচচ্চত্ত পোৎ পুম্নমক্ অসি অমগমগ মশক্ মওং মমিংদা অমত মান্নদে। অদুবু মখোয পুম্বসিগী হৌরক্‌কম্ মক (বীজ) মহাক্তি মশক্ মওং অমতগীনি। অদুগুম্ব মক অদুমক্ পরমাত্মা ব্রহ্মনি। মহাক্ য়াওদনা পোৎ অমতগীসু পোক্‌পা-লৈবা-মাওবা যাদে ॥৩৯॥

ঐগী হাযরিব বিভূতিশিংসিগী, অর্জ্জুন অরোইব লৈতবনি।
শম্পৎন নংগী নক্কম্‌দা মক-মক ওইবত হায়বনি ॥৪০॥

মন্নুংগী ভাব :— জগৎত উরিবা, অচচ্চত্ত-লেডিঙ পাল্লিবা পুম্বা ভগবান্ মহাক্কী বিভূতি (সম্পত্তি) মক্রুনি। ভগবান্ মশামক্কী মওং মতৌ মতীক্ মগুণবু শীংথাবা ওম্নবা অদুগুম্না, মাগী অউবা মশক্ ওইদুনা লৈরিব জগৎত লৈবা পোৎ পুম্নমক্‌সিবু কনানসু শীংথাবা ওম্‌দে।

* টীকা :—পঞ্চপ্রাণ (পঞ্চপাণ্ডব) গা ধনঞ্জয় কৌবা শিংলিগী সম্বন্ধ উংলি।

অথবা বহুনৈতেন কিং জ্ঞাতেন তবার্জ্জুন।। বিষ্টভ্যাহমিদং কৃৎস্নমেকাংশেন স্থিতো জগৎ ॥৪২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভগবদ্গীতাপর্বণি চতুস্ত্রিংশোঽধ্যায়. ॥০॥

গীতায়াস্তু দশমোঽধ্যায়: ॥০॥

---

হাযনা ভগবান্ বাসুদেবনা হায়রি। মহাক্না খ্বাইদগী অথোইবা ওইবনা পোৎ জাৎ খুদিংগী অথোইববুত চাউরাক্না শীঙ্থানবসিনা মাগী মশুনবু মশামক্না শক্পমক্লি ॥৪০॥

অথোই-অথোইব-অহেনৃব-পুম্বা, পোৎ-পোৎ খুদিংদা লৈরিবা।

ঐগী তেজদগী পোক্পনি, অসুম্ন খঙ্ঙু অকনবা ॥৪১॥

মনুংগী ভাব ঃ—উ-রা-চীঙ্-মান্, মী-শানচিংবা হেক্, লৈবিবা পোৎ পুম্নমক্ অসিদা অথোই অথোইবা ওইনা লৈবিবসি, ভগবান মহাক্কী তেজনা বিশেষ ওইনা যাওবদগী লৈব যারিবনি। মাদুমক্তুনা মাগী মাগী জাং অহুগী মনুংদা, অথোইবা মহাক্না তেজ অম পুন্থুনা তোম্থিল্ ওইনা লৈবা য়ারিবনি। অহুগুম্বা অথোইবশিংদি মশী লাক্ঙমদ্রবা যুগ কযা মশীঙ নাইদনা লৈথি, হৌজিকসু লৈরি, মতুংদসু মশীং লাক্ঙম্দনা লৈবক্কনি ॥৪১॥

অহুক্ যাম্বদুবু লোইনা খঙহনা, কৈদৌগদগে অর্জ্জুন নংনা?

মযাম্ অহুদা ঐহাক্না, লৈবনি তেজগী শকক্ অমতনা ॥৪২॥

মনুংগী ভাবঃ—হাযবিবা মযাম্ অসিদি জ্ঞাননসু, বিজ্ঞানসু লোইনা শীঙ্থাবা ওম্বা পোৎ নত্তে। মযাম্ অহ শীঙ্থাকহুনা কৈদৌদগে? মক ওইবা খজিক্ক মখঙহ্। মাদুতনা পুন্শিগী নথৌ লেপ্পু। বিজ্ঞানগী পম্বেনা ওইরবসু পুম্নমক্ শীঙ্থাব ওম্লবসু, অর্জ্জুন। মাদুনা নংনা কৈদৌনগদৌরি? শকক্ অমতবু মুন্না খঙলগা নংনা নংগী পুন্শিদা তোগদবা নথৌদা নপুক্কী লেপ্পুনা হন্দক্কী মপোক্ অসিদা তোগদবা নথৌদা পুক্কীং চঙহো ॥৪২॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্ম পর্ব্বগী মনুংদা গীতাপর্ব্বগী কুন্থ্রামরিশুবা অধ্যায লোইরে ॥×॥

ভগবদ্গীতাগী তবাশুবা অধ্যায লোইবে।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## ( গীতা পর্ব্ব )

## একাদশোঽধ্যায়ঃ

( ভগবদ্গীতাগী তরামাথোইশুবা অধ্যায় )

—:◡:— —

### অর্জ্জুন উবাচ

মদনুগ্রহায় পরম্ গুহ্যমধ্যাত্মসংজ্ঞিতম্ । যত্ত্বয়োক্তং বচস্তেন মোহোঽয়ং বিগতো মম ॥১॥
ভবাপ্যয়ৌ হি ভূতানাং শ্রুতৌ বিস্তরশো ময়া । ত্বত্তঃ কমলপত্রাক্ষ । মাহাত্ম্যমপি চাব্যয়ম্,
এবমেতদ্যথাত্থ ত্বমাত্মানং পরমেশ্বর ! । দ্রষ্টুমিচ্ছামি তে রূপমৈশ্বরং পুরুষোত্তম । ॥৩॥

---

অর্জ্জুননা হায ঃ-

অরোন্বা-অথুপ্প পুম্নমক্,　　চান্বিদুনা তাক্পিরে ঐঙোন্দা ।
চিংনবা-অমম্ব পুম্ব কোক্লে,　　তাজরে শুম্না চনীঙ্ তানা ॥১॥

মনুংগী ভাব ঃ—“সংসারগী মশক ওইরবা লাল্কম্সিদা, আত্মাগী ব্রহ্মাগী বিষয ওইবা অরোন্বা অকুপ্প পুম্ব' তাক্পিরে, প্রকৃতিংগী অমম্বা চিংনবা পুম্বদি কোক্লে।” অস্নুম্ হায়না অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়বনি ॥১॥

থম্বাল মীত্তা তারবা,　　তাজরে লোইনা নঙোন্দগী,
জগৎকী পোক্প-লোইশিন্বা, নতীক্সু তাজরে নহাক্কী ॥২॥

মনুংগী ভাব ঃ—“লাল্কম্গী মশক্ ওইরবা, সংসারগী মনুংদা তাগদবা নৈনদবসিদি জগৎ অসিগী পোকপা লোইশিন্বা হাযবদি জীবাত্মানা হকচাংদা মতো করম্না কবিগীদমক্ লাক্পা, অদুগা হন্দক্কী মপোক অসিদা করি কর্ম্ম তৌরম্দুনা করম্ব মপোক্তা করি মওংদা অমুক্ চঙখিবা—অনীসিতনি। মাদুস্ম লোইনা তাজরে”—হায়না অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হাযবনি ॥২॥

কৃষ্ণ নহাক্না তাকপিরিবা,　　পুম্নমক অচুম্বা মক্তনি ।
পুম্নমক্সি মপান্গী মীৎসিনা,　　অমুক্তদি উজনীঙবনি ॥৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—“তাইবং মীওইবা হাযবসিনা কনা তাক-খোৎলুদুনস্সু মপান্গী ইন্দ্রিয়না উত্রি শোক্তিন্মখৈ, অপেন বা লৈতে, থাজদে। অদুনা নহাক্কী বিভূতি ময়াম্ অসিনা নংগী মনুংদা (গর্ভদা) লৈ হায়বসি মীৎমক্না অমুক্ত উজগে—”—হায়না অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হাযবনি ॥৩॥

মন্যসে যদি তচ্ছক্যং ময়া দ্রষ্টুমিতি প্রভো ।। যোগেশ্বর ! ততো মে ত্বং দর্শয়াত্মানমব্যয়ম্ ॥৪॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

পশ্য মে পার্থ ! রূপাণি শতশোঽথ সহস্রশঃ । নানাবিধানি দিব্যানি নানাবর্ণাকৃতীনি চ ॥৫॥

পশ্যাদিত্যান্ বসূন্ রুদ্রানশ্বিনৌ মরুতস্তথা । বহূন্যদৃষ্টপূর্বাণি পশ্যাশ্চর্য্যাণি ভারত ! ॥৬॥

ইহৈকস্থং জগৎ কৃৎস্নং পশ্যাদ্য সচরাচরম্ । মম দেহে গুড়াকেশ ! যচ্চান্যদ্দ্রষ্টুমিচ্ছসি ॥৭॥

ন তু মাং শক্যসে দ্রষ্টুমনেনৈব স্বচক্ষুষা । দিব্যং দদামি তে চক্ষু পশ্য মে যোগমৈশ্বরম্ ॥৮॥

---

পুম্নমক্সিবু উজবদা ঐনা মতীক্ চারবদি হৌজিকমক্ ।
অমাঙ-অতা লৈত্রবা জনার্দ্দন !, উজগে ঈমীংনা পুম্নমক্ ॥৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—জ্ঞানগী বিজ্ঞানগী ম্রা অত্থুগা জীব-ব্রহ্মাগী তত্ত্বু কন য়াম্না তাকত্থুনস্থু থাজৈশেংনা ইন্দ্রিয়না উবা উহন্বা ভম্জ্রিমখৈদি কান্নবা লৈতে। অত্থুনা মাথু পুম্বা উহন্বিথুন ঐবু থাজহনবিয়ু—”—হায়না অর্জ্জুননা হাযবনি ॥৪॥ *

ভগবান্ন হায ঃ—

করে অর্জ্জুন ! ঐগী ঈশকপু, লিশিং লখা থোক্ল উজো ।
নীঙথিরবা ঈওং ইশক্ কয়া, চাম চাম থোক্লা য়েংহো ॥৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—“জ্ঞান বিজ্ঞানগী তত্ত্ব খিবিকপু মুন্ন তারবা খঙলবা মী মতাক্ অত্থুদি অমত ওইবা ঐহাক্কী ঈশক্পু জগত্তা লৈরিবা পোৎ লিশিং লিশিং লখা-লখা অসিগী খুদি দা শোযদনা উবা ফংগনি। ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা লৈরিবা পূম্বসিদা অমত ওইবা ঐগী ঈশক্পু উবা ফংগনি” হাযনা—কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায—॥৫॥

ঐগী হকচাংদ অদিত্য, বসু, রুদ্র তরামাখোই অশ্বিনী কুমার
নুংশিৎ নিফুমাপল্সি নত্তবা, অঙকপা পূম্বা নহাক্না উহৌ ॥৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—মপান্গী জগত্ত লৈরিবা অমম্-অঙাল্ পূম্বসি উবত নত্তনা, মমাঙৈদা থক্ উখিদ্রিবা পোশক্ কয়া কযা অত্থুগা মত্তুংগী মপোক মপোক্ত উবক্কদৌবা অঙকপা ফংলবা পোশক্ কয়া কয়াস্থু জ্ঞান বিজ্ঞানগী দৃষ্টিনা যেংলবদি, মখোযসিবু মূর্ত্তি নাইনা ঐগী হকচাংদা লোইনা উগনি ॥৬॥

ঐগী হক্চাংগী শরুকঅমদা, লেঙ্দন লৈচ্চুনা নহাক্না
অচচ্চত্ত পূধত্থুগা উনিংবা কয়াস্থু, উহো অর্জ্জুন নংনা ॥৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—যেংগদবা পোশক অমতদা পূবনীং চঙনা য়েংলবদি জগৎকী মশক ওইরব ঐগী হকচাংসিদা, ভাবনা, অকুপ্প মিৎয়েংতনা উনিংব পোশক কয়া কয়া খোয়দনা উবা ফংগনি ॥৭॥

মপানগী হকচাংগী মীৎসিনদি, মপানগী পোত্ত উত্থুনা তোক্কনি ।
অত্থুনা লোইনা উনবা, দিব্যদৃষ্টি ন'ঙাদ্দা পীগনি ॥৮॥

---

* টীকা ঃ—“জীব”-“ব্রহ্ম”বু দার্শানক-বৈজ্ঞানিক কনানস্থু ভাঙবদগী হেন্না খুবাক্ক হাপ্পুনা উৎপ ভম্দে ।

সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্ত্বা ততো রাজন্। মহাযোগেশ্বরো হরিঃ। দর্শয়ামাস পার্থায় পরমং রূপমৈশ্বরম্ ॥৯॥

অনেকবক্ত্রনয়নমনেকাদ্ভুতদর্শনম্। অনেকদিব্যাভরণং দিব্যানেকোদ্যতায়ুধম্ ॥১০॥

দিব্যমাল্যাম্বরধরং দিব্যগন্ধানুলেপনম্। সর্বাশ্চর্যময়ং দেবমনন্তং বিশ্বতোমুখম্ ॥১১॥

( বিশেষকম্ )

দিবি সূর্যসহস্রস্য ভবেদ্যুগপদুত্থিতা। যদি ভাঃ সদৃশী স্যাদ্ভাসস্তস্য মহাত্মনঃ ॥১২॥

তত্রৈকস্থং জগৎ কৃৎস্নং প্রবিভক্তমনেকধা। অপশ্যদ্দেবদেবস্য শরীরে পাণ্ডবস্তদা ॥১৩॥

---

মনুংগী ভাব ঃ—অমত্বদা লৈগ্রবা হৌখিবা ওইরকদবা পূম্ব উব ঙম্বা দিব্য ( ঙাল্লবা ) দৃষ্টি হায়বদি মীৎয়েং অহু হাযবদি মীৎ অহু ঐনা নঙোন্দা পীগনি" হাযনা কৃষ্ণনা অর্জুনদা হায়বনি। দিব্যদৃষ্টি হায়বদি বৈজ্ঞানিকদৃষ্টিবুনি ॥৮॥

অস্মম্ হাযদুনা মহারাজ!, যোগেশ্বর ওইবা হরিনা

ঙম্খৈ লৈত্রবা মশকপু, অর্জুনদা উহনখি মুংশিনা ॥৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—"পূম্মকপু মশা মথক্তদা পূহুনা মাহুবু উহনবা ঙম্বা হরিনা, জ্ঞান ময়াম অসি তারুবা তুংদা মহাকী ঙম্খৈ লৈত্রবা শরোল্ কয়া কয়াবু অর্জুনদা উহনখি"—হায়না সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা হাযখি ॥৯॥

মশীঙ নাইদবা মীৎ চীন্ পান্বা, অঙকপা মায়থোং কয়াবু

কজ কজব কীজোল্ শেৎলবা, লাইগী খুৎলায় ময়াম্ পায়বা ॥১০॥

কজব লৈ পরেং শিয়বা, মনম্ নুংশিবা তৈরবা শেৎলবা,

মাযকৈ পূম্বা মমায় ওনবা, ঙম্খৈ লৈতবা মাবু উখ ॥১১॥

মনুংগী ভাব ঃ—অর্জুননা কৃষ্ণগী হকচাংদা, তাকৃখিব হায়খিবা পূম্মক অহু জ্ঞান বিজ্ঞানগী দৃষ্টিনা য়েংশিন্খিবদা পোশক ওইনা উবা কংখি ॥১০-১১॥

নোংমদোম্বক্তা নুমিৎলিশিংনা খোক্রবা মতম্ অদুতদা

হরি মাগী মঙানগা, পান্দম্ ওইগনি মতমদুদা ॥১২॥

মনুংগী ভাব ঃ—নুমিৎ অমতগী পীক্লবা তেজ শক্তিগী পাম্বৈনা, তাইবং জীবশিংনা জগৎপু ঈঙান ঙাম্ন উই। অসিগুম্বা ঙাল্লবা লংলবা নুমিৎ লিশিংনা অতিয়াদা করিগুম্ব খোক্রবতদ হরি মাগী মশেক্ মঙাল্ পান্দমবা য়াগনি—হায়বনি ॥১২॥

অতগী তুংদা হরিগী, হকচাং শরুক্ অমতদ লৈনা,

তোঙাল্ তোঙাল্ অচক্তত, পূম্মক্ উখি * অর্জুননা ॥১৩॥

---

* টীকাঃ—অর্জুন মশানা মশাবু লোইনা উজবনিনা, কদায়দ লৈহুনা উয়িবলো হায়না চিংনয়োইদবনি।

ততঃ স বিস্ময়াবিষ্টো হৃষ্টরোমা ধনঞ্জয়ঃ। প্রণম্য শিরসা দেবং কৃতাঞ্জলিরভাষত ॥১৪॥

অর্জ্জুন উবাচ।

পশ্যামি দেবাংস্তব দেব! দেহে সর্বাংস্তথা ভূতবিশেষসংঘান্।
ব্রহ্মাণমীশং কমলাসনস্থমৃষীংশ্চ সর্বানুরগাংশ্চ দিব্যান্ ॥১৫॥
অনেকবাহূদরবক্ত্রনেত্রং পশ্যামি ত্বাং সর্ব্বতোঽনন্তরূপম্
নান্তং ন মধ্যং ন পুনস্তবাদিং পশ্যামি বিশ্বেশ্বর! বিশ্বরূপ! ॥১৬॥
কিরীটিনং গদিনং চক্রিণঞ্চ তেজোরাশিং সর্বতো দীপ্তিমন্তম্।
পশ্যামি ত্বাং দুর্নিরীক্ষং সমন্তাদ্দীপ্তানলার্কদ্যুতিমপ্রমেয়ম্ ॥১৭॥

---

মনুংগী ভাব :—"নংনা ঐগী হকচাংগী শরক অমত্তদা নমিৎ থমৃতনা পূম্নমক্পু তোঙাল্ তোঙাম্ন য়েংঙু"—হায়বা অদুগী মতুংইন্না অর্জ্জুননসু কৃষ্ণগী হকচাংদা অচম্বা পুম্নমকসু উথি—হায়রনি ॥১৩॥

অদুগী তুংদা অওকপা কংলবা, তুজুংলবা অওক-হরাউনা
অর্জ্জুননা মকোক নোম্দুনা, হায়রকই মখুৎ লোম্বনা ॥১৪॥

মনুংগী ভাব :—অহানবদা, অান ত্রাত্রিঙৈদা, মীচম্ঙুম্-মরাপকূম্ খল্লম্বা অর্জ্জুননা জগৎপূম্বা পূঙম্বা হরিগী মশকপু উবদা অওকপা হরাউনা খন্দুনা মখুৎ লোমহনা হায়জরকই—॥১৪॥

নংগী হকচাংদা জীবপূম্বা, খোয়দোদা লৈবা ব্রহ্মাবুসু
মরীচিনচিংবা ঋষিপূম্বা, উজরে অচৌব লিল্‌শিংবুসু ॥১৫॥

মনুংগী ভাব :—মহাক্তী খোয়দোদগী পোকখিবা ব্রহ্মানা জগৎপূম্ববু মাগী য়াথংদগী শেম্‌খিব হরি মাগী হকচাংদা, অর্জ্জুননা কনাগী ঋষিমুনি পূম্নমক অওকপা অচৌবা লিল পূম্নমক উবা ফংথি ॥১৫॥

মশীঙনাইদবা পাম্বোম্-পূক মায়থোং-মীৎ পান্‌ব নশক,
উজরে নশাদ ওম্নমক ঐনা।
জগৎন নশক ওইবও! উজদে নংগী অচৌবা,
অারোইবসু খঙদে ননাইনা ॥১৬॥

মনুংগী ভাব :—জ্ঞানবিজ্ঞানগী দৃষ্টিনা পোৎশক অমতগী মশাদা খোখোৎপা উবদি ফংডি হায়ববু উরিবশিং অদু কদাইদগী হৌরগা কদাইদা লোইখিবা হায়বদুদি খঙবা উব ঙম্‌দে হায়না—অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়রনি ॥১৬॥

লুহুপউপ্নগদাচক্রপাষবা, মায়কৈপুম্ব নশেক্ন ভান্‌বা,
চাক্লবমৈ-জুমিৎকুম্ ভান্‌বা, য়েংঙম্‌দবা। উজরে মায়কৈপূম্বা ॥১৭॥

মনুংগী ভাব :—মখল্ মখল্‌গী খুৎলায় পায়রবা, তোঙাল্ তোঙাল্‌বা কীজোল্ শেৎলবা, জুমিৎ অমদি মৈগী মতোঙুম্ চাক্লব ভাল্লবা। ভগবান্ হরিবু অর্জ্জুননা লাল্‌কম্‌দা উথি।

ত্বমক্ষরং পরমং বেদিতব্যং ত্বমস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম্ ।
ত্বমব্যয়ঃ শাশ্বতধর্ম্মগোপ্তা সনাতনস্ত্বং পুরুষো মতো মে ॥১৮॥
অনাদিমধ্যান্তমনন্তবীর্য্যমনন্তবাহুং শশিসূর্য্যনেত্রম্ ।
পশ্যামি ত্বাং দীপ্তহুতাশবক্ত্রং স্বতেজসা বিশ্বমিদং তপন্তম্ ॥১৯॥
দ্যাবাপৃথিব্যোরিদমন্তরং হি ব্যাপ্তং ত্বয়ৈকেন দিশশ্চ সর্বাঃ ।
দৃষ্ট্বাদ্ভুতং রূপমিদং তবোগ্রং লোকত্রয়ং প্রব্যথিতং মহাত্মন্ ॥২০॥
অমী হি ত্বাং সুরসংঘা বিশন্তি কেচিদ্ভীতাঃ প্রাঞ্জলয়ো গৃণন্তি ।
স্বস্তীত্যুক্ত্বা মহর্ষিসিদ্ধসংঘাঃ স্তুবন্তি ত্বাং স্তুতিভিঃ পুষ্কলাভিঃ ॥২১॥

---

হায়বদি—কুরুক্ষেত্রদ তিল্লিবা অহুকয়াম্ব কীজোল্ খুৎলায় মথল মথল পুবা মীয়াম্ অহৃ পুল্লগা কৃষ্ণগী হকচাংদা অর্জ্জুননা উথি হায়বনি ॥১৭॥

অমাঙ্‌বলৈতব খ্বাইদগী খঙনকম্ থোকপা,     জগৎপুম্বগী ফুংনকম্ ওইবা
লেঙ্গ্রবা কুইরব ধর্ম্মঙাকহৈবা,     নহাক্কি খঙজরে হোংব লৈতবা ॥১৮॥

মনুংগী ভাব :—দিব্যদৃষ্টিতনা উগদবা, ভগবান্ হরিগী, লেঙ্‌ত্রবা, অমাঙ অতা লৈত্রবা মশকপু অর্জ্জুননা উথি—হায়বনি ॥১৮॥

অহৌবময়ায়অরোইব লৈতবা,     মুমিৎথান মিৎওইব পাম্বোম্ মশীং নাইদরে
চাক্লবমৈরিনা য়ানুংদা ঙানবা,     জগৎপু চাকহনব নহাকপু উজরে ॥১৯॥

মনুংগী ভাব :—মুমিৎ থানচিংব জগৎপুম্বদা লৈরিবপুম্বসি অর্জ্জুননা কৃষ্ণগী মশাদা লোইন উবনা, জগত্ত লৈরিবা পুম্বসি মাগী হকচাং কায়াৎ-মক্তনি হায়না উথিবনা মুমিৎথাবু ভগবান্ মহাকী মীৎ অনীনি হায়না উথি। মুংশিত্তগী পোকপা মৈবুঙ্গ মশীঙলাকঙ্ত্রবা য়ানুংদগী কাম-থোরকপ মুংশাশোরগী মুংশিত্তগী পোকপা মৈমক্তনি হায়না উথি। থোরককম্ ওইব চীন-য়া পুম্নমক অসিমকুস্থ কদায়রাইদগী হৌরগা কদায়দ থমখিব অহুস্থ অর্জ্জুননা উব ফংদে * ॥১৯॥

নোংমদোন্লৈখামরক্তা,     মায়কৈ'ম্দ নথক্তন থল্লি ।
মংগীসিঙমব নশক উরগা,     মরোল্ অহুম্না রারি—ঙাক্লি ॥২০॥

মনুংগী ভাব :—জগৎকী মকম্পুম্বদা ভগবান্না কুপ্তবা, শঙ্খুম্ নামগী অহাঙবা মকম্ লৈতে। অসিঙম্বা মশকপু উরবা, স্বর্গ-মর্ত্ত্য-পাতালদা লৈবা কনাঙম্বনা ঙক্কবা রাদবা ঙম্দে। হায়বদি—“অসিঙম্বা মশকসি উরব ভুংদা উরিবা সিবু “ঐনি” থল্লম্বা অসিঙম্বা অর্জ্জুন ঐসি রাদবা ঙক্কবা ঙম্দে”—হায়বনি ॥২০॥

হিংচাবশিংসিনা নঙোন্দা চঙলি,     অকিবশিংনা খুৎলোয়না হায়জরি ।
মহর্ষিশিংনা জগৎকী মঙ্গল,     ওইসনু হায়না নঙোন্দা হায়জরি ॥২১॥

মনুংগী ভাব :—অসুরশিংনা শক্লোল্ পুডুনা পোক্লবা, মীগী মহল্ মথুম্ পাম্ব নাপল্ চাউব মশাগী ওইজবা ভানবগী লালকম্না লাক্লবা, দুর্য্যোধনঙম্ব মীশিং লিশিং লিশিংনা, নংগী থয়াৎকী

---

* মৈ-নুংশিৎ অসিনচিংবসি কদাযদগী হৌরগা কদায়দা লোইখিবা—কনাসু উদে।

রুদ্রাদিত্যা বসবো যে চ সাধ্যা বিশ্বেঽশ্বিনৌ মরুতশ্চোষ্মপাশ্চ।
গন্ধর্বযক্ষাসুরসিদ্ধসংঘা বীক্ষন্তে ত্বাং বিস্মিতাশ্চৈব সর্বে ॥২২॥
রূপং মহত্তে বহুবক্ত্রনেত্রং মহাবাহো। বহুবাহূরুপাদম্।
বহূদরং বহুদংষ্ট্রাকরালং দৃষ্ট্বা লোকাঃ প্রব্যথিতাস্তথাহম্ ॥২৩॥
নভঃস্পৃশং দীপ্তমনেকবর্ণং ব্যাত্তাননং দীপ্তবিশালনেত্রম্।
দৃষ্ট্বা হি ত্বাং প্রব্যথিতান্তরাত্মা ধৃতিং ন বিন্দামি শমঞ্চ বিষ্ণো। ॥২৪॥
দংষ্ট্রাকরালানি চ তে মুখানি দৃষ্ট্বৈব কালানলসন্নিভানি।
দিশো ন জানে ন লভে চ শর্ম্ম প্রসীদ দেবেশ। জগন্নিবাস। ॥২৫॥

---

মশক্ ওইরব অশিবগী লোক্নুংদ চেন্‌শিল্লি। শোল্লব চত্তজনীওভাই লৈত্রবশিংনা, জ্ঞানীশিংনা ভগবান্দা চত্তজরি। মহর্ষি খিবিক্না জগৎকী মঙ্গল ওইনবা "সর্ব্বে ভদ্রানি পশ্যন্ত" হায়না ভগবান্দ স্তুতি তৌরি। মশাগী ওইজবা তাল্লিবা, লাল্ শোক্নরিবা হাযজরিবা নোঙ্গুরিবা, স্তুতিগান-নচিংবা তৌরিবা পুম্নসি বিরাট্ পুরুষ ওইবা নহাক্কী মনুংদনি হাযবনি ॥২১॥

রুদ্র আদিত্য বসুনিপাল, সিদ্ধসাধ্য অশ্বিনী কুমার
মুংশিৎ পিতৃলোক গন্ধর্ব্ব, যক্ষ রক্ষাশিংনা উরগা ওক্লি ॥২২॥

মনুংগী ভাবঃ—মশক্ উহন্দনা, জগৎ শেম্লিবা লৌশিল্লবা মহাক্কী মশক্‌পু উবদা খল্লুবদা তাইবং মী লাই হিংচাংব গন্ধর্ব্ব যক্ষরক্ষ পুম্নমক্ শক্‌কম্ শোন্‌কম্ খওদনা পুমুওক্ ওক্লি ॥২২॥

মায়খোং চীন মিৎ পাম্বোম্, খুকউ খোঙ মনীঙ নাইদবা
অকিব কংলবা য়া পরেং হৌবা, জগৎনা রারি নহাক্‌পু উবদা ॥২৩॥

মনংগী ভাবঃ—নুংশিবা কজবা মূর্ত্তি হুন্দোক্নুনা, নংগী 'সিগুম্বা অকিবগী মশক্ কংলবা মূর্ত্তি অসি হেক্ উরক্‌পা মতম্দা মরোল অহুমদা লৈবা জীবন। রাদবা মিপাইদব লৈতে। অহুগুম্বা অর্জ্জুন ঐস্সু য়াম্না কিরে নুংশাথীরে, রারে ॥২৩॥

নোংমংদান্ খেৎনা রাংলবা কুচু ময়াম্ পূবা পাক্নবা মায়খোং লাওরব মীৎ
পূরিব নংবু উবদা জগৎ পুম্ন থক্‌থক্ নীক্লি,, ঐস্সু অহুগুম্ কিরে রারে ॥২৪॥

মনংগী ভাবঃ—জ্ঞান বিজ্ঞানগী মীৎয়েংনা ভগবান্ শ্রীহরিগী বিরাট্ মূর্ত্তিবু উরবা মী অহুগী থম্মোয়দ' অকিব মিপাইবা পোক্‌পা অহুগুম্না অর্জ্জুনগী থম্মোয়দা নাপল থোয়বনচিংবগী মহুত্তা অকিবা মিপাইবা পোক্‌খি। ভগবান্না অর্জ্জুনদা বিরাট মূর্ত্তিগী দর্শন পীবগী তাৎপর্য্যস্সু আসনি। হৌজিক কাওবা, বৈজ্ঞানিকশিংনা, শাজরিবা পোৎ অহু উরগা হরাউজবা নত্তনা মশাদা অওক্‌পা অকিবা পোকওমজ্রি ॥২৪॥

মৈগুম্ চাক্নবা য়ানা খল্লবা, মায়খোংশিং উবদা অঈংব কংজ্রে
মায়কৈ শলাই মকম্ খওজ্রে, চান্‌বিয়ু জগৎকী তুংনকম্ও! ॥২৫॥

অমী চ ত্বাং ধৃতরাষ্ট্রস্য পুত্রাঃ সর্বে সহৈবাবনিপালসংঘৈঃ।
ভীষ্মো দ্রোণঃ সূতপুত্রস্তথাসৌ সহাস্মদীয়ৈরপি যোধমুখ্যৈঃ ॥২৬॥
বক্ত্রাণি তে ত্বরমাণা বিশন্তি দংষ্ট্রাকরালানি ভয়ানকানি।
কেচিদ্বিলগ্না দশনান্তরেষু সংদৃশ্যন্তে চূর্ণিতৈরুত্তমাঙ্গৈঃ ॥২৭॥ (যুগ্মকম্)
যথা নদীনাং বহবোঽম্বুবেগাঃ সমুদ্রমেবাভিমুখা দ্রবন্তি।
তথা তবামী নরলোকবীরা বিশন্তি বক্ত্রাণ্যভিতো জ্বলন্তি ॥২৮॥
যথা প্রদীপ্তং জ্বলনং পতঙ্গা বিশন্তি নাশায় সমৃদ্ধবেগাঃ।
তথৈব নাশায় বিশন্তি লোকাস্তবাপি বক্ত্রাণি সমৃদ্ধবেগাঃ ॥২৯॥

---

মনুংগী ভাব ঃ— মমীৎমক্তা বিরাট মূর্তিগী অকিবা ফংলবা শককপু উরবা মীহুগী থম্মোয়দা অঙীংবা তপথবা থক্ লৈতে মতৌ অত্তগুম্ম অর্জুনগী থম্মোয়দা "য়েক্লবা ওমগনি," "ঈপাঙল উৎকনি" হায়বগী মহুত্তা অকিবা মিপাযবা পোক্খ্রে — অঙীংবা লৈখিত্রে ॥২৫॥

নিংথৌশিংগা লোয়ননা,　　ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংসিনা
ভীষ্ম দ্রোণ কর্ণনচিংবনা,　　ঐখোয়গী লাম্মীশিংগা লোয়ননা ॥২৬॥
অকিবা য়ানা থল্লবা　　নংগী য়ানু দা হোৎচ্ছিল্লি।
কনানা য়ারক্ত নপ্চৌরি,　　উফুল তানা শায়খিবা উরি ॥২৭॥

মনুংগী ভাব ঃ— ভীষ্ম দ্রোণগুম্ব কম্ফোয়বা লাম্মী কযা কযানা লাল্কমদা মথল্লাই থাগদৌরিবা-থারিবা পূম্বহ্ন, জ্ঞানবিজ্ঞানগী মীৎয়েংনা ভগবান্গী বিরাট মূর্তিদা উরবমীহুগী মীত্তদি ভগবান্ মহাক্কী লাওরবা-অকিবফংলব য়ানুংদ' হোচ্ছিলবগুম্ উই। পাক্ হেক শিঙমদহুনা লালকমদা থরো থরো ওন্দুনা লৈরিবশিং অত্তুবুনা য়ারক্ত নপত্তুনা পন্দুনা চপখায়হুনা লৈরিবগুম্ উই। বিশ্বব্রহ্মাণ্ডসিবু অসুম্ম উরবশিংহুগী থম্মোযদা-কল্লক-যেংথিবা নাপলগী মহুত্তা অকিবা মিপাইবহুম পোকই ॥২৬-২৭॥

তুরেল্শিংগী ঈচেম্না　　ঈপাক্তা চেন্শিন্খিবগুম্না
চাক্লবা য়ানুংদা চেঙ্খিল্লি,　　অকন্বা লাম্মীশিং অসিনা, ॥২৮॥

মনুংগী ভাব ঃ— লালকমদা, অমদি লাল্কম্গী মশক ওইরবা সংসারসিদা অকল্-অথৌ কল্লা কয়ানা য়েক্লবগা শোক্লহুনা শিনরিবশিং অসিবু, জগৎপু তত্তনা লৌশিল্ য়োৎশিল্লিবা ভগবান্ মাগী মৈরিথোক্ল চাক্লবা যানুংদা, সমুদ্রদা তুরেল্শিংনা চেন্শিনবগুম্ চেল্শিল্লিবনি হায়না, বিরাটমূর্তিবু উরবশিংন মমীত্ত উই ॥২৮॥

চাক্লবা মৈনুংদা শাফু কল্ল',　　পাইশিন্বগুম্ মৈরান্বীশিংনা
শিজগে হায়না লাম্মীশিংসিনা,　　হোৎচ্ছল্লি যানুংদা য়াম্ম কল্লা ॥২৯॥

মনুংগী ভাব ঃ— অকনবনি, থৌনাকবনি হাযহুনা যেক্লবগী মায়কৈদা শাফু কল্ল চেলশিল্লিবশিং অসি কালগী মশক্ লৌখিনা অশিব কৌবা মহাক্কী (ঈশ্বরগী) মখয়াত্ত হোৎচ্ছিল্লিবনি। য়েক্লববু হাৎলে-ওমলে হায়হুনা হান্দোয়ক্লিবশিংহুনস্থ অশিবগী মাযকৈদা অসুম্ চঙ্শিল্লকপনি হায়বা খঙ্দে চৎন-চৎনা, কল্ল কল্ল, জীবপূম্বা মীকুপথুদিং অশিবারাম্দ নকাশিল্লবনি হায়বা থোইনা খন্দে ॥২৯॥

লেলিহ্যসে গ্রসমানঃ সমন্তাল্লোকান্ সমগ্রান্ বদনৈর্জ্বলদ্ভিঃ।
তেজোভিরাপূর্য্য জগৎ সমগ্রং ভাসস্তবোগ্রাঃ প্রতপন্তি বিষ্ণো ॥৩০॥
আখ্যাহি মে কো ভবানুগ্ররূপো নমোঽস্তু তে দেববর। প্রসীদ।
বিজ্ঞাতুমিচ্ছামি ভবন্তমাদ্যং নহি প্রজানামি তব প্রবৃত্তিম্ ॥৩১॥

শ্রীভগবানুবাচ।

কালোঽস্মি লোকক্ষয়কৃৎ প্রবৃদ্ধো লোকান্ সমাহর্ত্তুমিহ প্রবৃত্তঃ।
ঋতেঽপি ত্বাং ন ভবিষ্যন্তি সর্বে যেঽবস্থিতাঃ প্রত্যনীকেষু যোধাঃ ॥৩২॥
তস্মাত্ত্বমুত্তিষ্ঠ যশো লভস্ব জিত্বা শত্রূন্ ভুঙ্ক্ষ্ব রাজ্যং সমৃদ্ধম্।
ময়ৈবৈতে নিহতাঃ পূর্বমেব নিমিত্তমাত্রং ভব সব্যসাচিন্ ॥৩৩॥

---

নহাকৃস্থ লাওরবা চাক্লবা-ভাল্লবা, কাথোক্কনা নম্বা মম্বাম্সে
য়োচ্ছিল্লি ময়াম্বু মায়কৈপুম্বদগী, নশেক্ক মায়কৈ পুম্ব কূপ্থ্রে ॥৩০॥

মনুংগী ভাব :— কাল কৌবা ভগবানস্থ হোচ্ছিল্-চেষ্লিল্লক্লিবা ময়াম্ অসিবু চন্দবা কৌব লৈতনা, অওকপা কৌব নাইদনা, অতৎ অথম্ লৈতনা, লৌশিল্লবনি হায়না জ্ঞানবিজ্ঞানগী দৃষ্টি (দিব্যদৃষ্টি) না অর্জ্জুননা উরি ॥৩০॥

অকিবগী মশক কংলবা। নহাকপু কানানো তাকপিয়ু,
জগৎপুপুবা অকনবা।, খুকম্জরি ঐ চান্বিয়ু।
খওজে নংবু জগৎকী অতৌবনি, খওজদে তৌগে নীওলিবহ্ ॥৩১॥

মনুংগী ভাব :—বিজ্ঞান অমদি জ্ঞানগী দৃষ্টিগী মশক ওইরবা দিব্যদৃষ্টিনা জগৎত লৈরিব মনুং মপান্গী পোৎ পুম্বগী তত্ত্ব অমদি গতি পুম্ব খওলবস্থ করিগীদমক্ত অসুম্ তৌরিবনো, হায়রবঠদি কনাস্থ খওদে। মাসিবু খওগদবদি অতৌব ভগবান্ মহাক্তনা খওগনি— অন্থনা মাদু তাকপিয়ু হায়না অর্জ্জুননা ভগবান্দা হায়জরি ॥৩১॥ *

শ্রীভগবান্না হায় :—
জগৎপু মাওননবা অকন্ব কালনি, জগৎপুম্ববু লোইশিন্গে তৌবমি।
লালকম্সিদা লৈরিবপুম্বসি, নহাক নত্তন কনানা লৈগৌনি ॥৩২॥

মনুংগী ভাবঃ—জগৎপুশেম্বা লৌশিন্বতনা কাল কৌবা ভগবান্গী সৃষ্টিগী উদ্দেশ্যনি। "সংসারগী মশক্ ওইবরা লালকম্সিদা "জীব" নহাক্ নত্তনা করিমত লেম্হোৎররোই" হায়না কৃষ্ণগী মশক্ লৌতুনা কাল কৌবা ভগবান্ন অর্জ্জুনদা হায়বনি ॥৩২॥

অন্থুন হৌগৎলু মিংচৎ কংঙু, য়েক্লব ওম্থুন নরৈবাক্ কংঙু।
লোইন ঐন লৌশিল্লবনি, খুৎলায়ত ওইন নংন হাৎলু ॥৩৩॥

মনুংগী ভাব :—"ঐনা হাৎপ নত্তে," "ঐনা তৌবঅত্তে," "ভগবান্ন মশানা তৌজবনি"। মাগী "উদ্দেশ্যনা অমনি" ঐদি মাগী খুৎলায় ওইজবতনি হায়রুন খন্দুন, ঐগী দমক্ত, অন্থগা মিংচৎ লৈহৌনবগী

---

* টীকা :—বৈজ্ঞানিকশিংনা মৈ-ঈশিং-মুংশিংনচিংবসি মখোয়না শানিংহন্বগী মচাকৃনি হায়নত খল্লি। মখোয়সিবু শারম্লিবা ভগবান্থুগী উদ্দেশ্যদি খওদে।

দ্রোণঞ্চ ভীষ্মঞ্চ জয়দ্রথঞ্চ কর্ণং তথান্যানপি যোধবীরান্ ।
ময়া হতাংস্ত্বং জহি মা ব্যথিষ্ঠা যুধ্যস্ব জেতাসি রণে সপত্নান্ ॥৩৪॥

সঞ্জয় উবাচ।

এতচ্ছ্রুত্বা বচনং কেশবস্য কৃতাঞ্জলির্বেপমানঃ কিরীটী ।
নমস্কৃত্বা ভুয় এবাহ কৃষ্ণং সগদ্গদং ভীতভীতঃ প্রণম্য ॥৩৫॥

অর্জ্জুন উবাচ।

স্থানে হৃষীকেশ ! তব প্রকীর্ত্ত্যা জগৎ প্রহৃষ্যত্যনুরজ্যতে চ ।
রক্ষাংসি ভীতানি দিশো দ্রবন্তি সর্বে নমস্যন্তি চ সিদ্ধসঙ্ঘাঃ ॥৩৬॥

---

দমক্তা, মহৈ অ'তোপ্প অম পাম্দনা সংসারদা কর্ম্ম তৌ হায়না ভগবান্ন কালগী মশক্ লৌহুনা অর্জ্জুনদা তাক্পনি ॥৩৩॥

দ্রোণ ভীষ্ম জযদ্রথ কর্ণ, অসি নত্তবা অকনব পুম্বা
ঐনা হান্ন হাৎপিরবনি, রাগনু ওম্গনি য়েক্লব পুম্বা ॥৩৪॥

মনুংগী ভাবঃ—লাল্কম্গী মশক্ ওইরবা সংসারদবু পোক্লবদি মশানা অহুম্ পিজরবনি । অহাৎপা মীশক্ অমমুক্ চঙগদবা লৈত্রে । অতুনা ওম্গনি, ওম্খিগনি হায়বগী রাখন্দ চিংনব তোদনা নথোগীদমক্ত খুৎলায় পায়যু—হৌগৎলু । শিতুনা লোইরবশিংসিগী শিগনি হায়বগী থক্ রাকয়নু ॥৩৪॥

সঞ্জয়না হায় ঃ—

কৃষ্ণগী রাহৈশিংসি তাবদা অর্জ্জুননা নীক্তুনা খুৎলোম্না
নোম্লুক্লা রাহৈ মচেৎ মচেৎনা' হাযয়কই কৃষ্ণ যেংতুনা ॥৩৫॥

মনুগী ভাবঃ—কালগী মশক্ লৌতুনা জগৎ অমম্বু তুম্ন হাৎলগনি হায়বসি তাবদা অর্জ্জুননা নাপল থাদোক্তুনা কিবনা নীক্তুনা হায়বনি ॥৩৫॥

অর্জ্জুননা হায় ঃ—

হৃষীকেশ। নংগী নগুণ শক্তূনা, জগৎ পেমৈ নুংঙাইনৈ।
হিংচাবশিংনা কোযচেল চৈম্নে, ঋষিশিংনদি নোম্লুকনৈ ॥৩৬॥

মনুংগী ভাবঃ—ভগবান্গী মতীক শক্তিবু উরগা মী মরক্ত নুমিৎ চুপ্প মতীক মগুণ শকই, গুণ কীর্ত্তন তৌই। জ্ঞানী মুনিশিংনদি নোম্লুক্লা খুরম্ব হায়জবা নত্তনা অতৈ তৌদে। অপওবা হিংচাবগুম্ব মীনদি নাপান্ন মমীৎ তাওতুনা মঙোন্দ হোৎচিল্লবদা মাগী মৈশা থাওবা ওম্দতুনা মায়কৈ মরি কংমা কোযচেল চৈম্নে। অপওবশিংনা তান্মথৈ তান্শিল-পৈশিল্লগা মাহু কায়নবদা কম্পি-লাউই-কোয়চেল চেল্লি ॥৩৬॥

কস্মাচ্চ তে ন নমেরন্ মহাত্মন্! গরীয়সে ব্রহ্মণোঽপ্যাদিকর্ত্রে ।
অনন্ত! দেবেশ! জগন্নিবাস! ত্বমক্ষরং সদসত্তৎপরং যৎ ॥৩৭॥
ত্বমাদিদেবঃ পুরুষঃ পুরাণস্ত্বমস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম্ ।
বেত্তাসি বেদ্যঞ্চ পরঞ্চ ধাম ত্বয়া ততং বিশ্বমনন্তরূপ! ॥৩৮॥
বায়ুর্যমোঽগ্নির্বরুণঃ শশাঙ্কঃ প্রজাপতিস্ত্বং প্রপিতামহশ্চ ।
নমো নমস্তেঽস্তু সহস্রকৃত্বঃ পুনশ্চ ভূয়োঽপি নমো নমস্তে ॥৩৯॥
নমঃ পুরস্তাদথ পৃষ্ঠতস্তে নমোঽস্তু তে সর্বত এব সর্ব! ।
অনন্তবীর্য্যামিতবিক্রমস্ত্বং সর্বং সমাপ্নোষি ততোঽসি সর্বঃ ॥৪০॥

---

ব্রহ্মাদগী হান্বা জগৎপু শেম্বা, করিগী খুরম্নোই আহন্বা!
অরোইব লৈতবা জগৎকী তুংকম্, লৈবলৈতবদগীস্থ তোঙান্বা ॥৩৭॥

মন্নুংগী ভাব ঃ— জ্ঞানবিজ্ঞানতনা দিব্যদৃষ্টি কংহুনা জ্ঞানী ওইরবশিং অদুনা সর্ব্বশক্তিমান ভগবান্দ করিগীদমক্ চঙ্জরোই? ভগবান্ মহাক্তি লৈব লৈতবা অনীদগী, হায়বদি জীব জগৎ অনীদগীস্থ তোঙান্বনি, অতেন্বনি। অদুনা জীব জগৎ অনীনা হায়বদি থরাই হক্চাং অনীমা ওইবা তাইবং জীবনা, করিগীদমক্ মঙোন্দ চঙজরোইদগে? ॥৩৭॥ *

খ্বাইদগী কুইববা অহানবা, জগৎকী লৈকম্স্থ নহাক্নি।
অখণ্ড্ব-খণ্ডগদবস্থ নহাক্নি, লোইদবা! নঙোন্দগী থোকপমক্তনি ॥৩৮॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—"মাসিনূ খণ্ডিত" হাযবাসিদা খণ্ডলিনা মহাকস্থ, খণ্ডগদৌরিবা পোৎ অদুস্থ খণ্ডব হাযব থবক অদুস্থ, কর্ত্তা কর্ম্ম ক্রিযা অদুম্মক মহাক্তনা ওইবনি। হাযরিবা অদুম্ অসিগী পূর্ণরূপ ওইবা অমত ওইবা মূলপ্রকৃতি মঙোন্দগী অস্থক যাম্বা লেঙিত্ত পান্নিবা, অচম্চত্ত, অউব উদবা ময়াম্ অসি শন্দোকখিবান ॥৩৮॥

মৈঙাঁশ নুংশিৎ যম, নুমিৎ থা ব্রহ্মা নংনি হয়ি।
লিশি লক হন্না খুরম্জে, হন্ন অমুকস্থ খুরম্জরি ॥৩৯॥

মন্নুংগী ভাব ঃ—"মৈঙাঁশং নুংশিৎ অতিযা, লৈপাক মঙামক মহাক্তন ওইবনা অদুগা অরোইবদা মখোয় মঙাসিদা লোইনা চঙবনা, মঙাসিনা ওইরকপা জীব ঐস্থ, নহাক্কী নকম্দা চঙ্জরি— হায়বনি ॥৩৯॥

মাঙলোম্দস্থ তুংলোম্দস্থ, মায়কৈ পুম্বা ওন্ন খুরম্জরি।
মপান্নাইদ্রবা শক্তিন তিন্বা!" নংনা জগৎস্থ কুপ্নুনা লৈরি ॥৪০॥

---

* টীকা ঃ—"ঐগী-মাগী" হাযবা রাখন্দ'গী পোক্পা, খুরবা ধর্ম্মদা থাজবা অপঙবশিংতনা বাসুদেব (কৃষ্ণ) বু নিন্দা তৌনৈ। মহাক্ত শান্নরিবা লীলাবু মখোয়না তৌরিবদুগা চাংদম্নকহুনা নোক্নৈ, নিন্দা তৌনৈ।

সখেতি মত্বা প্রসভং যদুক্তং হে কৃষ্ণ ! হে যাদব ! হে সখেতি।
অজানতা মহিমানং তবেদং ময়া প্রমাদাৎ প্রণয়েন বাপি ॥৪১॥
যচ্চাবহাসার্থমসৎকৃতোঽসি বিহারশয্যাসনভোজনেষু।
একোঽথবাপ্যচ্যুত। তৎসমক্ষং তৎ ক্ষাময়ে ত্বামহমপ্রমেয়ম্ ॥৪২॥ (যুগ্মকম্)
পিতাসি লোকস্য চরাচরস্য ত্বমস্য পূজ্যশ্চ গুরুর্গরীয়ান্।
ন তৎসমোঽস্ত্যভ্যধিকঃ কুতোঽন্যো লোকত্রয়েঽপ্যপ্রতিমপ্রভাব। ॥৪৩॥
তস্মাৎ প্রণম্য প্রণিধায় কায়ং প্রসাদয়ে ত্বামহমীশমীড্যম্।
পিতেব পুত্রস্য সখেব সখ্যুঃ প্রিয়ঃ প্রিয়ায়ার্হসি দেব। সোঢ়ুম্ ॥৪৪॥

---

মনুংগী ভাব :— "ভগবান্ন মায়কৈ পূর্ব শীন্থুংনা লৈবনা, অরাংলোমদা ওন্দুনা খুরম্বদা মখারোমদা লৈবা মঙোন্দদি তুং ওন্থোকলি। অদুনা খা, অরাং মাবকৈ পূর্ব ওন্দুনা খুরম্জৈ" হায়বনি। জগৎপুম্ব নঙতনা ওইবনা নশানা নশাদা চঙজবনি, খুরম্জবনি হায়না লৌবিয়ু—হাযবনি। মাগী মাগী জাতি ধর্ম্মগী মতুং ইন্না, নোংপোক ওন্দুনা, নোংচুপ ওন্দুনা খুরম্মি ॥৪০॥

নংবু মীচম্নি খন্দুনা মরূপ, যাদব-কৃষ্ণ হায়না নমৃথুনা কৌখি।
নংগী নগুণ খঙখিদথুনা, সুংশিবদগী ব্যবহার কয়া কায়খি ॥৪১॥
চাব থকপা নোকামন্নবদা, কম্বহীম্নদা ব্যবহার কাযখি।
মাহ্ পুম্ব ওাকপিয় লেঙদবা ? পান্দম্ লৈতব নঙোন্দ চঙজরি ॥৪২॥

মনুংগী ভাব :— মীচম্ মরূপনি. শাগৈ নাতৈনি, ঃওাইশেন্নি হায়থুনা থৌওইদনা খল্লবা অর্জ্জুননা কোন্থংদা দিব্যদৃষ্টিনা য়েংলকপা মতম্দা, কনাগীমু মরূপ ওইদরা, কনাগীনু মমামপা ওইদবা জীবাত্মাতবু উবনা, মপান্দগী মানা তৌখিবা মরাল্ পুম্বা কোকপিয়ু হায়না কৃষ্ণদা হাবজরি ॥৪১—৪২॥

অচম্ভত্ত পুম্বগী মপানি নংনা, পূজা তৌনকম্ অথোইব ওজনি।
মংপা মাব্নব কনাসু লৈতে, জগৎত্ত কনানদি নংবু হেনগনি ? ॥৪৩॥

মনুংগী ভাব :— জগত্তগী য়াংম লান্দুনা লৈবনা ভগবান্গা মান্নবা, মঙোন্দগী হেন্বা কনাসু লৈতে। জগত্ত লৈব পোশক্ অমতমা পরমাত্মাগা উপমা তৌব য়াদে। অচম্ভনা থল্লবা জগৎনা মঙোন্দগী পোক্খিবনা জগৎ অসিগী থাজৈশেংবা মমামপাদি ভগবান্ পরমাত্মা মহাক্তনা ওই ॥৪৩॥

অমুক্না দণ্ডবৎ শানা পুম্নৈজে, জগৎকী ঈচাৎশক্ম্ ওইবা নংমু।
মশান মশাবু মক্লপনা মক্লপপু, ওাক্পিবগুম্ ওাক্পিয়ু ঐবু ॥৪৪॥

মনুংগী ভাব :— তাইবঙ জীবনা পরমাত্মাদা অজনা লোযদি, মঙোন্দা ওাক্পিয়ু হায়না ভক্তিনা লোয়নবা চঙজবা নক্তনা, অতৈ করিগুম্ব উপায়না কোক্হন্বা ঙম্দে ॥৪৪॥

অদৃষ্টপূর্বং হৃষিতোঽস্মি দৃষ্ট্বা ভয়েন চ প্রব্যথিতং মনো মে।
তদেব মে দর্শয় দেব! রূপং প্রসীদ দেবেশ! জগন্নিবাস! ॥৪৫॥
কিরীটিনং গদিনং চক্রহস্তমিচ্ছামি ত্বাং দ্রষ্টুমহং তথৈব।
তেনৈব রূপেণ চতুর্ভুজেন সহস্রবাহো! ভব বিশ্বমূর্ত্তে! ॥৪৬॥

## শ্রীভগবানুবাচ।

ময়া প্রসন্নেন তবার্জ্জুনেদং রূপং পরং দর্শিতমাত্মযোগাৎ।
তেজোময়ং বিশ্বমনন্তমাদ্যং যন্মে ত্বদন্যেন ন দৃষ্টপূর্ব্বম্ ॥৪৭॥
ন বেদযজ্ঞাধ্যয়নৈর্ন দানৈর্ন চ ক্রিয়াভির্ন তপোভিরুগ্রৈঃ।
এবংরূপঃ শক্য অহং নৃলোকে দ্রষ্টুং ত্বদন্যেন কুরুপ্রবীর! ॥৪৮॥

---

অঙকপা মশকপু উবদা পেঙ্গ্র,  অহুবু কিবনা থম্মোযসি পুঙমদে।
অতুনা জগৎকী তুংনকম্ নহাক্না,  নীঙথিবা নশক্কু অমুক উজগে ॥৪৫॥

মনুংগী ভাব :— ভক্ত জ্ঞানীশিংনা, মপান্না ইদ্রবা নিরাকারগুম্বা ভগবান্‌গী মশকপু উজবদা থাজ্জেপেংনা মপুং ফানা পেনবা, ঙমদ্রদে। জগৎপু শুমহৎপা পুক্নীং হূরবা শঙ্খ চক্র গদা পায়বা নারায়ণ মূর্ত্তি তনা ভক্তশিংবু পেসগনবা ওাম্ম। অদুগুম্বা মূর্ত্তিবু উজগে হায়না অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়জরি ॥৪৫॥

কিরীটি কুণ্ডলনাইন্ন লৈতেংবা,  শঙ্খ চক্র গদা পাযবা
পাম্বাম্ মরিনা লৈতেংবা নংবু,  উজগে পাম্বোম্ লাশিং পানবা। ॥৪৬॥

মনুগী ভাব :— "মীৎনাকোংনচিংবা অককনবা ইন্দ্রিয় পান্‌বা তাইবং জীব ঐখোযনা মশীঙলাকভমদবা নীংনাকাং পানবা, বাং চাউবনা জগৎকুপ্প নহাকপু উবদা পেঙ্গ্রব ঙমদে। ধর্ম্ম অর্থ কাম মোক্ষ পীনবৈবা পাম্বাম্ মরি পানবা, জগৎপু শুমহৎওা মশক্ পুবা ঙমথে নাইবা নহাকপু ডরগত পেঙ্গগনি" হাযনা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়বনি, মসি সাকাব উপাসকশিংগী মতনি ॥৪৬॥

শ্রীভগবান্ন হায :—

ঈশাগী যোগ সাধনতনা,  নুংশিত্নুনা ঈশকসি নাঙোন্দা উৎপনি।
মডাস্তগী মশক ওইরবা অহানবা, ঐবু নংনতনা কনানা উথিদ্রবনি ॥৪৭॥

মনুগী ভাব :— যোগেশ্বর কৃষ্ণনা যোগগী পাম্বৈতনা স্বর্গমর্ত্ত্য পাতালনচিংবা মরোল্ পূম্ব মশাগী গর্ভ মনুদা চিংশিন্দুনা অর্জ্জুনদা উৎথিবনি। অসিগুম্বা মূর্ত্তিদি তাইবং মীগী হকচাংদ চঙঙকপা জ্ঞানী ঋষি ওইব জীব নত্তনা অতৈ কনানম্নু উব নত্তে ॥৪৭॥

কুরু অথোইবা! নং নত্তনা কনান্নু,  দানধর্ম্ম বেদ তম্ব যজ্ঞনম্নু
জগৎ শীন্থুংবা ঈশকসে,  উথিদ্রি কনান করিগুম্বদম্নু ॥৪৮॥

মা তে ব্যথা মা চ বিমূঢ়ভাবো দৃষ্ট্বা রূপং ঘোরমীদৃঙ্ মমেদম্।
ব্যপেতভীঃ প্রীতমনাঃ পুনস্ত্বং তদেব মে রূপমিদং প্রপশ্য ॥৪৯॥

## সঞ্জয় উবাচ।

ইত্যর্জ্জুনং বাসুদেবস্তথোক্ত্বা স্বকং রূপং দর্শয়ামাস ভূয়ঃ।
আশ্বাসয়ামাস চ ভীতমেনং ভূত্বা পুনঃ সৌম্যবপুর্মহাত্মা ॥৫০॥

## অর্জ্জুন উবাচ।

দৃষ্ট্বেদং মানুষং রূপং তব সৌম্যং জনার্দ্দন।। ইদানীমস্মি সংবৃত্তঃ সচেতাঃ প্রকৃতিং গতঃ ॥৫১॥

---

মনুংগী ভাব :— ভগবান্ পরমাত্মাগী নিরাকারগী মশক ওইবা জগৎ শীংবা শককমদি দানসু যজ্ঞনসু তীর্থ ভ্রমণনচিংবনসু উবা ফংব নত্তে। থবক্কী মহৈ পামদনা, মথৌদা মায় ওনশিনবা মীনা বিজ্ঞান অমদি জ্ঞানগী দৃষ্টিনা য়েংশিল্লকবতদা বিরাট্ মূর্ত্তিবু উব ফংঙি। অসিগুম্ব হাযরিব মীশক অসি নত্তনা কনানসু উবা ফংদে ॥৪৮॥

অঙকপা অসিগুম্ব ঈশকপু উরগা, রাগসু কিগসু শুম্হৎকসু।
অকিব চিংনব নৈতনা, ঈশকসি 'মুক য়েঙু চিংনসু ॥৪৯॥

মনুংগী ভাব :— জগৎ পুম্ববু পরমাত্মাগী মশকনি হায়না উরকতুনা অকিবা মিপাইপোকপ মতমদা, অঙকপগী মশক ওইরবা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মনুংদা ভগবান্ মহাক্কী সৌম্য মূর্ত্তি ওইরবা কোটি কামদগী হেন্ন নীঙথিবা মূর্ত্তিবুসু দর্শন তৌননবা হোৎনগদবনি। অহনা, মূর্ত্তি অসি নহাক অমুক য়েংঙু হায়ন কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়বনি। বিশ্বরূপপু উব ঙাক্লসু সৌম্য মূর্ত্তি ওইবতবুসু উবা ফংদে হায়বসিনসু শৈরেং অসিগী তাৎপর্য্যনি ॥৪৯॥

সঞ্জয়না হায় :—

বাসুদেবনা অসুম্ হায়রগা, অর্জ্জুনদা মশক্ উহন্থি।
হান্নগী নীঙখিব শক্কম্ পুহনা, অর্জ্জুনবু নীঙখিন থেম্জিন্থি ॥৫০॥

মনুংগী ভাব :— বিরাট্ মূর্ত্তি ওইবা, অকিবগী মশক্ ফংলবা মূর্ত্তিনদি জ্ঞানী ভক্তশিংবু পেল্হন্বা য়াদবনিনা বিরাট্ মূর্ত্তি পুবা ভগবান্না হান্নগী নীঙথিবা মশক অমুক পুহনা ভক্ত অর্জ্জুনবু নীঙথিবা নাহৈনা থেম্জিনথি ॥৫০॥

অর্জ্জুননা হায় :—

নীঙথিরব ভগ্নবা, ঈঙলবা তাইবং মীশক্ মংগী উবদা,
হৌজিক্তি চনীঙ্ তাজরে, হান্নগী নৈজরে মওংদা ॥৫১॥

শ্রীভগবানুবাচ।

সুদুর্দ্দর্শমিদং রূপং দৃষ্টবানসি যন্মম। দেবা অপ্যস্য রূপস্য নিত্যং দর্শনকাঙ্ক্ষিণঃ ॥৫২॥
নাহং বেদৈর্ন তপসা ন দানেন ন চেজ্যয়া। শক্য এবংবিধো দ্রষ্টুং দৃষ্টবানসি মাং যথা ॥৫৩॥
ভক্ত্যা ত্বনন্যয়া শক্য অহমেবংবিধোঽর্জ্জুন!। জ্ঞাতুং দ্রষ্টুঞ্চ তত্ত্বেন প্রবেষ্টুঞ্চ পরন্তপ। ॥৫৪॥

---

মনুংগী ভাব ঃ—"জীব" ঐনা মপান্নাইব্রবা, জগৎকী মনুংদা অওক্ অওক্‌পা নংগী অচৌ অ পীকী শকলোন্দ চেন্নুবা, মতম্ অতুদা ভাব ঈতা তারম্‌দবতু হৌজিক্তি মীওইবগী কুপ্লবা রাখল্ লৈরবা হকচাংদাঅমুক চওলক্‌পসিদ জ্ঞান তাজরে হায়না অর্জ্জুনগী মশক্ লোরবা জীবাত্মানা কৃষ্ণগী মশক্ ওইরবা পরমাত্মাদা হায়রবনি।

শ্রীভগবান্ন হায ঃ—

উওম্‌দব ঈপাক্‌সে, উরেদো ওাস নহাক্না।
উনিংবনি লাইয়াম্ কাওবনা, ঐগী ঈশক্‌সে তত্তনা ॥৫২॥

মনুংগী ভাব ঃ—দেবলোকত লৈদুনসু নিষ্কাম ওইবা পুণ্যকর্ম্মদি তৌদুন লৈতবনিন। ভগবান্‌গী জগৎব্যাপী ওইব রূপপু দেবতাশিংনা উব ওম্‌দে। জ্ঞানবিজ্ঞানগী মশক ওইরব দিব্যদৃষ্টিতনা, অতাওব মীওইবগী মপোক্ত লাক্রবা তাইবং জীবতনা উবা ফংডি হাযবনি ॥৫২॥

নংনা উথ্রিব ঈশক্‌সে, উওম্‌দে দান-যজ্ঞ বেদনা।
শক্‌লোন্‌সিগুম্ব পুওম্ব ঐবু, মমাঙৈদ উখিক্ত্রি কনানা ॥৫৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—ভগবানগী বিশ্বব্যাপী ওইবা রূপ অসিদি দান তৌবনা, যজ্ঞ তৌবনা তীর্থভ্রমণনা বেদতত্ত্ব ওাক্না উগদব নত্তে। জ্ঞানবিজ্ঞানতনা দিব্যদৃষ্টি ফংলবা নিষ্কাম বুদ্ধিনা কর্ম্ম তৌগে হায়না চোংথোরক্লবা-তৌরব মীতনা উব ফংবনি ॥৫৩॥

অসিগুম্ব ঐবু ধনঞ্জয়, উওন্মি লেওত্রম ভক্তি লৈবনা।
উবসু ওন্মি তত্ত্বসু খঙিও, ঐডোন্দ চওবসু ওন্মি মহাক্না ॥৫৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—ভক্তি লৈব মীশিংতনা হায়রবদি জ্ঞানীভক্তশিংতনা শ্রীভগবান্‌গী রূপপু উব ওন্মি, উবত নত্তনা রূপ অতুগী তত্ত্বসু খঙিও, তত্ত্ব খংবত নত্তনা মঙোন্দা চওশিন্‌খিতুনা মনাক্ত লৈরুবা ওন্মি, অতুদগীসু হেন্দোক্লনা ঈশ্বর মণামক্তা অমত ওইমিন্নবসু ওম্মি ॥৫৪॥

মৎকর্ম্মকৃন্মৎপরমো মদ্ভক্তঃ সঙ্গবর্জিতঃ। 　　　　নির্বৈরঃ সর্বভূতেষু যঃ স মামেতি পাণ্ডব ॥৫৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভগবদ্গীতাপর্বণি পঞ্চত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

গীতায়াস্তু একাদশোঽধ্যায় ॥০॥

---

থবক্ত ঐগী পুক্লীং চঙ্বা, 　　　　অতৈ খন্দনা ঐবুত খনবা

জীবপুম্বদা যেক্রব তৌদবা, 　　　　মহাকতন ওম্মি ঐবু কংবা ॥৫৫॥

মন্নুংগী ভাব :—ভগবান্ শ্রীহরিবু কিব-থাজবা-মুংশিবগা লোয়ননা, অতৈ অতোপ্প বিষয় অম খন্দনা মহাকত খন্দুনা জীবপুম্বদা যেক্রবা তৌদনা ভুমিন্ন মথৌ তৌরিবা মীশিং অত্রুদতনা ভগবানবু উব-খঙব-শোকপা ওম্মি ॥০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসন লেংব সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বগী মনুংদা ভগবদ্গীতাপর্ব্বগী কুন্থ্রামঙাশুবা অধ্যায লোইরে ॥০॥

## ভগবদ্গীতাগী তরামাথোইশুবা অধ্যায লোইরে।

## ॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

(গীতা পর্ব্ব)

## দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ

(ভগবদ্গীতাগী তরানিথোইশুবা অধ্যায়)

—:( * ):—

অর্জ্জুন উবাচ।

এবং সততযুক্তা যে ভক্তাস্ত্বাং পর্য্যুপাসতে। যে চাপ্যক্ষরমব্যক্তং তেষাং কে যোগবিত্তমাঃ ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচ।

ময্যাবেশ্য মনো যে মাং নিত্যযুক্তা উপাসতে। শ্রদ্ধয়া পরয়োপেতাস্তে মে যুক্ততমা মতাঃ ॥২॥

যে ত্বক্ষরমনির্দ্দেশ্যমব্যক্তং পর্য্যুপাসতে। সর্বত্রগমচিন্ত্যঞ্চ কূটস্থমচলং ধ্রুবম্ ॥৩॥

সংনিয়ম্যেন্দ্রিয়গ্রামং সর্বত্র সমবুদ্ধয়ঃ। তে প্রাপ্নুবন্তি মামেব সর্বভূতহিতে রতাঃ ॥৪॥ (যুগ্মকম্)

---

অর্জ্জুননা হায়ঃ—

'সিগুম্বনশক্ নাইব নংবু ভক্তিন পূজা তৌজবশিংগা।

শক্লোল্ পূদব ব্রহ্মনংবু, কনান হেন্নবগে নীওজবগা ॥১॥

মনুংগী ভাবঃ—সাকার উপাসনাগা নিরাকার উপাসনাগা অনীসি কনানা হেন্নবগে হায়না অর্জ্জুননা হংবনি ॥১॥

শ্রীভগবান্না হায়ঃ—

লেওদ্রব অকন্নব ভক্তিনা, ঐবু থাজন কিন নুংশিনা।

থম্মোয় হকচাং লুপ্তুনা, অথোইবনি ঐবু নীওবনা ॥২॥

মনুংগী ভাবঃ—অতৈ যোগী পুম্বদগী ঐকান্তিক ভক্তি লৈবা যোগীশিংতনা অথোইবনি। শ্রীভগবান্ হরিগী নুংশিনা কিনা অমদি যাম্ন থাজনা পূজাসেবা তৌবশিং অদুতনা ভগবান্গী মকমদা অথোইবা যোগী ওই ॥২॥

অমাও অতা লৈত্রবা, ঈশক্ ঈওং নাইদবা

মকম্ পুম্ব শীন্দ্রবা, তোতোপ্প তোওান্ন লৈরিবা ॥৩॥

অদুগুম্ব ঐবু ইন্দ্রিয় পুম্বা, ওম্মুন্না চপ মান্নন উওবা।

জীবপুম্বগী কান্নবত থন্নুনা, ঐবু নীওলবস্তু ওন্থিকংবা ॥৪॥

ক্লেশোঽধিকতরস্তেষামব্যক্তাসক্তচেতসাম্ ।
অব্যক্তা হি গতির্দুঃখং দেহবদ্ভিরবাপ্যতে ॥৫॥
যে তু সর্বাণি কর্ম্মাণি ময়ি সংন্যস্য মৎপরাঃ ।
অনন্যেনৈব যোগেন মাং ধ্যায়ন্ত উপাসতে ॥৬॥
তেষামহং সমুদ্ধর্ত্তা মৃত্যুসংসারসাগরাৎ ।
ভবামি ন চিরাৎ পার্থ ! ময্যাবেশিতচেতসাম্ ॥৭॥
( যুগ্মকম্ )

ময্যেব মন আধৎস্ব ময়ি বুদ্ধিং নিবেশয় ।
নিবসিষ্যসি ময্যেব অত ঊর্দ্ধং ন সংশয়ঃ ॥৮॥
অথ চিত্তং সমাধাতুং ন শক্নোষি ময়ি স্থিরম্ ।
অভ্যাসযোগেন ততো মামিচ্ছাপ্তুং ধনঞ্জয় ! ॥৯॥

---

মনুংগী ভাবঃ—জীবপান্‌ববু চপমান্না উহনা মখোয়গী কান্নবত থম্মুনা সর্ব্বব্যাপক ওইব নিরাকার ব্রহ্মবু উপাসনা তৌরিবশিংস্থু ভগবানবু অহুম্মকু কংব গুম্মি ॥৩—৪॥

মশক্‌ মওং নাইদববু, নীওবগী রাবদি থোইন য়াম্মি ।
নিরাকার ব্রহ্মবু কংবদ, রাব থোইন কংবন নম্মি ॥৫॥

মনুংগী ভাবঃ—ব্রহ্মগী য়েংনিংঙাই উনিংঙাই, তানিংঙাই, শোকনিংঙাই ওই শকলোন্‌ লৈতবনা ব্রহ্ম উপাসনা তৌবশিংনা ইন্দ্রিয় খুত্থম্‌ চন্‌বসি যায় রানা থোকই । অরববুস্থু রাম রানা গুম্মি, য়ৈথায়বস্থু য়াম্মি । অহুনা সাকার নীওবশিংনা কংবা অন্নাবদগী নিরাকার নীওবশিংগী অরাবনা য়াম হেল্লি ॥৫॥

থবক্‌পুম্ব ঐঙোন্দ শিন্নহুনা, ঐঙোন্দ পুক্‌নিং চঙজিবা
অতৈ অমদ থোইন চঙদনা, ঐবুত নীওহুনা থম্মুনা লৈবা
মখোয়গী কন্‌থিব ঐনা ওই, তাইবংগী অশিথ ঈপাক্কী
ঐনা থুনা লান্‌থিব ওই, ঐঙোন্দ পুক্নীং চঙশিনবশিংগী ॥৭॥

মনুংগী ভাবঃ—ভগবান্‌ শ্রীহরিনস্তব অতোপ্প অমদ পুক্নীং চঙবশিং অহুমুদি মখোয়না নীওজক্করিব ইষ্ট অহুনা মখোয়বু তাইবং ঈপাক্কী হাযবদি পোকপশিবগী লাংকগী নাম্হোক্‌হন্‌বা ওম্‌দে । পুক্নীং অমী লাওদনা শ্রীহরিবু নীওবশিং অহুবুদি শ্রীহরি মশানা থুনা লাম্হোক্‌পি ॥৬—৭॥

ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিল্লু, ঐঙোন্দ রাখল্‌ থম্‌জিল্লু ।
ঐঙোন্দ শোয়দনা লৈগনি তুংদা, হায়রিবসিদ চিংনদনা থল্লু ॥৮॥

মনুংগী ভাবঃ—"অসিগী তুংদা", হায়রবদি হকচাং অসিদা লৈরিঙৈ মতম্‌দা শ্রীভগবানবুক্ত থম্মুনা লৈথিবা জীব অহুনা হকচাং অসি থাদোক্লুনা চৎপা তুংদা, শ্রীভগবান্‌ জীব মহাক্কা হরিদা শোয়দনা চঙথি । জ্ঞানবিজ্ঞানগী মতদস্থু কনিমত চিংনকম্‌ লৈরবনি ॥৮॥

ঐঙোন্দ লেঙদম মপুক্নীং চঙবা ওম্মবস্থু নংনা অঙকনবা ।
অভ্যাসযোগনা ঐবু কনবা নীওঙু, হোৎনৌ মীওইবা ! ॥৯॥

অভ্যাসেঽপ্যসমর্থোঽসি মৎকর্ম্মপরমো ভব। মদর্থমপি কর্ম্মাণি কুর্বন্ সিদ্ধিমবাপ্স্যসি ॥১০॥
অথৈতদপ্যশক্তোঽসি কর্ত্তুং মদ্‌যোগমাশ্রিতঃ। সর্বকর্ম্মফলত্যাগং ততঃ কুরু যতাত্মবান্ ॥১১॥
শ্রেয়ো হি জ্ঞানমভ্যাসাজ্‌জ্ঞানাদ্ধ্যানং বিশিষ্যতে। ধ্যানাৎ কর্ম্মফলত্যাগস্ত্যাগাচ্ছান্তিরনন্তরম্ ॥১২॥

---

মনুংগী ভাব :—ইন্দ্রিয় খুদুম্ চন্দুনা, অতৈ অমবু খন্দনা হৃদিবু নীঙবা হায়বসি য়ায়া লুবা থবক অমনি। অদুবু অভ্যাসযোগনা হায়বদি হোৎনবনা হৃদি মাবু কংনিংগদবনি। কংগে হায়না অত্তনা হোৎনগদবনি। হোৎনবা, হায়বসিমকসু যোগসাধন অমনি। অদুনা অভ্যাসযোগ হায়রিবনি ॥৯॥

হোৎনবদু কাওব ঙমদ্রবদা, ঐগী থবক্ত পুন্নীং চঙঙু।
ঐগীদমক্ত তৌরিবশিংনা, থবকী মহৈ য়াদ্রি খংঙু ॥১০॥

নমুংগী ভাব :—অভ্যাসযোগমক্ ঙমদ্রবসু, ঐগীনি মাগীনি হায়বা মীশক্ অয়েক্ক অম থম্‌দনা তৌক তৌরুবা থবক পুন্নদা হৃদিবৃত খন্দুন মাগীতনি হায়দুনা তৌগনি। মাদুনা মপান্‌গী অগত্তা খক কায়বা লৈরোই। হায়বদি—ঈপা, ঈচানা, ঈশানা অদুমু মকংগনি। অদুনদ্রবদি ঐগীনি মাগীনি, ঈচাগীনি, ঈতুগীনি হায়না তৌরিবা থবক অদুদি মহৈ খক মাল্লোই, হায়বদি মাদুনা মখোযগী অপেনবা খক ওইরোই ॥১০॥

অদুমক্তসু মঙমদ্রবদি, মহৈগী রাখল্ থাদোক্তুনা,
ঐঙোন্দা পুন্নীং চঙচুনা, অতৈ খন্দন নখোদু তৌনা ॥১১॥

মনুংগী ভাব :—অভ্যাসযোগ তৌবা, হোৎনব কাওবা খঙমদ্রবদি তৌরি তৌরিবা থবক্ অদুতদি মহৈ য়ানব-য়ান্দবগী রাখল্ তৌরুদনা, হৃদিদা লোইনা শীন্নদুনা তৌগদবনি। অদুম্ তৌরবদি মহৈ য়ানবসু মশোয়ক্কে ॥১১॥

অভ্যাসদগী জ্ঞানন হেন্‌বনি, জ্ঞানদগীসু ধ্যানন হেন্‌বনি।
ধ্যানদগী থবকী মহৈ-থাবনা, হেন্‌বনি শান্তি কংবনি ॥১২॥

মনুংগী ভাব :— অভ্যাস তৌই হায়দুনসু জ্ঞানবু ক'দ্রবদি কান্নদে। জ্ঞান কঙিওহায়দুনসু কংলিবা জ্ঞানসি কন্নিগীদমক্কো হায়বা ধ্যানবু তৌকদ্রবদি জ্ঞান অদু কন্নিমত্ত কান্নবা লৈতে। ধ্যান অদু তৌই হায়দুনসু থবকী মহৈ থাদোক্তুনা তৌদ্রবদি ধ্যান অদুসু কন্নিমত্তা ওইদে। অদুনা অভ্যাসগী জ্ঞান, জ্ঞানগী ধ্যান, ধ্যানদগী কর্ম্ম ফল ত্যাগ · · মখোয় অসি মথং মথং হেন্নৈ। মরক্তীশিংসিদি কন্নিমত্ত কান্নখিদবনা শান্তি পীবা ঙমখিদে। কর্মত্যাগতনা হায়বদি নিষ্কাম কর্ম্মতনা শান্তি পীব ঙম্মি ॥১২॥

অদ্বেষ্টা সর্বভূতানাং মৈত্রঃ করুণ এব চ। নির্মমো নিরহঙ্কারঃ সমদুঃখসুখঃ ক্ষমী ॥১৩॥
সন্তুষ্টঃ সততং যোগী যতাত্মা দৃঢ়নিশ্চয়ঃ। ময্যর্পিতমনোবুদ্ধির্যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ ॥১৪॥
(যুগ্মকম্)

যস্মান্নোদ্বিজতে লোকো লোকান্নোদ্বিজতে চ যঃ। হর্ষামর্ষভয়োদ্বেগৈর্মুক্তো যঃ স চ মে প্রিয়ঃ ॥১৫॥
অনপেক্ষঃ শুচির্দক্ষ উদাসীনো গতব্যথঃ। সর্বারম্ভপরিত্যাগী যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ ॥১৬॥
যো ন হৃষ্যতি ন দ্বেষ্টি ন শোচতি ন কাঙ্ক্ষতি। শুভাশুভপরিত্যাগী ভক্তিমান্ যঃ স মে প্রিয়ঃ ॥১৭॥

---

জীব পুম্বদা য়েংখিদবা, মরূপত শান্নবা সুংশিহৈবা
"ঐ"গী রাখল খাবা থোয়দবা, অর্‌ম সুংভাইদা চপ্‌মান্নবা ॥১৩॥
মতম্ পুম্বদা ঈপেন্ত পেন্‌বা, তোগে খন্‌খিবদ হন্দবা।
পুক্নীং রাখল্ ঐভোন্দ থম্বা, মাদনি ঐগী চান্নবা ॥১৪॥

মনুংগী ভাব ঃ— হায়রিবা গুণকর্মসিং আস পুম্ব ভগবান্‌তদ লৈ। অদুনদি মখোবসিবু পুম্নিবা ভক্তশিং অদুনদি ভগবানগা ব্যবহার মান্নবনিনা, ভগবান্‌গী চান্নবা মরূপ ওই হাযবনি ॥১৩-১৪॥ *

মভোন্দগী মীনা লাওতরুদবা, মীভোন্দগী মানসু লাওতরুদবা।
অরান্নুংভাইগী পাখংপা লৈতবা, মাদনি ঐগী চান্নবা ॥১৫॥

মনুংগী ভাব ঃ— কনাগুম্বনা মভোন্দগী অ'কব-চংনবা-মিপাইব-লাওতরুব-পেনদবা, পোখিদবা মহাক্রসু কনাগুম্বগী মফম্‌দা হাযরিবা প ম্বসি ওইরুদবা-তোকদবা কাযনৈ হাযবগীসু পাখংতবা, কংভি হাযবসু পাখংতবা মকাক অদুতনা হরিগী চান্নবা ওই ॥১৫॥

করিগুম্বদা মিহৌদবা, মনুং মপান্দা ঈশেং শেংবা।
য়েকনবা মরূপ অমতানি খন্‌বা, মাদনি ঐগী চান্নবা ॥১৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—মপা-মচা-মরূপ-য়েকনবা-থোইনা খন্দনা, ভগবান্ শ্রীহরিনা তৌবগুম্না হাযবদি জগৎপু শাগ-শাগৎলগ থুগাইবা, পৈশিন্দুনা সুম্ থম্‌জন্দবা অদুগা মান্নানা জগৎত পুন্‌শি লেন্‌বা ভক্ত অদু ভগবান্‌গী চান্নবা মরূপনি ॥১৬॥

রাদবা থোইন নুংভাইরুদবা, মাঙাখিবগী খল্লুদবা পেঙ্গবা,
কংবা-মাঙব থাদোকপা, মাদ'ন ঐগী চান্নবা ॥১৭॥

মনুংগী ভাব ঃ— লৈতে হাযবগী রাদবা, কংলে হাযবগী থোইনা নুংভাইরুদবা, লৈখিত্রবদুগী থোইনা খল্লুব্রবা মাঙবা তাংবা অনীদা ঈপেন্ত পেঙ্গবা পৈশিন্দুনত থম্‌জিন্‌বগী থোইনা খন্দবা মাদুগুম্বনা হারিগী চান্নবা ওই ॥১৭॥

---

*টীকা ঃ— মহাৎপু ভগবান্ হায়না জগৎনা মিংথোন্‌খিগনি।

সমঃ শত্রৌ চ মিত্রে চ তথা মানাপমানয়োঃ। শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু সমঃ সঙ্গবিবর্জিতঃ ॥১৮॥
তুল্যনিন্দাস্তুতির্মৌনী সন্তুষ্টো যেন কেনচিৎ। অনিকেতঃ স্থিরমতির্ভক্তিমান্ মে প্রিয়ো নরঃ ॥১৯॥
( যুগ্মকম্ )

যে তু ধর্ম্মামৃতমিদং যথোক্তং পর্য্যুপাসতে। শ্রদ্দধানা মৎপরমা ভক্তাস্তেঽতীব মে প্রিয়াঃ ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতাপর্ব্বণি ষট্‌ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩॥
গীতায়াস্ত দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

য়েক্নবা মক্বপতমান্নবা, ঊকায় খুমব চোগ্নদা
অঙীং অশা অরা সুংঙাইদা চপ মান্নবা খাঙগুম্বা ॥১৭॥
থাগৎপ চৈবদা তুমিন্ন তাবা, অকংবা খরদ পেল্লবা
ঐগীসি মওইরে খল্লবা, পুক্নীং লেপ্নখদো মানি চান্নবা ॥১৯॥

মনুংগী ভাবঃ— হায়রিবা গুণ কর্ম্মশিং অসি ভগবানতদা লোইনা লৈবনা, মখোয়সিবু লোইরিবা, তৌরিবা, তৌরিবশিং অদু ভগবানগী চান্নবা মক্বপ ওই হায়বনি ॥১৮—১৯॥

'সিগুম্ব অমৃতগী মশক ওইরবা, ধর্ম্মবু কায়দনা চৎলিবা
ঐবু থাজব খন্‌ব সুংশিব, মখোয়তনা ওই চান্নথোইবা ॥২০॥

মনুংগী ভাবঃ— মথক্ত হায়খ্রিবা চান্নবশিং অসিদগীসু, হায়খ্রিবা গুণ কর্ম্মশিং অসিবু নীঙশিংনা, ভগবানবু কিনা সুংশিনা, থাজনা, মহে থাদোক্তনা মখো তৌরিবা ভক্তশিং অদুনা অহেনবনি হায়না ভগবান্ন অর্জ্জুনদা তাকলি ॥২০॥

মক্‌ম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্ম পর্ব্বদা ভগবদ্গীতা পর্ব্বগী মনুংদা কুন্থ্রাতরুক্ শুবা অধ্যায় লোইরে।।৩।।

গীতাগী তরানিথোই শুবা অধ্যায় লোইরে।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## (গীতা পর্ব্ব)

## ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ

( ভগবদ্গীতাগী তরাহুমদোইশুবা অধ্যায় )



### অর্জ্জুন উবাচ

প্রকৃতিং পুরুষঞ্চৈব ক্ষেত্রং ক্ষেত্রজ্ঞমেব চ। এতদ্বেদিতুমিচ্ছামি জ্ঞানং জ্ঞেয়ঞ্চ কেশব। ॥১॥

### শ্রীভগবানুবাচ।

ইদং শরীরং কৌন্তেয়। ক্ষেত্রমিত্যভিধীয়তে। এতদ্‌যো বেত্তি তং প্রাহুঃ ক্ষেত্রজ্ঞ ইতি তদ্বিদঃ॥২॥
ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চাপি মাং বিদ্ধি সর্বক্ষেত্রেষু ভারত।। ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞযোর্জ্ঞানং যত্তজ্জ্ঞানং মতং মম ॥৩॥

---

অর্জ্জুননা হায় :—

প্রকৃতি-পুরুষ হায়বনা করিনো, ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞন করিনো ?
মাসি খঙ্জনীঙ্ও জনার্দ্দন। "খঙ্বা-খঙগদবা"ন করিনো ? ॥১॥

মনুংগী ভাব ঃ— প্রকৃতি-পুরুষ, ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞনচিংবা পুম্ব ভগবান্‌গী মহাবিরাট্ মূর্ত্তিগী মনুংদা পুল্লপ্প অমতওইনা ভিন্নবা উধিবগুদা চিংনব পোক্কুনা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা অঙ্গুম্ব হংবান ॥১॥

শ্রীভগবান্ন হায় :—

কুন্তীনা পোকচবা অকন্‌বা। ক্ষেত্র হায়বদি হকচাংসিবুনি।
মাসবু মুন্ন খঙবা মীদো, ক্ষেত্রজ্ঞ হায়ববু মহাকনি ॥২॥

মনুংগী ভাব :— "ক্ষত্র" হায়বাস লৌককতা লৌবুকপু খঙনৈ। ক্ষেত্রনা কুইরবা মক্কবু মাঙহন্‌দে। "ক্ষ" মাঙবদগী "ত্র" কল্লি। অদুগা শাস্ত্রদদি ভাইবং হকচাংসিবু ক্ষেত্র কৌই। লৈখাতানা মাঙখিগদৌবা জীবআগী হকচাংসিনা ক্ষত্র (ক্ষেত্র) ওই। মাসগী তত্ত্ববু মুন্ন খঙবা মীদো ক্ষেত্রজ্ঞ কৌই। ॥২॥

হকচাং পুম্বদা লৈরবা, "ক্ষেত্রবু খঙবা" জীবদো ঐন।
জীবগ হকচাংগ খেন্নবগী জ্ঞানদো, "তত্ত্বজ্ঞান" হায়ববু খঙকু 'ম্বান্ ॥৩॥

মনুংগী ভাব :— "হকচাংগা মশক ওইরবা ক্ষেত্র অসিগী মশক অমদি উদ্দেশ্যবু মুন্ন খঙলিবা, খঙগদৌরব জবাব অসে কৃষ্ণ ঐন খঙঙু। তত্ত্বজ্ঞান হায়ববু জীবগা জগৎ (হকচাং) গা অনী অসিগী মরী-মথোংবু "খঙবা" অহুম্বান" হায়না কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপনি ॥৩॥

তৎ ক্ষেত্রং যচ্চ যাদৃক্ চ যদ্বিকারি যতশ্চ যৎ। স চ যো যৎপ্রভাবশ্চ তৎসমাসেন মে শৃণু॥ ৪॥

ঋষিভির্বহুধা গীতং ছন্দোভির্বিবিধৈঃ পৃথক্। ব্রহ্মসূত্রপদৈশ্চৈব হেতুমদ্ভির্বিনিশ্চিতৈঃ॥৫॥

মহাভূতান্যহঙ্কারো বুদ্ধিরব্যক্তমেব চ। ইন্দ্রিয়াণি দশৈকঞ্চ পঞ্চ চেন্দ্রিয়গোচরাঃ॥৬॥

ইচ্ছা দ্বেষঃ সুখং দুঃখং সংঘাতশ্চেতনা ধৃতিঃ। এতৎ ক্ষেত্রং সমাসেন সবিকারমুদাহৃতম্॥৭॥

( যুগ্মকম্ )

অমানিত্বমদম্ভিত্বমহিংসা ক্ষান্তিরার্জবম্। আচার্য্যোপাসনং শৌচং স্থৈর্য্যমাত্মবিনিগ্রহঃ॥৮॥

ইন্দ্রিয়ার্থেষু বৈরাগ্যমনহঙ্কার এব চ। জন্মমৃত্যুজরাব্যাধিদুঃখদোষানুদর্শনম্॥৯॥

---

ক্ষেত্র'সিগী মশক-মওং, ধর্ম্ম-"মশক হোংবা"নচিংবা।
ক্ষেত্রজ্ঞসিগীসু মুন্ন তাও, সম্পৎনা হায়গে অকন্বা॥৪॥

মনুংগী ভাব :—"হক্‌চাং" অমদি "জীবাত্মা" অনীগী মরীমখোঙবু খোৎখোৎনা লোইনা হাযবদি লালকমতগী মশক্ ওইরবা সংসার অসিদা তাক্‌পা লৌবদি ওইথোক্তবনিনা শম্না হায়গে—হায়বনি॥৪॥

ঋষিশিংনা তোঙাস্তোঙাল শক্‌থে, তোঙাল্ তোঙান্বা ছন্দন মন্ত্রনা
ন্যায়শাস্ত্র বেদান্তসূত্রশিংনা, নৈনথ্রে 'দুগ নৈনরি হন্না হন্না॥৫॥

মনুংগী ভাব :— অসুক্ য়াম্বা বেদনা, ছন্দনা, ব্যাকরণনা, ন্যায়দর্শণনচিংবনা নৈনরক্লিবসি জীব জগৎ ( ক্ষেত্রজ্ঞক্ষেত্র ) অনীসিগী মরমতনি। অদুবু হৌজিক কাওবা নৈনবা লোইথ্রি॥৫॥

মহাভূত-অহঙ্কার-বুদ্ধি-প্রকৃতি, ইন্দ্রিয তরাদা মখোয়সিগা
মনুংগী ইন্দ্রিয় "পুক্নীং"গা, ইন্দ্রিয় মঙাগী বিষযশিংগা॥৬॥
নীঙবা-পাম্ব অরা-নুংঙাইবা, হক্‌চাং-লোশিং-জ্ঞান-তপথবা
মশক ওনবা মখোয়সিনা, পুল্লপ ক্ষেত্রনি হায়থ্রে 'কন্বা।॥৭॥

মনুংগী ভাব :—মৈ ঈশিংনাচংবা ভূত মঙা ( পঞ্চমহাভূত ) "ঐ" হায়বা রাখল, বুদ্ধি মশক মওং নাইদবা প্রকৃতি ( জীব ) মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় মঙাগ রূপ-রসনচিংব বিষয়শিংগা "পুক্নীং" কৌবা মনুংগী ইন্দ্রিয়গা অসিগী মথক্ত নীঙবা, পাম্ব-মিহৌবা, অরাব, নুংঙাইবা জ্ঞানতারক্‌পা, তপথবগা মখোয় পুল্লপ অসিনা ক্ষেত্র হায়বছ ওই, মসি নঙোম্বা হায়রবনি॥৬—৭॥

মশানা থাগত্তবা-থৌওয়দবা, পুক্নীংভিংষ ঙাকহৈব-হিংসা তৌদবা।
গুরুসেবা-পুক্নীং হকচাং শেংবা, তপথহৈবা-মশাবু-লাক্‌শিন্বা॥৮॥
বিষয়াদ থোইন হৈনিংদবা, নাপল তৌদবা মন্নাইকাদবা
পোকপশিবা অহল ওইবা, লাইনা-রাবগী দোষ উশিন্বা॥৯॥

অসক্তিরনভিষঙ্গঃ পুত্রদারগৃহাদিষু।
নিত্যঞ্চ সমচিত্তত্বমিষ্টানিষ্টোপপত্তিষু ॥১০॥
ময়ি চানন্যযোগেন ভক্তিরব্যভিচারিণী।
বিবিক্তদেশসেবিত্বমরতির্জনসংসদি ॥১১॥
অধ্যাত্মজ্ঞাননিত্যত্বং তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম্।
এতজ্জ্ঞানমিতি প্রোক্তমজ্ঞানং যদতোঽন্যথা ॥১২॥
(কুলকম্)

জ্ঞেয়ং যত্তৎ প্রবক্ষ্যামি যজ্জ্ঞাত্বাঽমৃতমশ্নুতে।
অনাদিমৎ পরং ব্রহ্ম ন সত্তন্নাসদুচ্যতে ॥১৩॥
সর্বত পাণিপাদং তৎ সর্বতোঽক্ষিশিরোমুখম্।
সর্বত শ্রুতিমল্লোকে সর্বমাবৃত্য তিষ্ঠতি ॥১৪॥

---

মতুমচা ময়ুম্ মকৈদা,　　থোইনকাহেন্না পান্মুদবা।
কংব কংদবা মাঙব তোংবদা　　পুক্নীং লাঙদব-ঈওথবা ॥১০॥
অতোপ্পা'মদা চঙদব বুদ্ধিনা,　　ঐবু তস্তনা খন্দুনা লৈবা।
ঈরাঙ মরক্ত চঙ দব　　অচৌকপদা মশাবু খঙ্গবা ॥১১॥
তস্তনা আত্মাগী জ্ঞানদা লৈবা　　তত্ত্বজ্ঞানত মাথবা।
উপায় পুম্বসি শোযঙ্গবনি,　　আত্মান পরমাত্মাদা তিন্নবা ॥১২॥

মমুংগী ভাব ঃ—জীবাত্মাদা থোংখোংপসি পঙ্‌ন লৈতে। মখোয হসিনা পুল্লপ্প পরমাত্মাগী গুণ কর্ম্ম ওই। দেহ মুংদা লৈবা জীবাত্মা অমনা গুণকর্ম্ম ময়াম্ অমত রাস্তনা হেক পুবদা জীবাত্মানা মশাবু খঙ্গিঙ হায়বাদ পরমাত্মাগী স্বরূপ ওই ॥৯—১২॥

অরাম্ব খুঙম্পাম্বাশংনা,　　মাহুবু খঙলগা অরান্‌বা কংবা,
খঙগদবদু ব্রহ্ম নতায়গে মানি,　　"অতৌব-লৈব-লৈতব" লৈতবা ॥১৩॥

মনুংগী ভাব ঃ— পোকপাশবগী মশক ওইরবা সংসারদগী লাম্থোক্পা কংনংবাশংনা খংইদগী হেন্না খঙ্গদবা ওইবা বিষয়দ অহৌবা লৈতবা, অরোইব, লৈতবা অনীদগী রাংমদা লৈবা ব্রহ্ম তনি। মহাক অংসতনা বিশ্বজগৎ অসিদা খঙগদবা নিষয় ওই। কবনা হায়বদা মহাকপু খঙ্গিনমখৈদ, পোশক্‌ অমত্তবু মুম্ন লাইনা খঙবা লৈতে। চক্ষুগী মশাদা নাক্লেংশংব পোশক লৈবা অত্তুবু উজ্জিবমখে "অহং ঘটং পশ্যামি-জানামি"নাচংবা হায়'ববত্ত হায়শিন্নবনি। ঊরিবদু চক্ষু নত্তে, লৈপাক্লি। লৈপাক্লুমু খাক্লেংশংবা লৈপাক নত্তে, ঈশ্বনা মশক্ ওনবান আসনাচিংবা মথং মথং অমত নংাখল্লি ॥১৩॥

মকম্ মতম্ পুম্বদ,　　মাগী খুংখোঙ্ চীন্ মীৎ অনী।
কোক্‌নাকোংনা জগৎপুম্বা,　　কূপ্পুন ঙাক্ত লৈবনি ॥১৪॥

মনুংগী ভাব ঃ— মাগী খাঙ খুং মীৎ চীন কোক নাকোং পুম্নমক্‌সিনা ঐখোযগী হায়বদি অচম্বরপুম্বগী কর্ম্ম ইন্দ্রিয় ঙাক্ত ওইনা, নাকোংনচিংবা অসনী নিষয ওইরিবা শব্দনচিংবগী পোকফম্ ওইবা আকাশনচিংবদসু মগাক শীন্নুংনা লৈবন, মগাক্য ইন্দ্রিয পুম্বনা, আকাশ বায়ুনাচংবনা ওইরিবা জগৎ আসবু মানথম্বনা কূপ্পুনা লৈ হায়বনি ॥১৪॥

সর্বেন্দ্রিয়গুণাভাসং সর্বেন্দ্রিয়বিবর্জিতম্‌। অসক্তং সর্বভৃচ্চৈব নির্গুণং গুণভোক্তৃ চ ॥১৫॥
বহিরন্তশ্চ ভূতানামচরং চরমেব চ। সূক্ষ্মত্বাত্তদবিজ্ঞেয়ং দূরস্থং চান্তিকে চ তৎ ॥১৬॥
অবিভক্তঞ্চ ভূতেষু বিভক্তমিব চ স্থিতম্। ভূতভর্তৃ চ তজ্জ্ঞেয়ং গ্রসিষ্ণু প্রভবিষ্ণু চ ॥১৭॥
জ্যোতিষামপি তজ্জ্যোতিস্তমসঃ পরমুচ্যতে। জ্ঞানং জ্ঞেয়ং জ্ঞানগম্যং হৃদি সর্বস্য বিষ্ঠিতম্ ॥১৮॥

---

ইন্দ্রিয় পাজ্রবস্থ মহাক্না, ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয়বু ভালহল্লি।
জগৎপু পুয়ি মরী লৈতনা, গুণ য়াওদনা গুণশিংবু ভাকলি ॥১৫॥

মনুংগী ভাব ঃ— মীং নাকোংনচিংবা মশাগী ইন্দ্রিযশিংদি লৈতে হায়ববু, অচচ্চত্ত পূম্বগী মী নাকোংনচিংবগী রূপ শব্দনচিংবা বিষয়শিংদি মহাক্না পীরি। জগত্ত লৈব করিগুম্ব পোশক্ অমত্তগা মরী ঈরৈ লৈনদা জগৎ পূম্ববু মহাক্না পুরি। সত্ত্বরজনচিংব গুণশিং অসিগা মরী লৈনদবা নির্গুণব্রহ্ম মহাক্তনা গুণশিং অসিবুদি ভোগ তৌরি য়োকল্লি। অত্তনা জগৎপূম্বসি নির্গুণব্রহ্ম ওইবা মহাক্তগীময়াগী মশক্নি ॥১৫॥

অচচ্চত্তপোৎ পূম্বগী, মনুং-মপান্দ মহাক্ লৈ।
পীকমন্খিবন খঙঙম্দে, অরাপ্পদ'নকপদ মহাক্ লৈ ॥১৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—অরাপ্পদা অনক্পদা, অচচ্চত্ত পূম্বগী মনুংদা মপান্দা, মকম্ মতম্ পুম্বদা ভত্তনা লৈদি হায়ববু, জগৎপু পুম্বিবা, জগৎপু শীন্থ্রংন লৈম্বিবা মহাক্তি কূপ্‌মন্-পীকমন্খিবনা উত্তম্—খঙঙম্দে ॥১৬॥

মশাদি খায়দোক্পা য়াদনা অচচ্চত্তদ খায়দোক্ন লৈ।
অচচ্চত্তপুম্ববু, শেম্হন্না ভাক্তুন থুগাইহ্নন মহাক্ন লৈ ॥১৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—খায়দোক্পা য়াদন মপূম্ ওইহনা লৈম্বিবা মহাক্না তোঙাল্ তোঙাল্ লৈম্বিবা মী-শল্ হৈপাল্ লৈপাল্ পূম্বদা তোঙাল্ তোঙাল্বা মওং মমিং পুচ্চনা লৈ। মথোয়সিবুস্থ মহাক্না শেম্মি, ভাক্‌ই, মতম্ চাব য়েং-য়েংহনা থুগাই ॥১৭॥

অমম্বদগী রাংমদ লৈব মঙাল্গীসু মঙাম্মি।
অখঙব-খঙগদব-খঙবস্থু মানি, থম্মোয়পূম্বদ লৈবস্থু মানি ॥১৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—মৈনা-মুমিৎ-সনালুপানচিংবদা লৈম্বিবা মঙাল্ অসিস্থু মহাক্নি। মঙাল্শিং অসিনা জগৎপু ভালহল্লিবা অহুস্থু মহাক্নি। খঙলিবা মীশক্ অহুস্থু, মহাক্না খঙদোম্বিবা পোৎ অহুস্থ খঙবা হায়বা থবক্ অহুস্থু মহাক্তনা ওইবনি ॥১৮॥

ইতি ক্ষেত্রং তথা জ্ঞানং জ্ঞেয়ঞ্চোক্তং সমাসতঃ। মদ্ভক্ত এতদ্বিজ্ঞায় মদ্ভাবায়োপপদ্যতে ॥১৯॥
প্রকৃতিং পুরুষঞ্চৈব বিদ্ধ্যনাদী উভাবপি। বিকারাংশ্চ গুণাংশ্চৈব বিদ্ধি প্রকৃতিসম্ভবান্ ॥২০॥
কার্য্যকারণকর্তৃত্বে হেতুঃ প্রকৃতিরুচ্যতে। পুরুষঃ সুখদুঃখানাং ভোক্তৃত্বে হেতুরুচ্যতে ॥২১॥
পুরুষঃ প্রকৃতিস্থো হি ভুঙ্‌ক্তে প্রকৃতিজান্ গুণান্। কারণং গুণসঙ্গোঽস্য সদসদ্‌যোনিজন্মসু ॥২২॥
উপদ্রষ্টানুমন্তা চ ভর্ত্তা ভোক্তা মহেশ্বর.। পরমাত্মেতি চাপ্যুক্তো দেহেঽস্মিন্ পুরুষঃ পরঃ ॥২৩॥

---

ক্ষেত্রন কৰিনো জ্ঞানন কৰিনো, খঙগদবন কৰিনো হায়রেদে।
মসিবু খঙলগা মীওইবনা, ঐবু কংব ঙম্মিদো ॥১৯॥

মনুংগী ভাব :—ক্ষেত্র ( হকচাং ), খঙবা, খঙগদবা—অসিপুম্ব নঙোন্দা শন্ন হায়রে। মসিবু মুন্না লৌহনা খঙলবশিং অদুতনা ব্রহ্ম মশক্ খঙিঙ—কংবা ঙম্মি—হায়না কৃষ্ণনা হায়রবনি ॥১৯॥

প্রকৃতিপুরুষ অনীবু, হৌকম্ নাইদবনি হাযন খঙউ।
মশক ওন্‌ব গুণপুম্বা, প্রকৃতিদগী পোক্‌খিবনি 'দুম্ব খঙউ ॥২০॥

মনুংগী ভাব :—প্রকৃতিগা হায়বদি মহৌশাদগী ওইজরক্লব মৈঈশিং নচিংব অমদি মখোযদগী ওইখ্রিবা হকচাংশিং অসিগা,—পুরুষগা হায়বদি হকচাংসিবু পুরিবা জীবগা—অনী অসি, খল্লাংননা থোরকই। অনী অসি অনাদিনি হায়বদি মকম্ মতম্ কদাইরাইদগী হৌখিবগে হায়বদু লৈতে, কাযব তিম্নবা, মশক্ মচু ওল্লিবা—অসি পুম্নমকসি প্রকৃতি হায়বীসিগী মখোৌ-থবকমক্তনি হাযন খঙউ ॥২০॥

থবক-মরম্-থৌবু ওইহন্‌বদা প্রকৃতিনা অথোইব খুৎলায ওই।
অবানুংঙাই পুম্ববু কংবদা, পুরুষন খঙউ থৌবু ওই ॥২১॥

মনুংগী ভাব :—তৌগদৌরিবা থবকপু, অতৌববু অদুগা থবকতুগী মরম্-খুৎলায়নচিংব ওইহল্লিবসি প্রকৃতিতনা তৌবনি। তৌরু তৌকরিবদুগী অরানুংঙাইনচিংবা ভোগ তৌহল্লিবসিন পুকষতনা তৌবনি ॥২১॥

পুকষনা প্রকৃতিদা তোংহনা, প্রকৃতিদগী পোকপ গুণবু চায।
গুণগা তিম্নকবহুমক্তন', অককত্তদা পোক্‌পগী মরম্‌নি হায় ॥২২॥

মনুংগী ভাব :—পুকষ হাযবদি জীবনা প্রকৃতিদগী পোকপা অরানুংঙাইনচিংবা মহৈ চারিবসি প্রকৃতিদা লৈহনা হায়বদি হকচাংদা লৈহনা অদুম্ মচারিবনি। চারু চাকরিবা অককত্তনা জীবনা অককত্ত ওইব যোনিদা পোক্রুবগী মরম্ ওই। চাক চাকবা মহৈ অদুনা জীববু অকব কত্তবা দেহশিংদা চঙহল্লি ॥২২॥

প্রকৃতিদগী তোঙান্‌ব পুরুষসিনা, প্রকৃতিসিগী নুংদা লৈহনা,
অউব-অখঙব-অযোক্‌পা ওইন', মহেশ্বব পরমাত্মা লৈ কৌনা ॥২৩॥

য এবং বেত্তি পুরুষং প্রকৃতিঞ্চ গুণৈঃ সহ। সর্ব্বথা বর্ত্তমানোঽপি ন স ভূয়োঽভিজায়তে ॥২৪॥
ধ্যানেনাত্মনি পশ্যন্তি কেচিদাত্মানমাত্মনা। অন্যে সাংখ্যেন যোগেন কর্ম্মযোগেন চাপরে ॥২৫॥
অন্যে ত্বেবমজানন্তঃ শ্রুত্বান্যেভ্য উপাসতে। তেঽপি চাতিতরন্ত্যেব মৃত্যুং শ্রুতিপরায়ণাঃ ॥২৬॥
যাবৎ সংজায়তে কিঞ্চিৎ সত্ত্ব স্থাবরজঙ্গমম্। ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞসংযোগাত্তদ্বিদ্ধি ভরতর্ষভ ॥২৭॥

---

মতুংগী ভাব ঃ—করিগুম্ব থবক অম তৌরমদাইদা অনুমোদন তৌরিবা-খাযরিবা, থবক অগ্না কংব মহৈবু ঙাকালবা, অদুগা ঙাক্লিবত্তবুসু চারিবা—মীশক আস পুরুষ হায়বদি জীবসিতনা ওইবনি। মহাক অসিসু প্রবৃত্তিমক্কী মতুংদা লৈরিবনি। পরমাত্মা হাযববু মহাক্কি,, মহেশ্বর হায়ববু মহাক্কি, অতৈ নত্তে—॥২৩॥

মতৌসুম্ন পুরুষ প্রকৃতি অনীবু, গুণ শংসিগা লোযননা খঙলবা
মহাকতুদি করিগুম্ব থবক্ত লৈসনু, পোকপশিবদগী লানগনি 'কনবা' ॥২৪॥

মতুংগী ভাব ঃ—প্রকৃতি পুরুষ অনীগী তত্ত্ব অসিবু মুম্ন খঙলগা থবক তৌরবাদি পাপপুণ্য কর্ম্ম অমীমক্ত জীব অহ পাকপা শিবগী লাংদগী লাম্থোকই-লাম্থোকই ॥২৪॥

কনানা ধ্যানযোগনা কনানা আত্মাবু উরগা মশানা
কনানা সাংখ্যনা কনানা যোগনা, মশাবু উজব ফাঙও মশানা ॥২৫॥

মতুংগী ভাব ঃ—জীব মশানা মশাবু উননবা হোৎনবসি কনানা ধ্যান যোগনা, কনানা সাংখ্য যোগনা কনানা নিষ্কাম কর্ম্ম যোগনা কনানা কনিগুম্বা যোগ অমনা পাম্বি ওইহুনা হোৎনৈ ॥২৫॥

যোগ বিধিবু খঙজদবা, মীওোন্দগী তাজরগ নীঙজবা,
তাজবদা পূম্নীং চঙজব মাসু, পোকপ শিবদগী লাল্লি 'কনবা' ॥২৬॥

মতুংগী ভাব ঃ—ধ্যান যোগগী সাধননচিংবা খঙদ্রবসু চুম্নগী তাজবদগী ভগবান্দা বিশ্বাস পমদুনা মাগী গুণবু শ্রবণ কীর্ত্তন তৌরিবা, মাবু তত্তনা ভক্তগা লোয়ননা নীঙজাবিবশি অদুসু অরানবা খুঙম ফাও ॥২৬॥

অচ্চত্ত লৈরিব পূম্বা, ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞনীদগী পোকপান।
চৎনা লৈরবা পূম্বসি, খঙজু অনীগী তিন্নবদগীন ॥২৭॥

মতুংগী ভাব ঃ—ক্ষেত্র হাযবদি প্রকৃতি, হাযবদি জগৎ, হায়বদি হকচাংসিনি। ক্ষেত্রজ্ঞ হাযবনা জীবাত্মা হাযবাদি পুরুষ অসনা। প্রকৃতি পুরুষ অনীগী তিন্নবদগী অমুক যাম্বা লাওও পাল্লিব অচচ্চত্ত মযাম্সা থোক্লিখিবনি ॥২৭॥

সমং সর্ব্বেষু ভূতেষু তিষ্ঠন্তং পরমেশ্বরম্।
বিনশ্যৎস্ববিনশ্যন্তং যঃ পশ্যতি স পশ্যতি ॥২৮॥
সমং পশ্যন্ হি সর্বত্র সমবস্থিতমীশ্বরম্।
ন হিনস্ত্যাত্মনাত্মানং ততো যাতি পরাং গতিম্ ॥২৯॥
প্রকৃত্যৈব চ কর্ম্মাণি ক্রিয়মাণানি সর্ব্বশঃ।
যঃ পশ্যতি তথাত্মানমকর্ত্তারং স পশ্যতি ॥৩০॥
যদা ভূতপৃথগ্ভাবমেকস্থমনুপশ্যতি।
তত এব চ বিস্তারং ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ॥৩১॥

---

অচঙ্কত্ত জীব-পোৎ পুম্বদা, চপ্ মান্নবা লেঙ্দন লৈবা
মাঙগদবা পুম্বদা মাঙদনা লৈবা, পরমেশ্বরবু উরবদো মানি তত্ত্ব খঙবা ॥২৮॥

মনুংগী ভাব:—মশক মমিং মওং তোঙাল তোঙানবা, অচঙ্কত্ত লৈরিবা পুম্বদা লেঙদব মওং অমতং পৃদুনা লৈরিবা, অদুগা মপান্গী মশক্ মওং মমিংশিংনা মাঙগ্রবস্থ, হোংগ্রবস্থ মহাক্তদি হোংদন লেঙদনা লৈরিবা, অদুগুম্ব পরমেশ্বরবু উব অদুবুনি, "তত্ত্ব উব-খঙবা" হায়রিবসি। উবত্নবুনি "দর্শন" হায়রিবসি। উননব শাস্ত্রত্নবুনি "দর্শনশাস্ত্র" হায়বসি ॥২৮॥

অচঙ্কত্তদ চপ মান্নবা লৈবা, ঈশ্বর মহাকপু উদুনা
মশানমশাবু হিংসা তৌদবা, অখোইবা খুভম্ কংভি মানা ॥২৯॥

মনুংগী ভাব:—মপান্গী মশক মওং মমিংদা লুপখিত্নুনা, অচঙ্কত্ত পুম্বদা চপ মান্নবা লৈরিব ঈশ্বর মহাকপু উদন্তুনা, অতোপ্প অমবু হিংসা তৌরিবত্ত মশানা মশাবু হিংসা তৌজরিবনি, আত্ম-হিংসানি, আত্মাঘাতনি। অসিগুম্ব আত্মহিংসাবু তৌদবশিং অদুতনা অখোইবা খুভম্বু কংবা ঙম্মি ॥২৯॥

প্রকৃতিতনা তৌজব থবক্তি, আত্মা মহাক্তি য়াঙব নত্তে।
অসুম খঙব মহাক্তৃতবু, জ্ঞানী কৌবনি অতৈবু নত্তে ॥৩০॥

মনুংগী ভাব:—"তৌরিবা থবক পুম্বা প্রকৃতিতনা তৌজবনি, "ঐ" না তৌবা অমত্ত নত্তে"—অসুম হায়না অহংকার থাদোক্তুনা কর্ম্ম তৌরিবা মী অদুতবু জ্ঞানী কৌবনি। অদুনা অর্জ্জুন নচাকসু অর্জ্জুন-ঐনা তৌরিবা থবক পুম্বসি অর্জ্জুন কৌব "ঐ" না তৌব নত্তে খন্দুনা নখো তৌ ॥৩০॥

লেভিঙ পাল্লিবা অপুম্বা, প্রলয়দা কৃষ্ণদ লোইনা তিন্না।
মত্তোন্দগী 'মুক শান্দোকই, মাসিবু খঙলগ ব্রহ্মাবু কংভি ॥৩১॥

মনুংগী ভাব:—"প্রলয় হায়বদি লোইশিন্ থুপচিন্খিববু হায়বনি, "কৃষ্ণ" হায়বদি চিংশিন্বা হায়বনি। অদুগুম্বা চিংশিনখিব লোইশিন্খিব মতম্দা, অচঙ্কত্ত লেভি পাল্লিবা পোৎ পুম্মক ব্রহ্ম মত্তোন্দা লোইনা তিন্খি। সৃষ্টিগী মতম্দদসু অমুক মখোয় পুম্বা ব্রহ্ম মত্তোন্দগী মথং মথং বিস্তার

অনাদিত্বান্নির্গুণত্বাৎ পরমাত্মায়মব্যয়ঃ। শরীরস্থোঽপি কৌন্তেয়! ন করোতি ন লিপ্যতে ॥৩২॥
যথা সর্বগতং সৌক্ষ্ম্যাদাকাশং নোপলিপ্যতে। সর্ব্বত্রাবস্থিতো দেহে তথাত্মা নোপলিপ্যতে ॥৩৩॥
যথা প্রকাশয়ত্যেকঃ কৃৎস্নং লোকমিমং রবিঃ। ক্ষেত্রং ক্ষেত্রী তথা কৃৎস্নং প্রকাশয়তি ভারত। ॥৩৪॥

---

তৌরকই। মাসিগী তত্ত্ববু মুম্ন খঙলবা মী অহুদি ব্রহ্ম পদবীবু ফংবা ঙম্মি। অসিবু মুম্ন খঙদুনা নখৌ তৌরিবদো, লাল্ তৌরবসু লাল্ নত্তে, ব্রহ্ম সাধননি, লাল্ থাদোক্তুনা ব্রহ্মসাধন তৌনিংলবা অর্জ্জুন! লালনা ব্রহ্মসাধন তৌ ॥৩১॥

ব্রহ্ম হায়বদো অথোক্টব আত্মানি, অহৌব গুণ লৈতবা লেঙদবনি,
হকচাং মুংদ লৈনমক অর্জ্জুন।, থবক্ত মহৈদা চঙদবমানি ॥৩২॥

মমুংগী ভাব ঃ—ব্রহ্ম হায়বসিদি আত্মা (জীব) দগী তোঙানবা, (পরম্) পরমাত্মানি। অহৌবা অয়োইব লৈতবনি। হকচাং মুংদা লৈন-লৈনা, হকচাংসিনা তৌরিবা পুম্বদা মহাক্তি করিমতা য়াওবা নত্তে। থবক্কী মহৈ পাম্লবা (জীব) আত্মাসিদগী তোপতোপ্পা লৈবনা মহাকপু পরমাত্মা কৌনৈ। সত্ত্ব রজ তম-গুণ অহুম্দগী তোঙাল্লি। অদুনা অর্জ্জুন! থবক্কী মহৈ পাম্মুদনা খল্লুদনা, নথৌ তৌরবদি নং নশামক্ পরমাত্মাগী স্বরূপ ওইরক্কনি। ব্রহ্ম সাধন (ব্রহ্মকর্ম্ম) হায়ববু অসিতনি ॥৩২॥

মকম্ পুম্ব শীম্থুংন লৈবা, আকাশবু শোকওম্দবগুম্না।
হকচাং পুম্ব শীম্থুংন লৈবা, আত্মামাবু শোকওম্দে হকচাংনা ॥৩৩॥

মমুংগী ভাব ঃ—মকম্ মতম্ পুম্বদা, শীম্থুংনা লৈবা আকাশনা ঐখোযদা থেংবা শোক্লবদ কাওদবা, ঐখোযনা মাবুম্ থেংলুবা শোক্লবা ওম্দবা অহুগুম্না, হকচাংগী শিংজি শিংজি থিবিক্তা পরমাণু অমমম্দা শীম্থুংনা লৈরিবা পরমাত্মা মহাকসু করিগুম্বা থবক্ত য়াওদে-চঙদে ॥৩৩॥

অমত ওইব নুমিৎনা, জগৎ পুম্ব ঙাল্হনবগুম্না
হকচাং মুংদ লেঙদন লৈদুন', হকচাং পুম্ববু ঙাল্হল্লি মানা ॥৩৪॥

মমুংগী ভাব ঃ—নুমিৎনা অমতদি ওইরগা লেঙদব মাগী মশক্ মঙাল্ল বিশ্ব জগৎ পুম্ব ঙাল্হনবগুম্ অমত্ত ওইবা পরমাত্মা মহাকসু হকচাংগী মকম্ অমদা, লেঙদনা, পোকপ শিব য়াওদনা, হকচাং পুম্ববু ঙাল্হল্লি, হায়বদি—খোঙ খুৎনাচংবা কর্ম্ম ইন্দ্রিয় পুম্বদা মীৎ নাকোংনচিংবা জ্ঞান ইন্দ্রিয় পুম্বদা, মহাক্না মাগী তোঙাল্ তোঙানব শাক্ত পীদুনা, ভাহল্লি, উহল্লি, শোকহল্লি, চৎহল্লি, নম্হল্লি ॥৩৪॥

ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োরেবমন্তরং জ্ঞানচক্ষুষা । ভূতপ্রকৃতিমোক্ষঞ্চ যে বিদুর্যান্তি তে পরম্ ॥৩৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভগবদ্গীতায়াংসপ্তত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

গীতায়ান্তু ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ অনীগী, অসিগুম্ব মরীবু মুন্ন খঙবা

জ্ঞানগী মীৎনা উরবা মাদি, ক্ষেত্রজ্ঞ ওইহুনা ঙাক্ম লানবা ॥৩৫॥

মনুংগী ভাবঃ—আত্মাগা হকচাংগা অসিগুম্ব মরীবু, জ্ঞানতনা মীৎ ওইহুনা মুন্ন উর খঙলবা মহাক্তি, আত্মামকী স্বরূপ ওইহুনা, হায়রবদি ক্ষেত্রজ্ঞ ওইহনা প্রকৃতিগী মশক ওইরব হকচাং অসিনা তৌরিবা ওইরিবা পোকপ শিবনচিংবদগী লাম্থোকপ ঙাক্ম ॥৩৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্ম পর্ব্বগী মনুংদা গীতাপর্ব্বগী কুন্থ্রাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

ভগবদ্গীতাগী তরাহুম্‌দোইশুবা অধ্যায লোইরে ।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## গীতা পর্ব্ব

## চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ

( ভগবদ্‌গীতাগী তরামমরিশুবা অধ্যায় )

—ঃ(০)ঃ—

### শ্রীভগবানুবাচ।

পরং ভূয়ঃ প্রবক্ষ্যামি জ্ঞানানাং জ্ঞানমুত্তমম্। যজ্‌জ্ঞাত্বা মুনয়ঃ সর্ব্বে পরাং সিদ্ধিমিতো গতাঃ ॥১॥
ইদং জ্ঞানমুপাশ্রিত্য মম সাধর্ম্ম্যমাগতাঃ। সর্গেঽপি নোপজায়ন্তে প্রলয়ে ন ব্যথন্তি চ ॥২॥
মম যোনির্মহদ্‌ব্রহ্ম তস্মিন্ গর্ভং দধাম্যহম্। সম্ভবঃ সর্বভূতানাং ততো ভবতি ভারত। ॥৩॥

---

জ্ঞানগী মনুংদ অখোইব জ্ঞানবু, হায়গে ধনঞ্জয় অমুকস্থ ঐনা।
অঈংব-অরানব খুভমবু কংখি, মাসিবু কংলগা মুনিশিংনা ॥১॥

মনুংগী ভাবঃ—ক্ষেত্র-ক্ষেত্রজ্ঞ হায়বদি জীব জগৎ হায়বদি জী—হকচাং—অনীগী তত্ত্বদগীসু হেন্না কুপ্পা জ্ঞান অহু নাঙান্দ তাক্কে। মাসিবু খঙলবা মুনিশিংনা সিদ্ধ ওইবা ওন্নখ্রিবনি—অসুম্ হায়না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়খি। জীবগা জগৎকা হায়বদি জীবগা হকচাংগ খেন্নবা নৈখ্রিবসি সত্ত্ব-রজ-তম হায়ব গুণ অহুম্ অসি অমগমগা খেন্নবা নৈখিবদগীনি। অতুনা, গুণ অসিগী মরমদা কুপ্প হায়গ হায়ব—রানি ॥১॥

মুনিশিংনা সগুম্ব জ্ঞানবু, কংলগা ঐগী মওং খঙিও।
মখোয়দি সৃষ্টিপ্রলয় অনীদা পোক্‌পশিংনীদগী কোকই ॥২॥

মনুংগী ভাবঃ—গুণ অহুম্‌গী তত্ত্বু খঙলবশিং অতুতনা ব্রহ্মাগী স্বরূপপু খঙবা ঙম্মি। ব্রহ্মাগী স্বরূপপু খঙলবশিং অতুগী জীবদি পোক্‌পদসু যাওদ্রে—শিদসু যাওদ্রে। অতুনা অর্জ্জুন। গুণ অহুম্‌গী তত্ত্বু মুন্ন খঙলগা, হন্দকী মপোক্‌সিদা নাখী তৌহনা ব্রহ্মাগী স্বরূপ ওইহনা চৎথ্রো ॥২॥

খাইগী চৌনকম্ প্রকৃতিদা, ঐনা গর্ভ পুহনা নৈবনি।
ঐবু গর্ভ পুনকম্‌সদগী, অচচ্চত্ত পুম্নমক পোকপনি ॥৩॥

মনুংগী ভাবঃ—গুণ অহুম্‌গী মশক্ ওইববী প্রকৃতিনা ঐবু গর্ভ পুহনা পোকখি। অতুগুম্বী ঐবু গর্ভ পুহনা পোকহন্‌খিবী প্রকৃতি হায়বদি উরব বিশ্বজগৎ অসিগা মশক্ নাইরবা ব্রহ্ম (সাকারব্রহ্ম) গা অনীগী পোক্‌কম্ (যোনি) অমতনি। যোনি মহাকতি গুণ অহুম্‌গী মশক্

সর্বযোনিষু কৌন্তেয় ! মূর্তয়ঃ সম্ভবন্তি যাঃ । তাসাং ব্রহ্ম মহদ্যোনিরহং বীজপ্রদঃ পিতা ॥৪॥
সত্বং রজস্তম ইতি গুণাঃ প্রকৃতিসম্ভবাঃ । নিবধ্নন্তি মহাবাহো ! দেহে দেহিনমব্যয়ম্ ॥৫॥
তত্র সত্বং নির্মলত্বাৎ প্রকাশকমনাময়ম্ । সুখসঙ্গেন বধ্নাতি জ্ঞানসঙ্গেন চানঘ ! ॥৬॥

---

ওইরবী প্রকৃতি ( ত্রিগুণাত্মিকা প্রকৃতি ) নি। পোক্লকম্ অমত ওইরবস্থ তোঙাল্ তোঙাল্ পোক্লখিবদগী জীব হায়বসি পোক্লক্লবা তুংদস্থ তোঙাল্ তোঙালবা গুণ অহুম য়োম্শীন্দুন অহুমক্ পোকই ॥৩॥ *

মূর্তিনাইব পূম্বগী, পোক্লকম্ মমাদি প্রকৃতিনি ।
প্রকৃতিগী গর্ভদ বীর্য্য পীবা, জগৎকী মপাদি ঐহাকনি ॥৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—প্রকৃতিগী মশক্ ওইরবী মমা হায়বসিগী গভদা জীববু পোক্লনবা ঈ ( বীর্য্য ) পীখিবদি, প্রকৃতিদুমক্লা গর্ভ পুরিবা অতুননি। মসিগী অর্থনা তাবদি, প্রকৃতিগী মনুংদা ব্রহ্মনা জীব ওইতুনা প্রকৃতিদা চঙ্খি। ব্রহ্মনা পিতানি. প্রকৃতিনা মাতানি, জীবনা মচানি। মচা ওইরিবা জীবাত্মা অসিমক্ ব্রহ্মতুনি—হায়বনি। মাসি ব্রহ্মৈক্যবাদগী "জীব ব্রহ্মৈব কেবলম্"—হায়তু-মক্নি। মপুয়োম্নবনা মাগীমুপীগী হকচাংমুংদা, গর্ভধানগী মতম্দা "মচা" ওইতুনা চঙিও—মনুনা হায় ॥৪॥

প্রকৃতিদগী পোকপা সত্বরজ, তম কৌব গুণ অহুম্সিনা
দেহদা জীববু কাহুনা থম্মি, খঙঙু অকনবা ! অসুম্না ॥৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—ব্রহ্মনা জীব কোঙনা দেহ মনুংদা লৈবা মতম্দা সত্ব রজতম হাযবা গুণ অহুম্সিনা মহাকপু পুন্শিন্দুনা কাজিন্দুনা থম্মি। গর্ভদগী খোরকপা মতম্দস্থ জীব গুণ অহুম্ অসিনা কাজি পুন্শিন্ কৃপ্শিন্দুনা অহুম্ মখোরকই। হায়বদি গুণ অহুম্না ওইখিবা দেহনা য়োম্শিন্দুনা প্রকৃতিগী ওইরিবা গর্ভদগী অহুম্ মখোরকই হাযবনি। মমা ( প্রকৃতি ) ওইরিবা জীব অহুস্থ গুণ অহুম্ অহুনা কাজিন্দুনা "ঐনা মাগী মমানি" "মহাক্না ঐগী ঈচানি" অসিনচিংবা খন্দুনা অহুম্ মরেহৌই। অহুনা অর্জুন কোবা জীব। ঐনা অর্জুননি" "মহাক্না ভীষ্মনি" অসিনচিংবা জীবা নংন-খল্লিবদো গুণ অহুম্না কাজিন্দুনা তোরিবনি। গুণ অহুম-সিগী নাম্লোক্লুনা নথো তৌনবা হৌহ্নো ॥৫॥

গুণ অহুম্সিগী মনুংদা, সত্বনামক্লুবা মঙাল্লি ।
অরা নুংঙাই বিষয ভোগগী, রজতমনা নম্হৎলি ॥৬॥

মনুংগী ভাবঃ—জীববু কাজিল্লিবা গুণ অহুম্সিগী মনুংদা সত্ব হায়বসিদি মশানা মনুং-মপান ঈমকমক্তনা লৈবনা, লংলবা মঙাল্ কাওবা পীবা ওস্মি। অদুবু রজতম হায়বা গুণ অনীসিনা মীচঙ্ খায়না কনবা হেন্খিহুনা সত্বগী মঙালবু মকশিহন্দুনা, জীব মাবু মশামক ব্রহ্মনি হাযনবা খঙ্হদে ॥৬॥

---

* টীকা ঃ—গর্ভবতী ওইবী অমনা গর্ভবু পুরিবসি মহাক্না নত্তে 'ঐ"ননি—হায়বসি অকুপ্প শৈরেং অসিনা কোঙদোকলি।

রজো রাগাত্মকং বিদ্ধি তৃষ্ণাসঙ্গসমুদ্ভবম্। তন্নিবধ্নাতি কৌন্তেয় ! কর্ম্মসঙ্গেন দেহিনম্ ॥৭॥
তমস্ত্বজ্ঞানজং বিদ্ধি মোহনং সর্বদেহিনাম্। প্রমাদালস্যনিদ্রাভিস্তন্নিবধ্নাতি ভারত। ॥৮॥
সত্ত্বং সুখে সঞ্জয়তি রজঃ কর্ম্মণি ভারত।। জ্ঞানমাবৃত্য তু তমঃ প্রমাদে সঞ্জয়ত্যুত ॥৯॥
রজস্তমশ্চাভিভূয় সত্ত্বং ভবতি ভারত।। রজঃ সত্ত্বং তমশ্চৈব তমঃ সত্ত্বং রজস্তথা ॥১০॥

---

অরাম্-খৌরাং-পাম্শিন্‌বা, রজ গুণদগী পোকপনি।
'হুগুম্ব গজনা জীববু, কর্ম্ম তৌহন্দুনা কাজিনবনি ॥৭॥

মমুংগী ভাব ঃ— অপাম্ব-মিহৌবনচিংবা, রজোগুণদগী পোক্পা পূর্কীংগী বিকারশিং অসিনা জীববুকর্ম্ম তৌহুন-তৌহন্দুনা কাজিন্দুনা থম্মি। মাসি থাজৈশেংবদি রজো গুণনা কাজিল্লিবনি। মাসিদগী অমুক জীববু লৈখা তানবা ঈন্থবনা তমোগুণনি মাহুদি ঃ— ॥৭॥

শুহৎপা-ভাওব-অজ্ঞানতাদবা, তমোগুণদগী পোকপনি।
ভাওব তুম্ব অতন্‌বনা, জীববু অমম্বদা থাদবনি ॥৮॥

মমুংগী ভাব ঃ— পামশিন্‌মন্‌খিবনা শুম্‌হৎখিবদগী জীব অসি অজ্ঞাননা কূপ্‌খিহুন,, পাম্ব-ভাওবা-শুম্‌হৎপা অতুমজনা কর্ম তৌহন্দুনা জীববু অমম্বদা থাদে। অমম্ববু "তম" কৌই। অতুগুম্ব অমম্বদা লৈরিডৈদনি জীবনা জীব অমবু শুম্‌দি ভম্মোইদনা হাৎকে তৌরিবা, হাৎলে খল্লিবা অসিনচিংবা তৌরিবসি। জীবনা জীব অমবু হাৎপা শুম্‌দ্রবম্ব, হাৎকে তৌরিবা জীব অহুদি লৈখা তারে। অহুনা অর্জ্জুন। জীব নং অমনা ঐ অর্জ্জুননি খন্দুনা ভীষ্ম কৌশিম্নব জীব অমবু হাৎকনি খল্লিবসি জীব নং অসি তমো গুণনা কূপ্‌কদৌরে। মাহু খন্দনা নথৌ তৌহো ॥৮॥

সত্ত্বনা জীববু নুংঙাইহল্লি, রজনা অর্জ্জুন। কর্ম্ম তৌহল্লি
তমনা জীববু অজ্ঞাননা কূপ্‌না ভাওহল্লি শুম্‌হৎলি তুম্‌হল্লি ॥৯॥

মমুংগী ভাব ঃ— সত্ত্ব গুণ হায়বসিনা জীববু, অপাম্ব মিহৌবনচিংবা বিকারশিংদগী নাম্থোক্-হন্দুনা জীব মহাকপু নুংঙাইহল্লি। কর্ম্ম অসি তৌরগা মহৈ অসি কংগনি হাযবগী রাখল্ তৌ-হন্দুনা রজোগুণ হায়বসিনা জীববু কর্ম্ম তৌহল্লি। তমোগুণ হায়বসিন- কনি করোই হায়বা ঈখঙ্‌খঙ্‌হন্দনা জীববু ওাম্থাক্-ওম্থোক্পা কর্ম্ম তৌহন্দুনা লৈখা তাহল্লি। অহুনা, জীবাত্মাগী সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক, হায়বা অবস্থা অহুম্‌নি। অহুনা অর্জ্জুন। সাত্ত্বিক অবস্থাদা লৈহুনা কর্ম্ম তৌহো ॥৯॥

কম্রিগুম্বদা সত্ত্বনা রজতমবু, রজনা সত্ত্বতমবু নম্‌হৎলি
কম্রিগুম্বদা তমনা সত্ত্বরজবু, মাত্রাহেন্দুনা নম্‌হৎলি ॥১০॥

সর্বদ্বারেষু দেহেঽস্মিন্ প্রকাশ উপজায়তে।
জ্ঞানং যদা তদা বিদ্যাদ্বিবৃদ্ধং সত্ত্বমিত্যুত ॥১১॥
লোভঃ প্রবৃত্তিরারম্ভঃ কর্মণামশমঃ স্পৃহা।
রজস্যেতানি জায়ন্তে বিবৃদ্ধে ভরতর্ষভ ॥১২॥
অপ্রকাশোঽপ্রবৃত্তিশ্চ প্রমাদো মোহ এব চ।
তমস্যেতানি জায়ন্তে বিবৃদ্ধে কুরুনন্দন ॥১৩॥
যদা সত্ত্বে প্রবৃদ্ধে তু প্রলয়ং যাতি দেহভৃৎ।
তদোত্তমবিদাং লোকানমলান্ প্রতিপদ্যতে ॥১৪॥

---

মনুংগী ভাব ঃ— হায়রিবা জীবগী অবস্থা অহুম্ অসিদা, সত্ত্বগী চাংনা রজতমগীদগী হেনবা য়াওই। অদুগা করিগুম্বদদা তমগী চাংনা সত্ত্বরজ অনীদগী হেন্‌বা য়াওই। অহুনা অবস্থা অহুম্‌দা অথোই অহেন্‌গী রা তনী জীববুদি গুণ অহুম্ অসিনা ঈপুন্‌ত পুন্দুনা লৈরিবনি ॥১০॥

হক্‌চাংগী ইন্দ্রিয়পুম্বদা, জ্ঞানগী মঙাল ফাওরবদা
স্বগুণনা হেল্লে হায়বসি, অর্জুন! খঙঙু মতম্‌থুদা ॥১১॥

মনুংগী ভাব ঃ— মীং-নাকোং-লৈ-নাতোন্‌-উনশা জ্ঞান ইন্দ্রিয় মঙা অসিনা অচুম্বা পোশকত থেংলক্লবা, তারক্লবা, চারক্লবা নম্‌লক্লবা অদুগা শোক্লীং পায়নীংলক্‌লবা মতম্ অদুদা মী মহাক্ অদুগী মশাদা লৈরিবা সত্ত্বরজতম হায়বা গুণ অহুম্ অসিগী মনুংদা সত্ত্বগুণগী মাত্রানা হেল্লক্লবনি হায়বসি খঙগদবনি ॥১১॥

রজো গুণনা চাওখৎপদা, অপাম্ব মিহৌবা থবক্ পায়খৎপা
অরাংব আশা তৌরক্‌পা, ফংলি মখৈ পোক্‌ই পেন্‌ব নাইদব ॥১২॥

মনুংগী ভাব ঃ—থবক্ অমদু লোইয়ম্ লোইফাত্রিঙৈনা অমমুক্ পাযখৎপা, পাযখৎনীংবা মিংচৎ পামুহুনা অয়াংব আশা তৌরক্‌পা, ফংলি মখৈ পেন্‌ব নাইদব—অসিনচিংবসি মী মহাক্ অদুগী গুণ অহুম্‌গী মনুংদা রজো গুণনা চাওখৎলক্লবা মতম্‌দ পোক্‌ই। মতম্ অদুদা মী অদুগী জীবাত্মা অদু রাজসিক অবস্থা লৈরিবনি হায়না খঙ্‌গদবনি ॥১২॥

তমো গুণনা চাওখৎপদা, অককত্তগী রাখল্ মাঙ্‌বা
গুম্‌হৎপা, নত্তবদা পুক্লীং চঙ্‌বা, অসিনচিংবা পোক্লক্‌ই ’কন্‌বা। ॥১৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—মী মহাক্ অদুগী গুণ অহুম্‌গী মনু‌ংদা তমো গুণনা সত্ত্বরজ অনীবু পুম্‌হৎ নম্‌হৎপ্রবদি, মাগী থম্মোযদা অককত্তগী রাখল্ বিচার লৈরক্তে, তম্‌থিব থবক্তদ পুক্লীং চঙ্‌ব— পোক্লক্‌ই। মতম্ অদুদা জীবাত্মা অদু শূন্য ময়বা কোম্‌দা, মীৎ উইশিন্দুনা লৈবঙুম্ লৈ। মতম্ অদুদা মাগী জীবাত্মাদু তামসিক অবস্থাদা লৈরবনি হায়না খঙ্‌গদবনি ॥১৩॥

হক্‌চাং থাদুনা চৎপ্রবদি জীবনা সাত্ত্বিক অবস্থাদ,
মব্‌ত্রব-অহেন্‌বা লোকতা, চৎখি নুঙাইব মকম্‌দা ॥১৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—সাত্ত্বিক অবস্থাদা লৈন-লৈনা জীব অদুনা তাইবং হক্‌চাংসি থাদোক্‌লা চৎপ্রবদি অমাঙ অতা লৈত্রবা, নুঙাইরবা মকম্‌দা চৎখি হায়বদি সাত্ত্বিক ওইবা মপোক্‌ত অমুক্ চঙ্‌খি ॥১৪॥

রজসি প্রলয়ং গত্বা কর্ম্মসঙ্গিষু জায়তে। তথা প্রলীনস্তমসি মূঢ়যোনিষু জায়তে ॥১৫॥
কর্ম্মণঃ সুকৃতস্যাহুঃ সাত্ত্বিকং নির্ম্মলং ফলম্। রজসস্তু ফলং দুঃখমজ্ঞানং তমসঃ ফলম্ ॥১৬॥
সত্ত্বাৎ সঞ্জায়তে জ্ঞানং রজসো লোভ এব চ। প্রমাদমোহৌ তমসো ভবতোঽজ্ঞানমেব চ ॥১৭॥
ঊর্দ্ধং গচ্ছন্তি সত্ত্বস্থা মধ্যে তিষ্ঠন্তি রাজসাঃ। জঘন্যগুণবৃত্তিস্থা অধোঃ গচ্ছন্তি তামসা ॥১৮॥
নান্যং গুণেভ্যঃ কর্ত্তারং যদা দ্রষ্টানুপশ্যতি। গুণেভ্যশ্চ পরং বেত্তি মদ্ভাবং সোঽধিগচ্ছতি ॥১৯॥

---

রাজসিক অবস্থাদা চঙখিব জীবনা,　　বিষয় ভোগ পাম্ব দেহদ চঙ্খি।
তামসিক অবস্থাদা চৎখিব জীবনা,　　শা-উচেক্ উ-রাগী মপোক্তা চঙ্খি ॥১৫॥

মনুংগী ভাবঃ—রাজসিক অবস্থাদা লৈন লৈনা পঞ্চভূতকী হক্চাংসিবু থাদোক্তুনা চৎপ্রবদি রাজসিক্ ওইব লোকৃত হায়বদি হক্চাংদা চঙ্খি ॥১৫॥

অকব-সাত্ত্বিক কর্ম্মগী মহৈনা,　　সাত্ত্বিক ওইব মহৈ চারৈ।
রাজসিক কর্ম্মগী রাজসিক ওইবা,　　তামসিককী মহৈনা শুম্হৎপ ওইরে ॥১৫॥

মনুংগী ভাবঃ—নহাল্মুকী মপোক্ত তৌখিব সাত্ত্বিক্ কর্ম্মশিং অদুগী মহৈনা হন্দকী মপোক্ত সাত্ত্বিক গুণ পোক্কদবা মহৈ ওাক্ত চারৈ। নহাল্মুকী মপোক্ত, রাজসিক অবস্থাদ লৈন লৈন জীবন্তুনা হক্চাং থাদোক্তূনা চৎপ্রবদি হন্দকী মপোক্তা তৌব ওম্ব পাম্ব, মিংচৎ পাম্বা, মীশক ওইনা পোক্লে। নহাল্মুকী মপোক্ত তামসিক অবস্থাদা হকচাং থাদোকখিবা জীবনা হন্দকী মপোক্তা মীনম্বা তম্থিবা থবক তৌগন্বা দেহগী মওংদা পোক্লৈ ॥১৬॥

সত্ত্বদগী জ্ঞান রজদগী পাম্বা,　　পোক্ই তমদগী পঙ্থবা
জ্ঞানদগী মুংঙাইবা পাম্বদগী রাবা,　　পোক্ই পঙ্বদগী শুম্হৎপা ॥১৭॥

মনুংগী ভাবঃ—সত্ত্বদগী পোক্পা জ্ঞানদগী মুংঙাইবা কংভি। রজো গুণদগী পোকপা "অপাম্বা" হায়বত্তুদগী অরাবা পোক্ই। তমোগুণদগী পোক্পা "পঙথবা" হায়বদুদগী "শুম্হৎপা ঙাওব" নচিংবা পোকই ॥১৭॥

সত্ত্বদ লৈবনা অরাংবদা কায়,　　রজো গুণদ লৈবনা মমায়দা।
তুকচব থবক্ত লৈব মীশিংনা,　　তমদা লৈদুনা তাখি লৈখাদা ॥১৮॥

মনুংগী ভাবঃ—জীবাত্মাগী থাক ওহুম্নি। সাত্ত্বিক অবস্থাদা লৈরম্বা জীবনা খ্বাইদগী অরাংব থাক্তা, রাজসিক অবস্থাদা লৈরম্বা জীবনা মযায় ওইবা থাক্তা অদুগা তামসিক অবস্থাদা লৈরম্বা জীবাত্মানা খ্বাইদগী হম্বা থাক্ত কূম্থখি—হায়বদি শা-উচেক উ-রাগী মপোক্তা পোক্লে ॥১৯॥

প্রকৃতিগী থবক অপুম্বা,　　হকচাংগ ইন্দ্রিয়গতনা তৌবনি
মাসিগীমু ব্রহ্মনা তোঙান লৈ,　　অসুম্ থঙলবনা ব্রহ্ম ওইবনি ॥১৯॥

গুণানেতানতীত্য ত্রীন্ দেহী দেহসমুদ্ভবান্। জন্মমৃত্যুজরাদুঃখৈর্বিমুক্তোঽমৃতমশ্নুতে ॥২০॥

অর্জ্জুন উবাচ।

কৈর্লিঙ্গৈস্ত্রীন্ গুণানেতানতীতো ভবতি প্রভো।। কিমাচারঃ কথঞ্চৈতাংস্ত্রীন্ গুণানতিবর্ত্ততে ॥২১॥

শ্রীভগবানুবাচ।

প্রকাশঞ্চ প্রবৃত্তিঞ্চ মোহমেব চ পাণ্ডব।। ন দ্বেষ্টি সংপ্রবৃত্তানি ন নিবৃত্তানি কাঙ্ক্ষতি ॥২২॥

---

মমুংগী ভাব :—প্রকৃতি হায়রিবা অদুগা প্রকৃতি হাযবসিনা তৌরিবা চারিবা পুম্বসি উরিবা হকচাংগা ইন্দ্রিয়শিং অসি নত্তবা কনা অমতনা তৌব নাত্ত অম্নুম্না খণ্ডলবা, অদুগা হকচাং-ইন্দ্রিযশিং অসিদগীসু তোঙান্না ব্রহ্ম হাযবা অম লৈ—অম্নুম খণ্ডলবা জীব অদুতনা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা ওন্মি।—অম্নুম্না খণ্ডবসিবু ব্রহ্মজ্ঞান হায়বদি তত্ত্ব জ্ঞান কৌই ॥১৯॥

দেহদগী পোকচবা গুণশিংসিবু, লাম্ভোকখ্রবা জীব অদুদি
পোকপ শিব অহল্ ওইবা, নাইহ্নিবা দেহদগী লাম্ভোক্‌খি ॥২০॥

মমুংগী ভাব :—তৌম্নিব চারিবা, রারিবা মুংঙাইরিব—পুম্নমক অসি দেহসিদগী মশানা পোকচরক্রবা সত্ত্ব-রজ-তম হায়বা গুণ অহুম্‌সিদনা তৌজবনি হায়না মুম্না খণ্ডজরবা জীবাত্মা অদুদি পোকপ শিব নহা অহল্ ওইবনচিংবা অবস্থাশিং অসিদা তাররিবা দেহদা অমুক্ হন্না চঙক্রে। হায়বদি অমানুব খুভম্ কংখিদ্রনা ব্রহ্মত্ববু কংব ওন্মি ॥২০॥

অর্জ্জুননা হায় :—

গুণ অহুম্‌দগী লাম্লব মীদো, মওংমতৌ কম্‌দৌবগে।
করম্ চৎপগে করম্ চাবগে, হায়বিযু কৃষ্ণ। করম্মসু লান্‌বগে ॥২১॥

মমুংগী ভাব :—সত্ত্বরজতম হায়বা গুণ অহুম্‌সিদগী লাম্ভোক্রবা মীগা লাম্ভোকক্রিবা মীগদি মপান্‌গী হকচাং কায়াৎনচিংবদা থোইদোক্ল খেন্নবা উদে। অদুনা মাসি গুণ অহুম্‌দগী লাম্ভোক্রবা মীশক্লি হায়বা খণ্ডননবা করি করি লক্ষণ খুদমচিংব লৈবগে? ॥২১॥

ভগবান্‌না হায় :—

গুণ অহুম্‌গী মহৈদা, মাম্নন-লেঙদন লৈরবা।
কংব্রবসু থোইনা মিকাদবা, মীনি মাদো গুণদগী লাম্লবা ॥২২॥

মমুংগী ভাব :—অকবা থবক তৌকবগী মশেক মঙাল, অরেম্ব থবক তৌকবগী চাওথোকপগী মঙাল্, অদুগা অরা অনং থবক তৌক্লবগী কুচু-কুযেন্ হায়রিবশিংসিনা মঙোন্দা চপ মান্ননা লৈরবদি গুণদগী লান্থ্রবা মীনি ॥২২॥

উদাসীনবদাসীনো গুণৈর্যো ন বিচাল্যতে। গুণা বর্ত্তন্ত ইত্যেবং যোঽবতিষ্ঠতি নেঙ্গতে॥২৩॥
সমদুঃখসুখঃ স্বস্থঃ সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চনঃ। তুল্যপ্রিয়াপ্রিয়ো ধীরস্তুল্যনিন্দাত্মসংস্তুতিঃ॥২৪॥
মানাপমানয়োস্তুল্যস্তুল্যো মিত্রারিপক্ষয়োঃ। সর্বারম্ভপরিত্যাগী গুণাতীতঃ স উচ্যতে॥২৫॥
( কলাপকম্ )

মাঞ্চ যোঽব্যভিচারেণ ভক্তিযোগেন সেবতে। স গুণান্ সমতীত্যৈতান্ ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে॥২৬॥

---

কায়নতিম্নবদা থোশাদবা, গুণ অহুম্দা ঈরেঙ্ লেঙ্দবা,
গুণশিংনা অতুম্ মঙোন্দ লৈজবা, গুণ অহুম্দগী মাহুনি লাল্লবা ॥২৩॥

মনুংগী ভাবঃ—অরাব মুংঙাইবা, কপ্পনোকপনচিংবা পোকহল্লিবা গুণশিং অসিনা মঙোন্দা করিমত চঙজ্রবা, তোংন মাঙবনচিংবদা ঈথৌ থৌওইদনা হৈনিংদবগুম্ লৈথোক্লবা, অরা নুংঙাইগী ইপোম্না মশক ওল্হন্বা ঙম্জ্রবা—মহাক অদো রজতমনচিংবা গুণশিংদগী লাম্থোক্লবা মীশক্লি, হায়না খঙগদবনি ॥২৩॥

অরানুংঙাইদ চপ্ মান্নবা, মঙোন্দ লৈ-নুং-সনা চপ মান্নবা।
যেক্লবমন্দপ থাগৎপচৈবদা, চপ্ মান্নবদো মীনি লাম্থোক্লবা ॥২৪॥

মনুংগী ভাবঃ—মঙোন্দা মাসিনা মন্দনি মাসিনা য়েক্লবনি হায়বা খেন্নবা লৈত্রবা, সনা-নুং লৈপাক্না মাগী মমীগুম্বা হেন্নবা লৈতনা লৈরবা, থাগৎপা চৈববু চপ মান্ননা মাগী নাকোংদা তারবা মহাক্ অদো রজতমনচিংবা গুণ অহুম্দগী লাম্থোক্লবা মীশক্লি হাযনা খঙগদবনি ॥২৪॥

চোম্নলেম্বদা চপ মান্নবা, য়েক্লবমন্দপ'নীমক্ক য়াওবা,
মহৈগীদমক্ক থবক'মত পাযদবা, মীনি মাদো গুণদগী লাল্লব ॥২৫॥

মনুংগী ভাবঃ—চাউথোক্পলেম্বা চোম্ননংবা হায়ব মঙোন্দা থক্ লৈতবা, মন্দপকী মীচঙ্ ওইব অতুগুম্না য়েক্লবগী মাযকৈদসু অহুম্ ময়াওবা, অনৌ অনৌবা থবক্পু মহৈগীদমক্কি হায়দুনা পঙ্পায়-পায়খত্তবা,—অতুগুম্বা মীশক্তো গুণ অহুম্দগী লাম্থোক্লবনি হায়না খঙগদবনি ॥২৫॥

অনী লোঙজ্রবী ভক্তিনা, ঐঙোন্দ চঙজন্দুনা কর্ম্ম তৌরবা,
মহাক্কনা গুণশিংসিবু লান্দুনা, কংব ওশ্মি খুভম্ অরান্বা ॥২৬॥

মনুংগী ভাবঃ—অরানুংঙাই-মাঙবতোংবগী থোইন খল্লুদনা অ'রম্ন ওইবা ভগবান্ মহাক্কগী সেবানি হায়না খন্দুনা,—মহৈপাম্দনা মথৌ তৌরবা মী অদো গুণ অহুম্দগী লাল্লবা মীশক্লি হায়না খঙগদবনি ॥২৬॥

ব্রহ্মণো হি প্রতিষ্ঠাঽহমমৃতস্যাব্যয়স্য চ। শাশ্বতস্য চ ধর্ম্মস্য সুখস্যৈকান্তিকস্য চ ॥২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভগবদ্গীতায়ামষ্টত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

গীতায়াস্তু চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

ঐতন লায়কম্ ওইব ব্রহ্মনি, ঐতনা লেঙদব কুইরব ধর্ম্মনি।

মথা তানিংঙাই লৈত্রবা, সুংঙাইবগী তুংনকম্ ঐহাক্নি ॥২৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—(মকম্ অসিদা কৃষ্ণনা মশামকপু সাকারব্রহ্মগী প্রতীক ওইনা হায়ম্মি)—মাসিগী ভাবতি—ব্রহ্মগী আনন্দ—সুংঙাইবা কংলবা মাগী মকম্দা জগৎকী পোশক খুদিংমক্না সুংঙাইবগী মশকত্ত মওই ॥২৭॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসন লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বগী মনুংদা ভগবদ্গীতাপর্ব্বগী কুন্থ্ানিপালগুবা অধ্যায লোযরে ॥০॥

গীতাগী তবামরিশুবা অধ্যায লোইবে ॥০॥

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## গীতা পর্ব্ব

## পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ।

( ভগবদ্গীতাগী তরামঙাশুবা অধ্যায় )

—ঃ(০)ঃ—

শ্রীভগবানুবাচ।

ঊর্দ্ধমূলমধঃশাখমশ্বত্থং প্রাহুরব্যয়ম্। ছন্দাংসি যস্য পর্ণানি যস্তং বেদ স বেদবিৎ ॥১॥

অধশ্চোর্দ্ধঞ্চ প্রসৃতাস্তস্য শাখা গুণপ্রবৃদ্ধা বিষয়প্রবালাঃ।

অধশ্চ মূলান্যনুসন্ততানি কর্ম্মানুবন্ধীনি মনুষ্যলোকে ॥২॥

---

থক্ত মরু খাদ মশা, লেঙ্ত্রব সনা খোংনাংনি।

মনানা বেদ ছন্দনি, বেদ খঙ্বদি মাবু খঙ্বনি ॥১॥

মনুংগী ভাবঃ— মহর্ষিশিংনা হায়নৈঃ— সংসার অসিমক্ সনাখোংনাং পাম্বী অমগুম্বনি। মপান্দ উরিবা চুম্বগী খোংনাং পাম্বীগুম্বা মহাক্কী মরুদি লৈনুংদা লৈতে। মরুনা নোংমদোন্ থক্ত মনা মশানা মখাদ, লৈ মহাক্কী মনাশিং অহুদি বেদগী কর্ম্মকাণ্ডগী মন্ত্রমক্তনা ওই। অসিগুম্বা সংসারগী মশক ওইরবা সনাখোংনাং পাম্বীগী তত্ত্ববু মুম্ব খঙ্লবা মী অহুতবু বেদ খঙ্বা হৈবা কৌই ॥১॥

থক্থা খোম্না ছন্দোক্পা মশানি, গুণশিংতনা চাউথোকচখিবনি।

বিষয়না নৌরবা ময়োম্নি মথং মথং পাম্লবা কর্মনা মরানি ॥২॥

মনুংগী ভাবঃ— সংসারগী মশক্ লৌরিবা সনাখোংনাং পাম্বী অসিগী মশামরেংদি য়াম্না পাকচাউনা মাথকৈ পূম্বা খোন্দুনা ছন্দোক্তুনা লৈ। সত্ত্বরজতম—গুণ অহুম্ অসিনা ঈশিংগী মহৌগুম্ থীক্তুনা মপোপ্ মতাং কনা চাউহন্খিবনি মাহুদগী চোংওক্পা অনৌবা ময়োন্দি মশক্ মহাউ, মনম্, শোকা শব্দ বিষয় মশা অসি ওইনা থোরক্ই। তৌরিনমখৈ লোইব থম্ব নাইদনা মশম্মশম্বা কর্ম্ম মচামচাশিং অসিনা উপাম্বী অসিগী আ-লৈনুংদা হন্দোক্পা মরিমরাশিং অহুমক্তনি হায়না খঙ্গনি ॥২॥

ন রূপমস্যেহ তথোপলভ্যতে নান্তো ন চাদির্ন চ সম্প্রতিষ্ঠা।
অশ্বত্থমেনং সুবিরূঢ়মূলমসঙ্গশস্ত্রেণ দৃঢ়েন ছিত্ত্বা ॥৩॥
ততঃ পদং তৎ পরিমার্গিতব্যং যস্মিন্ গতা ন নিবর্ত্তন্তি ভূয়ঃ।
তমেব চাদ্যং পুরুষং প্রপদ্যে যতঃ প্রবৃত্তিঃ প্রসৃতা পুরাণী ॥৪॥ ( যুগ্মকম্ )
নির্মাণমোহা জিতসঙ্গদোষা অধ্যাত্মনিত্যা বিনিবৃত্তকামাঃ।
দ্বন্দ্বৈর্বিমুক্তাঃ সুখদুঃখসংজ্ঞৈর্গচ্ছন্ত্যমূঢ়াঃ পদমব্যয়ং তৎ ॥৫॥
ন তদ্ভাসয়তে সূর্য্যো ন শশাঙ্কো ন পাবকঃ। যদ্গত্বা ন নিবর্ত্তন্তে তদ্ধাম পরমং মম ॥৬॥

---

মরেপ্ মওং য়াংব চাউব, অহৌব লোইবা খঙ্দে কনানা।
ময়াচেৎনা তাপ্রবা পাম্বীসিবু, বৈরাগ্যগী থাঙনা কক্তুনা ॥৩॥
চৎপ্রবা মহাক্ অদুদি, পাম্বীসিগী হৌকম্ খুভম্দা।
য়োৎখিদুনা অমুক্ হল্লক্তে, অদুগুম্ব জগৎকী চঙ্‌ফনি হৌকম্দা ॥৪॥

মন্নুংগী ভাবঃ—কুইরবা, য়াংচাউরবা, লাইওইরবা, উপাম্বীগী মতৌগুম্বা সংসার অসিবু করুনবা খুৎলায় অমত্ত লৈতে। করুনবা খুৎলায় হায়রবু—"সংসারসিদা লৈনা লৈনা রূপরস-নচিংবা বিষয়দা বৈরাগী ওইদুনা হায়বদি থোইনা খল্লুদনা মপান্গী কর্ম্মত মতৌবা হায়বা" অদুতন ওই। মাদুনা থোরবা থাও ওইনা সংসার পাম্বীসিবু কক্তুনা চৎপ্রবা জীব অদুদি পাম্বীসিগী হৌরককম্ ব্রহ্ম মাগী লোক য়োৎখিদুনা সংসারসিদা অমুক্ হল্লকত্রে—। অদুনা অর্জ্জুন! সংসারসিগী হৌকম্ ওইরবা ভগবান্ নহাক্কী নকম্দা, অতৈ অম খল্লনা 'ঈথো তৌনতৌনা চঙজরবনি"—অসুম্ হায়না খল্লুনা মঙোন্দা চঙজো, নথো তৌ ॥৩—৪॥

নাপল্ য়েংথিবা কলক্মিহৌ, য়াওদ্রব মহৈদা লুপ্‌ত্রবা।
আত্মাগী হৌকম্ খিগন্‌বা, অনীদগী লান্থ্রবনা কণ্ডি লেঙদবা ॥৫॥

মন্নুংগী ভাবঃ—সংসারগী মশক ওইরব উপাম্বী অসিগী হৌকম্ ব্রহ্ম মহাক্কী পদবীদি কয়ম্ করম্ব মীশক্না কংবগে হায়বদা—"নাপল্" "কল্লকপা" "য়েংথিব "কর্ম্মগী মহৈত পাম্জবা" ঐগী মাগী, তিস্রব কায়নবা"—অসিনচিংব "অনী থোকপগী রাখস্তদ লুপ্না"—পুম্নমক অসি থাদোকতুন জীবলিগী হৌরককম্ তত্ত্বু অধ্যাত্মবিদ্যানা থীদুনা পুথোকপা—অদুগুম্ব মীশক্না কংবা ঙম্মি ॥৫॥

নুমিৎ-থা-মৈগী মঙাগী, শক্তিলৈতে মকম্থদ য়োৎবগী।
মকম্থদ য়োক্রবনা, হল্লক্ত্রবদে লৈকম্নি ঐগী ॥৬॥

মন্নুংগী ভাবঃ—মপান্ জগৎকী—নুমিৎ-থা-মৈনচিংবগী মঙাম্ব চঙবা য়োব ঙম্দবা অদুগুম্ব, ব্রহ্ম মাগী লৈকম্নি। মীক্রব মৈরাগী মঙাল্গুম্বা, অতৈ-অতৈ বিষয়গী রাখক্পী মঙাম্বা ব্রহ্মজ্ঞানগী মঙান্দা করিমত ওইদে—হায়বনি। অদুগুম্ব জ্ঞানদা তাউদুনা চৎপ্রবা জীবদি সংসারসিদা অমুক্ হল্লক্ত্রে ॥৬॥

মমৈবাংশো জীবলোকে জীবভূতঃ সনাতনঃ। মনঃষষ্ঠানীন্দ্রিয়াণি প্রকৃতিস্থানি কর্ষতি ॥৭॥
শরীরং যদবাপ্নোতি যচ্চাপ্যুৎক্রামতীশ্বরঃ। গৃহীত্বৈতানি সংযাতি বায়ুর্গন্ধানিবাশয়াৎ ॥৮॥
শ্রোত্রং চক্ষুঃ স্পর্শনঞ্চ রসনং ঘ্রাণমেব চ। অধিষ্ঠায় মনশ্চায়ং বিষয়ানুপসেবতে ॥৯॥
উৎক্রামন্তং স্থিতং বাপি ভুঞ্জানং বা গুণান্বিতম্। বিমূঢ়া নানুপশ্যন্তি পশ্যন্তি জ্ঞানচক্ষুষঃ ॥১০॥

---

জীব হায়বসে ঐগী অংশনি, তত্তুনা হকচাংদ চঙ্তুনত লাক্লি।
পূক্লীংগ থান ইন্দ্রিয় তককপু, মানা তত্তুনা চিংলক্লি ॥৭॥

মমুংগী ভাবঃ— তাইবং মী, শাউচেক্লচিংব, কৈপাল শৈপাল ফাওবগী হকচাংদা জীব হাযত্নুনা অমমম্ চঙনা লাক্লবসি. ঐ (ব্রহ্ম)গী শককনি। মহাক মিৎনাকোং লৈ নাতোল উনশা অত্তুগা পূক্লীং হাযবা ইন্দ্রিয় তকক আসিবু দেহ খুদিংদা তত্তুনা চিংথোক্ চিংশিন্ তৌত্নুনা শাম্নরক্লি ॥৭॥

মুংশিৎনা লৈনস্সু পুত্নুনা চৎপগুম্, জীবনা দেহ খুদিংদা কোয়চং চৎলি।
চৎখিব মতম্দা হাম্নগী, পূকনীং ইন্দ্রিয়বু পুত্নুন চৎলি ॥৮॥

মমুংগী ভাবঃ— দেহ অমদগী দেহ অমদা চৎখিবা মতম্দা, মুংশিৎনা লৈ অত্নুমকপু পুত্নুনা চৎখিদ্রবস্সু, মনম্ খববুদি পুত্নুনা চৎখিবগুম্না, হাম্নগী দেহদা লৈরম্বা পূক্লীংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী সংস্কার অত্তু দেহ অমদস্সু অত্নুম্ পুত্নুনা চৎখি ॥৮॥

মিৎনাকোং লৈ নাতোল, উনশা পূক্নীংদা তোংত্নুনা
"পূকনীং"গ লোযননা বিষযশিংবু, অতোপ্পা দেহদ চাকই জীবনা ॥৯॥

মমুংগী ভাবঃ— হাম্নগী দেহদা লৈরম্বা মতম্দা, চাবা লোইহৌদব রূপ-রসনচিংব, বিষয, অত্নু অতোপ্প দেহদা লাক্লব তুংদস্সু, হাম্নগী ইন্দ্রিয়শিংগা লোযননা জীবনা সংস্কার অত্নুনা পাম্ব ওইত্নুনা সাত্ত্বিক ওইরবস্সু, রাজসিক ওইরবস্সু তামসিক ওইববস্সু পূকনীং-পূকনীং অত্তুগী মতুংইন্ন অত্নুম্ চারুই ॥৯॥

অরা মুংঙাইদ গুমহৎত্নুনা লৈরিবা, অউবা হকচাংদগী থোক্খিবা 'কন্বনা
মশাগী হকচাংদা বিষযবু চারিবা, জীববু উইশিংবনা উদে পঙনা ॥১০॥

মমুংগী ভাবঃ— অরাব মুংঙাইব মতম্দা রারিবসি মুংঙাইরিবসি "অর্জ্জুন ঐননি" "ভীষ্ম ঐননি" অস্নুম্ হায়না মিথ্যাজ্ঞানদা গুম্হৎলবশিংনা, রসনচিংবা বিষযবু চাবিবা জীবাত্মাবু উবা ফংদে উব ঙম্দে। মপান্না হকচাংগী মোহদগী লাপ্তাক্লবা জ্ঞানশিংতনা উই-পণ্ডিত। অত্নুনা অর্জ্জুন। ভীষ্মনচিংববু উবদগী পোক্খিবা মিথ্যাজ্ঞানদা তাউগনু ॥১০॥

যতন্তো যোগিনশ্চৈনং পশ্যন্ত্যাত্মন্যবস্থিতম্। যতন্তোঽপ্যকৃতাত্মানো নৈনং পশ্যন্ত্যচেতসঃ ॥১১॥
যদাদিত্যগতং তেজো জগদ্ভাসয়তেঽখিলম্। যচ্চন্দ্রমসি যচ্চাগ্নৌ তত্তেজো বিদ্ধি মামকম্ ॥১২॥
গামাবিশ্য চ ভূতানি ধারয়াম্যহমোজসা। পুষ্ণামি চৌষধীঃ সর্বাঃ সোমো ভূত্বা রসাত্মকঃ ॥১৩॥
অহং বৈশ্বানরো ভূত্বা প্রাণিনাং দেহমাশ্রিতঃ। প্রাণাপানসমাযুক্তঃ পচাম্যন্নং চতুর্বিধম্ ॥১৪॥

---

চ্যেক্শিনব যোগী ওইবশিংনা, উই মশাদ লৈব আত্মাবু।
প্‌কৃচেল্ মোংপ অত্তোনবশিংনা উদে হোৎচনসু মহাকপু ॥১১॥

মসুংগী ভাব :— প্‌কৃচেল্লা অমোংপা লৈত্রবা য়াম্ চ্যেক্শিন্না যোগী ওইবা, মখোয় অহুতনা মশাদা লৈরিবা পরমাত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌব ঙম্মি হায়বদি উব ঙম্মি। খাম্মোয়দা অপাম্ব মিহৌবনচিংবা অমকৃপা অমোংপা লৈরিবা মীনা মপাম্বা ফনা জপ যজ্ঞনচিংবা তৌহনসু উবা ঙম্‌দে ॥১১॥

জগৎপ্‌ময়দা ঙাল্লিবা, সুমিৎ থাদা লৈরিবা
মৈদসু লৈরিব মঙানসে ঐগীনি খঙঙ্ অকন্‌বা। ॥১২॥

মন্‌ংগী ভাব :— তোঙাল্ তোঙান্‌বা মচুগী, সুমিৎ থা মৈনচিংবগী মঙাল্‌শিং অসি মঙাল্লগী মশক্ ওইবা জ্যোতির্ময় ওইবা মহাক্কগী মঙাল্লি ॥১২॥

পৃথ্বী লৈখাদ লৈহনা লৌহনা, জীবপান্‌ব প্‌ময়বু পুই। *
য়সগী মশক ওইরবা থা ওইহনা, অচাথক্ পুম্ব ঐন য়োক্‌ই ॥১৩॥

মসুংগী ভাব :— ঐনা ঙম্‌খৈ লৈতবা অনন্ত ওইবা আকাশগী মশক লৌহনা পৃথিবীবু মাগী গত্তিদা লেঙদনা থম্মি। হায়রবদি পৃথিবীনা সুমিৎকী অকোয়বদা কোয়রবসু মহাকা লেঙত্রবা বার্ষিক-গতি-আহ্নিকগতি অনীদা লেঙদনা কায়দনা থম্মি। ফৌচেং মহৈ মরোং হিদাক লাংতকী মনা মশীঙ প্‌ময়কপু ঐনা (অমত ওইবা মহাকনা) থাগী মশক লৌহনা যোক্‌লি নোয়হল্লি, মাসিমক্ থানা সুমিত্তগী থোকখিবগী উদ্দেশ্যনি ॥১৩॥

থরাই পান্‌বা পুম্বগী হক্‌চাংদ, ঐনা মৈগী মশক্ লৌহনা
তুম্‌হল্লি চীঞ্জাক্ মরিবু, প্রাণ অপান সুংশিৎক লোয়ননা ॥১৪॥

মনুংগী ভাব :—অপান প্রাণ কৌবা সুংশিৎনা য়ৈবদা মৈরি ফংনা চাক্লিবা, শায়হনা, খক্‌না, লেক্‌না য়োক্‌না, চুপ্‌না চাবা চীঞ্জাক্ মখল্ মরিবু তুম্‌হল্লিবা,—হক্‌চাং সুংদা লৈরিব মৈ (জঠরাগ্নি) অহু, অমত ওইবা মহাক্লি ॥১৪॥

জীব ওইন খম্মোয়দ লৈ, পোকখি নীঙশিংব—কাউব ঙম্‌হৎপা।
ঐনি বেদনা খঙগে তায়বা, বেদন্তু হৌদোকপা-খঙবসু ঐনি ॥১৫॥

---

*টীকা :—আকাশ-সুংশিৎ-মৈ-ঈশিং—মখোয়সি "লৈপাক্" (পৃথিবী) ত লুপ্‌খি। অহুনা, মখোয়গী শক্তি পুরিবা শক্তিমান্ মহাক্তু লৈসুংদা লৈ।—বিজ্ঞান।

সর্বস্থ চাহং হৃদি সন্নিবিষ্টো মত্তঃ স্মৃতির্জ্ঞানমপোহনঞ্চ।
বেদৈশ্চ সর্বৈরহমেব বেদ্যো বেদান্তকৃদ্বেদবিদেব চাহম্ ॥১৫॥
দ্বাবিমৌ পুরুষৌ লোকে ক্ষরশ্চাক্ষর এব চ। ক্ষরঃ সর্ব্বাণি ভূতানি কূটস্থোঽক্ষর উচ্যতে ॥১৬॥
উত্তমঃ পুরুষস্ত্বন্যঃ পরমাত্মেত্যুদাহৃতঃ। যো লোকত্রয়মাবিশ্য বিভর্ত্ত্যব্যয় ঈশ্বরঃ ॥১৭॥
যস্মাৎ ক্ষরমতীতোঽহমক্ষরাদপি চোত্তমঃ। অতোঽস্মি লোকে বেদে চ প্রথিতঃ পুরুষোত্তমঃ ॥১৮

মতুংগী ভাব:—জীব পান্ব পুম্বগী থম্মোয়দা লৈরিবা, মশামক মওং অমত ওইবা জীবত্মা মহাক্তবুনি বেদ পুম্বনা খঙ্গে তাম্নরিবসি। বেদবু হৌদোক্লিবা-পোকহল্লিবা-খঙ্লিবস্থ জীব মহাক্তননি। অত্তম্ ওইবা জীবদো ঐ (পরমাত্মা) নি ॥১৫॥

মাঙ্গদব মাঙ্দবা পুরুষ 'নীদনি জগৎ পুম্বদা লৈরিবনি।
মাঙগদবনি উম্বিবা পুম্বসিনি, মাঙ্দব মাদি রাংমদনি ॥১৬॥

মতুংগী ভাব:—অচঞ্চত্ত লৈরিব পুম্বসিদা পুরুষ অনীতনি লৈরিবা। অমনা মাঙ্খিগদব উখিরোইদবা পুরুষনি। অমনা মাঙ্লরোইদৌব পুরুষনি। অরায়ব লোন্দা হায়রগা, ঐ পুরুষ অমনি হায়না খল্লিবা-খন্নরিবা অমর্দি খন্নবা য়ারিবা হকচাং পুম্বসিনা, মাঙগদবা ক্ষর পুরুষ হায়বত্তনি। মাসিগা মরম্ ঈরৈ লৈনদনা মাসিগী রাংমদা লৈন-লৈনা মতুংদা লৈবক্তম্ লৈরিব জীবনা অক্ষর পুরুষনি,—হাযবদি মাঙরোইদোবা পুরুষনি। মাঙ্গদব পুরুষ মাদি, মতম্ খরদং নিপা নুপী লাব অমোম হায়না লোকত্ত লৈরম্মি। মাঙলরোইদোবা জীব কৌব পুরুষ মাদি মতম্ পুম্বদা অচৌ অপীক, রাংব নেম্ব, লাব অমোম ওইদনা লৈ ॥১৬॥

মাঙগদবা মাঙলোইদবদগীস্থ তোঙাম্ব, অথোইবা পুরুষ মহাক্নি
পরমাত্মা হাযনা খঙনবা মাদনা, লোক পুম্বদ চঙহনা ভাক্পনি ॥১৭॥

মতুংগী ভাব:—ক্ষর-অক্ষর হাযবা পুরুষ অনী অসিদগীস্থ তোঙান্বা অথোইব পুরুষ অম লৈরি। মহাকপু ঈশ্বর, পরমাত্মা হায়নস্থ খঙনৈ। মহাক্তনা লোক পুম্বদা চঙশিন্দুনা মাগী মায়ানা, জীব জগৎ অনীবু হায়বদি ক্ষর পুরুষ অক্ষর পুরুষ অনীবু কায়নবা তিম্নবগী লীলা তত্তনা শাম্নহল্লি। মহাক্তি লীলাময়নি ॥১৭॥

মাঙগদবদগীস্থ মাঙলোইদবদগীস্থ, তোঙাম্ব অহেন্বা ঐহাক্লি।
অদুনা লোক বেদ 'নীমক্তঃ পুরুষাতম্ হায়না কৌঔনি ॥১৮॥

মতুংগী ভাব:—ঐ (ঈশ্বর)দি মথক্ত হায়খ্রিব ক্ষর-অক্ষর অনীদগীস্থ তোপতোপ্প অহেন্বনি। উত্তম্ (অথোইবা) ওইব পুরুষ ওইবনা ঐবু বেদস্থ লোককী চৎনবী লোন্দস্থ পুরুষোত্তম হাযনা খঙনখ্রে ॥১৮॥

টীকা:—মহাকনা তাইবং মীশক লৌহুনা তোঙাল-তোঙানুব রসগী লীলা শাম্নরবদা অজ্ঞানী নাস্তিকশিংনা নিন্দা তৌই।

যো মামেবমসংমূঢ়ো জানাতি পুরুষোত্তমম্। স সর্ববিদ্ভজতি মাং সর্বভাবেন ভারত ! ॥১৯॥
ইতি গুহ্যতমং শাস্ত্রমিদমুক্তং ময়ানঘ ! । এতদ্‌বুদ্ধা বুদ্ধিমান্ স্যাৎ কৃতকৃত্যশ্চ ভারত ! ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি

ভগবদ্‌গীতাযামূনচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ।০॥

গীতায়ান্ত পঞ্চদশোঽধ্যায়. ॥০॥

---

ঐবু পুরুষোত্তমনি হায়নবু, শুম্‌হৎপ য়াওদনা খঙলবা
মহাক্না লোইন খঙহুনা, মওং পুম্বদা তৌই সেবা ॥১৯॥

মনুংগী ভাবঃ—জীব জগৎ অনীগী শুম্‌হৎপসি যাওত্রবা মহাকতনা সর্ব্বজ্ঞ ওইহুনা হায়বদি খোখোৎপা খঙহুনা, উকউকবা মশক্ মওং পুম্বদা—ঐগী সেবা তহুনা তৌই। অসিগুম্বা সর্ব্বজ্ঞ ওইদবদগীসু অমগমগা য়েৎনৈ খৎনৈ ॥১৯॥

'সিগুম্ব অথুপ্প রাসিবু. তাক্লেদো নঙোন্দ অকন্‌বা।
'সিবু মুম্ন খঙলগা, ওইদো মহৈ যান্‌বা-শিংবা ॥২০॥

মনুংগী ভাবঃ—অসিগুম্ব অথুপ্প রাকম্‌বু মুম্ন কুপ্প খঙহুনা সংসারদা কর্ম্ম ( মথৌ ) তৌরিব মীদো অশিংবা হায়ববু মহাক্নি, পোকপগী মহৈ য়ান্‌বা হায়ববু মহাক্নি। অসুন খঙনা কর্ম্ম তৌফ্রিমখৈ মীওইবগী হকচাংদা চঙকই পোক্লে হায়হুনসু জীব নংগী মহৈ য়ান্‌বা হায়বহু খক্ ওইদে। অহুনা অর্জ্জুন কৌব জীব ! নহাক্সু অকুপ্প অথুপ্প রাকম অসিবু বিচার তৌন তৌন ক্ষত্রিয় ওইনা লাকপা জীব নংনা নংগী নথৌ তৌ ॥২০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসন লেংব সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বগী মনুংদা "ভগবদ্‌গীতা"গী মতাংদা কুম্ন্ মাপলগুবা অধ্যায লোইরে ॥০॥

ভগবদ্‌গীতাগী তবামঙাশুবা অধ্যায লোইবে।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

(গীতা পর্ব্ব)

## ষোড়শোঽধ্যায়ঃ

(ভগবদ্গীতাগী তরাতককুশুবা অধ্যায়)

—:( * ):—

শ্রীভগবানুবাচ।

অভয়ং সত্ত্বসংশুদ্ধির্জ্ঞানযোগব্যবস্থিতিঃ। দানং দমশ্চ যজ্ঞশ্চ স্বাধ্যায়স্তপ আর্জবম্ ॥১॥

অহিংসা সত্যমক্রোধস্ত্যাগ শান্তিরপৈশুনম্। দয়া ভূতেষ্বলোলুপ্ত্বং মার্দ্দবং হ্রীরচাপলম্ ॥২॥

তেজঃ ক্ষমা ধৃতিঃ শৌচমদ্রোহো নাতিমানিতা। ভবন্তি সম্পদং দৈবীমভিজাতস্য ভারত ॥৩॥

(বিশেষকম্)

দম্ভো দর্পোঽভিমানশ্চ ক্রোধঃ পারুষ্যমেব চ। অজ্ঞানঞ্চাভিজাতস্য পার্থ! সম্পদমাসুরীম্ ॥৪॥

---

শ্রীভগবান্ হায়ঃ—

কিদব হন্দবা পুক্চেল্ শেংবা, জ্ঞান তাব যোগ ভ্যাস তৌবা,
যজ্ঞদান তৌব ইন্দ্রিয়বু ভম্বা, তপস্যা বেদপাঠ পুক্চেল্ভিংবা ॥১॥
হিংসা তৌদব অচুম্ব ভাঙবা, থাদোকপা শাউদবা তপথবা,
চীরোল্ তৌদবা থোজাল হৈবা, পাম্গন্দবা ঈকায খঙবা মক্তবা ॥২॥
থোনা খাঙহৈবা শেংনলৈবা, কল্লক্তবা চাউথোক লেম্থোক্তবা
মখোয়সি তাইবং মীন লোইভম্বা, লাইগী ললমক্তনি অকন্বা ॥৩॥

মমুংগী ভাব ঃ— মথক্ত হায়রিবা গুণশিং অসি, মপাম্বোংগী সনা লুপানচিংবা অচম্বা তাইবং মীনা লোইনবা লল্ অমত নত্তবনা, লাইরেমলেন্দগী জীবনা লোয়নরক্পা পুরক্পা ললমক্তনি। অত্তনা তাইবং মীনা অসিগুম্ব, অমনা পাক লোইবা ভম্নদবা ললশিং অসিবু দৈবীসম্পৎ হায়না কৌই। সনা লুপা মণি মুক্তা লোইবশিনম্নু অসিগুম্ব ললশিং অসিবু লোইবা ভম্নদে ॥১—৩॥

লৌনম্তৌবা নাপল্ থোযবা, শাউব তম্খিব পঙথবা।
মখোয়সে তাইবংদা পোক্পশিংগীদি, আসুরী সম্পৎনি অকন্বা ॥৪॥

মমুংগী ভাব ঃ— মথক্তা হায়রিবা মখোবসিনা, জীবগী নহাল্মক্তী মপোক্তগী লোয়নরকপা, আসুরীসম্পত্তি মক্তনি হায়বদি হিংচাবশিংনা লোইনগদোব মরলমক্তনি। অসিগুম্ব আসুরীসম্পত্তিশিং অসিবু নহাকনা থক্ পাম্লোইদৌবনি ॥৪॥

দৈবী সম্পদ্বিমোক্ষায় নিবন্ধায়াসুরী মতা। মা শুচঃ সম্পদং দৈবীমভিজাতোঽসি পাণ্ডব।।৫।।
দ্বৌ ভূতসর্গৌ লোকেঽস্মিন্ দৈব আসুর এব চ। দৈবো বিস্তরশঃ প্রোক্ত আসুরং পার্থ। মে শৃণু।।৬।।
প্রবৃত্তিঞ্চ নিবৃত্তিঞ্চ জনা ন বিদুরাসুরাঃ। ন শৌচং নাপি চাচারো ন সত্যং তেষু বিদ্যতে।।৭।।
অসত্যমপ্রতিষ্ঠং তে জগদাহুরনীশ্বরম্। অপরস্পরসম্ভূতং কিমন্যৎ কামহৈতুকম্।।৮।।

---

দৈবসম্পৎনা লাম্বোকনব ওই, আসুরী সম্পৎনা কাজিন্নবনি।
অচনা রাগনু পাণ্ডব নহাক, নংদি দৈবীসম্পৎ পুন্থনা লাকৃপনি ।।৫।।

মনুংগী ভাব :—দৈবী সম্পত্তিগী পান্থৈনা জীবনা অরানবা খুভম্ কণ্ডম্বি। অদুগা হায়রিবা আসুরী সম্পৎশিং অসি লোইরবদি মখোয়গী পান্থৈনা অরান্‌বা তুভম্ মুংঙাইবনচিংবা কংবদি হাযরুরনু, অহোয়নন্থম্ হায়রিবা কত্রবা ললশিং অসিনা জীববু কম চেৎনা কাজিনখিত্রনা জীববু মকারাম চথোক্‌হন্দে। অর্জুন! নহাক্তি দৈবী সম্পৎ পুন্থনা লাকৃপনি অদুনা নং খক্ রাগনু চিংনগন্ নথৌ তৌ ।।৫।।

দৈবী আসুরী সম্পৎ অনীনা, তাইবংমীবু শেম্বনিনে ঈতাও!
দৈবী সম্পত্তিগী মরম্ হায়রে, আসুরীগী মরম্ হাযগে তাও ।।৬।।

মনুংগী ভাব :— তাইবং মীনা মশাগী মগুণ অমদি মরম্না মশানা মশাবু জগত্ত অমদি সমাজদা শেমজবা অহুগুম্না, হায়রিবা সম্পত্তি মখল্ অসিনা মরম্ অমদি পান্থৈ ওইদুনা, তাইবং মী হাযবসিগী সৃষ্টি ওইখ্রিবনি। দৈবীসম্পৎ কৌবা গুণ মখৈদি অর্জুন! নংগী নকম্‌দা হাযখ্রে আসুরী সম্পত্তিগী মরম্‌দসু তাকে মাহু তাও ।।৬।।

আসুরী সম্পৎ লোইবশিংনা, চণ্ডগদব হন্দোকদব 'নীমক্ খঙদে।
অশেং অমাং চৎহৈব চৎহৈদবা, অচুম্বা চুমদবা মখোয়দা লৈতে ।।৭।।

মনুংগী ভাব :—ঙহাক্ ঙহাক্ নুংঙাইবগী য়েংদুনা চঙশিন্‌বা, ঙহাক্ ঙহাক অরাবগী য়েংদুন হন্দোক্‌পা, চাব থক্‌পদা যাব য়াদবা, অশেং অমাংগী বিচার লৈত্রবা, তৌহৈব তৌহৈদবা হায়বগী খোইদোক্‌পা আচার বিচার লৈতবশিং অদো আসুরী সম্পৎ লোইবা ঙাক্তনি হায়না খঙঙু। সম্পত্তি অদুদা ময়াই কাদুনা, ঙাওদুনা লৈবনা খঙদবনি ।।৭।।

অচুম্ব লৈতে বেদ লৈতে, জগত্ত ঈশ্বর লৈতে হায়।
অমগমগা তিন্নবদগী জীবনা, পোকচবনি মানা নত্তে হায় ।।৮।।

মনুংগী ভাব :—"সংসারসিদা লেঙদবা অচুম্বা হায়বা খক্ লৈতে। জীবসু হক্‌চাংগা লোয়ননা মাঙজখিবনি। অমুক্ পোকলিবা অসিদি অমগমগা তক্কব শম্নবদগী মথন্ত পোকচরকপনি। জগৎসিবু অশেম্বা মপু ঈশ্বর হায়বা অতৈ অমথক লৈতে। অদুনা মাগী মগুণ শক্লিবনি

এতাং দৃষ্টিমবষ্টভ্য নষ্টাত্মানোঽল্পবুদ্ধয়ঃ।          প্রভবন্ত্যুগ্রকর্ম্মাণঃ ক্ষয়ায় জগতোঽহিতাঃ ॥৯॥
কামমাশ্রিত্য দুষ্পূরং দম্ভমানমদান্বিতাঃ।          মোহাদ্গৃহীত্বাঽসদ্গ্রাহান্ প্রবর্ত্তন্তেঽশুচিব্রতাঃ ॥১০॥
চিন্তামপরিমেয়াঞ্চ প্রলয়ান্তামুপাশ্রিতাঃ।          কামোপভোগপরমা এতাবদিতি নিশ্চিতাঃ ॥১১॥
আশাপাশশতৈর্বদ্ধাঃ কামক্রোধপরায়ণাঃ।          ঈহন্তে কামভোগার্থ মন্যায়েনার্থ সঞ্চয়ান্ ॥১২॥
(যুগ্মকম্)

---

হায়হুনা লৈরিবা বেদ পাঠনচিংবসি অরেম্ব কান্নদবা ওাক্তনি—"হায়না পুরিবা নাস্তিকশিং অসি আসুরী সম্পৎ লোইবা ওাক্তনি ॥৮॥

'সিগুম্ব রাখল্প লুপপ্রবা,          মবুদ্ধি পীক্রবা চোইরবা
মখোয়না য়েক্লবা ওইহুনা,          হোৎনৈ তস্তন জগৎকী মাঙনবা ॥৯॥

মন্নুংগী ভাব :—নাস্তিকশিং অসিনা, মখোয়না পুরিবা রাখল্ অসিতনা অচুম্বনি হায়না খন্বস্ত নত্তনা মখোয়না জগৎকী মাঙ তাক্লনবা ভৌরি হায়বসি মখোয় মশানা খণ্ড্‌লদে। কুতর্ক বিতর্কগী পাম্বেনা মখোয়না শাস্ত্রার্থদা অমবু ওন্নবা, ওম্নিবসি, জগৎকী মাঙতাক্লনবনিকো হায়বসি মখোযনা খণ্ডদে। অদুনা নাস্তিক মখৈ অপণ্ডবা মক্তনি, জগৎকী শক্রনি ॥৯॥

ওকপ নাইত্রবা 'পাম্ববু তান্নবদা,          নাপল্ থোইব চাউথোকপনা
কক্রব-মাংলবা পাম্বেনা মাচু,          কংগে হোৎনৈ নাস্তিকশিংনা ॥১০॥

মন্নুংগী ভাব :—আসুরীবৃত্তিদা চণ্ডবা নাস্তিকশিংনা, ওম্থিনি-কংখিনি হায়বগী থোইবা নাপন্না ময়াই কাহুনা, কৈদৌঙৈদসু কংলয়োইদৌবা কংলবসু পেন্‌বা নাইরয়োইদৌবা সংসারগী কামনাবু পাঙখোক্লনব নত্ত নত্তবা, অমাংবা-তুকচবা পাম্বেনা হাযবদি, থৌরাং-পোশেমূনচিংবন য়ায় কন্না হোৎনৈ। মখোয় অদু আসুরী বৃত্তিদা চণ্ডলবা মক্তনি হায়না খণ্ডগদবনি ॥১৫॥

মশীঙ লাকণ্ডমত্রবা চিন্তাদা,          পুন্‌শিচুম্ন লুপ্পুনা লেন্‌বা,
হন্নকী মপোক্তা নুংঙাইহৌরগা,          লোইরে হায়ন খল্লবা ॥১১॥
আশাগী থৌরীনা চামরক পুন্‌থ্রবা,          অপাম্বা শাউবন্তদ পুক্লীং চণ্ডবা,
মখোয়না নত্তবা উপায়না,          হোৎনৈ অপাম্বা কংনবা ॥১২॥

মন্নুংগী ভাব :—পাপ পুণ্যগী বিচান্ন তৌত্রবা, পোকপ শিব য়াওত্রবা ঈশ্বর মহাক অম লৈ হায়বসি করিমত থাজদবা, "পাপ খণ্ডদে অম খণ্ডদে হন্নকী মপোকসিদা নুংঙাইহৌরগা লোইরে, হকচাংগা লোইননা তুম্থ্রবা জীবন কদাইদগী হকচাং অমদ অমুক চণ্ডহুগলৌম্রিবনে।" অম্নম্ হায়না খল্লবা অপণ্ডবা নাস্তিকশিংনা পুন্‌শি চুম্ন মপুং ঈকা কারয়োইদৌবা মশীঙ লাকণ্ডমত্রবা আশাদা তাউহুনা, কক্রবা উপায়শিংতনা বিষয় ভোগশিং অদুবু কংননবা হোৎনৈ। মখোয় অদু অসুরবৃত্তিদা লৈবা মরমনা অসুর (হিংচাবা) মক্তনি ॥১১-১২॥

ইদমদ্য ময়া লব্ধমিদং প্রাপ্স্যে মনোরথম্। ইদমস্তীদমপি মে ভবিষ্যতি পুনর্ধনম্ ॥১৩॥
অসৌ ময়া হতঃ শত্রুর্হনিষ্যে চাপরানপি। ঈশ্বরোঽহমহং ভোগী সিদ্ধোঽহং বলবান্ সুখী ॥১৪॥
আঢ্যোঽভিজনবানস্মি কোঽন্যোঽস্তি সদৃশো ময়া। যক্ষ্যে দাস্যামি মোদিষ্য ইত্যজ্ঞানবিমোহিতাঃ ॥১৫॥
অনেকচিত্তবিভ্রান্তা মোহজালসমাবৃতাঃ। প্রসক্তাঃ কামভোগেষু পতন্তি নরকেঽশুচৌ ॥১৬॥
(কলাপকম্)

---

ঙসি 'সিমদি ফংলে ঐনা, অসিমসু ফংখিনি শোয়দনা।
আসম লৈরে 'সিমসু লৌখিনি, অসুম্ হায়না খল্লি তত্তনা ॥১৩॥

মনুংগী ভাবঃ—মপান্গী বিষয় ভোগতদা পুরীং চওবা নাস্তিকশিংনা পুন্শি চুপ্প খল্লিবা হায়বরু—"ঙসি আসমসু ওযেং অমসু ফংখিনি—" অসিনচিংবা খন্দুনা, জীব আসন' হৎচাংসিদ, হোরেল্ হযেং ফাওবা লৈখিগদ্রা হায়না খোইনা খল্লদবা অপঙবা নাস্তিকশিনা,—অমম্বদা তাদুনা মতম্ লেপ্লি ॥১৩॥

যেক্রবা 'সিমা ঙসি হাংলে, অতৈসু অমুক্ হাৎখিনি,
ঈশ্বর হাযবরু ঐহাক্নি, অকন্‌বা-নুংঙাইবা ঐহাক্নি ॥১৪॥

মনুংগী ভাবঃ—নাস্তিকশিংনা অমুক্ করি খল্লি হায়বরুঃ—ঙসি য়েক্রব অসিমদি হাৎলে, হয়েং অতৈসু অমুক্ হাৎখিনি, ঈশ্বর হায়ব অমমুক্ লৈতে। ঈশ্বর হাযবরু ঐহাক্নি। অকন্‌ব অশিংব ঐহাক্নি—অসিনচিংবা অসুর বৃত্তিগী রাখল্‌শিং অসি থম্মক্তনি ॥১৪॥

ঈনাক্ খুল্লি শাগৈ জাৎ চাউই, ঐগা মান্নব কনা লৈ,
যজ্ঞদানসু তৌনি নুংঙাইথোক্নি, পঙবনা অসুর খন্দুনা লৈ ॥১৫॥

মনুংগী ভাবঃ—ঐ ঈনাক খুল্ল, চাউরে, শাগৈ জাৎ চাউরে, দান যজ্ঞসু তোগনি, মিংচৎ তান্‌গনি, লেম্‌থোক্নি-চাউথোক্নি—অসিনচিবা খল্লবদুসু অসুর বৃত্তি চৎপা মীগী রাখল্‌মক্তনি। মখোয় অসি মিথ্যা জ্ঞানদা তাউদুনা লৈরব ঙাক্তনি ॥১৫॥

থম্মোযগী ঈপোমদ ঈরাক্লবা, শুম্‌হৎপগী লাংন কুপ্ শ্রবা
ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবতদ-লুপগ্রবা, মখোযনা তাখি নরকত শেংদ্রবা ॥১৬॥

মনুংগী ভাবঃ—অপাম্ব নুংশিবগী রাখলগী অচৌগা তোঙাল্ তোঙান্‌ব চিন্তাগী ইপোমনা তত্তনা লৌরবা থম্মোয়গী ঈপাক্ত ঈরাক্লবা জীবনা, শুম্‌হৎপগী লাংনা অমুক্ হন্ন কুপখিদুনা বিষয় ভোগ তৌন তৌনা শেংদ্রবা ফত্রবা নরকত শোযদনা তাখি ॥১৬॥

আত্মসম্ভাবিতাঃ স্তব্ধা ধনমানমদান্বিতাঃ। যজন্তে নাম যজ্ঞৈস্তে দম্ভেনাবিধিপূর্ব্বকম্ ॥১৭॥
অহঙ্কারং বলং দর্পং কামং ক্রোধঞ্চ সংশ্রিতাঃ। মামাত্মপরদেহেষু প্রদ্বিষন্তোঽভ্যসূয়কাঃ ॥১৮॥
( যুগ্মকম্ )
তানহং দ্বিষতঃ ক্রূরান্ সংসারেষু নরাধমান্। ক্ষিপাম্যজস্রমশুভানাসুরীষ্বেব যোনিষু ॥১৯॥
আসুরীং যোনিমাপন্না মূঢ়া জন্মনি জন্মনি। মামপ্রাপ্যৈব কৌন্তেয়। ততো যান্ত্যধমাং গতিম্ ॥২০॥
ত্রিবিধং নরকস্যেদং দ্বারং নাশনমাত্মনঃ। কামঃ ক্রোধস্তথা লোভস্তস্মাদেতত্ত্রয়ং ত্যজেৎ ॥২১॥

---

মশাবু থাগচ্চবা অপঙবা, মপান্গী সন্মান-লন্দ হুংঙাইজবা
মপান্দ উৎননবত মতৌই, থোয়্যনা কর্ম্মবু বিধি য়াওদবা ॥১৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—দান যজ্ঞ তৌই হায়্যসনু হাযদুনা, মপান্গী মিংচৎত পামজবা, মীনা থাগৎপ হাযজবদা লেমজথব হরাউজবা অপঙবাশিংনা, মপান্দা, সমাজদা, মীওোন্দ উৎননবগীদমক্তা মমিংত ওইনা যজ্ঞদান তৌজবা শারি। তৌরিবা দান যজ্ঞনচিংবদুদ বেদ শাস্ত্রগী বিধি কাযব কাযদব থোইনা খল্লুদে—মখোয অদুনু অসুর বৃত্তি চৎপা নাস্তিক মক্তনি ॥১৭॥

অতোপ্প দেহদ লৈরিবা জীববু, জীব মশামক্তি খঙদব পঙবনা
লেম্ব থোয়ব নাপল্ শাউবদা, ঐগী য়েক্লব ওই মখোযনা ॥১৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—মহাক্না শাউকরিবা, থীনা তৌরুরিবা মী অদুগী হকচাংদ লৈরবা জীবদু মশামক্তা জীবান হায়্যবা খঙদবা অপঙবশিংনা, মপান্গী দেহগী জ্ঞানদা তাউদুনা, লেমদুনা শাউদুনা, নাপল্ তৌদুনা, মকম্ পুম্বদা, দেহ পুম্বদা লৈরিবা ঐগী য়েক্লবা ওই। অদুনা মখোয অসি মশানা মশাগী য়েক্লব ওইজে ॥১৮॥

কল্লক্ যেংথি মিহৌচাউবা, শাউগন্ব নাপল্ তেংবাশিংবু
তোল্লব মখোযশিংবু ঐনা, থাদৈ অসুরগী মপোক্ত হন্ন হন্নবু ॥১৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—অসুরবৃত্তিদ লৈনা পামজবা মখোযবু ঈশ্বরনা অসুরগী যোনিদা হিংচাবগী মপোক্ত হন্ন হন্না পোকহল্লি। মধুকৈটভ, রাবণ কুম্ভ কর্ণ, কংসনচিংবনা খুদম্নি ॥১৯॥

মপোক মপোক্ খুদংদা, অসুরগী যোনিদা চঙদুনা,
ঐবু ঈকংকহৌদনা, লৈখা তাখি মখোযনা ॥২০॥

মনুংগী ভাব ঃ—অসুর যোনিদা চঙদুনা পোক্লবা মখোয়শিং অগ্নাদ ঐবু ঈকং কংদনা হাযবদি "ঐ" আস কারনো হায়্যবহ খল্লনবা মতম্ ঈকং কহৌদনা, অসুরগী যোনদা অহম্ পোকথখিদুনা মমৈদাদ শাঙা হেপাল্ লৈপাল্গী মপোক্ত চঙাখ ॥২০॥

অপান্ব শাউবা মিহৌবা, নরক চঙনবা থোঙ অহুম।
জীবগী লৈখা ক্ষানব মবম্নি, অদুনা অহুমসিবু থাদোক্লান ॥২১॥

এভির্বিমুক্তঃ কৌন্তেয় ! তমোদ্বারৈস্ত্রিভির্নরঃ। আচরত্যাত্মনঃ শ্রেয়স্ততো যাতি পরাং গতিম্ ॥২২॥
যঃ শাস্ত্রবিধিমুৎসৃজ্য বর্ত্ততে কামকারতঃ। ন স সিদ্ধিমবাপ্নোতি ন সুখং ন পরাং গতিম্ ॥২৩॥
তস্মাচ্ছাস্ত্রং প্রমাণং তে কার্য্যাকার্য্যব্যবস্থিতৌ। জ্ঞাত্বা শাস্ত্রবিধানোক্তং কর্ম্ম কর্ত্তুমিহার্হসি ॥২৪॥

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতায়াং চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥
গীতাসাস্ত্র ষোড়শোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

মনুংগী ভাব :— জীবনা লৈখা তাননবা লম্বী অহুম্নি মাচুদি শাউবা অপাম্ব মিহৌবা অসিনি। মরম্দি অহুম্ অসিগী অমনা জীববু কৃপণবদা জীব (জীবাত্মা) অদুনা, জ্ঞানময় ব্রহ্মগী মশক ওইদুনসু চৎকদবা চৎলোইদবা লম্বী মশক খঙতক্তে জীবনা চৎকদবা লম্বী মশক খঙদদুনা শেয়াল্লবদা চৎখিববু নরক ভাব কৌই। জীবগী লৈখা তাননবা মকম্ (লোক) অদুবু নরক কৌই। অদুনা অহুম্ অসি থাদোক্তুনা তাইবং মীনা ময়থী তৌগদবনি ॥২১॥

অহুম্সিবু থাদোক্তুনা, অকব থবক্ত মহৈ খন্দনা,
মশাগী চাওখৎনবা মথৌ তৌবনা, অথোই খুভম্ কংঙি থীন্দনা ॥২২॥

মনুংগী ভাব :— মহৈ পাম্দনা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌই হায়দুনসু নুংঙাইতব অশাউবদগী তৌরবদি করিসু কায়দে। মাদুনা জীবাত্মাগী লৈখা তানবদুম্ ওই। মরম্ অদুনা হায়রিবা কন্নবা অহুম্ অসিবু থাদোক্তুনা মথৌ তৌরিবা মী অদুতনা অরাংব-অথোইবা খুভম্ কংবা ঙম্মি ॥২২॥

কল্লক্ অশাউবদগী মকম্ কর্ম্মনি হায়দুনা, শাস্ত্রগী বিধি য়াওদনা তৌবা
মহাক্তু মহৈ য়ান্‌বা কংদে, অরান্‌ব খুভম্ কংদে নুংঙাইব ॥২৩॥

মনুংগী ভাব :—দান যজ্ঞনচিংবা থবকশিং অসি অকবমক্তনি, অদুবু অশাউবদগী নত্রগা মী অমবু মাঙননবা তৌরবদি মাদুনা করিগুম্বা মতম্দা তৌরিবা মী অদুগী থম্মোয়দা অপেন্‌ব নুংঙাইবা মহৈয়ানব পীদে। অদুগুম্বা কর্ম্মনা, অতৌবা মী অদুবু করিগুম্বদা অরানবা খুভম্ (মুক্তি) সু পীব ঙম্দে ॥২৩॥

তৌগদবা তৌরোইদৌবগু লেপ্পদা, শাস্ত্র-বেদনা প্রমাণনি
শাস্ত্রনা তাকপা বিধি ইন্না, ধনঞ্জয় অকন্‌বা নথৌ তৌহৌনি ॥২৪॥

মনুংগী ভাব :— কদায়না তৌগদবনো কদায়না তৌরোইদৌবনো হায়বচ বেদগী প্রমাণনা লেপ্পগদবনি। "য়েক্লবঙম্দুনা জীবিকা তানবতনা ক্ষত্রিয়গী বিধাননি। অদুনা অর্জ্জুন ! শাস্ত্রগী বিধি নিয়ম কায়দনা নথৌ তৌ ॥২৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংব সংহিতাদা ভীষ্ম পর্ব্বদা ভগবদগীতাগী মতাংদা নিকুগুবা অধ্যায় লোইরে ॥৪॥

গীতাগী তরাতরুক শুবা অধ্যায়সু লোইরে ॥৪॥

# শ্রীমহাভারতম্

(গীতা পর্ব্ব)

## সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ

(ভাগবদ্গীতাগী তরাতরেৎশুবা অধ্যায়)

——:•:——

অর্জ্জুন উবাচ।

যে শাস্ত্রবিধিমুৎসৃজ্য যজন্তে শ্রদ্ধয়ান্বিতাঃ। তেষাং নিষ্ঠা তু কা কৃষ্ণ। সত্বমাহো রজস্তমঃ ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচ।

ত্রিবিধা ভবতি শ্রদ্ধা দেহিনাং সা স্বভাবজা। সাত্বিকী রাজসী চৈব তামসী চেতি তাং শৃণু ॥২॥

---

অর্জ্জুননা হায় :—

শাস্ত্রগী বিধি য়াওদনা, শ্রদ্ধা ভক্তিগদি লোয়ননা
তৌরিব মখোযগীন কমদৌবা, সাত্বিকলা রাজসিকলা তামসরা ? ॥১॥

মনুংগী ভাব :— শাস্ত্রগী অমদি কর্ম্মকাণ্ডগী অকুপ্পা বিধি নিয়মদি খণ্ডজ-হৈজদবা, অদুগা মপুরোইংদদি যাম্ন থাজবা হৈনিংবগা লোয়ননা থরাই যাওনা অকব থবক্ তৌজরিবা মখোয় অদুগীদি করিমত কায়ত্রবরা ? অদুগা মখোয়না তৌরিব অদু, সাত্বিক কর্ম্মরা, রাজসিককর্ম্মরা নত্রগা তামসিক কর্ম্মরা ? অস্নম হায়না অর্জ্জুননা কৃষ্ণদ হংবনি ॥১॥

কৃষ্ণনা হায় :—

জীবগী মশাগ লোয়নরকপা- শ্রদ্ধা মখল্ অহুম্নি।
স্বাত্বিক রাজমিক তামসিকনি, তাও নওোন্দা হায়গনি ॥২॥

মনুংগী ভাব :— "থাজব হৈনিংবা" হায়বসি নহাল্মুক্তগী জীবগা লোয়নরকপনি হায়বদি মহৌশানা পোকচরকপনি। মাসি মখল্ অহুম্নি অপাম্ব মিহৌবা য়াওদনা মহৈগী রাখল্ তৌদনা নুংশিজরুবা থাজকবা অম, 'মশাগী মিংচৎ সম্মানচিংবা পাম্বদগী মাহুমক কংলগনি হায়দুনা তৌরুবা যাগযজ্ঞদা থাজবা হৈনিংবা পোকপা অম, অদুগা মী অমগী মাঙনতারুবা তৌবদা ভূতপ্রেতনচিংবা ঈডাং পূজা তৌবদা, মাহুমরা নীওব থুংলনি হাযনা থাজকবা অম অসিনি। অহান্বা অসিনা সাত্বিক শ্রদ্ধানি' অনীশুবা অসিনা রাজসিক শ্রদ্ধানি অহুম্শুবা অসিনা তামসিক শ্রদ্ধা কৌই ॥২॥

সত্ত্বানুরূপা সর্বস্য শ্রদ্ধা ভবতি ভারত। শ্রদ্ধাময়োঽয়ং পুরুষো যো যচ্ছ্রদ্ধঃ স এব সঃ ॥৩॥
যজন্তে সাত্ত্বিকা দেবান্ যক্ষরক্ষাংসি রাজসাঃ। প্রেতান্ ভূতগণাংশ্চান্যে যজন্তে তামসা জনাঃ ॥৪॥
অশাস্ত্রবিহিতং ঘোরং তপ্যন্তে যে তপো জনাঃ। দম্ভাহঙ্কারসংযুক্তাঃ কামরাগবলান্বিতাঃ ॥৫॥
কর্শয়ন্তঃ শরীরস্থং ভূতগ্রামমচেতসঃ। মাঞ্চৈবান্তঃশরীরস্থং তান্ বিদ্ধ্যাসুরনিশ্চয়ান্ ॥৬॥
(যুগ্মকম্)

---

থম্মোয়গী মতুংইন্না মীখুদিংমক্তী, শ্রদ্ধা তোঙাল্ তোঙায় লৈ।
জীবসিমক শ্রদ্ধাগী মশক্নি, মহাক্তী মওং শ্রদ্ধানা ওই ॥৩॥

মনুংগী ভাব :— মী খুদিংমক্তী থম্মোয় নোঙাল তোঙাল্নি। নোঙাল্লিবা অসিমক (শ্রদ্ধা-শ্রদ্ধাদুগী মতুং ইন্নবদগীনি। অদুনা জীব হায়বসিমক অমরোম্দা, শ্রদ্ধাগী মশক্নি। হকচাং অসি করি করিনা শাবগে হায়রবদি মৈ ঈশিং মুংশিৎ আকাশ লৈপাক মঙা অসিনা শাবনি হাযবা অদুগুম্না জীবাত্ম অসি করিনা শাবগে হায়রবা শ্রদ্ধা (থাজব-লৈনিংবা) হাযবদুনা শাবনি হায়বা য়াই। মাদি শিরি, ঐ দি হিংলি চৎলি হায়বা থাজরিবা অসিমক্তনা "জীবাত্ম," হায়বগী সত্তা (লৈব ওইবা) লৈরিবনি। মপান্গী হকচাংগী মওংতনা ঐ লৈরি, মহাকতি শিরে, অসিনচিংব য়াখলবু য়াম থাজনা লৌনরিবাসিমক শ্রদ্ধাদগীনি। লৌনরিবসিমকনসু "জীবাত্মা" হায়বসিগী সত্তা (লৈব-ওইবা) ওইরিবনি অদুনা শ্রদ্ধাতনা জীবগী সত্তাগী মচাকনি ॥৩॥

লাইশিংবু ঈরাৎলি সাত্ত্বিকনা, ঈড়াৎলি যক্ষ-রক্ষবু রাজসিকনা
তামসিকশিংনা ভূতপ্রেতবু, ঈড়াৎলি যাম্ন থাজনা ॥৪॥

মনুংগী ভাব :—সাত্ত্বিক ওইবা ভক্তশিংনা ব্রহ্ম বিষ্ণুনচিংবা দেবতাশিংবু সাত্ত্বিক শ্রদ্ধানা ঈড়াৎলি। রাজসিক ওইবা উপাসকশিংনা ধনসম্পত্তিনচিংবদা চাওখৎপা কংননবা যক্ষ-রক্ষ কুবেরনচিংবগী রাজসিক শ্রদ্ধানা ঈড়াৎ পূজা তৌই। মীগী মাঙ তারুবা তৌব তমাসিক ওইশিংনা ভূত প্রেত হেন্নোইনচিংবগী ঈড়াৎ পূজাবু তমাসিক ওইবা ভক্তি শ্রদ্ধানা তৌনৈ ॥৪॥

শাস্ত্রদ য়াওদব তম্খিব. অকন্নব তপস্যাবু তৌরিবশিংনা
ইন্দ্রিয়গী মুংঙাইব পাম্বনা, পাজলগী নাপল্ থোয়বনা ॥৫॥
হকচাংবুস্ন হকচাংমুংদা, লৈরিব ঐবু কংহন্দুনা
তামসিকনি অসুর বৃত্তিনি, তৌরিবা লাইনিংদো মথোয়না ॥৬॥

মনুংগী ভাব :—কনা কনাগুম্ব তামসিক প্রকৃতিগী ওইব মীশিংনা মশাগী তৌব শক্তি উৎননব অকিব কংনা তম্খিরবা তপস্যা মতৌ অম তৌনৈ। ঊশাদগী মমৈ মকোক্ ওয়না য়াম্বুনা কম্নিবতা চাদনা লৈবা য়াওন্নি। মনাতোঙ্কা য়োৎশিং য়োৎ লেংশিন্দুনা নাম জপ তৌব

আহারস্ত্বপি সর্বস্য ত্রিবিধো ভবতি প্রিয়ঃ। যজ্ঞস্তপস্তথা দানং তেষাং ভেদমিমং শৃণু ॥৭॥
আয়ুঃসত্ত্ববলারোগ্যসুখপ্রীতিবিবর্দ্ধনাঃ। রস্যাঃ স্নিগ্ধাঃ স্থিরা হৃদ্যা আহারাঃ সাত্ত্বিকপ্রিয়াঃ ॥৮॥
কট্বম্ললবণাত্যুষ্ণতীক্ষ্ণরূক্ষবিদাহিনঃ। আহারা রাজসস্যেষ্টা দুঃখশোকাময়প্রদাঃ ॥৯॥
যাতযামং গতরসং পূতি পর্য্যুষিতঞ্চ যৎ। উচ্ছিষ্টমপি চামেধ্যং ভোজনং তামসপ্রিয়ম্ ॥১০॥

---

য়াওরি। মনাক্ত মী মপৈ মপৈ লাক্‌হন্দুনা মাগী তৌব ওয়ত্থ উৎনরি। মখোয়না তৌরিবা তপস্যাসি তামসিকনি। মাসিগুম্ব তপস্যা মতৌ অসি আসুরী প্রকৃতিগী মীশিংগনা তৌনৈ। মাসিনা জীবগী মঙ্গল খক ওইরোই ॥৬॥

মান মান পাম্‌জবা, চীঙ্গাক্‌সু মখল্ অহুম্‌নি।
যজ্ঞ তপদানগীসু, মাদু তাও অহুম্ অহুমি ॥৭॥

মমুংগী ভাব :—সত্ত্ব রজ তম হায়বা গুণ অহুম্ অসি অমগমগা খেন্নবা লৈবদগী চীঙ্গাকী অদুগা কনাগী হেক লৈরিবা যজ্ঞ, দান, তপস্যা অসিনচিংবা পূম্নমক অসি মখল্ অহুম্-অহুম্ থোক্না লৈ। খুদম্ ওইনা হায়রবদা সাত্ত্বিক ওইবা চীঙ্গাক, রাজসিক ওইবা চিঙ্গাক, অদুগা তামাসিক ওইব চীঙ্গাক অমুম্না মখল্ থোক্না লৈ। অসিগুম্না, যজ্ঞগীসু, দানগীসু তপস্যাগীসু লোইনা মখল্ অহুম্-অহুম্ লৈ। মাদু ঐ মথং মথং হায়রক্কে তাও ॥৭॥

পুন্‌শি-পাঙ্গল্-নাদয়েক্কবা, নুংঙাইব চাওখৎপ পীগদবা
মহী হোম্ব-নম্ম হাউবা, চীঙ্গাকতো সাত্ত্বিকনি অকন্‌বা ! ॥৮॥

মমুংগী ভাব :—হকচাংদ লায়না পোকহল্লোইদোবা, কত্তব লায়না কাওবা কোকহন্‌ব ওয়বা, পুন্‌শি শাংহন্‌বা, থম্মোয় হকচাংদা নুংঙাইবা মকায়াম্বা পীগদবা, মহী হোম্বা, অনম্ম, তরু-তনিকপ চীঙ্গাক অদু সাত্ত্বিক ভোজন কৌই। সাত্ত্বিক গুণ লোইবা অমদি পাম্ব মীশিংগী চীঙ্গাকনি। সাত্ত্বিক ওইবা চীঙ্গাক্তি ঔষধ ( হিদাক ) গী মমুং চল্লি ॥৮॥

খাব-য়াকপা 'শিন্‌বা শাবা, ককপা চাকথাউদ চারুহন্‌বা
চীঙ্গাকে অসি, রাজসিকশিংগীনি, অরাব-লায়না পোকহন্‌বা ॥৯॥

মমুংগী ভাব :—য়াম্না খাব, য়াম্না শাব, ( মোয়োককুম্বা ), য়াম শীন্‌বা, য়াম্না ককপা চীঙ্গাক অসি, রাজসিক ওইবা মীনা পাম্মৈ। রাজসিক ওইবা চীঙ্গাক অসিনা, অচাব মীশিংদুগী থম্মোয়দা, নাপল্ ময়াইকাবা, অপাম্ নুংশিবা, অশাউবা, মিহোবা—অসিনচিংবা অসিগী মাত্রায়াম্ন হেল্‌হল্লি। চীঙ্গাক অসি রাজসিক ভোজন হায়বদুনি ॥৯॥

চজিক-য়স য়াওদ্রবা, কুইন থম্নবা অপুম্বা
লুখাক-শেংদব চীঙ্গাকসি, তামসিকশিংগীনি অপাম্বা ॥১০॥

মমুংগী ভাব :—মতম্ কুইনা থম্নদগী ঈংলবা, কংখিদুনা মহী য়াওদ্রবা, পুম্‌থন্‌থবা, শেংদব

অফলাকাঙ্ক্ষিভির্যজ্ঞো বিধিদিষ্টো য ইজ্যতে। যষ্টব্যমেবেতি মনঃ সমাধায় স সাত্ত্বিকঃ ॥১১॥
অভিসন্ধায় তু ফলং দম্ভার্থমপি চৈব যৎ। ইজ্যতে ভরতশ্রেষ্ঠ! তং যজ্ঞং বিদ্ধি রাজসম্ ॥১২॥
বিধিহীনমসৃষ্টান্নং মন্ত্রহীনমদক্ষিণম্। শ্রদ্ধাবিরহিতং যজ্ঞং তামসং পরিচক্ষতে ॥১৩॥
দেবদ্বিজগুরুপ্রাজ্ঞপূজনং শৌচমার্জবম্। ব্রহ্মচর্য্যমহিংসা চ শারীরং তপ উচ্যতে ॥১৪॥

---

অমাংবা, মীনা চাথিবগী মথাক—অসি পুম্বসি তামসিক বৃত্তিগী মীনা য়াম্ন পায় হয়াউনা চার। হায়রিবা চীঙ্গাকশিং অসিনা অচাব মীগী থম্মোয়দা তমোগুণত মপোকহল্লি। তমোগুণগী মীশক্লা মীগী মাওন তাক্লবা তৌগল্লি ॥১০॥

যজ্ঞ তৌব হৌনৈ খন্দুনা, মহৈ পাম্‌দনা বিধি কায়দনা
পুক্লীং 'নী লোওদনা তৌবদো, কৌনৈ সাত্ত্বিক যজ্ঞ হায়না ॥১১॥

মনুংগী ভাব ঃ—"যজ্ঞ হায়বসি তৌগদবনি" অসুম্ হায়না খন্‌বদগী হেন্ন করিমত খন্দনা মহৈ পাম্‌দনা, শাস্ত্রগী বিধি নিয়ম কায়দনা তৌব যজ্ঞহু সাত্ত্বিক যজ্ঞ কৌই ॥১১॥

করিগুম্ব মহৈ ফংনিংবদগী, যজ্ঞদান তৌই খঙহন্নীওবদগী
তৌনরিব যজ্ঞ রাজসনি, খঙঙ্, অথোইবা! ভরতবংশগী ॥১২॥

মনুংগী ভাব ঃ— লম্ছুম্ মচানচিংবা করিগুম্ব পোশক অম ফংনিংবদগী নত্রগা যজ্ঞ তৌই, দান তৌই, ধর্ম্ম খঙিঙ অসিনচিংবা সমাজগী মনুংদা হায়হন্নীওবদগী তৌনবা যজ্ঞ অদু রাজসিক যজ্ঞ হায়না কৌই। মাসি রজোগুণ য়াম্ন লৈবা মীনা হায়বদি চাউথোকনীওবা লেম্নীংবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌ হায়হন্নীওবা মীনা তৌনৈ। অদুনা অর্জ্জুন! নহাকসু রজোগুণ চেনবা মীশক ওইদুনা রাজসিক যুদ্ধ খক তৌগনু। মাদুনা নিত্য ওইবা অরেপ্প মহৈ খক্ পীরোই ॥১২॥

দানদক্ষিণাসু য়াওদবা, মন্ত্র য়াওদবা বিধি কায়বা
মশাগী থাজবসু যাওদবা, তৌনবদো খঙঙ্, তামসনি হায়বা ॥১৩॥

মনুংগী ভাব ঃ— ব্রাহ্মণনচিংবদা অন্নদান-দক্ষিণা তৌদবা, মন্ত্র শোল্লিসু খঙদবা, শোন্দেসু খঙদবা, শাস্ত্রগী বিধিসু য়াওদবা, তৌরিবা মশানসু থোইদোক্লা থাজরুদবা মীনা-সমাজনা তৌনৈ হায়বগী সমাজনা নোক্লনি হায়বগী তুক্ তৌব অদুগুম্ব যজ্ঞহু তামসিক যজ্ঞনি। মাসিগুম্ব যজ্ঞসি তমোগুণ য়াম্না লৈবা মীনা তৌনৈ। মহৈ ফংবদি হায়রুসু, জীবাত্মাগী লৈথা তাননবগী মশক্নি ॥১৩॥

লাইগুক ব্রাহ্মণ পণ্ডিতকী পূজা, শেংনা লৈব পুক্‌চেল্ শেংবা
হিংসা তৌদবা ব্রহ্মচর্য্য, মখোয়দি হক্‌চাংগী তপস্যানি ॥১৪॥

মনুংগী ভাব ঃ— অহুম্‌থোক্ল থায়বা হায়বসি সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক অসুম্ হায়না থায়দদুনা শারীরিক ( হক্‌চাংগী ) মানসিক ( পুক্লীংগী ) অমগা বাচনিক ( রাহৈগী ) অসুম্ হায়নসু

অনুদ্বেগকরং বাক্যং সত্যং প্রিয়হিতঞ্চ যৎ। স্বাধ্যায়াভ্যসনঞ্চৈব বাঙ্ময়ং তপ উচ্যতে ॥১৫॥
মনঃপ্রসাদঃ সৌম্যত্বং মৌনমাত্মবিনিগ্রহঃ। ভাবসংশুদ্ধিরিত্যেতত্তপো মানসমুচ্যতে ॥১৬॥
শ্রদ্ধয়া পরয়া তপ্তং তপস্তত্ত্রিবিধং নরৈঃ। অফলাকাঙ্ক্ষিভির্যুক্তৈঃ সাত্ত্বিকং পরিচক্ষতে ॥১৭॥

---

অহুম্ থোকনা খায়বা য়াই। অদুনা তপস্যাস্নু, যজ্ঞস্নু হকচাংগী, পুকনীংগী, রাহৈংগী অহুম্ হায়না খায়বা য়াই।

লাইগুরু ব্রাহ্মণনচিংবগী পূজাসেবা জ্ঞানী পণ্ডিত ওইবশিংবু দান দক্ষিণাগ লোয়নননা পীজ পীথক্পা, থম্মোয় হক্চাং তরু তরুনা শেংনা লৈবা, 'ব্রহ্মচারী ওইবা মুপী নহাগী নাক্ত চঙ্ত্রবা, হিংসা তৌদবা মখোয় অসি "শারীরিক তপস্যা" হায়বদি হকচাংনা তৌব তপস্যানি। হায়বদি অসিগুম্ব তপস্যা অম তৌগে হায়রবদি হক্চাংদা ইন্দ্রিয়দা অরাব য়াম্ব খাঙবা তাই। তপস্যা হায়ববু অরাবখাঙবা-মৈচাক কংহন্বা হায়বতনি ॥১৪॥

মীগী পুকনীংবু লাঙতকনহন্দবা, অচুম্ব-কান্নবা-মীনা নুংশিবা
বেদ শাস্ত্রবু নৈনবা ঔরাইবা, খঙঙ্ রাহৈংগী তপস্যানি হায়বা ॥১৫॥

মনুংগী ভাব:— অচুম্বস্নু ওইবা, কান্নবস্নু ওইবা, তাবদা নাকোংদা অথুম্বা নুংশিবা মীনা তানীঙবস্নু ওইবা মাস্থু তারগা অতাব মীগী পুকনীংদা নুংঙাইতবা লাঙতকনবা পোক্লোই-দৌবা অসিগুম্ব রাহৈংতবু ঙাংবা অদুগা নুমিৎচুপ্পা বেদশাস্ত্রবু নৈনবা ঔরাইবদা অরাবা কয়া খঙলিবা অসিগুম্বা তপস্যাসি বাচনিক তপস্যা হায়বদি রাহৈনা তৌবা তপস্যানি ॥১৫॥

ঈপেন্ত পেন্‌ব-তপ্থবা, তুমিন্না লৈব মশাবু কাক্সিন্‌বা
অচুম্ব-শেংবতা খন্দুনা লৈবা খঙঙ্ পুকনীংগী তপনি হায়ব ॥১৬॥

মনুংগী ভাব:— লৈজব থরদ পেন্‌বা তম্ব হায়রবসিদা পুকনীংদা হৌরকপা অরাবগী ঈথক কয়া খাঙবা তাই। তুমিন্ লৈবা তারবদা মীনা চৈব নিন্দা তৌব থুম্লিংববু কয় রানা খাঙবা তাই। শাউনিংবা ফুনচৈননিংবা মতমদা মশাবু কয়া খাম্জিন্‌বা রারকপদা অরাবা কয়া খাঙবা তাই। অচুম্ব-অশেংবত খন্‌ব হায়বসিদস্নু পুকনীংদা হৌরকপা কত্তবা রাখল্ কয়াবু কয়া থিংবা তাই। মাসি পুম্বসি মানসিক তপস্যানি হায়বদি পুকনীংনা খাঙবা অরাব হায়বস্নু তপস্যানি ॥১৬॥

তপস্যা মখল্ অহুম্বু মহৈ পাম্দনা থাজনা তৌরিবা
সাত্ত্বিক তপস্যা হায়নস্নু, কৌবনি খঙঙ্ অফন্‌বা। ॥১৭॥

মনুংগী ভাব:—মথক্ত হায়খ্রিবা শারীরিক মানসিক বাচনিক হায়ন তপস্যা মখল্ অহুম্বুকী অমমস্নু সাত্ত্বিক তপস্যা ওইহন্‌বা ঈরা য়াই। হায়বদি মখোয় অসিগী অমমস্নু মহৈ পাম্দনা থাজবগা লোয়ননা ঈথৌমক্লি হায়না তৌরবদি সাত্ত্বিকমক্তনি ॥১৭॥

সৎকারমানপূজার্থং তপো দম্ভেন চৈব যৎ। ক্রিয়তে তদিহ প্রোক্তং রাজসং চলমধ্রুবম্ ॥১৮॥
মূঢ়গ্রাহেণাত্মনো যৎ পীড়য়া ক্রিয়তে তপঃ। পরস্যোৎসাদনার্থং বা তত্তামসমুদাহৃতম্ ॥১৯॥
দাতব্যমিতি যদ্দানং দীয়তেঽনুপকারিণে। দেশে কালে চ পাত্রে চ তদ্দানং সাত্ত্বিকং স্মৃতম্ ॥২০॥
যত্তু প্রত্যুপকারার্থং ফলমুদ্দিশ্য বা পুনঃ। দীয়তে চ পরিক্লিষ্টং তদ্দানং রাজসং স্মৃতম্ ॥২১॥

---

মীনা থাগৎনবা পূজা তৌনবা, খোয়ন তৌবা তপস্যাদো
মহৈ গুহাক্তং পীরম্বা, রাজস তপনি খঙঙু মাদো ॥১৮॥

মনুংগী ভাবঃ—অউবা অরাকপা মীশিংনা কিনা লুনা তৌননবা, সাধু যোগী শাহনা, জটা রাংনা পুন্দুনা, চীরু লেয় কম্হনা তৌরিবা তপস্যা অদুনা মীনা কৎলম্বা সনালুপানচিংবা গুহাক্তং লৈরম্বা মহৈ পীদি হাযবনু মাদু রাজসিক হাযবা তপস্যা অদুনি ॥১৮॥

অপঙবনা তাকপ হায়বদগী, মশাদা চৈনা পীদুনা
মীবু ভয়বা মাঙনবগী তৌব, তপস্যাদু তামসনি অদুনা ॥১৯॥

মনুংগী ভাবঃ—মীবু মখা পোলুহম্নবা ( বশীকরণ ), মীবু ভাওহন্ কৈহম্নবা ( উচ্চাটন )—অহিংদা মোংকমদা কম্হুনা, ওস্নোক্ ও'স্নাকপা অকিবা ক'লবা থৌবাং তৌদুনা অরাবা খাঙদুনা তুমিন্ন ব্রত তপস্যা তৌরিবদো—তপস্যাদি তপস্যানি হায়বনু মাদু তামস তপস্যানি, জীবাত্মনা লৈখা তানবা নরক তানবনি ॥১৯॥

দান তৌগদবনি খন্দুনা, ঐগী কান্নব-তৌখিবদ তৌদবা
মফম্ মতম্ চান মতীক্ চাবদা, তৌবা দানদো সাত্ত্বিকনি ॥২০॥

মনুংগী ভাবঃ—যজ্ঞ তপস্যানা অদুম্ থোক্ন লৈবদুগুম্না "দান" সু সাত্ত্বিকদান, রাজসিকদান, তামসিকদান অমুম্না অদুমথোক্ন খায়। দান তৌবা হায়বসি ঐগী তৌদব য়াব্রবা ঈথৌনি হাযনা খন্দুনা মহৈ প্রতিদান অম পামদনা ঐগী কান্নবা অম মমাউদো। তৌবিখিবা মীশক্রদি নত্তবা মফম্ মতম্ অনীমক্ত চপ চানা, দান অদুমক্ লৌবদা মতীক্ চাব মীশক ( দানপাত্র ) ত তৌবা দান অদু সাত্ত্বিক্ দাননি ॥২০॥

লমনশিংবগী মওংদা, নত্রগ মহৈ পামদুনা
পীনিঙদন পাম্মুন পীব দানদো রাজসিক দাননি ধনঞ্জয় ॥২১॥

মনুংগী ভাবঃ—দান অসি মঙোন্দা তৌরবদি মহাক্সু কাল অমদ তৌরকপা য়াই—হাযবগী রাখন্দা পুথোকপা ওইনা অদুগা পাম্মু পাম্মুনা তৌবা দান অদু রাজসিক দান হায়ন কৌই ॥২১॥

অদেশকালে যদ্দানমপাত্রেভ্যশ্চ দীয়তে। অসৎকৃতমবজ্ঞাতং তত্তামসমুদাহৃতম্ ॥২২॥
ওঁ তৎ সদিতি নির্দ্দেশো ব্রহ্মণস্ত্রিবিধঃ স্মৃতঃ। ব্রাহ্মণাস্তেন বেদাশ্চ যজ্ঞাশ্চ বিহিতাঃ পুরা ॥২৩॥
তস্মাদোমিত্যুদাহৃত্য যজ্ঞদানতপঃক্রিয়াঃ। প্রবর্ত্তন্তে বিধানোক্তাঃ সততং ব্রহ্মবাদিনাম্ ॥২৪॥
তদিত্যনভিসন্ধায় ফলং যজ্ঞতপঃক্রিয়াঃ। দানক্রিয়াশ্চ বিবিধাঃ ক্রিয়ন্তে মোক্ষকাঙ্ক্ষিভিঃ ॥২৫॥

মফম্ মতম্ চাদনা, মতীক চায় চাদে য়েংদনা
থোঔই উশিত্তন তৌব দানহু, সামসিক দাননি মাদুনা ॥২২॥

মনুংগী ভাব ঃ—দান লৌগদৌরিবদু মতীক্ চায় চাদে খক্ য়েংদনা মফম্ মতম্সু য়েংদনা তৌবা দান অদু, অদুগা তৌব মতম্দসু থোঔই উশিত্তনা, নাপল্ তৌন' তৌবা দান অদু—তামসিক দান হায়ন কৌই। ইহলোক-পরলোক অনীমক্ত কান্নব লৈতে। ইহলোকতনা তৌখ্রিব দানগী পোৎশক্ অদু মাঙ্জরে, অদুগা পোৎশক অদুনা হন্দুনা অতৌবা মাগী থম্মোয়দ কামক্রোধনচিংবদুম্ পোক্হল্লম্দুনা পরলোকত জীবগী লৈখা তানবা তৌরম্মি ॥২২॥

ওঁ-তৎ-সৎ অহুম্ অসি ব্রহ্মব্ খঙ্নব মমিংনি।
মাসিনা ব্রহ্মানা অহান্বদা, ব্রাহ্মণ বেদযজ্ঞ শেম্খি ॥২৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—অ-উ-ম্ অহুম্ অসিনা পুল্লগা "ওম্" হায়বসি থোক্ই। অহুম্ অসিগী পুল্লপ্সু "ওম্" নি। অমমম্সু "ওম্' অসিমদি "ওম্" ওইদুনা অদুমক্ লৈজরে। অনীশুবা "তৎ" হায়বাসগী অর্থসু "মাদু মাসি" হায়বনি। বিশ্বজগত্ত লৈরিবা পুম্বা "মাদু মাসি" মক্তনি। অহুম্শুবা "ওম্"—"সৎ" হায়বসিগী অর্থনা "লৈবা" হায়বনি। "লৈবা" হায়বসি মতম্পুম্বদা লৈ। প্রমাণ দ গীতাগী মফম্ অমদা—"লেবগী লৈতবা লৈতে"—অসুম্ হায়খ্রে। অদুনা অহুম্ অসিমক্ "ওম্" মক্তনি। ওম্ অহুম্ অসি পুন্শিল্লগসু ওম্ অহুম্ মওই। অমমম্ লৌথোকপ্রবসু লেম্হো লেম্হোবদনা ঈকায কায়দনা "ওম্" ওইদুন অহুম্ মবে হোই। "পূর্ণমেবাবশিষ্যতে"—হায়রিবদুনি। হায়রিবা "ওঁ" হায়বসি ঈহান্ হান্বদা উচ্চারণ তৌদুনা ব্রহ্মানা ব্রাহ্মণ বেদ যজ্ঞপুম্বা শেম্খি ॥২৩॥

অদুনা বেদবাদী ব্রাহ্মণশিংনা, অরান্ব খুভম কংনিংদুনা,
দানযজ্ঞনচিংব কর্ম্ম পুম্ব, "ওম্"বু শোল্লগ তৌনৈ হায় ॥২৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—তৌরিবা দান-যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম অদুমক্তা অরান্বা খুভম্ কংগে হায়না খন্বা বেদবাদী ব্রাহ্মণশিংনা দানযজ্ঞনচিংবা তৌরিবা কর্ম্মদুগী মন্ত্রশিংবু অহান্বদা "ওঁ"গী উচ্চারণ তৌরগা থীব হোৌনৈ ॥২৪॥

মতৈপামদনা যজ্ঞদানবু, তৌবা বেদবাদী ব্রাহ্মণনা,
"তৎ" কৌব ব্রহ্মবু শোল্লি, অরান্-খুভম্সু পামদুনা ॥২৫॥

সদ্ভাবে সাধুভাবে চ সদিত্যেতৎ প্রযুজ্যতে। প্রশস্তে কর্ম্মণি তথা সচ্ছব্দঃ পার্থ! যুজ্যতে ॥২৬॥
যজ্ঞে তপসি দানে চ স্থিতিঃ সদিতি চোচ্যতে। কর্ম্ম চৈব তদর্থীয়ং সদিত্যেবাভিধীয়তে ॥২৭॥
অশ্রদ্ধয়া হুতং দত্তং তপস্তপ্তং কৃতঞ্চ যৎ। অসদিত্যুচ্যতে পার্থ! ন চ তৎ প্রেত্য নো ইহ ॥২৮॥

---

মনুংগী ভাব :— মথক্ত হায়রিবা দান যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম অতুমকনা অয়ান্‌বা খুডম্ কংগে হায়না খন্‌বা বেদবাদী ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞদাননচিংবা কর্ম্মতুগী অহান্‌বদা "তৎ" কৌবা ওঁ (ব্রহ্ম) সিবুস্থ উচ্চারণ তৌনৈ ॥২৫॥

নীঙথিবা অচুম্ব থবক্তা, "সৎ"পু সাধুশিংনা শীজিন্নৈ।
থাগৎনীঙঙায় ওইব থবক্তা, "সৎ" রাহৈবু শীজিন্নৈ ॥২৬॥

মনুংগী ভাব :— সংস্কৃত লোন্দা রারী রাভাই শানব মতম্‌দা, য়াম্ব কান্নবা অচুম্বা হায়-রকপা মতম্‌দা তাব্রিবা অতুনা মচৌন্দা সৎ (সত্যম্) হায়না হেক-হেক খুম্নি। "ওম্" হাযনস্থ হেক হেক খুম্নৈ। "তৎ" (তদেবম্) হাযনস্থ হেক হেক খুম্নৈ। মাসি জ্ঞানী পণ্ডিত ওইবা আর্য্যশিংনা তৌজিককাণ্ড তেনার ॥২৬॥

যজ্ঞ তপস্ত-দানদস্থ, পূকনীং চঙনা লৈবদস্থ "সৎ" হান্নৈ।
লাইনীঙব-ধ্যান তৌবদস্থ, "সৎ" শব্দবু শীজিনৈ ॥২৭॥

মনুংগী ভাব :— অচাক্‌পা মকম্‌দা মথক্ত লৈব মতম্‌দস্থ সাধু মহাত্মাশিংনা "সৎ" হায়রবা শব্দসি শীজিন্নৈ। অসিগুম্ব সৎ (সত্যম্) হাযব রাহৈসি শীজিন্নবনা তৌরিবা যাগযজ্ঞদান-নচিংবা পূম্বা অচুম্বা ওইহল্লে, অতুগা অচুম্ব অমত ওইবা ঈশ্বর মহাকাদমক্ত তৌবা ওকহল্লি, ॥২৭॥

শ্রদ্ধাযাওদনা তৌব দান, যাগ যজ্ঞ তপস্যা নত্তে।
"অসৎ" নি হায়নৈশি বাশংনা, মাতুনা লোকনীমক্ত কান্নদে ॥২৮॥

মনুংগী ভাব :— শ্রদ্ধা (ভক্ত)গা লোযননা তৌরবা যাগ যজ্ঞনচিংবা অকব থবক মখৈ "সং" হাযবতুগী মূর্ত্তি নত্তে। অতুনা অসগুম্ব অকব থবকপু "সংকর্ম্ম" হাযারবাসান। অসি নত্তবনা "অসং" হাযনারি। "অসৎ" হাযবগী অর্থদ "পাপ" "কষ্ট" চুম্‌দবা" হাযবান। অতনা কষ্টবা কর্ম্ম মখৈ লৈতবগা অজ্ঞানি। লৈতবা পোৎ থবক ওইবনা তত্তুনা লেগদবা মহেস্থ পাবা ভম্‌দ। সৎসঙ্গ সৎকর্ম্ম আসনচিবা রাহৈদা যাওরিবা "সং" শব্দ স বারিবমখৈ ওঁকারবাচক ওইবগী অর্থদা হনুগদবান ॥২৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতায়ামেকচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০।
গীতায়াস্ত সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ ॥০।

---

মখম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা ভগবদ্গীতাপর্ব্বগী নিকুমাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে।

ভগবদ্গীতাগী তবাতরেং গুবা অধ্যায লোইরে।

॥ হরিঃ ওঁ তৎ সৎ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

(গীতা পর্ব্ব)

## অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ

(ভগবদ্গীতাগী তরানিপানুশুবা অধ্যায়)

——:○:——

অর্জ্জুন উবাচ।

সন্ন্যাসস্য মহাবাহো। তত্ত্বমিচ্ছামি বেদিতুম। ত্যাগস্য চ হৃষীকেশ। পৃথক্ কেশিনিসূদন।॥১॥

শ্রীভগবানুবাচ।

কাম্যানাং কর্ম্মণাং ন্যাসং সন্ন্যাসং কবয়ো বিদু। সর্ব্বকর্ম্মফলত্যাগং প্রাহুস্ত্যাগং বিচক্ষণা ॥২॥

---

অর্জ্জুননা হায়ঃ-

সন্ন্যাসগী তত্ত্বনু ঐঙোন্দা, তাকপিয়ু তাজনীঙিঙ অকনবা!
"ত্যাগ" কীতত্ত্বসু তাকপিয়ু, হৃষীকেশ। কেশী হাৎঙম্বা ॥১॥

মন্নুংগী ভাবঃ—"সন্ন্যাস" সু "থাদোকপা" নি। "ত্যাগ" হায়বসু "থাদোকপা" হায়বনি, অদুনা সন্ন্যাসী ওইনা কর্ম্ম তৌগদ্রা? নত্রগা ত্যাগী ওইনা কর্ম্ম তৌগদ্রা? শেন্না তোঙাল্ তোঙাল্ তাক্পিয়ু। মরম্দি "কর্ম্ম" হায়বদুমদি অবস্থা পুম্বদা শোয়দনা তৌবা মতারি। —অসুম্ হায়না অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হংবনি ॥১॥

শ্রীভগবানুনা হায়ঃ—

তৌদবসু যাবা-পাম্বদগী তৌবা, কর্ম্ম থাদোকপবু "সন্ন্যাস" কৌনৈ।
মহৈ পাম্দ-খন্দন তৌবা, কর্ম্ম তৌববু "ত্যাগ" নি হায়নৈ ॥২॥

মন্নুংগী ভাবঃ—তৌদবসু য়াবা, অপাম্ব-মিঙহৌবদগী তৌবা তাবা কর্ম্মবু কাম্য কর্ম্ম কৌই। নুমিৎ খুদিংগী নৎত্রবসু মবক মরক্ত শোয়দনা তৌবা তাবা কর্ম্মবু নৈমিত্তিক কর্ম্ম কৌই। নুমিৎ খুদিংগী তৌবা তাবা সন্ধ্যাতর্পণনচিংবা কর্ম্মবু নিত্যকর্ম্ম কৌই। নৈমিত্তক কর্ম্মগা নিত্যকর্ম্মগদি থাদোক্পা যাদে। সন্ন্যাসীশিংসু গ্রহণস্নান-প্রাতস্নাননচিংবা অদুম্ তৌই। সাধারণ অযাম্বনা তৌরিবদি কাম্য কর্ম্ম ভাক্ত ওইনা তৌবনি। মসি থাদোকপবু সন্ন্যাস কৌই। মহৈ পাম্দনা-খল্লুদনা হায়বদি মহৈগী মাখল্ থাদোকতুনা কর্ম্ম তৌবসিসু মথাদোক্ অমনিনা অসুম্না "থাদোকপা" সিবু ত্যাগ কৌই ॥২॥

ত্যাজ্যং দোষবদিত্যেকে কর্ম্ম প্রাহুর্মনীষিণঃ। যজ্ঞদানতপঃ কর্ম্ম ন ত্যাজ্যমিতি চাপরে ॥৩॥
নিশ্চয়ং শৃণু মে তত্র ত্যাগে ভরতসত্তম। ত্যাগো হি পুরুষব্যাঘ্র! ত্রিবিধঃ সম্প্রকীর্ত্তিতঃ ॥৪॥
যজ্ঞদানতপঃ কর্ম্ম ন ত্যাজ্যং কার্য্যমেব তৎ। যজ্ঞো দানং তপশ্চৈব পাবনানি মনীষিণাম্ ॥৫॥
এতান্যপি তু কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা ফলানি চ। কর্ত্তব্যানীতি মে পার্থ! নিশ্চিতং মতমুত্তমম্ ॥৬॥

---

দোষ লৈবা কর্ম্মদি থাদোকনি, অমুম হায়নৈ অশিংবশিংনা,
যজ্ঞদান তপস্যাদি, থাদোক্কদে হায়নৈ অমনা ॥৩॥

মনুংগী ভাব :— সাংখ্য শাস্ত্রীশিংগা মীমাংসাশাস্ত্রী পণ্ডিতশিংগা ত্যাগ-সন্ন্যাসগী বিষয়দা মত মায়দে। দান-যজ্ঞনি হায়রুনস্থ দে ব লৈয়বদি তৌকদে হায়না সাংখ্যযোগীশিংনা হায়। মীমাংসকশিংনদি দোষ লৈয়বস্থ যজ্ঞ-দান-অতিথিসেবানচিংবা কর্ম্মদি তৌগদবনি অমুম হায় ॥৩॥

"ত্যাগ"কী ময়মদা ঐগীমতস্থ, অরেম হায়গে তাও নহাক্না।
"থাদোক্পা" হায়বসি মখল্'হুম্নি, লেপ্পথে আচার্য্য অমাম্বনা ॥৪॥

মনুংগী ভাব :— "সংখ্যগা মীসাংসাগা অনীগী খেন্নবা মত অহুদি নভোন্দা হায়রে। কৃষ্ণ ঐগী মতস্থ হায়রগে তাও" অমুম্ হাযনা বেদনা প্রমাণ ওইনা আচার্য্যশিংনা লেপ্পখিবা মত অহু কৃষ্ণ ঐগীস্থ মতনি হাযনা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হাযরি ॥৪॥

যজ্ঞ দান-তপস্যাদি, থাদোক্লোই শোয়দনা তৌগনি।
নিষ্কম কর্ম্ম যোগীশিংগী, খঙ্গোয়বু কর্ম্মশিংসিনা শেংহনবনি ॥৫॥

মনুংগী ভাব :— মহৈপাম্দনা কর্ম্ম তৌব নিষ্কাম কর্ম্ম যোগীশিংগী মকম্দদি যজ্ঞ-দাননচিংবা কর্ম্ম আসনা মখোযগী খঙ্গোয়বু শেংদোক্নবা লুহমনবা ওই। নিষ্কাম কর্ম্ম যোগ তৌবগী সাধন ( উপায পরীক্ষ ) স্থ ওইনহৌই। অহুগা খঙ্গোয়গী অমোৎপস্থ শেংদোক্হৌই অহুনা মখোয় অসিদি থাদোক্কদে। যজ্ঞ-দাননচিংবা অকবা কর্ম্ম তৌন-তৌনা মহৈ পাম্দনা কর্ম্ম তৌব তম্হৌনি। মহৈ পাম্দনা কর্ম্ম তৌরিবনি হায়দনা "হুরান্ব, হিংসানচিংবা" কর্ম্ম তৌবা য়াবা নত্তে ॥৫॥

হাযরিব কর্ম্মশিংসিগী মনুংদা, মহৈ খন্দন খন্দুনা ঈথৌনি।
তৌরিবা কর্ম্মহুনা অথোইবনি, মাসি ঐগী লেপ্পবা মতনি ॥৬॥

মনুংগী ভাব :— নিত্যনৈমিত্তকাম্যকর্ম্ম হায়রিবা কর্ম্মশিং অসিগী মনুংদা কাম্য কর্ম্ম কাওবা মহৈগী বাখল থোইনা তোকদনা, উদাসী ওইনবু তৌবা ভয়বদি কাম্য কর্ম্মনি হাযদে, অথোইবা অকবা কর্ম্ম হাযবহু হেক্ত ওই ॥৬॥

নিয়তস্য তু সন্ন্যাসঃ কর্ম্মণো নোপপদ্যতে। মোহাত্তস্য পরিত্যাগস্তামসঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥৭॥
দুঃখমিত্যেব যৎ কর্ম্ম কায়ক্লেশভয়াত্ত্যজেৎ। স কৃত্বা রাজসং ত্যাগং নৈব ত্যাগফলং লভেৎ ॥৮॥
কার্য্যমিত্যেব যৎ কর্ম্ম নিয়তং ক্রিয়তেঽর্জ্জুন। ত্যক্ত্বা সঙ্গং ফলঞ্চৈব স ত্যাগঃ সাত্ত্বিকো মতঃ ॥৯॥
ন দ্বেষ্ট্যকুশলং কর্ম্ম কুশলে নানুষজ্জতে। ত্যাগী সত্ত্বসমাবিষ্টো মেধাবী ছিন্নসংশয়ঃ ॥১০॥

---

কর্ম্ম থাদোক্পই হায়হনস্থ, নিত্যকর্ম্মবুদি থাদোক্প চুম্দে।
অমহৎপানি 'সিবু থাদোক্লবদি, তামসিক সন্ন্যাস ওই মাসে ॥৭॥

মন্নুংগী ভাবঃ— কর্ম্মপুম্ব সন্ন্যাস তৌরবনি হায়দুনস্থ প্রাতঃস্নান সন্ধ্যা তর্পণ কাওবা থা-দোক্লবাদ, মাথু চুম্দে। কারণুম্ব রাখল অমদগী মাথু থাদোক্লবাদ মাথু তামসিক সন্ন্যাস—তামসিক ত্যাগ হাযবত্থু ওইগনি। থাদোক্লদবা থাদোক্লোইদোবা কর্ম্মনা বদাযনো হাযবত্থু বিধি কায়দনা মুন্না খল্লগা, থাদোক্লদবা কর্ম্মবু থাদোক্পা চুম্লবাদ, মাথুস্থ কর্ম্মসন্ন্যাস অমনি ॥৭॥

তৌবা তোনবা নিত্যকর্ম্মবু, থারবদি হক্চাংগী 'রাব উত্থুনা
রাজস ত্যাগ ওইবনা, থাদোক্পগী মহৈ ফংডম্দে 'তুনা ॥৮॥

মন্নুংগী ভাবঃ— প্রাতঃস্নান—সন্ধ্যাবন্দনানচিংবা নিত্যকর্ম্মসিবু তৌবা হোৎকবগা ত্যাগীনি হাযত্থুনা অমুক থাদোক্লবদি, মাথু রাজসিক ত্যাগনি। মতম অত্থুদা—রাজসিক তামসিক ত্যাগকী মহৈ করিস্থ লৈতে ॥৮॥

পূন্নী চঙ্না তৌরিবা মথোবু, মহৈ থাদোক্নুনা তৌববদি,
মাদো সাত্ত্বিক ত্যাগনি, খঙ্ঙু অস্তুম ধনঞ্জয় নদি ॥৯॥

মন্নুংগী ভাবঃ— পূন্নী চঙ্না, ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়নন তৌবা নিত্য কর্ম্ম অত্থুমক্ মহৈ ফংগনি হাযবগী রাখল থাদোক্নুনা তৌববদি, অসিগুম্ব ত্যাগ অসি সাত্ত্বিক ত্যাগনি হাযনা খঙ্ঙগদবনি। তৌববা থবক অত্থুনা অকবা সৎকর্ম্মস্থ ওইরব, অত্থো মথক্তা অমুক্ মহৈ ফংবগী আশা ঈতৌ তৌকদনা তেবা ওইরাদি সাত্ত্বিক কর্ম্ম ত্যাগ হায়বনু অত্থুন ॥৯॥

চিংনবা লৈতবা সাত্ত্বিক ত্যাগীনা, অবাৎ ফত্রবা কর্ম্মফাও ভাওদ।
নুংঙাই মহৈ পীনবা কর্ম্মনস্থ, মতেন্থগী বাখল্দা চঙ্লু দ ॥১০॥

মন্নুংগী ভাবঃ—সাত্ত্বিক ওববা কর্ম্মসন্ন্যাসীদ মংও চাওন্থুদ গুণ্থপ্ পত্থুদ্রবনি, মহৈ-ফল-ফত্তবন, অফবফত্তবা কর্ম্মনি হাযনস্থ লেপ্পবনা, অবাব খুদা নীংথা ফজবু ত্রাগিন্দে, নিন্দা থক তৌকদে। মহৈ অফবা পীগদবা, নুংঙাইগদবা কর্ম্মনস্থ নাইনা পূগা খিংজিল্লুদে। অত্থুনা সাত্ত্বিক ওইবা কর্ম্ম ত্যাগনা অখোইবনি ॥১০॥

নহি দেহভৃতা শক্যং ত্যক্তুং কর্ম্মাণ্যশেষতঃ। যস্তু কর্ম্মফলত্যাগী স ত্যাগীত্যভিধীয়তে ॥১১॥
অনিষ্টমিষ্টং মিশ্রঞ্চ ত্রিবিধং কর্ম্মণঃ ফলম্। ভবত্যত্যাগিনাং প্রেত্য ন তু সন্ন্যাসিনাং ক্বচিৎ ॥১২॥
পঞ্চৈতানি মহাবাহো! কারণানি নিবোধ মে। সাংখ্যে কৃতান্তে প্রোক্তানি সিদ্ধয়ে সর্বকর্ম্মণাম্ ॥১৩॥
অধিষ্ঠানং তথা কর্ত্তা করণঞ্চ পৃথগ্বিধম্। বিবিধাশ্চ পৃথক্ চেষ্টা দৈবঞ্চৈবাত্র পঞ্চমম্ ॥১৪॥

দেহদা চঙ্লবা জীবনা, করিগুম্বদা কর্ম্মবু থাঙমদে।
মহৈগী রাখল থাবগুবুনি, কর্ম্মত্যাগী হায়নরিবসে ॥১১॥

মমুংগী ভাবঃ—কর্ম্মতনা তাত্রনা শারব দেহসিদা চঙ্লক্রবা কনাগুম্ব করিগুম্ব জীবনা সংসারসিদা করিগুম্ব কর্ম্ম অমত থাদোক্পা ঙম্দে। অত্নদি কর্ম্মত্যাগী হায়রিবসিদি কনাবুনো হায়রবদা তৌরিব কর্ম্মগী মহৈবু শূক্খল্ খল্লুদনা হায়বদি ফলত্যাগী ওইত্রনা কর্ম্ম তৌরবদি মহাক্ অদুবুনি কর্ম্মত্যাগী অশেংবা হায়রিবসি ॥১১॥

অপাম্ব-পামদবা-যাম্নবা, অছ'ম্ম কর্মগী মহৈ'দুস্ম।
ত্যাগী নত্তবনা ফঙি মখোয়সি, ত্যাগীদি ফংদে করিমতস্ম ॥১২॥

মমুংগী ভাবঃ—ফলত্যাগী নত্তবা কম্মীশিংনা ফংলিবা মহৈসি মওং অছুম্নি। অপাম্ব মহৈ অদুদি ফংগ্রত্রনা, পামজগ্রবা মহৈ অম ফলুবা, অদুগা অপাম্ব মহৈদ্রমক মতম্ খরদং ফংজবা, অদুগা, অমনা অপাম্ব-পামদবা অনীমক্ খরখর শোক্পা মহৈ মকং অম অসিনি। হায়রিবা মহৈ মখল অহুম অসি ফলত্যাগী ওইব ঙম্দবা কম্মীশিংনা পরলোকতা অদুগা করিগুম্বদা ইহলোকত ফংব উই। অদুগা নিষ্কাম কর্মযোগী-ফলত্যাগী ওইবশিংদি অনিত্য ওইবা মহৈ মখল্ অহুমক্ অমত ফংদে ॥১২॥

কর্ম্মপুম্বগী পাঙথোক্রবা, মরম্ মঙানি তাও 'কন্বা।
রাখলপুম্বগী লেপ্লকম্ ওইবা, সাংখ্যশাস্ত্রদা শীঙথাগ্রবা ॥১৩॥

মমুংগী ভাবঃ—"হেক্ লৈরিবা কর্ম্মপুম্ববু পাঙথোক্রবসি কারণ মঙাতনি। যাম্ন কুইনা নৈনরবা ভুংদা সাংখ্য শাস্ত্রোশিংনা মশীং অসি লেপ্লখ্রবনি।। মাদু মথং মথং হান্নথম্নক্কে তাও" অসুম্না কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়বনি ॥১৩॥

হকচাং-জীব-ইন্দ্রিযশিং, মখোযগী মথৌশিং অদুনি।
মরিনি মঙাগুবনা, "লাইবক্ক লাইনা তম্খিবা" নি ॥১৪॥

মমুংগী ভাবঃ—ব্রহ্মাগী অংশনি হায়দুনস্ম জীবনা পঞ্চভূতকী দেহদা চঙ্দনা করিগুম্ব থবক অমত্ত তৌবা ঙম্দে। অদুনা "হকচাং" হায়বসিনা কারণ (মরম্-উপায়-খুৎলায়) অমনি। হক্চাংদা চঙিঙ হায়দুনস্ম ইন্দ্রিয় শক্তি য়াগ্রদনা জীবনা করিগুম্ব অমত তৌবা ঙমদে। অদুনা

শরীরবাঙ্মনোভির্যৎ কর্ম্ম প্রারভতে নরঃ। ন্যায্যং বা বিপরীতং বা পঞ্চৈতে তস্য হেতবঃ ॥১৫॥
তত্রৈবং সতি কর্ত্তারমাত্মানং কেবলন্তু যঃ। পশ্যত্যকৃতবুদ্ধিত্বান্ন স পশ্যতি দুর্ম্মতিঃ ॥১৬॥
যস্য নাহঙ্কৃতো ভাবো বুদ্ধির্যস্য ন লিপ্যতে। হত্বাপি স ইমাঁল্লোকান্ন হন্তি ন নিবধ্যতে ॥১৭॥

---

ইন্দ্রিয়শিং অসিনা অতোপ্প কারণ অমনি। ইন্দ্রিয়শিং অসি লৈ হায়চুনস্থ লৌবা য়েংব তাব চাবা লোকপা নত্বা হায়রবা থবক মতা অসি তৌদ্রবদি জীবনা করিগুম্ব থবক্ অম পাঙথোকপা ওমদে। অহুনা ব্যাপায় (থবক) অসিনা কারণ অমনি। হায়রবা মরম রাস্তনা লৈববত্রু, নহাল্মুক্কী মপোক্কগী থাৎলকপা, লাইবক্কা অসিসি কংভু হায়না তমগ্রবা "দৈব" হায়বত্রু য়াওগ্রিমখৈ বর্ম্ম অমতং পাঙথোকপা ওম্দে। অহুনা কারণ হাযবসি মতাতনি ॥১৪॥

পূক্নীং চক্চাংনা রাহৈনা, অককন্ত তৌকবা মীওইবনা।
পূম্নমক্তুগী খুৎলায়দি, ওইবনি মতা অসিতনা ॥১৫॥

মনুংগী ভাবঃ—অকব অচুম্ব থঙ্দে, অরান্বা থঙ্দে তাইবং মীনা তৌরু তৌকবা কর্ম্ম পুম্বগী খুংলাযদি মথক্ত হাযখিবা মতা অসতন। অহুগা তৌবনা কর্ম্মস্থ য়াম্ন যাম্বাই নীঙ্বতনি, পূক্নীংনা তৌবা অককন্ত অম, খোঙ্খুৎচংবা হক্চাং কযাৎনা তৌবা অককন্ত অম, অহুগা চীন্ন-রাহৈনা তৌব অককন্ত অম অহুম্ অসতনি ॥১৫॥

অশুম্ন কর্ম্ম তৌবাশিংনা বুদ্ধি শেং ত্রুবা ওইববনি
থবক্ত যাওদবা আত্মাবু, খোবুন খনবত্রু শেরাম্নবনি ॥১৬॥

মনুংগী ভাবঃ—মথক্ত হাযাত্রবা উপায (কারণ) শিং অসিনা কর্ম্ম এখল অহুম অসিবু পাঙ্থোক্লকস্থু, শাস্ত্রা জ্ঞানা শদোক্প্রবা বুদ্ধি ওইবন, তৌরবত মপান, আত্মানা হাবনা অত্তম্ লাম্না খল্ল। পাঙ্ক শেবদ আত্মাদি নির্লেপন, হাযাদ ক বগুর ি খান য ওত্রবা নত্তু। অহুনা অর্জ্জুন! নহাকস্থু লাল্ হাযবা থবক অসিমক্ খাঙ্গনা কানা তাবনা হাযবত্রু খল্লগা নখো তে ॥১৬॥

তৌবন কর্ম্মসি মপান্দ উরিবা, "ত্রৈ" জানব সনান খল্লা।
অরান্থু মাহুদগী লাল্লবা নাদ, হান্তু-হাৎচন্দ পুা য ॥১৭॥

মনুংগী ভাবঃ— তারা কম্ম পুম্বস ঐ হাযবা উরবা ওকচা সনা তেব নত্ত হানা মুম্ন খঙ্লনাশ অতদ থাক্ মতৈ যান্বসি পুংজাহন্দস্থ য়াওদ, মতৈ যান্দনি অবান্দস্থ লূনতে। মখোয অতদ হাৎন হাৎন কনাবুস্থ হান্তু। কনানস্থ মাখোযবু হাৎহান্দ। অদুগুম্বা পাশপত্ অর্জ্জুন। নহাবস্থু ওহযু ॥১৭॥

জ্ঞানং জ্ঞেয়ং পরিজ্ঞাতা ত্রিবিধা কর্ম্মচোদনা। কারণং কর্ম্ম কর্ত্তেতি ত্রিবিধঃ কর্ম্মসংগ্রহঃ ॥১৮॥
জ্ঞানং কর্ম্ম চ কর্ত্তা চ ত্রিধৈব গুণভেদতঃ। প্রোচ্যতে গুণসংখ্যানে যথাবচ্ছৃণু তান্যপি ॥১৯॥
সর্বভূতেষু যেনৈকং ভাবমব্যয়মীক্ষতে। অবিভক্তং বিভক্তেষু তজ্‌জ্ঞানং বিদ্ধি সাত্ত্বিকম্ ॥২০॥

---

কর্ম্মদ ঈঙ্খিন্‌ব অহুম্‌নি, “অখণ্ডবা-খণ্ডবা-খণ্ডগদবা”মীনি
কর্ম্মগী চঙ্‌নকম্‌স্থ অহুম্নি, থবক-খুৎলায়-থৌবুনি ॥১৮॥

মনুংগী ভাবঃ— থরাক্ট পান্‌বা পুম্বস্থ, কর্ম্মদা চঙ্‌শিল্‌হল্লিবসি খুদম্ ওইনা হায়রবদা “ঐ চক্ষু পুরকই” হায়বসিদা চক্ষু কম্‌দৌবগে হায়দুগী চক্ষুগী জ্ঞান লৈত্রবদি “পুবকপা” হায়বা থবক অদু তৌব য়াদে। অদুনা “জ্ঞান” হায়বসিমা য়াওদবা যাদে। খণ্ডগদৌরিবা হায়বদি পুরক্কদৌরিবা “চক্ষু” অদু লৈতনস্থ মাবু খণ্ডবা-পুরকপনচিংবা যাদে। অদুগা অখণ্ডবা হায়বদি পুরক্কদবা মীশক্ “জ্ঞাতা” অদু যাওদনস্থ হায়রিবসি অমতস্থ ওইবা যাদে। অদুনা “জ্ঞাতা” নে, খণ্ডগদৌরিবা পোশক্ “জ্ঞেয়” নে, “খণ্ডবা” হায়বা থবক (জ্ঞান) অদুনে হায়রিব অহুম্‌সিনা জীবস্থ কর্ম্মদা চঙ্‌হল্ল। অদুনা, তূম্ব-হীপ্প-তাবনচিংবা কারগুম্ব ক্রিয়া অমগী তুংনফম্ অসিস্থ কর্ত্তা (অতৌবা মীশক্), কর্ম্ম (তৌগদৌরিবা পোৎ) অদুবুস্থ কারণ (খুৎলায়) অহুম্ অসিনি ॥১৯॥

থবক্-থৌবু জ্ঞান, হায়রিব অহুমাসগীস্থ
গুণ-খল্লবদগী অহুম্ অহুম্নি, মথং মথং হায়গেসিস্থ ॥১৯॥

মনুংগী ভাবঃ— কর্ত্তা-কর্ম্ম করণ হায়রিবা অহুম অাসগী অমমম্ অাস সত্ত্ব-রজ-তম গুণ খেন্নহন্‌বদগী অমুক্ অহুম হুম খোকনা খায়র। মাদুদিঃ— সাত্ত্বিক কর্ত্তা, রাজসিক কর্ত্তা, তামসিক কর্ত্তা সাত্ত্বিক কর্ম্ম, রাজসিক কর্ম্ম, তামসিক কর্ম্ম। অদুগা— সাত্ত্বিক কারণ (জ্ঞান), রাজসিক করণ (জ্ঞান) তামসিক করণ (জ্ঞান) অাসান ॥১৯॥

অদুগুম্ব জ্ঞান-খুৎলায়না তোঙান্‌বাশিংসিদ তোঙান্দবা মাবু।
খণ্ডনা থবক তৌনরিবা, জ্ঞানদা সাত্ত্বিক জ্ঞানান খণ্ডু ॥২০॥

মনুংগী ভাবঃ— করিগুম্বা পোৎ (থবক) অমবু খণ্ডব-তোঙানচিংবাসি সাত্ত্বিক ওইবা মওংদা খণ্ডবা এখণ্ড অন, রাজসিক ওইবা মওংদা খণ্ডব-তৌবা-এখণ্ড-মতৌ অম অদুগা তামসিক ওইনা খণ্ডবা-তৌব অম অাসান। খুদম্ ওইনা হায়রবদা অর্জ্জুন' নংনা পাযরিবা খুৎলায় (লীকং) অদুবু ননা নাথা তৌননবনি, মী হাৎননগ নত্তে— হায়না খল্লবদি নংনা লীকংবু খণ্ডলিবা মখণ্ড অদু সাত্ত্বিক জ্ঞান হায়বদুনি ॥২০॥

পৃথক্‌ত্বেন তু যজ্‌জ্ঞানং নানাভাবান্ পৃথগ্বিধান্। বেত্তি সর্ব্বেষু ভূতেষু তজ্‌জ্ঞানং বিদ্ধি রাজসম্ ॥২১॥
যত্তু কৃৎস্নবদেকস্মিন্ কার্য্যে সক্তমহৈতুকম্। অতত্ত্বার্থবদল্পঞ্চ তত্তামসমুদাহৃতম্ ॥২২॥
নিয়তং সঙ্গরহিতমরাগদ্বেষতঃ কৃতম্। অফলপ্রেপ্সুনা কর্ম্ম যত্তৎ সাত্ত্বিকমুচ্যতে ॥২৩॥
যত্তু কামেপ্সুনা কর্ম্ম সাহঙ্কারেণ বা পুনঃ। ক্রিয়তে বহুলায়াসং তদ্রাজসমুদাহৃতম্ ॥২৪॥

---

তোঙাল্ তোঙালবদা তোঙান্দনা,　　লৈরিবা মাবু তোঙাল্ তোঙান্না
লৈরিবনি হায়না খঙ্‌লিব মখঙ্‌দে,　　রাজসিক জ্ঞাননি খঙভু নংনা ॥২১॥

মনুংগী ভাবঃ—করিগুম্ব থবক্ অমতং তৌবা মতমদা, তোঙালবগী রাখন্দা তৌরবদি—অদুগুম্বা তোঙালবা জ্ঞান অদু রাজসিক হায়বা জ্ঞান অদুনি। খুদম্ ওইনা হায়রবদা অর্জ্জুন! নংনা লাল্ তৌরকপা মতমদা তেল্ কাপলিবনা ঐনি-অর্জ্জুননি, পান্ডুগদৌরিবনা "ঐ" অসিদগী তোঙান্বা ভীষ্মনচিংবনি হায়বা, অসুম্ব জ্ঞানদা লাল্ শোক্লরবদি জ্ঞান অদো রাজসিক জ্ঞাননি। মাসিতনা সংসারদা লৈরিবা সাধারণ জীব অয়াম্বনা তৌনরি। মপা-মচা, ঐনি-মানি হায়না তোঙাল্ তোঙান্না উনবনা থবক্ কয়া কয়া তৌনরি ॥২১॥

উবিব'মতদা সিন লোইরে খন্বা,　　যুক্তি প্রমাণদি য়াওদবা
তত্ত্বজ্ঞান য়াওদবা ঙমখৈ পীক্লবা,　　জ্ঞানদো তামসিকনি হন্থরবা ॥২২॥

মনুংগী ভাবঃ— অসিগুম্ব তামসিক জ্ঞান অসি নাস্তীকশিংনা শীজিন্নগল্লি। মখোয়না—"উদব ব্রহ্ম-ঈশ্বর হাযবা অম অমুক লৈত্রে। উরিবা হকচাংসে—অসিন লোইরে। হকচাংদা লৈরিবা জীবসে হকচাংসিগা লোযননা মাওথ্র-তুমথ্রগদবনি। পাপপুণ্য হায়বা লৈতে। নহান্‌মুক্তী হয়েংমুক্তী মপোক হাযবা লৈতে। হুরাল্লি খঙদে, চীস্থী খঙদে, অমত ওইবা অমুক্ লাক্লরোইদৌব হন্দকী মপোক্‌সিদা নুংঙাইহৌরগা লোইরে"—অসুম্ন হায়। মখোযনা হাযরিবসিদা যুক্তি য়াওদে প্রমাণ য়াওদে। অসিগুম্বা জ্ঞাননা পান্থৈ ওইহনা কনা কনাগুম্বনা মপুন্‌সিলেল্লি। জ্ঞান অসিগী মশাদা তত্ত্বজ্ঞানগী লেশমাত্র য়াওদে। মাসি তামসিক জ্ঞাননি ॥২২॥

কল্লকমিহৌ য়াওদনা,　　মহৈগী রাখল্ থম্‌দ্রবা,
তৌরিব নিত্য নৈমিত্তক,　　কর্ম্মদু সাত্ত্বিকনি অকন্বা ॥২৩॥

মনুংগী ভাবঃ— মহাক্কী তৌব হৌনবা মথৌবু অদুগা নিত্য অমদি নৈমিত্তক কর্ম্মবু মহৈগী রাখল্ থোইনা তৌকদুনা, কল্লকপা মিহৌবনচিংবগী নত্তনা তৌরবদি মী মহাক অদুনা তৌরিবা কর্ম অদু সাত্ত্বিক কর্ম্ম হায়বদুনি। মসিনা খ্বাইদগী হেন্বা কর্ম্ম মতৌনি ॥২৩॥

"ঐন তৌরি" অসুম্ন খন্দুনা,　　মহৈ অমগীদমক্ত তৌরিবা,
মান্থ কংজ্রিবখৈ কন্ন হোৎনবা,　　কর্ম্ম'দু রাজসিকনি অকন্বা। ॥২৪॥

অনুবন্ধং ক্ষয়ং হিংসামনপেক্ষ্য চ পৌরুষম্। মোহাদারভ্যতে কর্ম্ম যত্তত্তামসমুচ্যতে ॥২৫॥
মুক্তসঙ্গোঽনহংবাদী ধৃত্যুৎসাহসমন্বিতঃ। সিদ্ধ্যসিদ্ধ্যোর্নির্বিকারঃ কর্ত্তা সাত্ত্বিক উচ্যতে ॥২৬॥
রাগী কর্ম্মফলপ্রেপ্সুর্লুব্ধো হিংসাত্মকোঽশুচিঃ। হর্ষশোকান্বিতঃ কর্ত্তা রাজসঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥২৭॥
অযুক্তঃ প্রাকৃতঃ স্তব্ধঃ শঠো নৈষ্কৃতিকোঽলসঃ। বিষাদী দীর্ঘসূত্রী কর্ত্তা তামস উচ্যতে ॥২৮॥

---

মনুংগী ভাবঃ— কবিগুম্বা মহৈ অম ফংনবা, মাহুগী সংকল্প তৌগনি, ঐনা তৌরিদনা— অসুম থন্দুনা তৌবা অতুগা অনিত্য ওইবা মহৈ অদু হেক ফংবগা পাদোক্লগদোবা থবক্ অদু রাজসিক কর্ম্ম হায়রি। মাসন মথায় ওইবা অকায়গ ফত্তবগা অমগী মবক্ত লৈবা কর্ম্ম মতৌনি ॥২৪॥

তুংদ অমঙ্গল ওইগদোবা, মশাগী শক্তিসু যেংদনা,
অপাম্ব মিহৌবদগী তৌকবা, মীগীসু রাগদবত্থ তামসিকনি ॥২৫॥

মনুগী ভাবঃ— অতোপ্প অমগী মফম্দসু অরাব খুদোথীব ওইগদোবা, মদু তানবদা হকচাংগী অমদি পূর্ব্বীগী শক্তি মাংনবীডাই ওইবা, ফাওবা মতে অড়নসু তুংদা অওবা মতৌন্দা অমঙ্গল অমদি পাপনচিবা পোক্হনগদবা—কর্ম্ম অদু তামসিকনি। মাসনা খুদংঙ্গদগী হম্বা, জীববু লৈথা ( নরক ) তাহনগদোবা—কর্ম্মনি ॥২৫॥

মহৈগী রাথল তেংদবা, নাপল্ যাওদব তপ্ থব-হন্দবা,
মহৈ যানবা যান্দবদ, থোইন খল্লুনবদো সাত্ত্বিকনি কনবা ॥২৬॥

মনুংগী ভাবঃ— সত্ত্বরজতম—গুণ অসি খেন্নবগী মতুংইন্না কর্ম্মগী নখল্ অহুম লৈবতুগুম্ম, অতৌবা কর্ত্তা মহাক্কীসু গুণ অহুম্ অসি খেন্নবদগী মখল্ অহুম। মাদুদঃ— সাত্ত্বিক কর্ত্তা, রাজসিককর্ত্তা কর্ত্ত অনুগা তামসিক কর্ত্তা—অসনি। মাগ মথংশীংন হবঃ—নাপল্ খোইবা যাওদবা, মহৈনু খোইনা পামদবা—খল্লুনবা অহুম্বা কর্ত্তা অদু—সাত্ত্বিকনি। অহুনা অর্জ্জুন! নহাক্সু শান্ফম্ অসিদা সাত্ত্বিক কর্ত্তা হায়বতু ওইহুনা লাপ্ তৌ ॥২৬॥

মহৈত পাম্ব-পামগনবা, মিহৌচাউবা হিংসা তৌবা
নুংঙাইগন্-বাগনবা অশেংমাং, খাযদবদো রাজসিকনি কনবা ॥২৭॥

মনুগী ভাবঃ—খুমিংচুম্ম মহৈগী বাথস্তু মতৌবা, মহৈ অদু ফংননবা হোংনবদা হিংসানি হিংসা নত্তে খন্দবা, থম্মোয হবুচান্দা ঈশেং শেংদবা—মহাক্ অদো রাজসিক কর্ত্তা হায়বতুনি। মহাক্ অদুদি থবক্ মহৈ বাল্লগা হরাউই-নোকুই, যাস্ত্রগা রায-কপ্প। অসগুম্বা রাজসিক কর্ত্তা হাযবসি তাইবং মীওইবা সাধারণ অয়াম্বনা ওই ॥২৭॥

তৌকরগসু পূক্রী চঙদবা, মরায় হাইগৎপা মীনম্বা
হূঈশানব থংনগনবা তনবা, মীগী জীবিকা কহপদো তামসিকনি ॥২৮॥

বুদ্ধের্ভেদং ধৃতেশ্চৈব গুণতস্ত্রিবিধং শৃণু। প্রোচ্যমানমশেষেণ পৃথক্ত্বেন ধনঞ্জয়॥২৯॥
প্রবৃত্তিঞ্চ নিবৃত্তিঞ্চ কার্য্যাকার্য্যে ভয়াভয়ে। বন্ধং মোক্ষঞ্চ যা বেত্তি বুদ্ধিঃ সা পার্থ! সাত্ত্বিকী॥৩০॥
যয়া ধর্ম্মমধর্ম্মঞ্চ কার্য্যঞ্চাকার্য্যমেব চ। অযথাবৎ প্রজানাতি বুদ্ধিঃ সা পার্থ! রাজসী॥৩১॥
অধর্ম্মং ধর্ম্মমিতি যা মন্যতে তমসাবৃতা। সর্বার্থান্ বিপরীতাংশ্চ বুদ্ধিঃ সা পার্থ! তামসী॥৩২॥

---

মনুংগী ভাবঃ—তোঙ্গরিবা থবক্তুদসু পুক্নীং চঙ্ঙক্তবা, য়াম্না থোঙ্গবা-মরায় হাইগৎকন্নবা, হূইশাংনবা-অতনবা, মাগী কননবা হোৎনবদ, অতোপ্পা অমগী জীবিকাদা য়েৎথাবা পীবা, মীনা তাক্লবসু লোদবা—অপঙ্বা—অসগুম্ব কর্ত্তাস তামসিকনি। অর্জ্জুন! নখোনি হায়রুনসু তৌরবা থবক্ অদু অসিগুম্ব তামাসক কর্ত্তাস ওইদুনা খক্ তৌ-লাক্লু॥২৮॥

সত্ত্ব-রজতমগুণ অহুম্সি, থেম্নবদগী বুদ্ধি-তপ্পা নামকৃষ্ণু।
অহুম্-হুম্ থোক্ল শাখারি, তোঙান্না হায়গে তাও মাহুম্॥২৯॥

মনুংগী ভাবঃ—কর্ত্তা কর্ম-করণনচংনদা গুণ অহুম্ লৈবদগী অহুম্ অহুম্ থোক্ল লৈবহুগুম্না বুদ্ধি, জ্ঞান, তপথবা (ধৈর্য্য) অসনাচবগীসু মথগ অহুম্ অহুম্ ... লে। মাহু তোঙান্না হায়থরক্কে হায়ন কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়রি॥২৯॥

তৌগদোব তৌরাইদোবনা কদাযনো, চঙ্গদব চঙ্ঙোক্দোবনা কবিনো
ফাজিন্বা নাম্ষোবপনা কারনো, খঙ্হন্বী বুদ্ধিদা সাত্ত্বিকনি॥৩০॥

মনুংগী ভাবঃ—অত্তগুম্বী বুদ্ধি অদুগী পান্থনা, তৌগদোবা তৌরাইদোবা অক্ব কত্তবন-চিংবা মুম্না খঙ্বা যাব অদুগা কামমোহনাচবদা চঙ্শিল্লুদনা ফাজন্থবসু মাহুদগী লাযনা নাম্ষোকপা যাবা অদু নত্তুনা সংসারগী নষয ভাগতীসু লাযনা নাম্থ যপা যাননবা লম্বী তাক্লিবী বুদ্ধি অদুবু সাত্ত্বিক বুদ্ধি হায়না কৈ ই॥৩০॥

ধর্ম্ম-অধর্ম্ম অনীবু, তৌগদোবা-তৌরাইদোবা অনীবু
খঙ্দীঙ্লবসু মুম্না খঙ্হন্দবী, বুদ্ধিদা অর্জ্জুন! রাজসিকনি॥৩১॥

মনুংগী ভাবঃ—ধর্ম্মগী থবক্ তৌগদোবনি অধর্ম্ম-পাপকী থবক্ তৌরোদোবনি হায়নদি খঙ্লগা, ধর্ম্মনা কদাযনো, অধর্ম্মনা কারনো হায়বদুদ মুম্না খঙহন্দবী বুদ্ধিহু রাজসিকনি। অক্ব থবক্ল হায়হুনা তৌকরবসু মাহুদগী অক্ব মতৌদ খক্ কতনত্রিবসি থবক্ অদু তৌবা মতম্দা রাজসিক বুদ্ধিনা পান্থে ওইহুনা তৌথবদগীনি। মরম্ অদুনা অর্জ্জুন! রাজসিক বুদ্ধিনা মাঙ-ওইনহুনা নখোনি হায়হুনসু খক্ তৌগনু॥৩১॥

পাপপু পুণ্যনি খঙ্হন্নী, পুণ্যবু পাপনি উহন্বী
ওম্ব তৈনবী বুদ্ধি অদুবু তামসিক বুদ্ধি কৌবনি॥৩২॥

ধৃত্যা যয়া ধারয়তে মনঃপ্রাণেন্দ্রিয়ক্রিয়াঃ। যোগেনাব্যভিচারিণ্যা ধৃতিঃ সা পার্থ। সাত্ত্বিকী ॥৩৩॥
যয়া তু ধর্মকামার্থান্ ধৃত্যা ধারয়তেঽর্জুন। প্রসঙ্গেন ফলকাঙ্ক্ষী ধৃতিঃ সা পার্থ। রাজসী ॥৩৪॥
যয়া স্বপ্নং ভয়ং শোকং বিষাদং মদমেব চ। ন বিমুঞ্চতি দুর্মেধা ধৃতিঃ সা তামসী মতা ॥৩৫॥

---

মমুংগী ভাব :—থুদম্ ওইনা হায়রবদা, মীগী মপোৎ হুরান্‌বনচিংবা পাপকী থবক্তা সুংঙাইবা পীগনি হায়না খলহন্দুনা অদুগা মাদুনা পুণ্যকর্ম্মনচিংবা তৌগনি হায়না খলহন্দুনা পাপকী থবকত পূক্নীং চঙ্‌হন্‌বী বুদ্ধি অদু তামসিক বুদ্ধিনি। তামসিক বুদ্ধি অসিনা কুপ্‌খিবদগী, "অশিংবা অহৈবা ঐহাক্নি—ঐনা তৌখিবদা কনানা করি হায়গনি"—অসিনচিংবা রাখল্ পোক্‌খিদুনা জীব মশানা মশাবু লৈখা তাহল্লি ॥৩২॥

পূক্নীং থরাক্ট ইন্দ্রিয়শিংবু, লিংজেল্ মান্না পুদুনা
সাত্ত্বিক কর্মদা খাঙ্‌হৈবা, পীডম্বী ধৃতিদু সাত্ত্বিকনি ॥৩৩॥

মমুংগী ভাব :—ধৃতি (তপ্‌থবা-খাঙ্‌হৈবা) অদুগী পাম্বৈনা সাত্ত্বিক ওইবা কর্ম্মগী লম্বী চৎপদা অরাবা য়ৈখায়বা অকিবা কযাসু কিহন্দনা, খাঙহন্‌বী, অরাব খুদোংথীবা কয়াবু ঈরায লায়না তপ্‌থনা মায়োক্ নাবা ঙম্‌হন্‌বী ধৃতি অদু সাত্ত্বিক ওইবা ধৃতিনি। অসিগুম্বী ধৃতি অসিবু মহাপুরুষ কযানা শীজিন্নদুনা জগত্ত অমাঙ্ অতা লৈত্রবা মিংচৎপু থম্মম্‌দুনা অমর ওইনখি ॥৩৩॥

মহৈ অম চারুবদগী, মথং মথং চাখিনি থন্দুনা
মহৈপান্দদগী থবক্তা, শীজিন্নবা ধৃতিদু রাজসিকনি ॥৩৪॥

মমুংগী ভাব :—ঙহাক্ ঙহাক্কী সুংঙাইবা পীনবা বিষযভোগশিং অসিদা হৈনখিদুনা,—"মাসিমসু—মাসিমসু" হায়দুনা মথং মথং হোৎনবদা তান্‌বদা অরাব কয়া খাঙ্‌হন্‌বী ধৃতি অদু রাজসিক ধৃতিনি। অসিগুম্বী রাজসিক ধৃতি অসিগী পাম্বৈনা সাধারণ অযাম্বনা সমাজগী মাঙদা অচৌবা, তৌবাঙম্বা ঈনাক্ কৈরাক্‌খুন্‌বা ওইনরি—॥৩৪॥

তুম্ব তন্‌বা মরায়কাবদা, ইন্দ্রিয়গী ঙহাক সুংঙাইবতান্‌বদা
তোক্‌পঙম্‌দনা লৈহন্‌বী, ধৃতিদু তামসিক কৌইদো ॥৩৫॥

মমুংগী ভাব :—খাঙ্‌হৈরিবনি, তপ্‌থরিবনি, তৌবা থবক্তা হন্দ্রিবনি হায়দুনা—কনা কনাগুম্বনা হুরান্‌বা য়ুথক্‌পা জুরারনচিংববু খাদোক্‌পা ঙম্‌দনা—ঈঙ্‌থদুনা মাদুত্ত তৌদুনা লৈরি। অসিগুম্বী অসিসু ধৃতি অমনি। অদুবু মাসি তামসিক ধৃতিনি। মমৈথঙ্‌দদি সাত্ত্বিক ধৃতিন তামসিক ধৃতিবু হেক্ হেক্ ঙম্মি। থুদম্ ওইনা হায়রবদা—প্রহ্লাদগী সাত্ত্বিক ধৃতিনা মপা হিরণ্যকশিপুগী তামসিক ধৃতিবু তুম্‌হন্‌খি ॥৩৫॥

সুখং ত্বিদানীং ত্রিবিধং শৃণু মে ভরতর্ষভ। অভ্যাসাদ্রমতে যত্র দুঃখান্তঞ্চ নিগচ্ছতি ॥৩৬॥
যত্তদগ্রে বিষমিব পরিণামেঽমৃতোপমম্। তৎ সুখং সাত্ত্বিকং প্রোক্তমাত্মবুদ্ধিপ্রসাদজম্ ॥৩৭॥
( যুগ্মকম্ )

বিষয়েন্দ্রিয়সংযোগাদ্যত্তদগ্রেঽমৃতোপমম্। পরিণামে বিষমিব তৎ সুখং রাজসং স্মৃতম্ ॥৩৮॥
যদগ্রে চানুবন্ধে চ সুখং মোহনমাত্মন.। নিদ্রালস্যপ্রমাদোত্থং তত্তামসমুদাহৃতম. ॥৩৯॥
ন তদস্তি পৃথিব্যাং বা দিবি দেবেষু বা পুনঃ। সত্ত্বং প্রকৃতিজৈর্মুক্তং যদেভি. স্যাত্রিভির্গুণৈঃ ॥৪০॥

---

নুংঙাইবসু মখল্ অহুম্নি, অর্জ্জুন। মাহু হাযগে তারো নংনা।
নুংঙাইবতুদা চঙ্ খ্রবদা, লাক্তে, অমুক্ অরাব 'মনা ॥৩৬॥
অহান্বদদি হূমুক্ খারগা, মমৈদদি অমৃতগুম্ খোইথূম্বা
নুংঙাইবদো সাত্ত্বিকনি, মশাগী পেঙ্গবদগী ফংবনি ॥৩৭॥

মন্নগী ভাবঃ—"নুংঙাইবা" হাযবসিসু মখল্ অহুম্ন—সাত্ত্বিকসুখ, রাজসিকসুখ অদুগা তামাসক সুখ আসনি। অহানবাদ হূগী মতৌগুম্ন খারবসু হাযবদি যাম্ন রাববসু মমৈথংদা অমৃতগী মতৌগুম্ন থুম্বা হায়বদি—মাদু ফংঙুরগা অরাব অমমুক্ লাক্তুবা "নুংঙাইবা" অদু সাত্ত্বিক সুখনি। মাসদি মপান্থাগী সনালুপানচিংবা করিস্থ লৈজদ্রবা লাযবনা মীনস্থ ফংবা যই। অসিগুম্ব সাত্ত্বিকসুখবু ফংলবা মীদূনা অতৈ অ তাম্ন নুংঙাইবা অমম্নক্ পাম্মুদ্রে ॥৩৬-৩৭॥

ইন্দ্রিয়না বিষযগা তিন্নকবদা, অহান্বদদি অমৃতগুম্ থুম্নগা
মমৈথদদি হূগুম্ খারকপা, "নুংঙাইবা" দু রাজসিক কৌবনি ॥৩৮॥

মন্নগী ভাবঃ—মাস সাত্ত্বিক সুখগী ওন্ন তৈনবান। খুদম্ ওইনা হাযববদা—হক্চাংদা লাযনা পোক্কদবা পোরাইদোবা মদনা অহাউব অথুম্বা চাবা নত্তম্দা অহান্বদদি মাহু যাম্না নুংঙাই, মাহুনা হক্চাংদ লাযনা পাকহল্লবপা নত্তম্দদি লাযনা অত্তমকুস্থ হূগী মতৌগু। অনাবা অচদা থানই। মশাদা লাযনা শৈবা মীদ পাং পুম্বা হূগী মতৌগুম্ খায। অরাবগা নুংঙাইবগা অনীবু পীবা রাজসিক সুখবু খক পাম্মাইদবান ॥৩৮॥

তন্বা-মযাই কাপদগী পোক্পা, অহান্বদস্থ তুংদস্থ অরাবা পীবা
মীকুপমতং নুংঙাইবোই উহন্না, "নুংঙাইবা"দু তামসিক কৌই 'কন্বা ॥৩৯॥

মন্নংগী ভাবঃ—তন্দুনা তূম্নমা লৈথাক্পনচিংবাস—মীকুপ অমতনি নুংঙাইবা। অহান্ মক্কদা তৌকম্ খঙদবা অবাবা এহু অহুম্ পীবা হেনবা। মতুংদস্থ নাহুনা চরাহেন্বা, মীঙোন্দ হায়জবা নীংগী অরাবা অহু অহুম্ পীরে ॥৩৯॥

প্রকৃতিগী গুণ অহুম্স লৈতবা, মরোল অহুম্দা করিস্থ লৈতে।
অহুম্সিনা তিন্দনা পোং, স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতালদা লৈতে ॥৪০॥

কৃষিগোরক্ষবাণিজ্যং বৈশ্যকর্মস্বভাবজম্। পরিচর্য্যাত্মকং কর্ম্ম শূদ্রস্যাপি স্বভাবজম্ ॥৪৪॥
স্বে স্বে কর্ম্মণ্যভিরতঃ সংসিদ্ধিং লভতে নরঃ। স্বকর্ম্মনিরতঃ সিদ্ধিং যথা বিন্দতি তচ্ছৃণু ॥৪৫॥
যতঃ প্রবৃত্তির্ভূতানাং যেন সর্ব্বমিদং ততম্। স্বকর্ম্মণা তমভ্যর্চ্য সিদ্ধিং বিন্দতি মানবঃ ॥৪৬॥
শ্রেয়ান্ স্বধর্ম্মো বিগুণঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ। স্বভাবনিয়তং কর্ম্ম কুর্ব্বন্ নাপ্নোতি কিল্বিষম্ ॥৪৭॥

---

লৌউবা-শাশল্ য়োক্পা লল্লোম্বা, বৈশ্যগী লোয়নবা মথৌনি
অহুম্গী সেবা তৌবনা, স্বভাবতগী পোক্পা শূদ্রগী মথৌনি ॥৪৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—মীওইবগী দেহতদা নত্তনা, পঞ্চভূতকী দেহদা চঙঙকপা জীবশিংগী মচীঞ্জাক্ ওইননবা, হায়বদি, জীবগী হিংনকম্ জীবিকা ওইননবা মহৈমরোং থোক্লনবা, শাশল্লচিংবা য়োক্ থাক্লবা হৌনবা অসিনা বৈশ্যগী স্বভাবতগী পোক্পা মথৌনি। নহালমুক্কী লৈকবা অবস্থাদগী হায়বদি স্বভাবতগী লোইনরক্পবু মওইরবদি হন্দক্কী মপোক্ত ব্রাহ্মণগী বংশদা চঙলক্লবসু জীবদুনা বৈশ্য কর্ম্মদা অহুম চঙগনি-পাম্গনি। অসুম্ন অতৈগীসু খঙগনি। ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য অহুমসিন মাগী মাগী মথৌদা পুক্নীং চঙলিঙৈদা অহুম্সিগী মুঙাইনবা শীল্লাঙবা সেবা তৌবনা শূদ্রগী মথৌনি ॥৪৪॥

মাগী মাগী স্বভাবতগী পোক্পা, কর্ম্মদা পুক্নীং চঙবশিংনা
মথৌদা মাযওন্শিন্দুনা, মহৈযান্বা ফংবহু তাঙ নংনা ॥৪৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—নহালমুক্কী মপোক্তগী জীবনা মাগী স্বভাবনা মীওইবগী দেহদা চঙলক্পা মতম্দা জাতিহুদা লৈরম্লিবা কর্ম্ম অদু, মথৌনি হাযবসিদগী হেন্না অতৈ খন্দনা মহৈগী রাখল্ থোইনা তৌকদনা কর্ম্ম তৌদুনা সিদ্ধ ফংখিবদো হায়বদি ব্রহ্মদা তিন্খিবদো মাদু হাযগে তাও ॥৪৫॥

অচচ্চত্তপুম্বা মতোন্দগী থোকপা, মকম্পুম্বদা শীন্থ্নলৈবা
মাবু মথৌনা ঈডাৎচবা, মহাক্না মহাক্পু ঙম্মি ফংবা ॥৪৬॥

মনুংগী ভাব ঃ—ম'চ পাম্দনা, মথৌদা পুক্নীং চঙবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্রশিংনা তৌরিবা কর্ম্ম অসিমক্ জগৎপুম্বসিগী পোক্লকম্-লোইকম্ ওইবা সর্ব্বব্যাপক ভগবান্ মাগী পূজানি সেবানি। অসিগুম্বা সেবা পূজাসিতনা জীবনা মশাবু মশানা ফংবা খঙবা ঙম্মি—হাযবদি মহৈ যান্বা ফংভি। অদুগুম্না অর্জ্জুন কৌবা জীব। নহাক্সু হন্দক্কী মপোক্সিদা থেংনকরিবা লাল্ হায়বা নথৌ অসিনা সর্ব্বব্যাপী ওইবা মহাক্কী সেবা পূজা তৌহৌ ॥৪৬॥

অতোপ্পগী ফজব মথৌদগী, থীরবা নথৌনা ফবনি।
লোথনরকপা নথৌ তৌবদি, ফত্রবা পাপসু লৈতবনি ॥৪৭॥

সহজং কর্ম্ম কৌন্তেয়! সদোষমপি ন ত্যজেৎ। সর্বারম্ভা হি দোষেণ ধূমেনাগ্নিরিবাবৃতাঃ ॥৪৮॥
অসক্তবুদ্ধিঃ সর্বত্র জিতাত্মা বিগতস্পৃহঃ। নৈষ্কর্ম্ম্যসিদ্ধিং পরমাং সন্ন্যাসেনাধিগচ্ছতি ॥৪৯॥
সিদ্ধিং প্রাপ্তো যথা ব্রহ্ম তথাপ্নোতি নিবোধ মে। সমাসেনৈব কৌন্তেয়! নিষ্ঠা জ্ঞানস্য যা পরা ॥৫০॥
বুদ্ধ্যা বিশুদ্ধয়া যুক্তো ধৃত্যাত্মানং নিয়ম্য চ। শব্দাদীন্ বিষয়াংস্ত্যক্ত্বা রাগদ্বেষৌ ব্যুদস্য চ ॥৫১॥

---

মনুংগী ভাব ঃ—জীবনা মাগী স্বভাবনা পোক্‌হল্লরবা মপোক্ত লৈরম্বা মথৌ মশিল্ অদুনা কনা য়াম্না হন্দবা ওইরমদুনস্থ, মাদুবু অতৈ অতোপ্পশিংগী অকবদূদগীস্থ অমুক্ হেন্না কবনি হাযনা খন্দুনা কর্ম্ম তৌগদবনি। অতোন্‌বা কর্ম্ম ওইরবস্থ মাদু তৌবদা পাপ-দোষ করিমত লৈতে ॥৪৭॥

লোয়নরক্‌পা নশিন্দি ধনঞ্জয়!, দোষ লৈ উরবস্থ থাদোক্লোই
মৈথুনা মৈবু কূপ্পগুম্, কর্ম্ম খুদিং দোষ লৈতব-যাওরোই ॥৪৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র করিমত ওইদবা জীবাত্মানা নহাল্‌মুক্কী মাগী স্বভাবনা ব্রাহ্মণনচিংবা মপোক্তা হাযবদি দেহদা হন্দক্ অমুক্ লাক্লবদি লৈরম্লিবা কর্ম্ম অদু তৌবদা দোষ পোক্তদবা লৈববস্থ মাদূ খক থাদোক্লোই। মাদূগীবু হাযকরবদি, মৈখুগা য়ান্নবা মৈগুম্না কর্ম্ম হাযবসিমক্তবু অমগীস্থ খণ্ডে অমগীস্থ খণ্ডে দোষ লৈবমক্তনি ॥৪৮॥

ইন্দ্রিয খুদূম্ চন্দুনা, মহৈগী রাখন্দ লুপপুদনা,
মিহৌবা অপাম্বা থাদুনা, মহৈ য়াম্লি কর্ম্ম অতৈ থাবনা ॥৮৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—অদুগুম্বা জাতিদা জীব নহাক্না চঙলকপদা নথৌ ওইনা লৈবম্বা কর্ম্মত্বু, মাদূগী মহৈ পাম্মুদনা হায়বদি, কর্ম্ম সন্ন্যাস তৌদুনা, কল্লকপা মিহৌবা যাওদনা নশাবু লাকশিন্দুন মতৌরবদি, মাদুনা সিদ্ধি অদুম্মক মাংগনি ॥৪৯॥

জ্ঞান অত্তুবু ফংলগা জীবনা, ব্রহ্মবু ফংওম্বা কবম্না ফংগনি।
শম্ন হাযগে কুন্তীনা পোকপা!, ব্রহ্মবু ফংবনা জ্ঞানগী ওম্‌থৈনি ॥৫০॥

মনুংগী ভাব ঃ—জ্ঞানদি অনন্তনি, লোইবা খম্বা নাইবা নত্তে। অত্তুবু মাগী সীমা অমদি লৈ। জ্ঞানগী সীমা অদু ব্রহ্মনি। মাগী মপা হেক য়ৌবদা হায়বদি মাবু ফংবদা জ্ঞাননা মখা অমমুক চথদ্রে। জ্ঞান অর্মদি বিজ্ঞাননা মপানগী কর্মদা তোংদুনা চথরিবা মখৈ লোইবা পেনবা নাইদ্রিবসি, জ্ঞানবিজ্ঞান অদুনা ব্রহ্মবু ফংদ্রিবত্তুদগীনি। অদুগুম্বা ব্রহ্মবু জ্ঞাননা করম্না ফংবগে হাযবদু শম্না হাযগে ॥৫০॥

অশেংব বুদ্ধিনা তিল্লবা, মশাবু লাকপা চনীওতানা।
শব্দনচিংব বিষব থাদুনা, অশাউব কল্লকপা য়াওদনা ॥৫১॥

বিবিক্তসেবী লঘ্বাশী যতবাক্কায়মানসঃ । ধ্যানযোগপরো নিত্যং বৈরাগ্যং সমুপাশ্রিতঃ ॥৫২॥
অহঙ্কারং বলং দর্পং কামং ক্রোধং পরিগ্রহম্ । বিমুচ্য নির্ম্মমঃ শান্তো ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥৫৩॥
( বিশেষকম্ )

ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা ন শোচতি ন কাঙ্ক্ষতি । সমঃ সর্বেষু ভূতেষু মদ্ভক্তিং লভতে পরাম্ ॥৫৪॥
ভক্ত্যা মামভিজানাতি যাবান্ যশ্চাস্মি তত্ত্বতঃ । ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্ ॥৫৫॥
সর্বকর্ম্মাণ্যপি সদা কুর্বাণো মদ্ব্যপাশ্রয়ঃ । মৎপ্রসাদাদবাপ্নোতি শাশ্বতং পদমব্যয়ম্ ॥৫৬॥

---

অচীন্পদলৈনা যাংনচাদুনা, পূক্নীং হক্চাং চীন খাম্জিন্দুনা,
অরেপ্প রাখল্ল ধ্যান তৌদুনা, বিষযদা থোইনা হৈনিংঙ্দনা ॥৫২॥
থোযবা পাঙ্গল্ নাপল্ পাম্বা, অশাউববু কল্ল থিংদুনা
ঐগীনি হাযব রাখল্ থববা ব্রহ্ম ফংঙি ঈওথবা মীনা ॥৫৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—মথক্তা হাযখ্রিব "অশাউবা-অপাম্বা ঐগী মাগী হাযবা"—অসিনচি বা রাখল্গা ব্রহ্মগা করিমত মবম্ লৈনদে । অদুনা, মখোয অসিবু থাদোক্লবদি মশানা ব্রহ্মগী মশক্ অদুম্ ওইজরে হাযবনি ॥৫১-৫৩॥

ব্রহ্মগী মশক্ ওইবব মাদি পেঙ্গে খল্লুদে অমমুক্ পাম্মুদে ।
অচঙ্ক্তত্ত পুম্বদা চপ্ নান্নে, ঐবুত থাজৈ অতৈ খন্দ ॥৫৪॥

মনুংগী ভাব ঃ—মী মহাক্কী জীবাত্মানা ব্রহ্মগী স্বভাব পুরক্লবা ফজক্লবা মতম্দা, মহাক্ অদু মাগী লৈজবা খবদ ঈপেন্ত পেল্লি, অতৈ পোৎশক অমবু ফংননবগী তোংনবদ শাকাওবা অম লাক্লে । অচঙ্ক্তত্ত জীব পুম্বদা চপ্ মান্নবা মীংযেংনা যেংঙি । মতম্ অদুদা, ব্রহ্মগী মশক্ ওইববা জীব অদুনা ব্রহ্মগী মশক্ ওইববা ঈশ্বর ঐঙোন্দা লেঙদ্রবী, মচীল্ অনী শোঙদ্রবী, ভক্তিন থম্বা ঙম্মি ॥৫৪॥

ঐগী ঈশক্ ঈওংব, উনিংবা মওংদা ভক্তিনা উববা
মহাক্কুদি ঐবু খঙ্দু-ফংদুনা, চঙশিন্খ ঐঙোন্দা কন্বা । ॥৫৫॥

মনুংগী ভাব ঃ—লেঙদ্রবা ভক্তিনা, শকপাল পুম্ব পুবা ঐগী উনি ব ঈশক ঈওং অদুবু উরবা মী অদুগী মফম্দা ঐগী ঈশক্ ঈও অদু ঐগী থাজ্ঞশংবা অমত ওইবা মওং ওই । অদুগুম্বা মওংবু থাজবা-নুংশিবা-অকিবগা লোযননা উবা ফংলবা অদুগা খল্লোযনা চেজেং কোন্শিন্খ্রবা মী অদুদি ঐগী নাক্তা লাক্লগা, ঐগা অদুম্ অমত ওইমিন্নখি ॥৫৫॥

মথৈ-কর্মপুম্ব তৌন-তৌনা, ঐবু শিন নুংশিন থাজবা
মহাক্কু ঐগী থৌজান্দগী, লেঙদ্রেবা খুঙম্মু ফংঙি কন্বা ॥৫৬॥

চেতসা সর্বকর্ম্মাণি ময়ি সংন্যস্য মৎপরঃ। বুদ্ধিযোগমুপাশ্রিত্য মচ্চিত্তঃ সততং ভব ॥৫৭॥
মচ্চিত্তঃ সর্বদুর্গাণি মৎপ্রসাদাত্তরিষ্যসি। অথ চেত্ত্বমহঙ্কারান্ন শ্রোষ্যসি বিনঙ্ক্ষ্যসি ॥৫৮॥
যদহঙ্কারমাশ্রিত্য ন যোৎস্য ইতি মন্যসে। মিথ্যৈষ ব্যবসায়স্তে প্রকৃতিস্ত্বাং নিযোক্ষ্যতি ॥৫৯॥

---

মনুংগী ভাব :—নিত্য ( নুমিৎ থুদিংগী তৌগদৌবা ওইবা ), নৈমিত্তক ( পিতৃ মাতৃ শ্রাদ্ধ তর্পণ গ্রহণস্নাননচিংবা ) কর্ম্ম খিবিকপু ঐবুত থম্নথম্না তৌরব মী অদুদি, মহাক্না তৌরি তৌম্বিবা পুম্বা ঐগীদমক্ত ওইরম্নবনা, ঐনা পেন্‌খিবদগী জীব মহাক্না লেঙজ্রবা মকম্বু কংবা ঙমখি ॥৫৬॥

কর্ম্ম ইন্দ্রিয়না মপান্দ তৌব, কর্ম্ম খিবিকপু ঐঙোন্দ কত্তূনা
থম্মোয়না ঈশক্ ওইগ্রবা ওইয়ু, বুদ্ধি যোগদা চঙতুনা ॥৫৭॥

মনুংগী ভাব :—মীৎনাকোননচিংবা মপান্‌গী কর্ম্মইন্দ্রিয়শিং অসিনা পাম্বৈ ওইদুনা মহৈপাম্বা থাদোকতুনা তৌকবা কর্ম্ম পুম্বদু ঐ ( পরমাত্মা ) গী ঈকমদা কথোকউ। জীববু মুম্না কুপ্ন নৈনহন্দুনা, জীব মশামদু ঐমক্ ( ব্রহ্মমক্ ) ওইখিনবা হোৎনহল্ল। অদুনা অর্জ্জুন। জীব মশা অমতদা, অসিনা অর্জ্জুন ঐনি, মসিনা ভীষ্মনি · অমুম হায়না অবান্‌বা রাখন্দ তাউকনু।
॥৫৭॥

ঐঙোন্দা থম্মোয থমগ্রবা মীনা, তাইবং ঈপাক্‌পু লান্‌গনি।
অসিবু নাপন্দগী লৌত্রবা মীদি, যাম্ন থুনা মাঙগ্রনি মুৎথ্রগনি ॥৫৮॥

মনুংগী ভাব :—মথক্ত হাযখ্রিবা অমুম্না, ঐঙোন্দা থম্মোয হাখিদুনা ঐবু কিব নুংশিবা থাজবা ( ভক্তি ) গা লোযননা কর্ম্ম তৌবা মীশি অদুতনা পোকপ শিবগী মশক ওইরবা সংসার ঈপাক্‌পু ক্লাযনা লান্থোকপা ঙম্ম। মপান্‌গী উরিবা অচচ্ছত্ত খরসিগী মওং মতৌ, রাবী খর তম্মুরগা অহৈবনি পণ্ডিতনা হাযনা নাপল তৌদনা ঐ ( পরমাত্মা ) বু লৈ হাযবা ক্লাওবা থাজদত্নবা, ঐবু ভক্তিগা লোযননা, হাযবদি, কিবা-থাজবা নুংশিবা অহুম অসিগা লোযননা, কর্ম্ম তৌদ্রবা জীবশিং অদুদ লৈখা তাখিব শোযদ্রবনি ॥৫৮॥

অর্জ্জুন ন খন্দুননাপম্না, লাল্ তৌবাই খল্লিবদে।
অরেম্বদা তৌ রবা থবক্তি প্রকৃতিনা নম্‌হনা তৌহন্‌গনিদো ॥৫৯॥

মনুংগী ভাব :—"অর্জ্জুন ঐ লাল্ তৌরয়োই" হাযনা খল্লবত্নমক অহঙ্কাব অমনি। মাগু অরেম্বদা, কবিস্ত ঙম্মোইদবদা তৌবা শাবনি। নংগী লোযনরক্‌পা স্বভাব ( প্রকৃতি ) না কুরুক্ষেত্রগী লাল্ তৌহন্দ্রবসু অতৈ ক্ষেত্রগী কর্ম্মগী মশক্ ওইরবা লাল্‌দি অহুম্ মতৌহন্‌গনি। অদুনদি, অশ্নাগী অশ্নানি। মশানা লাল্‌গী মশক্তা ওইরবা কর্ম্মবুদি জীবনা মীকুপ অমত্ত থাদোকপা ঙম্মোই ॥৫৯॥

স্বভাবজেন কৌন্তেয় ! নিবদ্ধঃ স্বেন কর্ম্মণা। কর্ত্তুং নেচ্ছসি যন্মোহাৎ করিষ্যস্যবশোঽপি তৎ ॥৬০॥
ঈশ্বরঃ সর্বভূতানাং হৃদ্দেশেঽর্জ্জুন ! তিষ্ঠতি। ভ্রাময়ন্ সর্বভূতানি যন্ত্রারূঢ়ানি মায়য়া ॥৬১॥
তমেব শরণং গচ্ছ সর্বভাবেন ভারত !। তৎপ্রসাদাৎ পরাং শান্তিং স্থানং প্রাপ্স্যসি শাশ্বতম্ ॥৬২॥
ইতি তে জ্ঞানমাখ্যাতং গুহ্যাদ্‌গুহ্যতরং ময়া। বিমৃশ্যৈতদশেষেণ যথেচ্ছসি তথা কুরু ॥৬৩॥

---

স্বভাবতগী পোকৃপা নথৌনা নংবু কুন্তীগী মচা ! পুন্‌থ্রবনি
নংনা তৌরোই খল্লিবদো, কাম্নরোই নম্ঙনা তৌহন্‌খিগনি ॥৬০॥

মনুংগী ভাব ঃ—জীবপুম্বা নহালমুক্তগী লোযনরকৃপা, মাগী মাগী স্বভাবতগী পোকৃচরক্লবা, কর্ম্মনা পুন্দুনা পঞ্চভূতকী দেহদা চঙ্‌লক্লবনি। অদুনা অদুগুম্ব কর্ম্মবু থাদোক্লনি, মপান্দা সন্ন্যাসী ওইনি হায়না খল্লিবা অসিমক্ নাপল্ অমনি। নাপল্ অসিনস্যু কবিস্যু কাম্নরোই। স্বভাবনা, হায়বদি, মাগী মাগী লোযনরকৃপী প্রকৃতিনা, নাপল তৌরিবা সন্ন্যাসীনি হায়রিবাশিং অদুবু নম্ঙনা তোঙাল্ তোঙানবা কর্ম্ম তৌহন্‌খিগনি ॥৬০॥

ঈশ্বর মাদি অচচ্চত্ত পুম্বগী, থম্মোযদা তুংদুনা লৈবনি
মাগী মায়াগী চক্রদা, অচচ্চত্তবু কোযৈব লৈহন্ন পুবনি ॥৬১॥

মনুংগী ভাব ঃ—মীশা যণ্ হৈপাল্ লৈপান্নচিংবদা লৈরিবা জীবগী মশক্ ওইরবা ঈশ্বর মহাক্তি, অচচ্চত্ত পুম্বদুগী থম্মোয লকাদা লেঙ্‌দনা তুংদুনা লৈরিবনি। মতাক্লা, মাগী মাযাগী মশক্ ওইরবা অচৌ অপীক্ দেহ খিবক্ অসিদা জীববু কোযরৈ লৈহন্দুনা থম্লি। দেহ দেহদুগী মপা হেক্ হেক্ হৌরকৃপদা জীব মশামথস্তবু—ঐ মীনি, শানি, শগোল্লি,ভীম্মনি অর্জ্জুননি, হায়না হেক্ হেক উইল্লি। অদুগুম্ব মাযাগী চক্রদগী চোংথবক্তু না—নথৌ তৌ। অদুগুম্ব শাথাদা তোংদুনা লৈরিমখৈ, করিগুম্বা মপোক্লস্যু জীব নংগী চপ্ চাবা, অমত ওইবা, নথৌনগংবু, মশক্ খঙ্‌বা ওম্মোই ॥৬১॥

অদুনা মংডান্দ চঙ্‌জো অর্জ্জুন ! লৈক লৈকব মওং পুম্বদা।
মাগী খোজান্দগী অথোইব শান্তি, ফগনি শোযদন মপোকাসদা ॥৬২॥

মনুংগী ভাব ঃ—জীব নংনা লৈক লৈকবা দেহদা ওইক ওইকবা অবস্থাদা লেঙদবা নথৌ তৌনা-তোনা, সাধু য়াউদনা মডোন্দ চঙজহনা তৌ। অদু ওইরবাদ অরানুংভাইবা- পাকপশিবগী সংসারদা অঙীঙবা ( শান্তি ) ফংগনি। অদু নম্রবদি, অবাবগী অরাব মক্ত ওইগনি ॥৬২॥

অথুপ্পদগী অথুপ্প জ্ঞানবু, নংভোন্দ তাক্লেদো ঐহাক্লা।
হোৎজিক্তি রাখল্ মুম্ন তৌবগা, তৌবে অনীঙবত্ত নহাক্লা ॥৬৩॥

মমুংগী ভাব ঃ—মথা তানা অমুক তাবীভাই পৈত্রবা জ্ঞান বিজ্ঞান মক্ত তাক্লবা তুং আসদাদ নহাক্লা অম্নম্ তৌবনা কৈ হাযবদু খন্দুনা অদুম্ তৌরো। থাঙ্গৈশেংবা জ্ঞানবু তারগা মাদুগী

সর্বগুহ্যতমং ভূয়ঃ শৃণু মে পরমং বচঃ। ইষ্টোঽসি মে দৃঢ়মিতি ততো বক্ষ্যামি তে হিতম্ ॥৬৪॥
মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্‌যাজী মাং নমস্কুরু। মামেবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে ॥৬৫॥
সর্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ। অহং ত্বাং সর্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ ॥৬৬॥

---

মতুংইন্না তৌরকপা থবক অহুদি অচুম্বা ওইরগনি। অশেংবা জ্ঞানগী মতুংইন্না তৌহৌদবনা, তৌক তৌকবা কর্ম্মন', জীবনা—কাযনবা তিন্নবগী ওহাক অরাব-মুডাইবতু কংজবনি ॥৬৩॥

অমুকস্ত থোইন থুপ্লব কূপ্লবা, জ্ঞানবু তাক্কে নঙোন্দা
মুংশিমন্দুনা হাযগদৌবিবানি, পূর্ণীং চঙ্‌ন তারো নংনা ॥৬৪॥

মখুংগী ভাবঃ—মখক্ত তাকখিবা হাযখিবা তত্ত্বশিং অসিদগীসু অমুক হেন্ন থোইনা কূপ্লবা ওত্র অম অমুক তাক্কে। মাসে, তাইবং মীগী হকচাংদা যাম্ন রানা তাঙনা চঙশক্লবা জীব নংবু মুংশিত্তুনা তাক্কদৌরবনি। জীং নংনা, অতৈ দেহদা লৈরিঙৈদদি ঐনা নঙোন্দ, তাকপা ঙম্মম্দে, নন লৌবসু ঙম্মম্দে। মতম্ অত্তুদা নংনা লৌবগু ঙম্মম্দে ॥৬১॥

ঐঙোন্দ পূর্ণী থিজিল্ল পূজা তৌ ঐবু খুবম্মু।
নংদি ঐগী চান্নথোইবনি, ঐঙোন্দ তিন্‌গনি রাগনু ॥৬৫॥

মখুংগী ভাবঃ—ঐঙোন্দা পূর্ণীংহু থম্‌খিত্তুনা, নংগী পূর্ণীগী মঙ্‌, অত্ত বুক্ত ঐ মকপু ওইহল্লু। তৌরিবা নখোং ঐগী সবা পূজাগী খন্দুনা, ঐঙোন্দা নোল্লুনা চঙ্‌জত্তুনা তৌ। মীওইবগী হকচাংদু চঙশক্লবা জীব নংদান ঐগী চান্নথোইবা হাযবনি। ঐগী বা, তানগী অমদি তানীঙবগী শক্তিদি শাঙাগী দেহদা জীব নংনা পাবংভদদি লৈরমদবনি, থোজাক্ক তাব পানা ঙমগদৌরবনিনা খুাইদগী চান্নথোইবা হায়বু নহাক্না ওইরে। লৌইবাই-তা বাই তানবীদ খঙদ্রে ॥৫॥

অতৈ ধর্ম্ম পূম্ব থাদুনা, অমত ওইব ঐঙোন্দ চঙজো।
পাপ পূম্বদগী কোকাপানি, রাগনু নখৌ তৌনব তৌহৌ ॥৬৬॥

মখুংগী ভাবঃ—মীওইবগী ধর্ম্মনি হাযহুনসু দান তৌবা, যজ্ঞ তৌবা, পিতৃ মাতৃ সেবা তৌব, মপান্দ কিজন্ন। সন্ন্যাসী ওইবা যোগী ওইবা—অসিগুম্বসি থাদোক্কুনা, ক্ষত্রিযগী হকচাংদা চঙ্‌দুনা জীব নহাবা লানুফম্‌দা চঙলববাদ, ধর্ম্ম অতৈত্ত থাদোক্কুনা হাযবদি মপা মপা মুংশিবা, ঙাকপিবা-কনাবা অসিনাচবসি থাদোক্কুনা, অমত ওইবা ঐঙোন্দা চঙজত্তুনা ফত্তবনি হাযরিবা নখোত্ত মাইপোমদনা তৌ। গুরুবু কুংশিবা মকপপু মুংশিবা, শাগ নাত্তৈবু বনবা য়োকপা অসি পূম্বসি ধর্ম্মনি, অদুমাং ওইবদা, গুরু অতগী মকপ অতগী জীবনা পঞ্চ ভূতকী দেহদা চঙহুনা ঙাওখিহুনা নংগী য়েরবা ওইহুনা লাল্লবাদ, গুরুসেবা, মিত্র সবা, পিতৃমাতৃসেবা অসিনাচংবা ধর্ম্মশিং অসি থাদোক্কুনা, ক্ষত্রিয নংগীদি থেরবা হাৎপা হাযবা ধর্ম্মগুহুদ চঙজো। মাসি, অতৈ দেবী

ইদং তে নাতপস্কায় নাভক্তায় কদাচন। ন চাশুশ্রূষবে বাচ্যং ন চ মাং যোঽভ্যসূয়তি ॥৬৭॥
য ইমং পরমং গুহ্যং মদ্ভক্তেষ্বভিধাস্যতি। ভক্তিং ময়ি পরাং কৃত্বা মামেবৈষ্যত্যসংশয়ঃ ॥৬৮॥
ন চ তস্মান্মনুষ্যেষু কশ্চিন্মে প্রিয়কৃত্তমঃ। ভবিতা ন চ মে তস্মাদন্যঃ প্রিয়তরো ভুবি ॥৬৯॥
অধ্যেষ্যতে চ য ইমং ধর্ম্ম্যং সংবাদমাবয়োঃ। জ্ঞানযজ্ঞেন তেনাহমিষ্টঃ স্যামিতি মে মতিঃ ॥৭০॥

---

দেবা পূম্বা থাদোক্তনা ব্রহ্ম ঐ.ভান্দা চঙলকপগা অক্সানি। অসুম্নবু তৌরবদি নংনা পাপনি হায়না খল্লিব পূম্বডু ঐনা পুবিগনি খক কিগনু-ৱাগনু ॥৬৬॥

তপস্বী নত্তবা ঐবু থাজদবা, ঐবু পূজা তৌদবা-মুংশিদবা
ঐবু নিন্দা তৌবশিংদুদা, 'সিগুম্ব জ্ঞানসি তাক্কনু 'কন্‌বা। ॥৬৭॥

মনুংগী ভাব ঃ—ঈশ্বর মবূপু লৈতে হাবারবা নাস্তিক ওইবা মীশিং অদুগী মফম্‌দা, ঈশ্বর মাবু ফংনবা, মাগী মগুণ শন্ননবা, মাগী তত্ত্ব খঙনবা তাকপা জ্ঞানশিং অদুসু অরেম্ব ওইগনি। অদুনা মখোয়দা 'সিওম্বা জ্ঞান তাক্লুবসি করিমত কান্নরোই অদুনা তাক্লুনু। সংসারগী লাল্‌-ফম্‌দা অপান্ব-অশাউবনচিংবা যেন্নাশংবু হাৎলগা শান্তিগী মশক্ ওইরবা মহাক্‌পু ফংগে হায়না হোৎনজবা নওগুম্বতদা ঐনা তাক্লিবনি ॥৬৭॥

ঐগী'সিগুম্ব অথুপ্প জ্ঞানবু, ভক্তগ লোযননা ভক্তদা তাক্লবা
তাক্লিবা মাসু ঐঙোন্দ শোযদনা, তিল্লগনি শোযদে অকন্‌বা। ॥৬৮॥

মনুংগী ভাব ঃ—গীতাগী তত্ত্ব খিবিক্‌ অসিবু ভগবান্দা ভক্তি লৈবা মীশিংগী মফম্‌দা মশামক্‌সু কিনা লুনা মুংশিনা থাজদুনা তাক্লবদি, অতাক্‌পা মহাক্‌সু ব্রহ্মাগী মশক্‌ ওইরবা হবি মঙান্দা হাযবদি ঙাক্লবা শোম্লবা থুগাইবিবা ভগবান্ মডোন্দা শোয়দনা তিন্‌গনি। মাসদা কবিসু চি নফম্ লৈতে ॥৬৮॥

মীওইবগী মনুংদা 'সিগুম্ব জ্ঞানবু, তাক্লিব শদোক্লিবা মঙান্দগী হন্‌বা,
ঐনা নুংশজবা অম লৈতে্র, লৈখিদে মতুংদসু লৈবোই অকন্‌বা' ॥৬৯॥

মনুংগী ভাব ঃ—ঈশ্বরগী মফম্‌দা খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজনা থোক্লুবা মীশক্তি ঈশ্বর মাগী তত্ত্ববু মুন্ন নৈনদুনা জনসমাজদা মাদুবু তাহন্দুনা শক্তুনা তাক্‌পিদুনা জগৎপু উদ্ধার তৌগে হাযনা হোৎনরিবা মহাক অদূতনি। মবম্‌দি, ঈশ্বর মাগী মখোয়সু অদুতনি। মথো মশীপ্‌ মান্নবনা, মহাক্‌ অদু ঈশ্বরগী চান্নবা মরূপ ওই ॥৬৯॥

ধর্ম্মগী তত্ত্বন তিল্লবা শাস্ত্রসিবু, তম্লিবা নৈনরিবা মহাক্তুদি
জ্ঞানযজ্ঞনা পেল্‌হল্লবনি ঐবু, মাসি লৈ ঐগী মতভদি ॥৭০॥

মনুংগী ভাব ঃ—ভগবান্‌গী তত্ত্ববু জ্ঞানবিজ্ঞাননা খুংলায় ওইদুনা নৈনরবদি অদুগা মাদুবু

শ্রদ্ধাবাননসূয়শ্চ শৃণুয়াদপি যো নরঃ।
সোঽপি মুক্তঃ শুভাল্লোঁকান্ প্রাপ্নুয়াৎ পুণ্যকর্ম্মণাম্ ॥৭১॥

কচ্চিদেতচ্ছ্রুতং পার্থ! ত্বয়ৈকাগ্রেণ চেতসা। কচ্চিদজ্ঞানসম্মোহ প্রনষ্টস্তে ধনঞ্জয়! ॥৭২॥

অর্জ্জুন উবাচ।

নষ্টো মোহঃ স্মৃতির্লব্ধা ত্বৎপ্রসাদান্ময়াচ্যুত!। স্থিতোঽস্মি গতসন্দেহঃ করিষ্যে বচনং তব ॥৭৩॥

সঞ্জয় উবাচ।

ইত্যহং বাসুদেবস্য পার্থস্য চ মহাত্মনঃ। সংবাদমিমমশ্রৌষমদ্ভুতং লোমহর্ষণম্ ॥৭৪॥

---

জনতাদা প্রচার তৌদুনা কর্ম্ম তৌহল্লবদি, মহাক্না তৌরিবদো জ্ঞান যজ্ঞ হায়বদুনি। দ্রব্য-যজ্ঞদগী জ্ঞানযজ্ঞনা ভগবান্দা অপেন্‌বা ওই। মাসি ভগবান্ মহাক্‌মক্কী মতনি ॥৭০॥

অসিগুম্বা তত্ত্বজ্ঞানশিংবু, থাজবগা নুংশিবগনা তারিবা।
মহাক্‌সু অমান্‌ব খুঙ্গম্ ফংদুনা, পূণ্যচেন্‌বগী লোকপূ ফংভি 'কন্‌বা! ॥৭১॥

মনুংগী ভাব ঃ—গীতাশাস্ত্রসিবু পুক্নীংচঙ্‌না লুনা কিনা তৌদুনা থাজবগা লোযননা শ্রবণ তৌরিবা মহাক্‌ অদু পোক্‌পশিবগী মশক ওইববা সংসারসিদগী লাম্থোক্‌খিদুনা পূণ্যচেন্‌ব-শিংনা চৎখিবা লোক অদুদা শোযদনা চৎখি ॥৭১॥

ঐনা তাক্লিবা তত্ত্বশিংসে, পুক্নীং চঙ্‌না নংসু তারেদনা!
চিংনবা শুমহৎপ অপূম্বা, অকন্‌বা! হৌজিক্তি কোক্লরিনিনা ॥৭২॥

মনুংগী ভাব ঃ—অসিগুম্ব গীতাগী তত্ত্ববু মুম্ম পুক্নীং চঙনা তারবা মীশিং অগুগীদি সংসাবদা করিগুম্বা চিংনবা শুমাংপা অমত লৈরোইদৌবনি। "ঐ" অসি করিনো, "ঐ" গী মখৌ করিনো, করি তৌগে লাকপানা, "ঐ" গীনা কনানা, "ঐ'না কনাগীনা অসিনচিংবা চিংনবসি মঙোন্দা করিমত লৈররোই। মাসি পূম্বসি অর্জ্জুন নংগীসু লৈররিবোই হায়না খল্লি ॥৭৩॥

অর্জ্জুননা হায ঃ—

শুমহৎপা লৈত্রে, নীঙ্‌শিল্লাক্লে, বাসুদেব! নংগী থৌজান্দগীনি।
চিংনবা লৈত্রে তৌগদবা লেপচরে, তাকপিব তুংইমনা তৌজররগনি ॥৭৩॥

মনুংগী ভাব ঃ—অর্জ্জুননা হায ঃ—জীব ঐনা তাইবং মীগীহকচাংদা চঙ্ঙকপসিগী উদ্দেশ্য অমদি কর্ত্তব্যগী মরমদা করিসু চিংনবা লৈত্রে। "জীব" ঐগা "ব্রহ্ম" নংগা ভাঙ্‌নখিবা পূম্বসি দেহ অতৈঅতৈদগী কোয়চৎ চৎলুবনা মতম্ কুইনা কাউররে, হন্দকমুক্তি নীঙশিংজরে। অদুনা তাকপিবা মতুং ইন্না ঈথৌ ( লাল ) তৌজররগে ॥৭৩॥

সঞ্জয়না হায ঃ—

বাসুদেব অর্জ্জুন অনীগী, সংবাদবু ঐনা তাখিবনি।
তাবদা অঙকপা তুজুনা, পোক্লবা অনীগী সংবাদনি ॥৭৪॥

ব্যাসপ্রসাদাচ্ছ্রুতবানিমং গুহ্যমহং পরম্। যোগং যোগেশ্বরাৎ কৃষ্ণাৎ সাক্ষাৎ কথয়তঃ স্বয়ম্ ॥৭৫॥
রাজন্! সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য সংবাদমিমমদ্ভুতম্। কেশবার্জ্জুনয়োঃ পুণ্যং হৃষ্যামি চ মুহুর্মুহুঃ ॥৭৬॥
তচ্চ সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য রূপমত্যদ্ভুতং হরেঃ। বিস্ময়ো মে মহান্ রাজন্! হৃষ্যামি চ পুনঃ পুনঃ ॥৭৭॥
যত্র যোগেশ্বরঃ কৃষ্ণো যত্র পার্থো ধনুর্দ্ধরঃ। তত্র শ্রীবিজয়ো ভুতির্ধ্রুবা নীতির্মতির্মম ॥৭৮॥

---

মনুংগী ভাব :—সঞ্জয়না রারী তারিবা ধৃতরাষ্ট্রদা হায়খি :—নিংথৌ! জীব ব্রহ্মগী মশক্ ওইরব কৃষ্ণার্জ্জুন অনীগী অসিগুম্বা শানখি-ঙাঙখিবা রাথমবু সঞ্জয় ঐনা তাজখি। তাবদা পুক্নীংদা তুজুংবা, নুংঙাইবা, অকিবা অঙকপা পোক্লকা রাক্লনি ॥৭৪॥

যোগগী মপু কৃষ্ণনা　　অর্জ্জুনদা ফায়খিবা অথুপ্পসে,
লায়নবা রাকয় ওইবসে,　　গুরু ব্যাসদগী তাখি মাসে ॥৭৫॥

মনুংগী ভাব :—লালুকমদা লোয়না ঙাঙ্‌নখিবা তত্ত্বশিং অসি ঐগী গুরুদেব ব্যাসগী কৃপাদগী মহাক্না পীবা দিব্যদৃষ্টিদগী ঐনা তাবা ফংজদুনা নিংথৌ নঙোন্দা অমুক্ তীজরিবসিনি। অসিগুম তত্ত্ববু তাব কংবা অসি গুরুসবন্দপারাদগী ঙাক্তনি—হায়বনি ॥৭৫॥

কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী 'সিগুম্বা,　　অঙকপা রাকয়বু নীঙ্‌শিংদুনা
হয় হয়বু ঙক্‌চৈ নুংঙাইজৈ,　　পুক্নীংদা পোক্‌ই অঙকপা নুংঙাইবনা ॥৭৬॥

মনুংগী ভাব :—কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী অসিগুম্বা সংবাদবু নীঙশিং নীঙশিংদুনা অমদা তমজবা-লীজবা কংলিবসিমক্ নুংঙাইকম্ ঙক্‌কম্ থোক্‌পা অমনি। অমদা তত্ত্বতদ অসুক নুংঙাইরবদি অতাবা নিংথৌ নহাক্তি কয়ামুক নুংঙাইরিগবা ঙকপিরিগব। অসুম হায়না সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা হায় ॥৭৬॥

মাসিবু নীঙ্‌শিং নীঙশিংনা,　　হরিগী অঙক্‌পা মশক্‌পু নীঙ্‌শিংনা
তমজবা তাহন্‌বা অসিদা,　　হয় হয় নুংঙাইজৈ ঐহাক্না ॥৭৭॥

মনুংগী ভাব :—ভগবান্ হরিগী তত্ত্ববু অতোপ্প অমদা লীবদা, তাহন্‌বা মতমদা, অরীবা তাহন্‌বা—মহাক্‌সু হরি মাগী মূর্ত্তিবু নীঙ্‌শিংদুনা মাদু অতৈদসু শ্রবণ তৌহন্‌গদবনি। অতাবা শ্রোতা মহাকমক্‌সু হরিগী মূর্ত্তিবু নীঙ্‌শিংদুনা তাগদবনি। হরি মাগী মূর্ত্তিদি কয়ম্না শাগৎকনি হায়রবদা মথক্তা তাক্‌খিবা তত্ত্ব ময়াম্ অসিনা মচাক্ ওইদুনা থম্মোয়দা শাগনি। মাদুদা অঙক্‌পা নুংঙাইবা তুজুংবা পোক্‌পা মূর্ত্তি অম থম্মোয়দা উগনি। মাদু থাজৈশংবা হরিগী মশক্নি। অদুনা হরিগী মূর্ত্তিদি তত্ত্বাত্মক ওই।

যোগগী মপু কৃষ্ণগা,　　লীরুং পায়বা অর্জ্জুনগ অনীনা,
লৈবমকমদা লম্‌দম্-লালগুম্বা,　　নীঙখিবা কংডি থক্লী ঐমা ॥৭৮॥

মনুংগী ভাব :—ব্রহ্ম জীবগী মশক্ ওইরবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী তত্ত্ব অসিবু মুয়া

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভগবদ্গীতায়াং দ্বিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥
গীতায়াস্তু অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

# সমাপ্তেয়ং ভগবদ্গীতা ॥

---

তারগা, মাঙ্গগী মতুংইন্না নিষ্কামবুদ্ধিনা সংসারদা মধ্যৌ তৌদুনা লেপ্লবদি মহাক অত্তুবু যেক্লববুসু ভমগনি, কক্তব-নীঙ্থিবসু ওইগনি, মিংচৎ লৈবসু ওইগনি, লম্বুম্ মচাক্ মরল্ য়াম্ন লৈবা মীশকসু ওইগনি। অসিগুম্ব জ্ঞান কংবা সম্পাত্তিনা জীববু ইহলোক পরলোক অনীমক্তা মুংভাইবা সুখশান্তি পীগনি। ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ ॥৭৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা ভীষ্মপর্ব্বদা, ভগবদ্গীতাগী মতাংদা নিকুনিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে। গীতাগী তবানিপালশুবা অধ্যায় লোইরে।

## শ্রীভগবদ্গীতা সম্পূর্ণ ওইরে।

মণিপুরী শৈরেংগা লোযনবা গীতাবু মণিপুরী লোন্দা

কালাচাঁদনা হন্দোকপসু

মকম্ অসিদা লোইরে।

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ

---

# শ্রীমহাভারতম্

(ভীষ্ম পর্ব্ব)

## ত্রি চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

নিফুহুমদোইশুবা অধ্যায়।

—:( * ):—

সঞ্জয় উবাচ।

ততো ধনঞ্জয়ং দৃষ্ট্বা বাণগাণ্ডীবধারিণম্। পুনরেব মহানাদং ব্যসৃজন্ত মহারথাঃ ॥১॥
পাণ্ডবাঃ সৃঞ্জয়াশ্চৈব যে চৈষামনুযায়িনঃ। প্রদধ্মুর্মুদিতাঃ শঙ্খান্ বীরাঃ সাগরসম্ভবান্ ॥২॥
তথা ভের্য্যশ্চ পেশ্যশ্চ ক্রকচা গোবিষাণিকাঃ। সহসৈবাভ্যহন্যন্ত স শব্দস্তুমুলোঽভবৎ ॥৩॥
অথ দেবাঃ সগন্ধর্ব্বাঃ পিতরশ্চ জনেশ্বর!। সিদ্ধচারণসংঘাশ্চ সমীয়ুস্তে দিদৃক্ষয়া ॥৪॥
ঋষয়শ্চ মহাভাগাঃ পুরস্কৃত্য শতক্রতুম্ সমীয়ুস্তত্র সহিতা দ্রষ্টুং তদ্বৈশসং মহৎ ॥৫॥
ততো যুধিষ্ঠিরো দৃষ্ট্বা যুদ্ধায় সুসমুদ্যতে। তে সেনে সাগরপ্রখ্যে মুহুঃ প্রচলিতে নৃপ! ॥৬॥
বিমুচ্য কবচং বীরো নিক্ষিপ্য চ বরায়ুধম্। অবরুহ্য রথাত্তূর্ণং পদ্ভ্যামেব কৃতাঞ্জলিঃ ॥৭॥
পিতামহমভিপ্রেক্ষ্য ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ। বাগ্যতঃ প্রযযৌ যীবঃ প্রাঙ্মুখো রিপুবাহিনীম্ ॥৮॥

(যুগ্মকম্)

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—অসিগী তুংদা পাণ্ডবকী লান্মীশিংনা, অমুক হন্না খুৎলায় পায়রুনা, মপুক্লীংদা হৈনিংবগা লোয়ননা হৌগৎলকপা অর্জ্জুনবু উবদা য়াম্না হন্নাউ নুংঙাইনা সিংহনাদ লাউখি ॥১॥ পাণ্ডবশিং অমদি সৃঞ্জয়শিং পূম্বনা অদুগা মখোয়গী লোযনবা লান্মী মপৈনা মাগী মাগী, সমুদ্রদগী পোকপা নীঙথিরবা মোইবুং ময়াম্ পায়থকুনা খোংখি ॥২॥ পু, শেল্ পেরে-শিঙ্গানচিংবা যন্ত্র ময়াম খোংগৎলকপদা, মাদুগী মখোল্না অকিব কংনা পুমনিন্ নিনখি ॥৩॥ মহারাজ! অসিগী তুংদা দেবগন্ধর্ব্ব, সিদ্ধসাধ্য অমদি পিতৃলোককী—ময়াম্বনা লান অদু য়েংগদবগী মাগী মাগী মকমদা থুংঙরে ॥৪॥ ব্রহ্মর্ষি-দেবর্ষিখিবিকম্ভু ইন্দ্রনা মাঙ্থারহুনা, লাম্লাও অদু য়েংগদবগী থোক্লকলে ॥৫॥ অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরম্ভু, ঈপাক অনীগী মতৌঙ্গবা পক্ক অনীগী লান্মী মপৈ অদুনা, লান শোক্লনবগী দমক মাগী মাগী খুৎলায় পায়নরুনা শেম্শাদুনা থোক্লকপদু উবদা, মহাকম্ভু মাগী তোৌগদবা মথৌ লেপ্লকলে ॥৬॥ মতম্ অদুদা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা লানফুরিৎনচিংবা লোথোক্নুনা, লীক্লং তেল থম্মুদুনা, খুৎলোম্ননা, য়াম্না তৌথিনা, লুলুক্না,

তং প্রয়ান্তমভিপ্রেক্ষ্য কুন্তীপুত্রো ধনঞ্জয়ঃ। অবতীর্য্য রথাত্তূর্ণং ভ্রাতৃভিঃ সহিতোঽন্বগাৎ ॥৯॥
বাসুদেবশ্চ তং রাজন্। পৃষ্ঠতোঽনুজগাম হ। যথামুখ্যাশ্চ রাজানস্তং সমাজগ্মুরুৎসুকাঃ ॥১০॥

অর্জ্জুন উবাচ।

কিং তে ব্যবসিতং রাজন্। যদস্মানপহায় বৈ। পদ্ভ্যামেব প্রয়াতোঽসি প্রাঙ্মুখো রিপুবাহিনীম্ ॥১১॥

ভীমসেন উবাচ।

ক্ব গমিষ্যসি রাজেন্দ্র। নিক্ষিপ্তকবচায়ুধঃ। দংশিতেষ্বরিসৈন্যেষু ভ্রাতৄংস্ত্যক্ত্বা পার্থিব! ॥১২॥

নকুল উবাচ।

এবং গতে ত্বয়ি জ্যেষ্ঠে মম ভ্রাতরি ভারত!। ভীর্মে তুনোতি হৃদয়ং ব্রূহি গন্তা ভবান্ ক্ব হু ॥১৩॥

সহদেব উবাচ।

অস্মিন্ রণসমূহে বৈ বর্ত্তমানে মহাভয়ে। যোদ্ধব্যে ক্ব নু গন্তাসি শত্রূনভিমুখো নৃপ। ॥১৪॥

সঞ্জয় উবাচ।

এবমাভাষ্যমাণোঽপি ভ্রাতৃভিঃ কুরুনন্দন!। নোবাচ বাগ্যতঃ কিঞ্চিদ্গচ্ছত্যেব যুধিষ্ঠিরঃ ॥১৫॥
তানুবাচ মহাপ্রাজ্ঞো বাসুদেবো মহামনাঃ। অভিপ্রায়োঽস্য বিজ্ঞাতো ময়েতি প্রহসন্নিব ॥১৬॥

---

মমাব নোংপোক ওন্না, ভীষ্মরোমদা য়েংনা য়েংনা, রথদগী কুম্থহনা, লাম্মী মরাম্ অহু খায়দোক-হনা ভীষ্ম তান্ন মখোংনা তপ্পা তপ্পা চঙলকই ॥৭-৮॥ মথাস্তুং যুধিষ্ঠিরনা খোঙনা, করিস্থ করিস্থ রাওদনা চৎপন্থ উবদা, কুন্তীগী মচা কল্লবা অর্জ্জুনসু মচীম্নাওশিং মরিগা লোয়ননা যুধিষ্ঠিরগী তুংদা তপ্প তপ্প অস্তুম্ ইন্নরকই ॥৯॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা শ্রীকৃষ্ণসু মখোয়গী তুংদা অস্তুম্ ইন্নরকই। অহুদগীদি, অখোই অখোইবা অকনবা নিংথৌশিংসু মথং মথং ইন্নরক্লে ॥১০॥ মতম্ অহুদা অর্জ্জুননা হায:—য়াম্বুং মহারাজ! যাম্বুংনা হৌজিক তোগে খনবিরিবসিবু করি ওইববনো? য়াম্বুংনা ঐখোয়বু তাকপিরম্দনা খোঙমক্লা মায় নোংপোক পাংহনা লেঙবিরিবসিবু কৈদনো? ॥১১॥ ভীমনা হাযরকই:—নিংথৌ অ'থাইবা য়াম্বুং! যেক্রব লাম্মী অপুম্বা খুঙ খুৎলাব পাযখৎনহনা লালগী লেম্শাহনা লৈনরে। অসিগুম্বা তাঞ্জাদা, যাম্বুংনা লালগী ফী:জোল্ লৈতেং পুম্বা থাদোক-পিহনা, কনাস্থ কনাস্থ রাওদনা, ননাও ঐখোযবু তাকপিরম্দনা লেঙলিবসিবু কৈদ ওইরবনো? ॥১২॥ নকুলনা হায়:—ভরত শাগৈ অখোইবা যাম্বুং। যাম্বুংনা ঐখোন পুম্বগী অহল ওইরগা, করিস্থ করিস্থ ঈয়াও রাওদনা যেক্রবা-লাম্মী মরক্তদা লেঙশিনবসি উবদা ঐখোয়গী পুক্নীংদা অকিবা-চিংনবা পোকলে। অহুনা তাকপিযু কদোম্দনো লেঙবিরিবসিবো? ॥১৩॥ সহদেবনা হায়:—মহারাজ! লাঞ্জাউ হৌগদোবা মীকুপ অমত ঙাযরবা অসিগুম্বা তাঞ্জাদা লাল শোক্ল-রগদবা যাম্বুংনা য়েক্রব মরক্তা লেঙশিনবিরিবসিবু করিগীনো? ॥১৪॥ সঞ্জয়না হায:—কুরু শাগৈগী অখোয়বা মহারাজ! মনাউপিংনা অস্তুম মথং মথং হংলক্লবদা, যুধিষ্ঠির নিংথৌসি তুমিন তুমিন অহম্ চংলি, রাগী মচেৎ অমত ঙাঙদে ॥১৫॥ মতম্ অহুদা খোইনা লৌশিং চাউরবা, পূকচেল

এব ভীষ্মং তথা দ্রোণং গৌতমং শল্যমেব চ। অনুমান্য গুরূন্ সর্বান্ যোৎস্যতে সহ শত্রুভিঃ ॥১৭॥
শ্রূয়তে হি পুরাকল্পে গুরূননুমান্য যঃ। যুধ্যতে স ভবেদ্ব্যক্তমপধ্যাতো মহত্তরৈঃ ॥১৮॥
অনুমান্য যথাশাস্ত্রং যস্তু যুধ্যেন্মহত্তরৈঃ। ধ্রুবস্তস্য জয়ো যুদ্ধে ভবেদিতি মতির্মম ॥১৯॥
এবং ব্রুবতি কৃষ্ণে তু ধার্ত্তরাষ্ট্রচমূং প্রতি। হাহাকারো মহানাসীন্নিঃশব্দাস্ত্বপরেঽভবন্ ॥২০॥
দৃষ্ট্বা যুধিষ্ঠিরং দূরাদ্ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য সৈনিকাঃ। মিথঃ সঙ্কথয়াঞ্চক্রুরেষো হি কুলপাংসনঃ ॥২১॥
ব্যক্তং ভীত ইহাভ্যেতি রাজাসৌ ভীষ্মমন্তিকম্। যুধিষ্ঠিরঃ সসোদর্য্যঃ শরণার্থং প্রযাচকঃ ॥২২॥
ধনঞ্জয়ে কথং নাথে পাণ্ডুপুত্রে বৃকোদরে। নকুলে সহদেবে চ ভীতোঽভ্যেতি চ পাণ্ডব ॥২৩॥
ন নূনং ক্ষত্রিয়কুলে জাতোঽয়ং প্রথিতে ভুবি। যথাস্য হৃদয়ং ভীতমল্পসত্বস্য সংযুগে ॥২৪॥
ততস্তে সৈনিকাঃ সর্বে প্রশংসন্তি স্ম কৌরবান্। হৃষ্টাঃ সুমনসো ভূত্বা চেলানি দুধুবুঃ পৃথক্ ॥২৫॥
ব্যনিন্দস্ত ততঃ সর্বে যোধাস্তত্র বিশাংপতে। যুধিষ্ঠিরং সসোদর্য্যং সহিতং কেশবেন তু ॥২৬॥
ততস্তু কৌরবং সৈন্যং ধিক্কৃত্বা তু যুধিষ্ঠিরম্। নিঃশব্দমভবত্তূর্ণং পুনরেব বিশাংপতে ॥২৭॥

---

চাউরবা কৃষ্ণনা নোঙ্গ নোঙ্গ মখোয়দা অসুম্ হায়রকই—"ঐদি মহারাজনা খল্লিবা তৌগে নীঙবিরিবদি থওলেদো ॥১৬॥ যাম্মুং নিংথৌসে, ভীষ্ম দ্রোণ শল্য কৃপনচিংবা গুরুজনদা সম্মান উৎলগা, খুরুম্মগা, য়েক্কবশিংগা থেংনগদবগী তৌবিবিবনি ॥১৮॥ গুরুজনশিংগী অনুমতি লৌদনা, মখোযগী য়াথং যাওদনা মখোযমক্কা লাম্থেংনবা হাযবসি ঈচুম চুম্দে, অদুগা গুরুগী শাপ ফংভি হাযবসিমক যুদ্ধ শাস্ত্রদা ঐখোযনা তায ॥১৮॥ যুদ্ধশাস্ত্রগী মতুংইন্না গুরুবু হান্নবা খুরুম্মগা পূজা তৌরগা লাল শোক্নরবদি শোযদনা জয ওই-হাযবসিমক ঐসু তাজৈ অদুগা থাসু থাজৈ ॥১৯॥ কৃষ্ণগী য়াসি কনাগুম্বশিংনা তাখিদুনা, দুর্য্যোধনগী লাম্মী থরদি হাহাকার লাউনখি, থরনা তুমিন তুমিন লৈনখি ॥২০॥ যুধিষ্ঠিরনা ভীষ্মগী নাক্ত অসুম্সুম্ চঙশিল্লকপগ্ন উবদা কৌরব পক্ষরোম্দ। দুর্য্যোধননচিংবা মখোয মশেল অমগামগা অসুম্না ঙাঙনরকই—"নিপাসে, ঐখোয়গী কুক শাগৈগী তোল্লবা—চোপলবা মীনি ॥২১॥ করিনা হাযববু যুধিষ্ঠিরসে কিরদুনা, মনাওশিংগা লোয়ননা ভীষ্মগী মফম্দা হায়জগদবগী চঙজরক্লিবনি—শোযদে ॥২২॥ অদুগা ভীষ্ম অর্জ্জুন নকুল সহদেবমক্কা ঙাকশেন্দুনা লৈরিবা মহাক্না হৌজিক কিরিবসিনা করিগীনো? ॥২৩॥ অদুনদি যুধিষ্ঠির হায়বসি জগত্তা ফাওরবা ঐখোযগী কুক শাগৈদা পোকপা শেংঙম্মরোই। মরম্দি লাল্ফম্দা কিদুনা, মহাক্না য়েক্কবগী মফম্দা হাযজগে লাক্লি ॥২৪॥ অসি হায়নরগা কৌববকী লাম্মী পুন্নমক নুঙাই-খিদুনা য়েক্কবা ঈখা পোল্লেদনা হাযনা থন্নখিদুনা, কৌরব লাম্মী মখোয মশেলমক্কা অমগমগ থাগৎনখি—মকি লংখৎনরকই,—জগোঈ শারকই, মকি ফিজি কম্থোকনরই—হোয হোয়" হাযনা লাউদুনা লঙনরকঈ ॥২৫॥ মহারাজ। অসিগী তুংদা লাম্মীশিং অদুনা, কৃষ্ণগা লোয়ননা যুধিষ্ঠিরবু অদুগা মনাওশিংবু যাম্না থীনা নিন্দা তৌনরক্লে ॥২৬॥ মহারাজ' অসুম্ তৌদুনা,

কিং নু বক্ষ্যতি রাজাসৌ কিং ভীষ্মঃ প্রতিবক্ষ্যতি। কিং ভীমঃ সমরশ্লাঘী কিং নু কৃষ্ণার্জ্জুনাবিতি ॥২৮॥
বিবক্ষিতং কিমস্যেতি সংশয়ঃ সুমহানভূৎ। উভয়োঃ সেনয়োো রাজন্! যুধিষ্ঠিরকৃতে তদা ॥২৯॥
সোঽবগাহ্য চমূং শত্রোঃ শরশক্তিসমাকুলাম্। ভীষ্মমেবাভ্যয়াতূর্ণং ভ্রাতৃভিঃ পরিবারিতঃ ॥৩০॥
তমুবাচ ততঃ পাদৌ করাভ্যাং পীড্য পাণ্ডবঃ। ভীষ্মং শান্তনবং রাজা যুদ্ধায় সমবস্থিতম্ ॥৩১॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ।

আমন্ত্রয়ে ত্বাং দুর্দ্ধর্ষ! ত্বয়া যোৎস্যামহে সহ। অনুজানীহি মাং তাত! আশিষশ্চৈব যোজয় ॥৩২॥

## ভীষ্ম উবাচ।

যদ্যেবং নাভিগচ্ছেথা যুধি মাং পৃথিবীপতে!। শপেয়ং ত্বাং মহারাজ! পরাভাবায় ভারত! ॥৩৩॥
প্রীতোঽস্মি রাজন্! যুধ্যস্ব জয়মাপ্নুহি পাণ্ডব!। যত্তেঽভিলষিতং চান্যত্তদবাপ্নুহি সংযুগে ॥৩৪॥
ব্রিয়তাঞ্চ বরঃ পার্থ! কিমস্মত্তোঽভিকাঙ্ক্ষসি। এবং গতে মহারাজ! ন তবাস্তি পরাজয়ঃ ॥৩৫॥
অর্থস্য পুরুষো দাসো দাসস্বর্থো ন কস্যচিৎ। ইতি সত্যং মহারাজ! বদ্ধোঽস্ম্যর্থেন কৌরবৈঃ ॥৩৬॥
অতস্ত্বাং ক্লীববদ্বাক্যং ব্রবীমি কুরুনন্দন!। ভৃতোঽস্ম্যর্থেন কৌরব্য! যুদ্ধাদন্যৎ কিমিচ্ছসি ॥৩৭॥

---

কৌরব লাশ্মী পুম্নমক্তুনা যুধিষ্ঠিরগী মখোল্ থোকনা নিন্দাবু তৌনরম্নগা তুমিন্ তুমিন্ লৈনখি ॥২৭॥ যুধিষ্ঠির অসিনা অহুগা ভীম অর্জ্জুননা অমদি কৃষ্ণমকনা ভীষ্মদা করি হায়গদৌরিবনো, অহুগা ভীষ্ম পিতামহনা মখোয়দা খুম্নগদৌরিবনো—মাসিহুম্ তাখিসি হায়না তুমিন্ লৈনখি ॥২৮॥ মহারাজ। যুধিষ্ঠিরনা করি হায়রগদৌরিবনো হায়বর্সি খল্লুবদা পক্ক অনীমকী লাশ্মী তেঙ্গোল্ অপুম্বা ওরুখি—চিংনখি ॥২৯॥ অসিগী তুংদা মনাওশিংনা ঈকোম্ন কোয়শিন্না, লীরুং তেল তানচিংবা খুৎশু খুৎলায়না পীক্ থল্লবা লাশ্মীমরক্ অহু থায়হুনা, যুধিষ্ঠির অসি ভীষ্ম তম্না প্রপ্রপ্ চঙশিল্লকই ॥৩০॥ অসিগী তুংদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা চঙশিন্খিহুনা শান্তনুনন্দন ভীষ্মদেবগী চরণদা কোক্শোক্ল খুরম্হুনা অস্থম্না হায়রকই :—॥৩১॥ যুধিষ্ঠিরনা হায :—লাকওম্কাওম্জবা ঈপুথৌ। ঈবুথৌবু ঐনা হন্ন হন্ন খুরম্জরি। ঐ ঈবুথৌগা শোক্নজগদৌরি, ঈবুথৌনা মঙ্গল পীনবিয়ু ॥৩২॥ ভীষ্মনা হায় :—ভরত শাগৈগী অথোইবা, পৃথিবীগী মপু নিংথৌ! ওসি নংনা যুদ্ধ নীতিগী মতুং ইন্না ঐগী নাক্ত লাকলমজবদি নখোয় পুম্বগী পরাজয় ( মায়থীবা ) ওইয়ু হায়না শাপ তৌয়ম্নগদবনি ॥৩৩॥ অহুবু, পাণ্ডুগী মচা! ওসি নংনা তৌরিবসিদা ঈপু পেল্লে। লাল শোক্নৌ, মঙ্গল ওইয়ু, জয় ওইসনু। লালগী বিষয়দা নংনা কংনিংবা পুম্বা কংবা ওইয়ো ॥৩৪॥ পৃথাগী মচা নিংথৌ! নং ঐগী ঈকম্দগী করি পাম্মি, নিয়ু হায়ু। করম্ তৌরগা নংগী পরাজয় ওইরোই হায়বদো ঈপুদা হায়ু ॥৩৫॥ মহারাজ। মীওইবা হায়বসে লল্গী মীনায়নি, অদুগা লাম্মি কনাগীস্থ মীনায় নত্তে। মাসে, অচুম্ব মল্লি। অহুনা কৌরবশিংনা মচাক্ ময়ম্বনা ভীষ্ম ঐবু মখাপোলহল্লুনা থম্নি ॥৩৬॥ অহুনা, কুরুনন্দন! ঐনা হৌজিক্ নপুংসক অমওম্না

### যুধিষ্ঠির উবাচ।

মন্ত্রয়স্ব মহাপ্রাজ্ঞ। হিতৈষী মম নিত্যশঃ। যুধ্যস্ব কৌরবার্থে বৈ মমৈব সততং বরঃ ॥৩৮॥

### ভীষ্ম উবাচ।

রাজন্! কিমত্র সাহ্যং তে করোমি কুরুনন্দন!। কামং যোৎস্যে পরস্যার্থে ব্রূহি যত্তে বিবক্ষিতম্ ॥৩৯॥

### যুধিষ্ঠির উবাচ।

কথং জয়েয়ং সংগ্রামে ভবন্তমপরাজিতম্। এতন্মে মন্ত্রয় হিতং যদি শ্রেয়ঃ প্রপশ্যসি ॥৪০॥

### ভীষ্ম উবাচ।

ন তং পশ্যামি কৌন্তেয়। যো মাং যুধ্যন্তমাহবে। বিজয়েত পুমান্ কশ্চিদপি সাক্ষাচ্ছতক্রতুঃ ॥৪১॥

### যুধিষ্ঠির উবাচ।

তস্মাৎ পৃচ্ছাম্যহন্তু ত্বাং পিতামহ। নমোঽস্তু তে। জয়োপায়ং ব্রবীহি ত্বমাত্মন. সমরে পরৈঃ ॥৪২॥

### ভীষ্ম উবাচ।

ন স্ম তং তাত! পশ্যামি সমরে যো জয়েত মাম্।
ন তাবন্মৃত্যুকালো মে পুনরাগমনং কুরু ॥৪৩॥

### সঞ্জয় উবাচ।

ততো যুধিষ্ঠিরো বাক্যং ভীষ্মস্য কুরুনন্দন!। শিরসা প্রতিজগ্রাহ ভূয়স্তমভিবাদ্য চ ॥৪৪॥

---

নঙোন্দা হাযরি—ঙসি ফাওবসি কৌরবশিংনা ঐবু মরল্ মথুম্না য়োক্পিহ্না মথা পোল্হন্দুনা থম্লি। অহুনা, কুরুনন্দন! লাল নত্তবা করম্বা পোৎ অম নংনা ঐঙোন্দগী পাম্বগে হায় ॥৩৭॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ—শিংলবা ঈবুধৌ! মতম্ পুম্বদা ঈবুধৌনা ঐঙোন্দা লালগী মন্ত্র তাক্পিয়ু, নিয়ম তাকপিয়ু, অদুগা কৌরবকী পক্ষদা লেপ্তুনা নীঙথিনা লাল শোব্নবিয়ু। মাসিতনি—ঐনা পামজবা বর ॥৩৮॥ ভীষ্মনা হায়ঃ—কুরুনন্দন, নিংথৌ! ঐদি হৌজিক নংগী য়েকনবগী পক্ষদা লৈদুনা শোকনগদৌরি। মতম্-অবস্থাসিদা, ঐনা নংগী করি তৌ হাযবগে, মাদু শেংনা হায়দোকউ ॥৩৯॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ—ঈবুধৌ। ঈবুধৌদি পুনশিসিদা কনাগী মক্মদা মায়থীবা কংবিদ্রিবনি। অদুনা, ঈবুধৌনা ঐগীস্থ মঙ্গল ওইননবা, কাম্নবা তৌবিরকনি হায়না খঞ্জদুনা হায়জরি ঃ—করম্ তৌরগা ঐনা জয় ওইজগদগে হায়বসি তাকপিয়ু ॥৪০॥

ভীষ্মনা হায়ঃ—কুন্তী সতীগী মচা, নিংথৌ! লাল্কম্দা ঐনা থরাই যাওনা শোক্লরকলবদা ঐবু ঙম্গদবা মীশক্ অমত্তা উদ্রি. ইন্দ্রকাওবা ঐবু তরাইনা জয তৌবা ঙম্মোই ॥৪১॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ—অদুনা হংগচ্চরিবসিনি ঈবুধৌ। ঈবুধৌদা হয় হয়া খুরম্জরি—করম্ তৌরগা ঐনা জয় ওইগদগে হায়বসি তাকপিয়ু ॥৪২॥ ভীষ্মনা হায়ঃ—ঈবুঙো! লান্দা ঐবু ঙম্গদবসে কনা অমত্তা উদে। অদুগা হৌজিক্সে ঐগী শিবগী মতম্স্থ নত্রে। অদুনা অমুক্ লাকউ—চৎলো ॥৪৩॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—কুরুনন্দন! অসিগী তুংদা অমুক চঙশিন্দুনা যুধিষ্ঠিরনা ভীষ্মগী চরণ শোক্ল

প্রায়াৎ পুনর্মহাবাহুরাচার্য্যস্য রথং প্রতি। পশ্যতাং সর্বসৈন্যানাং মধ্যেন ভ্রাতৃভিঃ সহ ॥৪৫॥
স দ্রোণমভিবাদ্যাথ কৃত্বা চৈব প্রদক্ষিণম্। উবাচ রাজা দুর্দ্ধর্ষমাত্মনিঃশ্রেয়সং বচঃ ॥৪৬॥
আমন্ত্রয়ে ত্বাং ভগবন্। যোৎস্যে বিগতকল্মষঃ। কথং জয়েয়ং রিপূন্ সর্বানণুজ্ঞাতস্ত্বয়া দ্বিজ! ॥৪৭॥

দ্রোণ উবাচ।

যদি মাং নাভিগচ্ছেথা যুদ্ধায় কৃতনিশ্চয়ঃ। শপেয়ং ত্বাং মহারাজ। পরাভাবায় সর্ব্বশঃ ॥৪৮॥
তদ্যুধিষ্ঠির। তুষ্টোঽস্মি পূজিতশ্চ ত্বয়ানঘ।। অনুজানামি যুধ্যস্ব বিজয়ং সমবাপ্নুহি ॥৪৯॥
করবাণি চ তে কামং ব্রূহি যত্তে বিবক্ষিতম্। এবং গতে মহাবাহো। যুদ্ধাদন্যৎ কিমিচ্ছসি ॥৫০॥
অর্থস্য পুরুষো দাসো দাসস্ত্বর্থো ন কস্যচিৎ। ইতি সত্যং মহারাজ! বদ্ধোঽস্ম্যর্থেন কৌরবৈ ॥৫১॥
অতস্ত্বাং ক্লীববদ্বাক্যং ব্রবীমি কুরুনন্দন।। যোৎস্যামি কৌরবস্যার্থে তবাশাস্যো জয়ো ময়া ॥৫২॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

জয়মাশাস্স্ব মে ব্রহ্মন্। মন্ত্রয়স্ব চ মদ্ধিতম্। যুধ্যস্ব কৌরবস্যার্থে বর এষ বৃতো ময়া ॥৫৩॥

---

থুরস্মি ॥৪৪॥ অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠির অসি মনাউশিংনা ঈকোয় কোয়শিন্দুনা, মমীৎকৃপ্তুনা য়েংতনা যেংহুনা লৈনরিবা লাম্নীশিংময়াম্ অদু থায়দোক্নুনা দ্রোণাচার্য্যগী রথ তম্ম চঙশিল্লকই ॥৪৫॥ অদুগী তুংদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা দ্রোণাচার্য্যগী নাক্ত চঙশিল্লকনুনা যেৎলোইননা কোযহুনা, মশাগী মঙ্গল ওইননবা রা অসি হায়কই—॥৪৬॥ মতীকমগুণ চাউরবা ব্রাহ্মণ, গুরুদেব। ননাই যুধিষ্ঠিরনা থুরমজরি। গুরুদেবনি দোষ করিমত য়াওদ্রবা মীনি। হৌজিক লাল্ শোকনজনবা গুরুদেবনা য়াথং পীনবিয়ু! করম্ তৌরগা যেক্নববু ঊমগদগে—মাহু তাকপিয়ু ॥৪৭॥ দ্রোণনা হায়ঃ—নিংথৌ। নংনা ঙসি ঐঙোন্দা তারুমদনা লাল্ শোক্নয়ম্বদি—ঐনা নংবু শাপ তৌরম্মগদৌবনি ॥৪৮॥ অদুবু পাপ যাওদ্রবা যুধিষ্ঠির! লান্দা নংনা নখোঙ থোংনা লাক্নুনা ঐগী সম্মান তৌররি। মাসিতদা ঐ যাম্ম পেল্লে। ঐনা অনুমতি পীরবনি, য়ারবনি, লাল্ শোকনৌ, জয় ওইয়ু ॥৪৯॥ অদুগা নিংথৌ! নংনা ঐঙোন্দগী করি পাম্বগে, অদুস্মু হায়, তৌগে। অদুদা নিংথৌ! নংগী পক্ষদা লেপ্পুনা লাল্ শোক্নৌ হায়বসিতদি হাযরকনু। মাসি নত্তবা অতৈ করি ঐঙোন্দগী পাম্বগে হায় ॥৫০॥ মীওইবা হায়বসে নিংথৌ। শেলগী মীনায়নি। শেন্দি কনাগীসু মীনায নত্তে—হাযবসি অচুম্বমকনি। অদুনা, কৌরবশিংনা ঐবু শেলগী পাম্বৈনা মখোয়গী মখা পোল্‌হনদ্রে। অদুনা কুরু শাগৈগী মুংঙাইননবগী মশক ওইরবা। অদুনা ঐনা নপুংসক অমগুম নঙোন্দা হায়রি—লান্দি কৌরবকী পক্ষদা দুর্য্যোধনগী মায়কৈদা লৈদুনা শোকনগনি, অদুগা লান্দা নংনা জয ওইননবা ঐনা নঙোন্দা মঙ্গল-আশীর্ব্বাদ তৌরি ॥৫২॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ—ব্রাহ্মণ! গুরুদেব! ননাইনা জয ওইননবা আশীর্ব্বাদ পীনবিয়ু। ননাইগী ক্বায়বা মন্ত্রণা পীনবিয়ু।

শক্যং চাহং রণে জেতুং ত্বয়া সুমহদপ্রিয়ম্ । অতস্তবাক্যাৎ পুরুষাদেতৎ সত্যং ব্রবীমি তে ॥৬১॥

## সঞ্জয় উবাচ

এতচ্ছ্রুত্বা মহারাজ ! ভারদ্বাজস্য বীমতঃ । অনুমান্য তমাচার্য্যং প্রায়াচ্ছারদ্বতং প্রতি ॥৬২॥
সোঽভিবাদ্য কৃপং রাজা কৃত্বা চাপি প্রদক্ষিণম্ । উবাচ দুর্দ্ধর্ষতমং বাক্যং বাক্যবিদাং বরঃ ॥৬৩॥
অনুমানয়ে ত্বাং যোৎস্যামি গুরো ! বিগতকল্মষঃ । জয়েয়ঞ্চ রিপূন্ সর্বানন্যুজ্ঞাতস্ত্বয়ানঘ ! ॥৬৪॥

## কৃপ উবাচ ।

যদি মাং নাভিগচ্ছেথা যুদ্ধায় কৃতনিশ্চয়ঃ । শপেয়ং ত্বাং মহারাজ ! পরাভাবায় সর্বশঃ ॥৬৫॥
অর্থস্য পুরুষো দাসো দাসস্ত্বর্থো ন কস্যচিৎ । ইতি সত্যং মহারাজ ! বদ্ধোঽস্ম্যর্থেন কৌরবৈঃ ॥৬৬॥
তেষামর্থে মহারাজ ! যোদ্ধব্যমিতি মে মতিঃ । অতস্ত্বাং ক্লীববদ্ব্রূয়াং যুদ্ধাদন্যৎ কিমিচ্ছসি ॥৬৭॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ

হন্ত ! পৃচ্ছামি তে তস্মাদাচার্য্য ! শৃণু মে বচঃ । ইত্যুক্ত্বা ব্যথিতো রাজা নোবাচ গতচেতনঃ ॥৬৮॥

## সঞ্জয় উবাচ

তং গৌতমঃ প্রত্যুবাচ বিজ্ঞায়াস্য বিবক্ষিতম্ । অবধ্যোঽহং মহীপাল ! যুধ্যস্ব জয়মাপ্নুহি ॥৬৯॥

---

থাজবা য়াব কনাগুম্বগী মচীন্দগী, করিগুম্বা তম্থিবা তাবদগী ঐনা করিগুম্বা জ্ঞান তাদগুম্বা খুৎলায় থাদোক্নুনা লৈবা থোক্লবা অদু ওইরবদি, ঐবু ওম্থিবস্মু য়াই। অদুগুম্ব মতম্দস্মু ঐ খুৎলায় হেক হেক থাদোকই। মাসি তশেংনা নঙোন্দা হায়রবনি ॥৬১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ। যুধিষ্ঠিরনা জ্ঞানী ওইরবা দ্রোনাচার্য্যগী রা অসি তাবদা, থুকম্মরগা, কৃপাচার্য্যগী নাক তায় অমুক চৎখি। রাহৈরাতা হৈরবশিংগী মসুংদা অথোইবা ওইরবা যুধিষ্ঠিরনা কৃপাচার্য্যগী নাক তায় চৎখিদুনা খুরুম্মুই। য়েৎলোইননা চঙদুনা লান্দা লাকওম্কাওম্দ্রবা অকন্বা কৃপগী মকম্দা অস্রম্বা হায়খি—॥৬২-৬৩॥

পাপকী শরুক য়াওদ্রবা গুরুদেব! ঐনা গুরুদেববু হন্ন হন্না সম্মান তৌজরি খুকম্জরি। ঐনা দোষ য়াওদনা গুরুদেবগী যাথং লৌদুনা লাল্ শোকনজগে য়েকনব পুম্নবু ওম্জগে ॥৬৪॥ কৃপনা হায়ঃ—যুধিষ্ঠির! নংনা লাল্ শোকনগে হায়দুনা মপুক্ত লেপ্ত্রবস্মু ঐঙোন্দ হংলম্ তাক্রম্দন। শোকনরম্ববদি ঐ ওসাইনা নঙোন্দা শাপ তৌরম্মগদবনি ॥৬৫॥ তাইবং মী হায়বসে শেলগী মনাই মক্তনি। মাসি লেঙবা যাদ্রবা অচুম্বনি। অদুনা ঐবু কৌরবশিংনা মখোযগী মীনায়গুম পুন্দুনা মখাপোলহন্দুনা থমদ্রে ॥৬৬॥ অদুনা নিংথৌ! অদুনা ঐ কৌরবশিংগী মায়কৈদা, দুর্য্যোধনগী পক্কদা লৈদুনা শোকনবা হায়বসিমদি পুকনীংদা লেপদ্রে। অদুনা ঐ ওসি নঙোন্দা নপুংসক অমনা হায়বগুম্ হায়রি নং ঐঙোন্দগী করি পাম্বগে হায় ॥৬৭॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ—"অদু ওইদ্রবদি তাবিয় গুরুদেব!"—অসি হায়রগা মখা তাদদুনা যুধিষ্ঠির অসি তুমিন লৈদ্রে—ওাঙ্বা ওম্খিদ্রে ॥৬৮॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—কৃপাচার্য্যনা যুধিষ্ঠিরগী অভিপ্রায়—(হায়নিংবা) অদু

শ্রীতস্তেঽভিগবেনাহং জয়ং তব নরাধিপ। আশাসিত্বে সদোথায় সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে ॥৭০॥
এতচ্ছ্রুত্বা মহারাজ। গৌতমস্য বিশাংপতে ! । অনুমান্য কৃপং রাজা প্রযযৌ যেন মদ্ররাট্ ॥৭১॥
স শল্যমভিবাদ্যাথ কৃত্বা চাভিপ্রদক্ষিণম্ । উবাচ রাজা দুর্দ্ধর্ষমাত্মনিঃশ্রেয়সং বচঃ ॥৭২॥
অনুমানয়ে ত্বাং দুর্দ্ধর্ষ। যোৎস্যে বিগতকল্মষঃ। জয়েয়ঞ্চ মহারাজ! অনুজ্ঞাতস্ত্বয়া রিপূন্ ॥৭৩॥

## শল্য উবাচ

যদি মাং নাভিগচ্ছেথা যুদ্ধায় কৃতনিশ্চয়ঃ। শাপেয়ং ত্বাং মহারাজ! পরাভাবায় বৈ রণে ॥৭৪॥
তুষ্টোঽস্মি পূজিতশ্চাস্মি যৎ কাঙ্ক্ষসি তদস্তু তে। অনুজানামি চৈব ত্বাং যুধ্যস্ব জয়মাপ্নুহি ॥৭৫॥
ব্রূহি চৈব পরং বীর! কেনার্থঃ কিং দদামি তে। এবং গতে মহারাজ। যুদ্ধাদন্যৎ কিমিচ্ছসি ॥৭৬॥
অর্থস্য পুরুষো দাসো দাসস্ত্বর্থো ন কস্যচিৎ। ইতি সত্যং মহারাজ! বদ্ধোঽস্ম্যর্থেন কৌরবৈঃ ॥৭৭॥
করিষ্যামি হি তে কামং ভাগিনেয়! যথেপ্সিতম্। ব্রবীম্যতঃ ক্লীববত্ত্বাং যুদ্ধাদন্যৎ কিমিচ্ছসি ॥৭৮॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ

মন্ত্রয়স্ব মহারাজ। নিত্যং মদ্ধিতমুত্তমম্। কামং যুধ্য পরস্যার্থে বরমেতং বৃণোম্যহম্ ॥৭৯॥

---

খঙলদুনা অস্নুমা হায়রকই :—চুপ্সি, ঐদি কনাগুম্বা অমতনা হাৎপা য়াদে। অদুবু শোকনৌ, জয় ওইয়ু ॥৬৯॥ নিংথৌ! নংনা ঈনাক্ত লাকত্নুনা হায়জরবসিদ। ঐ য়াম্ন পেল্লে। অদুনা ঐনা সুমিৎ খুদিংগী অয়ুক ওস্তা হৌগত্নুনা নংগী মঙ্গল ওইনবা আরাধনা তৌগনি ॥৭০॥

সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ। নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা কৃপাচার্য্যগী রা তাবদা, নীঙথিনা তয়াম্না খুরুম্নমহুনা মদ্ররাজ শল্যনা লৈরিবা মফম্ অহু তাম্ন চৎখি ॥৭১॥ অহুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা শল্যগী নাক্ত চঙশিনখিহুনা য়েৎলোইননা খুরম্হুনা অস্নুমা হায়খি ॥৭২॥ লাকঙম্কাঙম্দবা নিংথৌ! ঐ দোষ লৈতনা লাল শোকনজগে য়াথং পীনবিয়ু। মহারাজ। মহারাজগী য়াথং মতুং ইন্না লাল শোকনহুনা জয় ওইজগে ॥৭৩॥ শল্যনা হায় :—মহারাজ! মতৌসিগুম্না নহাকনা ঐঙোন্দা লাক্তৃনা হায়রম্ব্রবদি ঐ মহারাজদা ওসাইনা শাপ তৌরম্লগদবনি ॥৭৪॥ নিংথৌ নহাকনা নখোঙ খোংনা লাক্তুনা ঐবু ঈকাই খুম্নরবসিদা ঐ য়াম্ন পেল্লে। অহুনা নিংথৌ! নহাকনা অপাম্বহু ওইরসনু। ঐনা নঙোন্দা অনুমতি পীরি, লাল শোকনৌ জয় ওইয়ু—মঙ্গল ওইয়ু ॥৭৫॥ অকন্‌বা! করম্বা পোশকনা নংগী অপেন্‌বা ওইগদগে—মাহু হায়য়ু। অহুনা নিংথৌ! লাল নত্তবা অতৈ করিগুম্বা পোশক অপাম্বা অম হায়ু ॥৭৬॥ মীওইবা হায়বসি লনগী মনাইনি হায়বসি অচুম্বনি। অহুনা ভীষ্ম দ্রোণ কৃপবু লনগী পাম্বৈনা কাহ্নুনা মথা পোলহন্‌খিবহুগুম্না ঐবুসু কৌরবশিংনা মথা পোহন্দুনা থম্লে ॥৭৭॥ অহুনা ঈশাক নিংথৌ! ঐনা নহাক্তৌ নকমদা নপুংসক অমগুম্না হায়রি—ঈশাক নিংথৌনা পাম্বদো হায়ু তৌগে ॥৭৮॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় :—মহারাজ! মাম ঈবুঙোনা নীঙতম্না ঐগী য়েকনবগী মাম্নগৈদা লৈহুনা শোকনবিয়ু। অসিতনি ঐনা পাম্জবা ॥৭৯॥ শল্যনা হায় :—নিংথৌ অখোইবা! ঐ অসে

### শল্য উবাচ

কিমত্র ব্রূহি সাহ্যং তে করোমি নৃপসত্তম।। কামং যোৎস্যে পরস্যার্থে বদ্ধোঽস্ম্যর্থেন কৌরবৈঃ ॥৮০॥

### যুধিষ্ঠির উবাচ

স এব মে বরঃ শল্য! উদ্যোগে যস্ত্বয়া কৃতঃ। সূতপুত্রস্য সংগ্রামে কার্য্যস্তেজোবধস্ত্বয়া ॥৮১॥

### শল্য উবাচ

সম্পৎস্যতে স তে কামঃ কুন্তীপুত্র! যুধিষ্ঠির!। যথেষ্টং গচ্ছ যুধ্যস্ব প্রতিজানে জয়ং তব ॥৮২॥

### সঞ্জয় উবাচ

অনুমান্যাথ কৌন্তেয়ো মাতুলং মদ্রকেশ্বরম্। নির্জগাম মহাসৈন্যাদ্ভ্রাতৃভিঃ পরিবারিতঃ ॥৮৩॥

বাসুদেবস্তু রাধেয়মাহবেঽভিজগাম হ। তত এনমুবাচেদং পাণ্ডবার্থে গদাগ্রজঃ ॥৮৪॥

শ্রুতং মে কর্ণ! ভীষ্মস্য দ্বেষাৎ কিল ন যোৎস্যসে। অস্মান্ বরয় রাধেয়! যাবদ্ভীষ্মো ন হন্যতে ॥৮৫॥

হতে তু ভীষ্মে রাধেয়! পুনরেষ্যসি সংযুগম্। ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য সাহায্যং যদি পশ্যসি চেৎ সমম্ ॥৮৬॥

### কর্ণ উবাচ

ন বিপ্রিয়ং করিষ্যামি ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য কেশব!। ত্যক্তপ্রাণং হি কা, বিদ্ধি দুর্য্যোধনহিতৈষিণম্ ॥৮৭॥

---

দুর্য্যোধনগী মফম্‌দা রাশকনা পুনখ্রে। অহুনা লান্দি মথোয়গী মায়কৈদা মশোকনরগনি। হৌজিক ঐনা নংগী করি তৌবা ওন্মি হায় ॥৮০॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়:—মাম নিংথৌ মহারাজ! হান্নবা মামনা ঐঙোন্দা হায়বিখিবা অদুত কাউবিগনু। লালগী মতম্‌দা মাম নিংথৌনা কর্ণগী তেজ শক্তি মাগুথনবা তৌবিগনি হায়বদো মাদুতনি মামদগী পামজবা ॥৮১॥ শল্যনা হায়:—কুন্তীনন্দন যুধিষ্ঠির। মাহু শোয়দনা তৌরগনি, নংগী নীঙবা থুংলগনি, চৎলো, লাল শোকননবা তৌরু। ঐনা রাশক্নুনা হায়রি—জয় ওইগনি, চৎলু লাল তৌ ॥৮২॥ সঞ্জয়না হায়:—অদুদগীদি যুধিষ্ঠিরনা মাগী মাম শল্যবু নীঙখিনা ঈকায়খুম্নবা ব্যবহার তৌরম্মগা, মনাওশিংনা ঈকোয কোয়না ঙাকশেন্দুনা লান্মী ময়াম্ মরক খায়দুনা থোরকলে ॥৮৩॥ অমরোম্‌দা গদগী জ্যেষ্ঠ ভ্রাতা ওইবা কৃষ্ণনা কর্ণগী মাযকৈরোম্‌দা চঙশিনখিদুনা পাণ্ডবশিংগী দমক্তা রা অসি হায়খি—॥৮৪॥ কর্ণ' অকনবা। নহাক নত্রা ভীষ্মগা নুংঙাইনখিদবা, লৌতান্নবদগী, লাল শোকনরোই হাযখিবদো? অসিনা অচুম্বা ওইরবদি, ভীষ্মনা লৈরিবা মথৈ, অকনবা নহাক ঐখোয়গী পক্ষদা লেপ্তুনা লাল খর য়াওবিয়ু ॥৮৫॥ কর্ণ। অকনবা নহাকনা করিগুম্বা পক্ষ অনীমকপু চপ মান্নবা উবিরবা অদুগা, দুর্য্যোধনগী মতেং পাংবনসু অচুম্বনি হায়না খন্‌বিরবদি, ভীষ্ম শিরবা তুংদা দুর্য্যোধনগী মায়গৈদা অমুক য়াওগে হায়রবসু য়াওবিখো ॥৮৬॥ কর্ণনা হায়:—কৃষ্ণ! ঐ দুর্য্যোধননা মথরাই মুংঙাইখিরোইদবা থবক অমত তৌজরোই। মরমদি ঐ দুর্য্যোধনগী কননবত খনবা মীশক অমনি। অদুনা কৃষ্ণ! মাসিমদি খঙবিয়ু—মাদুদি ঐ মতম্ পুম্বদা

## সঞ্জয় উবাচ

ততঃ শ্রুত্বা বচনং কৃষ্ণঃ সন্ন্যবর্ত্তত ভারত। যুধিষ্ঠিরপুরোগৈশ্চ পাণ্ডবৈঃ সহ সঙ্গতঃ ॥৮৮॥
অথ সৈন্যস্য মধ্যে তু প্রাক্রোশৎ পাণ্ডবাগ্রজঃ। যোঽস্মান্ বৃণোতি তমহং বরয়ে সাহ্যকারণাৎ ॥৮৯॥
অথ তান্ সমভিপ্রেক্ষ্য যুযুৎসুরিদমব্রবীৎ। প্রীতাত্মা ধর্ম্মরাজানং কু[illegible]ং যুধিষ্ঠিরম্ ॥৯০॥
অহং যোৎস্যামি মিষতঃ সংযুগে ধৃতরাষ্ট্রজান্। যুষ্মদর্থং মহারাজ! যদি [illegible]বেঽনঘ! ॥৯১॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ

এহ্যেহি সর্বে যোৎস্যামস্তব ভ্রাতৄনপণ্ডিতান্। যুযুৎসো! বাসুদেবশ্চ বয়ঞ্চ ব্রূম সর্বশঃ ॥৯২॥
বৃণোমি ত্বাং মহাবাহো। যুধ্যস্ব মম কারণাৎ। ত্বয়ি পিণ্ডশ্চ তন্তুশ্চ ধৃতরাষ্ট্রস্য দৃশ্যতে ॥৯৩॥
ভজস্বাস্মান্ রাজপুত্র। ভজমানান্ মহাদ্যুতে!। ন ভবিষ্যতি দুর্বুদ্ধির্ধার্ত্তরাষ্ট্রোঽত্যমর্ষণঃ ॥৯৪॥

## সঞ্জয় উবাচ

ততো যুযুৎসু. কৌরব্যান্ পরিত্যজ্য সুতাংস্তব। জগাম পাণ্ডুপুত্রাণাং সেনাং বিশ্রাব্য দুন্দুভিম্ ॥৯৫॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা সম্প্রহৃষ্টঃ সহানুজঃ। জগ্রাহ কবচং ভূয়ো দীপ্তিমৎ কনকোজ্জ্বলম্ ॥৯৬॥

---

দুর্য্যোধনগীদমক্তা থরাই থাগে হায়দুনা লৈজরি ॥৮৭॥ সঞ্জয়না হায ঃ—মহারাজ! কৃষ্ণনা কর্ণগী রা অসি তাবদা তুমিন্ন হল্লকই, পাণ্ডবশিংগী লাম্মী মপৈনা লৈন্নিব মাযকৈদা চৎখি ॥৮৮॥ অসিগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা লাম্মী মযামদা লাউথোকখি—"কনা কনাগুম্বা ঐগী পক্ষদা যাওবিনিংবা লাকপিনীভবা লৈববসু যাওবিবা লাকপিব; য়াগনি। মহাকপু ঐনা হরাউ হরাউনা ওকচগনি" ॥৮৯॥ মাসি তাবদা যুযুৎসু অসি নীঙভাইবা লৈতনা, পাণ্ডবকী মায়কৈরোমদা যেংদুনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না লাউরকই ॥৯০॥ পাপ য়াওদ্রবা মহারাজ! মহারাজনা ঐবু চিংনবা লৈতনা লৌশিন্‌বিরবদি ঐ মহারাজগী পক্ষদা য়াওদুনা ঈচীন্নাওশিংগী মাঙদা লাল্ শোক্‌নজগে ॥৯১॥ যুধিষ্ঠিরনা মাদু তাবদা হাযরকই ঃ—আঃ। লাউ—লাউ—ঈবুঙো যুযুৎসু। নংগী পঙলবা নযাম্বশিং অসিগা শোকনবদা নং ঐখোযরোমদা যাওরো লাউ। কৃষ্ণগা ঐখোয়গনা পূকচেল শেংনা রা অসি নঙোন্দা হাযরি ॥৯২॥ অকনবা! ঐনা নংবু হরাউ হরাউনা, ওক্নি—চঙঙকউ লাউ। নং ঐগীদমক্তা য়েকনবশিংগা থেংনবো লাউ। ধৃতরাষ্ট্র মচাশিংগী লেম্‌হৌগদবা পিণ্ডা, নযাম্বশিংগী পিণ্ডদান তৌবিনবদি নহাক্তনা ওইগদৌরিমাল্লে ॥৯৩॥ কল্লবা নিংথৌমচা! ঐখোযনা নংগী নতেং লৌনীভিঙ। নহাকসু ঐখোযগী ঈতেং লৌ। মবুকচেল ফত্রবা পঙলবা নয়াম্বা দুর্য্যোধন অসে লোইরবনি, লৈররোইদৌবনি খঙউ ॥৯৪॥ সঞ্জযনা হায ঃ—মহারাজ। অসিগী তুংদা যুযুৎসু অসি মহারাজগী নচাশিং অযাম্বশিংবু থাদোক্লমদুনা পুং শেলগী মখোল্‌গা লোয়ননা পাণ্ডবকী মাযকৈদা চঙশিনখি ॥৯৫॥ অদুগী তুংদা, নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী মনাওশিংনা য়াম্না মথরাই হরাউনা কবচনাচংবা লাল্‌গী কীজোল্ ওয়া শেৎকৎখি ॥৯৬॥ অসিগী তুংদা অকনবশিংসিনা মাগী মাগী

প্রত্যাগতাস্ত তে সর্বে স্বরথান্ পুরুষর্ষভাঃ। ততো ব্যূহং যথাপূর্বং প্রত্যব্যূহন্ত ভেপুনঃ ॥৯৭॥
অবাদয়ন্ দুন্দুভীংশ্চ শঙ্খাংশ্চৈব পুষ্করান্। সিংহনাদাংশ্চ বিবিধান্ বিনেদুঃ পুরুষর্ষভাঃ ॥৯৮॥
রথস্থান্ পুরুষব্যাঘ্রান্ পাণ্ডবান্ প্রেক্ষ্য পার্থিবাঃ। ধৃষ্টদ্যুম্নাদয়ঃ সর্বে পুনর্হর্ষমিবে তদা ॥৯৯॥
গৌরবং পাণ্ডুপুত্রাণাং [illegible] মানয়তাঞ্চ তান্। দৃষ্ট্বা মহীক্ষিতস্তত্র পূজয়াঞ্চক্রিরে ভৃশম্ ॥১০০॥
সৌহৃদঞ্চ কৃপা[illegible] কালং মহাত্মনম্। দয়াঞ্চ জ্ঞাতিষু পরাং কথয়াঞ্চক্রিরে নৃপাঃ ॥১০১॥
সাধু সাধ্বিতি সর্বত্র নিশ্চেরুঃ স্তুতিসংহিতাঃ। বাচঃ পুণ্যাঃ কীর্তিমতাং মনোহৃদয়হর্ষণাঃ ॥১০২॥
ম্লেচ্ছাশ্চার্য্যাশ্চ যে তত্র দদৃশুঃ শুশ্রুবুস্তথা। বৃত্তং তৎ পাণ্ডুপুত্রাণাং রুরুদুস্তে সগদ্গদাঃ ॥১০৩॥
ততো জঘ্নুর্মহাভেরীঃ শতশশ্চ সহস্রশঃ। শঙ্খাংশ্চ গোক্ষীরনিভান্ দধ্মুর্হৃষ্টা মনস্বিনঃ ॥১০৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং ভীষ্মপর্ব্বণি
ভীষ্মবধে ভীষ্মাভিগমনে ত্রিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

রথদা তোংখত্নবা মখোয়না হায়রগী মতৌগুম্না অমুক হন্না লাম্নী তেজোল্ শাগৎপা হোরে ॥৯৭ পুং শেল যন্ত্র খোংবা ফুবা লেনব শকপশিংনা পুংগী খোল্লাউ লাউখৎলক্লে ॥৯৮॥ মতম্ অসিদা নিংথৌশিংনা ধৃষ্টদ্যুম্নচিংবা অকন্নবশিংনা, পাণ্ডবশিংনা মাগী মাগী রথদা কাখৎলকপা উবদা থোইনা হগ্নাউখি ॥৯৯॥ পাণ্ডবশিংনা ভীষ্মনচিংবা গুরুজনশিংগী সম্মান তৌরুবন্ন উবদা থোইদোক্না নুঙাইখি-পেন্‌খি, যুধিষ্ঠিরবু থাগৎখি ॥১০০॥ পাণ্ডবশিংগী মী পুম্নমকপু গুরুজনশিংবু মতীকচানা ব্যবহার তৌবা—অসিনচিংব গুণশিং অসি উবদা পক্ষ অনীমক্কী নিংথৌশিংনা থাগৎনখি ॥১০১॥ মিংচৎ চাউরবা পাণ্ডবশিং অদোম্দা ওনশিন্দুনা সাধু! সাধু! হায়বা খোল্লাউ অসিনা মায়কৈ মরিমক্তগী পুম্ননীন্ নিল্লখি ॥১০২॥ লালকম্ অতুদা লৈরিবা কনাগী আর্য্য-অনার্য্য-ম্লেচ্ছ জাতিগী মী পুম্বনা পাণ্ডবশিংগী মওং শকখি অদুগা পাণ্ডবশিংবু মমীৎ কপুনা য়েংনখি। পাণ্ডবশিংগী দোষ মরীক্ অমত লৈতবা, লান্দবন্ন উবনা মী পুম্ব মীতগী পি শিন্থনখি ॥১০৩॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতদা ভীষ্ম পর্ব্বদা ভীষ্মবধগী মতাংদা ভীষ্মাভিগমনগী নিকুহুমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

মণিপুরী মহাভারতকী মাপলগুবা খণ্ডদি "শ্রীমদ্ভাগবদ্গীতা" ত
চোম্লপ্‌ ফোঙদোক্‌চনিংবনা, মফম্‌ অসিদা লোইশিন্নরে।